**OLANGTHAGI LEIPAKLEI**

(A Manipuri Novel)

Written by **Dr. I.S. Yumnam**

First Published 15th June, 2014

Published by **Solomon Yumnam** on behalf of Writers' Club
Manipur, Nambol, 795134

Cover Layout Designed **Randhir Kumar Yendrembam**



No of Copy 500

Price Rs 300/- (Paperback)
Rs 350/- (Hard Cover)

**ISNB – 978–81–923229–8–8**

লাইবিকসি অউবগী ৱাখল মঙলান্নি। কনাগসু মবী লৈনদে।

Type Setting at
Monika Printers, Keishamthong Bazar and
Printed at **Yaiberen Communications (Printing Division)**
Uripok Khwai Brahmapur, Near Bir Tikendrajit Flyover, Imphal - 795001

# ৱাহৌদোক

**ডো আই এস মৃম্নাম** মণিপুৰী সাহিত্যদা নৌনা অমুক মশক তাক্লিংঙাই ওইদ্ৰবা অইবনি। হান্নৰা শৈবেংগী লাইৰিক মঙা ইংবাজীদা ইবা অমা য়াওনা অমসুং সমালোচনাগী লাইৰিক অনী পুথোকখ্ৰবা অইবনি। অদুম ওইনমক সাহিত্যগী মচল অমা ওইবিবা উপন্যাসকী লম অসিদদি হন্দক্কী অসিনা অহানবনি। মদুগীসু মথক্তা লামায় ৩৪০ বোম পানবা অইবগী ***ওলাঙথাগী লৈপাকলৈ*** অচৌবা চাংয়েং অমসুনি হায়বা তাই।

ৱাবী অসি চীংলেন কৌবা পুলিস ওফিসাব অমগী ইমুং মনুংগী পুন্সিদা য়ৃম্ফম ওইবগা শাগৎপা ৱাবীনি। উপন্যাসকী মিংথোল ওইবিবী চবিত্ৰ লৈবাক্লে চীংলেনগী নুপীনি। ওলাংথাগী শাববা মৈশাবক্তা কল্লবা লৈমায়থক্তা শাংপী লৈবাক্লেগুম্না পূন্সিগী অৱা অনা নংখ্ৰবী লৈবাক্লেনা থাজবগী ৱাংমদা মপুবোইবনা অতোপ্পা নুপী অমগী ওইদুনা লৈবন্বা থেংনখি। মৈবু ফিনা কৃপ্তুনা থন্বা য়াদবগুম্না অবোনবা লীচৎতা লীশাং থাববী অতোপ্পী কুন্দোবৈবু হাৎলুবগীদমক চীংলেন জেলদা চঙবা তাখি। জেলদা লৈব্বনা চীংলেনগী অনৌবা মপোক অমা ওনবগুম থোকখি অমসুং মহাক মশক্লাইবা অইবা অমা ওইবক্তুনা জাতিগী থাক্তা সাহিত্য অকাদেমী এৱার্ড ফাওবা ফংখি। অদুবু লৈবাক্লেগী মবায়বক্তা মপুবোইবগা য়ৃম্বানমিন্নবগী পূন্না হিংমিন্নবগী নুংঙাইবদুদি ফংবা ঙমখিদে। চীংলেন মশা মথন্তু অত্মাহত্যা তৌদুনা পূন্সি লোমখি।

অমবোমদা চীংলেন অমসুং লৈবাক্লেগী মচানুপা চিংখৈঙানবা বামোন নিংঙোন থম্বালগা ফনা নুংশিদুনসু চৎনবী পলনা মবম ওইদুনা কায়নবা তাখি। মশানা য়াদনা নমদুনা লুহোংবীখ্ৰবী থম্বাল মথন্তা শিজখি। চিংখৈঙানবসু শকহেনবী কৌবী মবীল চূমদবী নুপী অমগা তংঙায়ফদনা য়ৃম্বাল লম্বেলদা খোঙদাবা তাখি। অসুম্না কাংখোং চাইববা চিংখৈঙানবগী য়ৃম্বাল পুন্সিগী মশক অদুসু অইবনা য়েক্লবা হোনবকই। পোৎশেম যাদু তৌদুনা শকহেনবীনা মপুবোইববু হাৎনবা থৌবাং অমসুং ডাক্তবশিংগী চেকশিন্দবনা মবম ওইদুনা চিংখৈঙানবনা শিখিবা অসিনচিংবা হৌজিক্কী সমাজদা থেংনবিবা অন্ধবিশ্বাসতা থাজবা অমদি লায়েংলিবশিংনা অনাবশিংবু কবিসু ওইনা খন্দবগী চৎনবী মওংশিং অসিগী মঙাল উপন্যাস অসিদা তাবা থেংনবি। মপুবোইবা কায়নববা, নুংশিববা মচা

শেৎনববা লৈবাক্নে পোলোইদা পীক্লিবা মগুনুপাগা লোয়ননা ময়ূম মকৈ থাদোক্নুনা চৎখি। লাইবিক অসিদা শৈবেংদা খোয়দাজবা অইবগী থোইদোকপা কবি ওইবগী মতীক মগুণ মখল মথেল নাইবা পূক্রিংগী ঈহ্নবু য়েক্লকপদা, মহৌশাগী অমসুং নাক য়েত্তা উবা ফংলিবা শক্তম কয়াবু শৈথাবকপদা নীংথিনা উবা ফংই।

ডো আই এস য়ূম্নামগী *ওলাগুথাগী লৈপাকলে* মণিপুরী সাহিত্যগী মকওইনা উপন্যাসগী লমদা নীংথিববা খূদোল অমা শোয়দনা ওইবগনি নীংই। মতুংদা অইবা অসিদগী মণিপুরী সাহিত্যগী মচল কয়াদা খূৎ থাদুনা অনৌবা কলাগী খুদোল কয়া পুথোবকখিগনি হায়বগী অচেৎপা থাজবা থমলি।

[signature]

পোলেম নবচন্দ্র সিংহ

# ৱাহৈ খরদং

অদুঙৈগী নুঙগী মীবোল ঙসিগীসু নুঙগী মীবোল ঙসিগী খুন্নাইসিমক্নি মতমদুদদি। নুঙনা থোমদুনা পিখম্লহনখি শাজাও ঙাজাও। থবায় কয়া'মা চবা নোংখনমিন্নখি নুমীৎ কয়া'মা। ঙসিগী মীবোলসু অদু মঙাই, পৈশিল্লি লন-থুম লৈজবা শক্তিনা চাবোল শুবোলগীদমক। কৈদবু খেন্নবি — অনীগী নুংশক! ঙবাংগীনা ঙসি ... ঙসিগীনা হয়েং ... পুম্নমক অমত্তুনি! ঙম্নমক মীনম্বনি!

অদুবু চেম্বুবদি মচৎনি পল্লোল্লিবা পনখাং কয়াবু তেমশিংননা লেপ্লাইদা চেম্বুবিবা মতমগী ঈচেল মাগীদি ঈথক্কী পোঙবু তোংলিবা হে কাওশিংও। নঙনা থম্মোয় পাল্লম্লবদি শুক্তোক্তুনা খুবাক লাইখন শা খানা য়েংলিবা মীৎয়েংসে শোয়দনা উবমগনি পনখাংশিংগী। অদুগসু ফাওবমগনি থম্মোয়দুদা, কাযববা থম্মোয়গী তেংথাখোলদো তামহৌববা কংল-উপালগী নীংখায়বক্লবা তোর্ব্বানথক্তুদা।

অদুনবু হোংবা তাই ফিজোলদি মতম মতমগী খোঙচৎলক্তা। অদুগসু য়াক্লবা থুমহীদুতবু ঈখৌ লাংলুবনা ঈমায় চোল্লবা পাক্লবা ঈপাক্তুদা ঈবাক্লবিবদি পেল্লব্রা নঙতগী থম্মোয়দো হাদা কাওশিং নঙবু উবীৎ নাপঙও। নাখলদুনা ফাঙমদে অবাপ্পগী ঈবাওখোল নাথৈদুনসু লোৎনা হূ হূদুনা চেল্লিবা। কবম্লসু উকগনি নঙগী মীৎনহা অনীদুনা অকোয়বদা থাংজিল্লক্লিবা ঈনাং। অদুদগীদি ঈশং ... কঙকূপ ... কঙজাও ... ফূমদি-হাউদি ... ঈচেল মাসু অমম্বদা ফিকুক ফিবাং খুম তুমীন — বি বি ... কনানবু নাচুংলিবগে ঙসিগী তাইবংপান্দা! হোংবা নাইদে চূশিনখ্রবা অহীংবা লীচৎ!

অদুনবু লাউবি তুমীন, তাইবং থবায়বু য়োকচবী চীংজুম লাইজও, চেম্বুবো লেপ্লাইদা ... চেম্বুবো ঙম্নমক ... চামথোক্লবো মতমগী উফূল ৱাইফূল। কবিগুম্বদসু মথি ফোংলকই, "নুপীদি ইমানি! নুপীদি মংফম্নি!" লাউখিগনি খোল্লাউসিমসু শিংলি পাবলহেক থোকপমখৈ নুপাশিংদুনা (নুপীগী শুমহৎয়াইদা পঙথখ্রবা) নুপীদি নুপীনি! তঙাংল অদবগুল্লাপ্পি লীক্লানা থান্নবা! মসিমক্তনা মালং খূৎশেম্মা শমদোনদৈ ফোয়দৎপীখ্রবা লৈহাউ লৈবেনসু সনা লম্মৌগী য়াঙবিথক্তা উফূলক্তা হেক হেক খুদিনফম ওইববিবনি। শমজীবক্কী নাগেশ্বরনা লৈমন চন্দুনা কেনখিদ্রিঙৈ খেঞ্জোংলক্কী থম্বালসু পোমশাৎনখিনি; থাবিকথাসু অদু মঙায়; কৈদবু থৈকগনি খোযবাবা মাসু,

নুপী মানা নুপী ওইবিখৈ —
নুপা মাসু নুপা ওইখিনি;

নুংশিবগী হিন্দেন্দদি ওম্নমক মীনম্বনি –
নুপীসু নুপানি! নুপাসু নুপীনি!
লিনসু চৈসুনি! চৈসুসু লিননি!

অদুনবু অখাঙ কনবী লৈবাক্কে কৌবী লৈবাংনা য়াক্লবা কালেনগী নুংসাবক্ত মদোম মালেম লৈতংগায়বক্তে ময়োল লুনৌ তম থোংনা নৌনা তাইবং শীল্লম শীম্বা শীল্লংননা জগোয় খুৎথেক তম্ববু মালংবা মাসু কৈদৌদে। তাম্বাগী ঈপোমবু লাংবনে। যেন্নীংথাগী কাওশিংগুম তাউবনে। পুন্সি পবিং থাবনে। অহোয়নদুম মল্লবা মতমগী নময়াংদা কল্লাক কৃক কাববা মালংবনা শীৎ শীৎনা খোমদুনা পুখি কংলবা মতমগী উফুল-ম্বাইফুল। মদোম লেপ্তুনা লৈহৌই উচুং মাদি ওলাঙথাগী লৈপাকলৈ। অদুবু অমমবা অমসুং অঙানবা অনীগীগুম্না কবোকলৈ অমসুং লৈপাকলৈগী মায়থোঙ অনীসিনি তাইবংগী – নুপী।

য়ূমফমসিদা শাগৎচখিবনি ঐনা ঐগী ***ওলাঙথাগী লৈপাকলৈ***। লাইবিকসিনা লাইবিক অমা ওইবকপদা ম্বাইদগী অচৌবা থৌদাং লৌবীখিবদি ঐবু ইখূৎ পায়দুনা তম্বীবকখিবা ঐগী ওজা (মীয়ামগীনা – ***মেহরু*** শবৎচন্দ্র) শবৎচন্দ্র নোংথোম্বনি। ওজানা মতম কয়া কাইথোকপিবগা অনীবক হন্না পাবীদুনা বানানগী অচুম অবান কয়া শেমদোকপীবমদ্রগদি ওসি লাইবিকসিমক ওইবমলোই। ওজাগী মিনুংসি, ঐগী পুন্সিনা লৈবিমখৈ লেঙদনা লৈহৌবগনি। অদুগা ঐখোয় ম্বাইনা ইকায় খুম্নজবিবা প্রোফেসাব পোলেম নবচন্দ্রনা লাইবিকসিগী মবমদা ম্রাহৈ খবা ম্রামাঙ য়ানবীদুনা লাইবিকসিবু হেন্না মশক থোকহনবীবগীদমক থম্মোয় শেংনা ইকায় খুম্নজবা উৎচবি। ঐগী মকপ য়েন্দ্রেম্বম বনধিবকুমাবনা লাইবিকসিগী মখূম য়েকপীখিবগীদমক তৌবিমল খঙবা উৎচবি। অদুগা ঐগী মকপ মোহেন চোংথাম্না খুৎই ওইনা লৈবিঙৈ পাবীদুনা থাগৎপিবকখিবগীদমকসু থাগৎচবি। লাইবিকসিবু ফোঙদোকপিবিবা বাইটর্স ক্লব মণিপুব, নম্বোলগী থৌমীশিংনা লুপা ৩০,০০০/- (লুপা লীশিং কুম্বা) তেঙবাংবিবকপগীদমক হবাওবা ফোঙদোকচবি। অমদি লাইরিকসিবু ময়েক শাগৎপীবিবা মোনিকা প্রীন্টর্স, কৈশামথোং বজাবগী মঙ্গী অমসুং অকোইজম ভাবত বসন, লাইবিক ওইনা নম্বীবিবা য়াইবীবেন কম্যুনিকেসনগী ঐগী মকপ ইমোজীৎ লোয়ননা লাইবিকসিবু লাইবিক ওইবক্লবা হোংনবদা তেঙবাংবীবকখিবশিংবু তৌবীমল খঙবা উৎচবি।

লাইবিক অসিদা য়াওবিবা মব্দওইবা মীশক "লৈপাকলৈ"গী বানান অসি কবিগুম্বা মফমদা "লৈবাক্কে" হায়না য়াওবিবশিং অসি "লৈপাকলৈ" ওইনা পাবীয়ু। মথঙগী অনীশুবা খূৎনমদা চুমথোকচগে।

মীয়ামদা শিন্নজবে ঐগী — ***ওলাঙথাগী লৈপাকলৈ...***

— অইবা

# প্রসিডেন্টকী ৱারোল

বাইতর্স ক্লব মণিপুব, নম্বোল খৃ: কুম ১৯৯৫দা ৱাখল মান্নবা ইবমদমসিগী অইবশিংনা পূনশিন্নদুনা নম্বোলদা লিংখৎখিবা লোয়ন-শিল্লোনগী লূপ অমনি। মক ওইবা পাম্ব দমদি মায়কৈ অসোমদা লৈবিবা লোয়ন-শিল্লোনবু খোয়দাজবা, পামজবা অইবশিংনা পূল্লীং ৱাখল চুমশিন্নবগা, তাশিন-খোমজিন্নবগা, মতীক-মগুণ লৈবা লোয়ন-শিল্লোনগী মখল-মথেল লাইবিকশিং পুথোকপা, তেঙবাং, শেনথং পীবা, খন্ন-নৈনবা, সেমিনাব, সিমপোসিয়ম পাঙথোপা, ইবোইননা মায়কৈ কয়াদা লৈবিবা লম অমমমদা মশক নাইববা মীওইশিংবু খনগৎতুনা অমুক হন্না শক্তাক্লবা হোৎনবা, মতীক চাবা লমদমসিগী শকখঙবীদ্রবা অইবশিংবু মীয়ামদা শক্তাক্লবা হোৎনবা, মনা-মথুম পীদুনা ইকায় খুম্নবা উৎপা অসিনচিংবনি।

ক্লব অসিনা তৌজবিবা থবক থৌবমশিংদা পূল্লীং, থৌগৎপীদুনা কৎপীবকপা লোয়ন-শিল্লোনগী মনা অনী ১) *তোইজম বিহারী নীংশিং সাহিত্য মনা* (লুপা ৫০০০/- সাইতেসন অমা, সাল অমা), ২) *নামৈবাকপম চন্দ্রেশ্বর নীংশিং সাহিত্য মনা* (লুপা ২৫,০০০/- সাইতেসন অমা, সাল অমা) ক্লব অসিনা চহী ৩/৩ খুদিংগী পীদুনা লাকলি। অসিদা নত্তনা ক্লব অসিনা মশাগী চেফোঙ *ৱাকোল* চাং নাইনা ফোঙলি। মশাগী শঙলেন শাদুনা লৈবে।

তেল্লবা চহী ১৯ মুকসিদা ক্লব অসিনা মখল-মথেল লাইবিক ৩৯ পুথোকখ্রে। হৌদক পুথোকলিবা ডো আই এস য়ুম্নামগী *ওলাঙথাগী লৈপাকলৈ* হায়বা ৱাবী লিশাং (নোভেল) অসিনা ক্লবসিগী ৪০ শুবা লাইবিকনি। অইবা অসি মশাগী শৈবেং লাইবিক ৫, ৱাবেং লাইবিক ২ হান্ননা পুথোকখ্রে। মখল অসিদা খৃৎ থাবকপদি অহানবনি। অইবগী তোপ-তোপ্পা হৈথোই শিংথোইবা লম অসিদসু তোমথিন ওইনা লৈবি হায়বদু লাইবিক অসিনা তাকলি। শৈবেংগী ইহুল চেনবা মাগী ৱাবী লিশাং পাবা য়াবা, শীংথানবা য়াবা লাইবিক অমা শোযদনা ওইবগনি থাজে। অইবগী ক্লব অসিনা অহানবা ওইনা পুথোকচবিবা লাইবিক অসিদা অখাঙ কন্নবী, মবিল চুম্বী, মথৌ মশক খঙবী মৈতৈ নুপী লৈপাকলৈ অমদি মিনুংশি লৈতবী, কবাম চাউবী, অপাম-মিহৌ লাংথাক্কনবী, নুপী সমাজবু তমথীনা লৈখা তাহন্নবা শীনবী ওক্ত লমচৎ চৎপী শকহেনবী অসিগী লমচৎ মপূং ফানা যেকলি। অবোইবদা কন্নানা কবি ফল ফংখিবা লোয়ন-শিল্লোনবু নুংশিবীবশিংগী মফমদা নৈনবীনবা খৃৎশিন্নজবি, *ওলাঙথাগী লৈপাকলৈ*।

অইববু তাইবং মপুনা থৌজানবীসনু। মতম শাংনা মাগী পামজবা শিনফমসিদা য়াওন্নবা ঙম্বা ওইহনবীয়ু।

(signature)

প্রসিদেন্ত

বাইতর্স ক্লব মণিপুব, নম্বোল

## ১

**পীক্তকই।** তক তনাল্লি। শুপ্পগী কা অহুমতনি। শেমজীনবিনবা লৈকদ্রবনি – ঙসিদি কয়াদা ওল্লবা; মশক থোক্তবসু লোত্তুনা লৈবম্মী। অদুবু তেজাপ হাইদুনা মচু থাবিবা কোল্লুনা লংবগুম নীক নীক লাউনা পুন্নংহেক লংই। হেন্নদুম নীংথিজহল্লি মঙাও থীনা পাইবিবা অরাওবা লৈচীল্লক্তগী নাথৈদুনা থৈবক্লগা কেনগদবগী ঙাইদুনা লৈবিবা হৈনৌ মনালক্তা লীৎথবকপা মেবাগী তবামবিনি পানবা থাজগী মঙালনা ভেন্টিলেটব ফাওজিনবা ঙমদনা ফক্লাংগী মচুগা অমতা ওইখিবদুনা। পুংশিং খুদিংগী, অমবোমদা, কাংশি খীং খীংদুনা শন্নথোঙদা, চুথেক মবিদা সিফাই ঙাক্লগা চেকপলনা ইকোয় কোয়শিন্দুনা থৎলি মবক মবক্তা ময়াং পোৎথাং-পুবশিংগী (কুল্লীশিংগী) হাঙলা থেল্লা ইন্না ইন্না হুমাং হন্দোক্লা নোকপা খোঞ্জেল্লক্তা মবুক থল্লবা হকচিক লাংলিবা পাখঙ মচাশিংগী সুব তাদনা ঙংলিবা ফৌয়ান ঈশৈগী সূবগী ঈপোমসু। অদুগা কৌজেং হাবৌশিংগী মিববা খোঞ্জেলফাও য়েন্নখা অরাংথংবগী অঙ্গুব মনাশিংনা পল্লোন খাদুনা থিংই। মহৌশা লাইবেশ্নীসু নীংঙায়দনা য়াতাবি।

শেমগে যাওনা শেমখিবা মথেল লুকোয়শিংনা চাকচা ফালদা ঙাথু-থেংথু ফম্মীন্নদুনা অমগা অমগা মীৎচি খৎনবি; কবিগুম্বদসু খৎনৈ, ঐনা ঙম্মী – ঐনা ঙম্মী। থুমহৎলবা থম্মোয় অনীনা অমনা অমদা হংনবসু লেপ্তে, কবি রাৎলিবগে? কবম্বনা খ্বাইদগী হাউই? পাউখুম হায়ববু মোমোন মীনোক্লক্তা হূবান্দুনা য়েংবা মীৎম্না অনীনা তাঞ্জা চাকন্দুনা গোং রাইশিন্নবদুনি। ফাথবা ঙমদ্রবা থম্মোয় অনীনা ঈশিংপৈ পন্না নীংখায়দুনা ঈপাক তম্নক্লবা ঈচেলগুম হৌনা নোকথোকখি। চাননা নোকখিদুনা চীংলেনদি চাক হাখি, "অঁহম! অহম!..."

"অহম! অহম!..." লংলম্বা থাজবু বাহনা উমখিবগুম কুন্দোবৈসু পাখৎনা ঈশিং খুজাইদু চীনবান্দু তম্না "ঈশিং শোমদা লৈজবে। চাউবা কুক কুক!..." শোম্বাংনবকই।

"ম – সি – শু – বে – বা – নি – হে!" মমীত্তি শুগত্তুনা উইশিল্লি চীংলেন। ম্বব থিংগুমশু তৌই।

"ব্রাদো ঙাইহাক্তা..." ঙাইহাক্তি তবংনকই কুন্দোবৈসু। "অদো হয়েং মখৈদি খঙলেদনা, নমীত্তো য়েংলক্লনুকো।" ইচঙ থৌবকই। নোকফেৎ তৌ হাইফেৎ নোনখলপ তৌবকই চীংলেন। মীৎনহা অনীদুগী মারবোল অনীদু দোঙ থেংগাইনৈ।

"হো ফবে মীৎসে অদুম শো লোনশিনজবগে" ম্বব শাংনা অমুক্তং খাংদপ্তে হোন্দোক্লগা মোং হাদনা কুন্দোবৈ শুক্লপ মমায়দো লৈথোকখি।

"অদুদি – অস! ... ফজবনিহে, কোনখৎলিবা পাশিংদুদা ব্রাইখু শোদুনা থবাক থবাক ..." নোক নোক্তুনা কুন্দোবৈগী মায়থোংবু কোয়তান তান্নকৎবগা ফংমল্লকত্রদুনা চোকথবক্লবা মীৎয়েংদুনা ফক্লাংদা থেৎলিবা অয়েকপা ইনা কৃপ্পা মীথুংশঙদা থাবিবা ফমফমদুদা ঙাইহাকসু ফল্লুই ব্রাখলনা।

"আ, থোংবা থাকপসে য়াম্লদি পামজবা ... কয়াদি খঙদে, ঙসিগীশিবু ..." যেংদশিন্না মীৎলাউবী মীৎচিনা ফল্লপ, মখৃত্তা শৌজিনব্ববা খাবৈবুশু শেৎতোক্লবা হোৎনবি কুন্দোবৈ।

"অহাওবা হাযবসিদি থম্মোয়না খোয়দাজবা মথেলদুনি।" হুক্কে তৌবন্না চখোম ঙাইহাক্কী লমদল্লদুনা নোকফেৎ তৌই চীংলেন।

"মদুনা অচৌবশিংগী ব্রাহৈনিদনা।" খোঙবীনা লৈমায়দা তকপা হৌবকই কুন্দোবৈ।

"অদুদি, নঙ চাবব্রা – চাবি মখৈ থনবা নাইদবা, অশুম ঈখৌ লাংহনবা মথেলদো?"

"ইস! চাবদি লায়বদনা মমিংফাও তাজদ্রি ইবুংঙো ..."

"হঙ্গাম চমথোং।" থোইনা খম্ভকদনা দোঙ লাউনা হায়দোকখি। নোক্লীংবদি খয়াৎ চীক্তুনা খাঙলি চীংলেন।

"হোইনেহে 'দুদি – হঙ্গামপাল মতেক্ল হুমাং তৈথোক তৈথোক্ল নুংশাদুন্দুম হকচিক লাং হঙ্গামদুম থাকখিগে ..." ফূক হৌগৎকে তৌই কুন্দোবৈ।

"এ: ঙাইখোনে, নোং ঙান্দ্রিনে পেম্মা ..." চীংলেনগী মখূৎ ওইনা য়েংকী মখুদাংদুদা তাপ হেক পায়দুনা য়াম্ভুজে কুন্দোবেবু।

"অস! তাঙ্গাসিদা ... মোবাইলসিগু হেক মুথৎহৌদে ..." মুকম মুকম সোল্ল সোল্লদুনা শুক-শুক হেক নৈশিল্লি। অনীমক শকফম হেক হনজিল্লি।

"ঈশিংদো, শোমদা, শোমদা নৈজবে ..."

"তাব্রা (হল্লো) – বনজীৎ ... কবি? ... নমফালোংগী মখা থংবদগী ... হেবোইনগা কোন্ননা ... আ নুপাদি? ... ঐনা হায়দুনিনে মখোয়সে অয়াম্বনা তাঞ্জা লুম লুমদুনা তুবেন্নগো থেল্লে ... হোয়নে হোযনে ... জোন থাবক্লে ... ফবে ফবে– থম্মো।"

ঈশিং খুজাম্‌দু পায়দুনা ফূক হৌগৎখি। ঈশিং যাউম অমা উম্না উম্না থোঙজাও ফিজংদু হাইদোক্তুনা মঙক্তনি লীৎথোক্তুনা অমুক্তং কল্লপ্না কৌবিবা, "হাই থোইবা"খূৎ হাম্ফম য়ৌবম য়ৌফাৎত্রি চীংলেন, মখূৎ কোক্তুনা (সলাম তৌদুনা) চপ লেপ্পী থোঙজিন্দা থোইবা।

"সাব, কবি তাকপীগদবা?"

"এস আই জোন কৌবকউ।"

"ফনি সাব" মখূৎ কোৎলি। থোকখি থুনা থোইবা। ফমথবতা মঙায়বি চীংলেনসু।

"সাব, কবি?" জোন নোকফেৎ ... নোকফেৎ ... লংত্রিক লংবা কোয়বাওনবা মমীৎতুনা কবিগুম্বা অমা কাসিদা ক্রোক ক্রোক হেক ওৎপমখৈ হূবান্দুনা থিবি ...

"জোন! ফম্মুনে" খঙনীংবা য়াওদবা মানবা খৌবাংবদুনা য়েংনিং উনিংলিবদু নমহৎনা খংনা খংকৌ কৌই।

"সাব!" মপুনা ফাববা হূবানবগুম ফমশাংদা (সোফাদা) তপ্না ফমথৈ জোন।

" বনজীংকা পাউ ফাওনবো, নুপী অনী'মসু ফোবগা কোন্ননা ফাবেনে৷ ঐসে ঙসিদি পোত্থাবগে। নঙনা ফননবা লোইনা শীনখ্রো।" হৈনিংদবা মতৌদা ফৃক হৌগংলকই চীংলেন।

"ফনি সাব! ঙসিগী মথেনবু কমদৌবীবগে?" ঙসাইমখৈ তানজা লুমদুনা লৈবস্বদু তাঞ্জা মচা অমা ফংদুনা নোংশিল্লকই।

"হেবা জোন, মদুবু হংনি হংলিসিবু?" পূক্লীংগী নুংঙোনববু ইকায়বগী ঙবোংনা ফনা য়োমশিন্দুনসু মায়থোংদা তাবিবা অবংবৈ মঙালদুনা হংঙা হংঙা হায়না অহাংবা মালঙদা তিনখিবা মহৌশানি। থোইনা নুংনাংলুদ্রে চীংলেন।

"ফবে সাব, মঙ নুংঙাইবিয়্যু –" মায়থোং ঙানথক শা থোকখি জোন।

অঙাওবা নোংলৈলক্তা হুম হুমদুনা চাক্লিবা অথেঙবা শজিবুগী লম্মৈনা ষনবী ষন্নাওশিংবু কোয়তান তান্নকবগা চোকথবক্তুনা নোংলৈনা হনখ্রদুনা মশোঙ ফন্না ঙংলম্বা লম্মৈদুসু তাঙ্গোয়গী পোমফ্রি শুপ তৃমখুন তানখ্রবদা মনা থেক্কৎতুনা মঙক থাঙ্গৎলগা মাযকৈ খঙদনা কোয়না য়েংলকপা ষনবী ষন্নাওদুগুম চীংলেন কুন্দোবৈ হেক্তমক মীৎচানকই। হন্দক্তি নাওবি কাপ্পা অঙাংশিংগী মখৃত্তা থব্রায় কলহৌনবা মঙক্কা লুক্রাকনুংদা থিংজিন্দুনা লোৎলিবা উবেংকোন্দৌগুম য়েংশিন্নদা উশিন্নদা লৈথোক্লে অমগা অমগা। অদুবু অমুকসু হেক্তমক ... থৈয়ায়ননা থৈদোবকই থোঙজিন তম্না চীংলেন।

কুন্দোবৈসু য়ূমগী মবেম্মা অমা ওইনা ঙাইহাক্তা মথৌদগী হাইদোকঙমদে; থম্মোয়নদি কৈদৌবিবগে হংদুনা মীৎচিনা ফল্লপ্না য়েংজবা নত্তনা। চীংলেনসু অদুমঙাই নুমীৎ খুদিংগী চাক তোকপা খুদিংদা ফম্বা হৈনদবনি; খোঙকাপ খবা মপান্দা হকচিক লাংনা সিফাইশিংবু য়েংশিনবা চৎপসি মাগীদি হৈনবীনি। অদুবু ঙসিদি তাবুনুংগী তাংগৈগুম কাদগী মপান থোকখিদ্রে। ফিজংনা খুমদুনা হাংলিবা থোঙজাওদুদুম তপ্পা থিংজিল্লি চেৎনা। নহানমখৈদি তাখিদবা খোঞ্জেলনি পুনাগী "কী!..." খংপ্রেক খংই থম্মোয় অনী।

হৈমুন ফাববা হৈনৌনা উথেক্তে, কেল্লকপগুম মদোম কীছজে থোঙনাওগী ফিজংগী ফিজীনসু। তুমিৎ ফাওবনা পাইশিল্লকপা হঙ্গোইবে কাসিদা।

অদুবু মঙাও থীব লমহেক্লে মালংবা লোৎনা তুমিন ভেন্টিলেটবদগী মূনা মিতাবকই। হায়বা ইল্লবা শিল্লিং হুমাইনা লুশম মেৎ ইন্দুনা তানখি । মফি মুলহৌই। ফিজীদা কিবম্বা থাবল্লে লৈনম লৈমায়দা হৈদোকই চোয়জাইননা। পূমচাই চাইখাই শিনবা থুংনা।

শবক সিনা তাম্না তাবিবা তাউবগী হূইখোলসু থম্মোয়বু তম্নবল্লগা থাউ কংলবা পোদোনগী মৈবীগুম অশুম অশুম কনাদসু কাইহৌবমদনা থাপ্না তাম্না য়াতাখি অমম্বা অহীংগী খয়াত্তা মদোম। অচীকপসিনা তম্নবক্লবদা ফমশাংদা (সোফাদা) ফম্ববু তিংখং মথক্তা ফম্বগুমলে চীংলেন। ফূক হৌগৎলি। খোঙথাংনদি থংনবা কাবোমদা, থম্মোয়নদি হংলি চঙলদ্রনে, পূক্লীংনদি খাম্মী, ঙাইখোদা। ব্রাখলনদি চিংশিল্লি শাগল লাক্লুনা...

কুন্দোবৈসু লানজেনবা য়াওগদৌবিবী অমনা নংহৌববোই মতাগুম লাক্লক্তা মপোৎ মচৈ লোইশিনবগুমখ্রে। য়েন্নীং থানা মালেমদা খোঙদাবক্লবদা ব্রাখল মঙলান কয়া কয়ানা মৈবাগী লমজীং ওইদুনা ব্রাখল নোংলৈনা পূক্লীং লৈকোন্দা চঙলুদুনা থম্মোয়গী কুন্দো লৈবাংশিংবু হেক্লগা নীংজবা লংলাদা লেংদুনা পামজবা পাম্মুবগী ঙকশমদা হুক্লুনা লেঙদ্রবা খুদম (শাক্ষি) থমখ্রবা লুহোংবগী মপুবোইবনা তম্বীবা অউনপোৎশিংবু লোইশিন খোমজিনবা লোইদুনা কাঙখলগী ফিজীন থোক্লনবা হোৎনবি। লেপ্তুনা থাংবা খোঙথাংনা চীংলেন থোঙজীন কানশিনবা খঙহৌদে। কুন্দোবৈসু কবম্না লময়াযদা উচ্কুম লেপখিবনো নীংশিংবা থোকখিদ্রে। তশেংনা অনীমক মঙগুম্লে। তাঞ্জা খঙদবী খুজি পোকচাউবীনা অমগা অমগা মীৎচিগী তেন কাপ্লবকপদগী লাউনবক্লুনা মীৎকপ থোকই চীংলেন,

"মসিনি ঐগী পুন্সি। তম্বা ঙমদে হৌজিক্কা কবি হোবেন্না অমুক কবম ..."

"পুন্সিবু কনানা তম্বা ঙম্বগে তাইবংদা। মসিবু নৎত্রা পুন্সিগী মহাও।"

"ফবেনে তূম্নুবসি –" খংহৌ হৌবকপা নোংলৈগী খূৎশানা চূবাগী শম্লাং চবুন চবুন ফোয়খিদুনা ঈংনা চীক্লা তূমখুন তানজবম্বা ঈপাক্কী (সমুদ্রগী) ঈথক হৌ ঈপোম লাং থুগাইকবগে য়েখায়কবগে মতাগুম ঈথক কাবক্লে কংফাল তম্না চীংলেন ...

"উম –" ঈচেলগী তুংইনজবী ঈবাওখোলসু মোমোন মীৎনোকপু তম কোয়তানবু তান্নজে ঈথক্কীদি ঈগোমও ... পাউখোংদুম চল্লি খোঙ্খাংগী নাশোন পীক্লা কুন্দোবৈসু ...

কোন্না মচুগী কাওখলদা হৎতুনা ফৃগাইনা শাৎলিবী শিঙেল লৈকাবক্তে ফাওজীল্লক্লিবা অঙাওবা জেবো বক্কী মঙালনা হৈয়াই অমুনবগুম্না খজাইথক্তা য়ৈববিবসিবু উকব্দা চীংলেন থম্মোয়গী ফিজীন কোন্নকই। অদুবু হে মীওইবা, থম্মোয়না থম্মোয়বু থুমহৎপ্রা? নুংশিবনা নুংশিববু নমহৎপ্রা? চীংলেন লৈপাকলৈবু মথানুংদা চেজেৎ কোনশিনজ থাই থম্মোয়গী অৱাবা পোৎলুম পুন্সিগী লুহোংবা অহানবগী অহীংদুদা' ৱাখলগা পূক্লীংগা য়েৎনৈ মীৎকৃপসিদা – লৈপাকলৈবা কুন্দোবৈবা, কুন্দোবৈবা লৈপাকলৈবা? কুন্দোবৈদি উতুপ তাগুম তাদুনা লৈ। পাউখুমসু পীদে ... মঙলাক্লবগুমসু তৌই ... কংলাক্লবকই চীংলেনসু

"হে নীংশিংবা কৌবা –
নঙতা লাপ্লা চৎখ্রোবা,
থাপ্লা তাম্না তুমিন্না
নঙনা অমুক তম্নবীবনু ।

পুন্সিসে অনৌবা মপোক্লি –
কুম্মেনি অনৌবা লাংওনগী,
পূক্লীংও ৱাখলবু খাম্মুনে
থম্মোয়ও থেম্মুনে পূক্লীংবু।

থম্মোয় নঙদি পুন্সিগীনি
পুন্সি নঙসু অহীংসিগীনি,
অহীংও নঙদি অয়ূক্কীনিনে
তাউবগী খোঞ্জেলসে তাদব্রা?

নীংঙাইদনা তূমখুনগী মতমবাক্তা

হে অহীং তূম্লোনে,
নঙনা তূমখুন তাল্লগা
তাউকবগে ঐসু মঙলান্দুদা।

হে পুন্সি তূমখুন তাম্লোনে
ঈয়ায় থকী ঈথক থেম্ননু,
ঈবোন নুংগী তম্ফা খুল্লুবো
হুম হুম ... তূমও তূমও ...

# ২

 মণ্ডলান্দদি তাইবংনি৷ তাইবংদনা ৱাখলগী মশেন-মবাংবা মমিনি৷ অদুগা থোকখ্রবা যৌদোক্লা হৌখ্রদুনা থক্তোবকপা চৈনাখোলদুগী চৈবী চৈথেংনি তাইবং পুন্সিদনা। তূমখুন্দা মণ্ডলিবা মণ্ড তাইবংগা শম্নদে। অদুবু তাইবংশিদসু মণ্ডলানগী মথেল ওইবা য়াবা মচলসু কবিগুম্বদা লোৎলম্বদগী ফোঙলক্তবা নত্তে। অদুনবু পুন্সিদা শংশং মীৎমাঙদা চোংথোবক্লিবা যৌদোকশিংনা তম্নদুনা তাইবংদা ৱাববা চীংলেনগী চোকথববা পূক্লীং থেমঙমদ্রবা ৱাখল পুঙমদ্রবা হকচাং ঙম্নমক মণ্ডলান্দা ঙাইহাক মীৎকূপ লমদনদুনা পোত্থাই।

ফাইবেন থাগী মাকমৈনি। শকওং য়াম্বী অপাইবা লৈচীল মফোলনা ওল্লকই নোংজাবী মপৈ মপৈ। অনৌবা ফিজোল হোংদুনা অপাম-মিহৌগী (মায়াগী) জগোয় শাবিবনি অঙ্গবাগী লমদমদুদা। তাবমদাই কোবৌগী ঙঞ্চান্নবা মশেক মঙালনা য়েববদা তাইবং পূন্না সনা অহীংবা মচুগী ফিজোল ফূন্দোংখ্রে।

খুইথববা নুংশাগী মঙালসু চীংদোলদা পনখ্রে। উকবা খূদিং শুমহৎযাই পুবে। পেৎথবকই থম্মোয়সু। নুংশিবা মাগী যৌগংনব থম্মোয়শিংগী চাক্তাফম পাৎনি লৌকোই পাৎ। নূঙগী তেঙ্গোৎনি ঈশিংনা থল্লবা। চীংদোন্দা খিল্লিবা মহৌশা ইমাগীনি। চঙফম হেক কানশিনখিবগা যৌগল্লোন ফজবী নূঙফাল কয়ানা মথং মথং কৌশিল্লি খূদাং পায়দুনা। পাৎকী পাৎচিন্দা মোতোববোত কয়ানসু চোইথোবকপা মীৎপু তান্নদুনা ফাবি – কাইহৌবি থম্মোয়দা – ঙানু থঙ্গোংগুম চাংজৌ নৈদা কোয়তাউ তাউকশি ...

অৱাংলোমদা য়েংথোক্লুই – মতমগী চেকপলনা থিংই ইকোয় কোয়শিন্দূনা খূৎশেমগী কোনুং মচা'মা। চেকপলনুংদৈ মঙক লীখৎলকই মচু অহমগী ভাবতকী ফীবালনা। মালং শাহুমদা জগোয়দুম শাবি (ঐ মঙাইবে)। থেক্লা খোয়বিবা চীংমায়দা চাক্তাজবী নাবক্লী তাংজা লিলগুম্না য়াংদৌ লম্বেল অপীখক্লা পীক্ল খূৎশাদুনা মবক খায়না খান্নি অনীবু। খজীক্তং মনীংলোমদা পৈবপ য়েংথোকখিবদা লমহেল্লা অনীনা (মহৌশাগী খূৎশেমগা মীওইবগী খূৎশেমগা) লমজেল তান্নবি ; নীংথিবসু

তান্নবি। লোইরোই লোইরোই থেল অমদগী থেল অমদা অনেম্বা পান্বীশিংবু নমহৎলিবা উচান পান্বী, গোলমোহোব পান্বী, নাশীক পান্বী কয়াশিংগী মবক্তা থিনগৎচবক্লিবা হৈগ্রুগী ফৈরাচাথক্তে খোইনিং লাবা অমোমগী খূম্লং ঈশৈবু শৈবাংলিবা চীংনুং হবিগী পেনা চৈজীংনা লেপ্তবা সুরদা চীংমাই খোন্না পূম্লিল নিলহন্নদুনা চিংশিল্লি হূদুনা নীংথিবী মহৈশা ইমাগী মখূৎমক্ল হাইবিবা নাউশুমদুদা।

খজীক্তং খাবোমদা লৈথোক্লববদি থেংনগনি মহম কয়াগী ককচেংশিংনা অয়ুক নুংথিল নাইদনা মহমদা চীঙ্গাক হোনজীনবগুম সিফাই কয়াগী যৌথাই মখোয়গী লৈফমশিং (বেরেকশিং)। ময়াং সিফাইনি য়েংলুনু মতাগুম খজাই তম্না চুপ চুপ চুপ্লকই লাইজ ঈবোম্নংগী লেমলৈ পূক্লাওবীনা। অদুদৈদি মালং পূকচাওনা খুৎচাওদুনা লাইজ ইমায়থক্তা পোপ পোপ যূরুদুনা তূমখুন তাম্লিবা ঈথক ঈপোম মচাশিংনা মীৎকপ থোরকপদুবুসু থেংনকরবা নূঙ ফাওবনা মহী চেল্লকই।

কবিগুম্বদা হেক চঙলকপগা পুংফাই মকদা খুদি থিকদুনা তুহৌদ্রবা শোয়দনা থেংনগনি নোংপোক চীংদুমগী মতোন্দা ইকোয় কোয়না শাবিবা মীংকী পোংথা শঙলেন। চীংলেন লৈপাকলৈসু মীৎফম হোংবা ওমখিদে শংত্রিক য়েংই। খুদোম্বীনা থিল্লি। খোঙথাংনা তুংইন্নে কাখৎফমগী থাক থাক্কী খোঙলম্লেল অঙম্বা। ওম্নমক তুংওইনহৌবে নূঙফালশিং ...

ফমফমদা ফমথবতা মঙায়বি, লৈপাকলৈ স্বব থবেৎ থবেৎ হোনজৈ কুচুগা তাইফেৎ তাই। ঈশিং থকই খাওদগী লৌথোক্লনা। চীংখৈনা লোৎনা মুন্না য়েংলিবা মহাক উকদে। অংকলচীপ লৌথোক্লনা মখুম হাংদোকই। "সে চাবো" হায়দুনা পীবকই। লৈবাক্লে মমীত্তি শজীগী তথকপা মীত্তাগুম টিডিমদা নিংঙাই তৌদুনা চেল্লিবা বস তম্ন: তনিক্লা য়েংথৈ। "কবিনো লৌবো" হায়দুনা মখূৎ তিংথোবকই। চাবদি চাদনা চাগদবগী শংত্রিক য়েংলম্লিবদু মমি শামি উবকই, পাখৎনা খংনা কিবগ্না,

*"কবিনো য়েংলিবদুবো –" মখূত্তা পায়বম্না অংকলচীপ হৈদোক্লনা তখিগে তৈই। তপ লাউনা খুৎচাউ অনীদুনা শুপ্লায় পায়শিল্লি তম্নৌববী খুৎশাদো।*

"সিবু খঙদবা –" মোং হাদনা অঙাং মচাদা শিকপগুম মনাতোন মচাদো শীকই।

"খঙদে!" শাউবগ্না মমায় ভাংলশ লৈখোকখি।

"ঐদি নঙসে তশেংনা কিবু কিশিল্লক্রে" য়াম্না চিংনবা মওংদা অকিবা উত্তুনা চীংলেন খঙনিংনা হায়রকই।

"করি! কবি হায়বনো?" য়াম্না পাখৎনা খংহং হংলুরগা মায়খোং হনজিল্লি লৈপাকলৈ চীংলেনগী মোমোল্লবা মায়খোংদুদা।

"হো নঙসে কিজরে!" হেন্নদুম অহোইনরকই।

"এ! কবিগী? হায়মু হায়মু (নিংঙাই তৌদুনা তকশিল্লকই—) লৈদুনা চেনবা য়ারোই।"

"অদুক নহা ওইরিবী নঙনা নেল্লবা পীকপ্রবা লৈতোং মচাসে কারকপদবু কাবক্লিবা হমাং মরীকশিং অদুগসু স্বরগসু থবেৎ থবেৎ, কবম্না খোঙবু ওইদুনা চৎকনি বাখল মঙলান (আশা) কয়ানা লমজীং ওইদুনা পান্দম কয়া কয়াগী খোঙচং কয়া কয়ানা শুক্রবা লোক্লুং কয়া শা-কৈতনা থল্লবা চীংলোন কয়া লান্দুনা শাই তিংখংতনা খুবক হাংদ্রবা খঙঙমদ্রবা পুন্সি খোঙচত্তা।" শকফম খর হঞ্জিন্না তপথবকই।

"মদুগীদমক কবিসু নাচুংলুদে। নঙতনা বাজবনি।" শেমজীন শাজিন্নদুনা দোঙ হায়দোকখি।

"এ: করিগী?" হেন্নদুম লাংতক্লবকই চীংলেন।

"উজাও তুবদা উবীদি য়াওই। উরীনা কংদুনা কেমদুনা মাঙখিবদা উজাওদি কংদবনি। লেপ্তুনা অদুম য়েংদুনা মরৈ। তু! তু — তু য়েংউ কংলিশিনি — সিবু ঐনা হায়জিনব্রনে।" মখোঙ ককথংশিন্নবা লাই চান্দ্রং পাম্বী অমনা উচান পাম্বীদা য়েংলিবদু খুদোম্বীনা থিল্লি লৈপাকলৈ।

"উরী বাবিগী বাদুদি আ: হনুবা হনুবী পাল থাঙৈগী বানি। ঐনা — তু — তু — তু — হৈগ্রে পাম্বীসে ওইরগে নঙনা মসিদা য়েংলিবা উরীসে ওইরো। ঙসিদগী চীংদোঙসিদা হেক্তা উচুংগুম্না লেপ্লসি — নঙ ঙমগদ্রা?" মমীং শঙতেক্লুনা চাগদবমখৈ য়েংই লৈপাকলৈদা চীংলেন।

"ঐগীদি লাইবক ফবনি। অশুক ফজব্রবা মহৈশা ইমাগী তম্বকসিদা নীংজবা পামজবা মশক্তে লেঙদনা উরনি পুন্সিগী। কয়াদা শেঙ্গগবা হে থম্মোয়।" মীংচিনা

ফল্লপয়েং,অংকলচীপ্তা চেজেং পায়শিন্দুনা নোক্লীংবা খাঙই লৈপাকলৈ। অংকলচীপ কায়রকপদুদা কোল্লপ থাদোরকই।

"ঙাংবা হৈবী ইবেন্মা ঙমজরো।" মকুপ্তম লাওবম্বা মমীত্তু ঙাক্রা মমীংমুক খুজিনম্রে। খবা শুকথনা শুত্তোক্তুনা অসুম কৃপ্লিবা জিংঘদা য়েংবগুম তৌই চীংলেন।

"গুম্বা ঙমদবগী ৱাদো তোক্লসি। উবা হুমদাং মশীংদুসু অদুম থিবিয়ু। অদো – সে – সেবা –" অংকলচীপ্তু অমুকসু পী ...

"করিনো অঙাং মচাদৌনা হৈজিকপু খুংনা লৌদুনা চাখিগদ্রা" মমায়দি লৈথোবক্তে শকফম কায়দনা অঙাং মচাগী নিংঙাইগুম চীংলেন।

"ফবেনে, কোক্লা লৌগেরা খোঙনা লৌগেবা লৌবো, সে লৌবোসে" চান্নমা ইনশিল্লকই মখুত্তো লৈপাকলৈ।

"ও: কোক্লা লৌগে, কদায় পীবকও" মমায় খংলৈ লৈশিল্লকই, মমীং মনা মখয়াং লাউথোক মঙক্তু শাংতোবকই অবৈবমখে চীংলেন উবোক লমপ্রাইগুম।

"মসিদি শুমাইনা হেক, অবেরদৌনা তৈশিনবা, ফবিনি!" চীনবান খদাং নাতোন খজাই অংকলচীপকী অংকলচীপ ঙাক্তা ঙায়খ্রে চীংলেন।

"অস: কম্মাদা হাউববা" নোক নোক্তুনা চায়। তৈথোক্তে। মবক মবক্তসু মরৈদুনা লেকইপোংনি চীংলেন।

"হিঃ হিঃ হিঃ" চীনবান খুমদুনা নোক্লম্বদগী শিথ শিথ নোকপা হৌবক্রে লৈপাকলৈ।

"হাউইনে সিদি! নঙসু অমুত্তং চাওদনা – সে –" খুবাম'মা লৌগে তৌই চীংলেন।

"এ: য়ারে য়ারে ইবুংঙো, ঐ শুম চাজরগে।" পাখংনা অংকলচীপ লোংশিল্লি লৈবাক্লে খাউ মনুংদা।

"নুংঙাইবেদা লবি শো, নোংমদা পোকপা মচানা নীনিদা শিবা হৌনদে, লৈবস্মুদো ঙসিদি খঙগনি, মমাগী ফিজীদা মচানা য়ান্নবগুম লৈশাবী ফিজীদা (চুনীদা) পাখঙনা য়ান্নদুনা ইন্নবগে।" ফিজী (চুনী) মতোন্দা তাপ পায়দুনা য়াল্লি।

"হো – য়ান্নগে হায়রসু চীনবানগীদো অমুক্তা, সে, রুমান –"

"মসি তৈথোকপ্রবদি কনানা ঐবু পাখঙনি হায়বীগনি। মতমসিদদি মাঙ্গোলদা মচা পোবগনা মৌ। খোইখা শেত্তুনা মচা শুন্নল্লগা সনাবুন পুদুনা ঈশিং শোকপা থোবক্লগনা লৈশাবী। মৌ লৈশাবী মশক চপ চপ মান্নববনিনা ঐদি পাখঙ মশক তাকখিনি।"

"হো তাকহৌবো, তাকহৌবো, ঐদি চৎলে।" ফুক হৌগত্তুনা চৎলি।

"নঙসু অসুম চৎলু, ঐসু অসুম ইন্নবক্কে।" ফুক হেক হৌগত্তুনা হেক্তমক যান্নে নোকফেৎ তৌনা।

"কবিনো মতা'মনিনে, মী উপ্রনিনে! ও! ফবেনে ফবেনে, ঙসাই ঐনা ঙমখিবদো নঙনা অমুক ঙমজবো, ঙমজবোসে, ঙসিতা নত্তে পুন্সি চুপ্পে, পুন্সিশিগীতা নত্তে মপোক লাংওন খুদিংগী – য়াবেদনা।"

"ফবেসে, ঈশিংদো পীবকউ।"

"ঈশিংসে ঐনা থকউবে, চীনবানবুদি থেংউদে কমানশিনা ওইনা ফবনিদা।"

"মসিদনি ঐনা ... অদুদি নঙনা নেৎলিবা লৈবাক্তুগা ঐনা নেৎলিবশিগা শম্নবে কম্মাই তৌনি?"

"মবৈসিননে, সে ... মখূমশিসু হাংদোকচবগে। অদো ঐনা তৈশিনখিবনিনা ঐনা তৈথোকচগে কমানসিনা।" হাংদোক্লববা মখুমদো অমুক লৈশিন্দুনা লীক্লিদু লৈবাক্তা থম্মী। কমান্দুনা তপ্না তপ্না তৈথোকই কোইচাই চাইবম্বা অংকলচীপশিং।

"মবৈগী ব্বা নত্তেনে, চৎনবী – চৎনবী, চৎনবীশিবু কনানা শেম্বনো? থম্মোয়না য়াববদু অফবা চৎনবীনি য়াবু য়াদ্রবা মদু নোংমদি শোয়দনা নাথৈবক্কনি। হোই চুম্মী চৎনবীনা খুন্নাইবু (সমাজবু) মমানা মচাবু নাউয়োম্মুদা য়োমশিনবগুম্মা

ফাজীল্লিবনি। অদুবু নঙসু খল্লুনে, মনাওনুপীদু মমৌনুপীদু ঈবাক্লবে, তাঞ্জানবু চাদ্রদি অদুম য়েংদুনা শিবা ঙাইবা তারিব্রা?" কমানদু চীংলেন্না লৌদুনা মমায় মমীৎ তৈথোক নাম্ভোকপা লোইদুনা মাগী খোঙ্গ্রাও ফুবীৎখাওদা হাপচিনখিবদু লৈবাক্লে য়েংতমক কল্লপ্রা য়েংই পীয়ু হায়কদ্রে।

> "হো ফরে চৎনবী শবাক ফাকেরা, শেমজিনগেবা শাজিনগেবা – অপাম্বদুতা তৌবীয়ু – ঐ কবিসু হায়জদেকো।"

নোকফেৎ তৌনা লৈথোক্লুনা তাম্না য়েংখিবদুদা চীংলেন ইকায়বপ অহোইনরকই,

> "এ: নঙ লান্না লৌরমাল্লে। চৎনবীনা চিংলিবা লীচিংসে অচুম্বা লীক্লমদুদনি। ঙসিগী মীবোল অয়াম্বনা থৈবক্লিবসি থোইনা খিজীল্লুদনা মনুং হকচীন্না খঙদবা, ইপা ইপু হাঙক্তে শুথাং নাইথাং ওইনা চাউচৎ চৎখিবদগীনি। ঐতনা হেনজীন্না হায়জীনব্রা য়েংউনে – চৎনবী ওইনা নুপীনা চাক থোংই। চাক্তুবু চামিন্নরিঙৈ শোয়খিবদগী শোক্লে শম্লকববা মপুবোইবদু খূৎ হেক্তমক হামদোকনৈ। কায়দে। অদুবু চৎনবীশিগী নুংদা চেল্লিবা ঈচেলশিদি মতমগী তাবুনুংদা অদুনা অসুম মবে।"

লেপ্পা নাইদে চীংলেন। মাগী নুংশীৎ অপাইবীদো থেংনকববমাল্লে খন্না লৈপাকলৈসু অদুম খাঙলি। মখা তানা "চৎনবীশিনা নুংদা থক খা নাইবগী কাংলোন অমা ঙাক্লুনা থম্বনি। মসিবু কায়থবক্লবা – ইমুংদো হৈনৌজোম য়ুম্বাল তেলঙ্গা য়াহিপ হায়নরিবা খায়াত্তুদা নোংমদি সোয়দনা তাবক্লনি" হায়না চীংলেন্না শমথবকপদুদা লৈপাকলৈনা মখা শমথরক্তনবা কবেম্লবকই, "ঐগীদি থৌঙ্গবা হৈদ্রাং অমা লৈ হৈনৌজোম মশুং সোইননবা; অদুগা মতোন তুমপ্লবা খুদোম্পী অমসু লৈ তেলঙ্গাগী পূক্লি চুম্বিননবা অদুগা..." পুলিসকী হৌনবা মীতিক মীবৌ খঙবদুনা লৈপাকলৈনা শেবান্নবা পুম্বিদুনা অবানবা তাহনগদৌবে ব্রাখলসিনা অচাকপা মৈদা ঘী হৈগুল্লদুনা লৈপাকলৈবু নমহৎলি চীংলেন, "ঙাইখো! ঙাইখোনে, লমফৈ অমরোমদা চৎখিগদৌরে নঙগীদো, নোংমা ফাদোক চবা হেনবদি অমরোমদা লাইনিং লম্বেলনি ফৈ হায়নরিবনি। অদুবু মকু নৎত্রগা মতৈনা মমৌ নৎত্রগা মনাওনুপীদুগী থবায় লৌবদি মতাবেনে। মসিগী চৎনবী লোনচৎসিগী নুংগী ঈচেলসিদি থৈদনা শম্না মফৈ অমনা থোং শাদুনা থব্রায়দুবুদি কনবিবদা করিবু কায়বগে?"

"ঐবু কায় হায়রব্রো?" তাপ লাকপা লৈপাকলৈগী বাহৈদুবু অমুকসু তাপ লাক্তুনা নমহৎলি চীংলেন, "নঙগীদো নুংদা ঈচেল'মা চেল্লি, মদুগী ঈচেলদো মদুনি ঐনা থৈগদৌরিবসে গুসি।" লংত্রিক লংলবা মমীৎতুগী খানা য়েংবা মীৎয়েংগী মৈবীদুনা রায়বা হৌবকই লৈপাকলৈগী ফিজী (শলবাব) মচাদা – 'দুগসু তুন্নবা খুদোম্বীদুনা, "তু! 'সিগুম্বা ফিজেৎ (শলবাব) – আ – (জীনগী) খোল্লাও শেং চাবম্বদগী মৌ ওইববা মতমদদি ... ফজবে – আ – খোয়খাদা – কবিনা ফি চিংখত্তুনা শেংপদি হৈত্রবনিনা। মকোক মরু খুম্বগী চৎনবীদুসু আ খুন্নুং চকী ওইখ্রেদো। নীংদু য়ৈবা হৈত্রবা শল্লাংদুনা হূই মমৈগুম ফেৎ ফেৎ হাইদুনা মাংশোক ফমেন্দা জম জম ... খুৎশেমগী চৎনবীনা হংলাই ওইহল্লবা লাইফদিবী কয়ানা উযুল্লক্তা খুদিনফম ওইববিবশিদি ফবিনি"। তস কমদৌই মতাগুম মকশিন্দুনা কাহৎলম্বা মায়থোং ঙাম্থোবকই চীংলেন।

অবাপ্পদা চীংমাই খোল্লা চাক্লম্বা লম্মৈনা শাইজীন বাইবকপদুদদি কবম্না লৈতাগনি লৈপাকলৈ। "নঙগী মীত্তো চাক চগ্রীংখক্তমক উবে। তু!..." লৈপাকলৈনা নোংমা চীংলেন্না "নীংদু য়ৈবা শল্লাংনা মালঙগী ফম্বাক্তা শাবা জগোয়গী মঙ মঙলিবনি" হায়খিবদুদগী খাক্লকখিবা নঙ্গল কুপ্লম্বা চোইজাইনববা শল্লাং খুদাপ খুদাপ খোল্লা ঙকয়ান ফিগুম পুল্লপ য়েৎথংবৈ নাপ্লা কুপ্লুদুনা মতমবাক্তা ঈশিং চাইবীগুম স্বায় স্বায় তাবিবদুবু নাল্ল নাল্লদুনা, "ওম্থোক্রসু লম হেনগ্রে। নোংমা লাক্কনি হায়বম্বা শমককপদুবু (নাপেত্তুবু) ঙাইবদা লৈমায়দবু শ্রো শ্রো হেক চিংলবনিনে সে!"

ফোঙ মঙফাওবক্তুনা চীংলেন নোকফেৎ তৌবম্বদগী নাশোন্ননা নাম্থোকপ্রবা ফাঙমহৌদ্রবা নোকপগী খোনজেল্লক্তুদা ইকায়বগুম লম্মুক্লবিঙেদা, "তু! তু! য়েংউনে?" হায়বা লৈপাকলৈগী য়াম্না পাখৎপসু মানবা খোনজেল্লক্তুদা অবাপ্পদা খুৎশাদুনা থিল্লিবদুবু কোয়তান তান্নৈ ঙক্লা চীংলেনগী মীৎয়েংসু অঙাং মচাদা মচাগুম মোং হাদনা তপ্না অমুকসু তম্নবকই চীংলেনগী থম্মোয়দা, "মতোক পানবশিবা পান্দবশিবা খোংলিবসে?" উবা ফঙমল্লকত্রবদুদদি চেল্লপ তানবসু অমুক হোৎনবকই খোইনিংগী খোপ্লেলদো চীংলেন। য়াম্না খঙনীংনা শমথরকই, "মসি পাউখোং চল্লিবনি।" ঙসাইমখৈ লৈপাকলৈগী বাখলনা শাবা খোইনিং লাবা অমোম অনীদুনা চীংলেনগী থম্মোয় কৈবাদা কায়দোংজরম্বদু লৈপাকলৈগী "লৈত্তোন শরু পান্দে হায়দুনা কোঙলিসিসু তাও..." হায়বা বাহৈনা শাইরোংগী মরু ওইদুনা তাম্থোকখ্রে।

উথা ব্রাখা শীন থুংনা শন্দোকপ্লিবা মবুক থল্লবা থম্মোয় অনীদগী পাথোরকপা নোকপগী খোঞ্জেল্লক্তুদা ঙাইহাকসু নাশীক পান্বীগী চেকখায়ববা মকৃ মরক্তে চেপথ চেপথ লোৎনা হূবান্দুনা য়েংজবন্না পাখঙ মচা নুমীৎযুংবীদু চেনখ্রে মমৈ থেক্কৎতুনা, উবোং শুমচিৎ পায়দুনা মালংবনা অকঙবা উনা শীৎচিনবা হৌরকপদুদদি।

লৈপাকলৈগী থম্মোয়দসু অদু মঙায়। চিংনা অমুক্তং নোংচুপ চীংদোল তমনা মীৎয়েং শান্না য়েং পুক্লীংগী পোৎলুম থাবকই, "ঘড়ীদো অমুক্তা য়েংবিও। না পান্নযু পায়রগদবা, ফম্মু ফম্লগদবা, লেপ্পু হায়বসু অদুম লেপ্লগদবা ঐঙোন্দা তম্বীবিবা পারাদো শাংমনখ্রে। হয়েং কৈশুমলঙগী মীয়াৎশিংদা তম্বীনবা খবসু মখাকপীয়ু কৈদৌবগে। ওঃ শিনফমদু ওন্নবে ওজা, তাকচবা নৎচদেকো। হজৎচবনি।" লৈপাকলৈ মতম্মগা থেঙজিল্লকপদুনা মখা তানা মঙোন্দা অমুক ওনশিল্লকত্রবসু মীপাইবা পোকশিল্লক্লে। নাশিখোংদা তাইনদুনা "মসিগী ঈশিংসিতা হৈদোক্লগা ফবদবনি।" হায়দুনা লৈপাকলৈনা লীক্লিদগী ঈশিংদু লৈবাক্তা হৈদোকই, "ট্রোং – ট্রোং..."

হন্দক্তি চীংলেনদো চোকথকবনবা কবিনো খৌগংনববা উফূলনা মবৈ তিংথোক্তুনা চেপ্পবক্লিবা ঈশিংদো লেক লেক্তুনা থকচীনখিবদু ঙাইহাক্তি তুমিন্না য়েংদুনা লৈ। করি খল্লুরবনো খঙদে, থম্মোয় মহী চেপ্পোবকই, "হায়সু হায়বনি লৈপাকলৈ, ঐগী থবক মফমদদি (ওফিসতদি) ঐসে ব্রা ঙাংগন্দে, ঐবু উবদা নোক খেরম্নগসে খরদি হেক্তা হম্লি হায়বসে ঐ খঙই। ঐঙোন্দা ফাগি তৌবা ঐগী কাঙবুদা (স্টাপ্তা) অতাঙবনি। মশীং খীবা য়াই। অদো নঙগী নফমদদি ঐগী লৈজবা পুন্না শীং শীংনা মখোঙ পান পান্দুনা... খঙদেসে, লৈতোনসে অসি য়ৌনা শরূ পান্নিসিবু করিগীনো?"

"তশেংনবু চুন্নব্রনে?" নোক্তনা হংই।

"চুন্নেবো। তশেংনা চুন্নে।" নোক্লিংবা খাঙনা ব্রানা হায়।

"অদুদি লম্লেমনা চেন্লে, খয়োম অমতং লাকথোক্তবা য়াদ্রে, অদুসু ঐনা।"

ফাক ফাক নোকমীন্নে।

"লায়নাসিনা হেনজিনখিদ্রিঙৈ লাইয়েংবিরোনে সনাইবেম্মা।" নোক্লা নোক্লা হায়বকই চীংলেন।

"হন্নবা তৌবসি, মতমসে –" ঘড়ী য়েংই লৈপাকলৈ।

"তো তৌরক্লদৌনি, নখোয়গী হৌনবীদো, তাচৌনা চৈবন্ননি, আ পাবুংনা থিবন্ননি ... খঙঙে য়াবে তোকও ... ঐগীসু, হো নঙগুপ্পী, ইচল লৈবিবনি। নোংফাদোক লম্বেলদা থেঙ্গাইনবসু অমদুদনি হূরান্দুনা য়েংহৌরিবা। মতম্না পুজবকপশিবু ঐনা থিংলু য়ারিব্রা? নঙগী অদু অদা ঐ খঙদে। লাকথোক্তুনা লাকপনি মতমসু য়াম্না লৈবি। নুমিৎ তাদ্রিঙৈদা নখোয় থোঙ্গালফাও থিনবিনি। মোতোরবোতসে মিনিট তবামুক তোংখিসি, করি হায়গে?" অশুম অশুম কূমথবকই অঙম্বা থাক থাক্তুনা মবানি।

"চহী মতাংসিগা শুম উবিসিদি, তোংবগা মান্নদ্রো?"

"য়েংবা হায়সিনা নৈনবা (থিওরি), তেংবা হায়শিনা থবকনি থবক।"

"হায়বিসিনদি থোংলেন শানিংবৈ রানিনে?"

"অদুগীদি নত্তেদা। সুম মতম লীৎশ্রনি পাখৎপনিদা। য়াববা নৎত্রা?"

"ঐবু কয়াবক হন্না হায়খোগে? বাখল মঙলানগী (আশাগী) তেলঙ্গা পূক্রিদা য়ান্নবিবা বাখলগী লংলানা পূক্লীং লংচাক্তা খক কিকদে। নঙনা কৈ খনবদো ঐগীসু বাখলনি।"

"অদুদি টিকেৎ কক্লখিগে মচুদো খল্লম্মু।" খোঙলৈ থুনা হাইগৎখি। চেনবদা হিংদ্রবদুদদি লৈপাকলৈ হি খামফমদুদা তপ্না তপ্না চঙশিন্দুনা লেপ্লুই। মা তম্না চঙশিল্লক্লিবা চীংলেন উবকই, "তুঃ অসিগী অঙাংবশিনে। ঐদি ঈবোইবসু হৈতে। অমুক্তসু তোংদ্রি। নঙ য়াওবগী ঐনা কিদবনি।"

য়াম্না তপ্না কিথি কিরুম মোটোরবোত্তদি কাখত্তুনা ফম্লেদি হায়ববু চনীংদি তাদ্রি লৈপাকলৈ চীংলেন। য়াম্না খঙবদি শাই। অমুক্তা তোংদ্রিবা কৌবনিনা ইকোইদি কোই। খোঙনেৎফমদুদা খংনেৎ নেৎথৈ। হুমাইদু (পম্ফা) উংদুনা লৈবাইদৈ খংথৌ থৌদোক্রে। মমায় চুম্ফমদু (ষ্টারিং) লৈ লৈদুনসু য়েংই, গুসাই

টিকেৎ ককফমদা হায়বকপগা মান্নব্রা। য়েংদুনা ঙাইহাক্কী তুংদা কয়াবক মমাঙদা হান্না থৌগ্রবা হিবোই অমগুম চপ চানা থৌবা হৈবে চীংলেন। কিবগা চিংনবগা থম্মোয়দা থূপ্পুনা লৈঙমদ্রে। লিবি লিবি মোং হাদনা চেম্থবিবা ঈচেলগা ঈবোইননা চেম্থবিবা কাওশিংনা ঈথক মচা মচাশিংদু তোংদুনা শান্নবগুম পাম্বুং তম্না নে তাবে লৈপাকলৈ চীংলেন। নেমথবক্রবা নুংশাগী মৈশাবু লোকশিনবা লাকপদা মালংবনা তোংলিবা শগোলগী খুদুং তুংইন্না ঈহৌদুনা ঈকাবক্লি ঈথক ঈগোমসু।

"চাংজৌ নাইদ্রবা পূক্লীং ঈপাক্তা চক্তাবিবা থঙ্গোং লাবও, কবিবুনো নঙনা থিবিদুবো?" মোমোন তৌই লৈপাকলৈ। ঈশিং চাইদুনা অঙাং মচাদৌনসু শান্নবি। ব্রাহং কয়ানি থম্মোয়না থম্মোয়দা হংলিবা মদোম।

"লূনা লংলবা লাইজ ঈপাকসিনা তাইবং পুন্সি ঈপাক্লি। নঙ ঐনা তোংলিবা হিনাউশিনা ঐখোয়নীগী পুন্সিনি। হিনাউ শাবনা নঙনি – হিমাই চুম্বনা ঐনি। য়েংউনৈ – কয়াদা ফজববা অকোয়বগী মতৌসে – খূৎশেম্না হায ঐনা ফজৈ' মহৌশা লাইবেন্থীনসু ফোঙদোক্লি ঐসু ফজৈ' মবকশিদা নঙ-ঐসু মথেল অমনি। পুম্নকশিদগী ঙক্লা ফজবা মতম্না মফম্না হূদুনা পুঙমদব'মা লৈ। নঙ খঙলব্রা?" চীংলেন তাইবং মঙফাওননা খোঞ্জেল থোক্লা চাননা লৈপাকলৈদা হংলকই – "খ্বাইদৈ ফজবসে উবব্রা?"

"মনীংথংবদা শাবিবা পীক্তকপা চীক্লবা লাইশঙগুপ্লবা পোৎথাশঙসিবা?" কোয়বৈ লৈদুনা কোয়য়েং য়েংলগা হায়বকই লৈপাকলৈ।

"হুম। নত্তে।"

"আ! লৈবে লৈবে। তু তু পামেল যৈবাথক্তা মালংগী তাম্থাদা লৈনা জগোয় শাবিবা খোঙগুমেল্লে চবোংসে নৎত্রো?"

"অদুসু নৎতে।"

"অদুদি কবি?"

"অদুবুবো তুঃ" ঈশিংদা তাবিবা লৈপাকলৈগী মমিদা খুদোম্বীনা থিল্লি চীংলেন। অনীমক্কী নোকপৈ খোঞ্জেল হৌদুনা চেনখ্রে মখূৎ শম্নদুনা। লৈপাকলৈনা মমি তাবিবা ঈশিংদুনা চীংলেনদা চাইশিল্লি। খূৎশা খন্দুনা খাঙই চীংলেন।

"মমাগী মতম্বাক্তা শান্নজবা জিরাপ মচানা খুত্তুম শিংগুম কৈবেল কৈজাও ঐ ঙসিদি নোংদম্বগী শন্নজীং চীংজাউমক্লা ঈথক্তা নম্বুববসু নোক্লা নোক্লা খাঙবা ঙমগনি নঙনা ইনাক্তা লেঙদা লৈবদি। নঙনা ঐগীদি নোংদম্বনি..."

"অচুম্বনি লৈপাকলৈ, নঙনা থাজ ওইবা থম্মোয় মহাক্তো তশেংনা লাইবৈবোক খূংনা লাম্বা ফংলবনি। লাইবক ফৈদকো হে মরুপ।"

"নহাক্কী মকপ্তো য়াম্না লৌনম চাউই! পুকচেল লেপ্তে। ইবোইবা হৈত্রবা ঐবুনা নুংশি ঈপাক্তা ঈবাক্লহল্লগা নোক্লা নোক্লা য়েংদুনা লৈথোকই তোর্বান্দা ফমদুনা মহাক্তো।" মমায়দি লৈথোবক্তে। মীৎয়েংদি তাম্না থাপ্লা য়েং, মোং হাদবা লৈপাকলৈগী মতৌদুদা চীংলেনসু হেন্নদুম মোং হাদনা হায়বকই, "তশেংবনি নঙ য়েংনিংবা খঙনিংবগী ঈখৌলাংবা পোক্ত্রা?"

"কবিবো?" হায়বা লৈপাকলৈগী ওইনবপ তৌবা খোঞ্জেলদো থোইনা তাকদ্রে চীংলেন। ঈপাক্কী কাওশিংগুম কংলাক্লনা তবংদা তাউবকই—

"নুংশিবনা নুংশি য়েন্দাই পায়দুনা
য়েন্নীংথা মাগী কোকিল খোঞ্জেলদি ইকায়জ,
অহীং তাংলৌ লৈনা থেঙলক্লগা
হূবান্দুনা য়েংবা তথকপা মীৎয়েংনা,
লোৎনা লোৎনা হূনা য়েংদুনা
তূমিন তূমিন নাশোন্ননা থাংলিবা,
তপ্লা তপ্লা থাংবা খোঙথাংদা
মালংবা মাগী শম্বলবু নমথেক্লুনা,
পূক্লীং লৈকোলদা লোৎনা চঙদুনা
নুংশি লৈহাউ লৈরেনদুম হেক,
তুম্লবা বাখল য়েত্তুম নাবেংনা
ফাজীল্লিবা অনীংবগী লংলা অহীংবদা,
মচা তানা লৈখন চানা
মঙলান কয়ানা লমজীংদুনা লেংলিবা,
অপাম্বনা হৌবগা অপেনবনা লোম্বা

মপোকশিমগী অমত্তা ঙাইববা থম্মোয়গী,
ঙকশমদগী নৌহৌনা অমুক শেত্তোকঙমদ্রবা
থবায়না থবায়গীদমক পুন্সিনা পুন্সিদা,
নুংশিবগীদমক নুংশিবনা তমজবা খুদোল
সনা অহীংবা লিকঙৌ পবেং।"

মোমোন তৌবা চীংলেনগী মায়থোং য়েং তপ্না নাউথেল্লকই লৈপাকলৈনা থম্মোয়গী নিংঙাইদো হূদুনা "ৱাখলদো ৱাংমা লানখ্রে। পূক্লীংদো অমুক্তা তপথখো। থম্মোয়দো ফাথকোকো। থবক চঙবসু চহী ফাদ্রি। ৱাজবক্লবা পাবুংবু পেন্না অমুক্তা নোকহনখো।"

"অদুননি, ঐনা হায়বিসে। ইপানা কল্লিঙৈ, ঙসিমক হৌজিকমক চৎলদৌনি।"

"নঙগী হৌনবীদু হৌবক্লব্রা?"

"কবিনো হৌনবী হায়দি? হৌনবী হৌনদবী ঐ খঙদে। ঐনা হায়বা য়াদ্রবা ঐবু ফত্তে হায়গনু।"

"কৈনো নঙনা হায়সিবু? ঙাইখো ঙসিদি য়াদে। নুমিৎসু শগোলশেন্নি, কয়ানি পাল্লিসু খঙদে। অফবা তানখৎলকপদা তিল য়াম্না য়োৎথগদবনি। পঙনা তোয়দবনি পুন্সিদা। নুমিৎ থাবু হূইনা চাব্রনে? ঐসিবু কনানো? য়েংউনে অমুক্তা" চীংলেন তম্না মমায়দু থাংজিল্লকই লৈপাকলৈ।

"অদুননি ঐনা হায়বিসে, অফবা থবক্তি থীল্লুবোইদবনি। থীল্লুবমদ্রবদবু বাবোনগী সনাগী কৈবাক্লা ঙসি ঐখোয়বু সোবাবেন্দা পুখৎপিবল্লগদবনি। কান্নদে সে।" চীংলেন খল্লুহৌদবা শেন্নহৌদবা মীৎকূপ্তা ফাথবা ঙমদ্রবা পূক্লীংগী ঈথিল অমনা তাপ পায়কই খুজেংদো লৈপাকলৈগী। মিবাংদা থুদুনা ফ্রুং ফ্রুং চোংদুনা মিবাংবু থদৎকে হোৎনবল্লা কুবাক্লা মিগী মহূনা য়াই থাদুনা পঙথবকপগুম লেঙদনা লৈ। লৈপাকলৈ পাম্বৈ লৈত্তে। মাগী হায়ববু—চীংলেন্দা অমুক্তসু মমাঙদা য়েংখিদ্রিবা মীৎয়েংদা শংত্রিক চাগদবমখৈ য়েংজবা নত্তনা। "নুমিৎসিসু ঙসিদি তাখিদ্রেদা।" হায়দুনা তপ্না তপ্না থাদোবকই চীংলেন্না লৈপাকলৈগী মখুদাং। নুমিৎলোমদা মমায় লৈশিল্লগা নোকফেৎ তৌনা মোমোন তৌবিবা নুংশাবু য়েংজৈ চীংলেন।

"করিনো তৌগদবসিবো" মুকম মুকম সোন্না "মঙলা তাইবংলা ঐ খঙদ্রে।" মায়থোংদি মকশিনবগুমসু তৌই লৈপাকলৈ। অদুবু থম্মোয়দা মথুম মবাং হৌবনরা, তনিক তনিকই খোঞ্জেল।

"ঐখোয়নীদি লাইনসু য়াববনি মীনসু য়াববনি। ইবুংঙোচৌবদো চহী ৩৪দি শুবনি ঐনা থবক্তে পোৎথাবদা (পেন্সল ফংবদা)। কবিসু ৱানিংঙাই ওইদে। য়েংঙোই খুবায়ায়দো মশাসু লেকচববনি। মাগী বির্সচ লোইবা ঙাইবদা ইন্দোমচা মেমচাদো লৈকায় ৱাবকপদা য়াওনবপোৎনি। Ph D হেক লাউথোকপগা অহল লমন হায়না শিংনদুনা লুহোংলিপোৎনি চাউনা। অদুবু হেক পোকচবা মচাদি উদ্রে চাউপোক ওইনা পোক্রেদনা। ঐনা হায়সে তাইকো।" ঙসাইমখৈ মাঙদা লাপ্লা য়েংদুনা হিদো তবংদা হোন্দুনা ৱা ঙাঙলম্বা চীংলেন ঙাঙবা হেক লেপ্পগা খোঞ্জেলদো মালংবনা হুমখি। তাহৌবা খবনা ঈথক্লা থকচিনখিবনা চীংখোঙদগী খোঙ্বাংনসু তম্নবদ্রবদা তবক তবক পুমচীক চীকপা ফাওবকই। মানা ঙাঙলিবশিংদু তাবিব্রা তাদ্রিবসু খঙদে। লৈপাকলৈদো মিংশেন্না খাজিনবা উপুগী কাচিন্দা থেন্দুনা থল্লিবা লাইথিগুম তুমিন মীৎ কৃপ্তখৈ ঈশিং ঈবোন্নুংদা হোংদবা মীৎয়েংনা লুবাক্লনা য়েংদুনা লৈ। চীংলেন্না মবেংবান্দা তাপ পাযবগা "কবিনো নঙনা খল্লিববো?" হংলকপদুদা, অহীং তাংলৌ লৈনা থেঙলবদা মঙলাক্লকববা তূমখুন্দগী মদোম তাইবংদা মঙফাওনবকপগুমই লৈপাকলৈ।

"হা কবিবো?"

"ৱাখল লৌশিং মাঙদ্রেকো? নে তাবেকো"

"হোইনে তাবেনে।"

"অদো, ঐনা হায়বিবসে তাইকো?"

"তাবিসিদি"

"ওঃ অদুনিদনা।"

পূন্না নোকমিন্নৈ। মীনা তম্বনা অমা, লাইনা য়াৎপনা অমা। লোইবোই হুন্নক্লিবা মালং শাহুম্না মখোয়'নীগী হিশি খা নোংচুপ থংবা তোর্ব্বান নকশিল্লক্লে। ঙসাই মখৈ উবমদবা চবাং ঈবোন্নুংদা লোত্তুনা লৈবম্বদু উবকই। কম্বোং হাবুং

অমা লৈবিবসিনা তাকপদি মফমসে মী লৎলি। চবাংনা উওলিবা হুমাইদা য়েৎশিনবনবা কবিনো চেন্নল্বা খোঙঙ্গেল তপথবকই। মালংবৈ শহুম্না কনখৎলকপ্লবা হিমায় চুল্বসু তবাইনা য়াশিল্লক্তে। কয়াবক হোৎনবসু মমায় চুল্বা ইঙস্মক ঙমশিল্লক্লদুনা লেপ্তুনা চেনবা খোঙঙ্গেলসু তায়োন্ননা চেনবা হেনগৎলকই। তোর্বানসু অসুম অসুম নকশিল্লক্নে। তু খ্যাও চুংখিবা খঙহৌদে চীংলেন! মীৎমাঙদা শংশং উবকই, তাইতানিক্লা থেংনিংদা থেংনিংদা উনগী চীংদুমদুদা থেংজীনখিবদো। লল্লাইদা য়ুংখৎলক্লিবা শমদোন তপ্না নাষ্থে, নীংশিংলুনু য়াদে থম্মোয়দা, নোংমা ময়াংলুপী অমা ... শিংজা য়ৈবকই নাকোংদা, হিয়োনবমক য়াওনা থরায়শিংদুবু হিদুনবু হেক নন্দুনা ঈবোম্নুংশিদা ... মখূৎতুমক্লা থৌবিবা হিদুনা মবৈ তম্লকপগুম তৌবকই চীংলেন্দসু।

অঙকপনি নঙসে হে মীওইবা! ঙসাইমখৈ নীংশিলুদে, হৌখ্রবা নুংঙাইবগী থৌদোক কয়া কয়াদসু অদু মঙাই, মীৎকূপ অমত্তা নীংশিংলুদে তাইবং শেম্না মপু মাবু। অদুবু অসিগুম্বা চিববা মীৎকূপাশিগী লীংঙমদ্রবা তানফম তাঞ্জাসিদদি শেম্বীবা মপু মহাক্তবু থাজগনু য়াদে, নীংশিংলুনুসু ঙমদে থম্মোয়না। চীনবান থোক্লা কৌজে হৌনা হৌনা, "হে শেম্বীবা মপু ইবুঙো ..." মহাক্লবু তাবিগদ্রা? মহাক্লবু পেল্লিগদ্রা? মাতবু থম্মোয়নুংদা চেৎনা কোনশিনজ, পূক্লীংগী ঈথিলদুনা শীবকপা থিংঙমদ্রবা মায়থোংদা চেম্থবক্লিবা হুমাং ঈবীকশিং অসিদি কবম্না তৈথোক্লনি? হেন্নদুম বাহল্লি চীংলেন। কেপটেন শ্মীথনা পূক্লীং বাখলবু খুদুম চেৎনা পায়, থম্মোয়না য়াদবা খোম্থোক্তা তপ্না হায়দোকখিবা শোম্বাংননা ফাজিনজবা ঙমহৌদা মবৌ থাংনা কৎলবা চীনবান্দুদগী মনীং তমখিবমক্তদা মশামকপু তম্লবিবি –

"চবাংশিংসিনা হিসে"

"হা কবি হায়বা!..."

"কবিসু তৌবোইদা!"

"ইমা! ..."

লৈপাকলৈ পাখক্তুনা থূমহৎলবা কিগল্লবা থম্মোয়না মকশিল্লবা মায়থোংদা চেম্থবক্লিবা হুমাং মবীকশিংদুগী মবোল খঙলক্তুনা হৌনা লাউথোকখি "ইমা!" ফাথবা ঙমহৌদে। তৌফম খঙদে। চমমনৈ চীংলেন। লৈপাকলৈদি হেন্নদুম কন্না লাউরকই, "ইমা!..."

"ইমা! ইমা! ..." হায়দুনা লৈপাকলৈনা মুকম মুকম সোনবগুম্না হন্না হন্না কৌবদুদা তম্ফা মঙ ওই হা ওই তাবকই। মীৎকপ থোবকই। মমাবু মথবাক্তা থন্নিবা মখূত্তু লৌথোকপিবগা তপ্না হৌদোকপি মশা নোমদুনা। লৈপাকলৈ ফুক হৌগৎলি। "ইমা! মকু মঙনি।" তম্ফা কুমথে। ঈশিং খবা লৌক্দুনা মমাদা পীথকই। মমাগী মমায়দা তৈবিবা হূমাং ঈবীকশিং তপ্না তপ্না তৈথোকপি তম্ফা।

"কবি মঙনোনে?"

"মঙগী বাবু ইমাশিমা।"

"নঙগী পাবুংগা ঐগা হি অমদা তোংলম্মীনে! চবাং মবক্তনিনে ঈবাক্লবন্নিদু, ইস!"

"তূন্নমদাইদা পাবুংগী মবমদা খন্না খন্না তূম্বদুদা তৌবিনিদা –"

"তূন্নমদাইদদি শুকখনবু খল্লুদেনে। নঙগী নৌপ্পানা হংচিৎ চঙাংঙৈ মালঙ-হিথাংফমদা (এবোপ্লেন তাফমদা) পুং অমদা ঙাইবম্মু হায়বদুদনি নীংশিংলিবা। M Sc লোইববনিনা নৌপ্পাদো ইমাগী মীৎমাঙদৈ খক লাপ্না থাদোক্লিংদ্রে। থবক ফংবা ফংদবা পাউনা কৈথেলগী শান্দোকলিবা পোৎয়োনশঙদুগী (দুকান্দুগী) কা অমদা পোৎচৈ চাউনা য়োলহন্দুনা লৈহল্লগে। ইমৌদুম থিজিল্লগে হায়বসিতনি খনখিবা।"

"মঙগ্রেম হাগ্রেম্লবা হায়দুনিদা ইমা। থোইনা খল্লুবনু।"

"হূম, ঐগী মঙসে য়াম্না চুম্বনি। নপাবুংদো ওসি ওইনা মোবেদা থবক মফম হেক হোংখিবদগী ঙসি ফাওবা থা তককমুক অসিদা অসিগুম্বা অসিগুম অমুক্তসু মমাঙদা মঙখিদ্রি। নত্তে, নঙগী পাবুংদুবু চীঙ্গোলদুদা নহাবোলশিংনা ফাদুনা পুখ্রবজাৎলা? ঐগী থম্মোয়শিনা য়াদে। ঐবু হয়েং নপাবুংগী মনাক্তা চৎলুসিবা?"

"কবিনো হংচিৎ ইবুংঙোসু লাকদৌবিসিদি। ঙসাইদা য়াচঙলকপদা নৎত্রা পাবুংগা বাবী শান্নখিবদো। চৎকে হায়বসু ইবুংঙো থোবক্লগা চৎসি।

ঐসু অমুক্তা চৎত্রি, হৌজিক পাবুংদা পাউ ফাউনসিবা (টেলিফোন তৌসিবা)? হুম! নোং ঙাল্লগা তৌসিদা য়াবেকো। পুপুসু পূন্না চৎলসে। হোইকো ইমা।"

"হা? অদুনা ফবদ্রা"

ঙসাইমখৈ তানা তানা তাদবা শানা লৈবম্বা মপু সনাজাওবদো খৌদেল্লগা লাউবকই, "হাই কবি তৌবগেনে নমা নচাবো? তূমগেদি হায়দদনা অহীংশিদা ৱাবী শান্নদুনা লৈবিবো? তূল্লোনে নখোয়বু।"

"ওঃ পুপু, মমাসে মঙলাক্লবিবা অদুদা ..."

"যাহীপ থীদুনা তৌবিনি। ননশিন্নবা য়াওবমগনি। নমাদো মখোঙ মখুত্তো ঈ চেন্নবা খবা পায়বিয়ু হবেম।"

"বাজী, কবিসু তৌদ্রেদা, পোত্থাবিবো।"

"ফবে, তুম্মো তুম্মোনে। নোং ঙাল্লকপনা হাল্লনি।"

মমা মচা মীৎচী খৎনৈ। মপুসু মকা লামজৈ। তূমথবা থেম্মী।

# ৩

**ঙাইবা!** পূক্নীং ৱাখল হকচাং ভূন্না নুংদা ৱাবা অৱাবনি। লৈপাকলৈ তূমথনবা হোৎনৈ। ফক্লাং ঘড়ীগী পুংশিংগী খূৎশা মখোলদা হেক্তেমক উইরি উইবি তূমথবদগী মীৎ খংশিং হেক্তো শিংই। মমশুক মমশুকপা নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌবকপগী মপূনা অয়ূকী শাজেল চৎলমদাইদা, "হবেম থোঙশি লোনশিল্লো লাকও নমাসু হৌদোকউ" হায়বা খোঞ্জেলদু তাননবা নাকোং থাঙ্গত্তুনা অহীং মীৎশেল খাঙবদা ঙক্লিসে পৈববোই নীংই লৈপাকলৈ। "চাক চাবক্লোই চাক হাপ্লম্মু" হায়বা মচাগী ৱাহৈদুদনি মমানা ৱাজবিবা। মচাগী নোকফেৎ তৌবা মায়থোংদুনা মীৎকূপসিদসু নোকফেৎ তৌহল্লি লৈপাকলৈ।

মপুনা হল্লকত্রিঙৈদা শুম্মাং-থেল্লোং, ইমুং-মনুং ৱাইশিৎ-লমশেং লোইদুনা ৱাইবম শিং নান্না তৈথোক্তুনা ঈক-মাইথজবে লৈপাকলৈ। নোংমগী ঙমজবা হৈবাং, লৈবাং, মেংক্রুক থাউমৈ শোন্নপুঙদা কত্তুনা অমম অঙান খায়বিবা মপূদা মপুবোইবগী, মচাগী, মকুবোক্পী য়াইফ থৌনি নিজবি। সনাজাওবা লীগী চৈশু অমা খূৎ য়েৎনা পায় – অঙৌবা পীক্তকপা হূই মচা অমা খূৎ ওইনা চিং থোঙ্গালগী থোঙমাই থিংজিল্লন্নগা চঙলকই। ফি'মা মকোক্তা কূপ মমৌগী মতৌদা মথম্মোয়দো মোমোন মোমোনজৈ। সনাজাওবা ওজাগী শীনফমদগী পোত্থাববা মীশক অমা ওইনা মীঙোন্দা য়েৎনিংদে। মীনসু মঙোন্দা কায়হন্নিংদে। মশাতনা মশাগী থবক তৌজবা পাম্বা মীশক্লি। মসিমক্তনা চহী নীফুদগী নৌনা পত্থা ওইবক্লিবনি।

মপু হল্লকপগী খোঞ্জেল তাবদা তম্ফা তাক্লকবা তম্নকবা তৌদনা তল শঙ্গোম পুথোবকই। ঈশৈ ঙং-ঙংদুনা তপ্না থমই, "পুপু হৌবসে।" মপুবু ঙাইদুনা লৈ। "হৌবোনে হৌবোনে" হায়দুনা মমায় মমীৎ ফদিনা তৈথোক্লি সনাজাওবা। তম্ফা তল মচেৎ অমা শেৎতুনা চাবা হৌবকই। চা থকপা হৌবকপদুদদি চা য়াউম অমত্তং য়োৎশিনবগা সনাজাওবা তপ্না শমথবকই, "হবেম চীনিশি ঐনা কবি হায়?" তম্ফা শুক্তোক্তুনা মবৈ চীকই, "ঙসিদি শোয়প্রে পুপু ..."

"লাইনা য়াৎপা খয়াৎনি। খক লেম্মা মাঙলোই। লাই হাক্তক্তে হায়নবিবনি, হেনজিন্না চাবা তাইবংগী য়েক্রবনি। চাবা হায়বসি পাক্লা ঈপাক্লি (সমুদ্রনি)। চাবিমখৈ চনবনি চাকখাও! চানবতা হোৎনববা চাকখাওগী মনাই ওইববা মহাক্তো লাইববৈ লায়না নাববনি। পূক্লীংনা পেন্নবা থম্মোয়গী ঈথিলদগী রাখলনা লৈয়েংদা – করি চানিংবগে – খক হংলোইদবনি থম্মোয়শিনা কৈদৌনুংদা। মবমদি – লৈয়েংগী পাঙ্গল খক হম্ছদে অহীংবগী অরোইবা মীৎকুপ্পুনা নকশিল্লক্লবা ফাওবদা। হবেম" হায়না কৌবদু তাদুনা তম্ফা "ঙসিদগী কাউজববোইএ পুপু। সে..." হায়দুনা তল মচেৎ অমা শেক্তুনা মপুদা ইল্লি।

চানা চানা মশুবু নুংশিনা নাম্বুবীদুনা তপ্পা হায়বকই সনাজাওবা, "য়েংঙোই হবেম নোংমগী চা গীলাস অমদা চীনি চামচ অমা হাপ্তুনা থক্লমবদু তংখাইতমক হাপ্তুনা থকপগী মওং অসিগা তংখাই অমা হেনগৎনা থকপগী মতৌ অসিগা কনাগুম্বা অমনা হেন্না থুনা হৈনবী ওইবক্তনি। তংখাই হম্বুবদুদি মথংদা খবা হৈনবোই। মথংদনা য়াম্না হৈনবোই। মমৈদদি চীনিগী চূপ্রবা মহাওদুনা চীনি য়াওদ্রবা চাদুবু থক্লিংদবা পোক্লকপসু নম্না লৈ। অদুগা হেনগৎনা থকপগীদি অহানবা খংহেন হেনগৎপদুদা হায়বমগনি থুম্মিদা। মথংদনা মহাও অমনিনে। অসুম্না মহাও অমদগী অনৌবা মহাও অমনা অতোপ্পা মহাও তংনিংবগী লাইচুবগী থূম্নাৎলবা (নেশাগী) অতিয়াদা লশিং মফোলগুম থম্মোয়না কোয়পাই পাইদুনা শান্নে। লৈগী তুহাওসু শাংবা হেনগৎলকই। হকচাংদুদি হকচাং ওইদ্রে। থৌবা য়াদ্রবা তাইতানিক্লা ঈবোন্নুংগী শান্নবুং ওইবগুম হকচাং ওইদ্রবা হকচাং মহীকশিংগী চাকতাফম ওইদুনা লম্মখাংদা খামতেক্তুনা কেমদুনা কীম্বে। অদুনা চাবসিদি য়াম্না চেকশিনগনি হীবম খুদিংমক্তা। গাড়ীগী থাউনা গাড়ীদা হাপ্পগুম্না চাং কায়দনা অককনবা মওংদা চাননবা হোৎনগদবনিকো হবেম।"

"পুপু, মমানসু কন্না হায়বনি, শোয়খিবনি।"

"ঙসিগীদি ফবেদা, ঙাইখো ঙবাংগী *হৈনৌ পাম্বী মখোঙ অনী* পাবব্রো?"

"উম পুপু" ফুক হৌগত্তুনা লাইবিক্তু লৌকই। অদুগা চেনাশিংদু মথং মথং ফাকই। "ওম্ভোক্লা মঙাও থিদকো মৌপ্পাগা ওম্ভোক্লা হেক ওন্না তৈনবনি। মৌপ্পাগী তপচবদুনা মানা লৌজববদি নুপীদু মানগদবা। কবম থোক্লগবা হে

তাইবং মপু" মথন্তা মুকম মুকম শোল্লি সনাজাওবা। "পুপু শিবু করি হায়বিনো" খুদোপ্পী থিন্দুনা মপুদা হংই। মপুনা "হোবেন নুমিদাং তাকপিবগে নমানা চাকখুমদা কৌবমাল্লে" হায়দুনা লাইবিক্তু লৌহৌই। তন্ফা চাকখুম তম্না চঙশিনখি।

মচাগী মগুণ নীংথিনা খঙদ্রিবী মমাদু মমা ওইদ্রি। মচানা চানীংলমগদবদু লৈপাকলৈ হেক্তমক উই। ঙাহিং নমগনখ্রবা মচানি য়াজে। অদুনা কেম্না তাউথোক্লবা বৌগা খামেন অশিনবগা তাউথোং, অকংবা ঙমুলৈবৌগা শোইজিনগগী ঙৌথোং, য়োংচাক ঈবোনবদা কোৎননবা হব্রাই মতোল ... গজবগা কোবীফুলগা ময়াল ময়ালগী সলাৎ ... মথেল কয়ানি মমানা লাঙলিবা। মপুগীসু চমফুৎ অমদি শোয়দ্রে মবমদি উত্তি য়াওদ্রে। লৈপাকলৈ চাকখুমদা ফুং-কাং হেক নোম্লী। অদুবু হৌজিক্তি তপ্না তপ্না লোইশিল্লক্রে। নে তানা স্বব হোপে দাকচবে। মকূনা লৈ ঈশিং চাইবিবা মনাক্তা লেপ্লবে –

"বাজি – চাইথবীকবো –"

"হায়' মৌ নখোয় ইশুদো ঙন্না ওকপা চৎলুকো। ঐদি মনীংগী লান্ন-থৌবমদু (শোবাত্তু) ঙাইহাক য়ৌকদবা ফজববোই। মতমদি খঙহৌববোইসে –" মমায়দি লৈশিল্লক্তে সনাজাওবা।

লৈপাকলৈ চন্দোল উপু সোন্নপুঙদা থাংদোকই। মকূনা শেৎন-ইন্ননবা ফৈজোম পূময়াৎ ইন্নফিসু ফম্মেন্দা থাবিবা কৌনাগী ফক মথক্তা থূপ্তুনা মবোল মবোল থল্লি। চাকখুমদা চঙলক্তুনা মচানুপীনা মপূদগী লাক লাক্তুনা চাবিবদু য়েং অব্রাৎ অপা য়েংশিল্লি। মপুদি চাবা তোক্তুনা হৌগৎপ্রবসু তন্ফা ফমহৌবি। অমুক মমাগা মুন্না মুন্না চামীন্নবি। মহৌশাগী মতৌগুম সনাজাওবা ঙসিদি চাক তোক্লবা মতুং গীতা পানবগী মতম লৈত্রে। মবমদি কৈবোয় লৈকায়গী থবক থৌবম খুদিংদা মকোক ফমগনবা মনীং খোমগনবনিনা ঙন্না চত্তবা য়াদে। মশুনা মপূগী পূময়াৎ কুদাম পানশিন পানশিন্না কোম ক্না পুবকউ তপ্পী মপুদা। মপূনসু "পুবক্কনি পুবক্কনি" হায় হায়দুনা কুঞ্জা য়েপশিল্লি। লৈপাকলৈগী মকোক্তা কূপ্লিবা ফিশি মমানা হেক পোক্লপদগী শাগোন্নবকপগুম শুকথা থাদবগুম তৌই। তপ্না হায়বকই,

"বাজী পৈশা কয়া পুথোকচবকউগে?

"লৈকাযনিনা, অমুক থাবগা পোৎপাংগা লুপা চহুম্না য়ানিদা।"

"সে বাজীদা পীয়ু।"

"সে পুপু।"

"হবেম – পুপুবু হয়েং মোবে চৎকদৌবিব্রা হা?"

"চৎতদিনা পুপু।"

"অদুদি মীতৈ শবেং অচৌবা অমা হোবেন হল্লকপদা লৈবকউ, মোবেদা চাকশি। হয়েংদি ঙন্না চৎকদবনি মবাং মবাং নংনবোই । য়ুমগী শো পুবা কাউনি। পুপু চৎলুখিগেকো। চৎপদা চেকশিল্লুকো। নঙগী হৌনবীদো তৌগনুকো হবেম ।"

মপু হেক থোকখিবগা তম্ফা তপ নপ্পা খোঙ্ক্রাও অমা শেৎচিল্লি। অমুবা অনোক (শন গ্লাস) অমা উপ্পী। জোন জোন লাওবা হুমদ্রাক হুমদ্রাকপা থাইলেন্দ থাবা ফূবীৎ অমা কলেব থেক্কত্তুনা লীৎলি। খোঙউপ (বুট) অরাংবা অমা তোংই ঙৌশোক ঙৌবা। লৈপাকলৈ তত্তনা তৌনু তৌনু তকশিল্লস্বদু তৌখিদ্রে। মচাসু মচাগী মাসু মাগী থোকপা। নুপা মবাই অমা হেল্লি। থৌবিবা মকতি কাব অঙাংবদো। মমানা লরাই লুতোন শম চপ চপ য়ুংই। খঙহৌদে মালঙ-হিথাংফম (ইয়াবপোর্ত) য়ৌখিবা। মালঙহি (এবোপ্লেন) য়ৌবক্কদবা ঙাইহাক রাৎপনা গাড়ী খামফম ময়াগী মীথুংশঙদা (বেশ্টুবেন্দা) অথুম্বা অমমম চায় মখোয়নি। খঙহৌদে, মালঙহি থুংলবে। কনাসু উদে মখোয়নি। চীংখৈঙানবা নত্তনা। চীংখৈঙানবা মমাবু উবদা হবাওজৈ। মচে উবদা অকিবা ফাওবকই। গাডী শোদো শিন্নদে, নুংশীৎকী মাঙ থাদুনা থৌবকই তম্ফা।

## ৪

**পলেন** ফাওবা মেক লাউবিদে। তেংনৌপল য়ৌবকপদদি চোকথবক্লববা কবিনো সিফাইনা খাম্বগা হেক কূমথবগা শোদো মৌপ্পাদা অমুক পী। ঙশাইমখৈ অয়ুক্তগী য়ুমদা লাংনবদু নত্তনা কাব মনুংদা গাড়ীগী মখোলগা নুংশীৎকী খোঞ্জেলগা থেংনবগী খোঞ্জেল, মবক মবক্তা তপ্পা থৌ, তপ্পা থৌ হায়বা মমাগী ৱাদু নত্তনা থোইনা ৱাবী শান্নবগী খোঞ্জেল তাদে। নে তাজে মমা। স্বব শাংনা হোল্লকই মপুসু। চীংখৈঙানবা ঙসাইমখৈ তুমিন্না মচেগী মতীং য়েংলম্বদু নোকথোবকলগা হায়বকই,

"থৌখো কবিনো য়ৌসু যৌদৌবে।"

"সেম অমত্তা চাখিগে তৌনি, খুদেংথাবীদৈ অমুক থৌগে।" থৌশা ৱাশাদা ঙেক লাউনা মপু নাক্তা ফমথবকই, সেম অমা কোইফাক ফাক্তুনা পুবক্লগা। "য়াবে য়াবে পোৎথাবো। মিহুনগশে চেনগা চেনগুম্নবে।" হায়বা মমাগী ৱাদু ৱাপাংশিল্লকই মপুনা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌনা, "হবেম, নঙগী নৌপ্পানা থৌবক্তদৌবিবা অসুম্না হয়েংমখৈদি থৌবোকো। মনবা হায়বসি মিতম্বাল (সৈতান)গী শাজৎনি। নঙবু মিতম্বালগী মনাই ওল্লগে হায়ব্রনে হা হবেমা" খোঙ্গাওদুদা সেমদু অমুক অনীবক তক্লগা য়ামাঙদুনা অমুক্তনি চীক্লুবিবা সেমদো থোঙনাউদা অদুম লংথোকপ্রে। ফূবীৎখাওদগী মোবাইল লৌথোবকই তম্ফা। "হবেমসে শাউবমাল্লেনে।" মপুনা লক্লে মনঙ্গদা পোপ পোপ ফূদুনা।

> "শাউদেদা পুপু। তাববা (হল্লো) ঐনি পাবুং – উম – তেংনৌপলদগীনে ... য়াবে ঙাদি পুপুনা মীতৈ শবেং চানিংই হায়দুনা ঙবাং ইবুংঙোনা হল্লকপদা অচৌবা অমা লৈবকই – হোবেল থোংলশি। ঐগীদি পাবুং – ঙহালমুক মোবেদগীনি হায়দুনা চাখিবা চীংগী ঙাদো মমিংদুবু ... উম মানি – মদুনা য়াবে – থোংবগী থবক্তো লোইনা লোইশিনবীবম্মো। ... থৌদে – থৌদেয়ে – থৌদে হায়বা ইবুংঙোনা ... লৈবগীদি য়াম্মীদা – পুপুসু চৈসু লৈনি হায়বনি। হয়েং নোংমা চঙনা কৈথেল কাগনিয়ে। অদুগা হংচিং ... খোঙ্গান্দা

ঙাইবম্মু ঙাইবমদ্রদি হেক্তা হল্লকদবনি ... য়াবেকো পাবুং।"

"হবেম নঙবু কবি কবি লৈগনি হায়বনোনে?"

"পুপু পোংনা উংলগে হয়েং।"

মপূ ঈশিং থকই। লৈপাকলৈ, নাকলদা চেপথ চেপথ লুহোংবা থিল্লকপি কৈন্যাবু উহৌববোই মতাগুম থোঙনাওদগী থোঙ্গালদা থোক্তুনা য়েংলকপগুম লেপ্তুনা লৈহৌবা উপাল ব্রাপাল, হৈপাল লৈপাল থব্রায় তানা য়েংজৈ। অদুগা তাম্মা উবিবা অঙন্বা চীংমায় হৈমুন ফাববা লফোই লটং মবক্তা পাখঙ লৈশা খাক্তনা পাম য়ান্দুনা থবক শুবিবশিংবু উকবা থম্মোয়দা হায়ফম খঙদ্রবা নুংশিবা, অকিবা, ফজবনা থম্মোয় থুমহৎখিদুনা মায়থোংদা পাথোবকপদু অউবশিংদা তম্নবৈনি – লৈপাকলৈ। মশু মপু ব্রাবী শান্নবিসু থোইনা খোয়জঙলুদে। কুন্দো লাইবেম্নী য়ৌবে। খাম্মী। লাইশঙ কাদুনা লাইবেম্নী খুকুম্মী। চীংখৈঙানবদগী তম্ফানা গাডী শো লৌগে তৌবদা মমানা যাদবদগী চীংখৈঙানবনা থৌবকই।

য়ৌখিবা খঙহৌদ্রে মোবে। হান্না ঙাইদুনা লৈবম্বা থোইবনা ওকই। থোইবনা, "ঐখোয়গী ও সিদি তুবেল খোংনুংদা মদ্রাজী অমা হৌজিক্তা কাপ্তুনা হাৎলল্লে হায়দুনা চৎখিবতা ঙাইবি। পাবুংখোয় ময়ামগী ঙবাংনা গ্রীন হীল ভিয়ুদা কা অহুম নুমিৎ নীনিগী ব্রাইদুনা থন্নবনি। পোৎথাক্নবসি –" হায়দুনা মখোয মঙা চনবোই চনদবোই কাবদুদা নমশিন্দুনা লাকই। লম্বেলদা থোইবনা নোকফেৎ দোঙ কাংথোবকই – "ঐদি ইতৈমবেম্মা কুন্দোবৈগা শকখঙ মাযখঙননবা ওইনা চাক ঈশিংশি লৈফমদুদা (ফেমিলি ক্বাটবদা) ওইনা ঐনা সিনজগে হায়জবনি অদুদা সাবনদি ..." পাখৎনা মবক থৎলি লৈপাকলৈ, "তাদা কুন্দোবৈ হায়সিবু?" শ্বায় লাউই থোইবগী থম্মোয়। খঙদবা মতৌদুদা ঙক্তুনা মবৈবু মযানা চীক হেন্না চঙক্লনা হায়বকই থোইবা, "কবিনোনে হায়বিবিশিবু" হান্না খঙবিদ্রিব্রা কবিমতা? মঙগুম্বনিদা, সয়াংদগীনি হায় মচা পোক্তদনা খাইনবকপদগী মোবেদো অহানবা লল্লোনপোৎ তীকপগীনি হায় কৈনো লাকপদা মোবে কৈথেন্দা থেংনবদৈ ..." থোইবা লৈপাকলৈগী অব্রাই অখুমদা তম্ফসু তনয়াও য়াওশিল্লকই, "কবি হায়বা খুবা! খঙনি, মশমদু খুদাংদা হাইদৎকে ..." থোইবা পাখৎনা গাডীদু খাম্মী, "তু! তু সিনি হীল ভীয়ুদো। খাম্মো খাম্মো।"

গাড়ী খাম্মী। থোইবা কুমথগে তৌই। চীংখৈঙানবনা খাম্মী। কনাসু কুমথদে। "ঙাইখো খুবা, খুবানা হায়বিসিবু?" তম্ফানা মবক থৎলি, "এঃ চীংখৈঙানবা! নুপীদু নৈদা নৈবমশনু, ঐ তৌগে, গাড়ী থৌবসি মখোয়গী লৈফমদুদা।" থোইবনা খাম্মী পাখৎনা, "এ! এ! ঙাইখো – ঙাইখো – সাবগীসু খজীক্তং খনবীয়ু। ফবসু ফৎত্রসু মীয়াম্মা ইকায় খুম্নবিবা মীশক্তি। মাগী মিংচৎ থীবা নখোয় ঐখোয়গীসু শকক ..." তম্ফানা মবক থৎলকই, "এঃ খুবা! তিংখৎনা য়ুববদি তিংখৎনা হনগদবনি ..." তম্ফাবু খামই থোইবা, "হোই চুম্মী ইবেম্মা! হৌজিক্তি হায়বিমখৈ পক্লনি। খেৎতোকনিংঙাইসু লৈববোই। তৌবতবু ইপা হায়বসিদি ইপানি। ফবে ইপা, ফৎত্রে ইপা, অনী সুদবনি। ফবসু ফৎত্রসু ইপাগা লৈমীন্নববনিনা, হৌজিক্তি মহাক লমলানবীনি হায়বা খক ..." তম্ফা খোল কল্লপ্পা অতম্লনা ওনশিল্লকই থোইবদা, "হেবা খুবাসু ষনবু ষনবুনা পুই হায়দুনি, য়াবে খুবা, চীংখৈঙানবা থৌবো –"

চীংখৈঙানবনা গাড়ী ঙংবা হৌবকই। থোইবা হুমাংনা মমায়দো পুন্নং লংখৎ চীংখৈঙানবগী মবেংবান্দা লামদুনা তাপ পায় খামজে, "নত্তে-নত্তে! ঙাইখো ইবুংঙো। নখোয়না উননীংলিবদু লোইনা ঙাইহাক নৈবগা উনবদবনি। তহা তহাগুমসি হায়বনি। তহাক্বগী ফত্তবা মহয় লাকপসু কনানা ..." তম্ফা কৈ অমোমগুম্না খংলাও লাওবকই, "চীংখৈঙানবা, থৌবোনে!" চীংখৈঙানবনা ঙাইহাক ঙকচান্নবিঙৈদুদা তম্ফাদা ওনশিল্লকই থোইবা, "ইবেম্মা খুবানা নখোয়বু খাম্লোই, খাম্নবগী ঈতিকসু লৈতে! তৌবতবু কবি লৈবগে কবিনা ফনি তানবগী বানি। অদুনবু নখোয়দা ব্রাফমসে দোঙ হায়দোক্লরিসিনি। অতোনবী ওইকনি লাক্লিবা নুপী নুপীলক্তা অতাঙবনি। ফিভম্না তাঞ্জানা য়াদদুনা ওইববফাও কবিগুম্বা খবদি নুপী খুন্নাইদৈ হেল্লবনি পুরাবীনা খুদম্নি খঙলিবদুনি। মদু নুপী অমনা চুম্না তমথিবদগী শকক চাম্মা হেল্লবনি। তশেংনা মৈফমদগী লৌথোবক্লিবা মৈ ঈক্লবা চেক্লি! মদুসু ..." মীয়াম থেংনবকপা অমা ওইবৈ মীথিৎ মীবৌ খঙলবা থোইবা মাগী ব্রা তাবে খঙদুনা তম্ফাগী, "ওইনিংবা ওইজসনু –" হায়বা ব্রাদু থেম নৌদুনা নমহৎলকই, "ফবেনে, মাগী ব্রাশিমা তোক্লসি। অদুবু – ঙসি পাবুং মশানা য়াদনা নুপী মানা হেক্তা নমলৈ ..."

অচাকপা মৈদা থী হৈজীল্লকই তম্ফাদা, "এ! মানা হেক্তা ফাবনি। শুনু য়াইঙং তৈবগা ফগদবনি।" য়াম্না তপথবকই থোইবগী খোঞ্জেল, "অদুবু

হৌজিক্তি শুনু তৈগেবা য়াইঙং তৈগেবা সাবগা হান্না উন্নবীখো ..." মখোয় অনীগী অৱাই অখুমগী মবক্তা চীংখৈঙানবা মমাদা পাখৎলপ তপ্না কৌবকই, "ইমা' ইমা!" থোইবা তম্ফাগী চীন কাংজেসু লেপ্তে। লৈপাকলৈ ফুমবংননা অঙাওবীগী মতৌগুম থাপ্না তাম্না মীৎ কৃপ্তমখৈ য়েংদুনা লৈ অহাংবদা তবংননা। মীৎ পাঙনা পাঙনা তৃমদনা মঙ মঙলি। চীংখৈঙানবা তামল্লক্লদুনা মমাবু মবেংবান্দা তাপ পায়, হৌনা থৃক্কৎনা কৌবকই, " ইমা' ইমা'..."

ঙসাইমখৈ বোম তোপকী কাপথোবকপা পাইথোবকপা মৈ হৌববা মক মবক্তা লৈতোংগী মকমদা ঙাইহাক থৃপচান্নবগুম ৱাখল থোক্তনা তুংগী ফম্ফমদা ফন্নিবা সনাজাওবা চীংখৈঙানবগী "ইমা'" হায়বা পাখৎনা খংকৌ কৌবদুদা থৃক্কৎখিদুনা "হবেম!" হায়বন্নগা ৱাহুপ্লে। মঙলাক্লবন্নদৈ চীংখৈঙানবনা হৌদোক্লনা মঙফাওনবকপগুম লৈপাকলৈদি ৱাখল লৌশিং তপ্না তপ্না তাবক্লে। চবোইনা ক্লাক্তা শম ফোইবগুম ফোইবন্নী তম্ফা মমাবু য়েংগদ্রা মপৃবু য়েংগদ্রা ঙাইহাক চম্মমনৈ।

ঙসাইমখৈ মতুং ওনশিন্দুনা মাগী নাকন্দা ফন্নিফাও খল্লুদনা ফন্নিবা মপৃদা মমায় লৈশিল্লকই। পাখৎনা মপৃগী মুশুক মুশিল্লবা চপশিল্লবা চাইকং অনীদুদা মখৃৎ অনীদুনা পায়বগা, "পুপু' পুপু' ..." কৌই। উইশিল্লিবা মপুগী মীৎখা পাঙথোকহন্নিংমন্দুনা চিংথবগুমসু তৌই তম্ফা। চীংখৈঙানবসু গাডীদৈ কৃমথৈ। "পুপু – পুপু ... বাজী' ..."

কাব মনুংদু হান্নদগী হেন্না পৃম্লিল নিল্লি। ঙসাইমখৈ কুম্মৈ য়েংনবন্না তাশিন উশিন্নবমদবা খবসু কবিনোনে খন নীংজিং মাঙজিং কাবদু তম্না চঙশিন্নবকই। থোইবা অহন অমগুম, য়াম্না হকপা ৱাঙাঙদা, "ইবুংঙো, গাড়ীদো থৌবো কান্নববোই থুনা চৎশি লায়েংশঙদা, শোমদা শোমদা।"

তম্ফা মপাদা তেলিফোন তৌই, "তাববা (হল্লো) পাবুং' পুপুদো ৱাহুবক্লনা লায়েংশঙদা পুবে, থুনা লাকও ... হোয় মোবেগী ... খুবা থোইবসু য়াওবি ... খঙদে ৱাখল তাদ্রি ... হোয় ..."

হান্ননা হায়নদুনা ঙাইদুনা লৈবন্নগুম থুনা পুশিল্লি অনানবা চেকশিনবা কা অমদা (ইমাবজেনসি কমদা)। ডোক্তব নর্স খবনা যোমশিল্লি। ৱাদি মবক্তা

অমগা অনীগদা ঙাওনৈ লংখৎলবা মীৎশিংদুনা লংথোক লংথোক্লদুনা। অমনা তপ্না হায়বকই, " ঈগী খোঙজেল লেপকে (বি পী স্ত্রোক তৌগে) তৌবনি। য়াঙলেন শরুদগী (স্পাইনেল কোর্ডতগী) থোপ (ব্রেন) তম্না লাকপা শিংলী (ভেইন) অমসি অপনবা ওইবন্না য়াই।"

তাঙ্গাশিদা চীংলেন য়ৌবকই। থোইবনা মখূৎ কোৎপগী (সলাম তৌবগী) পাউখুম পীদে। য়াম্না লাংতক্লনা কাদু ফাওবা লেপ্পুনা চঙশিল্লি; খোঙজীন্দা উয়ুংগুম্না চপ লেপ্পুনা লৈ -- কনাসু উদবগুম তৌই। লৈপাকলৈদি তেংবানবা মপুদা থৌনিজবি। চীংখৈঙানবা তম্ফা তবং মালঙদা তুমিন য়েংলি।

ডোক্তব থোবকই, "সাবখোয়গী অহল্লা। ঈগী ঈচেল লেপকে তৌবনি। লায়েংশঙদা থুনা পুখৎপীবকপা য়াম্না যৈ। খজীক থেংথবন্নবদি ঐখোয়নসু কবিসু তৌবা ঙম্নল্লোইদবনি। হৌজিক্তি থোইনা ব্রানিংঙাই ওইদ্রে। অহনসু ওইববনিনা নুংঙাইনা থম্নীবগা লোইবেদা। চাবদসু খবা চম্না চাবা যৈ। ময়াম্না খঙনবীবিদুনি হেনজিন্না চাবা, নুংঙাইতবা শাউবা মসিমদি চান্নদ্রে। সিষ্টব সে অবোইবগীসিদি পুংমুক লৈবগা ঈগী খোঙজেলদো য়েংলগা য়াম্না ব্রাংদ্রবদি কাপ্পবনু। সাবগীদা ঙাইহাক লৈবগা পোত্থাহনবিবসু কায়দে।" ডোক্তবদু থোবকই। "ফনি সাব" চীংলেনসু খুমই চপ লেপ্পুনা।

সনাজাওবা তপ্না তপ্না ব্রাখল লৌশিং তাবক্লুনা মমীত্তো 'কায়না লৈ লৈদুনা যেংলকই। কৌবকই, "হবেম।" হৌগৎকে তৌই। নর্সশিংনা "পাবুং হীপ্পুনা ঙাইহাক্তং তুমিন্না পোৎথাবিখো" হায়দুনা খাম্মী। চীংলেন চঙলকই লৈপাকলৈ, তম্ফা, চীংখৈ, থোইবনা ইকোয় কোয়শিল্লিবা সনাজাওবগী মনাক্তা। মীৎকূপ খবদি তুমিন্না ময়ামদু য়েংলগা ঙাইহাক তূম্নবগা হৌগৎলকপদৌনা শোম্থাংননা তপ্না মথক্তা হায়জে সনাজাওবা, "ঐ কবিসু তৌদ্রেদা ফবে।" হবাওবগুমসু তৌই মীৎকূপ্পুদা চীংলেন। ম্নব শাংলপ হোন তপ্না মপাবুংগী খূয়াদা ফমথরকই। মপাবুংগী মখোঙদা কূপ্নিবা ফিদু শেমজীনবোই কবিবোই মখোঙদু পায়বোই নানবোই তৌদুনা মপাদা হায়বকই, "পাবুং, ঙাইহাক্তি ব্রা ঙাঙদনা পোত্থাবিয়ু। ডোক্তবশিংনসু তাবগা ব্রাবৌখিনি। ঙাইহাক লৈবগা ঐগী লৈফমদা (কাটবদা)" শোয়দোকখিদুনা হায়দোকখি। অদুদৈদি মশানা মশাগী অশোয়বদু চুমথোকচদুনা হায়বকই, "হীল ভীয়ুদা ওইনা ঈংনা পোৎথাক্কবসি পাবুং।"

সনাজাওবা মমীত্তা পীগী ঈবা ঈহৌবকই। ঈমায় চোল্লবা তোর্বানগী অশোনববু থি থিদুনা নমথেক্কদবগী চেল্লিবা ঈচেলগুম শিনা থুমহত্তুনা ঈবং লংখৎলকই। মীৎলু নাপোম অনীদু তপ্পা তপ্পা উইশিন্দুনা খাঙই। চেঙ্কুবক্কনু য়াদে মীৎকী পি পাগী পল্লোন্দা পন্দুনা সনাজাওবা। তন্ফা তপ্পা ফমথবকই। মখুৎনা মপূগী লমহেল্লবা পি তৈথোক তৈথোক্লা শোক্লাংনবকই, "পুপু, ঐখোয় ময়াম লৈবিশিদি! হৌজিক্তি কবিসু তৌববোইএ। ডোক্তবনসু কবিসু তৌববোই হায়বন্মী।" সনাজাওবনা মহাক থেল্লিবা মশুবু থেমজিল্লদুনা থম্মোয়গী অৱাবা লোৎশিল্লগা হায়বকই, "পুপুবু কবিসু তৌবোই ডোক্তবনা হায়বল্লব্রা? পুপুগী হকচাংশে হৌজিক্তি সিদা নাই হায়বা লৈতে। কোকসিদি খিত্তং লুমই, মসিদি ঙসাই লম্বেলদা নুংশীৎ খবা ফুখ্রেনে। কবিনো নুংশানগা শামনখিবনা থোঙনাউদু হেক হাংদোক্লুবে অদুনসু তৌবা মাল্লি। হকচাংদি হামু হামুনিদা। কবিসু তৌদ্রেদা" হায়না সনাজাওবা ফমুংদা হৌগত্তুনা ফম্মী।

চীংলেন মশা পাবপ, য়াম্মা মশা খীংবা পুলিস ওফিসাবনি। অদুবু ঙসিদি হূবানবা অমবু ৱায়েলশঙদা পুথোবকপগুম উবিবা তারিবা থেংনবিবা খুদিংমক্লা য়েক্লবা ওইবগুম ইহৈ হৈনদবা খীংদবা মতৌদু অউবশিংনা ঈবায় লায়না হেক্তা উবা ফংই। মপূক্লীংগী মমায়দা তাবিবা লোৎঙমদ্রবা অশোনবদু ৱাখলনা নমশিল্লগা মপাদা "পাবুং ডোক্তবদা অৱাৎ অপা হংলুখিগে চৎননবা তৌসি" হায়বল্লগা থোকখি হূবান্দুনা। চীংখৈ মপাবুংগী মহুৎ শিন্দুনা মপূ নাক্তা ফমথবকই। তন্ফানা মপূগী লাইবক্কী চোৎ চোৎ লাওবদু কমান্না তপ্পা তপ্পা তৈথোকই। লৈপাকলৈনা বাজী, "সেম মচেৎ অমতং খোক্লকউবা" হংজে। সনাজাওবনা, "উম! ঙসাইদগী ৱাবীবিবা ইবুংঙোসি অমুক্তা হান্না পীজৌ" হায়না থোইবদা ওনশিল্লকই। ৱাবা পূম্বা কাউত্রবগুম তৌই সনাজাওবা।

থোইবা য়াম্মা হবাওবগী মওংদা ফাথবা ঙমহৌদনা নোক্লা নোক্লা, "পাবুংনা ফবকপসিমুক নুংঙাইবসিদি অমমুক লৈবমগদবা মান্দ্রে" হায়না মায়থোঙ মকা লামজে। সনাজাওবনা মখা শমথবকই, "ইবুংঙো থেংনবমদ্রবদি ঐগী ফিভমসি ওইবমদবসু য়াই। ইবুংঙোগী চাউববা লমন অমা তোল্লবনি।" থোইবা "হায়হৈদেদা পাবুং" য়াবক্তা ঙংদুনা নৈশিল্লি নর্স অনী চঙলকপদুদা। ঈগী খোঙজেল অনেম অৱাং য়েংই। থোইনা অকায়বা লৈত্রে— ১৪০/৯০ চীংখৈঙানবনা উহৌই।

লৈপাকলৈনা নর্সিংদা হংই, "ইবেম্মা, কবি করি চাবা য়াবগে?" নর্সিংদুনা চৎনা চৎনা শম্মা পাউখুম পীবম্মী, "লোইনা য়াই। তৌবতবু চম্মা পীজবীবো। থুম থাউসিদি য়াবিখৈ মতম খবদি ককপিবো। ঙাসু খরা হৃম্বিয়ু। হৈবাদি মবাঙ কায়না অদুম চাহনবীবো" হায়বম্লগা থোঙজীন কানথোকখ্রে।

লৈপাকলৈ তম্ফা কৌদুনা সেম পী। তম্ফানা মদু মপূগী ময়াদা ইনবী। "তাদা সেমসে লৌবিয়ু" হায়দুনা অখাইবা সেমদু থোইবদা পী লৈপাকলৈ। চীংখৈঙানবসু তম্ফাগী সেমদু লৌদুনা পায়দি পায় চাদি চাদে। সেমদু ময়া য়ামাং অনীনা মচেৎ অমত্তং কক চীক্লুনা সনাজাওবা শোম্থোংনবকই, "ঙসাইমখৈ ঐখোয়গীদমক কোইচেন চেনবীবিবা ইবুংঙোগী মিংসিবু পাবুংবু খঙদ্রিনে" হায়বা লোইফাৎত্রিঙৈ থোইবা সেম চানা চানা হায়বকই, "পাবুং! থোইবা — নম্বোলদগীনি। মোবেসিদা চহী অহুমদি উচিন নাচিন্না শুজবে।" সনাজাওবা হবাওমনখিদুনা,

" হৈ! ঙাইখোনে, নম্বোল কদায়রাইদগীনো?"

"পাবুং নম্বোলমক্তদগী নত্তে। তাবিবমদবসু য়াই নম্বোল চীংমাংদগী কিলোমিটব মবিমুক হিয়াংথাং তাবা লম্বেলদা চৎলগা লৈবা — ককয়াই হায়বদুদগীনি।"

"খঙইনে। মিংগা য়াম্না চান্নবা খুন্নি — "কক য়াই"— ককয়াই। ককয়াইগী খূৎ লাংপোক্লা লমগা ওন্নদুনা থাঙপাক্লা শদন থাদুনা ককখিবদু নীংশিংলকইনে!"

"কবম্না খঙবীবিবনো পাবুং?"

"কবিনোনে ইবুংঙো! লৈবাক পুংজাও থীনবনিনে। মতমদু ঐ নম্বোল লৈবেল গার্লস হায়াব সেকেন্ডবী স্কুলদা প্রীনসিপাল ওইনা উখ্রুলদগী থবক হোংলকপা (ট্রান্সফাব তৌবকপা) অহানবা চহীনি। নুংঙাইখ্রপোৎনিদা ইবুংঙো, ঐগী অহানবা থবক মফম (পোস্টিং) উখ্রুলদনি। চহী কুনমাথোইনি মফমদুদা লৈবম্না। নমাদুসু তাংখুল নিংঙোলনি। অদুদগী নম্বোলদা থবক্তগী পোথাবে (পেন্সন লৌবে)।"

" অদুদি পাবুং ঐখোয় অদুবাইগী নুংশীৎ নুংশা খবমখৈদি খঙবীবল্লনি।"

তন্ফা মপূদা কবিগুম্বা হায়নিংবগী ঙাইহাক ঙাইদুনা লৈবম্বদগী তাঞ্জা ফংদুনা মবক থৎলকই, "পুপু বা য়াম্মা ঙাঙবশি ডোক্তবনা ..." সনাজাওবা থোইনা থৌশাকদনা, "হবেম, মীওইবসে শিবগা লোইবা পুঙ্গিনি" হায়না মশুবু থেমজীল্লি। থোইবদা ওনশিল্লকই,

"ইবুংঙো, লৈক লৈকবা মফমদু ঐগীদি য়ুম হায়বদুনি। নুংশু অদুম মনুংঙাই। নখোয়গী লল্লোং মবি ফাংবদুদগী খাবোমদা থিয়াম লৈমপোকপম ফাওবগা ইশোক চুম্মীদনা। মদুদগী চে চৎথোক চৎশিন তৌবা (কেবানি) চুমচৎ অমা য়াওই। নুমিত্তু ইঙেনগী কাং হয়েংনি হায়বৈ ঙসিগুম্বনি; মহাকনা হায়মনবদগী ঐখোয় মবি চীংফুচীংদা কীহোম চাবা চৎলি।" সনাজাওবা স্বব অমুক্তং চিংখৎলি। তুমিন্না ঙাইহাক লৈ। মতীল চোল্লক্তুনা অমুক্তং কুৎ য়োৎশিল্লগা খংহায় হায়বকই "ইস' ওম্বোক্রসু কীহোমদো মহী হোমখ্রে। হাউসু হাউখ্রে। মহাওদো ঙসিসু কাউদ্রি। ময়াম'মসু য়ুমদা পুনবকখি। ঐদি থাগৎলিবনি – মখোযগী নহাবোলশিংদুনা চীংমায়দু হেক য়েংখিবদা কীহোম্মা থেন্দুনা থম্বগুম পূমশং শংহল্লি। লোইবা নাইবা নত্তেদা – কালেন পানখৎলকপদা ইপা ইবুংঙো খোবীফাবা হবাওবদা পাল্লিগী থৌগল্লোই কাবকপশিংনা টিদিমগী খুবক হাংদনা চেল্লিবা গাড়ীশিংবু থৎ মপুবোইবগীদমক চনিং লাইবেন্বী ইমানা ফোইজীংদগী পোৎলানবা লাকপদুসু ওম্বোকপা অঙকপা অমনিদা ইবুংঙো।"

থোইবনা মখা শমথগে হোৎনবিঙৈদা চীংলেন থোঙজীন কানশিল্লকপনা হান্দুনা কাথোক্লুববা চীনবান উমশিনবা নংদনা হায়দোকখি, "সাব" চীংলেন মমীত্তমক য়েংলকই ফল্লপ্লা। মপাবুংদা তপ্লা হায়বকই, "পাবুং, চৎনবা চে পীবে (দিচার্জ তৌবে)। ঐনা মফম অমা থৌবাং তৌদুনা থল্লে। মদুদনা নুংঙাইরোইদ্রা?" সনাজাওবা, চীংলেনগী "মফম অমা" হায়বকপসিদা নীংশিংলুদ্রবা কাউথোক্লুববা কয়া কয়ানা মথং মথং হৌনদুনা মীৎমাঙদা ফন ফন হেক চোংথোবক্তুনা ময়া হীগত্তুনা তম্নবা হৌবক্রে। ফাথবা ঙমহৌদনা হায়দোকখি দোঙ লাউনা সনাজাওবা, "ইবোচৌবা ঐদি ইমং ইখূৎনা লান্বা ফংলবনি হায়বসি নঙ খঙলবা নৎত্রা? অদুনা পুম্নমক নখূত্তা লোইনা তাববনি। নমাদো ..." বাহৈশি খোল নীকপগুম লৎনা তপ্লা থম্মোয়গী অন্নাবা পূম্বা পূক্রীং খূত্তুম্মা চেৎনা

পায় মখা শমথরকই, "ঐগী চহী নীফু শুবকপদা নঙ পোকপদা নঙগী নশক উখিদনা মীবেনশঙদগী(ওপবেশন থিয়েটবদগী) অঙৌবা ঘিনা কুপ্তুনা পুথোবকপদুদগী ন – মা – দো ..." ঙাইহাক্তি সনাজাওবা মঙদ্রংদা তাউই। উন বাইমুক চীকপগুম তৌই মীংকূপসিদা কাসি। দোঙ মঙফাওবত্তুনা থৌনা ফনা শমথরকই সনাজাওবা, "ঙসিফাওবদা নঙবু নুমিৎ থাগুম য়েংদুনা লাকপনি। হৌজিক্তি মী ওইবেদনা। অদুনা ইশুশিংসে মী ওইহনবা নঙগীনি। ঐ নমানা সোবাবেন্দে(স্বর্গদগী) য়েংলকপদা য়ানিংলোইদবা থবক অমত্তা ঙসি ফাওবদা তৌখিদ্রি! নঙ ঐগী ইচানি, নঙ অঙাং নৎত্রবনি অদুনা ..."

মতৌ মান্দনা মীংলুদগী ঈহৌবক্লিবা পিবু খামজিন্নবা হোৎনবদা পুক্লীংদগী ফুনগৎলক্লিবা ফোঙদোক্লিংলিবা অনীংবশিং থৌজেংদা পন্দুনা খোঞ্জেল থোক্তনা লমখাংদা মাঙ লৈয়েংনা ফোঙদোকওল্লগী শক্তি লৈত্রে সনাজাওবা। মপাগী মতৌদা তৌফম খঙদ্রবা চীংলেন কুইনা লেপ্তুনা লৈবা ঙমশিল্লকত্রে; মচাদা ওনশিল্লি, "থোই – নখোয় পুপুগা লাকমিন্নবো।" নাম্বোক্তুনা চেনননবা হোৎনৈ। খোঙকাপ অমা হেক থাংবগা মপাগী তপ্না, "ইবোচৌবা ঙাইখো!" হায়বদুদা চপ লেম্লী চীংলেন নাবেং থাংদুনা থৌবি লীশাংনা উচুক্তা পুল্লবা ইবোই বাঙ্গোবগুম। সনাজাওবা, স্বব শাংনা চনিং তানা হোনবগুম তৌই। মীংয়েংনদি তান্নবি থাপ্লা তাম্লা কবিগুম্বা অমদা য়োংহ্লিং ফল্লাং থাংলবা মীয়াংকুম লেপ্লিবা চীংলেন লান্না। অচিকপশিদা তম্নবকই সনাজাওবা, "ঐ মফমসিদা পম্বুবোই। হকচাংশিনগা নুংঙাইহনবগা ইমৌনুশীদো ঙসিদি উন্নবোই। নখোয় তাঞ্জা অমা য়েংলগা ঙসি নোংমা নীনিশিদা য়ূমদা লাক্তবা য়াদে। ঐখোয় হন্নবা তৌবগে ..."

বাইহেশিংসে হায়না হায়না সনাজাওবা ফল্লম্বা ফমুংদৈ কুমথবকই। তপ্না তপ্না মপান থোবকই। তম্ফা চীংখৈঙানবা মপুবু নাক য়েত্তা শৌবোই পায়বোই তুংইনখি। থোইবসু হীদাক লাংথকশিংদু পুদুনা থোকস্রে। মী কয়া কুংদবা অপীকপা লায়েংশঙগা ওইবগা শবক শিবনরা করিনো ফমুং অনীদা থাবা কা মচাদু (কেবীন্দ্) মী পুমচীক চীকই। চীংলেন লৈপাকলৈ মহৌশাগী মহৌশাগুম মীংয়েং অনী বাইনৈ। হৌনকবা তৌদনা অমগা অমগা বাদি ঙাঙনদা চঙশিন্নরকই।ফিজংগী (পর্দাগী) মকমদুদা চেজেৎ কোনশিল্লুই মথানুংদা অচীকপা তাঞ্জাদুদা। মমাগী মতম্বাক্তা মচানা ফ্রীং ফ্রীং কাওদুনা ওইনজবগুম লৈপাকলৈ খুত্তুম্না চীংলেন থবক্তা

শু শুদুনা নুংহিক্সরবা খোঞ্জেলদা লৎ লৎ লাউনা শোছাংননা পিবোইনরকই,
"ঐবু – কবি – তৌ – হায়বগে –"

মখা শমথদে। লূরবা লাইজগী ঈয়ায়দা তাবা অথেঙবা থাজনা থক্তোবকপগুম চোংনা লংনা হঙ্গংনা য়েংলকই। থিংলুবা য়াদে শীছবক্লিবা পি। মনীং তৌবকই। ঙাইহাক খজাইদা লমদল্লমদুনা পাউখোং চল্লন্নগা খোঙয়া থম্বালথক্তা য়াতাগ্রে। থম্মোয় পূবা ঙমদ্রবা চীংলেন লৈয়েং ফাইদুনা নাববা অনাবগুম বাহৈ'মত্তা – চীনবান্দা কাংঙমখিদ্রে। খূত্তো তপ্না থাঙ্গৎলকই – তাবক্লিবা লৈপাকলৈগী পি তৈথোক্কে খন। অদুবু লৈপাকলৈ মমায় লৈথোকই। খোঙথাং অমা অনী হন্দোক্লা লেপ্পী। মেঙলবা খোঞ্জেলদা তপ্না থৌশাদনা হায়বকই,

> "মদুগী মতমদু হৌদ্রে। ঐগী ইমাঙদা লেপ্লিবা নঙ বাখলগী মিতল্লি। থবায়গীসু মমিনি। থবায় মাদি শোল্লবা হকচাংগী উনশানা য়োল্লিঙে ঐগী ওইরম্বনি। নাছোকল্লবদি অশিবা ঐগীনি খক হায়জবোই। ঐগীসু লৈজে কনাগুম্বা অমা – নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক নুমিদাং খায়দনা ঐগী পুল্লিসিনা ঈবাং থৌনিজদুনা থম্মোয় লাইয়ূমদা পূক্লীংনা লাৎচবা। নঙসু খঙইদনা, ঐগী ভূমফম কাগী উপু মথক্তা মমীৎ কুপ্পমখৈ ঐবু চাগদবগুম য়েংদুনতা লৈবদো, ঙসিসু মচীফাও লেঙদ্রি। ঐনা হায়জবা খুদিং মানা তাবি। ঐদি মাগীনি। ঐ শাউদে। কনাবুসু বাবৌদে। অদুগা নঙদি মাগীনি – মাগী ..."

হায়বা লোইফাক্ত্রিঙৈদা লৈহৌবো মতাগুম পুঙমদ্রবা খোঙথাংদা হক্লা হক্লা থাং লৈপাকলৈ থোকখি হন্না য়েংলমদা। নোংমৈ শীংজং (বজ্র) লীশিং লীশিংনা তম্ববিরবা শোল্লবা চীংলেননা ফাবা ঙমহৌদ্রে লৈপাকলৈগী থম্মোয়। চীংলেন থাংদোবকই কাদুদগী থাংলি খঙদনা থাংবা খোঙথাংদা। মশানসু খঙজদে – কদোমদনো থাংলিবা খোঙথাং! বাখল খংলাক লাকই, থোইবনা খোল কল্লপ্না "সার! সারবু ঙাইরিয়ে ..."

থোইবা সনাজাওবা ঙাংনা শক্লরম্বদগী থোইবনা চীংলেন্দা ওনশিলখিবদুদা অকাউবা অমা খঙনিং নীংশিলক্তুনা খংহায় হায়বকই সনাজাওবনা, "ইহে! ঐদি ইকাউবু কাউইনে, হবেম, মীতৈ শরেংদো পুথোরকউ। পীয়ু নঙগী খুরাদা। য়াম্না বাজববনি নঙ খুবাসে।" তম্ফা অনীবক

হন্না হায়নদে। খৃৎলৈ থুনা পুথোবক্তুনা মহাও য়াওদ্রবা শবেংদু পী থোইবদা গাড়ীদৈ কৃমথদুনা। লৌ য়াদে থোইবা। মপাগী মিহুন খণ্ডবা চীংলেননা লৌ হায়বদৈ ঙাদু লৌই থোইবা। তম্ফা গাড়ীদু কাবা নংদে চীংখৈঙানবা গাড়ী ঙংবা হৌরকই। থোইবা ঙাদু থন্নগা মখুৎ লোন্নদুনা "লৈজহৌবে পাবুং" হায়দুনা খুকম্মী। পাউখুম পীবা নংখিদে থৌখিবনা হাল্লি গাড়ীদো। অদুবু, মীৎচিনা পাউখোং চন্না পাউখুম পী থোইবদা সনাজাওবা। লৈপাকলৈ মাঙগী ফম্ফমদা মমীৎ উইশিন্দুনা ঙাথদুনা লৈখ্রে। থম্মোয়না থম্মোয়দা মথন্তা হংজে, "ঐসি কবি ঈবাল লংজখ্রবনো নত্তে, ঙহালমুক্কী মপোক্কী মহয়না, অহানবা মচানুপী ফংজবা মীৎকৃপ্তা অহানবা নুপীনা তাইবং থাদোকখ্রবা চীংলেননি খঙনা খঙনা কবিগী নুংশিকবি! — পেল্লোকো হে থম্মোয়!" থম্মোয়দা খৃত্তুম্না মথন্তা শুদুনা পূক্লীংবু থেমজীনজে মন্নবা তাইবং মালেমসিদা লৈপাকলৈ। চীংলেনসু মমীৎতা কবিগুম্বা অমত্তা ময়েক শেংনা উখিদ্রে । মশেল মবাং য়াঙনা চেল্লিবা কাবদুবু মীৎয়েংনা তান্না তান্নদুনা য়েং অদুমক ফুমবঙননা লেপহৌই।

৫

**চীংলেন** চীংলেনগুমখ্রে। মশানা মশাগী মনঙ্গল উজদবগুম, তৌবিবা শিনফমগা মশানা তৌথোবকপগা কবিগুম্বদা যাম্না লাপ্পবগুম খেন্নবগুম উবকপা অউবা কনাগী মীৎমাঙদা ফন ফন চোংথোবকই। অউবশিংগী থম্মোয়দা ফাওবকপা ঈশ্নন শেন্নহৌদ্রবা মীৎকৃপ্পা চীনবান থোকখি – "এ! কবিনোনে?" খোঞ্জেলশিনা মালঙ ঈপোম্লক্তা তিনখ্রবদা তুংদা চিংনবা থাজদবৈ মীৎয়েংনা কোযনা লৈনা য়েংবা য়াওদবা নত্তে। অদুবু মশানা চৎলিবা খোঙচত্তা থাংলিবা খোঙথাংদুগী খোঙগুল কনাগুম্বা খবখক নত্তনা খক হন্না য়েংনদে। কনাগুম্বা খবদি মাঙদা থাঙ্গদৌবিবা খোঙদাফমদুদা তিংখং তুম্বৌনা য়াবেক্তুনা লৈবিব্রা হায়বসিফাও নোম্বদুনা য়েংলুদে। মবায় কাঙদুনা জিবাপকী মঙক্লম মীৎয়েংনা তাম্না থমদুনা চাউয়েং য়েংলগা চাউচৎ চৎলি। অদুবু, মপৃগী নাম্থোকপা য়াদ্রবা পৃংফম্না মীৎমাংদা নক্লা লেপ্পববদা লোৎলম্বা শাইতিঙখংদা খুদি থীদুনা ফোঙলক্লবদা চেম্বুবক্লিবা ঈখেংদুনা তম্নবিদুনা খোই মহূনা হয়িংবু কিববা থম্মোয়দুনা মবায় কাংলম্বদগী নোম্থা নোম্বদুনা কাকফৈগুম চৎপদু উবগা হূ কাদ্রবা তিংখংনা নোকহৌই।

অসুমনা অঙকপনি হে তাইবংপান, মানা মানা চৎপনা মা মাগী অচুম্বা লম্বেলনি খন্দুনা চৎনবিবনি মীয়াম মবকসিদা তোপ তোপ্পা অঙাঙবা শিন্দুব চবাক্লা লঙলবা লাইবক্তা লৈতেং খোঙদা শেন্দল ফাওবা তোংদনা অঙৌবা ফৈজোম শেৎ অঙৌবা ইন্নফি ইন্দুনা অঙনবা অয়ূক্কী নোংপোক চীংদোলদগী থোবক্লিবা নুমিৎকী অঙ্গংবা মঙালগী মশেক্তা ঈবোইননা অয়ূক য়েন্দা অঙনবদগী অথেঙবা য়াচঙলকপগী গোবীন্দগী কাংশি খোঞ্জেল তাবফাওবা হাংলিবা পোৎয়োন শঙশিংগী থোঙজীন থোঙজীন্দা চঙদুনা য়াইফা থৌজাল পোৎয়োনবশিংদা পীদুনা লাইজ ঈবিক য়াইবীবেল খীক্লিবা, শিন্দুব নমদুনা লৈমন য়েন্লিবা মপুগী শাউখোক্লোই অশেংবা মহাক্তা অঙনবা অয়ূক্তগী শাইজিন শাইয়াদগী পাইথোবক্লিবা শেন্দ্রাংশিংনা পোৎয়োনশঙ পোৎয়োনশঙশিংদগী হেন্না মমল কানা য়োম্নবা হোৎনবদা য়োনবা য়াদ্রবা অপুন্বা অপৎপা ময়োম ময়োমগী

মপৈ মপৈনা শবক শিদ্রবা চিল্লবা লম্বেলগী চিদাইদা নৎত্রগা নোংঙাল্লমদাই য়েনখোং অহানবদগী অবাল্লা মফম মফমদগী হৌন হৌনদুনা কৈথেল তল্লক্লিবী নোংমগী শিদ্ধা পাঙলিবী ইমা ইবেলশিংনা মনাতোন্দি ইল্লিবা ইন্নফি ফীজিনা খুন্নগা ফমফম য়োনফম লৈতদুনা ফল্লিবা য়োল্লিবা মখোয়গী মনাক্তা পৈবিবা মবক্তুদা হন হন্দুনা খোৎলগা মচীঞ্জাক থিবগুমসু তৌবিবা অশোনবা অশোয়বা অকায়বা পুন্সিগী শকওং শক্তম উত্তুনা খুদোংচাবা লৌদুনা চোং চোংদুনা চৈসুনা চৈঙাক্তুনা চেল্লি চোংলিবশিং শিৎ শিত্তুনা শোন শোন্দুনা শেন নীবিবশিংগী পুন্সিগী মমলবু লম্বেলদা তাবিবা উফূলগুম খোঙনা নেৎ নেত্তুনা কবিসু খনবিদনা চৎপগুম মীবক খায় খায়দুনা মখৃত্তা অহীংবা থবায় লৌকববা মবায়বক ফববা মতীং ফৃদোক্লুববা মথৌদাং পাঙথোক্লুববা অতেনবা নোংমৈ মচা অমা খুবাম চেৎনা পায়দুনা মচীন্দদি ইমা ইমা শোন্দুনা মিহুন্নদি দিং দিং চোংলগা কায়ননিংদ্রিবা থবায়বু কায়রবা তৎলবা ঊনশানা খাউওন ওনশিন্দুনা চেৎনা ফাজিন্দুনা মায়কৈ শলাই খঙদনা চেল্লিবশিং তান্নবিবশিংনা নুংথিল পোবোগ্তা খুবাক ময়ায়দগী তৌগে মতাগুম্না ফোঙনা হেক্তমক শগুন তৌনবিবশিং হিংনা হিংনা অমনা অমগী মমীৎ কোৎথোক্তুনা অঙম অঙম্বনা মশানা মশাদা হাপচিল্লিবা পানশিল্লিবা ফত্তবদা লাইচবশিং ফত্তবৈ মহয় চাজবিবা কয়ানা মা মাগী অকোয়বদা মহৌশাগী খল থুগাইদুনা অহোংবা কয়া'মা পুবক্লবা মহৌশা ইমাগী শকফম কায়ববা মতম্বাক্তা কিথি কিকম তুশোন মানশোন্না বাংনা মপু মাগী শিদ্ধাদি তৌনিংবা নিংজবা খনজবনদি তামখিদুনা শিল্লম পাঙবদি ইঙম্মক ঙমজদ্রবসু অখাং কনবী কুন্দালৈনা শাববা নুংশানা লৈত্রক চৎহল্লবা নুংক্লেং নুংপাক মবক্তা থোৎল ময়োল থিনগত্তুনা মালং শহ্মদা থূপচান্ননা কোবৌগী মঙাল মশেক্লক্তা লৈনা জগোয় শাদুনা লৈশাৎ তমজবী শিঙেল লৈবাংশিংগী লৈহী হূদুনা পুখিবা খোইবাবশিংনা খোইবাগী কাখল কাখলশিংদা খোইহিনা নীক নীক থলহন্দুনা থেন্দুনা থল্লবা খোইবাশিংদগী উচি চাকহোন্দা মচিং মচিং লেগুনা থেংনা থেংনহৌবদুনা ককচেং কোকচাওবীশিংনা কোকথোং কোকথোং হোন্দুনা চবা নোংখননবিবশিং অসিবু ঙায় ঙায়দুনা শাংলবা মবৈনা তাক তাক হায়বা খোঞ্জেলগা ঈবোইননা নাকেম্বাগী য়াঙ্গংলবা ঊনা শিংনাবক্তা য়াবেকচবম্বা কাঙ কয়াবু চবা চীন্দম্নম্বা হঙোইনা কোকঙাংবিশিং অসিবুসু চোং চোংদুনা ফাদুনা চাবিঙৈদা মখোঙনা মখূৎনা লামদুনা ফোইদত্তুনা লৌথোকচবা ঙমদ্রবা মথক্ত মুনজখিদুনা কেনজখিবা ঙাইবা নত্তনা

অতৈ উপাই লৈত্রবা মনঙ্গলগী অতোং অকুৎ নাইবা ফুগ্রি মবক্তা ইবোই বাঙ্গোবনা লৈয়োনবগুম কুন্দুনা খৌবোম থন্না থন্না ঈখেং থক্লিবা কাকফৈগা পূন্না পূমযোৎ যোৎলুদুনা খাউবৌ কোকচাও তুম্ননবগীদমক উজাও উবেন অথোইবা তাইবেন্দা য়েৎপা থুংবোই থুংদবোই য়েৎশিন্দুনা তকখাইবিঙৈ চৈবক্তা ঙসাইমখৈ অপুঙবা উনা মবক্তা উমংগী মীবোৎশিংনা মোংশোং হাবুং মবক্তা থুপচান্ননা লোত্তুনা যেংবগুম মতিল কুৎ কুৎ য়োক্তুনা তাঞ্জা লুমদুনা লৈবন্না উমাইবী নাবোন্দা শ্রোৎ প্রেক লাউদনা নাশোন পীক্লা পাইশিল্লক্তুনা লিন্দুগী লুশমদা তাপ লাক্তুনা মখোঙ মখূৎনা ফাদুনা পুল্লগা মখোঙ অনীনা লিন্দা অমা উদা অমা নেক্তুনা পযা শিবগুম্না শেতৎলিবা উমাইবী উফকপী হবাও মথোই কাদুনা মাঙজোং চোঙলিঙৈদা শাদানবা মাগী শবৌ লাংদা থুবদুনা মবুক হাপ্লবা শাদানবনা চবা চীন্দল্লবা তুং তূমখুল তাল্লিঙৈ নুংশানা যৈদ্রবা উখাদুগী উকমদুদা কাঙনা য়াথোং লোনখিদুনা থবায় পীখম্নখ্রবা মহাক্তুগী পুক্সিগী শিম্থাগা শিল্লম শিম্থাদি মাগী মাগী থবাযবু কন্নবা ঙাক্তা ওইনা চপ চপ মান্নজববসু পোলোইনা পুবকপা পম্বুংদদি থাপ্না তাম্না লাপ্না খেন্নদুনা খবনা সোবাবেন নকশিল্লি খবনা মালেমদা নৈশিল্লি অদুগা লমহেল্লবা খবনা মিতম্বালগুম লৈখাদা (পতালদা) ইম্থখিবা মীৎমাঙদা শং শংনা উবিবা কল্লক-মিহৌ লাংদগী নাম্থোক্তুনা লেপ্লিবা মহাক্লি তাইবং থবায পানবা খুদিংবু কল্লক-মিহৌগী ঈপাক লাম্থোকপীনবা তাইবং মালেমদা থাবক্লিবা লাংওন লাংওন কয়াগী চক্রোন (যুগ) পুবা শক্তমদা ...

শাদানবনা শাগী খোঙ্গুল থি থিদুনা মদুগী মতুং ইন্দুনা শা ফাননবা হোৎনবগুম মতম কুইনদগী তাঞ্জা য়েংল য়েংলগা খোইজাক থাক থাক্তুনা খোই চোপ্লিবা থোইবা চীংলেনগী অঙনবা অয়ূক্তা তুবেলগী তোবৈলক্তা তাউফিং তাউফিং তাউবন্না অশিবদু লৌবা হেক চৎখিবগা মপু পান্দ্রবা ঈশ্বোল চঙবগুম খোঙ্গান্দা প্রপ প্রপ চঙশিল্লগা লময়ায়দা হূবান মীৎয়েংনা লৈনা লৈনা যেংদুনা কৌই শোম্থাংননা, "ইচেমশি' হো ইচেমশি" কৌ কৌদুনা তূমফম কাগী ফিজংদু হাইদোক্তুনা। মীৎয়েংদুনা থল্লকই অমত্তা থাবিবা ফমজাউদুগী মোমপাক্তা য়েপশিনবোই য়েপশিন্দবোই য়াম্থবিবা কাঙখল ফাওদুনা। কুন্দোবৈ নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌবকপা মমশুক মমশুকঙৈদগী অথেঙবা অহীংদা মঙলাক্লদুনা নোংঙাল্লমদাই তূমথবা য়াদনা তূমথবা থেল্লগা তূমথবা তূমখুনগুম চীংলেননা হৌম্রবা মবি মখোঙ শম্নদ্রবা তানীংদ্রবা বাবী কয়া লী লীদুনা খোয়দৌ

থিংহল্লমবদু মহাক হেক কাঙখল হাইদোক্তুনা থোকখিবগা ফৈজুপ মচা'মা চিংখৎলগা তূমথবিবা মীৎকৃপ্পা মঙ ওই হা ওই, "ইচেমশি ইচেমশি" কৌবকপদুদা তন্দে মান্দে মীত্তি পাঙনীঙদা পাঙনীঙদা কনানোনে কৌবিসিবু খঙনীংনা মীৎ উইশিন্দুনা ঙাইহাক তুমিন্না তাই। খঙলকই থোইবনি। খঙনিং নীংশিংলকই ঙসাই চীংলেননা চৎলমদাইদা, "থোইবসে মী মখল অমনি। মাগী মতেঙননি নঙ ঐ থুংনবিসিসু। নঙনা হেন্না খঙলিদুনি। মসিগীদি লমন তোল্লিদি হায়ববু চেকশিন্না লোয়নগদবা মীশক্লি। মহাক্না থেংনগে খনখিবা মহাকুন্না মোবেদা লাকপা হান্না লৈবক্সা কনাগী ববমীজ, মদ্রাজী শুবে মাগী খয়াত্তা মীৎকৃপ অমত্তা ওইবসু তাখিদবা য়াওখিদ্রি। য়াম্না ঙস্কনি। মিতন্বালনি মিতম্বাল। মহৈসু ওহ্লোক্লা হৈখ্রপোৎনি।"

তানজাদুদা কুন্দোবৈ মওন মওন খল্লকই। "কবি মহে কয়াম হৈবদনা থোইবসে। ঙসিদি চায়েংদুম তৌগে ঐগী তবেং লৈবী।" চীংলেনগী পাউতাক্তুনা লাইরা ওইবগা কুন্তিগুম চাং য়েংনিংই। তাঞ্জাসি মাঙহননীংদদুনা কুন্দোবৈনা খুদোংচাবা লৌশিল্লি, "থোইবা নৎত্রা? চঙলকউ, য়ানিনে চঙলকউনে" যাম্না ওইনবা রাহৈনা হৌদি হৌগত্তনা মখূৎনা কাঙখল মচী'মা হাইদোক্তুনা মোন খাঙজিল্লি। কৃপ্লন্সা কম্বল তপ্পা তপ্পা মখোঙনা চিংথবগা খূয়াদা পৈশিন্দুনা তাশিনখিবনা মায়খন্না হাইদোবকপদা মঙালনা কোইথি থিবকপগুম খঙনীংবা উনিংবগী লাংতক্লববা থম্মোয়বু ফক্লাংগুম লেঙদ্রবা উবিবশিংদুনা অশুম অশুম শুমহত্তুনা খুদুম চনশিনবগুম অমুবা অমসুং অঙৌবগী চাউবপ চাউবপ য়েক্তুনা হক্লিবা লৈবাংগী মবক্তা অবং অবংবনসু থেক্তুনা অউবগী মীত্তা মীত্রং শান্নবগুমবা অঙাংবা মচুগী হাওফিনা ফনেকুম্না কোমগোম চিংখত্তুনা শেৎলিবসিনা য়ৌশিনবা ঙমদ্রবা ঈশিং থকপদা ঈশিং উবা খৌবিদৈ লোইবোই হাইথবকপসিদা মন্নি মন্নিবা অঙাঙবা জেবো বন্ধ মঙালনা য়ৈদুনা থক্তোবকপগা তিন্নববা মঙালগী তেনজৈনা কাদুগী মপান্দা থোক্লিঙৈদা থোইবগী থম্মোয়দা থূম্না থিনজিল্লকই।

থোইবনা তবং মালঙননা লৈবদু উবদা কুন্দোবৈ হায়গে য়াওনা হায়বকই, "কবিনো থোইবা? উয়ুংদৌনা অদুম লেপ্লিদুবু। ফমুংসিদা হেক্তা ফম্মুনে।" ঈকজনীংবগা থোল্লা তেকপগা চপ মান্নববা থোইবা রাখল খংলাক লাকই। য়েপশিল্লিবা কাঙখল মচীদু তপ্পা চিংখত্তুনা রাদি হায়দে। ঙেক ফমথবকই তাশিন খোমজিন্দুনা কাঙখল মচীদো। শ্বাই হেক লাউদুনা ময়োল থোবকই

থম্মোয় অনী। থম্মোয়গী পাউখোংদি থম্মোয়তনা ফোঙই। লাঙ্গোম খণ্ডুনা খোইজৈনা হাইগৎলকপদা খোইজাক উমদুনা খোইবিদা য়ান্নবিক্লিবা ঙাদূ মীৎকুপসিদদি কুন্দোবৈবা থোইববা করম্নবু খন্দোক্কনি। জগোয় তমজবম্না শিঙেল লৈবাংনা মালং শহুম্না তেথবক্লবদা খোঞ্জেলসু তাখিদ্রে লৈনা লৈনা মালং ঈপোমদা। মখোয় অনীগী মতৌদা ঙসাইমখৈ কুম্মৈ য়েং চগৌ কাদুনা মুশি মুশি ঙাল্লম্না বন্সু চোকথবদুনা খংমুৎ মুৎখি। থোঙনাও হাংদোকত্রিবা অয়ূক্কী অমম্না কাসে ঙাইহাক মীৎকুপ খবদি পূমচিক চীকই, থম্মোয় থম্মোয়দগী ফুনগৎলক্লুনা পাথোবকপা নুংশাম্নবদু নত্তনা।

শজীবুগী নুংশা মবক্তা তম্নদুনা খোংবা অহৌবা নোংখোংগুম থোঙ্গালদা য়াঙনা থৌজিন্নক্লিবা জীপসি মখোলদুদা খংদুনা থোইবা ফুক হৌগৎখিবা খঙহৌদে। গাড়ীদুনা গাড়ী থম্ফমদা থৌজিনখিবগা অঙ্গুব মখাদা অঙ্গুব হেক হেক্লুনা লীৎল লীৎলগা ফাওদোকত্লগা থোঙ্গাললোমদগী নোমহৌ নোমহৌ শামুগী খোঙথাংদা মঙক্লু থেক থেক্লুনা চঙলকই, ফুবিখাওদৈ অঙ্গুব উমশায় শায় শায়দুনা থোইবা। থাপ্না উহৌই চীংলেননা মাগী লৈফম কাদা চঙখিবা।

হিদেন তবেক্তা ঈবোয়দুনা শান্নবকপি কুন্দোবৈ পীক্লবা কাখুগী লূববা খুদেংগুম্বা ঈবোইফমসিদা (শ্বীম্মীং পুলশিদা) ঈবোইবদি পেনা খোংগুম্নি লাইবুংদা। থোইনা নাচুংলুদে ফৈজুপ্লনি চিংখৎলিবা তপ্না। চীংলেন খবা শাউবপ্না ফমশাংদা (সোফাদা) ঙেক লাউনা ফমথৈ শাহুম চাউনা। শোল্লবা ফমশাংগী (শোফাগী) ম্প্রিংনা নীংঙাই তৌজৈ। থোইনা হেন্না অঙাং মচাগুম খোয়শাওনদুনা অমুক্কসু নোম্নগুম তৌকই চীংলেন।

মৈখু (চুকপ) মচৈ অমা চম্নখৎনবা হোৎনবতা মঙায়বি চীংলেন মমি শাম্মি উরকই থোইবনা থোঙজীন্দা "সাব" হায়বা শোম্বাংনবা খোঞ্জেল্লক্তা চপ লেপ্লুনা লৈবদো। "থোইবা চংলকউ" মচীন্দদি হায়দি হায়বগসু ব্রাখল নোংলৈনদি মৈখুদা (চুকপ্তা) তাইনদুনা শাংনা শাংনা চিংলি কাঙমৈ খুদুনা। তাঞ্জা য়েংদুনা তপ্লপ্না, "সাব" শোম্বাংনৈ অমুকসু থোইবা। চীংলেন মমীত্তি য়েংথোরক্লনা, "কবি তৌবে" হংলকই। মপূক্লীংদদি খল্লি মওন-মওন "কুন্দোবৈদুবু অঙনবা অয়ূকসিদা কদোমদা চৎথোকখ্রজাৎনো..."

"সাব মমিং মথাবু ..." হায়না থোইবনা য়াবক্তা ঙংলিবদুবু নমহৎনা

থৌ রা কয়া শাদনা য়াম্না খঙনিংনা হংই, "থোইবা, নচেমশিবু উব্রা?" ইচম চম্না চুম্না হংবা রাহংশিনা থোইবদদি হূবানবা নকোক্তা নাপী পক্লে হায়বগুম মমায় মকশিল্লি। চংঙক মায়ঙক্লে ঙাইহক্তি। তুমিন্ন ঙসাইমখৈ তুমশিন্নবন্না পাখৎলিবা কুন্দোবৈ ফমুংদগী অফিং অফাই ওইনা, "হা!" ফাথবা ঙমহৌদনা শোষ্থাংননা হায়বম্নদে, "ঐ সিদা লৈ" থৌনা ফনা খোন কল্লপ লাউনা শমথরকই।

অনীমক স্রব শাংনা হোন্দোকই। থৌশাবমদবদগী ফিভম্না মতম্না তাঞ্জানা খজীক্তং পাখৎলপ তৌই। থম্মোয়না থম্মোয়দা পাখৎলপ তৌনা হংজে লোৎনা, "চিংনব্রজাৎলা?" ঙসাইমখৈ তৃকথবন্না মমীৎ তথক্লা চীংলেনগী মমীত্তুনা থোঙনাউবোমদা য়েংলম্নদু ঙাইহাক্তী চাগদৌখৈ য়েংলুদুনা থোইবা মতীং অমা ফাওবকই। কুন্দোবৈবু মতেঙ পাংশিল্লকই, "ঐ ঙসিগী ইচেমশি থেংনজদ্রি – সাব।"

"ঈশিং খজীক্তা পামইদা ..." হায়না খবা কল্লপ্না চীংলেননা হায়বা লোইফাৎত্রিঙৈদা থোইবা কুন্দোবৈ অনীমক খোঞ্জেল অমত্তদা চপ হেক মান্ননা খুন্নকই," ঐনা" অনীমক চপহেক খংলেপ লেপ্পী। অনীমক অমনা অমদা মদোম থম্মোয়দা হংই, "মসিমা?" থোইবনা ঙাইহাক ঙকচান্নবিঙৈ কুন্দোবৈ "ঐনা লৈবিবসে ফমুংদনি। কবিনো ঙসিসে কোকসে ঈকম হেক লূমই। খঙদে হকচংসে ..." হায়দুনা থোইববু নমহংনা মবি মবি শমথবকই। ফূক হৌগৎলি চীংলেন। খোঙলৈ থুনা চঙশিনখি শহম চাউনা তৃম্ফম কা তম্না। অহম্মক শ্বায় লাউই। কুন্দোবৈগী মশম মনা ইফা ফাবা থুক্কৎপা হৈনদবা মতৌদুদা হেন্না পাখৎখিদুনা রাদি ঙাঙদনা মবাযবক্তুদা তাপ তাপ পায়দুনা য়েংই চীংলেনগী অঈংবা খূৎশাদুনা। শাবুং শাবুংবা ঈনিলদু ফাওবকই চীংলেনগী খূবাক্তা।

কুন্দোবৈ থোইবী লায়নাদগী লাইথৈ চৎখিদুনা কুমলায়না অমদগী হেন্না ফিভম শোকচিনখ্রে। হেন্না পাখৎলবা চীংলেননা ডোক্তবদা ফোন তৌবগী "তাযকো (হল্লো)" খোঞ্জেলদু তাবকপদগী মীপাইবন্না থোইবা কদোমদগী ঈহৌবক্লিবা ঈথিলনো খঙদে খোঞ্জেল হাইফেৎ থোক্লা নোকথোকখিবা মহাক মশা ফাওবা খঙজহৌদে। শ্বায় লাউই, তাবিগদ্রা মাবু। মনা ফন্দোক্তুনা তায় হান্ননা থেবদৌনা ফল্লবা মনাদো থোইবগী।

"তায়কো – তায়কো (হল্লো – হল্লো) – তাদেনে ... তাবে তাবে।

মানি ... মানি – ঐ – ওসি চীংলেননি। ডোক্তর কোবা নৎত্রা ... য়াম্না নুংঙাইজবে– নচেমশিদো মশা খবা নুংঙাইত্রবা মাল্লে – ঙাইহাক্তা লেংবীবক্তবা য়াদ্রে ... ঙবাংদি কবিসু থোইদোকপা ... হোই ... অয়ূক হল্লকপদনি তৌবল্লিবসে ... ফনি ফনি।" তানা তানা অসুম অসুম চঙশিল্লক্তুনা লৈপ্লে থোইবা চীংলেনগী মনাক্তা।

"সাব! ইচেমশিবু?"
"খঙদেদা থোইবা।"
"ঙবাং ঙহানসিবু চাবা থকপগসে ইয়ামক য়াদ্রব্রা সাব, ইচেমশিসে"
"ঙবাং অয়ূকসু নঙনা লৌকবা হূইশাদু মাদি য়াম্না হাউই হায়বনি। মীতৈ শবেংদুসু নঙোন্দা তেঙ্গোৎ অমত্তনি খাইবিবা। ঐসু ঙবাংদি কনাগী হূইশা শবেং হূমুক খায় চীনবানসে' হকচাংনগা কয়া..."

নোক্লীংবা খাঙলগা শাউশিন্ননা কুন্দোবৈ তাপ লাক্লকই,
"কবিনোদা, মী পক পক্তুনা ব্রা ঙাঙবীনুদা।"
"মী পকপা পক্তবা, ডোক্তর লাক্লনিসে কাঙখলসে।"

চীংলেন কাঙখলদু শুপখোম খোমজিন্দুনা কাঙখল চৈখোক মথক্তা লংখৎখি। মথোং মবম খঙদবা মওংদা থাবিবা মোমপাকফিদক্তু শেৎলিবা ফিজোলদুগা য়াম্না চুনবা ব্রাৎনা শেমজিন শাজিল্লিঙৈ চৈবক্তুদা কাব থৌজিল্লকপৈ খোঞ্জেল তাবম্মী। ডোক্তর চঙলকপৈ খোঙউপ মখোলদা চীংলেননা থোইবদা, "সোমদা চঙহল্লকউ, চঙমিন্নবকউ চৎলোনে" হায়দুনা খোল কল্লপ তৌবকপদুদা থোইবা মপূক্লীংদা "ওস্থোকইদকো তংখাই শিবা" খন্না নোকফেৎ থোকখি। চীংলেন ফল্লম্বদগী হৌগক্তুনা ফমাংদা লেপ্তুনা ডোক্তর চঙলকপা ঙাইবি। চঙলকই। থোইবনা ফিদা থাংজিল্লকই। ফম্নুদে কোবা। হংলকই, "কবি তৌববগে ইচেমশি?" কুন্দোবৈ কবি খুমগদবনো নুংবংনবিঙৈদা শং খুমদোকখি, "খঙদেদা ডোক্তর, কোকসি নুংঙাইতে। চাবদি নম নমদুনা পংচা মচাবা, চানীংবদি কয়া মহৌশাগুম ঈপোক পোক্তে, অমা চাকই চম্মী, অমা চাকই মচম্মী, খঙদে ইশাসে নুংঙাইফম ইখঙ খঙদেদা।"

কূপ্না চেকশিন্না য়েংই। মবৈ য়েংই। মমীৎ ফাক্তুনা য়েংই। মনঙ্গল মথক্তা

খূবাক্লা উপশিন্দুনা খূনমদা খূৎনা ফূ ফূদুনা য়েংই। ঈগী খোঙজেলসু য়েংই। মখা তানা হায়বকই, "থা লেপখিবা কয়াম কুইববগে?" খ্বায় লাউই চীংলেন! কুন্দোবৈসু থোইবসুনি। ইকায়বপ ওইনবপ কুন্দোবৈ, "হৌজিক ফাওবদি খঙদ্রি, ডোক্তব।" নোকফেৎ তৌ কোবা শমথবকই, "থা লেপকদবগী খুদম ফংই। ইচেমশিগী অশংবদা ঐগী লনাই লায়েংশঙদুদা অমুক্তং লেঙবীবকউ। অশেংবদু খঙদোকমীন্নসি।" চে অমদা বীটামীন অমা ইরগা চীংলেনদা পীনা পীনা হায়বকই, "সাব, কবিসু থোইদোকপা লৈতেদা। চুম্না অঈং অশা ওন্নবকপসিদা অচিক আশা খাযদুনা কোকসে খবা নুংঙাইতবনিদা। ইজবিবা খবসিনা য়ানিদা।"

থোইবা চা পুশিল্লকই। থকমিন্নে। থোকমিন্নখি। কাব থৌবমদাইদা থোঙনাও লীৎথোক্কুনা ফাগী তৌবম্মী ডোক্তবনা – "মীশিং হেনগৎকদৌবিদা – সাব।"

# ৬

**মহৌশাগী** মহৌশাগুম কোবৌগী মপাউ পুবা ৱাখেৎনা অঙনবা অয়ূক্কী য়েনখোংগা ঈবোয়ননা খেক খেক্তুনা অমম্ববু তাল্লক্লে। মোনগা তাইনবম্বা লৈপাকলৈ মনা থাঙ্গত্তুনা ঙাইহাক তুমিন কবিগুম্বা খোঞ্জেল অমা তাব্রা ঙাইবসি মাগী হৈনবীনি নুমিৎ খুদিংগী। তত্তনা তম্লবম্বা খোঞ্জেলনা পুম্লিল নীল্লদুনা লাঙলল্লগা খঙহৌদনা নাথেম্লগা অমুক পূমচীক চীকপনা তম্লববি অয়ূকসিদা নুমিৎ খুদিংগুম তোয়না তোয়না। থোইনা হৈনদবা পোকশিল্লকত্রে অচীকপসিদা। তৌবতবু চীনফেন ফবী ৱাখেৎনা খেক্লা খেক্লা নোকক্লপদা হেক্তমক তাব্রা যেংলুই মনা থাঙ্গত্তুনা তাবা ফংখিদ্রবা খোঞ্জেলদো ...

স্বব অমুক্তং শাংনা চনিং তানা হোল্লকই। মোনখাঙনবকই তপ্লা তপ্লা। নীংশিংলুগনু য়াদ্রবা মীৎকূপশিংদুনা তত্তনা হেক হেক মীৎমাঙদা চোং ফন্দুনা তম্লববি। হৌখ্রবা তামত্রবা কাউখ্রবশিংদুনা মবি মবি মখূৎ শম্লা শম্লদুনা লাইবেন মথেক্কী জগোয়দো থৱায়গীসু মীৎশুম্মাঙদুদা। কবম্লবু তূমখুন তাল্লুগনি নঙবু হে ৱাখলগী নোংলৈও!

মহৌশাগুম ঙন্না তত্তনা হৌগত্তুনসু নুমিৎ খুদিংগী "হবেম থোঙসে লোনশিল্লু লাকও ..." হায়বা খোঞ্জেলদো তাখিদবা কুইবে লৈপাকলৈ মবক মবক্তা নোংমা ফাদোক নত্তনা। ঙসিসু ঙাইকদ্রে। হৌগৎলি তূমথবা যাদ্রদুনা। মমীৎ উইশিন্দুনা তুমিন্না হেক হেক ফম্বগুম ঙাইহাকসু ফল্লি। তূমখুন তান্দনা তাইবংদা কংলাক্লবা অনৌবা নৎত্রে পুক্নিদা লৈপাকলৈ।

অয়ূক্কী শিঙ্খা অয়াম্বা লোইশিল্লক্লে। পূং তবেৎ তাশিল্লক্তুনা তম্ফা অয়ূক্কী তল-চা, হৈ-বা (ব্রেক-ফাষ্ট) শেম শাবা লোইবগা মপুগী কাদা পুশিল্লকই ঈশৈ ঙংল ঙংলদুনা। ফিজংদু মখূৎ ওইনা হায়দোক্তুনা থোঙজীন হেক কানশিনবগা কৌরকই, "পুপু পুপু ..." ঈশৈগী তাঙ্খা অমগা ঈবোইননা তত্তনা হেক হেক কৌবগুম্না। ফমুং নাকন্দা থাবিবা ফিশাফান মচাদুগী মথক্তা তপ্লা থমই চাদো। ঙংলম্বা ঈশৈসু খবা লকক তৌই। ঙহানমখৈ উদবা থাদুনা থমলিবা কাঙখলদু

উবদা। "পুপু ...পুপু ..." তপ্পগ্না কৌব কৌবদুনা য়েপশিল্লিবা কাঙখলদু চিংথোক্লুবদদি মপুগী মতৌদুদা কিবোই খংবোই খংলাউ লাউখি – "ইমা! ইমা! – পুপু কবিনো'মা তৌবে।"

নৈপাকলৈ চেনশিল্লকই। চীংখৈঙানবা ৱাদি ঙাঙদা মপুদা য়েং ঙাইহাক ৱাখল মাঙলুববা তুং ফোন থিবকই। মপুগী ফম্মাংদা ডোক্তবগা টেলিফোন্দা ৱাবী শান্নবি। তম্ফা ৱা ৱা লাউনা কপ্পা হৌবকই। চীংখৈঙানবা মপুগী খুয়াদা ফমথবতা মঙায়বি ডোক্তব চঙলকই। ঙাইহাক্তি ৱা লান অমত্তা ঙাঙনদে। ডোক্তব মঙক হাইবম্মী। থোকখি ...

পম্বুকদে চীংলেন। কুন্দোবৈসু ফিঙৌ শেংলকই। ঈশিং কোয়বা যাওশিল্লি। চীংলেননা মৈ চূখৎলকই। মালংবনা হুমাই হুমলকই। ৱা ৱা কপ্পা লাউনবগী খোঞ্জেলতনা পুং ঝালগী খোঞ্জেলবু নমহত্তুনা অহাংবা মফমদু পুম্লিল নিল্লি। তিল্লিবা খুদিংগী মথম্মোয়নুংদা মদোম হংজে, "মীওইবসে অশিবা মচা ঙাক্তনিকো?" মীযায় চল্লবা অমনা মাগী নাকন্দা ঙসাইমখৈ উংদুনা মপি ঈবা চেনবগুমসু তৌনা নুংবঙননা ফল্লিবা অহল ওইবপ তৌবদুদা হায়বকই, "তাদা, শা ঙাশি মীওইবগীদি চীঞ্জক্লি হায়ববু পোপ হেক থোমদুনা হাৎলগা চাবসিসু কয়া ফত্তবজাৎনিদা ..." "উম" হায়দুনা মঙক্তং নোল্লগা ঙেক লাউনা ফমথবকই নিংগাং ফল্লম্বদগী অহলদু। মঙক্তা য়ালম্বা খূদৈদু হাইফেৎ তিংথোক্লুনা মনঙ্গলদা কূপ্লোই ইনবোই তৌবকই। মমীত্তি কূপ্তবমখৈ য়েংলকই ৱাইখৎলক্লিবা মৈবীদা ...

ঙসাইমখৈ চবী তত্তুনা তূম্লম্বা মৈক্রেং লাবা চীংলেননা মশা নোম নোমদুনা হৌদোক্লুবদৈ তীংলি য়াংলিবক্লে। হকাম চন্দুনা মমীৎ লাউথোবক্লে। নীল খোংবৈ খোঞ্জেলদু তাবক্তুনা মখা তানা তূমথখিগে খনখিদ্রে। ফূক হৌগৎলকই। মবৈ তম তমদুনা কোয়লামদুম লাম্লক্লে। মশম মনা ইফা ফা নোকফেৎ নোকফেৎ তৌব তৌবদুনা মবুক থল্লবা তম্লাই (ভুৎ প্রেৎ) মতাও কয়া কয়াসু মবি মবি অমম্বা মীহুৎথোঙ তম্না থোকখ্রে মৈখুগী ঙবোংদু শ্রো শ্রো লাক্তুনা চিংল চিংলগা তুবোই ঙাম্লোই মখূৎ হাইব হাইবদুনা হাইবং হাইবংলগা ...

তাইবংগী কৈশুমশঙদা থৱায়বু মখোঙ মখূৎ পুনশিন্দুনা মীয়াৎ ওইনা ফাজিল্লগা অমুকসু কম্বীদা ঙৌবিবা পুঙ্গি, পুঙ্গি শিম্বানা লক্লদুনা তম্নবিববা শিববুসু শিঙনবগা কবেম্লবক্লুনা অশিববু শান্নপোৎকুম্না মেৎ মেত্তুনা শান্নবক্লবা নহা

কয়ানা মকোক মক ইচাউ চাউ চেখাও ময়োম ময়োম রাওথাংনববা খূদৈ অবাংবনা য়োম য়োমদুনা কোল্লুপ কোল্লুপ তাশিননবসু হৌবক্লে।

য়েংববু হৈববদি তাইবংসি নুংঙাইববা লীলাগী ফম্বাক্লি খনজবম্বা কুন্দোবৈসু তাঞ্জাশিদদি শাবংদা ফাজিল্লুবগা নাম্থোবকপা চেক্লাগুম থম্মোয় শোক্ল া তেংথানবিবা মবক্তা অমা মান্না ময়ামদগীদি খবা নাইতোম তাবপ্লা অরাং থংবা উচী-মৈ-রা মখোঙদুমক্তদা ফমদুনা ফিজীনা মমায় খুমজিন্দুনা য়াচঙলকপগী হবিনোংনাংবু ঙমজে। নুংহিক্লবা মানবা অতোনবীগী খোঞ্জেলদুনা ময়ামগী খোঞ্জেলবু নমহৎলি, "হো পাবুং, নমৌনা শেবা মতোল লোমখিদ্রেদকো। নমৌবু রাবৌবীগনুকো! হো – পাবুং – হো পাবুং ..."

তিল্লিবা খুদিংগী মীৎনহাশিং খোঞ্জেলদুবু তান্নদুনা তপ্লা তপ্লা লৈশিল্লকই। অঙকপনি। অরাবা পুম্বা হেক কাউই। ঈপোম যেংবগুমনি। অরাবা খাঙবদা চোকথববা কনাগুম্বশিংগী মবক্তগী খোঞ্জেল থোক্লা কনাগুম্বনা নোকথোকখিদুনা মফমদি চাদ্রবনা তাঞ্জা চাববসু নাইতোম তাদুনা নোম্থদুনা নোক্লিংবা খাঙই মদোম। অদুগা তম্ফাদদি মপূগী নুংশিবগা খোঞ্জেলদুনা পুমকাউহেক কাউহল্লি। "তিল্লাইখোম্বী তাবগুম খোঙপাকশিনা শ্রু শ্রু হেক নৈখাইবা মদুদতা হেক পেল্লদবনি!" খোঞ্জেল থোবকই প্রোক প্রোক হেক চাক্লুনা – তম্ফা। কপ্পসু ঙাইহাক মতৌদুদা লেপ্পী। মমাগী খূদাং তাপ লাক্লুনা থোঙ্গাল তমখি তম্ফা। চীংখৈঙানবসু থাপ্লপ ইন্নখি।

# ৭

"চীংখৈ চীংখৈ"

"নোংদ্রেন নংত্রনে? কাখংলকউ কাখংলকউনে।"

"হোই ইমা।"

"ফম্মুনে ফম্মুনে।"

"ইমা! চীংখৈঙানববু পোংয়োনশঙদা ..."

"শিংজমৈদা মচেগীদা চংখিনে "

"ইবায়দুবু ঙবাং হুইয়েন লানপাউদা ফোটোগা কোন্ননা য়াওখি। সেনাপটিদা থাদোক্লুন্নে হায়দাইনে ইমা।"

"অয়ূক পুং ৭ তা নবায়গী মশাদো শীজদা য়েংথোক্লুনি (চেক তৌগনি) হায়দুনা ঙসাই মমলিঙৈদগী থোকখ্রবনি চীংখৈঙানবদো।"

"ইমা লাঙ্ক য়াংখৈদুবু লোইনা লৌখ্রব্রা?"

"নীফুদা য়ান্নৈ হায়ব্রা কবিনো, ইমাদি খঙদেদা। হৈ! ব্রা ব্রা লাউক্নুকো – নোংদ্রেন। পুলিস তাখিনি।"

" হোই ইমা, অদুদি ইমা ..."

"ঙাইখো নোংদ্রেন, ইমাবু চহীগা য়ামশিল্লকপনে, নখোয়বু বাযোন লৈকায়গীদো উন্নকব্রা?"

"ঐদি চংলুশি হায়বনি, অদুদা ..."

"অদুদনিনে ইমানা বাবিসে।"

"চীংখৈঙানবনা হায়ববু ময়ূমবু পাল্লম্লনি হায়। থোইনসু মবি লৈনখিদবা ওইবমাল্লেদা ইমা। মহাক্ল বি এ অবোইবা লোইবগা দিল্লী চংগ্রে অদুগা মাদি বি এ অহানবা তমহৌবিমাল্লে। অদুম থেংনখিদ্র মাল্লেদা ইমা ..."

"ঙাইখো, মম্নিংদুবু – উম ওঃ ওঃ থম্বাল। বামোন লৈকায় কদায়রাইদগীনি হায়গেনে?"

"চপ চাবা মফমদুদি ঐদি খঙদে ইমা। চীংখৈঙানবনা হায়বু মপাদু বামেশ্বব কৌই। চীথাক শাংনা খাকই হায়। সনা কোনুংগী ফম্নাইবা (পন্দীৎ) মকোক ওই হায়বনি ইমা। ঐ চপ চানা হংখিগে চীংখৈঙানবদা।"

"এঃ অদুদি – থৌবানি বাধাবানীসু খঙলম্বা য়াই। ইমাসু হংগে, ঙাইখোনে ফমখোনে"

"ইমা ঐবু ..."

"ফবে ফবে, চংলো চংলো। ইমাসু কৈথেল কাগে তৌবম্নিবনি।"

কৈশামপাৎ থোংসি লাম্খোক্লগা পোৎয়োনশঙ খবা হেক লাম্খোকপগা, "শ্বায়" লাউই লৈপাকলৈ। চপ লেপ্তুনা ঙাইহাক চঙক মায়ঙক্রে মথন্তা, খোঞ্জেলদুদা –

"এ! থম্বাল নৎত্রো?"

"আ! –"

"মানি, ঐনে ..."

"দচীংখৈ! দচীংখৈ নৎত্রো?"

"ঐগী পোৎয়োনশঙনি (দুকান্নি)। চঙলকখোও ।"

"ওই! য়াম্না ওল্লম্মেহে।"

"ঙসিদি চা থকখিসিকো। অদুদা হেক্তা ফম্মুনে।"

"কয়াদি কুইরগে পোৎয়োনশঙসিবো (দুকানসিবো)?"

"চহীমুক ফাদৌবে। কমদৌবিগে?"

"তুঃ ময়োমসে উবেদনা। কমদৌনি থবকসু ফংহৌদ্রে। শিবা ঙাইবিনি।"

মমান্নবীদুনা ৱাপাংলকই –

"থবক মচা তৌববুদি হেল্লিনা, মেছিন ময়াম'মা থমজিন্দুনা তাল্লিবা ময়ামদুদি য়ুমদুদা ইবেম্মা –"

"লৌগে হায়জবোইদা। য়ুম হায়সিবু কদায়ৱাইদনো?"

"কোলেজগী মীখল (ভোৎ) নীংশিংলিদনা। ঐনা চত্তনবা মনীংথোঙ ফাওদুনা চেললিঙৈদা য়েন্নখাদা নঙনা ঐবু ফাখিদনা – মফমদুনি। নুংদি নুংশিবজাৎনি মতমদু – মীখল মায় পাকপদুদনা মবোল অমা নুংঙাইখিবা। অদুগা হৌজিক্কদি খেন্নদ্রা?" শোয়দুনা দোঙ হায়দোকখি। "ইহে শোয়খ্রে ... উম, দচীংখৈ, অমদুবু কবি লমদগীনো?"

"অমা হায়দি?" হায়দুনা খঙশিন্নদবা শাদুনা ঙাইহাক খনশিন্নদুনা লৈবিঙৈদা মমান্নবীদুনা থম্বালনা হায়ফাৎত্রিঙৈদা ফেনজিল্লকই, "অমা হায়দি অমদুনিদা, য়ুমগী মবেম্মদো।" চীংখৈ খোঞ্জেল থোক্লা নোক নোক্তুনা – "ও! মহাক্তো! কদায়দগীনো খঙদ্রি।" থম্বাল তাঞ্জাদু তাপ লাকই, "হো লৌগে হায়জবোইয়ে।" শিথ শিথদুনা নোক্লক্লে চীংখৈ। হন্দে – "মফমদি লায়বদনা মশকপু উদ্রি।" মমান্নবীদুনা খঙনিংনা, "তামোবু য়ুম পানবীদ্রিব্রো?" চীংখৈ য়াম্না ইনখৎলকপদা ঙায়বিবা পাখঙ মচাগুম্না "হেবা পাল্লগবু ঙসি ইথন্তা পোৎ য়োন্দুনা লৈবমখিগদ্রনে? নোইসু খল্লুনে।" থম্মোয়গী ঈনোৎ ফাথবা ঙমদনা পাথোবকই থম্বাল, "নুংঙাইবিহে! কয়াদা পকত্রিনো, য়েংউনে – দচীংখৈগী আ কোলেজ তম্লিঙৈগী পক্তবদু হৌজিকসু হোংলমদ্রি?"

"হোংউ য়াদদনা ঙসিফাও পাখঙ শবী ওইবিসিনি। ইহে! কাউবু কাউই – ঐ চা লৌকখিগে" হায়দুনা চীংখৈ তথক তথক্লা থোবকপনা উরুদে ঙসাইমখৈ মুল্লুববা লৈপাকলৈ। খোঙনাংবোৎ মহয়মক্লা মমূন ফাদুনা লৈমায়দা তূপ কেল্লকপগুম ৱাখল খঙতা তাবক্লগা থৈদুনা থংনবা পোৎয়োনশঙদা তপ্না তপ্না লৈশিল্লপ তৌনা লৈপ্লিবদো। নোকফেৎ নোকফেৎ চঙশিল্লকই পোৎয়োনশঙদুদা লৈপাকলৈ। মমীৎনদি ফল্লপ ফল্লপ হূবান্দুনা থম্বালদা য়েংই। অমুকসু ইলেকত্রোনীক্কী পোৎশিংদুদা য়েংগুমসু তৌবা মতৌদুদা থম্বাল থোইনা কোইক্কদনা য়াম্না তরাম তবাম্না তপ্না হায়রকই,

"ইমা, কবম্বনো নচা পীজগে?"

"থম্বালগী" ইমা হায়বা ব্রাহৈদুনা লৈপাকলৈ সোবাবেন্দা লৈগুমখ্রে ... ঙাইহাক ঙকচাননরুগা তপ্না হায়বকই,

"ইমাসে, কবিগুম্না অমখক থিবিবনি। কুইবে, শুকফম হেক ফমদে। শিখিবনা হাল্লদ্রা পাখৎলুববনি। ঙসিদি ফমলেদনা। কয়াদা নুংঙাইববা ..."

"এঃ ইমা! করম্বনোনে? নচা পীজগে।"

"ইচাগী 'ইমা' হায়বা খোঞ্জেলদুনি ইমানা থিরিবসে।"

শ্বায় লাউই থম্বাল। মমীৎ খবা লাউবপ তৌনা য়েংই থম্বাল লৈপাকলৈদা। উবীরৈসুনি। লৈপাকলৈনা থম্বালদা নোকফেৎ তৌনা লৈনা লৈনা শুম য়েংলকপদুদা ঙাইহাক্তি ঙকচান্নে থম্বাল। ঙাইহাকসু "অঙাওবীবনে? হুম অদুসু ফিজেৎসিদি মানদেনে" খল কংলাক্লবিঙৈ থম্বাল লৈপাকলৈনা তপ্না যোং হাদনা হায়বকই, "ইচাগী মিংসে – থম্বাল হায়বনিকো?" "উম" হায়না শোষ্মাংনববসু হেন্না চময়খিদুনা ব্রাহং কয়া কয়ানা লাকথুবীদুনা থম্বাল নুংবংননা তুমিন য়েংদুনা লৈ তবং মালঙননা। "ইমাসে চীংখৈগী মমানি" হায়বকপদুদদি চপ য়ুংখৎলুববা মীৎয়েংনা খুইথবক্লবা গুল্লাপকুম তপ্না তপ্না উমশিল্লক্লে থম্মোয়গী লৈয়োন। "ইমানা ঐগ্যা বামেশ্ববদো অমুক্তা খুকমজগে চপ য়ুংনা খল্লবনে" হায়বকপদুদদি থম্বাল তশেংনা নুঙগী মিতম ওইনা লৈপাকলৈগী থম্মোয়গী পাইজনা হুক হুক্লুনা ঈংপা হৌবক্লে।

নীংদু য়ৈবিবা থম্বালগী চোইজাইনবিবা শল্লাংদু লৈপাকলৈনা নানবোই কবিবোই তাশিন খোমজিল্লিবদু থাপ্লপ হেক উবকপদা মমি ওই শামি ওই – "এ!" চপ লেপ্পী লম্বেল ময়ায়দুদা চীংখৈ। থংনবা মীৎকুপ্তা "হুম" গম গম চেনবোই চোংবোই চঙশিল্লক্লুনা কামলবে, "ঐখোয় ইমাগীনে" হায়বগা চপ লেপ্পী মবেদো, তপ্না শমথবকই স্বর যুনগৎনা, "কদায় চৎতোইনো ইমানা?"

"হো মন লমচা অমা য়ুমদা হনজিলকত্রে। মানা চানবা চাক পুজবক্লিবা।" মমায়দি লৈথোবক্তে। মোমোন তৌজে লৈপাকলৈ। থম্বালগী শমদু নাল্ল নাল্লদুনা মচীন্দা মুকম মুকম শোনবগুমসু তৌবকই, "ইচাগী শমসিদনি ইমানা খোইদাজবা।

ইহে, ইচাগী ইমান্নবীসিবু করি কৌবগে?" নুঙগী মিতমনা মবোল থোবকত্রবদুদদি – "ইমা ঐগী মিং – উবীবে কৌই" হায়না খুন্নকই ঙসাইমখে রাখল সেবাল তুবাল খল্লুববা উবীবে।

চাক্কী পাত্রদু (টিফিন্দু) থম্না থম্না,

"ইবেম্মসু বামোন? কায়দেদা, মী মীগী লাইনিং মীনা খায়বনি। থম্মোয়বু শেংলবা লাইনা য়াববনি। থম্মোয়নবু য়ানববা কৈগী খায়কনি শাগে জাৎ। ইমাদি মীওং অমনি, য়ানববা না পায়বদা নাই খক হায়দে। য়ানদ্রবা থাঙ ঈশিং, অবেম্বনি – থবৎ থবৎ ..."

"য়াবেদা ইমা। মথোঙ মবমদি ইখঙ হেক খঙদনা, ইমাশিমা। মীগী মচাসে ঐগী মমাঙঙৈগী কোলেজ তম্মীন্নবকপী ..."

"ঐনা কায়দে হায়বেদনা, নোংদ্রেন্নসু ঙসাই অমূক্তা লোইনা হায়বল্লবনি ইচাগী মবমদা। মসি য়ৌশিল্লক্রবদি নঙ তুমিন্না মবৈয়ুকো। কান্নদে ইচাশিদি নপাবুংসু মোবেদা ওসি ওইনা লৈপ্রে। য়ুমদা শোননি শঙহৌবিবা। অদুগা, ঐদি পাখঙ লমচানি হায়দুনা খ্বাং মেত্তুনা চাকখুমদা লেপ্পদনি হৈবিবা। মবোয় মকা অমগীসু কৈথেল ইমানা কাবিসিদি উপোত্তে। নোংমা ফাদোক ঙা মচা অমগা গাড়ীদা অদুসু অঙকপনি য়োমশিনবগা কিশিনবগা কান্নদে ইবেম্মা থম্বাল" হায়বকপদুদা থম্বাল খ্বায় লাউই। চীংখৈ শাউনিংলমবদগী অহোইননা নোকথোকখিদুনা ইকায়বা খাঙলি। উবীবৈসুনি। "নখোয়গী চহী মতাংশিদা ঐখোয়দিনে, হুম ঐ থেঙগ্রনি" হায়দুনা লৈথোক্তুনা লৈপাকলৈ মবৈ ফাজিল্লি।

তাঞ্জাশিদা বিহাবি মচা অমনা "ভায়া" সিদা লৈবে হায়দুনা চাগা অচাপোৎ ময়োম অমগা পুশিল্লকই। মথং মথং থল্লল্লগা থোকখ্রে। কনানসু অচাপোৎ লৌশিল্লুদে। "পোৎ য়োনবা য়াওবা অঙাংদুনা ঙসিসে হেক লাক্তে। অচাপোৎশিংসে লৌশিল্লো। চামিন্নরো। অদুদি ইমা কৈথেল চৎলুখিগে। ঐনা হল্লক্লিফাও ঙাইবম্মু। চঙমিন্নগদবনিকো ইবুংঙো। সিদগীদি ইচাশিদি – " লৈপাকলৈ থম্বালদা অমুক্তং অবোইবা ওইনা চাগদৌখৈ য়েংদুনা "নখোয়সে তোয়না তোয়না লাকউকো। হঙ্গোইরুনু ইচাসিদি। ফমহৌখো – ফমহৌখো –" মীনা ঙাঙনবা তাঞ্জা পীদনা মথন্তা ঙাঙ ঙাঙদুনা হোবে হোবে হবাও হবাও থোকখি।

"তশ! কমদৌই। শবি ওইনীংখোদনা নখোয়নী। অমসু পোৎয়োনশঙগী মীয়াৎ অমসু শিন্থানা শিদোক্লবী শিন্নাইবী। পকপু কপচৈনে। চান্নজে। খেৎতোকনিংঙাই লৈতে। হে লাই – অহীং তৃমদে। ওহ্থোক্লা ব্রাবিনিদা ..." উবীবৈনা মোমোন তৌবা মীৎয়েংনা লৈপাকলৈবু তান্না তান্নদুনা মচীন্দী শুংলেপ লেপ্পে।

"অমা চৎখিদা মঙায়বি বাহ্ অমমুক কবিনোনে ঙসিসিবু? কান্নদে চাদুম ঈংথ্রনি। সে ..." চা-চানবদু লৌকদুনা পী চীংখৈনা। থম্বাল ব্রাখল খংতা তাবকই। তাপ লাকই, "উবীবৈ নঙ থকহৌবো।" ফূক হৌগৎলি চীংখৈ খবা ফিংলপ্পা। তপ্পা ফাথবকই –

> "হেবা থম্বাল, অঙাং মচাদৌনা। নঙসু নঙনি। ঐসু ঐনি। হৌজিকপু ঐসু ফৈজোম শেং নঙসু পোল্লোই শেং কুন্দোগা হুক্রবা তাবিব্রনে হেক্তা ..."
>
> "হো তাবনি তাবা! ইমানসু য়াবে। ঐনসু য়াবে। নখোয় অনীসু যান্নবো। লাইনসু অদুম ময়াজবনি।"

থম্বাল লেপ্পীদি হায়ববু খোঙথাংদি থাংদোক্তে। চীংখৈসু অদু মঙাই, ব্রাখলদি পল্লেপফম খঙদে; অদুবু থম্মোয়গী নিংঙাইদি পূক্লীংনা থেম্বগুম্না তৌই। চীংখৈ থম্বাল হান্নগা ইখঙ খঙনবা ওইবগা, চহীনগা লীৎপদা য়াশিল্লকত্রবা মতমশিদা মওন মওন খন্নে। থম্মোয়দা ঈপোম মচা অমা তপ্পা কাবকপগুম্মী। ঙসাইমখৈদি দোঙ দোঙ ফিগৈ শেংনবম্বদু লৈয়েং ফাইবগুমই অনীমক তশেংনা।

উবীবৈনা মখা শমথবকই, "মীওইবসে তম্বা ঙম্বা নত্তেদা। কবিনো খঙদেদা মীওইবৈ লাইবক! খুদি থিববু সনা খাউজাও খাউজাওদা দোঙ দোঙ ..." উবীবৈ অমদা অমুক য়েং অমদা অমুক য়েং ঙাইহাক্তি পূমচিক চীকই নীল খোংলবা কৈথেল মবকসিদা। "তস! কমদৌই, ঐসু খুদি থিবেদনা লালমোহোনসিদা।" লালমোহোন অচৌবা অমা তাপ পায়খৎলকই উবীবৈ। অহম্মক ব্রা লাউনা নোকমিন্নে ...

নোক্লা নোক্লা শায় শায়দুনা শমথবকই উবীবৈ, "ঙসিদি পুন্সিদা অমুক্তা ওইদ্রিবা ক্রাক হায়বদু ওইবেদনা ঐ। ক্রাক নঙবু খোংলোনে। ক্রাক নঙনা খোংদ্রবদি

কবম্না মীৎকপ থোক্কনি। চুমথ্রেদা মীওইবসে মশা মশাগী মতমদুনা তম্নবক্লদি লৌশিং মাঙই হায়নবদো।” থম্বালদা ওনশিল্লক্তুনা, “কান্নদে ইবেম্মা, ঐগী লংদুসু লাক্লিবা নোংমাইজীংদদি লোইবনি। নিংথৌকাবদদি অমুক লংসে, তু য়েংউনে – মসি লৌদবসু য়াবোই। মফমসিদা অমুক চঙদবসু য়াবোই। অদুদা ওইনা থম্মোয়গী ফিগেদো শেংতোক্লরো। ঙসিগীদি হল্লসিনে মচাইবেম্মা লাংলেন থাদোইও” হায়দুনা মখূদাং তাপ পায়দুনা মখোম থক্লিবা ষন্নাওবু ষনবীদগী শেত্তুনা খাইদোকপীবগুম ঊবীবৈনা থম্বালবু চিং চিংদুনা পুখি মীয়াম মবক্তা।

চীংখৈ কালেন থাগী চব্দগী লৌঙাক মীগুম মীৎ পাঙনা পাঙনা মঙ মঙহৌই নুংথিল পোবোপসিদা। হৌথ্রদুনা তামখ্রবা থৌদোক কয়ানা অমগা অমগা হৌন-হৌনদুনা মীৎমাঙদা ফন ফন চোংথোবক্লদুনা মালহৌনববা নীংশিংবা মানা পূক্লীংবু অমুক তম্নবিদুনা খঙহৌদনা ঈহৌবকপা ঝাখলগী নোংলৈ অমনা থম্মোয়দা ঈনোৎ কাদুনা ঈথক মচা কয়াগী ঈপোম্না ঈকাবক্লদুনা তাইবংদা হকচাংবু কয়াদা কবেম্নববিবা চোকথহল্লিবা চীংখৈ ...

“অবি অনৌ শিন্নবৈ (ফ্রেশার্স মীট) নুমীৎনি। কোলেজগী অহৌবা চহীগা ওইবগা মচী থিনগৎলক্লিবা শজী মচাগুম্বনি। অপনবা লৈতে চোংলি ফল্লিবা, খৎনবিবা লাউনবিবা, ওম্বোকপা কুম্মৈনি। কনানসু থিংঙমদে। থোইনা কনাসু ঈীবম অমত্তদা হকচিন্না লৌনকদে। পুমঙাও ঙাওনা কনাসু কিকদে থম্বাল। শকই ঈশৈ –

শকখিগনি পুল্লিগী ঈশৈসে
পনথুংবু তাল্লিবা খোঙচৎসিদা,
থিকখিনি মাঙখ্রবসু সুবসে
নাইতোমতা তাববা ঈপাকসিদা।

সুবদুগী ঈপোল্লক্তা তাউবিঙে
হম্মুনে মালংবও – কৈদনো,

তোমখিন ধ্রুবতরাও – ঙাল্লিঙৈ
অপাম-মিহৌগী তাইবংদুবু কৈদনো।

নুংশিবও নঙদি থম্মোয়গীনি
ৱাখল নোংলৈনসু মিতাজবা,
পৃক্লীংগী ৱায়খৎলক্লি মৈবীনি
পুক্লিনা মংফমথক্তা কেমজবা।

চেহ্লখিনি ঈচেল তেঙ্গালিগুম
তাউথখিনি পুক্লিসি কাওশিংগুম।"

# ৮

**থরান** থাগী থামৈদা ঈহৌবকপা নোংলৈনা শেংদোক্লিবা নোংমদোল ফম্বাক্তে মিতাবকই কোবৌহনবা। ফক্লাং ঘড়ীগী কাংশিগা ঈবোইননা মীৎ নাকোং শিংনবা য়েবিবা অহৌবা ফক্লাং ঘড়ীগী খোঞ্জেলনা তবানীথোই হেক শুবগা ঙসাইমখৈ অয়ূক য়েন্দা অঙনবগী পূক্লীং বাখলনা পুন্সি শিম্থা থৌগাইদা চোকথহল্লবা হকচাং পোল্লাং মীৎকূপ অমগী নিংঙাই তৌবকপা তাঞ্জানি। চীংলেনসু তুপী লৌথোকই। যূক হৌগৎলি। থোঙনাও ফিজং হাইদোকই। চোকথনা য়েংই। চঙলকপা উই নহা অনী, মোং হাদনা। হান্না উখিবগুম তৌই লাকশিনবদি ঙমদে চীংলেন। থোইবা তফিং তফিং চঙলকই,

"সাব' সাব' 2% লৌবা লাক্লে।"

"চঙহল্লকউ। শেন পীবা (কেশীয়াবদো) সনা কৌবকউ।"

থোইবা থোকখি। তুপী উপ্পা অনী চঙলকই। তুম্নীদি লৌথোক্লে।

"সাব' "

"চঙলকউ, ফম্মু। নখোয় কয়া লাকই।"

"ঐখোয়'নী।"

সনা ময়োম অমা পুবগা চংলকই। মখোয় অনীগী মনাক্তা ফমখৈ। খবা কিথি কিকম তৌনা হায়বকই,

"নখোয়গী অবোনবা মশীংদো কয়ানো?"

"এল পী – ২১৩। মশীংসি নত্তবগী বাকৎ লৌবীগনু।"

"হান্নদগী মী অমা তারবনি, থবক্তে পোৎথাগ্রে। সে, চুন্নব্রা য়েংউ।"

"চুন্নন্ননিদা সাব।"

"থীয়ুনে? থীবগা লৌবশিনা পীবিবা ঐখোয়সু মোন শেংইদনা। হোবেন চুন্নমদ্রগা অমুক হল্লকপা নখোয় তনগনি। লান্না খনগনু ঐখোয়নসু চঙহনিংদে।"

থৌশা ৱাশাদনা থোকখিবদুদা মীৎচি খৎলকই সনানা চীংলেনদা। থোইবসু কিকপ কিকপ মণ্ডক ইন্দুনা হেক তাল্লি অনীদুবু থোঙ্গাল লানদ্রি ফাওবা। থিন্দনা চঙলকই থোইবা চীংলেনগী মনাক্তা।

"সাব! তম্নলাই মচাশিংদো মশক উখিদ্রে। অঙাং চোইহা মখোয়না করিনো লীবিবা। অ – আ – ময়েকপু নিংথিনা খঙলল্লোই। লৈকায় লৈকায়গী চাকথুং ফিথুংদবা সোবেল মচাশিংসে – এ' যাম্না হায়নীংইদা।"

"লোইবববা মদুনা থোইবা। শাউকনুদা, শেনসি শক্তি শাগৎনবা মচাক্লি। মসি য়াওদ্রবদি থাউ য়াওদ্রবা গাডীগুম্বনি মীওইবা। খুদিংমক মসিগী মখা পোল্লি। য়েংউনে, চীংমায়দা পামলৌ উদুনা ফৌ তিন যাংখৈ হুমফুখক ৱানা চহীদা লোকচবা, মনা মশীং হৈ-বা হেকচবা কনাগুম্বা অমনা চহীদুদা অমুক অনীবক্তং কৈথেল কাদুনা থুম থাউ খবা লীশিনজদুনা লুপা অমা মশক উদনা কনাদসু হংলুদনা ঈংনা পুন্সিসে নুংঙাইনা লেনথোকপা ঙস্মী মহৌশা ইমাগী মতম্বাক্তা। পোম্বী চেক্লাগা শৈদান্নদুনা থম্মোয় নিংঙাই থেল্লি। অদুবু মখোযদদি কদায়?"

"মখোয়বু পাঙ্গলনা শুদুনা হুমাংমন্না হিংননবা হোৎনববদি ঙসিগী মালেমসিদা মীৎকূপ কাংদনা মীশি মীনা থোক্লিবসি থোক্লমদবসু যাইনা সাব..."

"মদুনা চেদা তাগদবা ৱাফমনি থবক ওইনদি চুনদ্রবা। অদুননি, ঙসিগী মীবোলনা ডাবৱীনগী খয়াত্তা হেক্তমক তাবক্লিবসে। অদুনা মীগী মীৎ কোথোক্লগা ঐগী মীত্তা হাপচিন্দুনা মীগী মীৎনা ইমীৎ ওইনববা মতমনি। য়েংবসু হৈবা তাই। মনুং লেনবা তাই। যানা য়ানবা চৎপা ঙন্নবা মী ওইববনি। ঙমদ্রবা, ডাইনোসবসতু খঙলেদনা?"

"য়ানা য়ানবা য়ানখিবনা য়াননা য়াননা যান্নবক্লে। কবিবু ওইনি পোলোইদা সাব?"

"য়োংখোক লানগী তাঙ্গোয়।"

"অদুবু হেক্তা য়াবত্রনে, সাবগী থম্মোয়দুদা?"

"য়াদা য়াবিত্রা থোইবা? মতমগী ঈচেলদা তাউথবিবা কাওশিংনা পনখাং লৈত্রবদি কবম্না কদায়দা কৈদৌঙৈ কবিগী অমুক লমদম্লুগনি ঈথক্তুগী ঈবৈনা হামজিন্দুনা কীহুত্রবা লৈবায়গী অহোবা মখুন্দা চঙলুদুনা থুপচান্নবা নংত্রগা ঈচেলদুগী ঈপাক্তা মদোম য়াতাজগনি কাওশিং।"

"ঐনা হায়দি,পুন্না চুপ লুপমিন্নবগী মহুত্তা মীৎয়েং রাখল খোঙচৎ খবমখৈ লাপ্না তাম্না থৈদোক্তুনা লুপ্লগদবনা লুপত্রবসু থরায় অচঙবা খবদি কনফম থোকপ্রা খল্লিদা।"

"অদুদি, ঙসিগী এডসনা নাববা লায়না কয়াগী মকোন ওইববা কৃ কৌববা খুন্নাইসিদা কবিনো নঙনা থাগদবা শিদ হীদাকসিবু?"

থোইবা ঙাইহাক রাখল তৌদুনা শূকথবিঙৈ চৈবক্তুদা ঙসাইমখৈ তাবম্না সনানা পাউখুমদু পীবকই,

"য়োংখোকলানগী মালেম খোন্না চাক্লিবা লম্মৈগী মৈবীনা হোইদুনা হুমদুনা অশিবা মাগী শঙলেন্দা থরায় ঙম্না থুংলদ্রিঙৈ; অপূম্বা অপৎপা পুম্জিনা নমথি হান্নেদুনা কংদুনা মাঙত্রবসু তেক্লিবা অচঙবা পুল্জি খবদি খূদুম শীংদুনা অচেৎপা খোঙথাংদা মীৎয়েংনা তাম্না য়েংদুনা শীহুবক্লিবা হুমাংবু ফিজীনা তৈথোক তৈথোক্তুনা অশংবা য়াওনগী (গ্রীন বিভোল্যুসনগী) লাম্মী ওইনা য়েক্লবা খুদিং লানথেংনগদবনি। মালেম ইমাগী মচাশিংদগী চেহুবক্লিবা অঙাঙবা ঈখেঙসে অশংবা ফিজোলনা তৈথোক নাহোক্তুনা অনৌবা ফিজোল হোংলবা মতমদুদতা অশংবা মচুনা অহীংবশিংসিগী তমথিবা চাওখৎপা মানবা চাওখত্তবা লীচৎশিং তপ্না তপ্না তাম্না তাকখিগনি মুশি মুশিববা অঙাংবা ঈগী দাকফমশিংদগী।"

"নঙসু ঙসাইগী য়োংনাওশিংদুবু উবদা কবি ফাওই। থাদোকখিবা চবান্দো নঙগীসু হুমাংমন য়াওবিবনি। নখূত্তুনা হবাও হরাও সে সে হায়না হেক্তা লাহোকখিত্রনে? হায়য়ুনে?"

"সাব, মখোয়গী রা নত্তেদা। মখোয়দি মখোয়না মখোয়গী মবায়বক

মশা মশানা মৎচঙ্গবনি। নুংঙাইবগীদমক মনতীক্লবিবনি। নৎত্রগদি শোয়দনা মঙফাওনবক্কনি মঙলান্দো ।"

"মদু থক য়াবোই। য়েংউনে নঙসু, পুকচেল শেংজবা কনাগুম্বা অমনা নীয়ম চুম্না পাঙ্গলনা লৌশিংনা কবিগুম্বা অমা মায় পাক্লা মীয়ামগী য়াইফনবা হোৎনবদা মশাগীসু পুক্সি ওইদুনা পায়খৎচবা থবক অমতং উবকপদা মমীৎ মনা শুক্তোক্তুনা লংথোক্তুনা অশিলমদৈ কাবকপৈ হেক শকফমদুগা শহুমদুগা কবিনো, অদুদা লাকউ, অদুগা অদাগা, অদুম শৈহৌদা শৈবোই শকহল্লি মখৌবি মেখক্তুনা।"

"সাবনা হেক্তা হেনজিন্না হায়জিনববুদি নত্তে। তৌবতবু খোঞ্জেল থোক্লু য়াদবগী হ্বানি। নুংথিল পোবোপ্তা অচৌবা লম্বেলশিংদা (হাইৱেশিংশিদা) খূবাক ময়ায়দা শগুন তৌবিবসিবু কনা কনানোনে সাব?"

থোইবনা চীংলেন্দা ওনশিন্দুনা হংবদু নমহৎলি সনানা,

"মখোয়না নৎত্রদি কনা ওইনি?"

"মখোয়না মখোয়গী লাইবক্তা অমুবা তেঙ্গালি তৈশিল্লিবা মখোযবু চৈবাক পীখিবা ইনাশি পঙনি তাখিদ্রি সাব।"

"মালেমসিগী অতৈ হূবানবা মীহাৎপনা ফাওবা ঙক্লা থোক্লমগনি, চেল্লিবা মী পুবা গাড়ীদবু তান্না তান্নদুনা নোংমৈ কাপশিনবা। থৌপ্রগনা হিংহৌবা। থৌফম খঙদনা লেপ্পুবগনা তোংলিবশিংদগী অপাম্বা লৌনিংমখৈ লৌথোকপদা নত্তনা ইচে ইচল কয়াগী ইজৎপুসু তত্তনা হেক হেক তেমশিংনদুনা অউবা অতাবশিংগী মমীত্তা থুম্না চাইশিনবসিবু ফবিত্রনে। মসিগী হায়কব্বদিকো, নোংমৈসিনা।"

নোংমৈ শৎ শত্তোকই চীংলৈন। নোংমৈদা মুন্না য়েং শৎ শৎ নাল্লি। মখা শমথবকই,

"নোংমৈনা নোংমৈবু নেমথহনবা নোংমতগীনি। নীনীগী নত্তে। নোংমৈ পামজবনা নোংমৈদা চৎখিনি। নোংমৈনা থম্মোয়বু নীকহনবদি অশংবা হৈনৌ পাম্বীদা মালংবনা নীকপনি। থম্মোয়না নোংমৈবু মায়থীবা পীবদি শামু লমশা ফাবনি । ঐ খঙই অদুবু ..."

অহৌবা নোংমৈ কাপ্পবগী – “বাং! বাং! বাং! ...” খোঞ্জেলদুদা খংই! ফূক ফূক হৌগংনৈ। মখূমদা হাপচিল্লুববা নোংমৈদো অমুক শংতোক্লুনা পায়বি চীংলৈন। অমুকসু ফমথদুনা কদোমদনো মখোলদুবু তাবি মনা থাঙ্গত্তুনা। য়াম্না হৌবনিনা য়াম্না নকইদি খঙই। ব্রাদি ঙাঙনদে। মমীৎ মনা চপ চপ য়ুংখৎনৈ। থোইবদি মচীন্দা “হবে বামা! হবে বামা!” সোনবগুমসু তৌই।

নোংমৈ খোঞ্জেলসু তাখিদ্রে। অদুবু কনাসু কাদগী মপান থোক্কে খন্দবগুম তুমীন তুমীন ফুম্বংননা লৈ। ঙাইহাক লৈবগা B S F কী গাড়ী মঙা থোঙ্গালদা পবেং লেংই, লুহোংবগী কৈন্যা থিল্লকপগুম। সিফাই অনী অনীনা অমমম শ্রো শ্রো লাক্লুনা চিংশিল্লকই। মশক্তু হেক উবদা তু খ্যাও চুংই। লৱাই লুতোল শাংলি। তুংদা থোক্লগদবা থৌদোক কয়া মীৎমাঙদা ফন ফন চোংথোবক্লুনা তম্নবা মীনোক্লা কবেম্নবা হৌবকই। চীংলেন কন্না লাউবকই তাইবং ফাওনা,

> “ঐ খঙদে। শুকখঙ হেক খঙদে। লৌতুনক্কবসু লৈতে। মফম্না, তাঞ্জানা ফিভম্না মখোযগী মবাযবক্তা তম্লকপননি। ঐবু কনবীয়ু। ঐদি লান্দবনি কাপকনু ... কাপকনু ...”

খোঞ্জেলদুদা কুন্দোবৈ মঙ ওই হা ওই মমীৎ তপ্না পাঙথোবকই। পাখৎনা চীংলেনগী মশা তাপ পাযদুনা হৌদোকই,

> “মখোয় পাবুং! মখোয় পাবুং ... মীত্তো অমুক্তা ঐঙোন্দা য়েংউ। নে তাবেকো। মঙলাক্লগে তৌবা মাল্লে। সে হুমাংসে তৈথোক্কে ...”

চীংলেন ঙাইহাক কবিগুম্বা খবা খনবগুম তৌই। ফুনগক্লুনা থিংলম্বা স্বব নীংখাযববা পল নাম্থোক্লুনা চেম্বুবক্লিবা ঈশিংগুম অমুক্তং শাংনা হোল্লকই,

> “ইস! ঐবু মঙলননে। হুম! তাইবং নত্তেদা, মঙ ওইবশনু। মকু মঙনিদা।”

> “কবি মঙনোনে। মঙগী ব্রাশিবু ব্রাওইনা হেক তৌবদনা। নুপা মান্দেদা। হৈমা! অঙাংদি?”

> “ হে! কবিনো নঙনা ঙাঙলিদুবো?”

কুন্দোবৈ মশম মনা ইফা ফা ফূক হৌগংলি। কোয়না লৈনা য়েংলকই। অঙাওবীগুম অমুক ইশি শিনা নোক্লকই, মকোক্তা মখুৎ অনীদুনা পায়বগা "হা হা..." "হৈ! কৈনোনেহে" হায়দুনা চীংলেন ফূক হৌগক্তুনা কুন্দোবৈদা শংত্রিক য়েংই। কুন্দোবৈনা "তু!" হায়দুনা খূদোম্বী থিল্লকই,

> "য়েংউনে! কয়াদা ঙক্নিনো? মপা খোক খোকচল্লিদা। খূয়াসিদবু মখোঙ মচাসে তফিং তফিং কাওবিসে য়েংউনে।"

চীংলেন নে তাবে। মাগী "লাইশিসু অঙকপনি মচা কোনবী হৈতবী মমাদা কবিগী মচা" হায়বকপদুদা "হুম" হায়দুনা খবা শুক্তোক্লপ ইকায়বা খাঙনা মচাবু চেজেৎ কোনশিনজে মথানুংদা কুন্দোবৈ। মচীনদদি লেপ্তে –

> "হো শুম হৈজবক্কনি। ঐখোয়গী মখাথংবগী চেচেচৌবীদো অমদুনা ননশিনবনি হায় মশানা ননথেকপনি হায় কবিনো মথোঙ মবম খঙদনা মচা অমা হাৎখ্রবনি। মদুদগী তূম্বশে খজীক্তং ..."

> "অদুনবু ঐনা হায়সিদা কবিবু কায়গেনে?"
> "হো,ঐ খঙজদ্রে । ঙসাইগী হুমাং কাবা মঙদুবু কবি মঙনোনে?"

> "অথেঙবা অহীংনি। অহেনবা শক্তি শিজীন্নবগা খূৎলায় মখৈ লোইনা লৌখ্রে। ঐবুসু মীৎ খুমজিন্দুনা পুবগা অরাংবা চীংমায় অমদা লৈবা লৌতাঙশঙ অমদা নুমীৎ খবনি থম্বগুমসু তৌই। য়াম্নাসু অঙাংনি লুচিংবদু, "কবিগী শেন খোম্নগৎপা থাখিবা ঐখোয়গী খোঙলোয়বু লৌতুনবগা হাৎহল্লি। কনা কনানা শিনবনো তাকউ হায়দুনা কোক্তা নোংমৈনা হেক্তা নম্বনি।"

"মকু মঙনিদা" দোঙ লাউনা হায়দি হায়দোক্লবগা নোকফেৎ তৌ কুন্দোবৈ য়াম্না মতৌ মান্দনা শুকথবগ শমথবকই, "হো থবকসিনা মঙসু তাইবংসু মৈথক্তা ফল্লেনে। থবক্তগী পোৎথানবা তৌবসি। পোৎয়োনশঙ লিংদুনা (দুকান ফমদুনা) নুংঙাইনা পোৎথাবসি কবিনো।" চীংলেন থোইনা খম্বকদনা নমহৎলকই, "হেরা মদুসু হেক্তা য়াবা নৎত্রিদা। মীনা কবিনো কবিনো পংহায়দা হায়নখিনি ..." কুন্দোবৈসু হনদে তম্লগ্না,

"মীগী মচীনবু মেনবা ওন্নীগদৌবিব্রা মখোয় পাবুংবো?"

"মদুগী ব্রা নত্তেদা, মসিসু পুন্সিগী মথেল অমনি। অসুম্না পুন্সি তাংকক খুদিংবু মায় পাক্লা মায়য়োক য়াবা ওন্না মীদুবু পুন্সিদা মায় পাক্লবা মীওইনি। শিববু মীৎকুপ'মত্তা নীংশিংনদবা পুন্সিনা নাম্মোকপা ওন্নবোইদবা অশিববু কবিগী কিকপনি। কিদুনা চেল্ল চেল্লগা কোইজোম্না ওক্লবগুম অশিবদা পাউজেনচে পীদুনা থুনা শিবনি। অশিবা মচাশিংনা শিবগী মবমদা ব্রা ওাওনদুনা অশিবনা তাইবংদা তম্লহনবা পাওদবা মতৌনি। শিবিবসি অনৌবা মপোক ফংলবনে। হিংলিঙৈদা অশিবগী ফমফম লৈতে। কান্নদে, তুমথনবা হোৎনবসি।"

"ইচা থোইবীসে ময়ায়দা তুমহল্লশি ওসিদি।"

"শিংচেপ অমা থাসি হায়বনিনে — নৎত্রো? কায়দেদা কায়দেদা। পাখও ওইবিঙৈ নৌবিঙৈ ঐগীনি; ইচা লৈবগনা ইচাগী; ইয়া লৈবগনা ইয়াগী; ইশু লাক্লগনা ইশুগীনি। মতমগী কাওশিংনি পুন্সি ..."

"হো খিৎ তোকপিবোসে। অদুবু হোবেল মীৎকপ থোবকপদা থোইবীসে খুয়াদা লৈবমদদুনা কাওখদা লৈবল্লদি ঐনা নত্তেকো।"

ফক্লাং ঘডীনা অনীগী মবক খায়না পুং ৩.০০ তাবগী পুংশিং য়েবক্লুনা অনীগী খৎনবা খান্নি।

"এঃ মতমসিদি নোং ওাল্লেনে। অমুক তুমথবদি ফবক তাবনি। হৌগৎপনা ফবনি। য়েংওোই অয়ুক'সিমা নমফালোংদা লৈকবা তাবি। নীপানদা হল্লক্লবা তৌগে। এল্পাংদো চমথোং চানীংই। নথন্তগা লৈবে য়াম্না চেকশিল্লুকো।"

"ঐবু ইমীত্তা ইচা উবফাও চুম্না উবীদবৈ ব্রানিনে?"

"হায়! ব্রাফমদো অমবোমদা চৎখিদৌবেনে। ঐনা হায়দি নুপীদি খুদোংথীবা কয়ানা শৌ শাদুনা ওমশিন্দুনা ওাইদুনা লৈবনি। খজীত্তং শোয়খিবদা খুদি থীফমগী থীফম ওাক্তা। শোয়দ্রিঙৈদা শোয়দনবা চেকশিল্লু হায়বনিনে অওাওবী।"

ঙসাইমখৈ মখোঙ কাও কাওদুনা শান্নবমবা অঙাংদু চোকথবক্তুনা তূমথগ্রে। কুন্দোবৈসু মশানা য়াজবদুনা মচাগী ফি মচা অমা শুপচিনবী। চীংলেন ফূক হৌগত্তুনা "তুঃ" মচানুপীদা খুদোন্বী থিল্লি। "নুপীদি নাউথি শাবিঙে মমা মপাগী খূবাম্নুংদা অদুগা হেক লুহোংখিবদগী মপুবোইবে মীৎয়েং শন্নবগী মকমদা মঙাল চাউজবনি। শম্না মফে অমত্তং লাছোল্লুববা কনুই কৈওইবে খয়াত্তা তাবিশিংসে উবেদনা।" কুন্দোবৈ মমীৎ উইশিন্দুনা লৈবদু উবদা চীংলেন তূমথববোই নীংদুনা "তূমথবরনে? ঙাইখো তাখোনে" মখা শমথবকই। কুন্দোবৈনা মমীৎ পাঙথোবকপদুদা, "পালং চেম্লিশি কল্লিদনা। থোক্তে। অদুবু খাকই। য়াম্নসু কায়গল্লি। মসিতনি খঙনা উনবিবা। অদুবু অথেংবা শজীবুগী নোংলৈগী অহীংদা অমম্ববু কোয়তান তানবা ঙন্বসি মৈবীনি। মঙাও থীনা চিহাই কল্লবা মালংবগী মচীবুসু থোৎল খূৎশানা থুদেক্তুনা কছোক্লগা ঙাকথোকই চাক্লিবা মৈবী চেম্লিনা। চেম্লি য়াওদ্রবা মৈবী ফি থোংদ্রবা হকচাংনি কুগী। চেকশিনহৌদবা শেন্নহৌদবা মীৎকূপ অমদা লোৎনা হূবান্দুনা চঙলকপা নোংলৈগী শহুম্না কনথত্তুনা লৈমায় থত্তবু শ্রেং-শ্রাং লাউবা খোঞ্জেলগা লোয়ননা তাবু তাখ্রবা অদুম লোইবে – চেম্লি। পালং কোমফুদুদি অনৌবা চেম্লি অমা শিনবদা মীৎকূপ খবতনি ঙায়বিবা। তহা তহা কনাগুম্বনা চোং ফল্লুববা ঈনা পূমঙাং লৈমায়দো। থৈ থৈদুনা খূনিং কাঙ কাঙদুনা চৎনবিশিংসে ঙম্না মীৎমাঙদনি। অনৌবা চেম্লিনুংদা মৈবীদুনা হেক ঙাল্লকপগা অমম্বসু চেনখ্রে মমৈ থেক্কৎতুনা। অহীং য়াবেকঙমদে মচীন মুনা তুন্নবা চেগাইশিং। তাপ তাপ শাগল লাক থুম্মোক তায়কক্তা হোন জোবো জোবো অপূম অশাথক্তা, অদুগসু লৈপাক্লা অমুকসু লৈবোল শিনবিবনি। খঙলেদনা অঙাওবীসিদি।"

> "শোয়গদবদু উবদি ঐবুসু মীৎ নাকোং শিংননবা খবা উহনবীয়ুদনা। নোং ঙাল্লকপদগী নোংঙান্দ্রি ফাওবা ফক্লাং ঘড়ীশিগা ব্রাবী শান্নদুনতা লৈবে। নথক্তমক খঙলগা য়াবদ্রা? হয়েং ইহে হায়বদি কমদৌনি।"
>
> "ঐনা হায়দি, লৈবিসি পুলিস য়াবেকশঙনি (ক্যাটবনি)। সিফাই ওইবিশিংসে অয়াম্বনা ঐঙোন্দগী চিংনা য়ূম কৈ থাদোকপবগী খুদোংচাবা লৌ লৌদুনা মীত্রংগী মীনোক হেক হেক নোকপনি।"
>
> "অদুনবা থোইবসে হন্দক মবকসি ইথা থানদ্রিবসে মপুগা মনাইগা।"

"চুম্মী। মাসি খ্বাইদগী হৈশিংবা মীশক অমনি লম্বেলসিদা।"

"অদুগুম্বা মীদুগী মপুনিনে মখোয় পাবুংনা।" নোকফেৎ তৌই কুন্দোবৈ। চীংলেনসু ঙাঙখৈ ঙাঙলুবগা চৈখৈ চৈকবগা শিংকৎলুববা তিন্না মমায়দা তাবকপগুম মাগী মথক্তা তোপ তোপ তাবকপদুদদি তৌফম খঙদে। নোকথোবকই খোঞ্জেল থোক্লা। তাঞ্জা লুখ্রী হৈবী কুন্দোবৈ লুশম মেৎলকই, "ইস! কিজবেদা" শকফম হনজিল্লি চীংলেন খবা পাখৎলপ তৌনা,

"এঃ ওন্নরে ওন্নবে। লম্বেল তিন্নদে। পুন্সি মহিং খৈন্নে। ৱাহঙ্খোকসু তোঙান্নে। নঙ ফাওবনসু ঐগী পুন্সিগী ৱাহঙ্খোকসে শেবান্নবে। ঐ খঙই। ঐ ৱাবৌদে। তৌবতবু মাগা ঐগা হিংমিন্নবিবসে ঐগী পুন্সি খোঙচৎসিদা অচৌবা খুদি অমনি। মসি নঙনসু খঙগদবনি।"

"অদুগা কবিগী মাবু লোয়নবিবা?"

"মসিদি থবক্লি। থবক মফম হোংখিবদি হোৎনদুনা ঙম্বদি ময়াই। অদুগা মহাক্লা হান্ননা মফমসিগী নুংশীৎ নুংশাগা চাশিন চুশিন্ননা লৈবল্লবনিনা মায়কৈ অমবোমদা মাগী মতেঙসু য়াম্লমক মথৌ তাবকই।"

"ঐগীবুদি কায়দেদা। চুম্না ৱাগী ৱা হায়বনিদা। ঐসু মীতৈ নুপীনি। ববমীজ নিঙোল ওইনা উবীবত্ৰনে ঐবো?"

"অদুগনে, জোনসে, মাসু থোইবগী হেক ঙমথৎনি। থোইবনা হায়ববু জোনসে এডস পক্লে ..."

লৱাই শাৎলি কুন্দোবৈ। "ইস!" হায়দুনা ফুক হৌগৎলি। ফম্মী মকোক্তা মখুৎ অনীনা পায়দুনা। ইপা পাখৎনা মচীন্দা মুকম মুকম শোনবগুমসু তৌবকই, "কবি! জোনবু" চীংলেন ইঙক ঙকই কুন্দোবৈগী মতৌদুদা। খল্লি মপূক্লীংদা, "কয়াদা কিগল্লবনো নুপী হায়বা জাৎসে।" তপ্না থেমজিনবোই কবিবোই তৌবকই, "হৈ! পাখৎকনুনে অঙাওবী। কবিগী ফিংগৎলিবনোনে। হীপথৌসে। সে হীপথৌসে। অঙাংদুসু হৌবমাল্লেনে, অমুক্তা শুন্মুনে।" কুন্দোবৈ মখুত্তুনা চপ চপ য়ুংখৎলুববা লৱাইগী শমদু তপ্না তপ্না নাম্বজে মদোম। শাবুং শাবুংবা খোঞ্জেলদা তপ্না হায়বকই, "হায়বিদুবু চুল্লেকো?"

থোইনা নাচুংলুদনা চীংলেন চিংনবা মতৌ উংলকই, "ঐসু ঙবাংতা তাই। থাজবদি ঙমদে। থাজবা থাজনদবদু লৈবম্বনা নংত্রো, নঙ ঐ লৈমীন্নদ্রিঙৈদা থোইবনা শিনবীদুনা লায়েংশঙদা এডস নাই নাদে য়েংথোকখিবদো।" কুন্দোবৈ য়াম্না খঙনিংনা চীংলেনগী ৱাদু তাদবগুম তৌ মবক থংলকই, "জোনবু এডস নাই নাদে য়েংলুবে হায়ব্রা থোইবনা?" য়াম্না লাংতক্লবা মতৌদুদা চীংলেন নোংক্লিংবা ফাওবকপগুম তৌবকই। নোক্তি নোক্তনা মাগী মতম্বাক্তা পল্লিবা মচাগী কুপ্পা থুংদ্রিবা মখোঙদু কুপশিন কুপশিন্না অশেংবদু ফোঙদোবকই, "হেবা নঙসিমা, য়েংই য়েংদেদি হায়দেহে। থোইবনা জোনগী লমচৎতুদা হেক্তা হায়জিনবসু মাল্লি।"

পুক্নীংদগী খংহৌ হৌবকপা ৱাখল নোংলৈবু থম্মোয়না ফাজিন পুনশিনজহৌবা ঙমদনা, "ইস! পক্নমদ্রদি ফনিদা" কুন্দোবৈ চীনবান্দে পাথোবকপদুদা চীংলেনসু কবেম্নবকই, "ঐ নত্তেনে জোননিনে।" কুন্দোবৈ শকফম খংহন হনজিল্লকই। "কবিগীনোনে নঙনা অদুক ৱাবীবিদুবু জোনগীদমক" হায়বকপদুদা মমীৎ খংশিং শিং অঙাং মচাগুম কেথবকই, "অদুসু কীজদ্রো?" চীংলেনসু হেন্না নৌথশিল্লি মবে কোনদুনা, " ক – বি – গী?" য়াম্না খঙদবা মতৌদা কুন্দোবৈ, "নোংমা ফাদোকসু য়াম্না নকশিন্ননা" শ্বায় লাউই, শোয়খিদুনা হায়দোক্লবগা থৈথবকই, "কাসিদসু মচঙলকই। মখোয় পাবুংগা ৱাবী ৱাতায়সু নকশিন্ননা মশান্নৈ। চামীন থকমীন্নবসু ময়াওবিদনা। ইস! ঐদি মাঙজবেদনা।"

মসিদি পুবা অঙাং মচাদা মচানিহে ৱাখলদা খন চীংলেন য়াম্না খঙহন্নীংনা তাক্লকই, "হেবা অঙাওবীসিদি। লায়নাসিগী মহীকসিদি ঈশিংদা নুংশীত্তা চামীন থকমীন্নবদা শন্দোকপা নত্তেনে। মসিদি শুপ্নতগী ঈদগী ঈদা লৌনবনি।" কুন্দোবৈ "ওঃ" হায়গে য়াওনা হায়। হায়গে য়াওনা হায়বকই, "লায়নাশিনা নাবিশিংসে থি থিদুনা দোঙ দোঙ হেক কাপথংলদি লাইচৎসে শন্দোবক্নমদবসু যাই" হায়বা কুন্দোবৈগী ৱাহৈদুদা হায়গে য়াওনা হায়বকই চীংলেন, "মদু তৌবন্নবদি ঙসি ঐখোয়গী ইবক্তা ফোঙনা মীওইবগী কবিগুম্বা কাননবা খবদং তৌবমগে খল মখোঙনা থোংনা চোংথোকচবকলিশিংসে লিন্দু অমোম ওনদুনা নাবক শিংলক্তা লোৎলম্নগদবনি।"

চীংলেননা "লিন্দু অমোম" হায়বকপদুদা পীং কাখিদুনা খোল কনখৎলকই কুন্দোরৈ, "মসিদি থিংননবা খক হোৎনবোইদবনি। মানা মানা থাজখিবা হূ পাম্বীগী মহয়দু মানা মানা চাজবনি। মালেমসিবু কবিগীসু

লূমহল্লুগনি?" তূমদনা মঙলাক্লবিবা কুন্দোবৈবু কন্না হৌদোকলি চীংলেন, "মানা মানা শিজদুনা ম্'গী মাগী উফূলথক্তা কেমজবদুদগী পৎথ পুমথবক্তুনা অকোয়বগী খল কায়থবক্তুনা নোংমদি মহীকশিংগী খয়াৎনুংদা মালেমসে পূময়োৎ য়োৎখিবা য়াবগী অকীবদু শংশং ইমাগুদা লেপ্পবিবসি উনদে গুসিগী মীবোলনা খগুশিন্নদবা শাদুনা। মসিবু মায়থীবা পীবা য়াম্না লায়খ্রে। তৌবতবু মিতম্বাল ওইকবৈনি ব্লাবিবসে।"

"মিতম্বাল ওইকবৈনি" হায়বকপদুদা কুন্দোবৈগী হৌনবী হৈনবী হৌবক্লে। নুংদা চীক্লক্লে, "কবিনো, মতমসিগী চপ চাববা লাইগী চৈবাক্রি।" চীংলেন মমীৎনা তাম্না থিংলিবা থোঙনাউদা লান্না য়েংবগুম ঙাইহাক তুমিন লৈকবগা মপূক্লীংদা, "ওহ্মোকপনিদকো ঐগী নুপীসে খল" মখা শমথবকই, "তশেংবগীদি, মৃৎলমদাই থাউমৈনা খংঙান ঙানবগুম ঙসিগী মলেমদা নুপী নুপা খাক্তনা মবোমদোম লেপচবা গুমজবগী যুখলগী মকমদা মানা মানা পাম্বা লীচিং অমমমগী মখাদা থবক তৌবকপনা গুসিগী তানফমসি যৌবকখিবা ওইবম্বসু যাই। নৎত্রগা, লাইগুম হৈ শিংলবা সাইন্টিষ্টশিংনা মতমসিগী লাইপোক (কলিগী অবতাব) ওইনা শেমখিদুনা ঙসিগী মীবোন্দা চাউনা লমচৎ কায়থবক্লিবসি কন্ননবা থৌবাংলম্বসু কন্নানা খগুনি।"

হায়গা ইমান মান্নদবা চীংলেনগী মওংশিদা কুন্দোবৈ ফিংগৎলম্বদু তেথবকই। "কবিনোনে" হায়বা ব্লাখল নোংলৈনা চবম কংলক্লে। খোঞ্জেল থোকখিদ্রে। চীংলেনগী "লমচৎ কায়থবক্লিবা" হায়বা ব্লাহৈদুনা তীন ওইদুনা পূক্লীং মহী চেল্লকই কুন্দোবৈ। অমুকসু মওন মওন খল্লকই, "মানা ঙাঙলিসিবু অতম্না ঐঙোন্দবা, মাবু লংলা লংজীল খঙখ্রবজাৎলা খল" নুংবঙনবিঙে চীংলেননদি খল্লি, "এঃ মসিগী শগোল নাত্রংসে খবদি তেথবক্লেসে।" থম্মোয়দা খবা পেনজনা মখা শমথবকই, "লায়নসিনা মালেমদগী হনখ্রবদি কায়থকববা লমচৎকী অহোংবা শাজৎ অমদি অথেঙবা অহীংগী ব্লাকচীং অতিয়াদা থোক্লিবা থাজ-থানিলগী মঙালগা ঈবোয়ননা মালেমদা য়ৈববদা উবা ফংবদি শোয়দ্রে মঙাও থীববা ফাইবেনগী লৈচীলগুম। এ' ব্লাখেৎকী খোঞ্জেল নৎত্রা?"

চীংলেন ফূক হৌগত্তুনা থোকখি। কুন্দোবৈ কংলাক্লহৌবি। চীংলেননা শাজেল লোইদুনা হল্লকপৈ শহুম ফঙলম ফংফাৎত্রিঙে কুন্দোবৈ হৌগত্তুনা অয়ূকী

তল-চা শেম শাবা লোইশিন্দুনা চীংলেনবু ফমশাংদা ফমদুনা ঙাইবি। চীংলেন চাদু হেক থাঙ্গৎতুনা মচীনবান্দা থেংতমক থেংলি অঙাং কপ্পগী খোঞ্জেল তারক্লুনা ফৃক হৌগৎখি। কবিগীনো মহৌশাগা ইমান মান্নদে অনীমক। রা-লানকা অমত্তা ঙাঙনখিদ্রে। লফোই অমা মক্ খোক্লগা চা চাদুনা ফি হোংলি চীংলেন। চৎননবা শেম শাবা লোইবদুনা তুপীদু ফৈবপ উপশিল্লি। কুন্দোবৈ মোন ময়াদগী খৃদাং ঘড়ীদু মখৃৎ নাম্মনা অঙাংদু কোল্লগা পীবকই। চীংলেননা মদু হেক শিজীনবা লোইবগা মচানুপীগী মখজাইদা শীকপোই নানবোই তৌবল্লগা হন্না য়েংলমদা থোকখি। কুন্দোবৈ লেপ্তুনা য়েংদুনা লৈহৌই মীথুংফম কাদুদা।

ঙসাইমখে তাঞ্জা লুমদনা লৈবম্বা তাল্লুম্বা জোন ঙাইবম্বা মীৎকৃপ্তুনা খৃদাংদা চিংলক্লবদা থোঙজীন্দু কবম্মা কানশিনখিবনো খম্বুবা ঙমহৌদে। কুন্দোবৈ মহৌশাগুম মাবু উবদা হবাউইদি হায়ববু চিংনবগী লৈচীল নোংফাই অমনদি থম্মোয়বু তত্তনা তম্মবিবি। শোম্থাংনবকই, "পুন্নাদু থাজিল্লম্মু জোন।" কুন্দোবৈ শহুম চাউনা চঙখি থংনবা কাদা। তপ্পা মচাবু শুম্বগুমসু তৌনা, "হুম হুম" হাযনা মচাবু পোপ পোপ ফৃদুনা লৈবমবদু উবদা লক্লগে যাওনা লক্লবকই, "ইচানুপীদুবু তৃমথক্লা? মহাকসে ঐগীসু" কুন্দোবৈ মচাবু শুল্লগা ফৎ লৈথোবক্লুনা হায়বকই, "ওঃ যাবে য়াবে ইবুংঙো। ঙাইখো রা অমা হংগে শেংনা খুম্মু।" তপ্পা ফমথবকই জোন। নোকযেৎ নোকযেৎ তৌবকই জোন, "কবি রানো? খুম্ম ঙমগদবা মান্দেবো।" কুন্দোবৈ জোনগী মনাক্তা খবা চঙশীল্লি। যাম্মা লাংতক্লনা হংলকই, "ফাগি তৌনু, নঙ এভসনা নাবে হায়সি চুন্না?"

শ্বায় লাউই! জোন ফৃক হৌগৎকে তৌকবগা হান্নগী হান্নগুম ফমলি। চন্নীংদি তাদে। মীৎয়েংনা মমি শামিওই উবকই কুন্দোবৈবু। অচুম্বনা লোৎলম্বদগী ফোঙলক্লবদা শেবান্নবা অবোনবা লীচৎনা শাজত্তা হৈনবী ওনখ্রবা জোন পৃক্লীংদা থৃক লাউবা ফাওজববসু মায়থোঙদদি হবাও মকা লামনা মোমোন নোক্লুনা ফাগীদা ওম্থোকপা অনৌবা নৎত্রে। খোঞ্জেলদি খবা থৈয়ায়নৈ — "ওম্থোক্লবু কিজবেদা। কনানা ঐবু নুংশিবীদুনা থাগৎপীবিনো। থোইবনা হায়বি ওইবিনিদা চুন্না?"

কুন্দোবৈনা জোনগী খৃদাং তাপ পায়বকই। তকশিল্লকই, "নোক্লুনা কান্নবোই শেংনা হায়য়ু — চুন্না?" নুপী হায়বসি কবিনো খঙলবা জোন মহাক্কী

হৌনবী লাউ খোং তৌবদু হৌবক্লে মমীৎ লংথোক মনা ফন্দোক্লুনা, "হেবা তাগে হায়না তাবনি। ফাগীবা হাযববু হেক্তা অওইবদৌ তৌবকলিসিবু কনাননো অমদি হাযজিনবীবা য়াওবেসে। মী শিবা য়াবা রাদুবু। কনানো – হায়য়ু?"

তপ্না ঙাঙনবন্নদগী খোল কনখৎলকই জোন। কুন্দোবৈনা খবা হল্লপ তুমিন লৈবদুদা জোননা "ঐখোয় সাববা" হংবদু চীংলেন মশেল মবাং তাবকই ঙসাই মানা থোবকপদা হৌদোং লমলানখিবা মপাদু হেক য়ৌবকপদা। জোনগী মখোলদু মাগী কা মপা ওইবপ্না তাখিবদু শজদদুনা কোয়না লৈনা লৈনা য়েংই চীংলেন থাংলিবা খোঙথাংদি খবা তপ্লপ তৌ, চীংলেন ওইগী মীৎখা কন্না কন্না চোংলকপদগী (মীৎখা ওই চোংবসে চীংলেনদি য়াম্না পক্লদবদগী) অনোক্না কাউবন্নগা অনোক লৌর্কসি হাযদুনা হন্দুনা লাক্লগা গাডী থোঙ্গালদা খামখিবগী মখোলদু তাখিদে জোন কুন্দোবৈ। কুন্দোবৈসু খোল কল্লপ, "থোইবনা হায়নে" হাযবদু মযেক শেংলক্লে চীংলেন। কোকচাওবী ফূং কাখি জোনগী "মাদুম ওইবমর্গনি" হাযবা পাউখুমদুদা। থোঙজীন হেক য়ৌবগা নমদুনা য়েংই, পুনা থাই। তুমিন্না ঙাইহাক্তি ফুন্নংননা লেপ্তুনা তায চীংলেন,

"হৈ, অদুদি নঙ ঐঙোন্দা এডস নাই নাদেগী শকখঙচে (সাবটিফিকেৎ) অমা পীবা ঙমগদ্রা? চযোলসিদা?"

"ওম্বোকপনিহে! ঐবু এডস নাই নাদে য়েংউ তল্লল্লজাৎনি। ফবে ফবে ঐ নিংথৌকাবদা তাঞ্জা ফংলবদি মঙাদুম পীগে?"

"যাবে ইবুঙো, অমখক্তনি।"

"ইচানুপীসিবু, ঐ মানবা কদাযদা য়াওবিবগেনে?"

"হো ইবুংঙো, হৌদি হৌদোক্লুনু, মুন্না য়েংউ, মমীৎসিনা মমা। মনাতোন বং বং লাউবসিনা সনাইবুংঙোগী। পীশুম শুক্তক তৌবসিনা মপা শাবা দ্রুবাশাদুগী। খঙলেকো" হায়না পুন্না হৌনা নোকমিন্নে। খোঞ্জেলদো মী তাথ্রনি পাখৎচৈ থংনবা মীৎকূপ্তা কুন্দোবৈ। জোনদি পুমঙাওদা ঙাওজে। "হা-হা ..." শিথ শিথ নোকপা খোঞ্জেলদুগা ঈবোইননা পুনা নামতদা থিংবগা ওইবনা চীংলেন লেংজুম্না ফাথবা ঙমহৌদ্রবা অশাওবা অমনা নমখায়কবে থোঙজাও। উকবে..., চীংলেনগী অনোক মনাক্তা থল্লম্বা নোংমৈদু লৌবা

চেম্ব্রোবকই জোন। নংহৌদ্রে। খোঞ্জেল থোকখি – "বাং! বাং! বাং! ..." থক থক নীক মখয়াৎ ক্রক ক্রক চীক মখূৎ পেন্না কাপশিল্লি কুন্দোবৈদসু "বাং! বাং! বাং! ..." নাবক্তা লোৎলম্বা শজী লাবা অমোম্মা শাদানবৈ তেন্না শাবৌ ওলহল্লবদা লৈমায় তম্লকপগুম থবো থবো ওল্লি জোন কুন্দোবৈ। শংত্রিক য়েংই, তুমিন্না চীংলেন। মখূত্তা ঙসাইমখৈ মখয়াৎ লাওনা নীংঙাই তৌবম্বা পিস্টোলদু নিংঙাই লেপত্রে শজী মচাগী নিংঙাইদুদা। লাক্কুনা লংশিল্লি জোন তম্মা নোংমৈদু। হংই থম্মোয়দা মদোম,

> "মসিবু চুম্লিব্রা? অদুগা ঈহীং নাইহীং শানা কপ্লিবা অঙাংসিগী খোঞ্জেলসিবু ঐনা নুংশিবা পোকখিদ্রা? নত্তে! মীনম্বনি ... মীনম্বনি ..."

উতৃপ তাবগুম তাবিবা অকায়বা উনশা ফাওদোক্কুনা কাপথোক্কুনা মনীং তম্লিবা ঈখেঙবু উবগা নোকথোবকই চীংলেন হৌনা হৌনা,

"হা! হা! হা!..."

# ৯

**খোঙ্জেলদুদা** লৈপাকলৈ কোম্বোং তন্নকই। তাবল্লিবা পাউ-চেদু পুদমক পুশিল্লকই। হন্নফাও য়েংলুদে। চাকচা ফান্দা লংশিন্দুনা থম্মী। চীংখৈসু অয়ূক্কী শাজেল হল্লক্তুনা ঈকজবি। মমানা মহৌশাগী মহৌশাগুম শোন্নপুঙদা খুকল্লল্লগা মপুবোইবগী ফোটোগী মমাঙদা মেক্রুক থাবল্লগা চাকখুমদা চা লোল্লি। অতৈ চানবদি নুংত্তিগীগুম তৌকদ্রে। চা অনীগা লফোয় খবগা পুথোবক্লগা মাঙ্গোলদা ফমথ ফমথ চীনফা পুবা ব্রাঙাংদা কবোক পোকপা হৌবকই,

> "হনুথঙশিদা মৌ অনৌবী অমুক ওল্লেনে। থম্বালদো কোক পুবকও হায়বসু ঙমদে। ঙসিদিনে ঐ মনীংগী লুহোংবগী কবোক শাবা নুমিদাং চৎকনি। চাকতো, থোংতোক্লমগদবনিকো। নঙগী পোৎ য়োনবনকা লুবা নত্তে।"

> "হো যাবে য়াবে খঙঙে ইমাসিমা। চাদো ইঙখ্রনি। ব্রা য়াম্না ঙাঙবসি য়াঙ কংবনি। ঐখোয় অনীতনি মীৎচিতনা য়াবসিবু।"

> "কাক ওল্লবসিদসু ময়াদ্রবদা কদায়দগী মীৎচি –"

"ইমাগী চাসে, উম!" হায়দুনা অমুক্তং থক্লগা থম্বদুদা লৈপাকলৈ পাখল্লপ তৌনা মঙক থাঙ্গৎতুনা যেংলক্লগা হায়বকই, "কবি তৌবগেনে?" চীংখৈনা ফল্লপ যেংলক্লগা শোম্থাংনবকই, "চিনিবু থাকপা কাউবমাল্লেনে।" "হেবা ঐবু থকখিদা" হায়দুনা ঙসাইমখৈ থকপা কাউকববা চাদু তাপ লৌখত্তুনা চিংবা হৌবকই। "থিদা অঙাওবসিদি।" চীংখৈ নোক্রা নোক্রা হায়বকই, "চাদো ঈংখ্রনি হায়বনিদা। খদাংদো থাদবা অমুক্তদি লেপসিগবা পলেম অপোকপী।"

> "খদাং থাদবা থাদদবা নঙোন্দা লোইনা লৈবে। নবোলদো শেংউ। থম্বালখোয়গী অহলশিংনা য়াদে হায়বসে নচেসু খঙলবনি। মতমসে লীৎখ্রনিনে। ফৈ, চয়োল অমা মতম পীবিসিনি।"

"এ! কবি তৌগদৌরিবা?"

"লৈ"

"ফবে ফবে"

"তৌনুকো। নচেগা ঐগদি লোইনবে ব্রা। নর্স ওইবি হায়। ইনাক্কা খুনখ্রপোৎনি। নচেখোয়গী মমাঙদগীনি। মথঙগী চয়োলদা ঐদি নচেগা মশক্তু য়েংলুগনি। নুপীদুনসু নঙবু খঙই হায়নে।"

চীংখৈ মমাগী মতৌশিদা শ্বায় লাউই। খঙহৌদনা হায়দোকখি চীংখৈ, "ঐনা শাউনীংদননে ঙসিসে কোক হেক" লৈপাকলৈ হবাওনা ফন চোংথোবকই, " ফৈনে ফৈনে। নুমীৎসু য়াম্না ফৈ। পানখৎলকপসু ওইববা। অদুদি, ঐ মীগী কবোক শাবনা হেন্না লুবিব্রদো। হোইনে, ইচা থম্বালদো" নোকফেৎ তৌনা, "ইচা থম্বাল উবনি ..."

"খোয়দৌসে হেক শাউগৎলকপা" হায় হায়দুনা চীংখৈ মাগী কাদা চঙখিবদুদা লৈপাকলৈ শকফম খবা হনজিল্লি। খূদাং ঘড়ীদা য়েং হাথু হাথু কাব তোংখৎখিবদুদা মমানা চঙশিন্দুনা হংলকই, "কদায়দনো?" কাব মনীং হন্না হন্না, "নোংদ্রেনখোয়দা। চাক হাপ্লুবনু।" মমানা পাখৎনা, "মীগী য়ুমদা চাক চাবা য়াদেকো। য়ুমদা চাবগা পোৎয়োনশঙ চৎলুকো।" গাড়ীদু মমায় লৈথোক্লুনা থৌনা থৌনা চীংখৈ মমায়দু থোঙনাওদা লৈথোবক্লুনা, "ঙসিদি চাক চান্নবা লৈবে।" থৌগে তৌবদা মমানা খাম্বদুদা মমাবু ঙাইদুনা লৈ।

লৈপাকলৈ তপ্না মোং হাদনা চঙশিল্লক্লুনা চীংখৈগী মখূদাংদা ময়ানা অহুল্লক "হং হং হং" হায়দুনা হেক হেক চীকপগুম চীকই। মকোক্তসু মনম নমই। নোকফেৎ তৌনা লৈপাকলৈ তপ্না শোষ্ণাংনবকই, "ইচা থম্বালবু য়াওব্রা?" চীংখৈ মমায় শৎ লৈথোকখি মচীন্দা মকুম মকুম শোন্দুনা, "থম্বাল! থম্বাল! য়াবে তোকও।"

"মসি'মা" হায়দুনা চীংখৈনা থৌখিবদু চিংনা য়েংহৌই লৈপাকলৈ। মচাগী মতৌদা তাইবংগী অব্রাবা পূম্বা পূমকাও হেক কাউই লৈপাকলৈ।

## ১০

চীংখৈ লৈতাদে। পূক্লীংদা মওন মওন খল্লি। পল্লেপফম খঙদে। কোযপাই হেক পাই তেবা মফোলগুম – ব্রাখল। নোংদ্রেননা খাম্বদু নৎলমদ্রবদি হেন্দোক্তুনা থৌগদবা শম্মাদা লীৎলি। চীংখৈ থৌনা থৌনা হৎলকই নোংদ্রেনদা,

"হোবেলগী চঙগদবশিংদুবু?"

"লৈবগী ব্রাবানে? "

"তহাগুমসিদা। হাথু হাথু লৈশিল্লুবো, মখোয়গা হেক থেংনবনু ঈশিংদা থাদখিবা তাবনিনে, নৎত্রা?"

"হোইনে, উম ... মফমদু য়ৌবগা খন্নবসি"

"এঃ মখোয় নৎত্রনে?"

"হ্যা।"

থম্বাল হায়নখিবা মফমদা পূংফম কায়দনা য়ৌবকই। ঙসাই থম্মোয়নুংদা মদোম ঈশৌ লাং উবীবৈবু শাউখিবদো হৌজিক্তদা মদোম ইকায়বা ফাওবকই। উবীবৈ অহোইনদুম ফাগী তৌদুনা লক্লবকই,

"হয়েং অঙাং কপ্পগী মখোলদা খোয়শাওনববা মপাদো ঙসিগী থৌদোকসিনা অমুক থেম্নবনিদো নুপীমচা অমদি।"

"উবীবৈ ফাগী নত্তে, য়ূমদা হল্লসিবা? নৎত্রগা প্রতাপ্তা 'লৈই অমা' য়েংলুবসিবা?"

"য়ূমদা হনগেবা? লৈই চিংগেবা? হো হায়নবো, তু মশাদা।"

তপ্পা চীংখৈ উবীবৈ তম্মা চঙশিল্লকই–

"উবীবৈ শাউবল্লনি। ঙাইহাক্তি থেঙথল্লে। চৎলমদাইদা ইমানা মাগী হৌনবীদো অমুক, কাখৎলো সোমদা।"

উবীবৈগী তুংদা থম্বাল কাখৎলি কাবদা। থম্বাল ব্রাদি ঙাঙদে। অশাওবদু থম্মোয়দগী থক্তোবক্তুনা মায়থোংদা তাবা উই হাইবপ চীংখৈ। চীংখৈ নোকফেৎ তৌবকই,

"ঙসিদি থেঙখিবগী অহাওবা মথেল অমদি কোংজবগে উবীবৈ।"

"ঐদি শাউদেদা। অশাওবা মপুদুদা ওইনা হায়বীও দচীংখৈ"

"কবি কোংজৌ হায়বগে?"

মালং ঈপোম্মা হূদুনা পুখি খোঞ্জেলদো ঙাইহাক্তি পুমচীক চীকই। অচীকপসিদা তপ্পা মোং হাদনা নোকফেৎ তৌ মমীৎনা থম্বালদা ফল্লপ য়েং মনীং খোল্লকই নোংদ্রেননা,

"তানা তানা তাদবসে তাইবংদা মনা পঙই হাযনৈ হয়েংমুক্কী মপোক্তা। হয়েংমুকসু অদুম মথেংননি। নাগা পঙলদি এঃ তাল্লিদা। অমা হেক্তো হায়খ্রোদনা থম্বাল?"

"ঐবুবো। কিজবেদা! কবিবুনো?"

"আঃ ঙসিগী মথেলসিবো হায়বা।"

তুংগী ফম্ফমদা থম্বালনা উবীবৈদা খুজীন্না শীক্তুনা মঙোন্দা হায়ননবা ঈঙ্গীৎ তৌবিবদু চীংখৈনা গাড়ী মনূংগী মিংশেলদগী (মিদল গ্লাসতগী) মমি ওই শামি ওই উবকই। মোমোন নোক্লকই থম্মোয়নুংদা চীংখৈ। তশেংনা খোঞ্জেলদুম থোকখিদুনা অহাংবদা তিনদ্রিঙৈ উবীবৈনা নমহৎখি,

"বামোন্নিনা, শা য়েনদি পীক্লিঙৈদগী থম্বালসু ঐসু চাবক্তে। চন্না হেক্তা।"

"অদুদি তোরবোং চমফুৎ!" হাযবা নোংদ্রেনগী ব্রাদুদা ঙসাইমখৈ ইকায়বগী শনখাংদা পল্লোম্নদা পল্লিবা অশাওবগী কাওশিং পুম্বা মনীং তল্লকই পম্বুং তাল্লকুবা ঈচেল্লক্তা। ব্রা লাউনা নোকপগী পাইথবিবা খোঞ্জেলনা ঙসাইমখৈ

নীংঙাই তৌদুনা চেল্লিবা কাবগী খোঞ্জেলবু নমহৎখি। থক থক হেক নীক্তুনা মঙে নীক্লা খাঙই কাব মমৈবু থেক্কৎ। অহোইননা পূক্লি তিংবমখে নোক্লুববা চীংখে তপ্না মখূৎনা পূক্লিবু মেৎ শকফম হনজিল্লকই, "নোংদ্রেন অদুদি শবেং।" নোংদ্রেনগী "এঃ হৌজিকপু অমুক ইম্ফাললোমদা!" হায়বা ৱাহৈদুদা ফাথবকই চীংখৈনা, "শিংজমৈদা ফংনিদা। ফংলোইদ্রনে?"

"এঃ শিংজমৈদি য়ৌবু য়ৌবেনে, উবীবৈ, লৈশাবিঙৈদা কৈথেল কাবসে তমহৌবসু ফৎত্রনে। অদুগা মসি পুক্সিবোলনে। লাকও থম্বাল" হায়বা নোংদ্রেনগী ঙাইদুনা হেক্তা লৈবা মতৌদুদা মাগী মতুং ইন্নবক্লে। ঙসাইমখে ঙাঙনীংগুম ঙাঙনীংদগুম তৌবম্বা থম্বাল অচৌবা শবেং'মা নোংদ্রেননা লৈবাক্তা চিংবোই যানবোই তৌনা পুবকপদুদা উবীবৈদা ফল্লপ য়েং থম্মোয়নুংদা মোমোন তৌজে। শিং লৈবিবা উবীবৈদা থম্বালনা "হৈকবোপতুসু কাউনি" হায়বকপদুদা চীংখৈদা নোংদ্রেননা খূনীংনা থিনবোই ঙাবোই তৌবকপদু খঙশিন্নদবা শাই চীংখৈ। মবি মবি গাড়ী কাখৎলকই হায়নকদনা।

খোংজোমগী পোৎথা শঙলেন (বেষ্ট হাউস) য়ৌবে। শঙশঙবদুনা(চৌকিদাবনা) "চাকচান্নবৈ অযা চে" হায়বকপদুদা চীংখৈ ঙাইহাক্তি চমমনৈ। অদুবু মীগা য়ামদবদুদা শঙশঙবদুনা মতুংদি যাদে ঙসিগীদি ফবে হায়দুনা মফমদু পীবে। খোং থাক্লুবা অৱাৎ অপাসু যেংশিনবীবে। ঙহানমখৈদি চীংখৈ চাকখুমগীদমক মমাগা তশেংনা খোযদৌ থীৎখৈ খৎনবনি। ঙসিদি চাকখুমগী চেগপ্তু ঙাইখ্রে। ফোটো বিল অমবু চাকচা মাঙদা অদুসু চাকখুমদা।

চাকচা ফান্দা (ডাইনীং টেবলদা) চাননবা থৌবাং লোইবে। শানা শানা কোৎথদুনা চাবা হেক্তা হৌনৈ ইকোয় কোযনা। চীংখৈগী থাববা লৈ ঙসিদি শবেং মহাও ফাওবকপগুম তৌই। নোংমতা শজীবু চৈবাওবগী য়ূম্লোন্নবগী ইবোনবা খুদোন লূপ্তুবদু ঙসিদি য়োংচাক ইবোনবদা হৱাইমতোন কোক্তুনা উতি চাগুম চিংখৎলবদা চাননা হাখি – "অহম!" হায়নকদে থম্বাল ঈশিং লানশিল্লকই। নোংদ্রেননা "পাখৎলুনুদা য়াম্না লৈবিএ ঈবোম্বসে" হায়বকপদুদা খবা ইকায়বপ হাবদো খবা ফৈ চীংখৈ। থম্বালসু শকফম খবা হনজীল্লকপগুম তৌই।

থম্বালসু উবীবৈসু পূক্লীং চঙনা থোং থাক্লুবা হোৎনখিবনা মহাওদি থোংলিঙৈদগী অদুম মনমদা খঙত্ত্রবনি। মখোয় মবি কনানা কনাবুসু থোইনা

ইকায়নকদে। অমনা অমুক অমগী চাক্লক্তা হাপ্পী। অমনা অমুক মুন্দুনা চাই। অরৈবমখৈ চাথোক্লবা হোৎনবি মখোয়। ফাগী মথেল অমা হাপ্লকই নোংদ্রেননা, "মকপ! নঙগীদমক ঐনা য়াম্মা নুংঙাইতবা অমদি লৈবিএ।" খবা শুকথবপ তৌনা চীংখৈবু নোংদ্রেননা য়েংলকপদুদা অহুম্মক ইঙক ঙক্লুম কবিনোনে খঙনিংবগুম তৌবকই। অহোইননা চাখোম হুক্কে তৌবম্বা থম্বাল হুকপা ঙমখিদে। চীংখৈনা হংদ্রিঙৈদা চাখোমদো পুখমদা অমুক থম্বগুম তৌ থম্বাল খবা পাখৎলপ খঙনীংনা হংলকই, "কৈদৌবগে দানোংদ্রেন?"

খোইদা থুববা ঙানা খোইবিদা য়ান্নবক্লুনা অহাংবদা ফ্রং ফ্রং চোংলবদা মোমোন নোক্লকই থম্মোয়দো হে খোইচোপ্পা। থোইনা থৌশা ৱাশাদবগুমসু তৌই নোংদ্রেন। শায়বিবা চাকখোমদো হেন্না মহাও লৈবকই। শায়না শায়না নোক্লীংবা থিংনা য়াম্মা ৱানা থম্বালদা ওনশিল্লকই, "পাখৎখিনুদা মতম লৈবি।"

য়াম্মা খঙনীংবা মান্না চীংখৈসু অওইবা ওইনা হেক্তা তকশিল্লকই, "কবিনোনে হায়বিদুবু?" নোংদ্রেননা থম্বালগী কোক্তোন লান্না থোঙনাও তম্মা মীয়েংনা তাম্মা অবাপ্পদা মীৎয়েং পনখৈ লানখ্রবদা মোং হাদনা তপ্পা মনীং খোম্লকই, "বামোন্না থোংবা চাক্লক (উসোব) হায়নবিবনি। অদুসু থৌবানী। অদুগসু পুক্নিগী। মসিদবু নঙনা ঈশিং পুকচৎ লাযনা লৈতনা কনানা লৈগনি।" ৱা – পুমনিলহেক নীল্লি নোকপগী খোঞ্জেলনা কাদু।

চাবা লোইদুনা কুমথবতা মঙায়বি। চীংখোঙ হেক যৌবগা অপুঙবা হৈনৌ পাম্বী অনীগী মবক্তগী ফিমু (লানফি) শেৎপা মখৃত্তা থাঙশাং পাযবা অমা ফন চোংথোবক্লুনা মখোয়গী মমাঙমক্তদা লেপ্লবে। থৈদুনা চৎপা ঙমদ্রে। থাঙগী মতোম্দুনা থিনবা লম্বেলদু তম্মা চীং কাবা হৌবক্লে। লম্বেলদুদা অসুম চিংদুনা চীংদোনদো য়ৌকবে। থেংনকবে অথৌবগী নীংশিং যৃম্বীদো। থম্বাল লাইবক কত্তুনা খুকমই। উবীবৈসুনি। নোংদ্রেননা চীংখৈদা খৃনিংনা থিল্লি, "যেংঙুনে অনীসে।" নোংদ্রেননা মীৎচীনা ফৈনা চীংখৈদা য়েংলকই। হায়বকই, "থম্বাল, নখোয় কাংবুনা অৱাংথংবদা অদুগা উবীবৈ লাকও লাকও সোমদা, ৱা অমা হায়দৌ লৈএ।" উবীবৈসু ঙাইঙমদে – "কবিনো খঙনিংব্রেদা" হায়দুনা নোংদ্রেন তম্মা চৎখি। মখোয় অনীমক নীংশিং যৃম্বী মকমদা থৃপচান্নখ্রে।

চীংখৈ শ্বব অমুক্তং শাংনা চিংখত্তুনা তপ্না হৌদোবকই। থম্বাল ফল্লগ্না চীংখৈদা য়েংলকই। মতৌদুদা চীংখৈ তপ্না হায়বকই, "থম্বাল, ঙসিদি ব্রা'মা খন্নদবা য়াদ্রে নঙগা।" থম্বালগী খঙনা খঙনা খঙশিন্নদবা শা "কবি ব্রানোনে অদুক লুবিবদুবু" হায়বা ব্রাদুবু নমহংলি চীংখৈনা, "নঙগী ফাগী হেক হেক তাইনবদো ঙসিদি য়াববোই।" " অদুবু কবিনো হায়বা" হায়না চান্ননা হংজিল্লক্তুনা হৌনা খোঞ্জেল থোক্না শিথ শিথ নোকপা হৌবকপদুদদি থম্বালনা হায়ফম তৌফম খঙদ্রে চীংখৈ। খোঙথাংনা তপ্না তপ্না অরাংথংবদা হৌবিবা উপালদু তম্না পুশিনখি। থম্বালসু হায়নকদে তপ্না ইন্নবকই। উখাদু হেক য়ৌবগা পুন্না য়েং ওই চপ লেপ্পী চৰুগী মীগুম। থম্বাল তবং মালঙদা য়েংবগুমসু তৌবকই। চীংখৈ ব্রাদি ঙাঙদে। মখৃত্তা পায়বিবা সোজেনা কবি খল্লুববনো খঙদে, উদুদা কবিনো অমা মিতম শাবগুম পুক্নীং চঙনা হক্তুনা লৈ।

চীংখৈগী মীৎনহাদা মানা হক্লিবা উপালদুফাও থম্বাল ওইনা উবকই। থম্বালসু তাইবংসিদা উবিবা হায়ববু চীংখৈখক্তনি। খঙহৌদে' কবম্না হৌনদুনা লাকখিবনো, লিন্দু অনীখক নাবক্তে ফৃৎ ফৃৎ ফাওদোবকই। মখৃত্তা খুগ্রি মচা অমমমসু পায়বকই। অনৌবা নাপী মতেল ফং ফং হাইদৎপগুমসু তৌই। অসুম কাখৎলকই। অসুম কুমথখি। থম্বাল ব্রাখল লৌশিং খংলাক লাকই। পুক্নীংদা চিংনবম্বা পুম্বা মপান থোবকই,

"হল্লসিবা?"

"কবিবো?"

"য়ুমদা চৎলসিবা হায়বা?"

"ঐখোয়গীদা?"

"হোই। নঙনা নখোয়দা। ঐনা ঐখোয়দা।"

"নখোয়গা ঐখোয়গীসিবু কয়াম লাপ্নবিগে?"

"কিলোমিটব মবি।"

"নত্ত্রে।"

"অদুদি কয়ানো?"

"অদুবুবো উম অপীকপা কা অমগী মনুংদা ফমজাউ মথক্তা খম্নাংননা থাবিবা যোন অনীদুগী অবাপ্পদুনি।"

"দাচীংখৈ, মীওইবনা পুন্সি খোঙচত্তা থৌদাং পাঙননবা হোংনবদা মীৎকূপ অমত্তা ঈথৌদগী লৈখোকপা ঙমদে। অদুবু, নঙ ঐনা তৌবিসিদি চুন্নিব্রা? ঐদি ঙসিসু নুংশিবগীদমক মফমসিদা লাক্লি; অদুগা হয়েংসুনি।"

"থম্বাল, মসিসু ঈথৌনিনে। ঐদি ইশানা ইশাবু খক মীনমখিদে। তুংদসু মীনমগে খক নীংলুদে। অদুনবু তাইবংগী পুন্সিদা তূমদনা মঙলাক্লহনবদুগী কান্নবসিবু লৈ হায়সিবা লৈতে হায়সিবা।"

"মদু মফম মতম তাঞ্জাগী মখা পোনবনি পুম্নমক। লাল্লববনে?"

"লাল্লি হায়বসু য়াই। লান্দে হায়বসু কায়দে। তৌবতদি মী মীদুগী মখা পোল্লি। কনানা ককচেং মহম্মু চফূনি হায়। কবিসু কায়দেনা। কবিবু কায়গেনে।"

"উবা ঙমদ্রবা মীত্তাংবা মীগী ৱা ওইবোইদ্রনে?"

"মমীৎ উইশিন্দুনা য়েংগেবা; লাওথোক্তুনা শংতোক্লগা থানবু য়েংগেবা য়েংববু হৈববদি ককচেং মহমসু চফূনি, চফূসু ককচেং মহমনি।"

"হো অদুনা অখন্নবা খবগী ৱানিদনা।"

"ফবেনে, ৱাবক্তা পনাবা অহোবা চফূদা ককচেংনা য়াবেক্লদি কবি ওইনি? অদুগা কনাগুম্বনা ককচেং খোইবাবু উপুদা থমদুনা শেন অচোইবা হাপ্পবগনা কবি?"

"হো ৱাঙউবোন্দো (ফিলোসোফিদু) ৱাংমনগ্রে – পাখঙ শবি ওইখিনি।"

"এ! নঙদি কমদৌবা?"

"কান্নদে, ইমাদো কল্লিখৈ, খঙলেদনা।"

"অদুনবু ঐনা ককচেং মহম চফূ চপ মান্নবা উবক্লিসিনি।"

"ঐদি চফ্দা ককচেং তোংবা উদ্রি। ককচেং মহুমদা শেনফু ওইবসু থেংনদ্রিএ। অঙাং য়াম্না ওইবিদা। উবা ঙমদ্রিএ।"

"ঙসিদি ঐনা পুবীবনি। লোইনা উহল্লনি। ইমানসু পানখৎলকপা অফবা নুমিৎনি হায়হৌববনি। চৎলসি।"

কদায়দগী ঈহৌবকপা ৱাখলগী নোংহৌনো খঙহৌদে। গাডী শোনা ঙসাইমখৈ মঙদ্রংননা য়েক্লেম্বা হক্লম্বদু তোকথোক্লুনা থম্বালগী খূদাং তাপ পায়কবে। পাক থাদোক্তে। থম্বাল পাখৎনা লাউবগুম তৌবকই, "কবিনো' ঙাওবব্রো? থাদোকওসে, সে–সেবা ..." নোংদ্রেনসু মঙক থাঙ্গৎতুনা নোক্লা নোক্লা ৱাপাংশিল্লকই, "হো চেনবা নুমিত্তা কৈনোগী খূৎজেং কৈনোনা পায়হৌদ্রদি পুন্সি মতোল লোমদে হাযনবনিকো।" নোংদ্রেনগী ৱাহৈদুদা থৌনা হাপকৎলবা চীংখৈ থাদোক্তে খূজেংদো। হেন্নদুম খূবাম চেৎশিল্লকই, "নবোল চুম্মু।"

"কবিনো? কবি হাযযু হায়বিনো?" হায়দুনা থম্বাল মখূৎ নাম্মনা চীংখৈগী মখূৎতু লৌথোক্লুবা কন্না হোৎনবি। "যাবে হাযযু" হায়বা চীংখৈগী ৱাদুনা থম্বাল খবা শাউবংনবকই, "অদুবু হেক্তা যাব্রো? নঙোন্দা য়াবসু ঐঙোন্দা য়াদে। ঐসু মীনে মী। অঙাং মচাদৌনা কান্নদেসে থাদোকও। ফজদেবা সে।" চীংখৈনা থাদোকমন্দ্রবদুদা "ঐনে" হায়দুনা ঙেক লাউনা ফমথখ্রে, ফ্রং ফ্রং কল্লম্বা মখূত্তুসু চোকথবক্লে। মোং হাখিদ্রে।

চীংখৈনা থৌনা ফন্না খোল কল্লপ "নঙগী অদু অদা ঐ খঙদে। ঙসি ফাওবদা নঙনা হায়বদা ঐনা য়াখিদবা য়াওখ্রব্রা? ঙসিদগী, ঙসিদগীদি নঙগী খুজেংসে শুকথা থাদোক্লবোই। হায়যুনে, সে – সিবু নঙগী ওইবিব্রনে?" চান্ননা হংজিল্লকপদু থোইনা তাদগুমসু তৌই থম্বাল। পুক্লীংগী নিংঙাইসু খোঞ্জেল থোকখিদ্রে। খূৎজেং পায়বম্বা চীংখৈগী খূৎসু তপ্না তপ্না চোকথবক্লে। থম্বালগী নোম্বিবা মায়থোংদু থাঙ্গৎলুদুনা শিম্বক্লিবা পিবাং তপ্না তৈথোকপীবি। উবীবৈ নোংদ্রেনসু চেপথ চেপথ মখোয় অনীগী কুশ্মেদু তুমিন য়েংদুনা লৈ।

ঙসাইমখৈ চপ লেপ্তুনা তুমিন মখোয়নীগী চগৌ য়েংলম্বা লীরি হম্বা মালংবসু থম্বালগী লমহেল্লা সাইনোল খোমগৎপীবা হৌবকই। চীংখৈনা শোম্বাংননা মালংববু তাল্লকই, "থাদোক্লবোই নঙগী খূদাংসে। পুন্সিগীনি। মপোক খুদিংগীসুনি। য়েংউনে সে, য়েংঙোবা –" মখদাংদা চীংখৈনা তপ্না থাঙ্গৎলি।

থম্বাল য়াম্মা হৈনীংদনা য়েংঙমদনা, পিবাংনা থুমহৎনা য়েংবগুম্মা তৌবকই, "নঙ ঐবুদি নুংশিব্রা?"

থম্মোয়গী পাউখোংদি থম্মোয়তনা ফোঙই। থম্মোয় অনীগী খোঞ্জেন্না অমত্তা ওই অবাপ্পদা থাপ্লা তাম্মা মীৎয়েং পনখৈ হুন্নানখ্রবদা অমনা অমবু মথানুংদা চেজেং কোনশিন্নৈ। নোংদম্বমক্রসু শেৎতোক্লবদা মায়থীবগদবা মতৌনি। চীংখৈ থম্বালবু চাগদৌখৈ য়েংলকই, "কবিগীনো? মীৎকৃপশিদবো? কদায়দগী শীম্বুবক্লিবা পিবাং? নত্তে! নঙগীসিবু থম্মোয়নুংদা লোৎনা লাৎচব'মা কায়নরব্রা? অদুদি বাহৈমফাও হায়দবা ঙমগনি পুক্সিগী নফমদা। নঙগী নুংশিবগীদমক।" খ্বায় লাউই থম্বাল। ফুনগৎলবা থম্মোয়না লৎ লৎ তৌবকই, "এঃ ওন্নবে বাখলদো। ইঙাওত্তা ঙাওজবী ঐবু পুক্সি তাংকক অমদা খৃৎজেং পালোইননা চিংখৎপীদুনা পচ্ছুংদো ফংবগী পেল্লবা পূক্লীংগী থুমহৎলবা থম্মোয়না থেমজিনজবা ঙমদ্রবা নুংঙাইবৈ পিবাংনি। মীৎকৃপশিদৈ ঐ – ঐ ওইদ্রবনি। নঙনা তাকপীবো ঐনা চৎকদবা লাইনীং লীক্লম।"

নোংদ্রেনগী হাইফেৎ চেপথবপ নোক্লা উমশাই শায়বা "য়ূম্লোন্নবীগসু খবা খনবীবা ফৈদা। নুমিৎনা চীংদোন্দা পন্দ্রিঙৈ" থোইনা থৌশাকদে থম্বাল চীংখৈ,"য়েংঙুনে ফজদ্রা উপালসিদা ঐনা হক্লিসে।" চীংখৈ তপ্না উপালদু তম্না চঙশিনখ্রে। " হে উপাল দাকফমসে ঐনা থম্বালবু নুংশিবগী দাকফম্নি। ঙহানমখৈ ঐনা লোৎনা থূপ্লা কনা খঙহন্দনা থাংঙম পুঙমদনা পুবকপা চৈনানি। চৈনাসিগী চৈথেঙনা চৈবী চৈথেঙনহল্লে নঙবু ঙসিদি। ঐবু বাবৌনুকো হে মকপ। নোংমসু লাকখিনি ননাক্তা। পুক্সি বাবী লীবখিনি। থম্মোয় ফিথুপ কাঙলখিনি। পুক্সি পাবোৎ লোল্লতুং লাঙ্গোল হৈনা তুংইন্নহল্লগে অমদুনা।" চীংখৈ হাইবপ লৈথোবকই থম্বালদা। ঙাইদুনা লৈবম্বা থম্বালনা "হো চুহী চফুদো কায়জনি" হায়বকপদুদা অনীমক থিংবা ঙমদনা হৌনা খোঞ্জেল থোক্লা নোকমিন্নৈ।

নোকপৈ খোঞ্জেলসিনা ঙসাইমখৈ তূম্না তূম্না নীংঙোম লাইবিক তাবম্বদৈ ফাদুনা পুন্দুনা পুবক্লে উবীবৈ নোংদ্রেনসু। চীংখৈনা থৌনা লৈনা হায়বকই, "উবীবৈ, থম্বালগী বাফমসে য়াম্মা চাউথোবক্লে। ঙসাই থেঙখ্রিদো ইমানা ফাদুনা থম্বালগী বা নাখৈ শেংও, শেংদ্রগনা মচেগা তান্নবগা অমা ..." উবীবৈনা থম্বালদা অতম্না ওনশিল্লগা মবক থৎলকই, "হো বাথোক চাউবী ইবেম্মা –

ব্রজাগী ষনবী ষন্নাওশিংসে শেনবা ঙমলোইদবা লৈবদি থাদোকখ্রো। নরাঙ লংশিল্লুবনুনে বাধিকা।"

থম্বালনা ফুম্বংনবিঙে "হায়বিসিবু উবীবৈ" হায়বা চীংখৈগী ব্রাহৈদুদা উবীবৈনা মোং হাদনা হায়বকই, "থম্বালখোযগী মচে অহন্দু মীতৈদা ওংই হায়দুনা ঙসিফাও যূম চঙহনদ্রিবনি।" নোংদ্রেননা ফেনজিন্নকই, "হেবা! থম্মোয়নবু তিন্নববদা কাঙলুপ খায়বা (জাৎ বিজাৎ) অবেম্বনি ..." উবীবৈনা মবক থৎলি, "অদুবুদি চুম্বা, অদুদা ..." মখোয় অনীগী খৎনবা খামদুনা ব্রাবোইশিন পুবকই চীংখৈ, "ঙসাই ইমানা লৈখ্রাই তাবকউ হায়বদো, হৌজিক্তদা তাবে। উবীবৈসু নোংদ্রেনসু মঙদৌনা তৌবমগনি। থম্বাল ঐখোয়'নীসু মঙগুম্বনি। অমনা অমবু লান্না লৌনবা যাদে। ঙসিসি ঐখোয'নী ..." উবীবৈ শোল্লাংননা হায়ফেৎ ফমথবকই, "হায়বিসিবু?"

# ১১

লম্না লূম্না থাংলকই খোঙথাং। চেপথ চেপথ য়েংলকই মীৎয়েংসু। মীৎয়েংনা খোঙজাওগী ফিজং কানশিনখ্রবা তুং তপ্লা কৌবকই, "ইমা...ইমা..." শোম্বাংননা তাবকই খোঙেলসে য়ুময়াই য়ৌবকপদা লৈপাকলৈ। পবপ পবপ থোবকই মহৌশাগী মহৌশাগুম মখৃত্তা মেক্রুক থাউমৈ পায়দুনা য়াচঙলকপগী অমম্ববু শাজেনা হোইর হোইবদুনা। ঙসিসু হোংদ্রি মকোক্তা কৃপ্লিবা ফি। মখূৎ নাম্মনা খোঙমায় ফিজংদু তপ্লা হেক হাংদোকলুবদা উবকই নোংদ্রেননা শুমাংদা চপ লেপ্তুনা লৈরম্বদু। খায় হেক লাউনা খব পাখৎনা, "এ! নোংদ্রেন, কৈদৌবে চীংখৈদি?"

"ইমা, ঐখোয়দা নমৌগা লৈহৌবে।"

"কবি! থম্বালবু?"

"উম!"

"অঙাওবসিদি, ইপাহেক পাখৎলুবেনে। কাখৎলুনে। ফম্নমউ।"

লৈপাকলৈ মাঙ্গোল মপান্দা চপ লেপ্লম্বদে তপ্লা শোন্নপুও তম্না নোকফেৎ তৌনা কৃমথখ্রে। নোংদ্রেনসু তুমিন কাখৎতুনা ফমই। লৈপাকলৈ হবাওবনা তৌফম খঙদেদা। ইমুং তম্না চঙশিল্লকই। "ইমাবু হৌজিকপু" হায়বা লৈপাকলৈগী খা নোংদ্রেননা শমথবকই, "এঃ ইমা, নুংঙাইনা পোৎথাবীবো। হয়েং অয়ূক হায়দোকপদো পাবুং য়াওহনবা য়াত্রা য়েংসি। পাবুংদা পাউ পীবিয়ু হায়না চীংখৈনা পল্লকপনি।" চীংখৈগী খাফমদুদা লৈপাকলৈ শকফম খবা খজীক হনজীনবগুম তৌবকই। অদুবু খোইনা নুংবঙনবা মতৌদি উৎত্রে লৈপাকলৈ। "নপাবুংদা পাউ হায়খ্রগে। ইমা লৈবিসিদি নোংদ্রেন" হায়না থেমজিল্লকপদুদা নোংদ্রেন চৎলগে হায়দুনা থোরক্লে।

মদোম লৈপাকলৈ ঙাইহাক্তি ফুম্বংননা য়ুময়ায়দা য়ুংবা উখোঙগুম লেপ্লুবমাল্লে। থংনবা মীৎকৃপ্তা মীৎয়েংনা হেক্তমক থম্নুরি ফোটোদুদা। চীংলেনদি

মীৎকৃপসিদসু অদুমক মোমোন্তা মতৌই। কয়াবক হন্না নীংশিংলরোই খন্না নীংশিংবগী রাংমদা চৈখৈনা খন্দুনা নীংশিংবা তন্নুদ্রবা নীংশিংবা মানা পুক্লীং রাখলবু শুমদুনা নৌহৌননা তম্নববদা কৈদনো লৈতাগদবা পুক্লীং রাখল। পুবা ঙমদে লৈপাকলৈগী থম্মোয়। ওঃ খোংদুনা কপথোবকই মনীং চিদুনা নীংশিংবগী। ঙেক ফমথগ্রে লৈমায়দা। অচীকপবু তম্নববি মনীং তৌনা মপুবোইববু কৌ কৌদুনা।

তঙ্গাসিদা তম্ফা তফিং তফিং থোঙ্গাল কানশিল্লকই মপাগী মপাউ পুদুনা। মমানা কপ্লম্বদুনা তুমিন্না চঙলকই। মমাগী মনাক্তা তপ্না ফমথ ফমথ মমাবু থেন্নকই, "ইমা হৌগ্রবদি হৌখ্রেদনা; হৌগ্রবদুগীদমক নীংশিং নীংশিং হকচাংবু অন্নাবা পীবদি লানগনি।" লৈপাকলৈ হাইরপ খংই মচানুপীনা মনাক্তা ঙেক লাওনা ফমথবকপদুদা। শকফম খবা হনজিল্লকই, " কবিনো ঐনা তৌগদবসিবো!"

"ইমানা কবিবু তৌকনি। ঐখোয় ময়াম লৈবিসিদি।"

"কনা কনা রাফমসিবু তান্নসিগে?"

"ইমা অমুক্তা তপথখোনে। ঈংনা চীক্লা খন্নবগা লোইবে। কবিগীনো অদুক তহা তহাবিবো?"

"মসিদবু তপথবা য়াবিব্রনে?"

"হৌজিকপু হাথু হাথু কবিবু তৌকখিনি পুম্নমক শামু মথুন্দা পেনা খোংবগা চপ মান্নবনি। কৈশুমশঙ য়ৌদ্রিঙৈদা ওইরম্নবদি খবসু।"

"এঃ ঙাইখোনে ইবেম্মা। কৈশুমশঙ য়ৌগ্রববনে হায়রিসিবো।"

" হো য়ৌখ্রে য়ৌখ্রে।"

" কৈনোনে, হৌজিক্তা নোংদ্রেন চৎখিদা ঙায়বি মানদি হায়বমদেনা।"

"মানা মমুৎ তানা তাদবনা ওইগনি।"

"নঙনা কয়াম কুইবে তাবা?"

"ঙসাইনা পাউচে হেক লাকপগা পাবুংনা হায়রকপনি। ঙসিসি পাবুং চৎকে হায়বনি অদুদা ঐ চৎলগে হয়েং ওইনা চৎপীরো হায়দুনা

থিংলবনি। ফোনদো পায়রুরনু মুথত্তুনা থমদৌ লৈবদি। ওম্বোক্লসু ইকায়খ্রবা! খঙদেসে ...”

“পাউচেদবু কবি ইবিনোনে? ঐবু ঐনদি লৌশিল্লুবনি, হন্নবু য়েংলুদেনে নৌপ্পাদুগা হেক লাউনরিঙে। চাকচা ফালদা লৈহৌবনি লৌকচো। নঙবু কনাগা লাকপগে?”

তম্ফা ফুক হৌগৎতুনা চৎনা চৎনা, “অঙাং অমা থিলহল্লকপনি। মা হোবেন লৌবা লাক্লনি।” পাউচেদু মমাদা পী। মমানা পাবকউ হায়বদে তম্ফা পাথবকই, “ঙরাং অঙনবা অয়ুক্তা মোবে পুলিসকী ওসি চীংলেনগী লৈফমদা (ফেমিলি ক্বাতবদা) নুপীগী ব্রাহৌদগী নীংঙাই শংদানবকপদে নোংমৈ কাপ্লখ্রে। মফমদুমক্তা এস আই জোন লৈখিদ্রে। হাইদোরকপা মকনা ওসিগী লোইনবী কুন্দোবৈসু লৈখিদ্রে। ওসিদি লাইবক ফবদগী পালহৌদ্রে। মথা তাবা ব্রাহং পাউহংগীদমক চীংলেন ইম্ফাল তম্না পুখ্রে।”

লৈপাকলৈ নুঙগী মিতমগুম চপ য়ুংদুনা লৈখ্রে।

# ১২

চীংখৈ মথন্তনি ফল্লিবা কাসিদা। চাদবগী মীৎফমসু কোল্লে। চায়কংসু চপশিল্লে। ফিভম হোংলে। শকফম কায়বে। রাখল চোইবে। পূক্রীংসু শোইবোল্লে। কাসিদৈ হেন্দোক্তনা ফমদুনা অয়েংবা অমদা শংত্রিক য়েংদুনা রাখলনা তবং মালঙদা তাউদুনা লৈবা নুমিৎ শীংবুম য়াল্লক্লে। মমানা মচেনা, মরুপ মপাঙশিংনা ঙাঙবা শকপদা মোমোন মীনোক্লা খুমই। থংনবা মীৎকৃপ্তা নাইতোম তাববা চীক্লবা থম্মোয়নদি মোমোন নোকপা থিংই। নুংবংননা হেক্তমক কংলাক্লহল্লি পূক্রীং রাখল হকচাং, অচীকপনা তম্লবক্লদা, "হে নীংশিংবা নঙননি পুন্সিবু নোকহল্লিবা; নঙননিনে পুন্সিবুসু কপহল্লিবা।"

কাউগ্রো য়াদে লমহেল্লা থম্মোয়না। পূক্রীংগী নিংঙাই কনানসু থেল্লগ্রে। হেন্নদুম অচাকপা মৈবীদা ঘী হৈজিল্লবি। কাউবা তমদুনা নাথৈগ্রবা হৌগ্রবা থৌদোক কয়া কয়াবু নীংশিংবা মানা খৃদাং শমদুনা চৎপা তন্নীদুনা অঙাং মচাগুম অরাবৈ ঈপাক্তা হেক্তমক ঈবাক্লহল্লি পুন্সিবু। চহী ওন্দুনা কুমওনগী কুমওন থৌবম (ফীবোই) নুমিৎনি থম্বালগী। ঙসিসু চীংখৈগী মীৎমাঙদা শংশং উবকই, তম্লবকই ঙসিসু নুমিদাংরাই য়াচঙবনা মমশুক মমশুক্লা লোৎনা কা মনুংসিদা চঙলক্লগা। চীংখৈগী মখোঙ শোক্লদুম খুকল্লকই থম্বাল। শোম্বাংনবকই, " লুহোংদ্রিঙৈ মতম খবদি চৎলুখিগে। য়াইফ থৌজাল পীনবীয়ু।"

ঙসিসু নৌহৌননা চীংখৈনা থম্বালবু তগ্লা কোনখৎপিবি, "নকোক ফাওবা চীকপা য়াদে, সে – সিনা অপাম্বদু লৈনৌ, অদুগা সে – সিগী পৈশাসিনা হয়েং নঙনা ইনাক্তা অমুক লাক্লগা ঐঙোন্দা পীবগদবনি, মদু ঙল্লবা নঙনা ঐবু নুংশি হাযবসে ঐ য়াবে" হায়দুনা থম্বালগী মকোক্তা তগ্লা নাম্বীবি চীংখৈ। থম্বালনা মঙক্তমক নোমদুনা রাদি ঙাঙদনা মমীৎনা চীংখৈদা চাগদৌখৈ য়েংলকপদুদদি চীংখৈগী পূক্রীংদা থম্মোয়গী ঈথক ঈহৌবকই, "পূক্রীং লোঙবা য়াদে। নুপীশিংসি মপাম হেক য়ৌখিবগা অমা হেক্তা খল্লি – খঙদেনে ..."

ঙসিসু থাপ্লা তামগ্রবা চীংখৈগী পূক্রীং ঈথক্তা অচীকপবু থুগায়ববি। কাইহৌববি পুন্সিবু ময়ায় কানা। খোম্বাং য়ৈনা নিল্লবি রাখলগী নাপ্লদা। ঙাইহাক

মীংকৃপ অমদি মোইথেম তৌদুনা মোমোন মীনোকপু তমহল্লবি কংলবা পুঙ্গিগী চীনবাল। ৱাখল নোংলৈনা হুম হুমদুনা কোয়তাও তাউবি থম্মোয়গী কাওশিং পাক্ল পূক্লীং ঈয়াই থক্তা, "মী মীগী মথা পোনবনি, ঙসি ঐগী খোঙচৎসে নঙগী ঐগী লীক্লমদুদনি। ইমা ইশানা মচীন লোঙখ্রবা, নোংদম্বনসু নঙ ঐগী ঈবক্ত পল অমা খাল্লবা ফাওবদা থৱায় চেক্লানা শাখপ তোয় নঙগী নথানুংদা কে কু লোৎচবগদবা ঐগী পুঙ্গিনে।"

মমীৎ উইশিন্দুনা হীপ্লিবা মচাগী মনাক্তা তপ্লা ফমথৈ লৈপাকলৈ। ঙসাইমখৈ মীংকী কোমদা তৃংদুনা পনখাংননা পল্লম্বা পি তৈথোকই নাথৈদুনা চীংখৈ। মচাগী অৱাবদা শকক য়াবদুনা থেল্লকই লৈপাকলৈ, "কাউঙমদববু কাউবা পুঙ্গিগী অৱাবনি। মদুবু নীংশিংদুনতা লৈববদি অমুক্তা হেন্না অৱাবৈ মশক্লি। পুঙ্গিকুসু লাকথুববনি। থদৎপা ফোয়দৎপা ঙম্বগী লিংজেল থৌনা লৈবা তাই নুপাদি। অহোংবনা অওনবনা ঙম্নমক কাউনবা হোৎনগদবনি। অদুনা নহাক ইমৌ অমা থিদবা য়াদ্রে। নঙগীসু ঐগীসু খুন্নাইসিগীসু য়াইফবনি।"

"ইমা, ঙসিসি চহীগী কুমওন নুমিৎনে।"

"হোইনে, অদুবু ..."

"ইমা তোকসে। ঙাইহাক্তা তুমিন্না লৈগে ঐ।"

"মাগী মপানেনা তৌবিবদুবু গোবীন্দগী থৌগলদি তৌই হায়ববু লাইনা খক য়াবোইয়ে।"

"ইমাগী হৌনবী মী পকপদু খিৎ – "

"অশেংববু হায়বনি। মচাদো ময়াম চঙদুনা ফাদুনা পুন্দুনা চিংদুনা নমপী পীশিল্লে। মশানদি য়াদবনিনা মথন্তা মৈ থাদুনা শিজখ্রে। অদুগসু ফৎত্রিববু, মচানুপীদুবু মপুবোইবদুনা তুম্ফম কাদা মৈ থাদুনা হাৎলি হেক হায়জীনদুনা মীগী মচাদুসু কৈশুমশঙদা লৈখ্রেদনা। মচাগী কৃগী মৈবু মপানা মচুখৎপা! মাই, মঙগুম্বনি মঙগুম্বা। অঙকপা লীচৎনি দ্রুবাশাদো।"

মপান্দগী মচেগো মবায়গা চঙলকপদগী "ইমা নঙবো ..." হায়দুনা কাখৎলুরবা চীংথৈগী চীনবানদো চপ লেপ্লী ঙাইহাক্তী। "ইবায় সোমদা" হায়দুনা মবায়দা ওনশিল্লকই। য়ারে য়াবে হায়দুনা ফম্না ফম্না মবায়না ঙরাং নচেগী মঙদা পাবুংদো য়াম্না য়ানা উবল্মী হায়। চীংখৈ, ফি লোইশিল্লো; ইমাসু য়াওবীয়ু পাবুং উন্নকসি" হায়বকপদুদা য়াম্না হৈনিংদনা চীংখৈ ঙাইহাক্তি চঙক মায়ঙক্লনা লৈথোক্লবা কন্না হোৎনৈ। মতৌদুদা মমানা মচানুপীদা মীৎ খৎলি; মচানুপীনা মপুবোইবদা ঈঙ্গিৎ তৌই। মবায়না নমদুনা পুদুনা চৎলি চীংখৈ।

শজীবা কৈশুমশঙগী মীথুংশঙনি। ঙাইহাক ঙাইমিন্নৈ। ইকান কান্নদে থোবকই চীংলেন লুম্না থাংবা খোঙথাংদা লান লোইববা মতুংগী আশোক্লুম। কৈশুমশঙদা লৈ হায়বগী অরাবা মায়থোংদা তাবা উদে। নোক নোক্লুনা, "ঙসিদি লোইনা শুবেদনা। থোই, ইশুশিংদি নাদেকো? " মচানুপীদা ওনশিল্লকই মখূৎনা খোঙনাউগী য়োৎচৈদা চেৎনা পায়দুনা।

মচানুপীনা খুম্না নংদ্রিঙৈ মমাকনুপানা – "য়াওদে পাবুং" হায়না খুন্নকই। নংহৌবোই মতাগুম "চহীসি খবগমুক তেনশিন্নবা কন্না হোৎনবি। য়াবগী ফিভমসু লৈ পাবুং" শমথবকপদুদা চীংলেন হাইফেৎ কংনোক নোক্লকই খোঙ্গেলদি থোক্লনা। মীৎয়েংনা তাম্না অবাপ্পদা থম্বা হৌবকই। চীংলেনগী মতৌদুদা কনানসু চীনবান কাঙথোকপা ঙম্নদ্রবদা ঙাইহাক্তী কা মচাসে ইচীক চীকপগুম তৌই মপানগী খোনজেলদু নত্তনা। চীংলেন চীনবানদো তপ্পা কাঙলকই, "হোয়, নখোয়নদি নুংঙাইনবমদবসু হৌনশানি। ঐদি ফনদুম হৈনবে। রাবীমচা মঙাদি ইবা লোইবে। মঙাদংগা ইবা লোইবগদি নখোয়দুম ফোঙহনগে খল্লি। খনবদি য়াম্না খল্লিদা। ঙাইখো, শামুঙৌ" শামুঙৌদগী মমীত্তু চীংখৈদা ফল্লপ য়েংলকই। "রাখল হকচীন্না য়াম্না খনজিনবসে ইপাসু তৌবমই। পুক্সিদসু খনদোকপা তম্বসিসু পুক্সিগী শিদহীদক্লি। ঙসিদি তৌদ্রে। মসিনা পুক্সিবু ময়েং য়াম্না তাহল্লি। তম্বা ঙমদবা খুদোংথীবদি ইশানা য়াজগদবনি। মদুনা পুক্সিদা খোঙথাং খুদিং মায় পাক্কদবনি। অদুগা ইশানা ইশাগী পান্দম অমগী মখাদা ফিবেপ লেপ্পদা মীগী মতেঙ ঙাইদুনা মতম মাঙহনবদি পাঙদবগী মতৌনি। মদুবুনি নীংহম্নবা হায়বিবসে। নীংবু নীংহম্নরবা মায়থীববনি। মায় খূনা হিংবা হায়বসে হিংনা হিংনা শিহিং হিংবনি ..." হায়না অচিকপদুবু থুগাইবকই চীংলেননা।

লোৎনা নৎত্রগা ফোংনা ময়াম পূম্বগী মীৎয়েংনা থমলিবসে চীংখৈদনি চীংখৈসু খণ্ডলকলে। পূক্নীংদা থৌনা অমা লাকপগুম তৌই। থম্মোয়দা ঈনোৎ'মা কাবকপগুমসু তৌই। মচাগী মতৌদুদা লৈপাকলৈদি চান্ননা খোঞ্জেলবু থোক্লা নোকখোবক্লে থিংবা গুমদনা "মখোয় পাবুংগী ৱাবীমচাদো হয়েং ফোঙলগা পাবনা ফবোইদ্রা?" "হা! ... অদুনা ফবদ্রা?" পূন্না ৱা লাউনা নোকমিন্নে।

নোক্লা নোক্লা চীংলেননা, "ইহে – ঙহানমুকসু হায়গে নীংলম্লগা অদুম কাউগ্রে।" হায়বকপদুদা খৌজেংদা কংনোক নোক্লম্বশিংদু তুমিন তুমিন লৈনখ্রবদা চীংলেন লৈপাকলৈদা চান্ননা য়েংলগা "নখোয় নমানা হয়েংমুক লাকপদদি কবিনোমা পুবক্তবা য়াদ্রে।" দোঙ লাউনা হায়দোক্লুবগা মখা শমথবা গুমদনা খৌনাউদা পন্দুনা লৈবা চীংলেনগী মতৌদুদা লৈপাকলৈনা তাপ লাক্লকই, "কবিবুনোনে? পাবুংগী ইমাগী অপুনবা ফোটোদুবা?" চীংলেননা থৈদোক্লুনা মোং হাদনা "তোকও, কোন্না হায়বগে অদুনা। মোবোক য়াম্না শাবা হৈবী মনাগা থম্বৌগা থোইদিং নম্লপ তৌবা হৱাই মতোন পৌবপ্না শোইবা শিংজুদু মথংদি পুবকউ।" থাজদনা হায়বকপদুদা শ্বায় হেক লাউনা মমাই ঙাঙশং ঙাঙলকই লৈপাকলৈ, পাখঙ লৈশাবিঙৈগী লমতা থানিলগী শিংজু পোৎফমদু মাঙদা শংশং চিংথোবকপদুদা। ইকায়বা থৈদোক্লা মচানুপীদা ওনশিল্লকই লৈপাকলৈ, "ইবেম্মা, নঙনা খবা পুবকউদনা নপাগীসে?"

তম্ফা খুম্বা নংদে। "থোইদা অমুক কবিগী হায়কবিবনোনে মথৌগা চিনবসিদা। হৌজিকপু থম্বৌ মতম নৎত্রনে? নঙগী ফকপাইদুদি য়ামহল্লক্কনুকো। কোবীদো চাউতক চাউতক সোইয়ু। তুনিংখোক্তু শাংলপ তৌহল্লু। উম! মনস্থু নমলকই। তিল চোমলকইহে। ইহে কাউবু কাউইনে। চকৱাইদুসু খবা য়াম্লপ হাপ্লকউকো" হায়বা গীরি গীবি তকশিনবা চীংলেনগী মতৌদুদা লৈপাকলৈ "হোয় হোয়" হায়দুনা নোকফেৎ তৌবকই। অহল অনীগী মতৌদুদা নহা মচাশিংদো কবি নুংগীনো হেক য়ৌই। শামুঙৌদি লোক খূজিন্নদুনা খবা থৈদোক্লপ তৌই। হনদে লৈপাকলৈ, "ঙাইখোনে কৈশুমশঙদদি মোবোক চাদে, চম্না চায় হায়দাইনে। হান্নসু মোবোক কয়া চাদে। নত্তে, হন্নুথঙসিদবু ..." "কবিনো অমুক কোথবকলিসিনা" হায়বা চীংলেনগী ৱাদু মবক থৎলকই সিফাই অমা চঙলক্লুনা, "ময়াম মতমসে য়াবক্লে।" ঙম্না থোবকই। চপ লেপ্তুনা চিংনা য়েংহৌই ময়াম্দু চীংলেন।

## ১৩

**কায়নবা** থুংনবা অনীগী অপূনবা মনানি লুহোংলিবীগী খিংঙমদনা চেম্থবক্লিবা মীৎলুগী পিবাং। নোংজুথাদা চেম্থবক্লিবা তোর্বান নমথেক্লিবা ঈচেলদুনি। ঙাওজবা পাম্বা কাওশিংনঃ পামজবদুমক্লি। নোংজুথা ওইববসু ঈকংথা ওইববে ঙসিদি শকহেনবী। পিবাং শুংবদা লৈ কোয়বগী খোঙথাং কাউবে। শেন্নবীনা শোয়দনবা শেন্নবনা শোয়ববসু শকহেনবী হেন্দুম পকচৈ মশক্তুগা। ময়া কাদুনা মতীল তাখে য়েংজবা মখ্বাং কোল্লবা অহলদি য়াচঙলকপৈ অঙাওবা হয়িং পাইশিনবসু খঙদদুনা ক্কা মবক্তা চাশিনবা তাঙ্গানি। অঙাং মচাফাও কংলা কবোক ময়োম মযোম পায়দুনা মথুম মবাং হেক হৌই। মীৎকূপসিদা চীংখৈদি কবি খল্লিবা মমাতনা শঙ্গৈাই মথক্তগী উহন-উবাং মনা ফাওদুনা উবা ফংই।

অমা চৎখি অনী চৎখি পূমচীক চীকহৌই শকহেনবী। চীংখৈবু ঙাইবদা ফি-বোল লোইশিন খোমজিনবা লোইবে। মবোক কুমুনা তাকপীবা লাইব্রাগী (মন্ত্রগী) লাইশোন তীনশোনসু চীংখৈগী মোনদা ফমুংদা শোনবসু লোইবে। ফক্লাং ঘড়ীনা পুং তবা হেক তাবগা "কাং ... কাং ..." য়ৈবকপদুদদি শকহেনবী অশাউবগী নিংদোম পোম্বা পন্দোন লোমখ্রে। ঈগী খোঙজেলসু য়াঙখৎলকই – দং ... দং ... থোঙগী পুনা গম থিংজিল্লি। ফমুংদা কাখত্নুনা ঙেক ফমথৈ। ব্রাদি ঙাঙদে। তূমীন্না ক্রোক ক্রোক ওৎলকই মমীৎনা ফক্লাংদা থেৎলিবা লাইশিংদুদা। চীংজুম চুমথদুনা চাইনা চাইথবিবা ঈশিং চাইবীবু উকব্বদা হেন্নদুম খোয়বাং খোয়শাওনবা হেনগৎহল্লি, অচেনবা ট্রেনগী অচাকপা মৈফমদা কোইলা লংশিনবগুম।

মাগী অকোয়বদা উবিবা খুদিং মঙোন্দদি চাক্লিবা লম্মৈদা হুল্লিবা মালংবনি। ময়া ক্রক ক্রক চীক্তুনা খাঙবা তাঙ্গাদনি, "থোঙদা কোক কোক" তপ্পা থীল্লকপৈ খোঞ্জেল তাবকপদো শকহেনবী। পাক কূমথদে। মিনিট মঙা খবা হেল্লগা অমুক "দোঙ দোঙ" লাউনা হৌনা থিল্লকই, হায়বকই, "থোঙসে হাংঙোনে।" অহনশিং তান্নবকপা তাবে খন্দুনা খ্বায় লাউই শকহেনবী।

অশাওবৈ মৈবীদো খবহেক নেমথৈ। কূমথবকই। থোঙদু হাংদোকই। চীংখৈ অমুক্তং স্বব শাংনা হোল্লি। তপ্না থোঙজীন্দু হেক কানশিনবগা মমানা পাল্লবদি মাগীসু অপাম্বনি খল হন্নমক্তা মশক যেংখিদবদু য়েংনিংলক্লে মীৎকূপসিদা চীংখৈ। থোঙ পুনা থাগে হোৎনবিবা শকহেনবীগী খূজেংদু পায়গে লাল্লুই। অদুবু, হৈ-শিংলবা চীংখৈ শকহেনবীনা মখূত্তু কচ্ছবোই কবিবোই পায়বা ঙমহৌদ্রে। প্রপ প্রপ চঙখ্রে শকহেনবী হন্নমক্তা য়েংলমদনা। মমাযনা ফক্লাংদা ওনশিদুনা কোনশিন্দুনা তুমিন তাশিন্দুনা হীপথখ্রে শকহেনবী।

চীংখৈ থোঙদো তপ্না পুনা থাজিল্লি। য়েংনীংবা মায়থোং খূজেং পালোইননা য়েংগে খল্লম্বদু ফংহৌদ্রবদা থোইনা হেন্নদুম ঈখৌ লাংলক্লে থম্মোয়দা। পূক্লীংদা ৱাবৌবদি লায়বদনা অঙাং মচাগী নীংঙাইদা পেল্লবা মমাগুম ওইনজবা মতৌদুদা শিথ শিথ নোকপগুম নোকথোকখি খোনঞ্জেলবু থোক্লা চীংখৈ। নোকপগী খোঞ্জেলদুদা অহোইনবা হেনগৎলক্লে শকহেনবী, ফূক হৌগত্তুনা চীংখৈবু মচেৎ মচেৎ থোক্লা শেগাযনীংবা ঙম্বগী থৌনা লীংজেন অমা থম্মোয়দা খংফাও ফাওবকই। মদুমক্তি ফাথজে মদোম মমীৎ চেজেৎ উইশিন্দুনা।

চীংখৈদি হন্দে। চঙশিল্লকই গম গম নোক নোক্তুনা শকহেনবীগী মনাক্তা। ওইনচাউবী মতৌদুদা থোইনা হেন্নদুম অমুক্তসু ফাওবকখিদ্রিবা নুংশিবগী ঈচেল অমা খংফাও ফাওবকপগুমসু তৌই চীংখৈগী থম্মোয়দা। কবম্না পায়কবিবনো খঙহৌদে চীংখৈ শকহেনবীগী মনাদো। উনিংলিবা মায়থোংদো লৈথোবক্লবা ঙাইহাক চিংদুনা মূক্লম্মী। মমাযদি শুক্লে লৈথোবক্তনা চীংখৈগী মখূত্তু শকহেনবীনা কনথৎলকই। খঙহৌদে কবম্না কদায়দা লৌশিল্লুদুনা শকহেনবীগী থৱায়মক্লি খনজবা খোঙ্গুমৈল্লে চবোং য়াম্ভবগুম য়াম্ভবিবা ওইথংবা মনাগী তোফাদু ময়ায় থিগাংদা পৎ তৎখিবনো। তংখাই অমনা মনাদা তংখাই অমনা চেপ্পুনা তুল্লিবা শকহেনবীগী থবাক্তা নাম্ভবকই। শকহেনবী ফূক হৌগৎলকই। খোঞ্জেল পৌবকই,

"এঃ সনাসে তৎলেনে!"

"হৈ! তপ্না হায়যুনে। অতাবা য়াওবগা ফজরো?"

"তাগেসু তাজসনু।"

"হয়েং শমজিল্লগা য়াবদুবু।"

"অদুবু 'সিবু ফবিব্রা?"

"শোয়ব্রবনিনা শোয়ব্রেদনা কমদৌনি।"

অশাওবা পুম্বা ফাজীল্লগা শকহেনবী য়াম্না মোং হাদনা তপ্না ফাথবগা হায়বকই, " মতমসে নোংয়াই য়ৌগদৌবে। ঙাইহাক পোৎথানবসি। তু –" খুদোম্বীদুনা চীংখৈগী ফমুংদা থিন্দুনা "অসিদা তুম্বীকবো। ঐসু ঙাইহাক্তা পোৎথাজগে। নোং ঙানবনা হান্নি। ইনখৎলকপা অঙাং মচাশু নত্তনা হনুথংশিদা মথোঙ য়াম্না চাদে। মথোঙ কয়া চাবোইদৌবিজাৎলা। ওম্থোকপনিদকো ঐগী ইবায়বকসে।"

শ্বায় লাউই চীংখৈ' ময়ায় কাবম্বা পুম্বা পুমদুনা লৈখুন চঙখ্রে। পুঙ্গিনা পুঙ্গিবু কবিনোনে হংলক্লে মীৎকুপ্তুগী তাঞ্জাদুগী খোঞ্জেলদুনা। থম্মোয়না থম্মোয়বু ব্রাবৌদবা ঙন্নক্রে। মীৎকুপসিদা ঙাইহাক্তি ফুম্বংননা উচুংগুম্না য়ুংদুনা লৈ। থংনবা মীৎকুপ্তা মদোম হংজৈ চীনবান থোক্তনা, "ঐসিবু মঙলা? তাইবংলা? তাইবংসিদসু মঙনা তম্নবীবিব্রা?" অমুক্তসু মদোম থেমজিনজৈ লমহেল্লুববা ব্রাখল, "হে হুন্নক্লিবা নোংলৈ নুংশীৎও, নঙ ঙাইহাক্তা নেমথখো। শুপ্পতগী মীৎকুপ অমত্তা। য়েংঙোই নঙনা নেমথবদি ঐগী পুঙ্গি হিমায়সে তপ্না 'মুক্তা লৈথোক্চগে। নৎত্রদি মতম মাগী ঈচেলগী ঈবৈনা হামজিন্দুনা কীহুখ্রবা তোর্বান্দা য়ৈশিন্দুনা কায়খিবা তাবে ঐগী পুঙ্গি হিনাওসে।"

চীংখৈগী কংলাক্লবা মতৌসিদা থোইনা হেন্না অহোইনদুম সায়ি মৈতাল অবাবা হৈথবকই, "কবিনো – অঙাওবদৌনা, মতমসে থেংএ। তুম্বীরুবো, চৎপীখ্রো" শকহেনবীগী খাক লাউবগী খোঞ্জেলদুগা ঈবোয়ননা তপ্না তপ্না থাংলি খঙদ্রবা খোঙথাংদা থাংদোবকই চীংখৈ। তপ্না হীপথবকই মাগী ফমুংদা। ব্রাখল লৌশিং খবা লাকপগুমসু তৌবকই। স্বব অমুক্তং শাংনা হোল্লকই অথেঙবা অহীংগী তমথীববা মঙলান্দা তুমখুন্দা মঙলাক্লব্বগা মঙফাওনবকপা চোকথববা অমগুম। পুঙ্গিনদি থাংলিবা খোঙথাংসিদগী খক নাথৈদুনা চৎলুবসু ঙমদে।

হংলুনুসু ঙমদে থম্মোয়না পুক্লীংদা নাপ্না চীকনা "লুহোংবা – লুহোংবা, মপাল নাইদ্রবা পুঙ্গি ঈপাক্তা ঈতিনফম তন্নক্লিবা নোংজুথাগী মঙাও থীববা ঈচেলদুগী ঈথক্তুগী ঈবৈদুগা ঙাওনা ফৈনা কোয়তাউ তাউজনিংবা কাওশিংগা অনীগী কে কু লোৎপী শান্নবা, অমনা অমবু উদনবা লোৎলগা অমনা অমুক

কোয়থি থিদুনা ফোঙজবগী নুংঙাইবদো ফোঙদোকচবা পুন্সি য়েন্নীংথাগী কুম্মেনি। অদুদগীদি, তাইবং শিন্থানা চিংথুরনি পুন্সি! মালহৌনথা, নাকেন্থা, মতমগী খোঙচৎলক্তা। কনানবু নাথৈকবা ঙম্বগে তাইবংগী খোঙচত্তগী। অসুম্না পনখাং কয়াদা পল্লোন্দনা চেন্থবক্লিবা ঈচেলনা ঈশাক য়ৌবমদাইদা ঈরৈ মাসু হুমখিদুনা কোয়গু পুদুনা ঈনাংনা ফাজিল্লকই। ঈশং ওনখি। মসি পুন্সি মাগী কায়ফদ্রবা লীক্লম্নি। অদুবু, ঐগী পুন্সি খোঙচৎসিদি চুন্লিব্রা?"

পাউখুম ফংদ্রবা রাহং কয়া কয়ানা তম্লবীববা চীংখৈগী থম্মোয় মাগী লুহোংবা নুমিৎকী শকখঙদ্রিবী মহাক্তুগী (কৈন্যাগী) মশক য়েংনীংলুবৈ ঈখৌ লাংলুবদুনা নিংঙাই অমুক তৌকদ্রে। পূক্লীংনা থেমজিনজে মদোম লমহেল্লা রাখলবু, "হোই চুমই, মাসু পুন্সি য়েন্নীংথাগী অয়ূক্তা চেল্লুই হায় ফাকই হায় অহানবগীদুদি অদুম শোয়ম্রবনি। নুপাদসু নুপীদসু অদু মঙাই, চপ মান্নে। পুন্সিগী অহানবা য়ূম্বানবা লম্বেলদা খোঙদাবকপা মীৎকুপ্তা নুংশিবা মানা খংহৌ হৌবকপা নোং পুবা নোংলৈ মানা থদৎতুনা ফোয়দৎলগা থাপ্লা তাম্লা হুল্লানখিদুনা পুন্সি লময়াইদা লমুক্লদুনা মাঙথ্রবদি নুংশিবা মাগী শক্লোন কায়বকই। কুচু হোংলকই। মশা পাল্লকই। মমীৎ লাওবকই। মখয়াৎ ফাক্তোক্লুনা মবৈ তম্লকই। ভৈববীগী শক্তম লাংলকই। তামথ্রবা লমুক্লথ্রবা নুংশিবদুবু কৌদুনা তেংথাবকই। খাঙবা ঙন্লক্তে। ময়েক শেংলকই লৌনম নমথাক্লী তৌশিন্নবা তাংকী মশা পাল্লবা মোইথেম। অদুগসু মবিল তেংনা পাঙ্গল শক্তিতনা মুকথেক্লুনা নমথেক্লগা থদৎনবা হোৎনৈ অপাম-মিহৌগী লাং।

অদুবু, লমজীন্দা চৎনবিবা মাগী মাগী লম্বেলদুনা অশেংবা মাগী মাগী অচুম্বা লম্বেলনি। লাইনীংবনা চৎলি লাইনীং লম্বেলদা। লাইনীং পবৈ চেৎনবনি। হূবানবসু চৎলিবনি মাগী অচুম্বা হূবানবগী লম্বেলদা হূবান পোৎচাওগীদমক। পুন্সি চেঙজেলনি তাল্লিবা মাগীসু। মসিসু মাগীদি অচুম্বা লীক্লমনি। মানা মানা চৎনবিবা লম্বেলসিদা পম্লুং অমমমদি ফংই। অদুবু পম্লুংদি খেন্নে। অমনা কাখৎলি সোবাবেন্দা (স্বর্গদা) রানা। অমনা কুমথৈ লৈখাদা (পতালদা) নুংঙাইনা।

পুন্সিনা মাগী চৎলিবা খোঙচত্তা পূক্লীং মাগী অচুম্বা লৈইনা লৈতোন খোয়দ্রবদি মহাক অদু অঙাওবনি। অঙাওবা মবক্তসু মীমাম্নবা ঙমদনা ঙাওববা, অঙাওবৈ লম্বেলদৈসু নাথৈদুনা চৎলবনি। অরাবদা হেনজিন্না রাখিদুনা অশেংবা

পিবাংসু শিদ্বে। নুংঙাইবদা নুংওনমনখিদুনা থম্মোয় চোংথোকপমখে চাইকং তাদুনা নোকপসু ঙমই। মহাক্কনদি উঙন্মী তাইবংগী খঙঙমদ্রবা অপাম-মিহৌগী লৈচীল নোংফাইতনা কৃপ্লবা ব্রাউথাঙনবা মশক; অদুগা সোবাবেনগী মক্কবা ফজবগী মফজগা লোয়ননা লৈখাগী অথীবগীসু তমথিবা নুংশক।

নোংঙাইল্লমদাই যাহৌ ঙনবা যেনবাগী কোথ কোথ খোংবা য়েনখোং অহানবগী খোঞ্জেল তাম্না তাম্না তম্নবগুম তাবকপদুনা তৃমদনা তৃম্বা তৃমখুন্দগী মীৎকপ খংথোক থোবকই চীংখে। শকহেনবীগী গ্রো গ্রো ... লাউনা চিংদুনা নাখোকপগী খোঞ্জেলদুনা অমুক্কসু হেন্না ঙকহল্লি। মীৎকৃপসিদা লমহেল্লা ব্রাখলনা পৃক্লীংবু নমহত্তুনা চোকথববা হকচাংবু পুদুনা য়েংলুই মহাক্কী শক্তমদু। শাইওন পুবী শুমহৎয়াই চেনবী নীংথিবী শক্তম্লি। অঙাং মচানা নীংঙাইদনা মমাগী তম্বাক্তা তৃমখুন তানবগুম কয়াদা পেনজনা তৃল্লিবা। নুংশি ঈবিক মচা অমত্তং থম্মোয় লৈযোলদা চোংলকপগুম তৌবকই চীংখে। অদুবু থিংই। যাদে। শোক্কুনু হায থম্মেয মানদি। লামশিল্লুই চীংখৈগী ব্রাখলনা থম্বালবু। নীংশিংলক্কনু ঙমদে পৃক্লীংনা চিববা ব্রাববা তানফমসিদা। হংজৈ থম্মোয়দা মদোম মহাক্তু ওইবল্লবদিকো ঙসিগী নুমিৎসে ... পোংথাফম লৈতে। খাঙফম খঙদে। নুংবংননা অদুমক হীপথৈ মদোম ফমুংদুদা। পেল্লবা থম্মোয়দুনা পেনবনবা, লুহোংবগী নুমিৎ চুপ্প'মা চেল্লু চোংলুবগীবা চোকথবনবা কবিনো ঙাইহাক্তি উইশিল্লু য়াদ্রবা মীৎলু নাপোমগী মীৎপান থক খা অমত্তা ওইনা উইশিনখিবা খঙহৌদে। ইশি শিনা তৃমথত্তে চীংখৈগী থব্রায হকচাংনা ব্রাখলগী থম্বালগী মনাক্তা। চোকথববা থম্মোয়বু অমুক নৌহৌনা পৃক্লীং ব্রাখল হকচাংনা তম্নদুনা অব্রাবা পীদ্রবা পুন্সি মীৎকৃপসিদা খোঞ্জেল থোক্লা তাম্বাবু নাইবকই।

নোংঙাল্লমদাই শীঙ্গাবৈ লৈনম্নু লীবি হুম্বা মালংবনা তাইবং শিন্না যেল্লকপগুম চীংখৈগী নাখোকপগী মখোলদুনা শকহেনবীগী মনাকোংদা লোংনা তপনা চঙদুনা দ্রং দ্রং য়ৈবৈ নাকোং দ্রমদা। পাঙনীংদা পাঙনীংদা পাঙথোবকই। য়েংলকই। উকবে – অঙৌবা মচুগী মোজাফুবীৎপু চেৎনা খ্বাংদা ফাজিল্লিবা হঙ্গামপাল মচুগী খূদৈ মতেক, খঙদে পুম্নৌ নৌবকই। যেংউ উকব্বা খুদিং মাগী থম্মোয়বু টিকী টিকী হত্তুনা লক্লবগুমসু তৌবকই। অমুকসু নোকথোক্লুই শকহেনবী মোমোন তৌবা নীংশিংলক্কুনা।

ঙসাইমখৈ তম্নবম্বা ফক্লাংগী অয়েকপা লাইশিং অহোইনদুম ঈশিং চাইবীদু হেক নৌহৌনা উকব্বমত্তদা থম্মোয় চেঙ্গা চেঙ্গুম্না মহী চেঙ্গোবক্তুনা চোং

চোং লাওবা ঈনিল'মা ফাওবকই শকহেনবী। ফাথবা ওল্লক্রে। থিংলুবসু ওল্লুদে পুক্লীং বাখলগী নোংলৈলক্তা থাংলকই খোঙথাং। কাখংলকই ফম্মুংদুনা। ফমথববি চীংখৈগী মনাক্তা হূবানবা অমগুম তূমিন উচি ফাবমদাই হৌদোংগী মতৌদা। কবি খল্লুবনো খঙদে থোংলবা খূংশাদুনা তপ্পা হুগংপীবি লাইবক্তা চোংনা তাবিবা চীংখৈগী শল্লাংদো। চীংখৈদি তূমথখিবতা ঙায়বনবা কবিনো ইশি শিনা তূমখুন তাল্লি।

থোংনা মেঙলবা খোঞ্জেলদা শকহেনবী চীংখৈবু মশা নোমদুনা তপ্পা হৌদোবকই, "তূন্নব্রা – সে তূন্নব্রা?" চীংখৈ মঙ ওই হা ওই তাবকই খোঞ্জেলদো। তপ্পা মমীংত্তো পাঙথোবক্তুনা চাগদৌখৈ য়েংলকই শকহেনবীদা। ফোঙদোক্লিংবা থম্মোয়গী অপাম্বা কয়া কয়াদি লংলা লংজীন পুন্দুনা চীনবান্দা পন্দুনা লৈবে চীংখৈ। মমীং উদ্রিবা অঙাংনা তবং মালঙননা তাউদুনা লৈবগুম লৈবিবা চীংখৈবু য়েং, "কবিনো? অদুক মুন্না য়েংলিবদুবো? হৌজিক ফাওবা শাউবিব্রা? ঐনা মনাক্তা লাক্লবদসু ..." হায়বকপদুদদি শকহেনবীনা ইথা থাজকদনা চীংখৈ মঙফাওনবকই, "শাউবা মানব্রনে?" "মাল্লিবো" হায়বা শকহেনবীগী দোঙ লাওবা বাহৈদুদা চীংখৈনা শকহেনবীবু অমুক থেল্লকই, "নঙগী সনাদো হযেংমক নখোয়বোমগী মী থুংলদ্রিঙৈদা ঐ অযূক ঙন্তা শমজিনবীক্গে। য়েংঙোই শকহেনবী, শেমজীনবা য়াবা পোক্তি কায়জশনু মাঙশু মাঙজখিসনু। অদুবু, ফোংচিনবা ঙমদবা, শেমজীনবা য়াদবা, মহুৎশিন্নবসু লৈতবা পোংশকশিংদি খক তবাইনা লৌবোইদবনি। মসি পুন্সিগী কাওগনু শকহেনবী ..."

শকহেনবী চীংখৈ হেক মীংচান্নকবে। শকহেনবীগী মীংয়েংনা তপ্পা নাথৈবক্তুনা লৈমায়দা তপ্পা তপ্পা কীছুবকই। থম্মোয়গী ফিজীনসু কোল্লকই, "ঐসে যাম্না থুনা শাওগল্লি। থুনসু ঈংথৈ। শাউবগদি শিনি নানি খঙদে। প্রোক প্রোক হেক্তা চাকপসিনি ঐনা খাঙবা হেক্তা ঙমদবা। হায়ফম খঙদে – কবি কবিনো হেক্তমক পংঙাঙদা ঙাঙখিবা পংতৌদা তৌখিবা খঙহৌদে। ঐ মসি ঈশানা খঙজৈ। শেমদোকপা চুমথোকপদি ঙসি ফাওবা কয়াবক হোংনথ্রবসু শুকঙম্মক ঙমজদে। মসি ঐগী অশোনবনি। ঐবুসু খঙবীয়ু।"

চীংখৈগী পুক্লীংদা অমম্বা বাখলগী লৈচীল নোংফাই অমনা হুম হুমদুনা তম্নবল্লগা অহাংবা মালঙ তল্লক্লে। চীংখৈ উতূপ তাগুম তা, স্বব তপ্পা হোল্লকপগা ঈবোইননা শকহেনবীসু থম্মোয়গী মখুম পাথোবকই, "ঙসিসে ঐনা খনজবদা নঙনা ঐবু কাসিদা ঙাইদুনা লৈবমগনি খল্লি। হান্নসু শক্তা শক্তা উন্নদুনা বাবী

শাবগী তাঞ্জাসু নোংমতা পীবিখিদে। ঐবু নুংঙাইৎবমগনি নীংবিব্রা? ঐ – তনা – নঙ – বু ... " চীংখৈ মশা মথন্তা মমীং খপ খপ হঞ্জিন হঞ্জিন ঙাইহাক্তী খল্লী। ঐবু মঙলনে খন মখূৎনা মশাগী পাঙলিবা মমীংপু হঞ্জিন হঞ্জিন নোইরি। তাইবংনিনে তশেং তশেংনা খঙলক্কবদা থম্মোয়না খোঞ্জেল থোক্ককই, "অদো ঐসু তাঞ্জানা ফীভম্মা য়াদদুনা থেঙখিবনি। নঙসু খল্লুনে, মমাংঙৈদা এম এ তম্মীন্নখিবা অবাপ অবাগ্নদগী জিবিদগী শিলচবদগী চহী কয়ামসু উন্নখিদ্রবা ইমান্নবশিংদো ময়ূমদা হনবসু য়াদবনিনা লেকফম চাফম শিন্দোক শিনজিন তৌবিঙে মতমনদি হেক্তা ঙাইবীবমদে। অদুবু, ঐ থেঙলবসু থেঙনা ননাক্তদি লাকইদনা?"

শকহেনবীনা, "ঐ লানখ্রে। ঐবু ঙাকপীয়ু। সে – ঐ লানখ্রেবা ..." হায়দুনা অঙাং মচাগুম নিংঙাই তৌবল্লগা তুমিন অয়েংবা অমদা য়েংদুনা লৈখ্রে। চীংখৈসু মোং হাদনা অদুম তুমিন হীপ্পুনা লৈবি। পাঙলম্বা মমীং উইশিন্দুনা ফুনগৎলবা চীংখৈগী থম্মোয়না স্বব শাংনা চিংশিল্লি। অমুক্তসু শাংনা হোনদোবকই। ঙাইহাক্তী পুমচীক হেক চীকই স্বব হোনবগী খোঞ্জেলদো নত্তনা কাদুদা।

নুপীগী পিবাং ইঙাগী নোংজুনি। হিক হিক লাউবা খোঞ্জেলদুদা উইশিল্লু ঙমদে চীংখৈ। পাঙথোবকই। শকহেনবীগী মমায়দু পিরাংতনা চামথোকখিবগী পুমচোং হেক চোংলি। বন্ধ মঙালগা য়ৈশিন্নবদগীসু হেন্নদুম পুল্লংদুম লংখংলি অয়ূক্কী কোবৌহনবগী মঙাল মশেক্কা য়েবদা কংদ্রিবা তিংথৌ মতোনগী লীক্লাদগী থকতোরকপা মঙাল মশেকতুগুম্মা।

ফূক হৌগংলি চীংখৈ। হায়নকদে খূংশা তকক্লা তৈথোকপিবি তপ্পা শিম্বিবিবা পিবাং। অহোইনদুম নিংঙাই তৌবকই শকহেনবী, "কবিগী ঐবু লুহোংবীবিনো অসুম্মা?" তৌফম খঙদ্রে চীংখৈ, "খঙদ্রেনো তাইবং মীওইবনা তান্নবিবা লুহোংবা, লুহোংবা হায়বদুবু মসিবা শকহেনবী? থম্মোয়না পামজবা নীংজবদুগা পুন্সিনা তাইবংদা শংশং মীৎমাংদা উবিবা ময়ামসিগা কয়াদি খেন্নরবা। নঙসু খল্লুনে, অবাগ্নদা উরিবা চীংজাও, অশংবা উপাল ব্রাগলতনা লৈতেংই। কয়াদা শুমহৎনবগী মশক ওইববা। চঙশিন্দুনা য়েংশি, উগনি, তিংখং তুম্বৌতনা থল্লবা খোঙনেৎফম লৈত্রবা পাক চাউববা চীংমাই। খঙদে নঙগী ঐগী ঙসিগী লুহোংবসি কদায়দনো, কবিনোমদি শোয়বমাল্লেদা শকহেনবী।"

খা বাংগী য়েনবা লাবশিং নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরক্লদুদদি অবাই অখুম তৌবা হৌরক্লদুনা চীংখৈ শকহেনবীগী থম্মোয়দা লাক্লা লাক্লা তম্নবীববে। শক পান্দ্রবা লৈয়েং অনীদু কোংয়াং চৈশুগুম তাবক্লে। শবীনা চীকথৎখ্রবা বাক য়াওদ্রবা বাতংখোইনা মদোম লৈমায়দা তম্লকপদা ঙাইহাক মীৎকৃপা'মা বাবকী তয়ালদা মোনখাংননা হাইথবকপগুম হীপথবক্লে চীংখৈ শকহেনবী। তাইবংগী খোঞ্জেলনসু তম্নখিদ্রে। লোৎনা চঙলকপা অমম্না অহীংগী হূবানবা মালংবগা মপু নীংবা হইজাও থোঙমাই ফিজংগা অনীগী খৎনবা নত্তনা পুমচীক চীকই – মহৌশা লাইবেম্বীগী তম্বকশিদা অপাম-মিহৌগী থাক্কন মখাদা।

## ১৪

**শজীবা** কৈশুমশঙগী মনীং ইথং থংবা শকল্পী(সেক্টবগী) মীয়াংশিংগী কা অমদনি। থোইনা লেতেং য়াওদে। অদুবু মীদি চোন্না তিল্লি। কৃক কৃক ইন্নদুনা ফম্মী; কনাগী মীয়াং, কনাগী সিফাই, চেবাউ পীরুবা পীকদবা হেক্তমক মথোং মবম অমত্তা কনাসু খঙনদে। খঙবা হায়ববু উবা ঙস্বদি থম্মোয়নুংগী হবাওবগী লোংশিনবা ঙমদনা চীংলেনগী মায়থোংদা ইবং লংনা তাবিবদুনি। মসিমক্তনা তিল্লিবা খুদিংগী মায়থোংদসু অৱাবগী অমকপা অমতসু উবা ফংদবসিমসু অঙকপনি মীংকৃপসিদা।

শিনফম্নগা চান্নদবা ওইবনা হীবমসিদা ৱা ঙাংবসি মশাদা হাকংচবা তিল্লাইখোম্বী চুবগুম মবেং মবেং চংলি চীংলেন। মিহুনসু খাংতপ্তা হোল্লি। মাগী তানফম্নি ময়াম্না ঙাইনবিবা। থোবকই চীংলেন। মখূং লোন্নদুনা ময়াম্নু খুকমই। হায়বকই, “তিনবীবিবা খাই তবাবু কোক নোন্না খুকমজবি। লেংশিনবীবিবা পুম্নমক্না ঐনা থমজগদৌবিবা ৱাফম খবসিদা পেনবীগনি হায়বসি থাজবগী ৱাংমদনি; মবমদি ঐ ৱাঙাং হৈব্য ৱাঙাংলোই অমসু নত্তে। অদুগীসু মথক্তা শিনফমগা তৌজবিবসিগসু ওন্না তৈনবনি। অদুক থম্মোয়গী নিংঙাই থেমজবনি পূক্নীংনা খোয়দাজনা। হোয় চুম্মী, অইবা হায়বসি তল্লুদুনা খঙলুদুনা হেক্তমক ওইদে। মসিননি অইবা খুদিং লোইনশিল্লোনগী (সাহিত্যগী) লৈতেং ওইদ্রিবা। মচেং মচেং য়ানথক্তুনা ঈশিংদা থীক্তুনা তোংখায়বগা অমুক তাশিল্লবা লৈতূম্না মৈ ঈক্তুনা চেক ওইবগুম তাইবং পুন্সি খোঙচত্তা হোংলক্লিবা মতমগী য়াওনগী শাফূনা হুমদুনা পুহন্দুনা মায়য়োক্লবা লানফমদা ফংলিবা শাহুমদুনা পূক্নীংদা কোকঙমদনা হক্তুনা লৈরুবদগী থম্মোয়দা য়েবকপদগী ফংলিবা চৈনাদুগী চৈথেঙদুনা নাম্বোবকপা মচেক্তুগী মযানা ৱাখল ঈথক ঈপোম ঈহৌহন্দুনা ফাজীনবা ঙমদনা শিঙ্কবক্লিবা মীংলু লাইজনা মৌশুমী মাগী শাইওন লাং মুক্নী শক্তম লৌ পাক চাউববা চীংয়া তময়া, লবুক লমহাংদা খোল্লাং ঈবীক ইনবীদুনা, খৌগংনববা থৱায় কয়াবু য়েন্নীংথা মাগী মীনোক্লহনবদুনি — অইবা। তশেংনমকসু ঙসি ঐনা মীয়ামদা খুংশীন্নজবিবা — *অহীংবা নুঙ* ঐগী পুন্সি শিঙ্কা পাঙবদা পূক্নীং ঈফৃত্তা ফাওবকপা খববু ৱাখলনা লামশিনজদুনা পুন্সিবু থেমজীনজবনি ...”

কান্নেনগী নুমিৎয়ুংবদা তন্নবিবা ক্লাক্কী খোঞ্জেলগুন্নবা কাংশি খোঞ্জেলদুনা মীৎকপ থোকহল্লি চীংলেন। তুন্নিবদুদি হৌগৎত্রি। খূবাক খূবগী লোইনাইদ্রবা খোঞ্জেলক্তা অনৌবা ঈনোৎ কাবকখিবদুনা মীৎকূপসিদসু শিংজা য়েববি নাকোংদা। লম্বেলশিদা চত্তুনা পুন্সি থৌদাং খবদি পাঙলগে লেপখিবদো ঙসিসু হোৎদ্রি। হকচাংগী ফিভম্না নোংমা নোংমগী শোকচিনবগুম তৌবকপসিদা তম্বা ঙমদবা নীংহন্নবা চীংনবমদি ফাওবকপগুম তৌই। ঙসিসু নাকোং মেনশিন্দুনা মীৎ উইশিল্লগা খাঙলবসু অদুমক তম্নববি জোনগী খোঞ্জেলদুনা চীংলেনবু, “ওহ্মোকপনিহে! ঐবু এডস নাই নাদে য়েংউ তন্নন্নজাৎনি। ফবে – ফবে – ঐ নিংথৌকাবদা তাঞ্জা ফংলদি মঙাদুম পীবিগে।”

চীংলেন খোঞ্জেল থোকখিবা ফাথবা ঙমহৌদে, “পেল্লো! পেল্লো! পেল্লো! ...”

অকোয়বদগী ময়াম চঙশিন্নবকই। চীংলেন মঙলাক্লবনি খুমই। ময়ামদি হন্নখ্রে। চীংলেনদি মহৌশাগুম অমুক কংলক্লহৌবি। অদুবু এডস নাই নাদে খঙনবা তৌবগে হায়বসি মপুক্লীংদা চপ য়ুংনা লেপখ্রে। হৌখ্রবা থোকখ্রবা থৌদোক্লা পত্তুম ওইহনজবা মীশক অমদি নত্তে চীংলেন। তৌবতদি হৌখ্রবশিংনা মীৎ নাকোং ওইবগা হৌজিক্কী হয়েংগী খনজবা মীনি। অনীশুবা ব্রাবী লীশাংগী (নোভেলগী) খুৎ থাবা হৌই। কলম্ব পায়দুনা ফম্বু ফমথত্রবদি শিল্পা পুন্না পুমকাও কাউই চীংলেন।

ব্রাবী লীশাংসি ইবা অবোইবা নুমিৎনি। নোংমা নুমিদাংব্রাইগী ঙস্তান্নবা কোবী চেনবা মতম্লি চীংলেননা মীয়াৎ লোইদুনা কৈশুমশঙদগী থোবকপদু। পুপু পুপু চেনশিল্লকই মশুনুপা য়াইখোম্বা। শকহেনবীনা মৈ চুখৎলি। মৈদু কান্দুনা চীংলেন চঙলকই। অনৌবা মপোক অমদা অমুক পোকপগুম হায়ফম খঙদে চীংলেন। য়েংলু উরু খুদিংদা মৌ অনৌবীগুম থম্মোয় মকেলে।

নুমিৎনা চীংয়াদা হেক লৈথখিবগা চীংলেন চৎনা চৎনা ফম্না ফম্না, চানা চানা, হেক হেক মহৌশাগুম কংলাক্লবগুম তৌবকই। মীনসু খঙখিদ্রা হায়বৈ চিংনবসু থম্মোয়দা মদোম মীপাইজে। মশুনুপাসিমক লৈবমদ্রবদি ঙাওচৎনদুনা চৎলমগনি চীংলেন। চাবে চামিন্নে। তুন্নে তুম্মিন্নে। শান্নবে শান্নমীন্নে। মশুনা লাইবিক তম্বা চৎখিবগা ঙাইহাক্তি ককঙাওনৈ। মতম চুপ্নে ইমুং মনুংদৈ থৈদোক্লবতা হোৎনবদা অব্রাবা অমসুনি মঙোন্দা।

মসিদনি, কল্লক-মিহৌনদ্রবী (ব্রহ্মাচাবী) ওইরুববী লৈপাকলৈ থম্মোয়দা নৌহৌননা নিংদোম পোম্না হৌবকই। হুমনি শুবা নুমিদাংগী অহীংনি, ঙাইহাক উইবোন শাবোন তৃমথরুবদগী মমীৎ খংশিং শিংলকই। ঘড়ীদি য়েংলুদ্রে। মীনিল তাদ্রবনিনা নোংয়াই ইতুদি লানশিল্লগ্লনি খল্লি থম্মোয়দা। ফুক হৌগৎতুনা ফম্মী। তৃল্লমদাইদা খনখিবা খনবা লোইখিদ্রবা ৱাখল পবিং অমনা তম্লবকই। পঙ্খকদ্রে ফন চোংথবকই। মশু মপুগী মনাক্তা ঙেক হেক ফমথবে। তশ কমদৌই মদোম থম্মোয়দা ফাওবকই লৈপাকলৈ।

কোকচাওবী ফৃং কাই। ঙসিসু ঙবাংগুম অহানবা মীৎকপ্পা হৌদোকপীবল্লবা নোং ঙানবা ঙাইবদা শদৌ থোংলবা চীংলেননি। অমম্বা অহীংমক্লা মবৈ তল্লদুনা মশম মনা থাদোক্লবী মযা হিগৎলিবী হিংচাবী ওইনা মনাক্তা ফল্লববদা চীংলেন মীৎ উইশিন্দুনা খাঙই তবং মালঙননা। মিহুনসিসু শরু হুমদাংশিংগী মবক্তা লোত্তুনা মীৎ উইশিল্লি স্বব থবেৎ থবেৎ হোনজদুনা।

লৈপাকলৈ ৱাদি ঙাঙদে। মখূৎনা চীংলেনগী মবেংজুমদা তপ্পা পায়দুনা নোম্লকই। চেন্দুনা হিংদ্রবদা চীংলেন মমীৎ পাঙথোবক্তুনা কবিনো হায়বগী মতাগুম শংত্রিক লৈপাকলৈদা য়েংলকই। মীৎযেং অনীদো গোং ৱাইশিন্নে। তাবুনুংগী হৌশ্র থৌদোকশিং লৈমায়দা হৈদোকই। মীৎশুমাংমক্তদা ফন ফন চোংদুনা হেক্তমক তম্লবকই। খুইববা মমাযদা মোমোন তৌবকই লৈপাকলৈ। ওম্প্রেক্ল সু পকচম্রে শিঙেন লৈপাকলৈনা নুংশাগী মৈশাবু থকচিনজা ফৃগাইনা খুইথরপ শাৎকাইবকপসিদি খোইমুগী মতৌদুদা। মসিমক্তননি নাকেম্বাগী কোবৌহনবসু লৈচীল নোংফাইগী মবক্তা নোংদুম ফাও ফাওদুনা নোংচুপ চীংয়া তমখ্রিবসে।

চীংলেন লৈপাকলৈ মতৌদা খাঙবা ঙল্লক্রে। ফাথবা ঙমদ্রবা পূক্লীং ঈপাক্তে ঈহৌবকপা অৱাবৈ ঈথক্লা ঈপোম লাং মবি মবি খূৎশম্লবক থম্মোয় তোর্ব্বান থুমহত্তুনা পাথোবক্তুনা চেম্ফোবক্লিবা মীৎলুই পিরাং পাগী পল্লোন্দা পনখাংননা থিংনবা হোৎনজে মমীৎ উইশিন্দুনা। থিংঙমখিদে। ঈচেল নাইবকই। মযা ক্রক ক্রক চীক্লকই। মদোম থম্মোয়দা হংজে, "পেল্লব্রা হে থম্মোয়?"

চীংলেনগী মতৌদুদা শ্বায় হেক পাখৎখিদুনা খংলাউ লাউখি লৈপাকলৈ, "ইবুংঙো! নপাবুং কবিনোমা তৌখ্রেনে। চীংখৈ, নখোয়বু তাদ্রিব্রনে – লাউনেহে ..."

চীংলেন মনীং তম্লক্লে মীৎকী পি। তৈথোককেসু নীংলুদ্রে। লৈপাকলৈগী মচীন মেম্নবসু হোৎনকদ্রে। অহোইনদুম রাখল মাঙশিল্লক্লে। উতৃপ তাগুম তাবক্লে চীংলেন। চীংখৈসু শকহেনবীসু হৌদুনা চেল্লকই। ফমথবৈ পাখৎনা ইকোয় কোয়না ফমুংদুদা। তপ্না হংলকই, "পাবুং কবি তৌবগে?" চীংলেননা খুম্না নংদ্রিংঙদা লৈপাকলৈনা, "খঙদে ইবুংঙো, নপাবুংসে ময়া ক্রক ক্রক হেক চীক্লন্দনা, ইমাদি ইপা পাখৎলুবেনে" হায়দুনা কোয়বাং লাঙলিবদুবু ফাথবকই তপ্না চীংলেননা, "ওঙ্খোকপা মঙ হায়দুনিদা। আ ... মঙলাক্লগে তৌবনি। হকচাংদি কবিসু তৌদ্রে। পোৎথানকবো চৎলো, চৎলো ..."

"অঙাংদুবু ঐগীদা পুবশিবা পাবুং" হায়না শকহেনবীনা শোম্ভাংনবকপদুদা খোল কনখৎলকই চীংলেন "কবিনোনে মৌ, মুকম মুকম অমুক সোল্লিদুনা – হা? চৎলো চৎলো তৃমজকবো।" খোঞ্জেলসিগা ইবোযননা থোকখি মবি মবি চীংখৈ শকহেনবী।

চীংলেনগী পাউখুমদুনা মচা মমৌবুদি পেলহনবা ঙন্নবসু লৈপাকলৈবুদি খক মীনম্লুবা ঙমদ্রি। মবমদি চফৃ মচেৎ উয়ান মচেত্তগী হৌমিন্নবকপা চীংলেনবু তাইবংসিদা মুন্না খঙবদি লৈপাকলৈতনি। চিংনবসি কোক্ত্রিমখৈ তৃমখিবোই মতাগুম খৃযাদা ফমদুনা লৈখ্রে লৈপাকলৈ। চীংলেনসু লৈপাকলৈ কনানো চপ চানা খঙই। অদুবু হাযবকই, "থেঙলনি, কবিনো – নঙসু তৃম্লুবোদনা।"

কোচী কোক্তুনা লৈপাকলৈ ওইনবপ যাম্না মোং হাদনা নৌথবকই, "অহীং কয়া'মা ইশি শিনসু তৃমখ্রে। অহীং কযামসু মীৎ কক্লা'মফাও উইশিনখিদবসু কোঙ্গায়নি। পুম্নিসে ঙসিদি তৃম্বা তৃমদবা চপ মান্নবে ঐঙোন্দদি। মখোয় পাবুংবু তৃম্বা য়াব্রা খবা অমুক্তা য়েংবীযুসে।" লৈপাকলৈ চীংলেনগী মখোঙ তাপ তাপ পায়বকই। মমীত্তি লৈথোক্তুনা লৈবিবা চীংলেনবু চাগদৌখৈ য়েংদুনা লৈ। চহী য়ামজবতনি তৌগে খনখিবা অচুম্বা থবক্কীদমক খক নীংহন্নদুনা লৈদুনা চেনদবা শিববসু কিদবা লৈপাকলৈনি। মসিসু চীংলেন খঙদবা নত্তে। মসিমক্তনা তপ্না লৈশিল্লকই মমায়দা। য়েংদবা শাই লৈপাকলৈ লৈথোক্তুনা। চীংলেননা হায়বকই য়াম্না হক্লা লূম্না থাংবা খোঙথাংদা, " সে ঐ ব্রা হায়গে তাও। পুম্নিগীসু কাউগনু। য়েংঙোই ঐগী রাশক অমা লৈ। রাশক্তো কবিনো নঙ ঐঙোন্দা হংগে হায়নসু খক খনগনু। ঐনসু হায়দোক্লোই। রাশক্তু ঙাক্ত্রিমখৈ নঙনা ঙসি ঐগী

ফমুংদা কাবক্লিবা অসিগুম অমুক হন্না মতুংদা কাবক্কনু। হয়েং ঐনা শম কোই কক্কুনা ঐনা ঐগী রাশক ঙাক্লবা মতমদুদা নঙগী অপাম্বদা ঐগী অথিংবা খক থল্লোই। মতমদু ফাওবদি নঙ ঐবু রাবৌগনু।"

লৈপাকলৈ মরব ফুনগৎলকই। শিংনবা য়াদবী নোংমাইজীং পোকপগী হৌনবী মপুবোইবদা নঙ হায়বগী মতাগুম শংত্রিক য়েংদুনা ঙাইহাক তুমিন্না খূয়াদা ফম্লম্বদগী ফূক লাউনা হৌগৎখি শাহুম চাউনা। রা লানকা অমত্তা ঙাঙদমখৈ মাগী ফমুংদা হীপথখ্রে। মতম কয়ামা পাউখুম ফংখিদ্রবা মমি শাল্লবা রাহুং কয়াগী চনৈননা চমোৎনহল্লবা পূক্লীং রাখল থম্মোয়সে ঙসিদি চীংলেননা মনাক্তা লেঙদনা লৈববদা অয়ূক্কী লীক্লানা চামথোকপীবনি; পুক্নিগী মঙাও থীববা শজীবু নোংলৈনা খাক লাউদুনা হুমদোকখিদুনা অমুক তম্নবিদ্রবা ময়েক শেংলবা শংবান্নববা ঈঙেনগী অতিয়াদুসু লাক্লনি; অহীংগী অমম্বসু কোক্লনি; অঙনবা অয়ূক্কী লীক্লা থকপা কোবৌগী মঙালসু লাক্লনি খল্লুবা রাখল-মঙলান (আশা) ময়োন্দা তেকখ্রে লৈপাকলৈ তমঙমদ্রবা খঙঙমদনা তম্নববিবা মীৎকূপসিদা।

চীংলেন লৈপাকলৈবু খূদাংদা তাপ ফাহৌগে খল ফূক হৌগৎলকপদা হননমক্তা য়েংলমদা গম গম লৈপাকলৈনা চৎখিবনা হানখিদুনা অদুম মচী লেঙদনা ফমহৌবে। বাহুনা উমশিনখ্রবা নুমিৎকুম পুমম মমহৌবে পুক্নি অতিয়াসু।

# ১৫

**খোংজোমনুবীগী** *শজীক্রোই নুরাবী* থাজবগী ৱাংমদনি। ওইথোকপা য়াদবা থৌদোক মপেনা মঙলানগী মতৌদা হৌনা হৌনদুনা পবেং লেংলগা তাইবং পুন্সিদা তম্নদুনা কবেম্নববদা কবম্নদি হায়গনি মঙলান নত্তে তাইবং। অসুম্না থম্মোয়না থম্মোয়দা মনীং তৌবা পুক্নীংগী চৈনাখোলগী চৈবী চৈথেঙ অমনা তত্তনা অসুম য়ৈবকপদা খাঙবা ঙন্নকই চৈনাখোল। পুন্সিগী মথেল অমদুম ওইবকই। চুশিন্দুনা তৈশিল্লগা য়ানশিনখি লৈবাক লৈহাওদা। চঙখি শিংলি নাউবিদা মীবোল কয়াগী। মীবোল মীবোল কয়াগী শাইওন্দা নুংঙোল্লবা অশিবা থৱায় কয়ানা লাউ খোংদুনা হৌদোক্নি তূমদুনা য়াতাজবা – "য়োৎখোক-লান।"

তূমখুন তাল্লম্বা মৈগী চীংনা পোকখায়বকপগুম তুংদুনা লৈবম্বা চীংলেনগী পুক্নীংদগী ঈকাবকপা থম্মোয় ঈথক ঈপোম্না ঈহৌহল্লকপা ৱাখল নোংলৈ অমনা ভাবত পুম্নবু মচেক্তা নীকহল্লি। মহাক্কী অনীসুবা খুৎই – *খোংজোমনুবীগী শজীক্রোই নুরাবী* লম লমগী অইবগী অথোই অহেন্দা পীবা ভাবত পুম্নে সাহিত্য একাদমী এৱার্ড ফংলবশিংগী মনুংদা য়াওবকপা মঙগুম্বনি চীংলেন।

মনা লৌবা মপু মবেন মশু অহম্মক চৎলি। মালঙহিগী ফম্ফমদা থংননা ফম্মিন্নদুনা মালঙ ঈপোমদা কোয়তাও তাউবফাও থাজবা লৈত্রবা পুক্নীং মাদি মদোম লক্লদুনা হংই তাঞ্জাসিদা থম্মোয়দা, "নঙবুনেহে!" অদুবু পুন্সিগী মীৎয়েংদি পাক চাউথোবকই। মোং হাদনা শামুগী খোঙথাংদা থাংবা হৌবকই। মশাদি খঙজদে। অশিবা তাইবংদা অশিবা মানসু কবেম্নবিববা পুন্সি খোঙচত্তা হিংনিংবগী অপাম্বা ফাওবক্তুনা লাইবক্তা হুমাং ঈবীক অমত্তংসু কাবকই – থৱায়বু মনতীক্ল দুনা।

অপাইবা থৱায়না লাইবৈবাক্তা তম্বগুম অনৌবা অঙকপা কয়ানা তম্নবা খোঙচৎনি পুন্সি। মপু মবেন মশু নক্লা ফম্মিন্নে হায়বতনি – ৱাদি ঙাঙনদে। থোঙনাও শেন্নবদা অমনা অমবু উনকদে। কবিগুম্বদা য়াইখোম্বগী ফাথবা

ঙমহৌদ্রবা "পুপু" হায়বা খোঙ্গেন্না অনকপা অকোয়বদা ফম্মিন্নবিবশিংগী পূক্নীং ৱাখল খবা খজিক থৈদোকহল্লি। মখাদি তাবক্তে য়াইখোম্বসু। মপু মবেন অনীমক মশুবু য়েংজে নোকফেৎ তৌনা। ৱাদি ঙাঙদে।

অপীকপা ইমুংগী য়ুময়ায়দা চৎপগুম্বনি। কূমথবকই মবি মবি মালঙহিদে। হান্ননা ঙাইদুনা লৈবন্নবশিংন্য লমজীংদুনা নেহরু বিহারগী বি ৱোক্কী কাইল্যান্নি হোটেলগী তবেৎশুবা মথোনগীসু কা মশীং ৭০৩ দা লৈবে। ৭০৪ না কেবলাদগী লাকপা এ জি জোর্জ হান্নণা থুংলদুনা লৈরম্লে।

নুমিৎনা নেমথবক্কদু ফাওবা শাবগী চাংদি ৪৩°C দা লৈবি। কাদগী মপান থোক্লীংলুদ্রে। লৈপাকলৈনা নোকফেৎ "কাসিদবু হেক লৈবদি – ইশাসে ঈঙা ইঙেনগী মতৌদু তৌবকইদা কালেনসিদসু" হায়বকপদুদা চীংলেননা শমথবকই, "মসিননিনে মখোয়গী মীয়ামগী লৈঙাক-মীহুৎশিংনা (মন্ত্রিশিংনা) হেক হেক পাইশিন্নবিবসে, মশু মবেন ৱা ৱা নোকমিন্নে। পীকচবতনি কাদু অৱাৎপা লৈতে। অপাম্বা খূদিং হেক্তা ফংই। য়ুবী খুজাই য়াইওইবমক্তি। তৌবতবু থোঙনাওদা হেক য়েংথোকখিবদদি উবদি মফংদ্রে অহাংবা লমজাউগী ঈংনা ফজবদুদি। উবা হায়ববু অতোপ্পা কাগী থোঙনাওগী ফিজং, মখাদনা খূববা লৈবক্তা চেল্লিবা গাড়ীশিং, চৎলিবা কূক কূক ইন্নবিবা মীগী মকোকশিং নত্তনা। কাক্কী খোঙ্গেল, মীগী মীনিল অমদি গাড়ীগী মখোল নত্তনা অতৈদি তাবা ফংদে।

হৈনবা হৈনদবা অচাপোৎ খরগী মহাওদি তংলে। য়াইখোম্বনি শুগত্তুনা চাবসু যাওই। মমীৎ লংথোক্তুনা চাবসু য়াওই। লেক্তুনা চাবদি হৌজিকমক্কীদি থেংনদ্রি। চীং পাৎ তুবেলগী শাফুদা চাউবকপা কনাগী থম্মোয়দদি শুম্নমকসিনা অফা অপুন ওইবা হৌনশানি। চীংলেন নুমিৎনা তাবমদাই ঙঙ্কান্নবা কুচুদা লৈথবকপদুদা কাদুদগী মশু মবেনবু পুদুনা থোরক্লগা থাক থাক্তা (লীফতা) কাখৎলকই। অবোইবা মতোলগী তবাশুবা মথোলগী য়ুমথক্কী শাৎ মথক্তুদা মবি মবি থোবকই। ম্বব মপী অমফাও হোন্নদে অহুন্মক।

য়ুমথক্তা টাইল ঙাক্তনা শিন থুংনা শুম্লং লংবদুদা য়াইখোম্বা চেন চোংদুনা শান্ননিংবা ফাওবক্তুনা চোংবা হৌরকই। লৈপাকলৈনা খূজেঙদা তাপ ফাদুনা, "ইবুংঙো মসি দিল্লীনি" হায়বদুদা তপথবকই ঙাইহাক্তি য়াইখোম্বা, অদুবু মচীন্দি মেল্লুবা কনানসু ঙম্মুদ্রে।

"পুপু! – পুপু! – ঐখোয়গী য়ুমগী লৈমায়দুগা য়ুমথকসিগা মান্নেকো। কো পুপু। অদুগা – ঐখোয় ফক্লাংদা থেৎলিবা সিজাপুবদুগসু দিল্লীসিগা মান্নেকো। পুপু – কো –"

"ইশুনা হায়বা চুম্মী। মান্নে। অদো – ইশুবু দিল্লীসিদা লৈনিংদ্রা?"

"লৈনীংই পুপু –"

"অদুদি লাইবিক য়াম্না হৈবা মী ওইনবা হোৎনবা তাই"

"মীশিংসে দিল্লীদদি পুপু – লাইবিক লোইনা হৈব্রা?"

"হৈ। লাইবিক হৈত্রদি পৈশা থোকপা থবক ফংদ্রে। পৈশা পায়দ্রদি অৱাঙবা য়ুম মথোন্দা লৈবা ঙমগদ্রা য়াইখোম্বা?"

"চুমই পুপু। ঐ হয়েংহৈদিনে য়ুম য়ৌবগা চেচেখোয়দা শান্নবসে চৎলবোই। শান্নসু শান্নরবোই। লাইবিক্তা পাবগে কো পুপু?"

"হোয়নে! হোয়নে! অয়ুক্কী নুমিদাংৱাইগী ঙাইহাক ঙাইহাক্তি শান্নবা ফৈ। শান্নবসে শাজেন্নিনে। অদু য়েংঙোই য়াইখোম্বা! লাইবিক হৈবা অয়াম্বনা লৈবা মফমনিনা শাবিবা ৱাঙলবা য়ুম মথোনশিংসি অয়েকপা লাইগুম তুং মাঙ নাইনা পবেং পরেং শাবনিনা হেন্নদুম ফজবিসিনি। মসিনি মীওইবৈ খুৎশেম হায়বিসে।"

"অদুবু মখোয় পাবুং য়েংবীয়ুনে" হায়দুনা লৈপাকলৈ মাসু মপুগী ৱাবীদুদা পুক্নীং থিংজল্লদুনা মঙক নোম নোমদুনা ঙসাই মথৈ অৱাঙবা য়ুমগী মথোল মশীং থীদুনা অমগী মথংদা অমা মীৎলিনা কোয়তান তান্নকবগা অঙাং মচাগুম মবক থৎলকই, "খুৎশেমশিংসে ফদি ফজৈ, ৱাঙদি ৱাঙই হায়বু অহৈবা য়ুম্বী ইয়াওবু য়াওদেনে শাবিশিংসে, ওহ্মোক্লবু কিজবেদা! অশংবা উপাল ৱাপালগী ফজবসু লোইনা মাঙগ্রে অবাপ্পদসু। কবিনো য়ুমথকশিংশিদা পবিংদা শেম্বাং তোংবগুম যৌবিদা ফৌবিবা মবাং তুবাংবা ফি-বোলশিংসিনা ঐখোয়গী নম্বুল তুবেলদা তাউবা চেখাউ চবুন চবুনদুগা কয়াদা মান্নবিবা। য়েংববু হৈবদি সিসু ফজেনে কো?"

চীংলেন লৈপাকলৈদা মীৎ কৃপ্তখৈ য়েংলম্বদু তপ্না লৈথোবকই, "ওহোক ওহোকপা কয়াসু উবকপা য়াবি কৃমথবসি। ঙাইখোনে য়াইখোম্বা, ইশুবু তু – আদগী য়োংলীনা ইকোয় কোয়শিনবা অঙাং ময়াম্মা শান্নবিবা শান্নবুঙসি শান্ননিংদ্রা?" য়াইখোম্বা খুম্বা নংদে, খঙহৌদনা মীতৈবোল ঙাঙনবা নুপামচা অনীগা নুপীমচা অমগা প্রপ প্রপ চঙশিল্লকপদুদা, "ইবুংঙো!" খংকৌহেক কৌকবনি চীংলেন, অদুবু, তাদবনবা কবিনো খুল্লমদে। অনীবক হন্নদি কৌকদ্রে? তান্না তান্নদুনা মীৎ অনীনা যেংহৌবা নত্তনা। খুল্লমদ্রসু পৃক্লীংদি খবা খিৎ চাউখৎলকই।

খা-ব্রাং নীং-মাং ময়ায় ময়ায়দা চঙফম মচা মী চঙবতমক চনবা অমমম পাল্লি। মাইকৈ মবিমক্তা লম্বেল মচানা ইকোয় কোয়শিল্লি। মদুগী তুংদা মমায় ওনশিল্লকপা পোংয়োনশঙ পবেংগী শঙশাং শঙশিংগী মথোনশিংনা পৃত্রি অমগী লৈবায মবিগুম ইকোয় হেক কোয়শিল্লি। মখোয় অহুমসু নৃঙগী অশাংবা ফাল অমদা পৃন্না ফমিন্নৈ। কোয়শিল্লিবা লম্পাক মচাদুদা (পার্কতুদা) চঙশিল্লুদুনা চে (স্বাব) শান্নবিবা অহনশিংদুবু অমুক য়েং, ব্রাবী শান্নদুনা মবোল মবিদি খঙদনা নোকপগা খেবগা ঙাঙলিবা শক্লিবা অতোপ্পা অহন মপৈদুগী মতৌদুবু অমুক য়েং, চেন চোংদুনা শায়বিবা অঙাংশিংদুবু অমুক লক্লা, বোল লংবী শান্নবিবা অঙাংশিংদুই মশান্ননা অমুকসু ... ইনৌতা নৌথোকই পৃক্লীং ব্রাখল হকচাং অহুম্মক।

অঙাংশিংদগী খঙহৌদনা নাম্বোবকপা বোলনা ফল্লিবা অহন অমগী মনংগন্দা শোয়খিদুনা পানবদা অতোপ্পা অহনশিংনা অহন্দুবু অপঙবা শিদুনা কবেন্নদুনা হৌনা হৌনা নোকপদুদা হৌনকবা হায়নকবা তৌদনা মখোয় মশু, মপু, মবেন, অহন্দুসু য়াওশিল্লুই তাঞ্জাদুদা।

মফম খুদিং অঙাংগী অঙাং ঙাক্তা ... অহনগীসু অহন ঙাক্তা ... চপ চপ মান্নৈ। মখোয়গী মবক্তা মখোয় অহুমসু কোয়চৎ হেক চৎলুবে। মোমোন তৌনা কোয়শিল্লিবা লম্পাক মচাদুগী মনুংদা ঙায়োক চফৃগী লেপ্লেগুম। য়েংলুবদদি পুং ৬ ৩০ তাবম্লে। শ্বায় লাউই চীংলেন! "হল্লসিবনে য়াইখোম্বা। থেঙলেনে। কবম্বা থোঙ্গালনোনে।" কোয়না য়েংলকই চীংলেন। লৈপাকলৈসু চপ লেপ্পী। ঙাইহাক খল্লুবগা, "ঐখোয়না ঙসাই চঙলকপদুবু অব্রাং ওন্না চঙলকপনি।" চীংলেন ঙাইহাক খনজান্ননা "ঙাইখোদা, ঙসাইগীদুবু অব্রাং ওনববনে। মনীং ওন্না চঙলকপা

নংত্রনে হা?" ঙাইহাক্তি লৈপাকলৈসু চম্মমনৈ। য়াইখোম্বসু কোয়বে লৈদুনা য়েংই। "উম তৌবদৌনি, নুমিৎসু তাশিনগ্রেনেসে" হায়বা চিংনবগ তৌবা চীংলেনগী শোম্বাংনবা খোঙ্গেন্দুনা অনীগী থম্মোয়বু হেন্নদুম মীপাইহল্লি। লৈপাকলৈ খংহাই খংজিন্দা দোঙ হায়দোবকই, "খঙদেসে চপ চপ হেক মান্নেনে সে। য়াইখোম্বসু মপুদা ওনশিল্লকই, "পুপু পুপু – চপ চপ মান্নবসি ফজেদি হায়ববু- ঙাওদি ঙাওইকো পুপু।" মতৌ মান্দবা মশুগী ৰাহৈদা মপু চীংলেনগী অৱাবা পূম্বা ঙাইহাক অকাউবে নোংলৈনা হুমদোকখিগুম তৌই থম্মোয়দে। যোমোন তৌনা অনীবু থেমজীল্লকই মমীক্তি ফল্লপ লৈপাকলৈদা,

"হেবা ইশুসিদি, সিদা হেক্তা থোক্লসি। দিল্লীবু মালেমমুক চাউব্রনে – হা?"

"ঙাইখোদা মখোয় পাবুং, ঙসাইগী লম্বেলদু মান্দেদা সিদি। ঙসাই উহৈ য়োনবশিংসে থেংনবক্তেমি।"

"চুম্মীনেহে মমা, মথঙগী লৈবকসিদা ওইনা চৎলসিসে"

"খঙদ্রগবু ইকায়বা য়াবিবা। মদুগী মমিংদুবু কৈল্যানি হায়বা নৎত্রো। পোৎয়োনশঙসিদা হংবনা ফৎত্রনে পঙচৎ চৎতোই শকক ..."

"উম, মদুনা ফতাবেদা মমা। খোঙসিসু য়াম্না শাগৎলক্লে। শাউনগী শেন্দল অমশুবু লৈনিংইনে। ইশুগীসু লৈবীগে।"

"খবা তপ্না চৎপনা ফৎত্রা। অঙাংসে ৰাবনেমি।"

"ইশুবু ৰাবব্রনে?"

"ৰাদেদা পুপু।"

"ভায়া ভায়া এক লেদবকী চমপল ..."

"এ! ঙহানখৈ উদেনা। মীতে নৎত্রো? ঐসু মন্ত্রিপুত্রিদা পোকপনি। থঙ্গাল কৈথেলদা ফিগী পোৎয়োনশঙ অনী লৈ। মেজোব খুনদা পোৎ থম্ফম (গোদাউন) অহুমসু লৈ। চহী অমদা অহুম্লক চহী হৌবা হবাও তয়ামগনবা মণিপুবীশিংনি।"

"মণিপুরদদি কনা কনা লৈহৌবি – ভায়া?"

"এ। কনাসু লৈহৌদ্রেদা।"

"য়ুম-কৈ, পোৎয়োশঙশিংদি – ভায়া?"

"তোক্লসিদা, লোইনা য়োম্থোকখ্রে।"

"কবিগীনোনে – ভায়া?"

"ঐবু অমুক ..."

"অদুদং খঙলগা চৎখ্রগে, ঐসু থেঙলবনি।"

"ঙসিসু শিংজা য়ৈবি নাকোংসে, ঙা মচীঞ্জাক ওইহন্নি নখোয়। মমিংদি তাক্তে, চীংগী লালহৌবনি হায়। ক্রোব অনীগী নমলৌশেল (দিমান্দা) লাক্ক ৮৫ পুদুনা চৎখিবা বাবাজী ফাহৌবগা ঐখোয়বুনা থাদোবকখি। রাহৈ অমগা কোক্তা নোংমৈ কিৎ... নুমিৎ নীনিখক পৈশা ঙাইনবদুবু বাবাজীগী অশিবা হকচাং ..."

"মফমসিদসু অদুগুম্বা ..."

"নহি নহি, লৈতে লৈতে ... লানফমদগী য়ুমদা পোৎথাবগুম্বনি।"

"তশেংনা মণিপুরীশিংদি খাংদা ঙৌববনিদা ঙৌববা।"

"ফবে ভায়া, চমপল অনীসিদা কয়ানো?"

"লুপা ৪৫০ নি সিনা, লুপা ২৫০ নি সিনা।"

"সে সিদা লৈবে।"

"সিখৈ ভায়াগী হনজববনি। ভায়াবু দিল্লীসিদা কবিগী লাকপনো?"

"হয়েংগী লোযনশিল্লোনগী মনা লৌবা লাকপনিদা।"

"এ! নুংঙাইবা ফোঙদোকচবি।"

"থাগৎচবি।"

হাথু হাথু ইথক থক্লা থোরক্লে মখোয় অহুম। মপুনা মায়কৈ অমদা অমুক, মবেন্না লৈবক অমদা অমুক চিংনা চিংননা পৃংখায়মুক্তি খোঙনা পংচত্তা চৎলিঙৈ চৈবক্তা মীতৈ ছাত্র অমা মখূত্তা চেখাউ অমা য়াল্লদুনা চৎপদু থেংনৈ। মহাক্লা পাবুংখোয় গুহানমখৈ উদেনা কদায়দা লৈবগে হংলকপদুদা ফবেদা খন্দুনা কৈল্যানিসিবু কদোমদনো হংই। নহাদুনা পাবুং সিনা C ব্লোক্কি। মদুদি B ব্লোক্তনি। লৈবকসিদা ফাওজীনবীবগা য়েৎথংবদা ময়াই ওইবপ্পা মখা পাংনা লৈবক্তুদা খবা চণ্ডশিল্লগা লৈবনি। নহাদুসু হুন্না য়েংলমদনা চৎখ্রে। কদায়দৈনো ফাওবা হংহৌদে চীংলেন। মহাক্লা হায়বদুমক চৎলে। থেংনমন্দবদুদা কায়োনশঙ অমদা হংবদদদি মসিনা D ব্লোক্কি হায়বকই। ৱাখল লৌশিংগা পূন্ম্যাং মাঙই চীংলেন। মমৈদা ওক্তোবীস্কো অমদা অদুম তোংখৎলে। ঙসাইমখৈ অমস্বদা মা মাদুনা থিবদা খঙখিদবা মফমদু লুপা ৫০ চৎপী অমা হেক ওক্তো মপুদা পীথোক্লবদুদদি মমাঙদা চপ য়ুংনা লেপ্পবে মীংনা কৃপ্পদা। নে তাজবে অহুম্মক। তৃমথখিবদি লাইবদনা নোং ঙানখিবা খঙহৌদ্রে।

মণ্ডলানগুম্বা পুন্সিদা মঙ মঙবা অঙকপা নত্তে। মঙগুল্লবা মনা লৌবগী থৌবমদুদা অহীংদুনা হৌখিবগুম মঙগুম্না অদুমক হৌখি। পুন্সিগী নুংঙাইবা ঈপোন্নক্তা অৱাবৈ ফমফম তামখি মীৎকৃপসিদা চীংলেন। অহোইননা হেন্নদুম মথুম মবাং হৌহল্লিবা অমসু হয়েংগী বৃন্দাবনগী খোঙচত্তুনি লৈপাকলৈদা। লৈকায়গী মচেম মনেমশিংনা থাগী শেনখাই খায়নদুনা চহী ওল্লকপদা বৃন্দাবনগী শ্রী কৃষ্ণগী শক্তমদু উজবা ফংজবদো কয়াদি থম্মোয়দা কল্লকচখিবা। মপুবোইববু হেক হেক ৱাবৌখিদবা ঙমখিদবদু ঙসিদি নীংশিংলক্কনু য়াদ্রে লৈপাকলৈগী থম্মোয়দা। অদুবু ইতাউ তাউই পূক্লীং হকচাং।

চান্দনি চোক্তা লৈবা টুবিষ্ট পোইন্ট ত্রভেল এজেনসিদা অয়ূক্কী পুং ৩.৩০দা থুংলবে চীংলেন মশু মবেন। চাউখ্রবা বসতু মী নীপানখক তোংই। তোংবা নংহৌবোইদবা শম্নাদা লীৎপা বসতু অনী অহুল্লক খাম্বদদি ফম্ফম অমত্তা হাঙখিদ্রে। লেপ্তুনা থৌবকপনা অমম্বা মবক্তা চীংদুম মচাগুম তুম্বক লেপ্তুনা লৈহৌই লালকিলা। মমশুক মমশুকপা মবক্তুদা পাক চাউববা লৈতোং অমবু অশংবতনা পুমকৃপ কৃপশিনবা ময়ায়দা লোইবোই লোইবোই তুমখৎলকপা মতোন্দা লৈখন শুববা সোবাবেনগী লৈকোল মচা অমগী মতৌদা বাজঘাৎ

অউবা কনাগী থম্মোয় শাগল লাক্কুনা চিংশিল্লি। তশেংনমকসু মঙগী লৈকোলনি তাইবংদা। মমশুক মমশুকপা মবক্তুদা পাকথদুনা লীত্তুনা নাম্বোবক্কে বসতু।

হৃবিয়ানা লাম্বোবক্কে। যুপিগী লমখৈ হেক লানশীনবগা লমকোয়বশিংগী মীথুংশঙ অমদা চঙলুবদদি হান্না বস ময়া'শ্মা থুংদুনা লৈবন্নে। লমতাকপা অদুনা পুংখাই অমা চবা ব্রান্নবা (ব্রেক ফাষ্ট) মতম লাউথোবকই মীয়াম্না বসতগী কূমথদ্রিঙৈদা। ইঙাও ঙাওনা চীংলেনসু ময়ামগী মতুং ইন্দুনা থোঙজীন্দুদা টোশ বটব চা অহুম পীযু হায়কবে। লৌনা-চে (তোকন) অমা পীবকই। ঈঙ্গিৎ তৌবকই, শেন থীফমদা। চঙশিল্লুই, লুপা ৬৮০গী অবৈমন (বীল) অমা পীবকই। পৈশাদু পীবল্লগা চেজেৎ অমা পায়দুনা মিনিট ১৬মুক পোৎ লৌফমদা মীনা কৃক কৃক ইন্নবমখৈ পবেং শানা লেপ্পুবগা চা অহুমগা দবলবোটি মকক অহুমদা বটব তৈবোই নানবোই তৌবগা পুখম মচা অমমমদা হাপ্লগা অচৌবা পাৎত্র অমদা পীবকই । খল্লুবগী ওন্না তৈনবনি চীংলেন। মখা তাকদনা চীংলেন্না মশু মবেন তম্না পাত্রদু পুদুনা লাকপদুদদি লৈপাকলৈ নোকফেৎ তৌকই ফাথবা ঙমহৌদ্রবা থম্মোয়না। শাউবংনকববা চীংলেনসু খোঞ্জেলবু থোক্লা নোক্লকই, "হাউনিহে য়াইখোম্বা।"

য়াইখোম্বসু মায়থোং মকা লাম্না মপুদগী অচাপোৎতু লৌথৈ। কবম্নবু য়ৌখিবনো খঙহৌদে, বেট ফোর্ট। কূমথবে। অঙকপা ফাওদুনা তথক তথকই থম্মোয়। উম' মতম অমগী মণিপুবগী নিংথৌগী কোনুং মোগোল নিংথৌগী কোনুং, কোনুংদি কোনুং ঙাক্তনি অদুবু মান্নে হায়না কবম্না হায়গনি অউবা কনানা! মীনমদনা, ঙাইহাক্তি কংলাক্লবকই চীংলেনগী পূল্লীং। য়াইখোম্বনা মপুগী মখূৎ পায়দুনা চিংলক্লগা মখূৎ থিন্দুনা হংলকপদুদদি মঙফাওনবকই চীংলেন।

"পুপু মসিবু কনানা কবিগী শাবম্বনো?"

"ভাবত্তা মুগোলনা পাল্লিরঙৈ মতমদা অকববগী মশুনুপা সহাজহান্না অতোপ্পা নিংথৌশিংনা লান্দাবকপদা কোনুং চঙবা ঙমদনবা লানবন ওইনা শাবম্বনি। য়েংউনে মমা, তু' কয়াদা ব্রাংলবা চাউব চাউরবা নূঙজাউনা অপীক অপীকপা চেক্তুমগুম্না মচেক নাইদনা কয়াদা নীংথিববা চীংদোং মচাসিমা লোইনমক কূপলিবসে। নিংথৌগী তৌঙম্বসি ঙক্তনে।"

"অসিগুম্বা নিংথৌনা কবম্না লৈখা তাগ্রিবনো মসিসু অগুকপা অমনি।"

"নিংথৌ হায়বসিদবু লৈমদি য়ামগল্লিদনা। মমা তিন্নদবশিংগী মবক্তা নিংথৌ খুভম মুন্নবৈ লৌতুনবদা মশা মশানা মশা মশাগী মখোগুদা শীংজংনা য়ানথৎচবদৈ য়াম্ভুৎশিববা উপালনা য়ুংদুনা হৌগুমদগুম গুসিগী মীবোলনা নিংথৌ লৈবম্মী হায়বৈ খুদম চাংদম খবা খক নত্তনা মালেমগী লৈমায়দা উবা ফংলক্লিবগী অহানবা মবমনি। অদুগা ... এ' গুইখো ঐখোয় কৌবমাল্লেনে ..."

বস মখোগুদা মখূৎ খত্তুনা কৌবিবা লমতাকপদু তম্না অহুমদু চেনচৎ চৎলকই। "হোবেল তাজমহলদদি মিনিট ৪৫দগী হেন্না গাড়ী খাল্লোই। থেগুথবকপদি মশা মশাগী অশোযবনি" হায়না বসতু হেক থৌবা হৌবকপগা লমতাকপদুনা লাউথোবকপদুদা চীংলেন মমায় খবা গুাগুশিল্লপ তৌই। গুইহাক থৌবগা চাক্লেন চাফম অমদা পুশিল্লে। চাক্লেন চাববা মতুংদসু লৈনুংদা লৈবা কৈথেল মচা অমদা অসুম কূমথরুদুনা মাববলনা শাবা, নূগুঙৌনা শাবা, তোগুান তোগুানবা হক্তুনা শাবা মিতম কয়ানা কূমথবক্লিবা খুদিংগী থম্মোয়বু "এ' এ'" হায়দুনা খূৎশম্নদুনা অসুম অসুম পুশিল্লি। তশেংনা তোগুানবা তাইবংনিনে। মবক মবক্তা শউনগী খোগুউপ, শ্বালগী মথেলনা তোগুানবা মহাও অমা পীবগুমসু তৌই। মগুন য়াম্না লৈবসু মালহল্লি। গুাগুনখিবা মমল অনীবক হুন্নদে। চীংলেনসু নূগুঙৌগী তাজমহল অমদি লৈবে। ওম্লোক্রসু ফজবে। তশেংনা তাজমহল হায়বদুবু অসুম্না ফজবমগদ্রা" হায়না শোম্থাংনবকই লৈপাকলৈ। নোকফেৎ তৌজে চীংলেন। য়াইখোম্বনা হংলকই, "পুপু, তাজমহল হায়দুবু 'সিবা?" চান্নবা চীংলেন খোঞ্জেল থোক্লকই,

"হেবা মসিদি মতৌ তমদুনা শাবনি। হয়েং উপু মথক্তা খিন্দুনা হেক হেক য়েংগদবনি। অশেংবদুদি গুাইহাক্তা গুায়বে উগদবা, চাউখ্রপোৎনিদা। ঐদি মসিমা পুবদা কোকথোং ফাবেহে। নবোক্রীদি কবি কবি লৈগনি হংউদনা যাইখোম্বা?"

"বোবোক, বোবোক্লিদি কবি লৈগনি।" নোক্লা নোক্লদুনা লৈপাকলৈ শমথবকই থম্মোয় পেঞ্জনা, "ইগুশিদি – য়াম্না লৈদৌবিপোৎনিদা – নখোয় মমাগী শ্বালনে, বাবাগী ফূবিৎ অমসুনে অদুগা ঐগীসু হবে কৃষ্ণ থাবা ফি অমসু

লৈনিয়ে। মদু লোইনা লৈখিনি। নত্তে, ইশুগীবু কবি কবি লৈশি হায়বনো?" মতৌ মান্দনা দোঙ হায়দোবকপা য়াইখোম্বগী বাহৈ, "ঐগীদি লৈজরে, লৈত্রসু য়াবে" হায়বকপদুদা কবিনোনে খন্দুনা মশুবু থেন্নকই লৈপাকলৈ, "ইশুগীবু করি কবি লৈবগেনে ঐবু উদেদা?" "তাজমহল" হায়বা য়াইখোম্বগী মনীং তৌবা বাহৈদুদা খ্বায় লাউই চীংলেন লৈপাকলৈ। খোঙ্গেলদি থোক্তনা লৈপাকলৈনা চীংলেনদা ফল্লপ য়েং হংলিবা বাহংগী পাউখুম খক পীকগে খন্দবগুম গম গম মাঙ থাদুনা চৎশ্রে মতৌদুদা চীংলেন।

হাথু হাথু পোৎ লৈবা লোইশিন্দুনা গাড়ীদা কাখত্নুনা ফন্নে। হন্দক্তি হায়নখিবা পৃংফমদৈ পৃংখাইমুক চোম্বরগা তাজমহল তম্না থৌরকই। ঈথৌ লাংবৈ লংত্রিক লংত্রিক লংলবা মায়থোংনা অমগা অমগা হেক হেক ওনশিন্নদুনা থুমহৎলবা থম্মোয়না ঙাইহাকসু ইকায়জগুম নোম্বদুনা খাঙলিঙৈ চৈরক্তা য়ৌনিংলিবা মফমদু য়ৌখিবা খঙহৌদে। গাড়ী খান্নে। কৃমথবে মবি মবি হানবা তান্নদুনা। কাখৎলে অমুক শগোল গাড়ীদা। তশেংনা অঙকপনি। অমুক্তা উদ্রিবা নুমিদাংবাইবম অদুদা পবেং লেংলিবা শাংলবা মীয়াম চীংমাই খোন্না চেম্ববিবা চীংজুম লাইজনি। নুপীগী পবেং অনী, নুপাগীসু অনীনি। মী অমমমদা লুপা ৮০/৮০ পীদুনা অহুমদুসু চঙননবা হোৎনবে। পবেংদুগী মমৈদা লৈপ্পমবদৈ অসুম অসুম চঙশিল্লকপদুদদি লৈপাকলৈ মশু মপুগা মপা থৈনখিগদ্রা হেক হেক মিপাইজে। তুং হন্না য়েংলুবদা চীংলেন "ইস!" হায়না অকীবা ফাওরকই। থম্মোয়দা লোৎনা লৈপাকলৈবু য়েংলুনু ঙমদে।

হেন্না অঙকপা অমনা অদুক শাংনা চঙশিল্লক্কবা থোঙ্গাল য়ৌশিল্লক্কবা ফাওবদা তাজমহল উবা ফংঙমদবদুনি। অদুবু য়েং ওই খোঙথাং অনীদি পাবোৎ চীনবুন লাক্তুনা অনীংবগী শাজেনা নমদা থা পৃক্লীং লাঙ্গোলনা থম্মোয় হীবি লীক্লম ফাংলি। অহানবদদি লৈপাকলৈ হন্না হন্না মীৎচিনা ফল্লপ ফল্লপ হুবানদুনা চীংলেনগা মীৎচান্নবম্ববু পবেং শানা কুইনা লেপ্পুববনা করিনো চোকথরবা মীৎয়েংনা ফনদি ঙাইহাক কান্নকবে। য়েংলুবদদি লৈপাকলৈ খরা তাম্না তুংদা লৈথদুনা লৈবা উই। লৈপাকলৈনা হন্না য়েংদুনা পাখৎচবদু উরকই চীংলেন। অসুম চঙশিল্লকপনা চেক তৌবিবা মফমদু লাম্বোক্তুনা চঙশিল্লক্কে মশু মপু। মফমদু হেক লাম্বোকপদদি ম্বর অমুক্তং শাংনা হোন্দোকচৈ, পরেং শানা লেপত্রবদুদদি। অহাংবা মফম অমদা ঙাইহাকসু ফমথকবি চীল্লবা মীবক্তুদা চীংলেন। "পাক

হেক চঙলক্তেদা” হায়না মঙকতুদি উবোক্লম ব্রাংনা থাঙ্গৎলকই চীংলেন। মখা শমথবকই মুকম মুকম শোল্লদুনা, “হনুবফাও মখোয় নুপীশিংশে ঙাইহনবে হৈনবীসে ইথা থাদোক্ত্রিনে।” য়াইখোম্বসু মতেঙ পাংশিল্লকই,

“পুপু বোবোকসে লাক্ত্রেদা।”

“লাক্লনিদা।”

“বোবোক্কা অমুক চৎমিন্নবগে?”

“ঙাইখো মীবক্তা মাঙগনি। য়ৌবক্লগা চৎমিন্নৌ।”

আফ্রিকান নেগ্রো অমা খোইববা মশমদু ইফা ফাদুনা মহাক তম্না চঙলকপদুদদি য়াইখোম্বা মপুগী খূদাংদা য়ান্নবকই। ফোটো অমত্তা মশুগা নমিন্নগে হায়বদু লৌশিনবা পাক হেক ঙম্লুদে চীংলেন। মমৈদদি খঙলক্লনা মহাক্লা অযাবা পীববসু য়াইখোম্বনা মশক্তুগা মশমদুগা ঙাইহাক্তা লেপমিন্নৌ য়াদবদগী মখোয অহুম পুন্না লেপমিন্নদুনা নমম্রে। মদুগী অনম্বা ফোটো অমা পীবম্মী চীংলেনদা খূদক্তদা। মখোয় চৎখ্রবসু মশু মপু নোক নোক্তনা ফোটোবু য়েংলিঙৈদা লৈপাকলৈ চঙলকপা উহৌদ্রে। ফোঙদোকফম খঙদনা লৈতাদ্রবা লৈপাকলৈসু ফোটোদু হূবাম্দুনা উবকপদুদদি খঙহৌদনা খোঞ্জেল থোক্লা নোকথোবকই। মখোয অহুম পূন্না চঙশিল্লক্লে। ফোটো কাপ্পা কয়ানা তুং কোইন ইন্নবকপশিংগী মনুংদা অমদা ফোটো নম্লবগী অয়াবা পীথোক্লুবদে কোয়তান তান্নবক্লে। অসুম লম্বেলনা পুবা মায়কৈদা চঙশিল্লকপনা খবা খজীক লৈথোক্লু বদদি মীৎমাঙমক্তুদা ফন চোংথোবক্তুনা চপ হেক লেপ্পবে নীক নীক লাওনা — অহীংবা নূঙ।

চীংলেনসুনি। লৈপাকলৈসুনি। য়াইখোম্বসুনি। মমীত্তো অমুক উইশিল্লি। অমুকসু লাউনা পাঙথোকই। অদুগা মীৎলুই লাইজ অনীদো মীৎথক মীৎখা অনীনা ঈয়ায়থক্তা লাঙ্গোম্না খপ্পগুম খপ খপ খপ্পী। মীৎলীনা চোকথবক্লনা লৈপাক্লা শাবা মিতমগুম মমীৎতো অমুক কৃপখিদ্রে হন্না। শংত্রিক চাগদৌখে মীৎতাবক্লে মঙলানগী তাজথক্তা।

ফজবা নীংথিবৈ মঙলান তাইবংদা কোয়ঙাওনবক্লে পুক্লিনা। ব্রাখলসু তম্নবীবে। পুক্লীং মাসু শুমদুনা থেম্নীবে। ফোঙঙমদবা নুংঙাইবৈ ঈথক ঈপোম্না ঈহৌবকই অপাম-মিহৌগী হিদেম্দা। খূৎশেমগী লাইবেম্নীনা মিত্রং লাইরানা

নাউথেম্বীবি তাইবং থরায় অপাম-মিহৌগী নাউশুমদা। তাইবং হকচাংসু অহীংবনি কাউই। লশীং মফোলনি মালংগী শহুমদা। তশেংনা তাইবংগী পুন্সিদা মঙলানগী তাইবংনি। মঙলানগী তাইবংদি নত্তে, তুমখুন্দা তাউবিবা ...

অদুবু, মীৎকুপসিদা মঙফাওনহল্লি ফোটো কাপ্পদুনা মখোয় অহুম। ঙসাই মখৈ লেপ্পী খঙদনা লেপ্তুনা লৈবম্বা পবেংগী মথং মথং অসুম অসুম তেনশিনখিদুনা চীংলেনগী ফোটো কাপ্পগী মপা য়ৌবক্লদুনা মখোয় অহুম ময়ামগুম তাজগী মমাঙদা নুঙঙৌগী ফালশাংদুদা ফমদুনা ফোটো নমখ্রে। মখোয় অহুমসু মীৎকুপ্তুদা নুঙঙৌগী মী ওল্লক্রে। তাজগী তাইবংদদি নুঙঙৌগী নুঙঙৌ ঙাক্তগী অহীংবা নুঙনি লেঙলি পাল্লিবসু। হৌজিক্তি কন্নানসু ৱাই চিলহনদ্রে চীংলেন। মীৎকুপসিদা উবক্রে উবোক মপৈনা তেবা মফোলগুম অহাংবা অতিয়াদা পাইবিবা লৈচীলগা অমত্তা ওইখিবগুম তাবমদাই নুমিৎকী মশেক মঙাল্লক্তা নুঙঙৌগী মচুগা অমত্তা ওইখিদুনা অউবশিংবু মমি শামিগুম তম্নবীবি। থুমহৎলবা থম্মোয়বু পুদুনা থাংলিবা খোঙথাংগী মখোলসু তাপ্পা নাইবকই। নকশিন নকশিল্লক্লগা হেন্না হেন্নদুম নুংঙৌ মপোক্কী ফজবা অবংবা মশক্তুনা মীৎ নহাগী লংখৎপবু নমহত্তুনা থম্মোয়বু পেৎথহল্লি। পুক্লীংনা ৱাখলবু তবং মালঙদা কোয়তান তান্নহল্লি। চীংলেন লৈপাকলৈ অনীগী থাংঙমদনা থাংবা শ্রো শ্রো চিংবা খোঙথাংদু চপ লেপ্পী লেপসি হায়নবগুম। খোঞ্জেল অমত্তদা চপ মান্ননা হায়দোকখি, "এ। ..."

য়াইখোম্বসু খোঞ্জেলদি থোক্তনা থম্মোয়নুংদা হায়দোবকই, "এ।" অনীদুগী মান্নবা মতৌদুদা। অদুগা অমুকসু তুমিন তুমিন অনীদুনা মীৎতাজবিবদু খঙলক্লদুনা মপু মবেনগী খুদাংদা তাপ পায়দুনা, "পুপু, বোবোক – চঙশিল্লসে" হায়দুনা চিংদুনা পুশিল্লকই তাজ তম্না। পীক্লবা পুংজৈ অমনা চাউবা কাংখোঙ অনীবু উং উংদুনা পুশিল্লকপনা তাজগী ফন্নাক্তা দোঙ থেংগাইকবে।

তাইবংদসু মঙলান মঙলান্দসু তাইবং কবিগুরুনদসু ওইথোক্তবা নত্তে তাইবংপান্দদি। তাইবংনা মঙলান্দা মঙলাক্লবা মঙলান্দা তাইবংলা কংলাক্লবা পুন্সিসু পুন্সিনি পুন্সিদা। নৎত্রগবু মঙলান তাইবং নাইবমখিগদ্রা। থম্মোয়গী নিংঙাইবু থেম্বদা চীংলেনগী পুক্লীংসু হূবগে খল্লক্রে তাজমহল লৈপাকলৈদমক। ৱাখলগী নাপ্পদা খুৎহৈবশিংদুগী পাইজগী খোম্বাং অমা তারকই, "হূবানবনা হূবিমখৈ লোম্নাইদবা থম্মোয়গী তম্ফায়াইনি – তাজমহল।" চীংলেন নোকফেৎ

তৌজে। লৈপাকলৈনা খণ্ডখিগদ্রা হায়নসু মিপাইজে থংনবা মীৎকৃপ্তা। হায়নকবা হৌনকবা তৌদনা মাগী মাগী অনীংবনা হুম হুমদুনা পুবীববা মালংগী উবোং শুমজীৎনা খোমজীনবীবগা অকংবা উনাগুল্লবা কয়াগী খোঙগী খোঙউপ থমফমদা থম্লবি। চীংলেনসু লৈপাকলৈসু য়াইখোম্বসুনি লাইবক কৎতুনা কাখৎলক্লে তাজগী মাঙ্গোলগী থাক থাকতুদা।

লুহোংবা নুমিৎকী মমশুক মমশুকপা য়াচঙলকপদা মশাবী নাক্তা তল্লক্লিবী লাইবক ফবী আগ্রাগী তোঙলবা লাইবক্কী নল্লিবা অবংবা চন্দোলনি তাজমহল। কনানবু নাথৈবা ঙম্বগে মীৎয়েংগী লীবি। কবিগুম্বদা লমহেনবা অঙাওবা কনানা নিংঙাই চাউবী যমুনাগী শবৈনা কনমনখিদুনা ঙাইহাক মীৎকৃপ'মা অৱা পোৎথাকবদি হৌনশানি অদুসু হূবান মীৎযেংনি। য়োৎচাবীনা য়োৎকুপ চিংশিনবগুম থিংঙমদনা নমখায়বগা চঙশিল্লি চিল্লবা মীয়াম মবক্তুদা মীবক খায খায়দুনা অমসু অমসু তাজমহলগী মথানুংদুদা।

চঙলমদাইদা চিনবদি তুং মাঙতনি। মনুং য়ৌবকপদদি তুং মাঙ নাক য়েৎ মীগী মী ঙাক্তনা পৌবোন লোলল্লে। নহামক্লি খল্লুববা থৌনা ফবম্বা চীংলেন "হাইস" হায়বা খোঞ্জেল চীনবান্দে ফাজীনখিবা ঙমহৌদে। মথন্তা তাবা মাগী খোঞ্জেলদুদা অনৌবা থৌনা অমগী ঈনোৎ কাবকই। চীংলেন মখূৎ ওইনা লৈপাকলৈবু চেজেৎ কোনশিল্লকই। মখূৎ যেৎনা য়াইখোম্ববু মখূদাংদা চেৎনা পায়বি। শ্রো শ্রো চিংবা খোঙথাংনা চিং চিংদুনা পুশিল্লকই। অহুম্মক থাংবদি লেপ্পে। কাদায়দনোদি খণ্ডদে।

ঈচেলগী ঈবৈনা লৈ লৈদুনা পুবা কাউশিং খণ্ডহৌদনা পল্লাল্লুদুনা পনখোঙ খংলাক লাকথবগুম লেঙহৌ লেঙহৌ থাংবা খোঙথাংদা মঙলান্দা তাউবগুম তাউবন্বা পূম্বা মীৎকপ থোক মীৎপান লাং মীৎচি তেন্না থানদুনা ৱাখল শল্লাং ফোয়নবকই। লেংগা লেংগা ঙানদুনা মাঙ থাবা তান্নবকই। চঙদা চঙশিল্লগা মমতাজগী মংফম্মা মোং হাদনা মোমোন নোক্লা নীংঙাইদনা ওক্লম্বদুদদি থম্মোয খূজুপ চুপ্পবা ঙাক্লি। কনানবু মংফম্নি নীংশিংনবগে। অহোইনদুম নুংশিবনা নীক নীক লাউদুনা থূমহৎলবা থম্মোয়না পাথদুনা হকচাংগী মপান্দা তল্লকপা ঈচেল নাই তাকপনি। য়াইখোম্ববু চেকশিন্না শেন্নবম্বা খূৎ তপ্পা নাহোবকই। থম্মোয়না থম্মোয়গী পোৎথাফম থিবকই। কযাদি ফজবে ঙানু থঙ্গোং অনীসে নুংশি

ঈয়াইথকসিদা। অদুক য়ান্নবা চীক্লা চাইনা ঙমদ্রবা মীয়াম অদুনা থিংলুবা ঙমদে মবক খায়দুনা চীংলেন লৈপাকলৈ। মদোম হৌনকবা তৌদনা চেজেৎ অমনা অমবু অমত্তগুম কোনশিন্নবকই। খুইরবা চীনবান্না খুইববা চীনবানবু চুপচখি পেন্না। থম্মোয় মাগী নীংঙাইদা পূক্লীং মানা থেমজিনজে। রাখল মাগী চোইজানক শল্লাংসু মালংবা মাগী খৃৎশানা তপ্না তপ্না নাম্বুবীবে। অহোইননা কনাবু উকগনি থম্মোয় অনীনা।

য়াইখোম্বনা মবেনগী ফিজীদা তপ্না তপ্না চিংলকই। তাইবং মীৎকপ থোবকই চীংলেন লৈপাকলৈ। য়াইখোম্ববু তাপ কোনশিল্লি লৈপাকলৈ। লংত্রিক লংবা মায়থোংনা মোমোন তৌনা মশুবু থেল্লকই চীংলেন, "মম্বু মমশিল্লক্লে তৌবিসিদি। মীনগা ওম্থোক্লসু চিল্লে। ঙসিদি চঙলগুমসি। হল্লসিকো য়াইখোম্ববা। ঙসিগী খোঙচৎসিনা অহৌবনি। নোংমা অমুক লাক্লসি।" খোঙথাংনদি অসুম অসুম অহুমদুবু চিংথোবকই। থম্মোয় থম্মোয়নদি থম্মোয় খৃৎশানা তাজগী থোঙবা পায়দুনা কন্না য়ান্নবি। পুন্সিনা পূক্লীংবু মীৎকৃপুদা নিংঙমদবা মতৌ তৌবকই। অহুম্মক যেংদমক য়েংনৈ চীনবান কাঙথোক্লবদি ঙম্লদে। অমুকসু হন্না য়েংই – তাজমহলদা ...

কবম্না কাখৎখিবনো খঙহৌদনা কাখৎখিবা গাড়ীদুনা পুদুনা চৎলিবা লম্বেলদু মঙলৈবাক্লি। মঙলৈবাক্লী লম্বেলনা চিংদুনা পুবা পুন্সিদি মঙনি। অদুনবু গাডীদুদৈ কৃমথবদা থেংনবিবা পূম্বা তাইবংগী মঙলান্নি। বেড ফোর্টনা মাঙদা অঙাংবা ফিজোল শেত্তুনা নোকফেৎ তৌনা লেপ্লম্বদুদি মখুৎ তিংথোক্লুনা তশেংনমক মঙলানগীসু তাইবংনি। সন্নথোঙদু লানশিনগে হেক তৌবমক্তদা ঙসাই তাজমহলদা নমখিবা ফোটোশিংদু মথং মথং পীবকই। পেল্লবা পূক্লীংনা উকবা খৃদিং পংফদা ফজে। ইনৌতা নৌববা পূক্লীং রাখল থম্মোয়বু মোইথেম তৌদুনা অঙকপা অনৌবা অতোপ্পা অমনা অমুক হোইদুনা শুমদুনা পুঙম্বা তবাইদে। পুন্সি চূপ্পদা ওইথোক্তবসু কনানা খঙনি। তাজগী তমবাক্তা তাহৌরবা থম্মোয়দা বেড ফোর্টকী ফজবনা থম্মোয়গী নিংঙাই থেম্বা ফনা থেমদুনসু ফনা মখোঙ থীনদুনসু পুম্নমক মীনম্বনি। থম্মোয়না য়াদ্রবা খোঙথাং অনী অনীদু চপ হেক লেম্লী। লৈপাকলৈনা শোম্বাংনা শুকথবকই, "এ – শি ওইবে, বেড ফোর্ট হায়বদে। ঐদি য়েংদ্রসু য়াবে ..." লৈপাকলৈগী ওইনবপ তৌবা মতৌদুদা দোঙ হায়দোবকই চীংলেন, "নীংশিংননবা ফোটো অমত্তংদি নমসিসে।" হনবা লৈতে

লৈপাকলৈ, "আ থায়না মমাঙৈগীদুনিনে, নৎত্রো মখোয় পাবুং?" হনবা লৈতে চীংলেনসু, "হোইনে। তু' ফোটো কাপ্পসিসু লাক্কে।" য়াইখোম্বসু মপুগী মশুনি মবক থৎলকই, "পুপু, থায়নগী হায়ববু কবিনো?" নোকফেৎ তৌনা চীংলেন মমীত্তি লৈপাকলৈদা হূবান মীৎয়েংনা য়েং য়াইখোম্ববু থেন্নকই," হেবা ইশুসিদি, বেড ফোর্ট হায়বসে থায়না মমাঙৈগীনি হায়বনিদা। তু – লৈ মখোঙগী ফমফমসিদা ফন্নসিসে, ফোটো নন্নসি। থেঙখিনি বৃন্দাবন চৎননবা বসনা ঙাইবন্ননি।"

থৌবা হৌবকপদা ঙাইবি গাড়ীদো য়াইখোম্বা মবেনগী মতম্বাক্তা উইথবক্লে। মশুবু চেজেৎ কোনশিনবীদুনা শুম্বীবে লৈপাকলৈ। কবি খল্লুববনো খঙদে চীংলেন মৈঙালদুদা ফোটোশিংদু লৌথোক লৌথোক্তুনা হঞ্জিন হঞ্জিন য়েংলি। লৈপাকলৈসু য়েংহন্নিংই। অদুবু খঙশিন্নদা শাবা মাগী হৈনবীদুনা থোঙনাও ফাওনা কবিগুম্বা অমদা তান্না তান্নদুনা য়েংলিবদুসু মুন্না খঙই চীংলেন। খঙহৌদনা বন্ধ মূৎখ্রে। পূমমম মন্নে। কবিগুম্বদা অচীকপদুদা নাখোকপগী খোঞ্জেল মানবসু তাবকপদুদা চীংলেন শাউনিংলম্বা মশোংদু হুম্বখ্রে। গাডী থৈনবগী মঙাল নৎত্রগা মবক মবক্তা থাল্লম্বা লম্বেল থাউমৈগী মঙাল অদুফাওবনসু ঙাইহাক্তী ঙাইহাক্কী ওইনফাও গাড়ী মনুংদু ঙালহন্দ্রে। ঙাইহাক্তং তাঙনা ঙানবা মঙালদুদা তান্না তান্নদুনা য়েংজবম্বা লৈপাকলৈগী মায়থোং উবা ফংলকত্রবদুদদি খোয়শাউনববা চীংলেন ঘড়ী য়েংলকই। নুমিদাংগী পুং ১২ চপ চান্না তাবমলে। পূমঙক ঙকই। অহীংনা তম্মবক্লবদা কৌজেং হাবৌগুন্নবা গাড়ীগী নিংঙাই তৌবিবা খোঞ্জেলদু নত্তনা কবিসু তাখিদ্রে অবাপ্পদা। অথেঙবা অহীংদুদা অমুকসু পানচীবমদাই থাজগী মেঙলবা মঙাল মশেক্লা তাঞ্জাদুদা তান্না তান্নদুনা থোঙনাও মিংশেলদা ফাওজিল্লক্তুনা অমম্বদুদা উবিবা লৈপাকলৈগী মায়থোংদৈ থক্তোবকপা মঙালনা চীংলেনবু হেক হেক তম্মবীবি।

বৃন্দাবন হায়দুমক য়ৌবে। গাড়ীদগী কূমথনবে। গাড়ীদা লৈহৌবসু য়াওই। মীদি য়ামদ্রে। তবক তবকই। গাড়ী অনী অহুম নত্তনা খান্নবা উদ্রে। রাধা-গোবীন্দগী অশেংবা শক্তমবু উজবনি খনবদা থম্মোয়দা মথুম মবাং হৌ ঈথক্কী জগোয় শাবক্লে। পূক্লীংগী নিংঙাইবু থেমজবনি। রাখলনা শম্বল খাজে, ঈবাল পুম্বা কোক্লনি; অনৌবা মপোক পোক্লনি। খনজকবা নীংজকবনা পনখৈগী রাংমা লানখ্রবদা মীৎয়েংনা তান্না তান্নদুনা য়েংজবা তাইবংগী পুক্নিনি। লৈপাকলৈসু চীংলেনসু অদু মঙায়। মপাবুংগী লাইবক্কী শক মচেৎতু কদায়দা থাদগনি

লমতাকপদুগা তান্নে। য়াইখোম্বনা তফিং তফিং হংলকই, "পুপু, কবিগীনো হনুবী হনুবশিং অসিনা কাঙখনসু খনদে; ফমুংসু থাদে; পোৎয়োনশঙগী মঙ্গোল মচীসিদা পঙতূমদা তূম্নবিবসিবু ময়ূম লৈজদব্রা?" "মখোয়শিংসে ভাবতকী অতৈ মফম কয়াদগী লাক্লগা মফমসিদা লৈববা লাই নীংবা মীওই ঙাক্তনি" হায়দুনা য়াইখোম্ববু থেম্বীবি। মখূৎ চিংদুনা পুবি চীংলেননা। লৈপাকলৈ য়াম্মা ঈখৌ লাংবগী মওংদা চীংলেনগী মখূৎ লাম্লকই, "পোৎয়োনশঙশিংসে থোঙ লোইনা লোম্লম্রে। তু, অমা হাংলিসে। এ' মোইবুংগী লীকসে হোবেন্দি থোঙ হাংদবসু য়াই লৈখিসি। এ' মসিগী গোপাল দেবগী অচৌবা ফোটোসিনি ঐনা লাৎচগে খল্লিবা।"

চীংলেন লৈপাকলৈগী নিংঙাইদা পুক্নিগী পোৎলুম পূম্বা কাউই। খবা চৎলগা গোবীন্দগী লেঙশিল্লম্বা লাইশং অমা য়ৌবে অতৈদি থোঙ লোম্লম্রে হায লমতাকপদুনা। লাইশঙদুদা হেক কাখৎপগা সনাবৈ অথোনবা পবেং অমমম খূৎশিন্নবকই ঙাইদুনা লৈবম্বা লৈ পায়বা কয়ানা। হোবেন অমুক পুথোবকউ শেংফাত্তনা হায়বগুম নাশোন্ননা তাবদু থোইনা নাচুংলুদে চীংলেন। য়াইখোম্বদি লৈ পবেংদু পীবকপগা মঙক্তা থোক লাউনা হুকচিনবদুদদি লৈপাকলৈ মথবাক পায়দুনা " তৌহৈদে' মাঙঙে মাঙঙে ইশুসিদি" হায়বদুদা অমুক লৌথোক্তুনা মখূৎনা পায়বে যাইখোম্বা মপুগুম। মখোয মবিসু মবি মবি চঙলকই।

নীংথিববা অচৌবা কা অমনি। লৈমায়দু নীংথিববা অঙাংবা লৈমায়-ফি (কাবপেৎ) অমা থাই। লৈমায়দুদা চঙলক্লিবা পূম্বা পুল্লপ ফমথহল্লি লমতাকপদুনা। ঙাইহাক লৈবগা পোৎয়োনশঙ ফম্বা মানবা মবূক নোয়বা অনোক উপ্পা খোননৌবা নুপা অমনা অথাবা বোই অনী কোল্লগা চঙলকই। লমতাকপদুগী মতুং ইন্না ফম্লম্বশিং পুল্লপ হৌগৎলি। ব্রাদি ঙাঙদে। ফক্লাংদা খল্লম্বা ফিজং ট্রী ট্রী চিংথোকখি। লেপ্তুনা লৈবম্মী লৈ পবেং মবক্তা ব্রাংলা চাওববা মুশুক মুনা লংলবা গোবীন্দগী মিতমদু। তাইবং পূম্ববু পূমশুম শুমহৎলি। ইঙক ঙকই লৈপাকলৈ। শোম্থাংনবকই, "এ' বাধীকাদি উদেনা"। কোৎ অমুবা লীৎপা নুপাদুনা মেঙলবা মী খোনবা খোঞ্জেলদা তপ্না হাযবকই, "তাইবং মপুতনা তাইবং ঈপাকপু লানবীবনি। মাতবু নীংজবনা মাবু ফংজৈ ..." মাগী ব্রা ঙাঙলিঙৈ চৈবক্তা ঙসাইগী অচৌবা বোই অদুদা তিল্লিবা খূদিংগী মিং লৈফম শিনফম মশা মশানা ইশিন্নে। চীংলেনখোয়গী মপা লাক্তুনা মখোযগীসু ইশিল্লুবে। ইশিন্দবা কনাসু য়াওদ্রে। মখা তানা অমুক লাউথোবক্তে, "কনা কনাগুম্বগী লাইবক্কী শক মচেৎ পুবকপগে পুখৎলকউ।" চীংলেনসু ময়াম মবক্তুদা পীশিল্লুবে থৌনি থৌবমগী লুপা ৯৪০গা

লোয়ননা। লৈপাকলৈনা চীংনবপ, "মখোয় পাবুং উৎ চফ্‌দুবু গঙ্গাদা থাদবীগদ্রনে মখোয়না তৌবিসিবু?" হায়বকপদু থেমজিল্লি চীংলেন, " হেবা ইবুংঙো কৃষ্ণগী খূয়া থম্বাল য়ৌবসিদবু কবিগী গঙ্গা ..."

মথং থৌবম ওইনা ময়াম পূন্না লাইশোন ঈশৈ অমা শকমিন্নে। অদুদগীদি লাই পান্নবা অদুনা মখা শমথবকই, "গয়াদা লৈবিবা ষনবী ষন্নাওশিংসি নোংমা নোংমগী মশীং হন্থবক্নে। মসিগী মবমদি শজীক চাফম মবাঙ কায়শিল্লক্তবা শা ষনবু মীবায়বকপদগীনি। মসিদগী কন্ননবা ঐখোয়না মীয়ামদগী তেংবাঙ লৌজে। ঙসিদি ষনবী ষন্নাও মশীং য়ামখৎলক্নে। তেংবাঙ লূপ্না তেংবাঙলোইশিংগী মমিং লৈফম শিনফম ময়েক শেংনা তেংবাঙ মিং পবেংদা চাউনা ইশিন্দুনা ঙসি ফাওবা মীয়াম খঙনবা মওংদা থমজে। মসিবু পামজবশিং, লুপা ৬৫৫দগী তাদনা পীবিবগা মফমসিদা লৈবিবা অঙৌবা অথাবা বোইসিদা ইশিনবীয়ু। হায়বা লোইফাত্তে, ফৃক ফৃক হৌগৎনদুনা পবেং লেপ্লবক্নে। লৈপাকলৈ ৱাদি ঙাঙদে চীংলেনদা য়েংলকই ফল্লপ। হৌগৎখি চীংলেনসু। য়াইখোম্বসু ইন্নবক্নে তৌই। নঙদি লৈহৌবো হায়দুনা থল্লম্মী। পূক্লীংনদি য়ানিংদা য়ানিংদা মীয়াম মতুংদুদা লেপ্পুনা ইশিল্লুবে লুপা ৬৫৫ পীকদুনা চীংলেন।

ফমথবতা মঙায়বি মথং মথং অহানবদা ইখিবা খুদিংমক লোইনমক অমমমতা কৌশিনবা হৌবকই। হৌগত্তুনা লেপহল্লি। মীয়াম মবক্তুদা হং হংদুনা কনানা কনানো, তেংবাঙ লৌই। পূক্লীং লোঙবা ফত্তে লাইগী তেঙবাঙনি খল শৎ শৎ লাম্ছোক্লে, চাম্মা, চনী ... চীংলেনসু চনী, লৈপাকলৈ চাম্মা, য়াইখোম্বা চাম্মা ... তেঙবাঙ শেন লৌবা লোইবে। লাইপান্নবনা চে অঙৌবা ময়োম অমমম তেংবাঙবশিংদা য়েল্ল-য়েল্লদুনা মসিনা উপু মনুংদা চেকশিন্না থমদুনা তুংদা থোবক্কদবা খুদোংথীবদগী ঙাকথোক্লবনি হায়দুনা পী। খুকম খুকম্নদুনা লৌনৈ। অবোইবা থৌবম ওইনা ঙসাইমখৈ পায়নবম্বা লৈ পবেংশিং অদু গোবীন্দগী খুয়া থম্বালদা কৎচদুনা থম্মোয় থম্মোয়না চীবোল ফাবোন্নে হীকথববা পুন্সি হীবি থোক্তুনা ...

ফিজংদু তপ্না চিংশিনখি। মক্লম্বা মায়থোং ঙম্নমক মকা লাম্না লাম্না থোবকই কাদুদৈ। থোঙজীন হেক কানথোকপগা কৃম্লমদাইদা লৈপবেংগী লুপা ৫/৫ পীবম্মু হায়দুনা কনাবুসু পীদ্রিঙৈ কৃমথহন্দ্রে। পীব পীবগা কৃমথহল্লে। লৈপাকলৈনা মাংই হায়দুনা কৎলমদ্রবা য়াইখোম্বগী লৈ পবেংদুসু অমুক লৌহৌই

মুলহৌদেদা হায়বগী মতৌদা। থল্লম্বা খোঙউপশিংদু অঙাং মচা কয়ানা অমোৎপা ফদি মচেৎ অমমম পায়দুনা খোঙউপ অমমম শেংদুনা লৈবমই। অকোয়বদা লেপ্লম্বা অহন নহাশিংনা খোঙউপ শেংবীবগী অৱামন লুপা মঙা তবাদং অঙাংশিংদা পীবীবম্মু হায় খানা খানা য়েংলদুনা। পীনিংদা পীনিংদা অচোইবা তবা চৎপী থি থিদুনা পীনৈ। লৈবাক মচা তাবা মতৌ ওইনা তৌনৈ ঙম্নমক। *অচোইবা য়াওদ্রবা অহন অমখল্লা লুপা অনীদং পীকবদা নহা খরা য়াওনা লম্বেলদা* তান্নবক্তুনা মঙা পীদ্রদি য়াবোই হায়বদগী চীংলেননা মশক খঙদবা অদুগীদমক লুপা মঙা চৎপী অমা অঙাংদুদা পীবম্মী। গাড়ী মনুংদা ঙসাই মখৈ ফল্লম্বশিংনা থাল্লিবা মৈঙালদুদা মবি মবি কাখৎলকপদু উই, শুক্তোল্লবা মায়থোংবু পূবিবা পূম্বদো।

# ১৬

**নুমিৎ** য়ুংবা মতুং পুং ১২ তাদ্রিঙৈদা চৎলো তাল্লকই। গাড়ী থৌদোকখি মপা ওক্লনবা চীংখৈ মথন্তা। শানৌ তাঞ্জাদুবু ঙাইবদা ওম্বোক্লা ৱাক্ববনি। হৌজিক্তি মিহুন তিং তিং চোংবা হৌবক্লে। মতৈমশিংগী য়াথংতা মঙায়বে। নোকফেৎ তৌজনা শানৌনা মতৈমবু হূবান্দুনা য়েংজে। খঙদবা নত্তে শকহেনবী। হায়বকই, "শানৌ, চাকখুমদা ঐদি য়েনশাগী মেগী হৌবগা থল্লল্লে নঙ অমুক্তা লৌকচো। সে, শোসে।" শানৌ খংগ্রেক খংই। শোদু পায়বগা তন্না তন্না থোকখি। থম্মোয়দদি নীংই, থুনা হল্লক্লে। খোঙকাপ লাওবকই শানৌ।

তাঞ্জাদুতবু তাল্লুম্বা থংনবা পোৎয়োনশঙগী মপু মবুক নোয়বা শক্লৌ খূৎলৈ থুনা হাইজিল্লকই। শকহেনবীদা ফল্লপ ফাওবা য়েংলমদনা গম গম চঙশিনখিদুনা মনীং থংবা মনুংগী কাদা পোৎ থল্লিবা হিদান মচাদুদা ঙেক ফমথে। স্বব অমুক্তং শাংনা হোনদোবকই। মঙক্তু য়েৎ ওই ক্রোক ক্রোক থেকই। মোমোন তৌবকই তবংদা তাউদুনা। শকহেনবী প্রপ প্রপ পোৎয়োনশঙদগী মপান থোবকই। নাক য়েৎতা কোয়না লৈনা য়েংলকই। মী পাথবকপা তাঞ্জাদুদা অচৎ অওক খবা নত্তনা কনাসু উদ্রবদুদদি খূৎলৈ থুনা চঙলক্তুনা শক্লৌগী নাক্তা তপ্পা ফমথবৈ মোং হাদনা শকহেনবী।

শানৌ য়েক্লবনা তান্নবকপগুম মীপাই থবাইদা থৌই স্কুটবদু। য়ৌখিবা খঙহৌদে। লৌথোবকই মেগীদু। হাংদোক্তুনা য়েংলুই, "ইস' হাউবনিদা।" খূৎলৈ থুনা চখোম অমতং তাপ পায়দুনা মবি মবি থদৎলগা লেক লেক লাউবা মেগীদু চিংখত্তুনা চাশিল্লি। মবৈ পোকই। খংগ্রেক খংই শানৌ। চাশিনসি কদায় ওৎথোকসি কবম – হায়ফেৎ ওৎথোক্তুনা মখূৎনা পায়বগুমসু তৌবম্বা শানৌ, "হুম" হায়দুনা প্রপ প্রপ থোবকই। শগোন থৌগুম থৌবকই স্কুটবদু। য়ৌখিবা খঙহৌদে পোৎয়োনশঙদু। শাহুম চাউনা নোকফেৎ তৌনা চঙলকই শানৌ পোৎয়োনশঙ মনুংদা। শ্বায় লাউই শকহেনবী লৈবমদবদুদা। চপ লেপ্তুনা ঙাইহাক চঙক মায়ঙকনৈ। তাবকই নোক্লা নোক্লা শকহেনবীনা শোম্বাংনবকপদু, "খুনু কাজনি অমদু লাক্লদি।"

শক্লৌনা খুম্বা নংহৌদনা শানৌনা শমজীল্লকই, "ইতৈমশিমা, ঐ চঙলক্লগে।" য়াম্না পাখৎনা শকহেনবী, "ঙাইখো! – হৈ – শানৌ চঙলকপা য়াদে। অদুদা থল্লম্মু। ঐ থোবক্লগে। চঙলকপা য়াদেকো শানৌ" হায়দুনা ফূক হৌগৎলকই। শক্লৌসু কাওখদা চঙগে তৌই। হৌদোং মচা লুশমদা তাপ লাকপগুম চিংথোবকই কাওখদগী শকহেনবীনা শক্লৌবু। অদুগা য়োংউপু মনুংদা কীং লাউনা নমশিল্লগা শো লোনশিনখ্রে। "তস – কমদৌই" স্বব শাংনা হোন্দোরকই শকহেনবী। খোঙথাং মখোল থোক্লা মপান থোবকই ফিজংদু হাংদোক্নুনা। মখূৎনদি চেংনা পায়বিবা শোদু থমদনা মখূম হাংদোক্নুনা য়েংশিন্নৈ মেগীদু। শানৌনা পীশুম শুক্লিবদুসু খঙশিন্নদবা শাই শকহেনবী।

কনাগুম্বা অতোপ্পা অমগী শহুম ফংই শানৌ। কবম্মা ফাশিগে খন্না মনুংগী কাদা চঙশিনখ্রে শহুম চাউনা। কাঙখা লুখা কচিন কোয়া কোয়য়েং য়েংই। শানৌগী মতৌদুদা "খন্ননবগসু শাবিনে শক অসে" পূক্লীংদা খল শকহেনবী লাউবকই, "কবি থিবিনো, শানৌ?" "ঙাইহাক্তা পোৎথাগে তৌবনিদা ইতৈমশি" খুমই শানৌ। "হো কান্নববোইএ, থোবক্লো – হৌদোং। ওকেদগী অতাওবা খবা লৈক লাকউসে" হায়বদগী শাওনিং শাওনিংনা থোকখি শানৌ। তুং ইন্নদুনা শকহেনবীসু মপান থোবক্নুনা মী কোয়না য়েংই। খূৎলৈ থুনা চঙলকই।

মিহুন তীং তীং চোংদি চোংই হায়ববু ব্রাখল লৌশিংদি শুকমাঙ মাঙদে শক্লৌ। স্ববসু ফুনগৎপগুম হেক হেক তৌবকই। শোশিনা হাংদ হাংদ্রগদি কমদৌনি খল থোইনা মীপাইবা পোকতবদি ঙমদে। মফমসিদা অমুক চঙলবোই হায়না কয়াবক্লি মমাঙদা লেপখিবা। অদুবু ঙসিদি তশেংনা ব্রাশক্লে, "অমুক মফমসিদা চঙলবোই পাখঙবনা খঙসনু।" মতোমতা হন্না হন্না মবায়বক্তা খূত্নুম্না শুজীনজে য়োং উপু মনুংদুদা। শ্বায় লাউই শো থিনজীল্লকপৈ খোঞ্জেলদু তাবদা। দোঙ হাংদোবকপদা থৌশাদনা নোক্নুনা লৈবম্মী শকহেনবী। অহোইনদুম লক্লবকই – "কূমথবোনে হাদা খোইমু খোইবাবা।" ঈশিংদা তাব্ববা হূইনাউগুম তথক তথক শকহেনবীবু মুন্না য়েংদুনা হায়বকই শক্লৌ, "য়াবদ্রো – হা?" "হা হা ..." চীনবাল খুম খুমদুনা নোকমিন্নৈ শক্লৌ শকহেনবী। তয়াং তশোইনববা শক্লৌগী খোঙথাং মখোল থোক্লা খুদুপ থাবকই। "পাখৎলুবনু মীপাইজাউ" হায়বা শকহেনবীগী ব্রাহৈদুদা খবা খজীক তপথবকই থোঙজীন হেক কাম্থোকপগা শক্লৌ। অদুবু মসিমদি মচীন্দা শোক্লি, "স্ববসে চনীং হেক তাবেদা; অনীমক।" তোপ্লোপ মমৈ ওইবনবা কবিনো পোৎ লৈবসু হেক লাক্তে। হিদান্দুদৈ কূমথকদ্রে; হীগুনা অদুম লৈহৌবে শকহেনবী।

শানৌ হৌদোং চফু ওম্বগুম মখোঙ ঋাংনা ঋাংনা থাংদুনা তুমিন চঙলকই। মীগী শমিন তাবকপদুদা শক্নৌ অমুক চঙলক্লবোই নীংদুনা শ্বায় লাউবকই শকহেনবী। শানৌ ওইবম্বদুদা নে তাজে। খংপা পাখৎপা শা, শাওওই ওইনবকই, "এ! হৌদোং নম্বোইবা নঙ ওইবে। ঐদি মিহুনগসে আ লৱাই লুতোন শাংলুবে।" ওইনবপ তৌবকই শানৌ, "সিবু কদায়দা থমগনি।" ইথৌ থৌশাদনা, "কবিনো অঙাং মচাদৌনা উপু মথকসিদা থম্মুদনা। ঙাইখো শানৌ, ঙসিসে নতৈমশি ঈহে হেক হৈনিংদেদা। পংতুমদা তুম্লিংই। খোঙ খুৎশে শজীং হৌবগুমসু তৌই। ঈগা অমত্তা চেন্দ্র জাংলনে তৌবিশিবো। অমুক্তা তাপ তাপ খবা পাযবকউসে" হায়বকপদুদা শানৌ মোমোন তৌনা ফমথবকই। হায়বকই –

"খুৎ হান্না পায়য়ুবা?"

"হোইনে, খবা কন্না ... এ! অদুদি কনমনখ্রেদনা ..."

"ইতৈমা ননাওনা ঙকপসে ইতৈমগী শকসিনি।"

"কবিনোনে শানৌ নঙনা ঙাঙলিবদুবো – হা ..."

"হেবা ইতৈমা! চাকখুমদনা ইমোইনু, লমযাইদনা লল্লৈমা, পোংয়োনশঙসিদনা লনলৈমা, শক্নোন য়াম্বী ইতৈমা ননাওদি লৈবাক্কী অথিং-অবাক (বন্দ ব্রোক্কেৎ) তৌবক্কনি খনবদা কোকচাউবী ফুং ফুং কায়। নোংমাইজীং নুমিৎসিনগা শাংলিবা ..."

"ইবুংঙো নুপীদো অমা থিজীন্নবা তৌবসিদো লাযনাদুনা হেনজিল্লকত্রিঙৈদা।"

"হায়সু হায়বনি ইতৈমা। ঐদি পোংযোনশঙসে হেক ফল্লিমখৈ মদুমা ওইথোক্ত্রে। ফনা খল্লুববনি থম্মোয়সিনা শুকয়া হেক য়াদে।"

নোকথোবকই শকহেনবী। শানৌসু হৌনা নোকথোবকই। নোকপৈ খোঞ্জেল্লক্তা তাবকই ফক্লাং ঘড়ীগী – "দাঙ," শকফম শৎ হনজিল্লি শকহেনবী। "সে হৌগৎলসি। পুং অমা তাবে দ্রুবাশাদু লাক্লনি" হাযদুনা ফুক হৌগৎলকই শকহেনবী। তাঞ্জাদুদা ত্রাইবেল অহন অমখক্লা খোইহী য়োনবা লাকপদুদা শানৌগী অশাওবা পূম্বা হৈজীল্লি। শিথ শিথ নোক্তুনা মকে শেম্মা শেম্মা

কবেম্নবকই শকহেনবীনা, "হাই কৈদৌবগেনে শানৌ?" থোইনা তাকদ্রে চিনা ক্লেগী লৈবোং হকপা অপাকপা পুখম অনীদা মেগী লৌথোক্লুনা চানবা শেম শাবি শানৌ। শকহেনবীনা লৌ লৌদুনা চাবা হৌবকপা তাঞ্জাসিদনি য়াইখোম্বা মপা মচা মখূৎ শম্নদুনা চঙলক্লিবা। য়াইখোম্বা মমা তম্না চেনশিল্লকই। মমানা মচাবু চেজেৎ কোনশিল্লি। অমুকসু চেপথ চেপথ মচাবু য়েংনা লক্লবকই শকহেনবী,

"ইচাবু কবি কবি লৈবকই। ইচাদি য়াম্না ফজবন্নেদনা।"

"মমা, তাজমহল। যাম্না ফজ্রে। ইমাগীসু ফজবা ফি অমসু লৈবকই..." শানৌনা মবক থৎলকই,

"মামোগীদি কবিসু লৈবক্তবা য়াইখোম্বা?"

"হাওবী য়াম্না লৈবকই।"

"কদায়, মামোদা পীবোদনা।"

"য়ূমদা লৈহৌবে ... আ –"

"মমাদা হায়য়ুসে, দিল্লীগা ইম্ফালগা কনানা হেল্লি ফজবসে?"

"মমা, দিল্লীনা য়াম্না হৈল্লিদা। দিল্লীদদি তাজমহলসু লৈ। নিংথৌগী কোনুং অচৌবসু লৈহৌই। কৃষ্ণসু লৈহৌই। অচৌবা ত্রেন কয়াসু ..."

"ইচাবু দিল্লী চৎনীংলিব্রনে হা (চিংখৈনা মচাগী মতৌদুদা হায়বকই) –"

"বাবা, চৎখিনি। পুপুগা বোবোক্সা ঐখোয় অহুম মালওহি তোংদুনা চৎখিনি।"

"এ! কনানা হায়বিবা?"

"অদুবুবো – পুপুনা।"

"ঐসু খবা পুবীয়ুদনা।"

"পুবীনি – বাবাসু।"

"এ! মমাদি পুবীবোইদবা?"

"মমাসু পুবীনি।"

"য়াইখোম্বা মামোদা হায়য়ুনে কৈদৌবা চৎতোইনো?"

"উম – ঐসু লাইবিক ইবনি। মনা লৌবা চৎতোইনি।"

"এ! মাঙলে – মাঙলে – ইমাদি। মদু য়াদোকো। ডোক্তব তম্বা ওইনা চৎতোইনি। মমা বাবানা মালঙহিদা থিনবীনি।"

শানৌনা চানবা মেগী পুখম মচা অমমম পীবকই। য়াইখোম্বদি চানীংদে হায়দুনা চাও হায়বা য়াদ্রে। ফমদুনা লৈ। মমানা মাগী শকক্তু চিংশিল্লি। নোক নোক্তুনা মখোয় অহুম চামীন্নে।

# ১৭

**অঙনবা** অয়ূক্তি। মহৌশাগী মহৌশাগুম লৈবক মচাদা ঙাইহাক ঙাহৌ ঙাহৌ চৎলস্বদগী চঙলকপদা থোঙ্গান্দা তাদুনা লৈরম্বা পাউচে পুশিল্লকই চীংলেন। অহানবা লামায় চৎনা চৎনা য়েংলুই। উবকই, লাববা ময়েক্লা "নোংমৈ পায়বা খবনা ফাবগা পুনম্বু ইজৎ মাঙহল্লবা তুং থৌবি য়ানশিনবীবনি"। মখা য়েংলুদ্রে। শুপ্লাই পায়শিন্দুনা চাকচা-ফান মথক্তা লংশিল্লম্লগা মমায় মমীৎ শেংদোক্লগা ফানশাংদা ফমথবতা মঙায়বি। চাকচা-ফানদা লৈবিবা চা কপ্তু মখূৎনদি পায়বি হায়ববু চীনবান ফাওবা থেংখিদ্রি। হান্না ফমদুনা লৈবম্বা লৈপাকলৈনা পাউচেদু অমুক পীশিল্লকই চীংলেনদা। মখূৎনা থিন্দুনা শি অমুক্তা পাবিয়ু হায়বকই। থোইনা থৌশাদনা মমীৎনা লৈপাকলৈদা কোম্লপ য়েং চাদু অমুক্তং চিংবা হৌবকই। অদুগা য়াম্না হৈনিংদনা হায়বকই,

"ঐ মদু খঙলে। পাবা তন্দুনা পাদ্রবনিনে।"

"অদুবু কবি কবিনো খঙজীনবদি ফৈদনা।"

"মদুবু খঙলুবগী কবিবু কান্নবিবগে?"

"কবিনোদা, ফবসু ফৎত্রসু মমাদুনা পোকপা ওইজবসু মখোয় পাবুংগী ইচা নত্তে হায়বা যাখিগদ্রনে?"

"অয়ূকসিদা অমুক হৌবক্লবা চোইবোন্দো?"

"ঐদা হায়জববোইয়ে। পাউচেসিদি অমুক্তা পাবীয়ুদনা।"

"কবিনো মমা ঐ মদু পাবা চহীসিগা চান্নদ্রে হায়বেদনা।"

"ফবেনে, মখোয় পাবুংনা খঙবু খঙবীবদি। অদুবু লুহোংবসু হায়বক্তবনিনা খঙহৌদ্রে। ফবসু ফৎত্রসু ইচানি। কবিনো বাখল খম্থবীবদি ফত্রা খল্লিদা।"

"করিনো, কনাগী লুহোংবনোনে মমা?"

"এ! মসিদি, তৌওঙ্বীদুগী মচাদুনিনে। কবি – মমিংনা লৈশাবী। ফববনি লুহোংখিবদু। হায়বক্লন্নবসু ঐদি লুহোংবদু খক য়াওবল্লোই। মদু খঙদুনা মখোয়না হায়বক্তবনি। য়াম্না ফববনি।"

"মীনা কবিবু হায়নবিগবা?"

"মীনা ঙাঙননীংবা মচীন্দুনা পেন্না ঙাঙনজসনু। ঐ মদুদা কবিসু নাচুংদে।"

লৈকায় খুন্নাই কিবা মানবা লৈপাকলৈগী ৱাঙাংবু চীংলেননা নমহৎলকই। চীংলেন খোঞ্জেল কনখৎলকই "খুন্নাই! খুন্নাই! খুন্নাইগী শকক্তা ঐসু য়াওবিবনি। খুন্নাই হায়বসি মী মীগী শাজৎ লীচৎনা পুন্দুনা পাঙথোক্লন্বা হিংলিঙৈগী মহিংগী লীচৎ উৎপা শকওংনি। কনানসু খুন্নাই অমগী কুয়োম্লুংদগী নাম্থোকখিদে। নাম্থোক্কে খনবসু মশীং য়ামদে। ঙমসু ঙমদে। অদুবু – অফ ফত্তা অনীনা য়েৎন য়েৎনদুনা চৎলি তাইবং লীচৎ। খবনা ফত্তববু অফবা ওইনা লৌদুনা অদুম লোইখি। খবনা অফবনা ফত্তববু চুমথোক্লবা হোৎন হোৎনদুনা পুন্সি লোমখি। অদুনা খণ্ডদ্রগদি খণ্ডদ্রে, খণ্ডনা খণ্ডনা খক তিংখংদা নেৎলোইদবনি।"

চীংলেনগী ৱাহৈবু তেমশিংনবা মানবা লৈপাকলৈগী "অদুবু য়াবদ্রনে?" হংবা ৱাহং অমনা মচীন লীশিং লোঙবা হৌবকই, "য়াবা য়াদবা অনীসিবু খেন্নবিদ্রা ঙসিগী তাইবংদা। য়াদবমখৈ অয়াবা ওন্থোবকপদা থোইনা হেন্না চাশিন চুশিন্নবক্লবা মতমসিদা য়াদবা কবিবু লৈবিবগে? য়াবু য়ানদ্রবা লাইমক্লা য়ানখিবা ৱাফমক ওইববসু চন্নফম লৈতে মালেম থকসিদা। অদুনবু – শাশিন্নবা শকখঙচে পায়দুনা অৱাঙবা ফমথোন পায়বা মকোক থোংবা ফম্নাইবা (ওফিসাব) কয়ানা মখা থাবা মতীক চানা অৱাঙবা শকখঙচে পায়জবা শেংফাৎত্রিবা শিন্মী (এডহোক কর্ম্মচাবি) কয়াদা শত্রংগী পো কাওদুনা থাংদোক থাংজিন হাপতোক হাপচিন তৌদুনা শান্নবিবশিংসে ঐখোয়গী ইমাঙমক্তনি। কনানবু থিংবা ঙম্বগে। মায়কৈ খুদিং য়েংদা য়েংশিল্লুববদি পৎশিল পুমশিল্লক্লবনি লৈবাকসে লৈপাকলৈ।"

ৱাফমসিদা লৈপাকলৈ মোমোন তৌ য়াববোই হৌনবীদো হৌবক্লনি খন্দুনা ফাথবকই, "হো ফবে – ফবে – ৱাফমদো ফন্মাংদগী খাংঙেনফম য়ৌখিদৌবে। হুম – চাকখুমদৈ লমজাও থোকখ্রে হায়জবনিদা। চাদো ইঙগ্রনি। তলদু পায়বিকবনু থাউদা তাউবা ওইবমাল্লে। সে, সেমসিনবু হেন্না ফবনি। লফোইসু সিদা লৈজবে।"

চীংলেন থকপা কাউকববা চাদু থকপা হৌবকই। লৈপাকলৈনা লফোই খোল্লগা পীবকই। তংখাই অমতমক লৌদুনা চায়। সেম খোল্লিবা লৈপাকলৈগী মতৌ য়েংনা য়েংনা চীংলেননা, "ঐগোন্দনে লৈকায় খুন্নাইসিগী মবমদা ব্রা ঙাঙহনগনু, খঙলেদনা" হায়দুনা চানা চানা ব্রাফমদু তেনশিল্লকই। ফবেদা খন্দুনা লৈপাকলৈসু, "ঙবাং ডোক্তবনা হায়বীবস্মদু খবা নীংশিংবীয়ু। অনাবা ফবা হায়বসি নাবিবদুগী ব্রাখলগী মখা য়াম্না পোল্লি।" মখা শমথকবে। অদুবু অনৌবা পুব্রাবী অমমুক ফাকতোকপা হৌবক্লে চীংলেন লৈপাকলৈদা, "ঐ নখোয়না লনাই লায়েংশঙদা (ক্লিনীক্তা) নিংথৌকাবদা চৎলুসি হায়বদো ঐ যাদেকো। ব্রাফমদু মখা অমুক তাবক্লনু। নমা নচা পাউ ফাওদোক্রৌ। মাবুসু ব্রাখল তাহল্লু। অহনবু লায়েংলগা নহা হেক্তা ওম্থোকপা য়াবদৌনা খল্লিনে।" লৈপাকলৈ মতৌ মান্দনা মমাংঙৈগী ফাগী অমা থেৎচল্লকই,

> "অমুক্তা তপথবীখোদা মখোয় পাবুং। হৌজিক্তি খোঙহৌ থেঙহৌববদি চহী ৬৫ হায়বসিদি লুহোংনবিববু ..."

> "ঙসিনে ব্রা কয়া ঙাঙনীংদেকো –"

"কৈদাদুদা হায়বনিদা" হায়দুনা দোঙ লাউনা লৈপাকলৈনা হায়দোক্লুবগা, "শাওবীনুকো" হায়বদু তাদবমখৈ চীংলেন চাননা শাউবক্লে, "এ! কবি – কৈনো কৈদা হায়দি?" চেনবদা হিংদ্রবদুদদি লৈপাকলৈসু চেল্লুদ্রে, "কৈদাদো – চাক্তি চখোম অমখক চাবগা চাবা য়াদ্রে – য়াদ্রে – ফূক হেক্তা হৌগৎলি। অহীংদনা কবিনো নাহেবিবা। অদুগা হকচাংনা য়াম্না ফবি ..." খোয়দৌ থীৎলুববা চীংলেন মখৈ ফংলকপদুদদি ময়াঙলেন চুল্লকই। ফিংগৎলুববা মসোংসু হম্থবকই, "নখোয়না খঙদ্রেনে, অনাবদি লোক্তুনা থম্বা ঙমবা নত্তেনে। ঐ সিদা লৈবে হায়দুনা ফন ফন হেক্তা চোংথোবক্কদবনিনে।"

মোং হাদনা হনবা কৌবদি লৈতবা লৈপাকলৈগী, "খঙদেদা, মখোয় পাবুংদি অনাবা লোইববু ওম্থোক্লসু হৈনৈ" হায়বদুদা, "নঙ ঙসিনে" হায়দুনা চীংলেন ফূক হৌগৎলকই। লৈপাকলৈ চীংলেনগী খূদাং তাপ পায়বকই, "কবিনো ঙাইহাক্তদি ফমথখোদা। সিফাইদা ওইবিবোই নীংবীবমাল্লেনে।" চপ লেপ্তুনা চীংলেন মখা তাবকই, "ঙাইখোনে মমা, ইশু ওকপা মতম য়ৌরক্লেনে।"

চীংলেননা তপথবকপা উবকপদুদা লৈপাকলৈগী হৌনবী হেন্না নৌথবকপীদো হৌনাশানি, "ঙবাংতা নংত্রো ডোক্তবনা হকচাং ব্রাহনগনু হাযবদো। ইশুদো ঐ লৌজক্কবগে। হয়েংদগীদি অয়ূক্কী খোঙনা চৎপদুসু শুম্যাংসিদা হঙ্গৎ হন্দা চৎপীবো চপ মান্নবনি। শোয়দ্রগতা লোইবে।"

মীৎকূপসিদদি লৈপাকলৈনা চীংলেন মবেংজুম পায়দুনা ফানশাংদা ফমথহনবদু অঙাং মচাদৌনা অদুম য়াবে। তানজাসিদনি অহল অনীগী মতৌদা শকহেনবী তিংঙক মায়ঙক্লনা ঙাইহাক্তি লেপ্তুনা তুমিন লৈকবে। ঈশিং কোনদগী ঈশিং শোককে লাকখিবদু ঈশিং শোক্তনা তুং হন হন্দুনা চাকখুমদা অদুম চঙশিনখ্রে। "ইশু লৌকখিগেকো" মমৌদা হায়বন্নগা লৈপাকলৈ কোষ্লোঙলোমদা থোকখ্রে। শকহেনবী ঙসিদি ঙহানমখৈগা ইমান মান্নদনা হীগোক্কী শামতু ফনেক অমনা খুবোম মপাদা কৌবপ ফিজীন মচীন মখা ইমান হেক মান্নদনা কোমগোম যেপ্লোই শেৎপোই তৌই মখ্বাংদা। মনুংগী ফিনা খূমিত্তা ঙাঙশং ঙাঙনা পদ্রাক পদ্রাক য়ৈ। ফিসু ইন্দে। মখোয় উহনবা মখৌবি লাউনা কোৎথোকপা তপ নপ্পী ঙাঙশং ঙাঙবা ফূবীৎ অমনা হকচাং কয়াৎশিংবু চেজেৎ নমদা হাওতা লাকশিল্লী! থবক লোক্কী মিহুন চোংবদু ফাওবদা হেক চোংই ফূবীত্তু। থৌশা ব্রাশাদে। তোংলিবা ফিনাৎকী মনীংগী মতোনগা খোঙনীংগা কন্না য়ৈশিন্নবে তাক তাক লাওবা মখোল মবক্তা শীৎ শীৎতুনা লময়ায়দা চৎপগী খোনজেলগী মবক্তা তান চানা থোবকই মখূত্তা ঙসাই পায়খিবা চাগী সনাবুলদু পায়দুনা। হায়বকই, "পাবুং – ঈশিং শাবে। চাইথবীবা য়াবনি।"

শ্বায় হেক লাউই মতৌদুদা। তশেংনা লব্রাই লুতোন শাৎলি চীংলেন। নঙহৌদে। লম্মে থানবীমক্নি। থুনা চৎখি। মীৎ কূপ্তবমখৈ য়েংদুনা লৈহৌই। ফাথবা ঙমহৌদনা হায়দোকখি,

> "ওষ্লোকইদকো ঐগী ইচা চীংখৈগী মবায়বকসে। মাঙলনি শোয়দনা মাঙলনি ইচাসে। ইস! কবমদি তৌনি। হৌজিকপু ... অঙকপনি হে নুপী, মমাগী শক্তমদা থবায়বু নাউয়োক নাউথেম্বী। অদুগা – অদুগা অমুকসু ... য়াবোই – মখোয় ঙম্না ঈভকী শক্লোন পুবিনি। তাইবংদা তম্নলাই কুম্মৈগী লাকপনি। কূ কেবিবনি। কুম্মৈ মানা লোইদ্রিঙৈ লান মাসু তৌখিনি।"

"পাবুং, কবি লমদনো লান হায়ববো?" হায়বা খঙহৌদবা শকহেনবীগী ৱাহৈদুদা "হা" হায়না খংবু খংলুবে চীংলেন। মমায়দি লৈথোক্লুদ্রে। পাউচে থাঙত্তুনা মমায়দু খুমজীল্লি। কবেম্লবকই, " লান্দি লান ঙাক্তনি মফম খূদিংদা। ঈশিংদু থন্নুবো। থুনা থোবকউ। ঙসিদি পাবুং ৱা অমা হায়গে।"

তাঞ্জাসিদা চীংখৈসু অযূক্কী কোয়থোকলুবদগী হল্লকই। মাঙ্গোন মচীদা ঙেক ফমথৈ। শকহেনবীনা হোবে হোবে থোবক্লগা, "কবি তাকপীগদবা পাবুং" হাযদুনা চপ লেপ্পী। চীংখৈসু তানবা খবা কল্লপ হায়বকই চীংলেন, "ইচাশিদি মুন্না তাও। ইচাদি ইচানুপী অতোনবীনি। য়েংঙোই, ইপা ইপুনা চংনবম্বা চংন লোনচংতৈ শম্না মফে অমা খক লান্না চংকে খল্লুনু। ৱাখল খনবা হৌবা হাযবসি থবক্তু তংখায হৌববনি। খল্লুববা চংলবনি। চংপু চংলবা চংন-লোনচত্তে তংখাই অমা নাথৈববনি। শিননি যূম পানবা লৈঙোইদৈ হেন্না কৃপই হায়নবিবা। ইচাশা কাউগনুকো।" শকহেনবী অচাকপা মৈবীগী মনাক্তা লেপ্লগুমই। থৈদুনা চংখিগে তৌববু মকুবোক্লা খাম্বদৈ উযুং শানা লেপ্লি। চীংলেন মমীত্তি পাউচেদা য়েং মখাক তাল্লকই, "য়েংঙোই, লৈশাবিঙৈ চানিংবা চাবা, শেংনিংবতা শেংপা পকচবনি। মৌ হেক ওইবদগীদি নোংমা নোংমগী য়োংষ্টীং ফল্লাংনা ক্রক ক্রক ফাজীল্লক্লিবনি। থদংকে খক খল্লোয়দবনি। মতম্না নোংমদি শোয়দনা থদংচখিগনি। মদু ঙাইগদবনিকো ইচাশা। নথৌ তৌজকবো চংলো চংলো।"

"ফনি পাবুং" হাযবল্লগা শং শকহেনবীনা লৈথোক্লুন. খোঙথাং অমা অনী থাংখিবগা চীংলেন শোম্থাংনবকই, "ঐদি মী থাজদবৈ লায়নাসে কোক্লবোই।" "ইহে" হায়দুনা মকুবোক্লা খংলাও লাওবকপদুদা শকহেনবী খোঙথাং লকক তৌবকই। চীংলেননা "ইচাশা নখোয়বু কোং চাননবা কবিদি লৈবে" হাযবকপদুদা শকহেনবী তপ্লপ খুল্লকই, "পাবুং মখোয় তামোনা ঙবাং লৈবকপা হৱাই মতোন খবদি লৈবে।" চীংলেন ফৃক হৌগত্তুনা, "ফবে ফবে ঐসু চাইথবনা ফবা তাবে" হায়দুনা ইকজফমদা চঙখ্রে।

কোম্থোং হেক লানশিনবগা য়াইখোম্বা হৌদুনা চেল্লকই মপা তম্না। মবোক্লা অঙাং মচাদৌনা মশুগী খাওদু য়াম্দুনা চঙলকই। মাঙ্গোন কাখংত্রি হংলকই, "ইবুংঙো নপাবুংদি?" চীংখৈনা খুম্বা নংদে, শকহেনবীনা য়াম্না তৃকথনা "পাবুং ইকজবি, ইমাসু চাইথনবা তৌবীবো; কুমওন যৌবমদু (ফিবোইদু) ঙন্না

চৎসি ইমা" হায়বকপদু তাঙমদনা, "মৌ নখোয়বু নকোক নকদু ফি অমনা কূপশিল্লুনে" হায়বল্লগা ইমুং চঙখ্রে লৈপাকলৈ। শকহেনবী চীংখৈদা ওনশিল্লকই, "মখোয় তামো কবিনো উংদুনা লৈবীবিদুবো? অয়ূকসিদা হেলোইকা ওক্লবীবক্লব্রা? ইবুংঙো, ফূবীত্তু মমা লৌথোককেসে" হায়দুনা য়াইখোম্বগী ফূবীৎ লৌথোকপিবি। চীংখৈসু তাপ লাক্লকই, "ফাগী নত্তে। ঐদি ঙসিসে হেলোই অতোনবীদো ওক্লরবে। ওম্লোক্লসু ফজখ্রে ..."

"কবি! কদায়দা? হা ..."

"য়ূময়াইদা —"

"ইবুংঙো. ইমুংসে মৈখু কানবে। চাক চাকবসি লাকও।"

# ১৮

**ওসিদি** য়াইখোম্বনা মবোক্কা লোয়নবা তম্ফা মকুবোক্কী কুমওন থৌবম চৎকে নিংঙাই তৌবদা খাম্নদ্রে চীংলেন। চীংখৈনা পোৎ য়োনবা থোকপা ওইনা মমাগা লোয়নবা শকহেনবী পুখ্রে। লৈহৌবিবসি মথন্তনি, চীংলেন। পূমহাং হাঙই কাসে। য়েংলু য়েংলু খূদিং মীৎফম হোংবসু য়াখিদ্রে। তপ্না হীপথবকই ফমুংথক্তা, অশিবনা খূৎশম্নবীববা মল্লবা পুবদা চোকথববা কীম্বক্লবা হকচাং পোল্লাং। অচীকপা তঙ্গাদুনা অমুক্তসু কবেম্নবীদুনা থম্মোয়দা পূক্রীংদা ব্রাখলদা মওন মওন খল্লক্লে মহৌশাগা মান্নদনা চীংলেন,

"ঐনা ঐগী শম কোই কক্তুনা
কৈদৌঙেনো ঐনা ঐগী ব্রাশক ঙাক্কদবসিবো?
ব্রাশক ঙাক্তে তেমশিংনবিবা পুন্সি
কবম্না পুন্সি নংতে নমথাক্কদৌবিবা?
ব্রাশক শক্তবা পুন্সিবু তাইবংদা
কবম্না অশিবগী শকওংগুম্না উকগনি?
ব্রাশক – ব্রাশক – ঐ – ঐগী ব্রাশক
ব্রাশক নঙবো কনাগী কবিনো?
পুন্সি পবৈ লৈদুনা কিঙম্বা
উতং চেপশি পৈয়াবা ব্রাশক?
কনম পৈয়ানা পবৈ চেৎলগা
পুন্সি পামেলনা পম্বুং য়ৌব্রা?
পম্বুং তাল্লিবা পুন্সি লোইখোমদা
কবিগী ব্রাশক পবৈ লৈদ্রিবা?
মমায়দা মমীৎ পানবা মীওইপোক
লুখম ওন্দুনা তুংবু হনব্রা?
তুং হন-হন্দুনা চৎখিবা খোঙচৎপু
মিতাবিবা মীৎয়েংবু অচুম্বা লীক্লম্না?

শাথেক কয়াৎ য়াথোং লোন্দনা
পবিং পুঙমাই মায়থা থাব্রা?
বাখল চোন্নাং শন্নাং ফাবগা
পূন্নীং ঈশাকসু ঈথক ঈহৌব্রা?
পিবাং পিবোইনব থম্মোয়গী নীংঙাইদা
পুন্সি পাবোৎ খুনাম তাব্রা?
এ! বাখল ঐগী বাখল –
হা – হা – কবিগী নোক্নিবা?
ঙাইখো – লোৎনা তুমিন তাশিন্দুনা
কিকপ্পা অফক কুবাং থাংলব্রা?
পুন্সিনা পুন্সি পোৎলুম পুবদা
পোৎলুম মুনগে কনানা তেমশিংনবিবা?
তেমশিংনবা য়াওদ্রবা পুন্সি তোবৈদা
কাওশিংগুম তাউবা য়েক্লবনা কনানো?
অমম্বনা তোকশুপায় মৃত্নুনা থৎপনা
পুন্সি ঈনুং য়াকৈবদা য়াথোকপ্রা?
নুংলোন পবৈ কিশি হন্দনা
হীবিবোন লীবেন কোনবু কোনফাবরা?
শাগী শানম ঈনম কোক্তনা
লুগী লুবেন লুহুপ উপঙমব্রা?
তিমেন তাদি তীনমু তাংজুম্বা
তাখোক তেনখোক তাদোন তেকঙন্না?
হৈ! ঙাইখো – নঙসু ফিংখিনুদা
বাহং হংদ্রবা থম্মোয়বু থম্মোয়বা?
পূন্নীং ঈবা-ঈহৌদ্রবা পুন্সি কাংচুপ
য়েন্নীং হুন্দ্রবা কেগে পাম্বীবা?
উবাই শিদুনা উকংলাই উয়ুংনা
মালং তাম্বাদবু খূৎথেক শাথেকপ্রা?
মালং খোঙবী তূপ্পা উশিবেন

শাগোল শাজৈনা হূইকাপ থাব্রা?
চৈগী চৈবী চৈথেং চাববা
লাউ খোংদুনা খাঙনা চেনব্রা?
এ! অদুদি – ঐসু – চীনবানসিনা
লাউ খোংলিবসিবু চৈথেং ফংলব্রা?
চৈনাখোল ফাওদনা পুন্সিবু তবংননা
কোয়তাও তাউবিসিবু ঈপাক্তুবু য়ৌববজাংলা?
লানঙমদবা ঈপাক্তুগী হিদেন্দা য়ৌবগনি
হিবানবা হিবোইদুবু উবোইদ্রনে মীৎসিনা?
পাঙথোক্লিবা মীৎসিনা উঙমদবা নুংশকপু
পাগী পল্লোন লোনখ্রগা উঙব্রা?
এ! উইশিল্লদি – উবেনে – অশিবসে
নত্তেনে – ইখূৎদাংসি নৎত্রনে পায়বিসিবু?
ঙাইখোদা পাঙথোক্তুনা অমুক্তগা যেংখিগে
হেবা – মসিবো হূ – লীক্লিদু নৎত্রনে?
মান্নিদা – ঐনা লোৎনা থমজবদুনিদা
অঙাঙবা লীক্লিগী অমুবা মচুদুবা?
কে কু লোৎখিবা য়াইবু
ফোঙ ফোঙগী ফদি ফবাবা?
মীৎ পাঙলগা হিংলিবা পুন্সি
মীৎ উইশিল্লগনা শিববা মপোক্লা?
অদুদি – পুঙমদবা পুন্সি পোৎলুমসে
শুপ্রতগী মীৎকূপ অমদা থাব্রা?
খূবাক্লা খোৎচিনখিবা পুন্সি লনগৈ
খূৎনম্না খৎ খৎ খৎতোকপ্রা?
খূত্তুম শিংনা লানশিংনখিবা লানবনথক
খূবাক তিংনা উফুল ওনব্রা?
অহীংবগীনি মুল্লিবা অপাম-মিহৌগী তাইবংসিদা
অশিবনা খোমজীল্লিব্রা অমনবা ফিজোল?

ফিজোল অহনবা শেংপবু তাইবংনা
কবিগী কিথি কিকম তৌনবিবা?
থাদোক্লগে ঐগী অমনবা ফিজোলসে
অহনবদু নৎত্রো তাইবংনা পাম্লবিসে?
'দুদি – লাকও হে অশিবা
উদ্রববনে নঙবু ইমীৎশিনা উইশিল্লীবা?
নঙতনি ঙসিফাও ঐতনা ঙাইবিবসে
নঙনা কবিগী ঐবু উদবনো'?
সে লৌবো ঐগী ফিমনসে
কয়াদি ফজববা যেংনিংদ্রনে ঐসে'?
ঈশিংগা মৈগা মকপ্লবা লম্নৌদা
খাথুম থুম্বা হূসু খোইহিবা'?
থুমখা খাবা খোইহি লীক্লিগা
হূগী লীক্লিগা কবিবুনো তৈনবিবা'?
হিংলিঙৈদা অহীংবনা খোইহি থক্লিসিনদি
শিবগা অশিবনা হূ থকপ্রা'
খোইহি খোম্বদা তিংখং যুনবিসিনদি
অশি চাকযোম নমদা পোববা'?
অদুদি – কদায ঐগীসু হূ –
কবিগীনো হৌজিকফাও মখূমসিনা খুল্লিবা'?
হাংদোক্লো – হাংদোক্লোনে হে হূখুম –
থকচীল্লগেবা নঙসু খৌগংনব থৱাযও'?
সে – সে – কাথোক্লো নচীনবানদো
তু – উদ্রা – হৈথবক্লিবসে হূহিনি'?
থকচিল্লো থকচিল্লো খৌবোম থন্না
নঙতগী নৎত্রা নঙতনা ঙাইবিবদো'
লমজাও খোল্লিবা হে ৱাখলও
নঙগী ৱাখল নোংলৈসু লেপ্লববা'?
নিংঙাই চাউবা থম্মোয় নঙসু

হংঙা মীৎকপ তূমখুন তাল্লববা?
মালং তাম্থা তানবা পুক্লীংসু
ঈথক ঈপোম্বু নাউশুম্নুংদা শুন্নব্রা?
হে থরায় মিবেল অহীংবও
শবী লীৎশে – হঙ্গেল – কোম্লো ...”

চীংখৈনা মৈ চুখৎলক্রে। পন্দোল লোম্লে হবাওবনা মৈবী। কূগী (চীতাগী) চীথক্তা চাক্লিবা হকচাং পোলাং হংবদি লেপ্তে মীৎকূপসিদসু রাহং কয়া – পোক পোক লাউনা পোকখায়ববা খোঞ্জেলদা চীংলেন ... চৎনীংদ্রবা থরায়না অশি-থাকন্দা (চন্দরাদা) তোংদুনা শানৈ,“নোম নোম শগাই তোং! ...” মুশুক মুবা মৈখুনা পুম্নং লংবা মৈবীদগী নাম্থোক্তুনা পাইথ্রবদা অহাংবদা অমম্বদসু পূমঙাল ঙাল্লি। রা রা কপ্লবম্বা লাউনবম্বা মবক্তে চপ লেপ্পী লৈপাকলৈ মৈঙালদুদা মৈশা ফাওদনা। শংত্রীক যেংই চাক্লিবা মৈবীদা। রাদি ঙাঙদে। শীম্থবিবা পিবাং থকচিনখি মদোম চাইখাইবক্লিবা মৈশাদুনা। খঙলুদে কদোমদনো থাংলিবা খোঙথাং ...

# ১৯

**নিংঙোল** চাকৌবা মতুংগী নোংমা কোনবা অঙনবা অয়ুক্নি। ব্রাউথাংনবা লৈচীল মবক্তা লৈপাকলৈ মহৌশা মহৌশাগুম লৈ মেত্রুক থাউমৈ কৎলি উহং-উবাং (তুলশি) ইমাদা। মপূক্নীংনা পেনজৈ। মায়থোং মকা লামজৈ। মশু মবেন চা থকমিন্নবে। ঙসিদি ঙাঙলুদ্রে লৈপাকলৈ তত্তনা হেক হেক হায়বা লৌদি ঈবৌ লৌদবা, "শকহেনবী নঙবু চানা থক্লবা শেম শাবদো ঈক মায়থবগা তপ্না হোৎনৌনে।" চাদুদং থকই চানবদুদি যাইখোম্বদা লোইনা পীজৈ। চা থক্লা থক্লা পাউচে পাবম্বদগী পৈবপ য়েং হায়বকই চীংখৈ, "ইমা অঙাংদু চাক চাও যাববোইদা।" য়াইখোম্বগী মখূৎতগী মুন্দুনা চাথোকই চীংখৈ। নোকফেৎ তৌনা মখা তাবকই,

"ইবুংঙো, নখোযগী ব্রাযেলশঙগীদুনা কবি কবম তৌদৌবিবা তৌবিসিবো হা?"

"ইমা, ঐগী ইমান্নবা ইনাওতোন, ঐগী লুহোংবদা লাক্লম্বনি খঙব্রা?"

"ইমাবু লাকশিনবা ঙমদ্রেদা।"

"য়াম্না ফবনি চীংমৈবোংদৈনি। মাগী মথক থোংবদুগা (সেনিযাবদুগা) ঙসি অয়ূক পুং ৯দা উন্নকুসি হায়দুনা হৌজিক্তা পাউ পীবকই (ফোন তৌবকই)। ঐসু লাক্কে হায়দোকখ্রে।"

"ঙবাংদি নখোয়বু মৌগী লায়েংশঙ চৎকনি হায়দাইনে।"

"হয়েংলা কবিনো চৎতাবেদনা। তাঞ্জাসিদা যাবিব্রা?"

চাকখুমদৈ শকহেনবীনা লাউবকই, "হো – মদু য়াবোইয়ে। নাবিবসে ঐনে। নখোয়না পৈশা তিংজবতনি। চৈনাদি ঐনে ফংলিবা। মতমদি চয়োল অমা হেনজিল্লক্লবনি ব্রাৎলিঙৈদা লাকউ হায়বদুনা।" চীংখৈ হেন্না শাউজিল্লকই, "তাঞ্জানা নৎত্রনে? লৈবাক্কী মীশি মীনা থোকপদুনা নৎত্রদি ঙহান্না য়েংলম্লনিনা"

লৈপাকলৈ, "ইবুংঙো, মান্নবনুনে, নঙগীদো হয়েং ওইনা চৎলোকো" অনীগী মবক থৎলকই। শকহেনবীসু মচাগী মহৈশঙগী ফিজোল শেগাদা য়েপ্লগা খাউদু য়াল্লগা থোবকই। "ইমানা হায়সিনা ফবনি" হায়দুনা বাপাঙলকই। তৌফম খঙদ্রবা চীংখৈনা "ঐবু হৌজিক্তনি লাক্কে হায়খিবা। অদুগা ... মাদি ঙাইবু ঙাইবল্লনিনে। ঐ হল্লক্লগা চৎলসি" হায়বদু থবৎ কছুৎলি শকহেনবীনা, " অদু তস্বা ঙমদে। ডোক্তবসু ওফিস চৎতোইনি। ঐবু সুম ঙাইবমগদ্রা? শানৌদা থোকখিবদা পুং মাপন তাদ্রিঙৈ লাকউ খবা হায়বীবমউ। মাগা ওইনা চৎলগে।" চীংখৈ ফক্লাং ঘড়ীদা য়েংই। ফুক হৌগৎতুনা হায়বকই, "অদুদি শানৌগী চাক্তুসু হাপচীল্লো। থেঙলক্লদি পোৎয়োনশঙদা চাক্তু পুবকউ।" শাউশিন্ননা শকহেনবী, "চৎথোকপবু তস্বা ঙস্না? মদুমা উম ..." লৈপাকলৈনা, "ইশুবো লোইদ্রিববনে? কদায় খাউদু বোবোক য়ানগে চৎসি লাকও" হায়দুনা মশু মবেনসু কোম্থোং লানখ্রে।

শানৌ মিংগা চান্নজবা মীতানি। মুবংনি। কুচু মুজবতনি মশাদি নাপ্পী। ফু ফু কাম্মী। তক তনাল্লি। খজিক্তং খুদাং বাউবকপগা মতীল তৈ তৈদুনা নান্নবতা হোৎনজবা মীওংনি। নুংশীৎনা খজিক্তা হুমবা য়াদে মশমদুদা শমহাৎ কায়দ্রসু জুম জুম তাবা মশমদু শেম শেমদুনা হাৎলি। কবিনো মশমদুদা শেন্নবদা অচৌবা থবক অমনি মঙোল্দদি। মঙোল্দদি ময়ুমগী অচীনবদৈ চীংখৈখোইগীনা হেন্না লূমজৈ। চীংখৈনা হেক থোকখিবগা তুংথ মাঙথ অদুম থোবক্রে শানৌ। শকহেনবীনা থোংবদো চাকবনিদো খন্না হবাওদুনা ফেঙলগা চঙলকই। কৌবকই,

"ইতৈমশি – ইতৈমশি – কবিনোনে – কনাসু লৈতজাৎলা?"

"লৈয়ে – লৈয়ে। নতৌদো – নতৌদো হেক য়েঙনিংলকপা।"

"ই – মা – বু –"

"হো অরাংথংগী বোবোদো ঙবাং অমা চেনশিল্লক্লেয়ে। মদুগী চৎখিদা ঙাইবি ..."

"এ! অদুদি, ঐদি হয়িং খেফমদা থোক্লবেদনা ঙসিদি।"

"হে' অঙাং অদুদি হায়নু। হোবেন চাবা থকপদুদি আ অরাং বিওসিগী পোৎথাশঙদো (বেষ্টুবেন্দো) খঙলেদনা।"

"কবম্বা মতমদনো?"

"নতৈমা লৈবিসিদি।"

"হোবেনগী মথেলনা অমা, হৌজিক্কীসু কবিনো কাংহৌবা নুংহৌবা অমদি চাসিদা ইতৈমন্না।"

"নঙ মদু কৌনু হায়বগা ঙসিসু! কিনসিনা শুজিল্লকনিকো নঙ – "

"লানঞ্জবে ..."

"লাকওদনা – চাকবসিনে ইবুংঙো।"

লৈপাকলৈ থীন্দনা হল্লকই। মহাক হেক উবদা শানৌ ইমুংদগী মপাল প্রপ প্রপ থোবকই। কোম্ফোংলোমদা থোকেসু তৌদে। শুম্মাংদা শুম তৌফম খঙদনা চৎপা ঙহানমখৈগা ইমান মান্নদবা মতৌদুদা কবিনো হায়ফম খঙদবা ফোঙদোকফম খঙদবা অমা ফাওবর্কই লৈপাকলৈদা। হায়বকই,

"শানৌ, কয়াম কুইবে?"

"কবি হায়বা ইমা?"

"নতৈমবু লৈত্রা?"

"লৈবমগনি, আ – ইমা লৈখি। চাকখুমদা চাক চাহৌই।"

"চাক চাববো নঙবো?"

"হোই ইমা।"

"ইমুংদা ফন্নুসি লাকও। নুংশাশিসু য়াম্না হায়গৎলক্রেনে তৌবিসে।"

"য়ানি ইমা। মোবোকসে য়াম্না শাস্রে। মপানসিদা ঙাইহাক্তা ইমা –"

লৈপাকলৈ মচীন্দা মুকম মুকম শোল্লকই, "ঙসাইবু উসোই উতি থোংহৌবদাইনে, কবি কবি চাশিল্লুবজাংনোনে" তপ্না খোঞ্জেল থোবকই, "ফবে ফবে। শকহেনবী, নঙবু কদায়দা লৈগেনে?" ময়েক শেংনা খুল্লকপা, "ইমা, ঐ ফি হোংজিএ। খবা ঙন্না চংলগা ঙনতা হল্লকুবা তৌগে ইমা।" হায়না

শকহেনবীগী পাউখুম পীবকই। মাঙ্গোলদা ঙেক লাউনা ফমথরগা লৈপাকলৈ, "ফৈ ফৈ।"

শকহেনবী ফনেক হঙ্গামপাল'মা খোযখা শেৎ, মোবেফি মতেক ঙাঙশং ঙাঙবা'মা ঙক্তা য়েৎ, খোঙউপ অৱাংবী খূনীং তুম্বী অমা তোং নঙ্গল লাউনা কোৎথোকপী তপ নপ্পী ঈ মচুগী ফুবীৎ'মা লীৎ, হুই মমৈ অককপা মানবা মশমদু শমফাবী অমনা থাঙ্গৎলপ চপশিন, শউম চাউনা ফেৎ ফেৎ হাইদুনা শেঙ্গাউ মচাদু ফাক ফাক্তুনা থোবক্লগা মীৎচিদি ফল্লপ শানৌদা য়েংলগা শোঙ্গাংনবকই, "ইমা চাক কৃপশিনজবন্নবনি। থেঙলদি পোৎয়োনশঙদা ..."

শকহেনবী শানৌগী মনীংদা নপখি। মনেমগী পাউখুম ঙাইকদ্রে। চৎখি। লৈপাকলৈ ফল্লপ য়েংদুনা লৈহৌই। মখাসু তাকদ্রে। থম্মোয়নুংদদি হায়, "এ।" মদোম হংজে ফল্লাংদুদা ঙাবগা,

> "মঙলনে শিবু! অহল ওইবক্তুনা মশেন মবাং পংউ উবিজাৎলনে। মদু ওইবন্নদি ফগ্রনিদা। নত্তে, ঐনা ঙসি উবিসিবু চুপ্লিব্রা নৎত্রগা ঐনা খল্লোইদবদা হেনজিন্না খল্লদুনা খল্লিবা ৱাখলসিনা লাল্লিব্রা? অমদি শোয়দ্রেসে। মকোয় কত্তুনা ৱাশক ঙাকপা ঙমখিদ্রবা মকুদুনসু মমৌসে খক য়াবমদে। অদুবু – ঐগী ৱাখলসিনা ইমৌসিবু য়াবব্রা? য়াদ্রগদি ঐ কবি তৌগনি হনুথঙসিদা। তৌদ্রগনা ইচানা কবি ওইহৌবা? হুম ঐ মমানি...
>
> – নত্তে, ঐবু মমা নৎত্রা? মমা ওইবৈ থৌদাং লৌবা ঙমদ্রগদি ঐবু মমাবা? মচা মমৌশিংবু মীৎয়েং পনখৈনুংদা থমঙমদ্রদি মমাদো মমা নত্ত্রে। কবিগুম্বা ইচানা ইমৌদা মমীৎ খবা শেপ্পা য়েংখিবদা ইমৌসে মপুঙ্গি চূপ্পা মপি শীঙ্খহৌনিসে। ইমৌসু ইচা ওইববনিনে। কমদৌনি শিদি। মৌগী খোঙথাংসিনা লূম্না থাংদ্রিঙৈ তাঙ্গা চপ চাবে। থীঙ্খবা য়াদ্রে। ঐ কবিগুম্বা খবদি তৌদবা ইয়ামক য়াদ্রেসে। অদুদি – ঐ হৌজিক কবি তৌবা তাই? উম! ঐনা তৌগদবসি ...
>
> – কোমগোম পায়কবে পাইখিগদ্রা; কন্না পায়করে তৎখিগদ্রা; কয়াদি লুববনোসে। খংমুক মুক্লবসু য়াদে, কবিগুম্বদা মথৌ য়াওরমদুনা বেক লাউনা তেকথোকত্রবদি ফত্রা হায়ববু হনুথংশিদা লুপ্লাবী ঐবু ... লুই

— লুই — য়াম্মা লুই। ইশানা ইশাগী হিংননবগী লম্বেলদা পুন্সি খোঙথাং লুম্মা থাংবা ঙম্নক্রবা পাঙ্গল ময়েং তারবা ঐনা ইনখৎলক্লিবী থাঙ ফাল্লিবীসিবু কবম্লো লাক্লগদবসিবো? মপোক থীনসু পোকইদকো। ঐনা ইবাল লংশিন্দবী (ইপাপ চেন্দবী) অমা ওইবন্নদি ইপুবোইবৈ মমাঙ থাদুনা লাইবৈবাক ফংজবমগদবনি। হে শেন্নীবা মপু' ঐবু তাইবংসিদগী লৌশিনবীবো। ইবুংঙো নঙনা য়েংবদা নুংঙাইবিব্রা। ননাইদি হিংজনীংদ্রে ...

— হে পিবাং' নঙসু লাইমা ইকায়বা খঙদে। কবিগীনো নঙনা ঐবু তত্তনা শেন্নবীবিবা। ঐবু শেন্নবীবনু। ঐ নঙগী মকপ নত্তে। ঐদি ইন্নুং লেল্লবনি। ইঊনসু খুইবে। অশিবনা ফাওবা মীবাইবীববনে। হিংলি হায়বতা মঙায়ববা; রাচেত্তা মিহুন হুল্লিবা, হিংনা হিংনা শিববা অশিবনি অশিবা। নঙ ঐঙোন্দা অমুক কবেম্নবনুনে — হে পিবাং ...

— হুম' লৈবে, লৈবে, নীংশিংলক্লে — অদুঙৈগী কুম লায়নাগী রাবীদো। উম, অশোনবগীসু অশোনবগী উপাই। উপাইদি লৈবেসে। উপাই অমদি তৌদবা যাদেসে। তাৎ মচা মচাগী চন্নফমসু লৈ পুন্সিদা। তাৎ তৌ তৌদুনা চৎপদবু ইবালনি। ফবে, অদুদি ঐ ঙসিদগী কুমলায়না নাবা তাবেদনা। নাবু নাবমাল্লেদা, ইশাসে ইহিক হীকথবেনে সে ...

— ঐসু লৈপাকলৈনি লৈপাকলৈ — ওলাওথাগী লৈপাকলৈ' কংলবা কালেনগী কল্লবা লৈতঙ্গাইবক্তা হৌবদি ঙল্লগা কবিসু লৈতবা উবী মচাসে ঈতীক খঙহনগে। ঐগী মীৎযেং পনখৈ খক লাম্থোহল্লবোই মহাক। শোয়দ্রে' মসিনা ঐগীদি মপুনা পীনবীবা লম্বেলদুনি। এ' ঐ কুমলায়নানা নাবেদা। হে মপু ইবুঙো' ননাইবু লমজীংবীয়ু। ননাইবু ফহনবীবোনে মপু ইবুংঙো ...”

# ২০

"খাম্মো লায়েংশঙ যৌবেনে, শানৌ।"

"ইতৈমশি, সিদি কংলা হীদাক য়োনফম থাবিসিদি।"

"হে অঙাং, ফমুং মখল কয়ানি থাবিবা, ইন্দ-ইন্নবকউ।"

"হেবা, ইতৈমশি ... সিবো ..."

"ফানসিদা ফন্নমউ। ঐ চঙলুখিগে ..."

"মসিদি জাং অমনিনে ... এ' চঙখিদা ঙাইবি থোবক্লেনে, কৈদৌবে ইতৈমশি –"

"দাউ য়াদেহে। ডোক্তবদো লাক্লমদ্রি। ঙাইহাক ঙাইবসি।"

"পুং মাপন তাশিল্লক্লে। বিমসতা ওইনা চৎলসিদনা ইতৈমশি –"

"নঙ খঙপোংতে। ঐগী চান্নবা ডোক্তব অমা সিদা লৈ। মাবু হেক লাক্লবা নতৈমা হান্না হেক্তা য়েংগনি। হান্নসু মাতনি ঐনা য়েংলিবা। ঐগী ডোক্তবনে, ডোক্তব।"

"কবি মমিং কৌগে?"

"বোহীনিকান্তা। ময়াংনি। মশক্কসে ফজত্রপোংনি। নঙদি মুশুক মুইদনা। মাদি থোং থোং লাউরদনা ঙৌশ্রোক হেক ঙৌই। কোংকা লীশ্তে। চমত্রপোংনি। উং মচুগী মোন মোন লাউবা শামতুগী ফুরীৎ অথাবা (জর্সি) অমা লীংলি। লাই মচাদা মচাগুম্বনি। অদুসু পাখঙনি ..."

"ইতৈমশিবু, কুচু মুবসে য়াম্মা পামজৈ হায়দাইনে? লুবু লুহোংদ্রিবরনে?"

"লুহোংবা লুহোংদবা নুপীদি থিদ্রি ইবুংঙো।"

"ঐখোয় তাচৌ চীংখৈগুম ঙৌব্রনে?"

"মাগদি পান্নক য়াপোৎতেদা। নোং ফুং ঙানবদৈ নুমিৎ খম তাবফাও কবিনো শিকি অনাদা তাউদুনা হেক লৈবদনা। হৈনদে হৈনদে। নুপানা নুপা থোকচদ্রিবা। ব্রাঙাং শঙাংনা মবোল অমা ঙম্না ঙম্না ঙাঙলদনা! ইমাই ইমাই নুপী মানবদুবু ..."

"হোয়নে তাচৌসে ব্রাঙাং শঙাংদি থীসু থীস্রে। হান্না কবিমত্তা খঙহৌদ্রব্রা ইতৈমশি?"

"ইবুংঙো, মতমদুদদি অহন্না ফৈ ফৈ – অদু অদা – কবিনো মতা অমনি। ঐসু হেক পঙথকবে ..."

"ফৈ ফৈ হায়বগা ফৈদেক্লবককো ইতৈমশি! হা – হা ..."

"নোক্কনুদা, মাগী ব্রাঙাং শঙাংদুদি থওইনবু তাবীদ্রগা লোইবেনে। মশক্তো, মাগী মশক্তো, ইশু হেক শুগৎলদনা, কবিনো হিংচা য়াইতন্বা হেক মাল্লদনা! হংকোক মানবা মশক্তুনি ঐনা তীনবী কাওলিসে।"

"ঙাইখোদা ইতৈমশি, পুন্সি চুপ্পা কম্মাইনা লৈমীন্নগদৌবি?"

"ঐসু খঙদে। ঐনা মল্লিসিসু মদুনি। তুংগীনা তুংগী থোকপা হা? শকহেনবা –"

" হোই, তাচৌগী ব্রাসি তোক্লসি। ডোক্তব নুপীদি লৈত্রা?"

"নুপাদি মহাকখক্তনি। অতৈদি নুপী ঙাক্তনি।"

"ইতৈমশিগীদুদি নুপী ডোক্তবদনা হেন্না ফবোইদ্রা?"

"ইবুংঙো, নতৈমশিসে নুপী ওইনা পোকচবগী ব্রাদনি নুপানি নুপা। নুপীশিংসিনা তৌ শাবিশিংসে ওহ্মোক্লা মীৎ থাক থূপখিদ্রবা। নুপী ডোক্তবশিংদুনা তেৎ তেৎ তৌববুদি নুপা ডোক্তবনা দোঙ দোঙ হেক তৌবদুনা ইমোনসিনা য়াজে নতৈমদি ইবুংঙো। এ! শানৌ, তু – ঐগী ডোক্তবদুনি। ঐ চঙলুখিগেকো।"

"ইতৈমশি ঐসু –"

"হো ইবুংঙো, নুপা য়াওবা য়াবা অনাবা নত্তেনে। হোবেল ডোক্তবনসু মপান্দা ঙাইবীকবো হায়বক্কনি, তন্দ্রো। তু – আদা তিকেৎ ককফমদা থাবিবা ফানশাংসিদা ঙাইহাক ফন্নম্মু। লাকও। ঐসু তিকেৎ অমত্তংদি পায়সিনখিগে।"

"এ' সিদি নুপী ঙাক্তা –"

"সিদবু নুপা কনা উবিবগেনে। নুপীগী অনাবশিংগীনি। হৈনদ্রগা মপান্দা লৈবমউ। থুনা থোবক্কে। চৎলো। চঙলুখিগেকো।..."

"হোই, মদুনা ফতাবে ... হৈশ! জাৎ জাৎ কয়া অসুম অসুম থেংনবকই পুন্সিসিনা অসুম অসুম হিংলদি। নত্তে, চুন্নিব্রা হায়বা। হোই, সাইন্সকী মীৎয়েংদদি নুপাগা নুপীগা কয়াৎলোন মান্নে। অদুবু, লাইনীং লম্বেলদদি অমনা সোবাবেননি অমনা মালেমনি। কনানা চুন্নিবনো ঐসু মমই। ঙা ফাবনা তুঙ্গোল কোল্লি। সিফাইনা নোংমৈ কোল্লি। পান্দমদি অনীমক মান্নে। হিংনবগীনি। পূম্নমক অচুম্বা লম্বেলনি।অদুবু, মানা মাগী মপুবোইবদগীনা কৈনো পাল্লিবা? ডোক্তবসিদৈনা কবি? ঐঙোন্দগীনা কবিনোনে? শিবু মান্নব্রনে? খেন্নবিসিনা কবি? ঐ তশেংনা মমই। নুপা নুপী তম্মীন্নবা ক্লাসতা ওজামকসু লৈতোন থৈবিবনি। অদুগসু, চাবোকপীদা নুপা ডোক্তব ... নুপা ডোক্তবদা চাবোকপী ... ফনদুম পকচৈ মতমসিদা মমানা মচানুপীবু পম্বনি। উ হৌদবদা কেগেনা য়ূম্বী ওইবদি হৌনশানি। নুপীনা শুন্দ্রংদা কোয়পাই পাইববা মতমসিদবো ... শোয়দনা উপ্পমগনি অঙৌবা মায়খুম অমমম চাবোকপগী নুপা ডোক্তবশিংগী মমায়দা মবমদি নুপীদি নুপীতনা খঙবনি। ফিজীনা ফিনানা হুম্বদা কনাগী শঙ্গোই লুক্কোই ফূক্লবিসিদি কনানসু নাচুংনদে। অঙকপনি। অদুবু, লাইগুম্না ফনা ফাওবা চাবোকপৈ ডোক্তবসু (গাইনিকোলোজীদা স্পেসিয়েলিষ্টসু) ওইশনু ডোক্তব বোহীনিকাক্তা ঐগী মীত্তদি নুপীগী মকেফমদা (পার্লবদা) শম কক্লিবা নুপীমানবীদুনি নুপীমানবী ... কান্নদে – ঐসু ঐগী থোকপা। মসিনি মা মাগী পুন্সি। ঐগীসু ঐগী পুন্সিনি। অদুনবু শক চু খেন্নবিনি। ঙাইখো, পুংখায়বু ফাবক্লেনে তৌবিসে। হুম, ঐ দোং লাউনা হেক্তা চঙশিন্নগা য়েংলুগে। এ' থোকপু থোবক্লেনে লম্মৈ থানবীসে ..."

" বারন্ননি, গাড়ী ইছোবকও- চৎসি।"

"করিনো য়াম্না থুইনা?"

"ঐনা হায়দ্রা, ঐনা অহানবদা যেংনি। মীনা কৃক কৃক ইন্নহৌবিপোৎনি। কুইনা য়েংনবা মতমগা ফংপোৎতেদা। হেক হীপথবগা অদুম লোইবে। মচীন্দুদং মনুংদা চঙব্রা চেক তৌবনি। থৌদুম থৌবোসে।"

"বিওসিদা নৎত্রা?"

"নঙবু পান্নিব্রো?"

" ইতৈমশিমা, ওসাইগী উতিগী মোবোক্তো কয়াদি শাম্রে। হোবেলদি ঐখোয়গী বিওসিগী কাদুদা ঙাওশং হেক ঙাওবা তগৎ তগৎ তেকপা থা থা লাউবা মথাদুদা শাংলবা ইবৈসিনা তপ্না তপ্না অমুক্তং চুপ চুপ চুপ্নে মহাওদুদি – বা ..."

"হে অঙাং, থেংঙুনিনে মীঙোন্দা। গাডীদু কনমনপ্লেনে থৌবিদো। তপ্না থৌসে, সে, শংবান্নবা উব্রা হায়বু মংফম উনি নঙ ওসি।"

"হোবেল থেংঙোইদ্রো?"

"য়ুমদা চঙলবোইসি।"

"ফবেনে অদুদি। ইতৈমম্নানা হায়বা লোইনা ..."

"মসি অঙাংসিদি কিনসিনা শুম্মাইনা হেক শুবা! অদুমাইনা কৌনু হায়দ্রা। মীনা তাপ্তগা ঐবু তৌওম্বী মাম্লোইদ্রা?"

"এ! এ! লাঞ্জবে লাঞ্জবে য়ৌবে। মাঙ থাবীবো। লেঙশিল্লসিদো!"

"শানৌ, মসিগী মিংশেল অমুবনা লোনবা থোঙজাওসে গে লাউনা হেক হাংদোকপগা থম্মোয়সে মখুম হাংদোকপদৌনা হেক তৌই। করি লাইবা পুবা থোঙনোনে? য়েংউনে, অয়ূকসিদবু অসুক চাউপ্লবা কাসিদা খূবক হাংদনা থাবিবা ফমফমশিংসিবু অমত্তবু হাংদেনেসে।"

"এ। কবিনো নঙনা অদুদা লেপ্তুনা লৈহৌবদি। লাকও। তু – অসিনা ঐগী নুপীনি। অহীংসিমত্তা লৈতা য়াদ্রে। অচীকপা কা অমতা লৈগদ্রা?"

"য়ানি। কবি লমদগীনো? মিংগা তাকপীয়ু।"

"ঐগীনা বোগে, মাগীনা সনাবৈ, জিবিদগীনে।"

"কবি শিনফম?"

"লম্লোন ইতীক তৌবনি"

"চাক্লেন অমা য়াওবগা লুপা ৮৪০নি"

"চাক্লেনসে ককথজবা য়াগদ্রা?"

"মসিমদি ঐখোয়গী চৎনবীনি। কাগদি নুংঙাইপ্পোৎনি। লৈবীবগা খঙনি। চাক এঞ্জাং মহাওসু য়েংবীয়ু কবিনো।"

"অদুগী নত্তেদা। আ – ইতৈমশি – হুম – আ – মখোয়গী – মতৈমা পৈশাদুবু লুপা ৮৪০দা পীখোসে ইনাওসিদা।"

"শেনফম হায়বদো সিদা লৈজবে।"

"ফনি। সে সি পায়শিনবীবো। শোসিসু। কম নম্বর ৫০৫নি। মঙাশুবা মথোন্দা লৈবনি অঙাংসিগা চৎমিননবো। অঙ্গাৎ অপা হেক্তা তাকপীবকউ। ফোন মশীং (নম্বর) অদুদা ইজববনি।"

"ননাউ নঙ লৈহৌবসু য়ানি। কাদু ঐ খঙলে। হান্নসু নোংমা অহীং অমা লৈখ্রেনে। ফবে চৎসি লাকও মতৈমা ..."

"অঙাং নঙ অমা– হায়বীদে হায়নিহে নঙ –"

"ইতৈমশি, শিগদববু পাম্মুইদা। মখোয়গী স্ত্রী-স্ত্রীশিদা কাবকপনিনা ঝাঙপ্রসি য়ৌবেনে হা – ৫০৫ হায়বা নৎত্রো?"

"৫০০ দি সিদা লৈবে।"

" অদুদি — ৫০১, ৫০২, এ! তু আদা মতায়গী কাচিন্দা লৈবে। নোংমা লাক্লম্বদুনা ... কাউবু কাউবেদা ..."

" মীবু অমফাও লৈ উদে। কাশিংসে শো লোইনা লোল্লিনে।"

""সিনা ফৎত্রো। তম্লম্রেদনা।"

"নঙনা শিনববো কৈদা শোয়কদগে — বোগেনিদনা বোগে।"

"শোসিবু চান্নরিজাৎলনে — এ! য়াবেহে — লেঙশিল্লসিদো ইতৈমল্লা — হুম — মতৈমা — হুম — ইতৈ ..."

"নঙবু হায়নু হায়বগা — থক্লবদো — ঙসিদি ওলড মোংক নৎত্রদি য়াদেকো।"

"ওঁ শান্তি — শান্তি — শান্তি ..."

## ২১

**শক্রৌনা** চীংমী নৈশাবী মচা অমগা তিকেং ককফমদা তিকেং কল্লি। শানৌগা শকহেনবীগা নোক নোক্লুনা থোবকপদু উবদা শ্বায় লাউই। উদনবা হোৎনবদা অৱাবগী মশক্কি, শক্রৌ। মকোক্তা মমায়দা মখূৎনা খূবাক্লা পায়শিনজদুনা ওাথৈ ফম্ফমদুদগী ফক্লাংলোমদা। উচিন নাচিন্না মখোয় অনী হুন্না য়েংলমদনা থোকখি। শক্রৌ থাজদদুনা অমুক মপান থোক্লুনা য়েংলুই, চুন্নজাংলা। ময়েক শেংনা উরকই, স্কুটর নম্বর – MNO-E-2458 কী মথক্তা তপ নপশিন্নদুনা থৌখিবদো। "মীসিদি শম হৌবদি লাইকবনু হায়বদু চুম্মীদা" হায়না হায়না চঙলক্লুনা নোকফেং নোকফেং কাদুগী অমম্বা মিংশেলগী থোঙজাওদু তপ্পা হাংদোকই শক্রৌ।

শকহেনবী ৱাদি ঙাওদে। প্রপ প্রপ চঙলকই পোৎয়োনশঙদা। চীংখৈ মমল কন্না হুন্নবি মুসলীম হনুবা অমগা। মদু তাবদা, "হুম" হায়দুনা শুক্তোক্লুনা মনুংগী কাদা চঙদুনা হীপথখি। মুসলীমদু খবা অবাগ্নদৈ কাখৎলকপা ওইবনা শেন্দোং নৈনা য়োলহৌবে হায়বসি চীংখৈগী মায়থোংদা তাবিবা মমিদুনা তাকই। শানৌ হৌদোং অনাবদৌনা শুকথনা চঙলকপা উবদা খংহায় খংজিন্দা খংকৌ কৌবকপা চীংখৈগী, "শানৌ" খোঞ্জেলদুদা মৃশুক মুশিন্দুনা মমশিল্লি মায়থোংদো শানৌ। শকহেনবীসুনি।

"ঐবু চাক চাদ্রিনে –" হায়বকপা চীংখৈগী মোনতক তৌবা ৱাহৈদুদা শকফম হেক হনজিল্লি শকহেনবীসু শানৌসু। শকহেনবীনা, "চাকবনু, চাকবনু, চাবা অমা য়ৈথোকও" হায়বকপদুগী মখা তাগে খন্না ঙাইবিবা শানৌনা তপ্পা শমথবকই, "তাচৌ, চাক লৌকচো হায়ৱা? চীংখৈ মখূত্তা ময়োম মচা অমা পীবগা, "হোইনে। সে, ইমাগী কাগা হৈগনি। য়াইখোম্বগী লাইরিক তম্বা চৎপা থিনবা ওকপা কাউনি হায়যুকো ইমাদা" হায়বদু তানা তানা ঙাইঙমদনা ময়োমদু পুবগা থুনা থোকখি "হোই" হায়বল্লগা শানৌ।

স্নব শাংনা শাংনা হোন্দোবকই চৎনা চৎনা শানৌ। তপ্পা তপ্পা মশমদু মখূৎনা হাইগৎ হাইগৎ হাই হাইদুনা ঈশৈ ঙংলদুনা গাড়ী থৌখি। চীংখৈ হৱাই

চনা অকংবা লারৈ ময়োম অমা পায়দুনা মহৌশাগী মহৌশাগুম ক্রক ক্রক শায় শায়দুনা চঙলকই। ফমথবৈ শকহেনবীগী মনাক্তা। শুক্তোক্তুনা হীপ্পী শকহেনবী। মাগী মতৌদুদা পাক ব্রা মখা শমথরুদ্রে চীংখৈ। ঙাইহাক হব্রাইদু হৈ হৈদুনা চায়। চনা চানা চানা চৈরকই, "করিনো থেঙলকইদা ঙসিদি!" থোইনা থৌশা ব্রাশাদনা তাপ লাক্লকই শকহেনবী, "সিবু থেঙবা কৌব্রা? পুং অমা মখায়তা তাবিসিদি। নোংমা ইবুংঙোগী মখোঙ পোম্বগী নাই লৌথোকপদুবু হীদাকফাও শুনা লৈদনা লাকপদুবু যুম যৌবদা পুং অহুম মখায় তাবদু কাউবব্রো?" মান্নকদ্রে চীংখৈ,

"হীদাকতি লৈবকলব্রা হা?"

"কনানা লৈদোইবা?"

"চেদি?"

"থাউদা য়েংউদনা।"

"পীবকউনে।"

"সিবু লৌথোকউদনা।"

"থাউনি হায়না তৌবিসিনা কাতুপকী কাতুপ ঙাক্তা। কবি কবিবু হাপ্লিনো তৌবিসে।"

"ওঃ অদুবু ঐনবো?"

"এ! সিদি হীদাক অমত্তনিনা। সিদি বীতামিন মাল্লিদা।"

"পীকচবদুদা অনী শুনা ইহন্দ্রবনি। অদুসু লৈবোইনা লৈবক্লিনি। শুকচাবু চাবীবোইয়ে"

"ঙাইখোনে চেসিদা তৌবিবা সোইসিবু কনাগীনোনে?"

"হো নুপী ডোক্তব মেম্মীনি।"

"হৈ তপ্পা ঙাঙউনে, মসি যুম নত্তেনে।"

"হেক নুংশিবক্তবা। খম্বলনা চাউবিদি, ডোক্তববু নুপা য়েংবা য়াইগা য়াদেগা।"

"হে লায়না লায়নাগী মখা পোনবনিনে।"

"মী খ্বাইনা য়েংনবিসিদি কমদৌবা?"

"মীগীনা মীগীনি। ঐগীদি য়াদে। মদু খঙনা চৎলু।"

"ঐবুদি ঐ ওইবে মীওোন্দকদি হায়বীকনুকো। মপান থোবক্কনি।"

"কবিনো মপান থোকপা হায়দি? অচুম্ববু অচুম্বা হায়বনি। মখৈ ফংলবনিনা শাউরিনি।"

"হো কৈদাদো। কৈদাদুগী ব্রানি। শাউবগী ব্রা নত্তে।"

শানৌ তপ্না চঙলকই শকফম হনজিন্না। চঙক মায়ঙকনৈ, চীংখৈ শকহেনবীগী অব্রাই অখুমদা। পাখৎনা ঙাইহাক তুমিন না থাঙতুনা তায় চাকতু থন্নগা। চীংখৈগী "খুন্নাই অমনা কায়থবক্তুনা কীম্বক্লিবা ওসিগী মীবোন্না নে তাদ্রিবসি মতমগী কুন্তি কয়ানা শাথেক জগোয় শাবদগীনি" হায়রকপদুদা শানৌ মায়থোং লাংশিল্লি। শকহেনবীদি থোইনা হনদে। "চাক চঙ্গীং অমনা চেংকোক'মা মাঙহনবদা য়াবিবা মীদুবু মীরা?" খোল কনখৎলকই চীংখৈসু, "ওঃ মদুদি আ মথায় থায়নৈ ব্রানি। কুন্তিগী ব্রাদি থমখিসি সিতাগী মতমগী ব্রানি। খঙলেদনা। হৌজিক্তিনে চাক চেংকোক অমনা চাক চঙ্গীং অমা মাংথোকপা হায়নববনি।" শকহেনবী নোক নোক্তুনা শমথবকই, "ওঃ অদুননিদনা মীনা নিংফুং নিংফুং ঙাঙনবিসে" শানৌ কবিনো মীনা নিংফুং নিংফুং ঙাঙনবিসে হায়বা শকহেনবীগী ব্রা য়াম্না খৌবাংলকই। খোঞ্জেলদি থোক্লুদ্রে। শকহেনবীগী ব্রাহে মখাদু তানবা মনাদু হায়ফেৎ চেপখৎলি শানৌ। 'চীংখৈসে মপান থোকএ, মপান থোকএ, হান্নগা মান্নদ্রে। লোই' চুন্নেদনা।" শকহেনবীগী ব্রাসে তাবদা চীংখৈ চাক লান্নম্বকসে লোইনা কাউখ্রে। অহোইনরকই,

> "থবক শুনিংদবী, য়াহৌবকপদা ব্রানা মচীন শেংবী, হীদাক মনা চাবী তিল্লাইখোম্বী মখোয়গী মব্রা তাবা শংদে ঐ। য়েংউনে চাবোকপীগী নুপী ডোক্তবশিংসে য়াম্না পকচবনি। 'দুগা নলাদা লেপ্লীবী শেমফু মানবী চৈতেক পায়বী হোমগার্ডশিংবু উবিনিদা? পকপু পকচন্ননে? হা?"
>
> "হো লায়েংলোনদু (ডোক্তরদু) তন্নমদাইদা মখোয় তামোনা খবা শেন্নবীহৌ য়াদ্রা, নুপানা তম্বা য়াদে হায়দনা?"

"হৈ খূনবা হৈবী মী নত্তেনে, য়াবোইনে।"

"খুন্নাইগীনিবু হায়বদি হূইগী মহুৎতা হৌনা হেক্তা খোংবীবনিনে?"

"ঐনা ঙাঙলিসে নঙোন্দনি। মসিনা ঐগী ইথৌ। খঙলব্রা?"

মবক থৎকে থৎকে তৌবম্বা শানৌ হৌদোংগী মমাঙদা খৌশাকবা উচীগুম তুম্বক তাশিনখ্রে। থাঙ ফাল্লকই শকহেনবী,

"মখোয় তামোনা পাম্বীবিসি কবিনো? দোঙ হেক্তা হায়দোকপীয়ু। থকমতা তৌদুনা মচেক ময়াদা ঙাঙবসে নুপী মাল্লিদা। তনজৈদা।"

"ঙসিগী মীবোলনা ফনা চাওখত্নুনসু উচীদা হনজিনবদি লেপত্রি। নোমখৈ নোল্লগা লাদা হেক্তা মতাই। মপানথোংগী ফিজোল খবতনি হোংলিবা নুংগী ওইবা লীচত্তি অদুম ঈবিদুনতা লৈ। লোনজনগী অবি অনৌ নাইবগী ব্রাতনি। হিংলিনে ঙসিসু "নূঙগী মীবোল— হো অহীংবা নূঙ ..."

"মীৎয়েংদো ব্রাংমনখ্রে। ব্রাঙউবোন্দুনা(ফিলোজোফীদুনা) মতোল লোমদ্রিঙৈ ব্রাখল লায়না য়েংবা মীবা লাইবা কবিনো অমত্তা হান্না তান্নবিখোদা মখোয় তামো। মী তাখিনি।"

"লায়েংশঙদসু চাবোকফম লৈখুন অমনি। য়েংউনে, চৎনবীনি হায়দুনসু লুহোংবা কুইদ্রিবীদুবু থা অনী অহুম্বু শুবকপদা ডোক্তবগী লাইফদিবী হেক্তা শাইওল্লি খঙনবু ওইবে খঙদনবু ওইবে। নঙবু ওইবু ওইদ্রনে? মসি ঙসিগী খুন্নাইসিগী লায়না লায়চৎনি"

"ঙম্মা ঙম্মা ঙাঙবসে মী ফত্তবতনা ঙাঙবনি। অদুগুম্বা লূকমাইগী লাইফদিবীদো ঐদি নত্তে। নঙবু লাইফদিবীগী মব্রাবা?"

"ঙাইখো, ঙাইখো, নঙবু ঙহান ডোক্তব বোহীনিকান্তানা কবিসু মবম লৈতনা আ থম্বোবী য়েংবীগে মশীঙ্গা য়েংবীগে অদুগা অদাগা তৌদুনা অনাবা মফমদৈ হেন্দোক্লুনা হকচাং কয়াৎ পূম্বা য়েংবৈ মথৌ তাব্রনে? অদুসু ঐগী ইমাঙমক্তদা। ডোক্তবনিবু হায়বদি নুপীদি উতূপ তাগুম

হেক্তা তাবনিনে। কবিনা পোৎলোয় শেৎপদা উনশা যোৎলসু নাই কৌবদা হায়দবনিনা। নুমিত্তো নথক্তা চৎলন্নবা তুখোগুদু ফাওবা হেক মশীং থিবমগদবনি বোহ্নীনিকাত্তনা।”

শকহেনবী “মদুগী অগাংদুনা চাক লৌবা চৎখিবদসু কুইগ্রে” হায়না মান্নবক্তবদুদা শানৌসু তাঙ্গা চাবে খন্দুনা চাক হাপ্লিবা কোন্দু তাপ পায়রগা “ইতৈমা” কৌগে খল্লকপদা চীংখৈ খোঞ্জেল কল্লপ মখা শমথবকই, “ঙাইখোনে, তাখো, লাইফদিবী শাকবদো আ অবাপ্পদা কনানা কনানো শকখঙনদবা লায়েংশঙদা ওইবদি মদু মতমগী চৎনবীনি খন্দুনা থৈজীনবসু ময়াই। নৎত্রদুনা কৈবোয় লৈকায়দা লৈবা হেলথ সেন্তবদা তাদা মাম্মা খুবাগী মমাঙদা লাইখিদু শাকববদি লম্বেলদা লমজাওদা ঙাইহাক লৈতনা থেংনবদা থম্মোয় থম্মোয়দা ফাওনগদবসিবু কবিনো?” ঙাবাকপী শকহেনবীগী তাপ লাকপা, “মদু নঙনা উবীফম খক থোক্তে” হায়বদুবু শিঙনবকই চীংখৈ, “থোকই” মমীত্তুম লাওবকই। ঙাঙশং ঙাঙলবা মনাদু অসুম শাংবা ফনবা হেন্দোবকই। খুববা খয়াৎ ক্রক ক্রক চীকলকই, “থোকপদুনবু ঐনা ঈখৌসে পোঙনা লাউবিসিনি। লাউদবা য়াদবা কবিনা মদুগী মহম্মদু নাকোইননা ঐসু ফংই। ঐদা নত্তে, ইচাদা, ইসুদা, আ চাবোল শুবোল পুম্নমক্তা। মদুগী চৈবী চৈথেং চৈনাখোলনা তম্নবীহৌবনি শিংলি নাউবি ঈবীবোন্দা (জীন্দা) নপশিনদুনা। অদুগা –” শকহেনবীনা মান্নবা কান্নববোই খন্দুনা “হোয়দহে কনা য়েংদুনা ফগদৌবিনো। উগী উহৈনি।” শোম্বাংননা মমায়দো লৈথোক্তুনা “য়াবে য়াবে চীন্দু পেল্লবা নৎত্রা? খদাঙদুবু চোকথদ্রিবো” হায়না ওইনবপ তৌবা মাননা কবেম্নবকপদুদা অচাকপদা থী হৈজীনবগুম থোকশ্রে চীংখৈদা। ঐবুসু করেম্নবগা শাইনে খল্লিবা চীংখৈ খোয়দৌ থীৎনা শমথবকই,

“ফবেনে, অনাবীদুগা ডোক্তব নুপাদুগসু থেংনহল্লগুমসি। তৌবতবু মাবু মফমদুদা পুবীবিবা মপুবোইবদুবু নুপীদুনা কবম্নদি ঝাবৌরোই? ঝারৌগনি। কবিনা তাইবংগী অফ ফত্ত খঙত্রিগৈ মৈ পায়দুনা শান্নরিঙৈ মমাঙদগী হৌনা মমা মপা মবুং মচে কয়ানা শম্বল খাদুনা থোৎনা থিনগৎচরকপা থম্মোয়গী লৈয়োলদু হেক লুহোংগ্রি ফাওবা করিদা কদায়দা শোয়খিগদগে কিজনা বানা তনিক্লা তনিক্লা তুম্বা মচেং চাবা মচেত্তা লোৎনা থমজরকপদুবু উফুল থাংলবা মতমগী চৎনবীনা করিসু

লৈতবা কেদা তৌবদুগীদমক খছদনা, মমল লৈতবা মীৎকৃগুদা ফিজেৎ ফিগায়না শাবা কৈথেল লূকমাইদৈ লৈবকপা লাইফদিবীবু অঙাংশিংনা শান্নথোকপৈ নুংঙাইবা ঈথক ঈবাং ওইনা মখে লাংবগী মতৌনি।"

"এ! করিসু লৈতবা অঙাং উন্নবদা মমা কয়াগী থবায় মাঙলিবসিদি ঐখোয় খ্বায়দদি থোক্তবা ওইসনু। তৌবতবু কোক চীকপগুম লৌবগদি লানগনিদা।"

"চুমদ্রবা রানি। ককনিংঙাই কবিবু লৈগেনে। তৌবতবু, চাওখৎলবা ঙসিগী মীবোলনা থায়নগী নূঙগী মীবোলদা য়াৎপীবস্না চথাং নাইথাং নাইনা পারী পুরীনা থন্বীবস্না শেবান্ননা তৈনা তোৎনা তৌদুনা মা মাগী অপাম্বগী মায়ওন্দা হেক্তা রাহস্থোক হল্লি। মসিনা তাকপদি লোমনাইদ্রবা মহাভাবতকুম্বগী ফজবৈ মফজা উবা ঙমদনা নুংদা লোৎনা চেল্লিবা ফংঙমদ্রবা খোল্লাং ঈবীক অমফাও তংলুদনা ঙসিগী মীবোন্না ঈবোন্নুংদা কনা খঙদনা মখূম খুমজিল্লবা কোবি চফুদা মনিল চৎহন্দনা ফুমদুনা লোৎনা থল্লিবা হূদুবু ইবায় লায়না হেক্তা খঙই। মখূমদুবু হাংদোক্তুনা মবৈনা লেক লেক্তুনা শান্নে। থম্মোয়গী মখূমসু হাংদোবকই, আশোথমা শিবে – (শামুনি!)। মসিতনি মখোয়না খঙলিবা। তৌবিবসু, পানশিল্লিবসু তাইবংদা মা মাগী পুল্লিনা।"

"নঙগী কোচিদো খীৎ তোক্লসিদা –"

"অয়াম্বনা উবিবা, খল্লিবসিদি মমানা শিবখক্তুদনি। অদুসু – চাম্মগী মনুংদা অমা। শাইজীন শায়াদা খোংবান সুক্লাংদা কোয়পাই পাইবম্বা থবায় হামচৎনবা মিবেল হস্বোইনবা অশিবা মচা কয়া কয়ানা মতমগী উফূল ওইনা পোক্তুনা মালংবনা হুম্বদা হংলাই ওইনা কোয়না লৈনা পাইদুনা মালেমথক্তা লাইচৎ লায়না শন্দোক্লিবসিদি কনানবু পূক্লীং থিংজিল্লবগে? এ! নীংবু নীংশিলক্লে, নুমিত্তো মঙানিশুবা শিল্পা থিংবা নুমিৎনি। লম্বেলদা কনাসু চৎনদে। মোইবাংলোমদৈনি হায়বা ওক্তো অমা নুংথিল পোবোগুদা মালোম বোবোই মখোঙদুমক্তদা খাল্লগা অঙাং উন্নরম্মী। ঙসিসু কাউদ্রি হনুবীদুগী রাহৈদো, 'ফবেনে পৈশাসু তিংদ্রেনে, হল্লসি হল্লসি' হায়দুনা রা রা নোক্লগা অদুম হনগ্রে।

তশেংনমকসু মসিদি লায়না নত্তে মহৈশাগী থৌওংনি। তাইবংনা তাইবং কৈথেল্দা তাইবং লম্লোন পোংচাও থাবনি। চেকশিল্লুদবনা হৈদোকচবনি। অমদুসু।"

"ওঃ হৈগী লৈগী বাদো মতমসিগদি চান্নদ্রবদো – হো চান্নদ্রবা –"

"ঙাইখো – ঙাইখো মতমদো ইমীংনা ইখোঙনা লাম্বদা ফংলি। নঙসু ঐসু লায়েংশঙদা পোকখিববনে? ডোক্তব নুপীসু কোকথোং অমা লৈবিবা। মখোয়দুসু লমদুদা মীকোক থোংবী ঙাক্তা। মখোয়দা য়েংলবদি অনাবসু ফবনি থম্মোয়সু কায়ববোইদনা।"

"য়াবে খিং তোল্লসিসে, অহন লমনশিংনা নুপীগীদি মতাঙসিনা খ্বাইদগী লুবা তানফম্নি হায়নবিবনি। অদুনা ..."

"'*দুননি ঐনা হায়বিবসিসু। লুবিবদি তশেংনা পোকপদু নত্তেনে।* থা তবা মমাগী শিয়োম্লুংদা নাউপুবদুনি। তশেংনমকসু য়ুমগীদি য়ুমফম্নি। অফবা মফম মতম পুংফমদা পবিং হুনখিদবা য়ুম কৈ কয়া মতমগী উফুল ওনখ্রিবসি মীংমাঙদনি। দশবথ নিংথৌনা লৈপুং ফম্লন্নবদি শ্রী বাম্না বাবন হাৎলমলোই। মসিগী নুংগী ঈরীবোনসিদা শাদোং ওইনা তোংলগা অহন লমনশিংনা অকবা তানফম্নি হায়বীবম্বনি। মদু খঙনা মমা অমনা মপাগী হৈক ওইনা মাগী শিয়োম্লুংদা হেক তাবকপদগী ঈ মতুমদুবু মী ওইনবা হোৎনদুনা তাইবং ফম্বাক্তা খোঙদাহন্দুনা পোকপদৈ শাগোন্নজবকপা অচুম্বা ফজবৈ নুংশক খঙগুম্বা মতীক-মগুন্দুগী মশেক মঙালনা তাইবং পৃম্ববু শুমহৎলগা ঙালহন্দুনা ব্রহ্মামক্র কল্লক্রফম ওইরবিবনি। মদুদি নংত্রে, কুন্তিবু ঙমজবী কয়ানা মা মাতনা মপাগী অশেংবা মশক খঙবা কনানদি খঙনদনা লৈবক-কোনশাংশিংদা পাউখোং চন চন্দুনা পোক্লক্লগা খুদুম শিংনবিবা কর্নাগুম্বা, আর্জুনগুম্বা কয়াদুনদি হাৎনবা তাবনি মচীন মনাউ মপা মচা। অদুদগীদি মতু চোল্লবা য়োংমু ওন্দুনা মমৈ থেক্কংলদুনা অউ অউবা মমা মচা, মচে মচন, কনাগী নুপীনেবু হায়বদি মমাগী খোল্লাং মনম কোক্তিবী কয়াবু পোবী পম্বীদুনা অচোপোং পীজবগা থেম নৌদুনা শারাক তম্বীবগা ঈহিং নাহীং তাখে শেগায়বী নুংওকমুক চাওরবা খুজিন্দুনা। কবিগুম্বদসু

হাৎতোকপীদুনা তাউথবিবা তুবেলগী চেখাউ চবুন মরক্তা পল্লুই শনজেন থোংগী থোংখাদা। মমীৎ ফাক্লুনা য়েংলুই। মচীন খুমদুনতা মনোকই। কনানসু খুদম চাংদম লৈতে। কবিনা কনানসু উহৌদে। য়োংমুদুদি উহৈ বাহৈ চাদুনা নুংঙাইনা লৈথোকই শুরুবা উমংদুদা। অশিবনা বা ভাওদবনিনা মাতগী মবাল ওইহল্লি। সিদগী হেন্না লুববু কবি লৈবিবগে?"

"মদুদি নঙনা হেনজিন্না খনজীনবনিনা। কোক্তো মৈখু কাবে হায়নববনি তুংদা। খবদি চেকশিনহৌসিদা!"

"তু, হায়রক্কদৌনি! কবিনা নঙসু ঐসু মাসু লোইনা হেক য়োংমুনি য়োংমু। ইনঙ্গন ইমীৎনা উদবগুম ইশানদি কবন্না খঙলুনি। খঙহনগে খল্লুববা খল্লকপগা খংহল্লুবনি অঙাওবশিং।"

"বাদো, বাদুবু হায়বা। তাবদা চোকথবে –"

"তাবু তাবিব্রনে, ননা পঙশিল্লব্রা নঙবো? মীওই লাল্লুপ চাদদুনা মিতম শুদ্রিবা হকচাংদি সোবেনফমদা হীক্লু মারুনবা হিংফুম ফুমজিনখ্রগা পাইবিবা থবায়না তোংশাদা তোংলুদুনা পোক্লকপা তম্মালাইগী মচা মশুশিংদুনা মচানুপা পোক্তে হায়দুনবু মচানুপা পোকপীদুনা পী লাক্ষ লাক্ষ। থুমগা চুহীগা ওন্নবগুম থোক থোক হেক্তেমক ওহোক্লে। হন্নমক্তা য়েংনকদে। অদুদগীদি মপাবি শাত্তবসু শাৎলে মমোম পোমদবসু পোমলে। কনাগী শেবোৎ মবিদা মাইবেল পাল্লে। কাঙখুদ্দা মোবোক মপাল শাৎলে। ফজবে নুংশীৎ নুংশাদি। অসুম তোয়শিল্লকপদৈ মখাথংবৈ তোম্বীচৌদু মচানুপা পোকএ পোকএ লীলা তৌনি তৌবন্দু কোক্কাই লুকাই থোক্লনা মনুং মপান অনীমক্লা বাতায়দুনা শেন্না থোং শাবদৈ থবায়মক্তি কলহৌবেদনা নঙসু খঙলিদুনি। অদুনা – তাইবংসিদা মহৌশাই খুৎশেম নমহত্তুনা খুৎসেল্লোন (গ্রাফতিং) কুংশিল্লকপদৈ চিবোল ফাবোন্দা চাউরকখিবা মমা অমত্তগী নাউয়োম্মুংদগী পোকমিন্নখিবা মবুং মচনবু মশা মশা য়ান্নদুনা অতোপ্পা শাগৈগী মৌ ওইনা পুশিল্লকপদা মপা মমানা থিংলুবসু ঙমদে। চীনবান কাঙঙমদে। থম্মোয়দা কংখি। মচা মচাই চাবোন শুবোল কয়ানি শমথবক্লিবা। মসিসু ওক্লা? নুঙগী মীবোলদবু তৌরমগদ্রনে? নুঙ ফাওবনা ইকায়বমগনি"

"অদুনবু মীসে শানি, শা হায়নরিবদুদি?"

"শা ওইরসু, খরা খছসি হায়বনিদা। খঙবা তমসি। খঙলক্কনি। খঙলবদি উবক্কনি। উরগদি য়াবেদনা। য়াবগদি লাইবেদনা।"

"মদুগী অঙাংদুসু লম্বেলদা চাক্লা নল্লমাল্লেনে। হুম –"

"শাশিন্নবা শাদদি শাগী শউন্দা শাউদে। মচাদু মমীত্তা উন্নিংবনিনা কনাগী কবিনো খল্লুদনা মীরমদৈ চেল্লকপা হৈরুনা মিতমখিদুনা পোক্লকপা মচা কয়াগী মপা মতমসিগী (কলিগী) পান্দু কয়াদি মকোক্তা মখূৎ হাপ্লবে। করিনা মঙ্গোলোইৎ ওইবদি পংফ মফবা অদুদা নেগ্রো নংত্রগা দ্রাবীদিয়ান ওইনা পোক্লকপদুদি হৌনশানি। উপাই লৈত লৈত্রগা উতোংগী অঙাংগুন্বা (টেষ্ট ট্যুব বেবীগুন্বা) মীচাবোক য়োকপা নংত্রবসু কৎথোকপৈ মতৌ তৌনবা নত্তনা কবিদি উপাই লৈ?"

পোৎ লৈবা লাকমিন্নবা নুপী অনীখক পোংয়োনশঙদা চঙলকই। শানৌদা মমল ঙাওনবদা য়ান্নদদুনা থোকখি। মখোয়গী বাবীদুদা চীংখৈ প্রপ প্রপ ঙাওনা ঙাওনা থোবকই। শানৌদৈ চাক্কু লৌই। শানৌদা হীদাক লৈনবগী পৈশাগা চেদুগা পী। শানৌ থীন্দনা থোকখি। চীংখৈ অক্কা হোৎনা হোৎনা চাক চাই। শকহেনবী অবাক অবাকপগা অৱাই অখুম তৌদুনা মৈশা লোক্লি। পোৎ য়োল্লি।

# ২২

**লৈপাকলৈ** থা খরসিদি লৈতোন কোল্লে। করিনো নুংশাদফাও ফিজাউ ইন্দুনা হেক মফমই। মতু জোম জোম চোম্বী য়াউদু মঙাই ফিজাউনা য়োমশিল্লিবা অয়ুক্কী নুংথিলগী নুমিদাংগী। ফি চিংথোক্লবা হোংনবদা খুদাং চোকথনরে। মচীন থিবসু নোংমা নোংমগী হেনগৎলকই। অউবশিংনা ওহোক্লা শৌবীং শৌবীং লাউগ্রপোৎনি, করিনা লৈকায়গী লাংবন হৈসোই ইশান কনাগী লূক কংপগা অমত্তা চংতখৈ কূন্দুনা হেক্তা লৈবকপসিদদি। কনা কনাগুম্বশিংদি মাবু উবতদা ফিজীনা মনাতোন লোৎনা মেনবা লৈপাকলৈ মীৎচিনা উই। থম্মোয়নুংদা শিথ শিথ নোকচৈ। থোইনদুম খোনসি চীহাইননা চীফেঙই।

অহানবদদি তশেংনা অৱাবৈ মশক্কি লৈপাকলৈ। অঙাং মচাদৌনা হুমাংলাই তৌবম্বা উনশাদু কুচুদুম পানথোরক্লে। হান্না খুইবপ তৌবম্বদুসু চিং চিংদুনা য়েংলিপোৎনি ইতিং তিংবা মতৌদুদা লোৎনা তুমিন। ঙাইহাকসু থম্মোয়নুংদা মোমোন তৌজে। শকহেনবীনা ঈশিং অশাবা পুদুনা চঙলকপদুদদি ইশুক শুকথরকই, " কবিনো ঐবু ওহাম্তা ঙায়রিনে ইকজবা।" শকহেনবীনা থৌশা ৱাশাদনা চীংখৈনা হায়বদুমক তৌবীগে খন্না শমপুদুনা পুম্না নোইশিন্দুনা মনঙনদুদা কুরু তানা লৈশিল্লবা ফদিদুনা হঙৎ হন্দা কম্থি থোক্লা তক্লকপদুদদি লৈপাকলৈ থক থক নীক্লা কীম্বকই মশা পূম্বা, "য়াদ্রেনে! লোই – শি – ল্লো – নে – নঙ – বো –"

অনৌবা মপোক্কি লৈপাকলৈ। মপোক অমা তানবসিসু হৈবু হৈনবে। মতম মতমগী নোংজু নুংশা হোংবদা হেক হেক খূবা লোক কংখূদুসু কূমশিদি হেক কানথোকই। করিগুম্বদসু নীংশিংলজুনা মান্ননবকা হেক হেক খূবিপোৎনি। অদুবু, চাবা থকপদি থুম থাউ হায়দুনা য়াম্না পেৎথরক্লে। কনাগী ঙা অয়াইবকা নৎত্রদি অতেক অনৌগা চাবীপোৎতে। শুগৎখিবসিনা শুগৎখিবসিনা কুম্মৈনি। লৈপাকলৈনা লোৎনা থম্মোয়নুংদা "হী হী" নোক্লা শুগৎপদু উবদা শকহেনবীসু চীনবান্দনা, "ওঃ ওঃ" থম্মোয়নুংদনা "হা হা" নোকচৈ ...

মথং থাদি হায়দুনা মখূৎ থেকচবস্না খাংজবস্না শকহেনবী মথং থা কয়া মথং মথং পল্লোন পনখাঙনবকপদুদদি চাউববা পোৎলুম অমনা উনা উনা খঙনা খাঙঙমদনা নম্ভবকপদদুদি ইশুক শুকথবক্নে নুংতি নুমিৎ খুদিংগী। লৈপাকলৈসু হান্নদি মাল্লোইদ্রা খল কবিগুস্বদা শঙখিগদ্রা হনুথংশিদসু খল ওস্থোক্র া মান্ননবা হোৎনবদা কাউদনবগী মীৎতা মোবোক তৈশিনবা য়াওখ্রবনি। ঙসিদি কুমলায়নাদগী হেন্না মাল্লকপদুদদি তশেংনমক কুমলায়না হায়বদুবু নাববজাৎলনে মীপাইদুনা কনা উদ্রবদা অঙ্গংবা ঈশিংনা ইকদুনা য়েংই। হেন্নদুম নুংঙাইবা পোকই। অশাবা মোবোক চাদুনা য়েংই। হেন্নদুম চানিংই। খঙদে মহৌশাগী চহী ১৮গী তগৎ তগৎ তেক্লিবদু মঙায় লৈপাকলৈ।

লৈপাকলৈনা নোংমা নোংমগী শীং য়াঙশিল্লকপদগী ব্রোং ব্রোং শৌবা হেনজিল্লকই শকহেনবী। অতম্লনা শীংনা শীংনদুনা তৌবমবদুনা তোয়শিল্লকপদুদদি শকহেনবী নুংতি নুমিৎ খুদিংগী অয়ূক্কী নুংথিলগী নুমিদাংগী কানথোকপা য়াদবা পবেং লেংবা কূপনোমদুদদি মকোক ফাবা হেনগৎলকই। শৌ শৌ লাউবকই। চীংখৈসু মহৌশা ঙাঙলম শক্লমদবা ব্রাহৈকা লোৎনা থূপ্না হায়বস্বদৈ শাউবংননা থেৎচিল্লকপসু ময়াওবকই। মশুফাওবা মমানা শিক শিক্লনা চঙদনবা হোৎনবদু ইল্লকপগুম তৌই। লৈকায়গী মচেম মন্দোল কনাগী পূং ঈশৈ তৌবা মাইবা শাবা ফাওবা অমুক্তা লাক্লমদবদু হন্দক্তি তোয়শিল্লক্নে। কুম্মৈদি নোংমা নোংমগী হেনগৎলকই।

মখা লৈকায়গী তোম্বীদো ময়াম্না যূমগায়বীনেদি হায়বীবা মাগুস্বশিংনদি তাবদা নুংঙাইবতা নত্তনা লৌনিং লৌনিংবা পূক্নীং লৌশিং ওইগদবা মানবা কয়া ওবো ওবো হেক্তা হৈথবনি শকহেনবীদা থওইনা মথৌ অমা ওইনা। মখোয়গী মী তাখিনি মতাগুম জু-জা ... জু জা ... চাকখুমদা মচীন মচীন য়েশিন্নদুনা লোৎনা থূপ্না তথূপ্নবিবদু লৈপাকলৈ ফমুংদৈ নাশোন্ননা তাঙল্লক্লদুনা চাকখুমগী থোঙবা পায়দুনা ঙাইহাক তুমিন্না তায়,

> "য়েংঙোই, ইবেম্মা, মখূৎনা মমং লাম্বা ফংলবা মখোয়গীদমক কৈগী বাজকনি। নহা ওইবিবী নঙগীদি ব্রাদা য়াবিপোৎলা? নচাসু পীশক পীক্লি। মাদি শিবসু য়াবেনা। অদো, মীঙোন্দকা অমুক য়া য়া লাউবক্কদৌবিজাৎলা নঙবো? ননেমগী শক্তাসিগা ..."

"হেন্না, ইমাবোকসিমা। তুমিন্না হায়য়ু, মনা য়াম্না শিংবনি। ঐনা হেন্না খঙই, কৈনো।"

"হয়েংনে ঐননিকাইনা ৱাফংনবক্কবা ঐদি ফত্তে হায়জনু, হায়দে হেক্তা হায়গদবনি হায়বীদে হায়নিকো।"

"পাখৎপীকনু – 'মাবোকসিমা।"

"হে, পঙগনুনে অপঙবী। মী শিবা য়াবা ৱানিনে নঙবো।"

"অদুবু কবিনো হায়বা?"

"য়েং – ঙোই, নকুবোক – তো, শিথ্রিবদো, হায়নবীদু – ননে – হায়নবীদুনা –"

"কবিনো হায়নবী হায়ববো?"

"হেবা! হায়নবী হায়বদি, মসিমা পঙখ্রে, মতমশিগী লায়নদো – এডস!"

"হেবা মদুদি মানদেদা, হনুথংদুদবো"

"খঙঙোইএ, খঙঙোইএ, নখোযদি অপঙবীনিনা। শিংউনেহে নঙবো। মান্দবা কোংকুত্তা ঙাক্রা তূংবনিনে। চাউথ্রবা য়ূম কৈ খো-খোৎপা কনাগী লৈবিবা পোৎয়োনশঙ ময়ামশিংসিবু কনাগীনো? নখুত্তা লোইনা তাবগদৌবিবনিনে অপঙবী নঙবো।"

"অদুবু, পাবুংবু মথন্তা শিজত্রা কবিনো মাদি ... উম ..."

"অদুনি, চমম্নবা অমদি লৈত্রা?"

"হোয়নে মাবোক, মতমদুদদি মীনগা খবা চীকএ। মঙলাক্রবনি হায়দুনা অদুম পোৎলোইখ্রে। অদুম লোইখ্রেনে, কাউবু কাউকবেদা।"

"হৌজিক্তা মৈবু ফিনা কূপ্পা য়াদবনিনা ফন ফন চোংথোবক্লিবসে নখোয়দি তাবিবোইনে উবিবোইনে এডসননি এডসনা ... নঙবুদি ফহন্নিংই দা ইবেন্মা। হাই, হৌজিক্তি লায়নাসিনা অমদগী অমদা ফন

ফন চোংশিনবদা ভারতওদি মণিপুরনা মকোক ওইরে হায়বনি ইবেম্মা। সেকেণ্ড খুদিংগীবু মীবু কয়া কয়ানো শি হায়দা! ইমাই পেম্মা ...”

“ তৌবিসে রাখলকসে ফকচিল্লেদা ’মাবোক –”

“হৈ, তাওনে অপঙবী নঙবো, নকুদো নুপী অহল্লি লোল্লিবা। ননেমশিনা য়ায়মনি। মোবেদা লৈকই হায়দাই। অতোনবীদুসু নোংথাঙ লৈমানি। কান্নদে ইবেম্মা রা লোইবে। হিংখিবা য়াবিবা ঙাক্তনি। ঐনা হল্লিবনিনে নকুদো। নমাসু মপান থোক্লেদনা। খিত্তদা খঙনসি। ইঙ্গীত্তদা ... ইঙ্গীত্তা ... রা লোইবে।”

“হোইনে, মাবোক, ইমাসু এডস নাবল্লনিকো –”

ঙসাইমখৈ পাকথদুনা তাবল্লা লৈপাকলৈ কোকচাওবী ফূং কাবকই। কোক উক উরু লৈবকপগুম তৌই। মমীত্তা তন্দন কোয়পাই পাইবকই। তন্দন মবক্তা এডসকী মহীক্লা চোং ফন্দুনা শান্নগুমসু তৌরকই। লেপ্লদা চোকথববা লৈপাকলৈ তুবোই ঙাল্লোই তুংদা খোঙথাং অমা অনী থাংদোবকই। “ইস।” হায়দুনা মকোক্তা মখূৎনা তাপ পায়বকই। “হুম” হায়দুনা খয়াৎ ক্রক ক্রক চীক্রকই। মখূৎনা মশম তপ্লা তপ্লা নাল্লবকই। অতাবী অমা খঙনিংলকই। খোঙথাংদু অমুক মাঙলোমদা থাংজিল্লক্তুনা হাইবং হাইবং লেপ্লী। তাপ পায় থোঙবাদুদা। মনাদো ফক্লাংদা থেংচিল্লী লৈপাকলৈ। মখা শমথবকই শকহেনবী তোম্বীগী হূগী তেনজৈনা পাল্লবদা,

> “উম! অদুননিদনা ইমানা ফি শুকথা থাদ্রিবসে। হোইনে। ইকুবোক্কী কুমওন থৌবম মতুং থা মঙাতক্কপু শুবক্লেদা, হা চানীংইগা চানীংদেগা কবিনো অঙাং মচাদা মচানি। লাইয়েংথোকসিসু শুকয়া য়াদ্রিবসে। হোইনেহে, পাবুংদুসু ভোল্লব চৎকদবগী নুমিৎ লেপ্লগা নুমিৎতু য়ৌদ্রিঙৈদা শিখিবনিনে। মকোই মবাং মেন মান তাদনা শিখিবা অদুম হায়না মসিগী হনুবী ঙাশেপ লমশি মানবীসিসু, ইমাই পেল্লেদা – পেল্লেদা – ওহ্লোকইদকো ঐগী ইরায়বকসে।”
>
> “ইবেম্মা! ইবেম্মা! মতাঙসি য়ৌববদি ফিংগদবা নত্তেনে তপথগদবনিনে। তপথদ্রগদি পুল্লমক পূন্মাং মাঙলেদনা। নত্তে, নঙবো – চেন্দুনা হিংখিদ্রা হায়বা?”

"ঐবু ইপামদা মতম খরা হন্নসিরা? মানা ..."

"এ! ওম্নরে, ওম্নরে, নওনা চেনগদবা নত্তে। মবান্না মপোৎ ফারবশিংসে মবাইনা কাকফেনা মুল্লগা কেনজবগুম কেনজখ্রদবনি। হৌজিক্তি হৈনা শিংনা মতমদু ঙাইবা তাবনিনে তাবা। খঙলেদনা?"

"মাবোক, ঐগীদি ইপামদা হায়বে ইমাদনি লৈমীন্নবিবা অদুসু অপঙবীনি। কনাসু লৈতে ঐগীনিদো হায়দুনা অফ-ফত্তা তাথোক তাশিন্নগদবা। মাবোক্না তাকপীরিবশিংসে নমৌদদি মীৎ নাকোং য়াম্না ওইজরে। খবা খবা তোয়না লাকপীউকো মাবোক।"

"ইচা ইমৌগী অফবদো ঐগীসু শকক য়াওবিবনিনে। য়েংঙোই, মাবোকসু নখোয়দৌনা নৌবিঙেদদি কবিনো ইপুবোইবা ফাওবনা ওক্তবীনি হায়বীবিপোৎনিদা। অদুবু, লান্দবনিনা ঙসিসু মায় পাক্তনা লৈবিসিনি। লুপ্রাবী ঐনা ইচা পীবা পোক্তে কৈদৌজরুনি। ইচানুপীদুনা মপুবোইবদু য়াওং ইলহল্লে। মচীন মনাওগা খুৎকন পানগনখ্রপোৎনি। নুপা নিপানগী মনুংদা মঙাশুবনি। ইমুং অনীসি অমত্তনি হায়নবিবনি মীনা। মপাবুংদুনা থম্বীবম্বা পোৎয়োনশঙ অহম্মক ইচানুপীনা অমা ফম্মী। মখোয় মচীন মনাওনা অনী ফমদুনা শেনবু ঐখোযদগী হেন্না পায়দুনা তুপ তাদুনা লৈবম্বা ইমুংদুসু কোনুংদৌনা লংখ্রে।"

"পাবুংবু চহী কয়াদা লৈখিদবগে মাবোক?"

"চহী ৪১ হায়বকপদনি। মহাক সেক্রেতবিয়েৎকী চে-শুবনি (ক্লার্কনি)। মাগী থবক্তু ঐনা হনজিলহৌবে। ঐসু হৌজিক্তি থবক্তে পোৎথাবেদা (পেন্সন ফংলেদা)।"

"অদুদি তলব (পেন্সন) অনীনিনে ফংলিসে। ইচে তথোৎতি মপা মশক খঙহৌব্রা?"

"খঙহৌদ্রবনিনে। মানা পোকপগা মপাগী কুমওন থৌবমগা থারোন্নববনিনে। ওম্ভোকপা কুম্মৈনিদা ইবেম্মা – মতমদো। মী হায়সিনা ঙম্মীবু হায়বা, ইচাতোনবীসে ইতৈগা ঙাঙনবগা পোকপনি

হেত্তা বা বা করিনো ঙাওনবতা নত্তেনে খুদৈফাও তাম্মোকপীরক্লিপোৎনিদা। ঐগী নুপাগী অশেংবা খুন্দি থাংমৈকন্দনি। হৌজিক লৈবিসিনা ঐনা লৈজবনি। য়ুমগা কোম্নলা লৈবনি। য়ুম্নুদি আ কৈরেনফাবীদা হোৎথক্রে। মীনা ফত্তবসিসু ওখাক ফত্তেহে। আ মপাগী ফংফম থোকপা লন-থুমশিংদো পীবোই হায়দুনা শিখাং হেক খাওই। অদুনা বায়েন শঙদা বায়েনহল্লগা লোইনা খো খোংপা ফক ফত্তুনা লৌবনি। শিং হেক নান্না কোগোকহেক কোক্লা য়োম্মোকপনিদনা ইবেন্মা। মখোয়দি উকীল হোংনবদা তুম তাকহৌববনি। অদুনা নখোয়সু বায়েনশঙগী থবক্তো লোইশিন্নৌ। খবদি পীথোকখোকো।”

“মাবোক ঐদি ফনা হায়জবনি। মমাগা মচাগনা চপ হেক মান্নজৈ। শিখাং খাংবদা ইমুংদি ঙাবি থাক্লে। এ! মখোয় তামো লাকএ। তু – ডোক্তরনি। হোবেল চৎথোবক্কেকো মাবোক।”

“হোই হোই, য়ৌবে – য়ৌরেকো ...”

## ২৩

**চীংখৈঙানবা** ডোক্তর ফিবোজগা চঙলকই। লৈপাকলৈসু থুনা ফমুংদা হীপখে। ডোক্তব চঙলক্তুনা কুপ্না য়েংই। থোইনা অকবা লায়নাদি লৈতে। ঈগী খোঙজেলসু থোইনা অকায়বা লৈতে। ৱাখল হেনজিন্না খল্লুদুনা চহীনগা য়ামশিল্লকপগা মপা মপা হায়দুনি। অদুদি ফবে হায়দুনা ডোক্তবদু চীংখৈগা থোবকই। থোঙজীন হেক য়ৌবকপগা চীংখৈ খঙনিং নীংশিংলক্তুনা খংহায় হায়বকই, "ডোক্তব, ইমাসে এডস নাই নাদে য়েংশিবা ঐনা হায়বদুবু?" "তৌথোক্লসু ইমানবু য়াগদবা লৈবদি থোইদোক্তে" হায়বল্লগা ডোক্তব চৎখিবদু চিংনা য়েংহৌই লৈপাকলৈ। অসুম অসুম নাকোংদা শিংজা য়ৈবকই। তশেংনা থংনবা মীৎকুপ্তুদা থম্মোয়দা তাশোন্না থিল্লকই। চৈনাখোল ফংলবদা হংজে মদোম লৈবাক্লে,

> "ঐবু চহী মতাঙসিদা কবিগী এডসপু নাই নাদে য়েংলুখিনি মীয়াম মমাঙসিদা? অদুসু ইচা ইশুগী মমাঙদা ফোংনা হেক্তা খোঙগোয়নগদৌবিবা। আ তুংদা মৈনা ঈশিংনা চাম্বদসু কোক্তনা লৈহৌবগদবগী শকক মপাবুংগুম দোম লাউনা তুদুনা হেক শিজখিগে। কবিগীসু ঐবু মহীক্তুনা চঙলকদৌবিবা? নত্তে ইশানা ইশাবু মীনমজদনা হায়ববদা মদু ওইথোক্কদ্রনে? কবিগুম্বদা লাইওইব্রবা মানা ঐবু লৈখূনগী কোমদুদা চিংথনবা হোৎনবীবল্লবদি ঙসি ঐনা চিংনবিবসিবু চিংনবমদবসু য়াইনা? কবিনা ইদোম লৈখূনদুদা ইখোঙনা থোংনা কুমজপ্তগদবনি। ইচা ওইগেবা ইশু ওইগেবা চিংননিংবা মওংদা চিংনজসনু ঐতনা শেংলগা লোইবে। অদুবু মসিবু হেক্তা য়াবব্রা? য়াদেদা, ইমুংসে কায়থবকপদি শোইদ্রে। অদুদি কবি তৌনি? শেংতোকপা তাই।"

শাকহেনবী কিকপ কিকপ তৌনা মহৌশাগা ইমান মান্নদনা লৈপাকলৈগী মনাক্তা ঙেক ফমথনবা তৌকব্দু "হুম" হায়দুনা ফুক হৌগত্তুনা চপ লেপ্পী। অমুকসু "হুম" হায়দুনা তপ্না লৈপাকলৈগী মখোঙ ময়াদা থাপ্লপ ফমথবকই শাকহেনবী।

বাদি ঙাঙদে অশাবা মিতমগুম। চীংখৈ অপুনবা অমনা পুবগুম উংদুনা চঙলকই। হায়বকই, "ইমা, ইমাগীসে কৈগু তৌবোই হায়। অদুবু, আ – ঈ অমুক্তংদি শেংই শেংদে য়েংথোকসি। ডোক্তবদুনা য়েংনিংই হায়।" শকহেনবীনা বাপাংশিল্লকই, "হোয়নে মদুনা ফরনি।" য়াম্না খঙদবা মওংদা অনীগী মতৌদু য়েংলকই লৈপাকলৈ, "হোয়নে, মথৌ তাববদি তৌথোকগু ঙায়দনা।" শকহেনবীগী মায়থোং নোংদুমনা লৎনবীরল্লবা থাজগুমই। চীংখৈসু অদু মঙায়। অদুবু লৈপাকলৈনা "অদুবু" হায়না শমথবকপদুদদি অনীমক মমীৎ চপ চপ য়ুংলকই। মনা ফন্দোক্লুনা তায়,

> "কবিগী শেংই শেংদেগীনোনে য়েংদৌবিবসে। নখোয়গী এডস হায়দুগীবা? হে মদু ওইবদি মী তাখিনি। তূমিন্না ঙাঙনসি। মদূম্না ঐনা য়াদেকো। ঐ ইশানা ইশাবু মুন্না খঙই। ঐ হনুববনি। বা য়ামগুমসি। কবিগীনি হায়গেনে?"

চীংখৈ চঙক মায়ঙক্লনা শাকহেনবীদা য়েংই। শাকহেনবীসু চীংখৈদা মঙক্তো ইনশিল্লকই। মমাগী মমাঙদা চীংখৈ তৌফম খঙদদুনা, "উম ... হোয় ইমা –" হায়বগা মখা তারকমন্দবদুদদি শকহেনবী শাউবংননা পাখৎলপ হায়বকই, "আ – ইমা – মেলেবিয়াগী।" শকহেনবীগী পাউখুমদু তাশিন্নদনা নমহং হংলকই লৈপাকলৈ, "কবি হায়বনোনে, ইবুংঙো?" চীংখৈ য়াবক্তা ঙবং ঙবং ঙংলকই, "চুম্না মানবজাৎনিদা, শুম ওইরমগদ্রা – আ – মে – লে – রি – য়া ..." লৈপাকলৈ শাউনিংলন্নদৈ খংনোক নোকনীংলকই। অদুবু ফাথৈ, "হা – ঐবুবনে হায়বিসিবু? বাফমসে তোক্লসি। ডোক্তবগা পুন্না শান্নবসি। ঐগীদুম লাইবি। নখোয়বু লায়েংশঙদা চৎকনি হায়দাইনে ঙবাংদি?"

> "হোই ইমা। মখোয় তামো থবক অমা চত্তা য়াদদুনা শানৌগা ওইনা চৎলু তাবে।"
>
> "নখোয়বু, মীগী মচাদু পংসি শিজীন্নবা ফৎতেনে। মীগীসু মমা মপা হায়বা অমা লৈবিবনিনে। ইমাগা চৎমিন্নরসি।"
>
> "হকচাংদি ঙমদে হায়রগা, করিনো? ইমাগী হৌনবীদুমুক হৌরক্লরা? ফরেসে ঐগা চৎলগে। থবকতো কোন্না চৎলগে।"

"হায়, অদুগী নৎতেনে। ঐগীসু থবক অমা লৈনে।"

"এ! করি থবকনোনে ইমাগীবু? হেরো, মদু কান্নদবা বানিদা ইমা। "

"নত্তে, নখোয়গী বায়েনশঙগীদুনা কয়াম বাংলিবা হা? "

"অস! মদুসু ইচম চম্না (সিঙ্গল বেন্নতা) খন্নবা য়াবকতবদগী আ য়ৌদা য়াদদুনা (দবল বেন্নতা) মথং থাদা পুথোক্নবা য়ানা লৈবে। শুম শুম লুশিন্নক্লে তৌ শাবিসে। ইমান্নবদুনদি সিনা ফনি কুইববোই হেক হায়বদুদদি ফদ্রা হেক খন্নুবে। হৌজিকপু পৈশা খবা থৌবাং তৌদসু য়ারোইদৌবি। "

(শকহেনবীনা শাউনা) "অদুক য়াম্না লৌগ্নবদুবু অমুকসু পৈশা?"

"পৈশানা ক্না মতপ তপ্পগা পৈহনবদগীনি ঙসি ফাওবা পোৎয়োনশঙসে ফন্নিবসে। "

"অদুদি, ঙহান্না মোবেগী পোৎয়োনশঙদু য়োম্বোক্লমদনা নচলদুদা কোক পীবগা লুপা লাক্ক মঙা হাপ্পু হায়বদুদা য়াশিন্নবন্নবদি খৎসু খৎনবোই। মাসু ফবে। ঐখোয়সু ফবেদনা। লাক্কতুসু অদু য়ৌনা পীদ্রসু য়াবমগদবনি। "

"নঙনা করি খঙলদনা? লাক্ক অনী পুদুনা পোৎয়োনশঙগী মিং পানবা চেদুগা (পাটাদুগা) ঐনা থিনবা চৎলুবদুদি নঙদি মীতোপনিনা খঙলিবোই। মাগী মাম্মনেনা তৌবিবা শৌকনিবু হেনবদুনা পূমশেম হেক শেমদৎপনি। ঙাঙনবকা য়াদবদুদদি ... "

(লৈবাক্লে ফিংলপ্না) "ফবেসে তোক্লসি। অদুবু, হৌজিকপু কবম তৌদৌবিনো? থা তরামুকসিদা পোৎয়োনশঙ য়োনবগী শেনফমদু বায়েনশঙগীদা খবা পোৎয়োনশঙদা খবা উনা বানা চাইখাইবদু মঙায়বে। মদুগীশু মথক্তা শক্রৌদে লুপা লীশিং য়াংখৈ অমসু লৌশিন্নবা নৎত্রা। ঐদি খনফম্নু খঙদ্রেদা। "

"বায়েনশঙসিতবু লোইবদি শেনফমদুদি থা খবা মঙায়দা। অদুনা, বায়েনশঙগী চঙগদবশিংসিগী খরা অমুক লীশিং য়াংখৈগা পীখো হায়বদুদা ইরাইদা পীগে হায়হৌই শক্রৌদো।"

"খঙদে ইবুংঙো, শেন পুবা হায়বসি ইমাদি পুজিদা তৌজরক্তেকো। নপুসু নপাবুংসু তৌখিদবনি। পূদৌ শরুক তৌদবনা যৈকো। শেন পুবদি ইরন তেকপদা নৎতনা মীয়ামগী ইকায় খুম্নবসু ময়েং তাবনি। যৈদি হায়রোইকো ইমাদি। নঙ অঙাং নৎত্রবনি। মুন্না খল্লু। নঙগী খুবাক্তা তারিবসে ইমাদগী চিংনা, ফনদি য়াল্লিবনি। এ! কবিনো ঙস্তানা ইশু লাক্লেনে।"

"বোবোক! বোবোক! ঐখোয়গী ওজা শেন পীদবৈ নোংমৈনা মকোক্তা কাপ্পদে মাগী কাদা শিহৌবে। ঐসু কিদুনা চেল্লকইবনি।"

মমা মচাগী ৱাবী মখা তাদ্রে; মশুবু মফি-মবোল লৌথোক্লবা হোৎনৈ লৈপাকলৈ। "মাইখোম্বা, মমা লৌথোকপীবগে" হায়দুনা শকহেনবীনা মচাবু মহৌশাগা ইমান মান্নদনা তাপ লাউনা চিংশিনখিবদুদা লৈপাকলৈ থম্মোয়নুংদা "এ!" হায়না য়েংতমক য়েংদুনা লৈহৌই। পূক্লীংগী অৱাবা চীনবান থোক্তনা থম্মোয়নুংদা ওমদুনা খাঙজে। ৱাখলসু মদোম ফাথজে।

চাবা থকপা লোইবে অয়ূক্কী। মশু মবেন চীংখৈ তনকা কাখৎলকই কাবদা। শকহেনবীনা কোম্পোং শো লোনবা ঙাইদুনা লৈ অহুম্মক। খু খু কাম কামদুনা কাব কাখৎলকই। যৌই ৱা অমত্তা ঙাংনকদনা। পুং ১০.৩০ খবা হেলল্লে লায়েংশঙ য়ৌবদা। চীংখৈদি পোৎয়োনশঙদা চৎখ্রে। মী ফনদি য়াম্না লৈবল্লে। ঙাইহাক ঙাইবগা ডোক্তর লৈমহলদা য়েংলে মনি মমৌ চঙদুনা। চেদা ইবিবশিং অনকপা হীদাক য়োনফম অমদৈ অমত্তা চীৎথদনা লোইনা লৈবে। বীস্কো তোংখৎলে। শকহেনবী অঙাং মচাগুম তবংদা বীস্কো তোংই।

"এ! বীস্কো, তু – হনুবীসে, মাগী মপাসিদা খাম্মু" হায়দুনা কূমথবে। থোইনা মনতিকনকদনা ঙাকচৌ অয়ায়বদু লূক অমা লৌশিল্লে লৈপাকলৈ। শকহেনবীনা "ইমাগীদুবু য়াম্মনদ্রা" হায়বকাদু তাশিন্নদনা গম গম মাঙ থাদুনা চৎলি লৈপাকলৈ। এঙ্খাং য়োনফম মপা যৌবকপদুদদি চপ লেপ্পী অহুম্মক। "এ! শিদা লৈবে" হায়দুনা লৈপাকলৈ প্রপ প্রপ চঙশিনখিদুনা ইবোম্বা য়াদ্রিবা শিংজুগী য়োংচাক্কু ১০০গী অহমতমক শিখাং খাংবদুবু ঙাঙনদুনা তবা পানবা চবোং অমগা কোবী থমচেৎ মানবী কিলো অনীদুগা হাপচিল্লকপদুদা হায়ফেৎ মোমোন্নবকই লৈপাকলৈ। শকহেনবীনা ইশুক শুকথবদুবু উবদুনা লৈপাকলৈ, "মৌ, নখোয়না লৈগদবশিংসু হায়বোদনা" হায়বকপদা ফুনগৎলম্বা ময়ামদু দোঙ ফূদোবকই, "কবিসু লৈতেদা" চাকহৌ তোববোৎ অমা হাপচিল্লকপদুদি মপোৎ ফাববা খাউদু অমুক য়েং পোৎশং য়েল্লা মপোপ ফজবা মপুন্দুদসু অমুক য়েং

লৈপাকলৈনা ঙাইহাক হূইঙক মায়ঙাক্লরিঙৈ চৈরকুদা য়াইখোম্না মমাগী মখূৎ কনথৎলল্লগা মবোক্কী খূদাংদা তাপ পায়রকই। নিংঙাই তৌদুনা হায়বকই, "তু বোবোক – আ – ৰাংমসিদা য়েংউনে, নোংমৈসে লৈবীয়ুকো বোবোক।" লৈপাকলৈ মশুগী মখূৎ মচাদু চেজেৎ পায়দুনা, "লৈদদিকো ইশুগীবো" হায়দুনা শকহেনবীদা য়েংলকই। হৃজাম মপুল অনী হাপচিনবদুদদি থল্লবা খাউদু "মৌ খাউসে" হায়বল্লগা মশু মবেন নোংমৈ য়োনফমদু তান্না চৎখ্রে।

চাবা থকপা নুমিদাংগী লোইবে। থেঙলে। পুং ৮.৩০ বোম তাবে নিংথমথাসিদা। ঙসাইমখৈ ফম্লম্বা লৈপাকলৈ মচাগী খোঞ্জেল তাবদা তপ্না হীপথবক্লে। ওহানমখৈ মশুনা ওইনজদুনা তূম্বদু ঙসিসু তূন্নিবোই খল্লুদুনা ফৈজুপতু হেক্তা শেমজীল্লুই তাঞ্জাদুদসু লৈপাকলৈ। মশুগী মায়থোংগী মঙালনা অমম্বা অহীং কয়াদা মঙাল নাইনা পোংথাজবম্বা লৈপাকলৈ ঙসিদি মশাগী মীৎলুদৈ শিল্হুবক্লিবা পিরাংশু মমীৎনা উজদ্রে।

শকহেনবীগী শৌ শৌ লাউবা মবক্তা ফি হোংদে চাক লাম্লে হায়দুনা খোঙউপ্তুনি লৌথোক্লিবা চীংখৈ। চাক্তু চাবদা কনাগী কনা কানি কবিসু তাখিদ্রে। শকহেনবী ফল্লপ য়েং, "লাম্লদি ঙস্তা হনবীবকপা য়াদ্রো" হায়বল্লগা মচাগী মনাক্তা হীপথখ্রে। চীংখৈ ঙাইহাক টি ভি পাউ তাবম্বদৈ হীপথবতা মঙায়বি। য়োনগা কোক্তা তাইনদ্রি খংপ্রেক খংই চীংখৈ, "কবিনো তূমথববা" হায়না খূ লাউনা খাউবৌনা য়োন মখা ওইবপ্তু কান্নকপদুদদি (শকহেনবীনা)। উইবোন শাবোন্নকরবা লৈপাকলৈসু মমীৎ খংশিং শিংই। অদুবু মনাকোং অনীদু ফৈজুপ্না মেনশিন্দুনা ননশিন্দুনা তূমথনবা হোৎনজৈ মহৌশাগী মহৌশাগুম। থওইনা তাদবসু হৈনবক্লে লৈপাকলৈ।

চীংখৈ শাউরংননা ঙাঙ শরুকই। অদুবু শনহেনবীনা খংহায় খংজিন্দা নমহৎলি। লৈপাকলৈসু ফনা হোৎনকন্দুনসু তূমথকবা ঙমদ্রে। অহুল ওইবকপগী শোল্লবা মনাদুনা ফৈজুপ্তু ফাওনা মশেন মরাংওই মনীং মমাঙ ইশম শম্নদনা তম্নবীরি নীংঙাই শংদানরিবদুনা। লাউনা খোংনা ঙাঙনবৈ মবক্তা অমুক্তা তাখিদ্রিবা অহৌবা খূবাক্লা থাবে খোঞ্জেল অমা তারকই। লৈপাকলৈ ফূক হৌগৎলি। মঙলনে হায়দুনা ঙাইহাক তূমিন্না ফমদুনা লৈ। কূমদি কূমথকদ্রে। ঙবং ঙবং ঙংনবম্বা অনীদুসু তূমিন চেক য়োক লোউখিদ্রে তপ্না হাংবা খোঙগী মখোলদু নৎতনা। চীংখৈসু শকহেনবীনা খোকখিবদু খোইনা থিকদ্রে। ঙাইহাক লৈবগা খৌদেমদুনা খোঙদু ঙাশিল্লি। লৈপাকলৈসু তূমথনগ্রবোই নীংদুনা তপ্না হীপথরকই।

# ২৪

**লৈপাকলৈ** থোঙ হাংবা উদবদা চঙসি কদায় হনসি কদায় চঙক মায়ঙকনৈ। কনাসু উদে ঙাইহাক্তুদি অঙনবা অয়ূক্তুদা। তপ্না থোঙদু থীল্লুই। হাংদোবকই চাউবী। ফিদা থাই। মচাবু "মতম খরদি মশাসু ঙমদে হায় ঐগীদা লৈজবসনুদা; মতম খরা লৈবগা থিল্লক্কে" হায়বদুদা লৈপাকলৈ থোইনা পম্থরক্দনা থোবক্কে "শকহেনবীবু" হায়না ঙাইহাক চেপথ চেপথ য়েংলম্লগা।

চাউবী শকহেনবীগী ফমুংদা ফমথবৈ। মমীত্তু তক তক পাঙলিবা মচাদা য়েংনা হায়বকই, "কবিনো ইবেম্মা, ননেমদো য়ুমসিদনি লাক্কন্নিদো ফবসু ফংত্রসু ঙাইহাক্তং থোবক্লগা সেগা মাইগা কোক হায়নবগা থাদোকখিগদবদুবু নঙসু লাইমা ইবেম্মা ..." শকহেনবী মমাদা ওনশিল্লকই, "কবিনো ইমানা হেন্না ঙাওখ্রেদা। ঐনা লাক্কিসে অশোয়বদো থিবগনি লাক্কিসে। য়াম্মা ৱানা লাকখ্রগোৎনি। মাগী স্ববদো, হো মাগী এডসকী মহীক্তো মদু কিবদগীনি ঐনা চেল্লকইসে। ইমা, মদুগী ৱাদো অবায়বনি। ঐনে, ঐ ঙবাং অহীংসে মীৎ কল্লা অমা ফাওবা উইশিল্লু যাদে। কৈনবু তোকপা পোকপ্রা? মপাদুসু নুপী অহুমনি অহুম। মাসু মবক মবক্তা নুপী থিনি হায়না মথিকা ফোংই। মপুক্লীংগী ৱাদো হূবানবনিনা দোঙ লাউনা হেক্তা হায়দোকই। ঐবু চেল্লুবিবীনি হায়দুনা মমল লৈতনসু খনজবকসু শাইনে। মাগী মতৌসিদা ইচাগা অমত্তা নুংশিবকা ফাওদ্রে। ঐনা নুপী পুদা পুশিল্লকউ মউন শেত্তুনা থাঙনা মতৃপ তবেৎ থোক্লা চবৎ চবৎ কক্তুনা মাঙ্গোল চুবীমখাদা হিংফুম ফুমগনি হায়বদুদা পুশিল্লকতববা হায়বদুসু খঙদে। মানা নুপী পুশিল্লক্ত্রিঙৈ মাবু ঐগী খুবাম্লুংদা খুদুম চেংনা পায়শিনহৌবা, পায়শিনবা য়াদ্রগনা শিজখ্রেদনা।" চাউবী মচাগী মতৌদুদা পাখৎলকই, "হৈ হৈ! নঙবু মী তাখিনিকো।" ফুক হৌগৎলকই শকহেনবী। মমাবু থেল্লকই, "কান্নদে ইমা, খুবা চাউতোন উন্নকসি।"

মচানবু হায়বদি চাউবী হেক্তা হোই হায়বসি ঙসি ঙরাংগীদা নত্তে। মচাবু মখুৎ শমদুনা হেক্তা পুই। চাউতোনগী কোন্থোংদা পরেং লেংলিবা মখোঙ অনী, অহুম, মবি পানবশিং অচৎ অওকশিংগী মীৎতাফমনি। চাউবী থাংলল্পা

খোঙথাং লকক তৌনা "ইবেম্মা নঙবু হয়েং ঙন্না লাক্লসিনে হল্লসি" হায়বদু শকহেনবীনা য়াদদুনা চঙশিল্লক্লুনা ময়াম মবক্তা ফন্নবে, শকখঙচে ১৩শুবা মশীংদু পায়রগা। চাউবী কোয়না লৈনা ওত্তুনা থিবদা খঙনবা কনাসু উদ্রবদুদদি লৈতানা ফমথরে।

চাউতোন চহী ৬৭ মুক্তি শুজববসু পীকতক তৌনা মশা খীং খীং লাউই। লাইবক্কী লৈশা পাক্লম চবাক্লুনা থোইনা পকচনা মগুন হাপ্পগুম তৌই। মাগী ফমফম ওইরিবা অখন্ননা শেম্বা ইকোয় কোয়বা লাই খুদেং মানবা মোন্দুমদুনা অমুক্তা হেন্না ঙকহল্লি। পীগুম অনীগী কাবক্তা লৈশা মথক্তা নল্লিবা অঙাংবা শিন্দুরদুনসু অউবশিংবু পূমগুম শুমহৎলি। পঙনা পঙঙাং ঙাঙদবা জ্রো জ্রো ঙাঙবদি মানবা হাঙাঙনা অতাবগী থম্মোয় হেক্তা নৌথে। থোইনা মীতাকদবা মীৎয়েংনা য়েং লৎনা লৎনদনা ময়াম মমাঙদা লৌশিল্লিবা লীশিং চৎপী চামঙা চৎপী চবুন চবুন'দুনা অমুক্তা হেলহল্লি চাউতোনগী মগুন। মবক মবক্তা ফল্লিবশিংদুগী মবক্তে নিনফুং নিনফুং কাঙথোবকই, "ঐখোয় ওজাসিনা য়েংবীবদগী নুঙ অচৌবা অমা ফিবাক্তা লৈবে শিজাদা থাঙ থানি (ওপবেসন) নুমিৎ লেপ্পুববদু অদুম তোকখ্রে। হৌজিকফাও চহী মঙাদুম শুবে কৈশু তৌখিদ্রে।" "হেবা অদুদি খববু ফবিয়ে, ঐখোয় লৈকায়গী লৈশাবীদো কৈথেল থোক্তনবা মবুং মৌপ্পাশিং কবিনো থৌবিনা ফাবগা পুনবগা য়েংহৈপোক্তে। মমানা ওজাসিদা য়েংহনবদে কুইবে লুহোংখিবা" হায়বদুবু নমহৎনা অমনমুক ফেনজিল্লকই, "অদুদি খববু ফবিয়ে, ঐখোয়গা হেক শাইজিন শাইজিন লোন্নবিবা য়ুমনি। অহীং হেক ওইবকপগা য়ুমদো অদুসু মথোন অহুমগীনি কবিনো খোইদৌ নীকপসি মঙায় থোক থোক নীক্লিবা অহীং তাংলৌ হেক খুদিংগী। মী লৈনকদ্রবনি। ওজাসিনা য়ুমদুগী অকোয়বদগী লৌথোকখিবা শক্ক মচেৎশিংদো ঐসু উহৌই। য়ামখ্রপোৎনি। য়াম্না ঙক্লিদি ঐখোয়গীনা কবিসু তৌদবা। মখোয়গী তাইনবা কচ্ছাবদগী হোংলকপা অহন্দুদি মাগী মহৈদু হনবদা শিল্লে। ঙসিদি কবিসু তৌখিদ্রে।" ময়া কাবম্বা অমনসু নংহৌররোই মতাগুম থেৎচিল্লকই, "হাবীদুসু নুংঙাইবি। ঐগীসিনা তোংঙানবা অমনি। বায়েল লোয়শঙগী ফম্ফমদা ফল্লিবা বায়েন মকোক্তু (জজদু) ঐগী বায়েল থোকপা নুমিৎ অনীরক শুরে অবোইবা বাবেপ তাবমদাইদা হেক্তা ফমফমদা বাম্বুরকপা। ঐখোয় ওজাসি থেংনহৌবদগী অহমসুবা নুমিত্তনি ঐগী বায়েলদো লোইশিনখিবা ..." নুংত্তিগী হোং হোংদুনা লীনবা মা মাগী হাবীদুনা চাউতোন নোংমা নোংমগী হেন্না হেন্নদুম হাংবা হেনগৎলকই লফু লেম্নাগুম।

কনাগী নুপী অঙাং হনু হনথি নাইদনা মাইবনা লায়য়েংবা ঙমদবা কম্না পুক্নং শুরগা মানা শেন্না হীদাক খরা চারগা নুপীগী ঈ নুংশীৎ শেংহনবা ওন্না মীতে মাইবনি হায়দুনা মীনা কী তুক্নৎচবা পোকপদা নংতনা ঙানগ্না ঈশিং মনুংদা কৈথেল কাবা উবা ওন্ননি হায়দুনা লৈকায় খুন্নাইনা কি তুক্নৎচদুনা থোইদোক্না হঙ্গোইনৈ চাউতোন। ফনমক লাইরিক হৈববসু মাগীদা লাকপা খুদিংনা মাবু লাইগী শহুম অমা ইবোইদা লোয়নৈ হায়দবা খন্দবা য়াওদে। লাইবা তিনবা শান্নৈ হায়দুনা য়ুমথংনবা তোমচৌ খাওখৈ খাঙলন্নগা মান্নবা তন্দুনা ময়ূম হোংখ্রে।

চাউতোনগী অঙকপা মগুন অমনা লৈকায় চফ্ ওইবশিনি। মহাক্না শকহেনবীগা শানৌ, শক্রৌ, বোহিনিকান্তা, উমাকান্তা, শমদেন, তোল্লঙৌ, ফকক কনাগী লৈশাবিঙৈগী ফাদুনা লৈননবা হোৎনখিবা লৈকায়দুমক্কী তোলপিশক, মখোয় মখোয়গী বাবীশিংসে নুমিৎ থবান ফাওবা হেক কাউদ্রি ওসিফাও। মানা মুন্না খণ্ডই চীংখৈনা ময়েক শেংনা খণ্ডই, শকহেনবীনা কাওবদা চেন্নুবে হায়বসি। অদুগা মীয়ান্না শকখণ্ডনববা শকহেনবগা মতম খরসু লোয়নবম্মী হায়বসিসু চীংখৈনা খণ্ডলমগদ্রা চিংনৈ শকহেনবীগী থম্মোয়দা মানা থয়াইননা খণ্ডই। যৌববা চাউতোনগী মমীতুনা ফল্লপ ফল্লপ লোংউপ্পা তানবদা দোঙ লাউনা থেংলুবে চাউবী শকহেনবী। "এ!" হায়দুনা মঙক নোন্নুই। তঞ্জানা চাকন্দুনা মখোয়গী পাল্লি তাদুনা শকহেনবী চঙলকই,

"পাবুং, চে সিদা লৈজবে।"

"ঙাইখোদা, চেগদো লায়রিদা। নঙবু ঙসাইমখৈ উবু উকদেনে। ঙাইখোদা ইবেম্মা, য়েংবদা নঙবু অনম অহা ইচু চুবগুম তৌইদা।"

"পাবুং চুম্মীনে। ইশাসে থামুক ফাবে চানীং থকনীংবা কা হেন্না সিমদি হায়বদো লৈতে। পংতুমতা তুম্লিংই। ইতন্দ তল্লি। কবিগুন্নদসু মবম ইচা হেক চাদনা অউ অউবদা পংশাউদা শাউনিংই। শেংনা অমুক্তা য়েংবীয়ুনে পাবুং –"

"ওইথংবগী খুদোম্বীদু পীবকউ। খুবীসু ... উম – সে য়েংউনে খুদোম্বী মতোন্দা খুবী মতোন্দা নখুত্তুনা তপ্পা পায়য়ুসে – দিং দিং চোংবা ফাওদ্রা য়েংউসে?"

"হোইনে, পাবুং মসিবু করিগীনো?"

"হেবা, মীগী হীকাপ য়াইকাপ মী মনু শা মনু চঙখিবদগী মিহুন্না মিহুনফমদা লৈঙমদবদগী চোংলিবনিনে। মিহুননিনে। নঙগীসে, সোরেন থাজীনবনি। মসি মাইবৈ লোন্দা সোরেন থাবা কৌই। শেন তুংলরোই। য়ুমদুদা লৈনিংদনবা, শিনিংবা পোক্লবা সোবেনশিংনা নঙগী থবায়বু কৌহল্লিবনি।"

শকহেনবীনা, "অদুননিনে অনী অহল্লক শুবে ঐনা শিগে তৌবিবা। অমুক্লা মানা থৌবিবা গাড়ীদে চোংথগে তৌবনি শম্লাদা লীংহৌই। অমুক্তি ইপামগী পুক্তি মচাদুদা হেক্তা চোংথবনি" হায়বকপদা, ঙসাইমখে "এ! এ!" হায়দুনা তারব্বী মৌ নহা অমসু "চুম্মীনে চুম্মীনে ঐসু তৌইনে ..." হায়দুনা হায়বকপদুদা চাউতোন মখা শমথবকই,

"ইবেম্মা, পাবুংবু হঙ্গোইগনুকো, ফুরীত্তু খজীক্তা – হো – হো – অদুমাইনা – অদুগা ফনেক্তুসু খোয়খাদা – হো – হো – য়াবে – য়াবে – সোবেনশিংসে খোয়খাদা লৈবনি। মখোয়না থবাক মিহুনফমসে হেক য়ৌববদি মীদু অদুম কনবা ঙল্লবোই। লাইনা কনবনিনে ইচাদি। ওঃ শিদা লৈবে লৈবে। ঐনা মেৎপসিদা মখোয়সে তুমিন তাশিন্দুনা লেঙখিদ্রে। ঙাইখোকো লেঙগনুকো, নমা চাউবী কৌবকউ। মথংগী কাসিদা –"

শকহেনবী "ফনি পাবুং" খুম্বু খুমফাৎত্রি চাউবী প্রপ প্রপ হেক্তা চঙশিল্লক্তুনা লেপ্পবে। তুংদা মাঙদা চঙলক্তুনা চাউতোনগী য়াকা ঙাইদুনা লৈ। চাউতোন তপ্না ইবেম্মা চাউবী, নচানুপীসে মীগী খুৎ য়াম্না লৈবে। খুবক্কী ঈনা মশান শারে। তৌক খুদিং মমায় পাক্লবোই। কোকথোক চামথোকপীগে লীশিং তবাদি চঙনি। য়াম্না হায়দ্রবনি। ময়ামসু ঙাইহৌবিনে" হায়বকপদা চাউবী ইপা পাখৎনা শিদা লৈজরে হায়দুনা শৎ পীশিল্লি পৈশাদু। ইচাসিদদি কনবীয়ু হায়দুনা হেক্তা খুকল্লকপদুদদি চাউতোন শমথরকই, "ইচাসে থেঙমল্লবনি, ঐ থেংনবমদ্রদি চহীবু ফাবোই।" খ্বায় লাউরদুনা শকহেনবী অফিং অফাইওই হায়বকই, "পাবুং মা ওইনা লোইশিন্নবা তৌবীরো" চাউবী চাউতোন চপ মান্নলা, "হায়হৈদেনে ইবেম্মা" হায়রকপদু নমহৎলি শকহেনবী, "পাবুং মানা তৌবনা মানা ফংজবনি।

পাবুংনা ঐখোয় অনী পুনশিনবীখিবদুদগী ঙসি ফাওবা লৈমিংয়ে হায়বগী বাতনিদা, হৌজিকসু ঐবু খোঙয়া উফুলদৌনা অতোপ্পা নুপী অমা পুশিল্লক্কনি হায়বিনে পাবুং।" চাউতোন্না মুন্না খল্লুখো হায়দুনা থেমদুনা থাদোক্কে তৌরকপদুদা শকহেনবীনা কীং নমশিল্লকই, "পাবুং ঐনা ঙসাইমখৈ হৌদোকচবা ঙমদবনি। ঐনা হাৎত্রে মানা হাৎখ্রনি। নচাবু কনবীয়ু। পাবুংগী অৱামন্দো কয়ানো তাকপীবো।

চাউতোন শকহেনবীদা অমুক য়েং চাউবীদা অমুক য়েং ঙাইহাক তুমিন্না লৈবম্বদৈ য়াম্না খল্লুনা হায়বকই, "পৈশাদি তাল্লগা ফংবনি। মুন্নদি খল্লুখো। তিল য়োংথখো। তৌবু তৌখ্রবা অদুম লোইবে। লৌথোকপসু ওন্নবোই। লাইহল্লোন ১০৮গী পুজানি। মীদুসু নুমিৎ হুপ্লি, চয়োল অহুম, থা অহুম নৎত্রগা চহী অহুমদনি শিগদবা। চহী হায়বসিদি অদুক মমিংগী বাতনি। ঙসিফাওবা চহী য়ৌবা অমত্তা য়াওখিদ্রি। হয়েং শিবগা ডোক্তরনা মীবেলশঙদা লেপ্পুৎ-খোংতং (পোষ্ট মোর্টেম) তৌবফাওবদা থম্মোয়গী লায়নানি (হার্ট এটেক) নৎত্রগা ঈগী ঈচেল লেপখিবনি (বীপি স্ট্রোক্লি) অদুম হায়বক্কনি। বানিংঙাই শুক্রে লৈতে। খল্লো, তৌগে তৌবোই। তৌদবনদি ফনিকো। তৌ তাববা শেনফমদি অমদগী তাবা য়াদ্রে। কবিনা থবক্তু অঙাং নৎত্রে। ঈবাৎ থৌনিদতা মমল য়ামখ্রবা য়াই, সনা, লুপা অসিদা নত্তনা কনাগী পোকপদা য়াওবকপা সোবেনগী হূইয়া – নোংলৈ-শীংজং ফাওবা হেক য়াওই। চাউবীনা ইক আ তৌবিঙৈ শকহেনবীনা "পাবুং ঐ হান্ননা লেপ্লবনি শেনফমদু হয়েংগী মথং থাংজা নুমিত্তা পুজবক্লগে" হায়বম্লগা থোবকই মমা মচাদো। চাউতোন তুমিন্না লাউখকই, " হৈ – চাউবী, নমা নচা মনা মনিল নাইবদি য়াদেকো। মতমসে বারকপীনবা শৌ শাববনি খঙলেদনা ... মীঙোন্দদি অহুমদৈ তাদবনিকো। মতমসে ফত্তেকো ..."

## ২৯

পোইন্ থাগী থামৈগী অয়ুক্কি। লৈচীলনা চীংখৈগী গাড়ী মমাঙগী মিংশেল পূম্মম মমশিল্লি। পংঙন ঙন্দ্রবসু নুমিত্তি থোক্লি। ফুবিৎ অপাবা অমত্তনি লীৎলিবা, থোইনা ঈংলুবা ফাওদে চীংখৈ। নাতোন মতোনগী মায়হিংদু কাখৎলকই খঙদনা মীৎপান তম্লকই। শম তেল্লগত হৈনজবদুনা ককপা শংদবগা নীংশিংলুদবদগী শাংলকপদুনা পংফা ফাবদুদা শকফম খরদি কায়রে। নুংত্তিগী অউবা ফাওবনসু খঙই। হেন্নদুম শকফম কায়হল্লিবদি মাগী ককপীদ্রবা মনীং তম্না লল্লপ্না মতা চাদনা শাংনা হৌবা মকোয়দুননি পোক্লা নল্লবা। গাড়ী থৌবিঙৈদা শক্লৌনা পৈশাদু কোন্না পীবগে হায়না ফোন তৌবকপদুদা "য়ৌশিল্লকএ পীদা য়াবোই" হায়দুনা হান্নদগী কন্না থৌবা হেল্লকই। ফমফমগী মথক্তা থোক থোক নীক্তুনা তাবিবা ওলড মোঙক লীক্লিদু মখুম হাংদোকই। থৌনা থৌনা থক্লকই। য়াওম খবা চিংবগা গাড়ী থাল্লে। কুমথবক্লে। শক্লৌনা কমপ্যুটবগা শত্রং শান্নবিবা ফোঙ ফোঙ শাবা কাদুদা চঙলকই। ফমথৈ। তহা তহা হায়বকই চীংখৈ,

"হেবা মকপ, মতেঙ পাংবৈ পাংবিবা হুন্দকীসিদংগা পাংবীদ য়াদ্রে। মরুপকী মাঙননববু ঐনা তৌগ্রববনে। পোৎয়োনশঙদু অশুম য়েৎনদুনা সিআবপিসি চাম্মা নিফুমিব থমজিন্দুনা লৈবদি কবম্না নঙগী পৈশাশিংসে শিংগৎলক্কনি। অদুনা য়াঙখৈদুদি পীদা য়াবোই মকপ।"

"পৈশাসে লৈদি লৈ। খুৎলৈসিদা পীনিংদ্রবনিনে। ঐসু অনী লৌবিএ ৫%দা অমদুদৈ। ঐ নঙোন্দৈ শেন্দোয় লৌবসু নুংঙাইতে। মঙোন্দা শিংদোকখ্রগে তৌবনিনে।"

"অম্না হায়বু ঐনা শেন লৌবা মখাথৎগী উশমগী মনিন্নাদুবা?"

"মা নৎত্রদি খায়দা কনাবু লৈবিগে? মাগীদা হৌজিক হৌজিক লৈবিবা থবক পোৎথাচে (পেন্সল বুকসে) লীশিংবু শুই হায়দা।"

"শেন্না শেন তানজবনিদা মকপ। ঐসু নঙনা পীবসিনা শেন অমুক মচা পোকহনগদৌরিনি।"

"এ! য়াম্না নুংঙাইবা ব্রা অমা তমগে চাউথোক্লরকপদি য়াদেকো। নচল ইবেম্মদুনা নঙনা পৈশা পূগে লাক্লদি পীকনু হায়দুনা পাউহোম্মম্মী হায়বর্কইনে মনিম্নানা ঐঙোন্দা। মখোয় অনীদি লাপ্লদেদনা। ঐনা পীবি শেনফমসে মনিম্নাদদি তাহল্লক্কনুকো। লান্না লৌখিনি। মাগুম্বা অমা শম্ময়দি হৌজিক মতমসে কমদৌনি?"

"মদুগী অঙাংদু কয়াদা অঙাং মচা তারিনো? মানবু বাখল খবদং খম্থবম্লদি মাসু ঐসু ঙসি মাঙলিবশিংসে মাঙলমখিগদ্রা হা মকপ? কান্নদে মাগী বাশি তোকসি। ঐ চংনবা তৌরগে।"

"ব্রাফম অমদি ..."

"কবিনোনে?"

"হান্নগীদুগী শেন্দোয় মঙোন্দদি লেপ্তুনা পীবি। শেনসিদি নাখে শেংবনদি ফৈ। লৌনদবসু য়াবা নত্তেদা, কবি হায়গে?"

"কুইবে হায়বসি ঐসু খঙই। নঙ ওইবগীসু ঐনা তৌবনিদা। হোইনে হান্নগী শেন্দোয়দু লোইনা পাথোকউ। লৌহৌরো। য়াঙখৈদি লেমহল্লু। শেনফমসি মীদি তাহনগনু উকিলগী শেনফম্মি।"

"অদুদি পাথোক্লসিনে, আ – ইদি ইশিনখিবনি, ও – অহানবগী য়াঙখৈদু মমাং চহীগী ওক্তোবব কুনমঙাদনি। নীংশিংলিব্রা?"

"চুল্লল্লনিদা।"

"অদুদি, ঙসিসে দিসেম্বব তবামাপলনি। থা ১৪ শুগদবা নুম্মিং তকক্লিদা ঙাইবমল্লে। অদুনদি শেন্দোয়সে পূন্না লুপা লীশিং কুন্থ্রামঙা তাবে। মসি ঐঙোন্দগীদি থা খুদিংগী মনিদদি পীম্লবনি। অদুগা ঙহান লৌখিবদুসু থাখাই অমদি শুগদৌবে। পূন্না শেন্দোয়সে লুপা ৩৬,২৫০/ তাবে। ঙসিদগী অনীশুননবা হাপচিল্লক্লগে।"

"অদুদি, লেমহৌরিসে লুপা ৬৩,৭৫০ ওইবমাল্লেকো?"

"ইহে, ইকাউবু কাউই। অমদুগী পৈশাদুদি?"

"অমা হায়দি?"

"অমদো? হায়নবীদো? চাদা ককপীদো (পার্শেন্তেজ) খঙলেদনা?"

"ওঃ অমদুগীবা? থাগীবা? চহীগীদুরা?"

"চহীগীদুনি। ঙহান্দি পীশিল্লক্তবশিংদা নোংমৈ মক অমমম পীযু হায়দুনা হেক্তমক থনমলেদা। পুখোসু য়াদে। পরবীনগা ঐগনা তান্নবগা ঐখোয় অনীনা শোয়দনবা পীবগে হায়বগা ওহ্বোক্রা বানা নোংমৈ মকশিংদো পীখিবনি। ওহ্বোকপা অব্বাবা হায়দুনি। নঙনা খঙলিদুনি চীংখৈ।"

"ঐসু তাবে। অদুদি মদুগী তবা অমগা ককহৌবো।"

"খঙদে, মাগীসে কুইনদি লৌনিংদে। খবা থুনা পীথোকখিসি।"

"হেবা মকপ, শেন্দোয়নিনে। ঐনা খঙনা তৌবক্কনিদা।"

"ফবেনে, কাউনদনবা অইবা অমত্তংদি, কবি কায়গে?"

"শেনগী কা হায়নবিবনি। ফৈনে।"

"তাব্রো(হল্লো) – ননাও নৎত্রো? ঐ শক্লৌনি। নঙ ঐগীদা শেন লৌনচে অমত্তা হৌজিক ইদা য়াদ্রে। ঙাইববনি। থল্লগে। হেবা – ঐগী হেক মখাগী য়ুমথংনবগী অঙাংনি। এল.এল.এম.দি লোইবে। এডভোকেৎ জেলশ্যামগী মখাদা থবক য়াওবি। লাক্লনি –"

চীংখৈ শেনফমদু পুদুনা কাব কন্না থৌবকই। উকিলগা উন্নবে। নিফুদা য়ান্নবে। লাক্লিবা নিংথৌকাবদা উদোই প্রকাশ কৌবা জজ অমগীদা পুথোক্লগে বায়েলশঙদা লাকউ হায়বদগী হবাও হবাও কাবদো থৌবক্লে। খংখাম খাম্মী। তুংদা লাকপা মেজীক অমনা থেংজিনদেদা খাকই। শম্নাদা লীংলি। ঙা অচৌবা অমা লৈবকই। কন্না থৌবদা হৈনদবদু কন্না থৌদ্রদি হৈনবক্লে ঙসিদি চীংখৈ। মনমফাও নম্বা হৈনবমদবদুনা য়ু ওইনা কাব থৌনা থৌনা থকপনিনা মপূক্লীংদা কবিগুম্বদসু অথিংবা লৈবগুম তৌই।

য়াইখোম্বনা অয়ুক নুংথিল নুমিদাং নাইদখৈ মমাবু কৌ কৌদুনা নিংঙাই তৌবদা তৌফম খঙদ্রে লৈপাকলৈ। অহীং নুংথিল নাইদনা মবায়বক্তা খূবাক্রা

থাজীনজদে হায়বখক্তা মঙায় অচীকপা তাঙ্গাদা। তত্তনা নিন্দা তৌজে মশানা মশাবু। মমীত্তা মপি অমত্তসু শিঙ্গদে। অয়েংবা অমদা শংত্রিক য়েংদুনা মখয়াং ক্রক ক্রক চীকপা থোইনা অনৌবা নংত্রে উরিবদো লৈপাকলৈদা। লৈগে খন্না লৈখিবা ঙাজাও, চাগী শান্নপোং ওইনা উরক্লিবা মমাগী মতৌদুদা ফোঙদোকফম খঙদনা ৱাজে চীংখৈসু। থাজদনা নুমিৎ খরনি অসিদা য়াম্না পকচনা মহাও খঙনা মঙদ্রং (নিশা) শান্নবা হৈনা য়ু থকপা ঙন্নকপসিদা অঙকপা পোকই চীংখৈ মশাফাওবা। লৈপাকলৈশুনি।

নিংথৌকাবগী অঙনবা অয়ুক্লি। ঈংগা ঈংঙে মহৌশাগা হেক মান্নদে। ঈকবগা চাক চাবদুদা মমানা য়াম্না হবাওজরম্মী। মমানা চংলমদাইদা মখূদাং ময়ানা চীক্তুনা নমায় পাকচবো হায়বা ৱাহৈদুদা ইশুক শুকথকবা মায়থোংদো ঙানথোবকই। মীংয়েং শাল্লকই। থৌনা ফনা খোঙথাং থাংলকই। কন্না থৌবকই গাড়ী। হান্না ৱায়েলশঙগী মীফমদু (কোর্টকী সেসন) হৌবন্নে। মাসু ফমফম অহাংবা অমদা ফমথবতা মঙায়বি মাগী উকিলদু ফুক হৌগংলকপদুদা শ্বায় লাউই থম্মোয়দা চীংখৈ। অদুবু মাগী ওইবমদবদুদা খোয়দৌ থীত্তুনা ফুক হৌগত্তুনা উকিলদুবু উন্ননিংলম্মী। অদুমকপু তগ্না ফাথৈ। তুমীন্না ফমই।

অসুম উংদুনা ফম্বনা কুইবা কুইদবা মথোং মবম অমত্তা খঙশিন্নক্রে চীংখৈ। মাগী উকিলদুনা মাগী মবমদা অফবা মায়কৈদা পুখত্তুনা ঙাঙবা অমদি মাগী মচম্নুপীবু হুন্দুনা ঙাঙবদু তরং মালঙদা উবগুম তাবগুমসু তৌবকই। জজ অদুনা থা তকক্কী মতমদি সিআবপিসি ১৪৪ লৌথোক্লে। মবক আসিদা হৌজিক খংনবিবা পোংয়োনশঙ অসি শকক মবি হায়বদি মমা মচিন মৌপ্বা অহমগী চাকথুং চপ মান্ননা য়েস্থোক্লে। চাকথুং অমগী শকক ওইনা শেন ওইনা লুপা লাক্ষ মঙা লৈশাবীদা পীবা হায়না ৱাবেপ তাগ্রে। মঙগুম্বনি চীংখৈদদি।

৩০

**নুমিত্তো** লৈবাকপোকপনি। অয়ুক্কী পুং ৮.৩০ তাবদা ঙায়বি। চাক চারদুনা লৈপাকলৈ ঙহানমখৈ সিফাইনা থিংদুনা থম্বা পোৎয়োনশঙদু য়েংনীংমনগ্রদুনা হোবে হোবে লাকই। খৃষ্টমাস নুমিৎ ওইবনা য়াইখোম্বসু মপাগী মতৃং ইল্লকই। মগু মবেম্মা উফুল বাইফুল শিংতোক নাহোক্লি। চীংখৈ থংনবা শক্রৌগী পোৎয়োনশঙদুদা ওকেগী অতাওবা চামীন্নবি। শক্রৌনা য়াম্না খঙনীংনা খঙদি খঙলগা খঙদবা শাদুনা হংলকই চীংখৈদা,

"চীংখৈ, শকহেনবী মমা মচাবা পোৎয়োনশঙদা লাঙলিসিনা?"

"ইমাগা ইচাগনি।"

"অমদু মথন্তা য়ুমদা থম্বীবন্নব্রা?"

"য়ুমদি শোনা শঙহৌবে।"

"হায়রিসিবু, শকহেনবীদি?"

"মপামদা লৈখ্রে। মশা লাইয়েংলি হায়ব্রা কবিনো থাখায় হেনজিল্লক্রে।"

মীনা হেনজিন্না থকপদা নুংঙাইজবা, মীগী অঙাওবা মতৌদা পেনজবা শক্রৌ খঙনা খঙনা থংকোক তৌনা নোংতুনা হৈজীল্লি চীংখৈদা। হেন্না থক্রিমখৈ হেন্নদুম ঈখৌ লাংজবা চীংখৈ, "ঐবু—" মচীন্দদি হায়দুনা মোমোন তৌনা খৃৎলৈ থুনা শৎ শৎ লংশিল্লি য়াওমশিংদু মথং মথং। শক্রৌ মাগী শকক্তু মচীন্না হায়ফেং থেংদং থেংলগা "সে সিম্মতংসু পায়শিল্লু" হায়না পীবকই চীংখৈদা। "মকপ চাউইহে" হায়দুনা চীংখৈনা পেঙনা থকপদু উবদা পেঙববা শক্রৌনা মখা তাবকই, "কবি লায়নানো শকহেনবীবু? নঙনা য়েংবীবদি য়াদ্রা?" মখোল ফাইবপ চীংখৈ শবাক ফাক্লকই, "হেরা মরুপ, মানা চৎখিবা নুমিত্তো কবিসু লৈতবা বাহৌদৈ খৃবাক্লা মমায়দুদা অমুক্তংদি থাকবে। হোয়নি মাইনি হায়বমদে। অদুগা মাদি চৎলিবজাৎনিদনা মপামদা।" শক্রৌ বা পাংলকই, "খঙদে চীংখৈ, তু পাউ-চেসিদা য়াওরিসিনি, নুমিৎ খৃদিংগী হুনজিল্লক্রে, মাঙখ্রে, অদুসু মৌনহা। নত্তেনে

মখোয়না মাঙলিবসে কদায়দনোনে?"

"নঙ ঐনা খঙদবা মফম অমা লৈবমগনি। অদুনবু মাঙলিবনি।"

"খঙনীংঙ্গ্রেদকো ওঙ্খোক্লা।"

"শাদানবা ওইগে নীংলদি শা হান্না ওনবা তাই। শা ওন্নবা শাগী খোক্লন্দা চংলনি। শা থেংনরনি। শাদুবু থেংনরবা শাদানবা ওইরে।"

"ঙহান থাংজগী পাউ-চেদা য়াওদ্রবনি। নঙ থেংনহৌদ্রা? ঐদি মীৎময়ক্না উহৌববনি। ঐখোয় মনীংগী ঐগ্যা বাধাকান্তগী মন্দপতনি। মখাবোমদৈনি হায় মমৌসু লৈরে হায়দা ঙায়োনবীদো। মাবু হেক হেক থিন্দোক থিনজীন তৌবা মুসলিম পাখঙদুনা মাগী অবায়বা (ভাবাগী) কাদুদা অদুম পুশিন্নজাংনি। নুমিৎ মবিনি শুবা নুমিত্তুদনি পীক্তক তৌবা মাগী নুপাদুনা মবুক্তা নুঙথং অমা য়েপ্লগা বাহং পাউহংদনা মখোয় অনীনা লৈবিবা কাদুগা হেক থংনবদুদা নুঙথংদু পায়বগা হোংতনা হেক্তমক চেনশিনবনি। নুপীদুনা উহৌরদুনা মনীংথোঙলোমদা লোৎনা মুসলীমদুগা চেনখ্রগা নুপাদুনা কোয়থি থিবকপদুদদি লৈকায় মৈবা পায়বীনা ফাবে। নুপাদুগা লাকমিন্নবা লৈকায়দুদগী কমান্দোদুগা খঙনবা অমা য়াওবম্বদগী বাবী শান্নদুনা তপথনবকপদদি পাখংনকবশিংদু মচীন খুম খুমদুনা হন্নখি। নুপাদুনা শাথীবিবসু মহাকপু ময়াম্না ফাবগা বাহং পাউহংলিবা বামোন মান্দপুগী চহী নীফুমঙারোম হেল্লবী লৈশাবীদো হেক্তা ঙবাং পুখিবগী বানি।"

"মদুনা চঙ্জীক্লিদনা। মৈথক্তেবু কোৎথদ্রিবনি। নাকোং অনী শুহনবা য়াদে। শিবা য়াবা বানি।"

"নাকোং অমদি য়াবা নৎত্রো?"

"হোয় অদুদি কমদৌনি। নচল ইবেম্মা শুভদ্রহোয়গী লৈরক্তু চুমদ্রিং চঙলগা লম্পাক অমা লৈদনা। মদুগী হেক তাইনবা মখাদনা চেক মথক্তনা উগী য়ুম অমা লৈবদো খঙইদনা। কুইররোই নীংখায়বনি।"

"য়ুহাব হাবত্রা?"

"শুম চাবনিদা। খিত্তং কনবা নুংশীং অমগী ঙাইরিবনি। শহুম ফংবদা নীংথায়রকপসিগী কুম্মৈসিদি অঙকপনি। তিলগা ওবো ওবো হেক চেন্থবজাৎনি। ঙাতোন মথা ময়ানা শেংপদা মচা খূনিংনা হাইহৎপনকা হেনবজাৎ নত্তেহে – চীংখৈ।"

"হায়রিসিবু?"

"মৌ অহুম শুবে মৌনবিবা। য়ায়মদু থক খা কয়া নাইদবী ওইনা তৌই। ফাইবোক মচীন মনাওদুগা অতোনবদুগা শক চপ চপ হেক মান্নবদনা মূন্নোম্নবনফাওবা মমিং ওন্না তৈননা কৌনৈ। মৌ য়াইমদুদদি ঈকনীংবগা থোঙ্গা হেক তেকই। কনাগী মতৈনি মনাওনি মপুবোইবনি ইমান মান্নরজাৎনিদা মমীত্তুদা।"

"এ! হায়বিসিনদি মহাভাবতনিনে। অহুমগী মবেন্মা ওইববা?"

"দ্রৌপতিগী ফি দ্রুজধোন্না মুনবনিদনা। ঙসি অঙনবগী মমশুক মমশুকপদুদা মৌ অহুদুনা য়ায়মগী মফি মুনখিবদগী মনেম্মা য়েংওমদবদে ইন্নহ্বা লুইদুনা অমুত্তং কোনশিনবোই কূপশিনবোই তৌবদুদি য়েংহৈদে য়েংহৈদে – বাম বাম ..."

"অদুঙৈগী নূঙগী মীবোলনিনে! নূঙগী মীবোল!"

"কুম্মৈনিদা কুম্মৈ! মনেমনি তৌবিদুনা হেক চিগংনবদনা মুবিবা কুচুদুগা ঙৌবিবা মশমদুগা অমুক্তোইবা তেংথাখিবসিনা তেংথাখিবসিনা। লৈখিদ্রবা তৌমচৌ মপুবোইবদুবুদি কৌদ্রগা অহানবা মচা পোক্তে হায়দুনা খাইনখিবা তোমান্নোবু কৌ কৌদুনা ও খোংখৈ তেংথাবজাৎনি। মদুদা মমৌ অতোনবীদুনা থীরেগৈ চৈথবনি, 'কবি হনুবীনোদা? লৈখিদ্রবা ইকুদুবুদি কৌদে। খাইনগ্রবা হিংলিবা মীদুবু কৌ কৌদুনা হেক তেংথাই। মখোয় তামোসিবু কনানা পোকপনো?' মনেমদুনা কপ্না কপ্না হায়বকই, 'করিনোনেহে, ঐনা কৌবিসিবু শোয়বব্রা!"

"কল্লবা য়োং য়োংহুিংদদি থোংগ্রবা পোংনি। খঙদে –"

"অদুনবু নঙসু শকহেনবীদো হয়েং ঙাইকবনু লৌশিনবীকবো।"

"হেরা মরুপ মীগী বাদা ঐগী অমুক তোপশিল্লকনুদা।"

"হৌখ্রবা যৌদোক্লা তম্নহনবা গুমদ্রবা মহাক অদুগী থম্মোয়না হৌজিক্কী মতমদা কবিসু উণ্ডমদনা নোকপা ফৎদনা তুংগী পুক্সিদা মায়হিং থাংদুনা পিবাং শীক্কগনি।"

"মতমদুদা মা মাগীশিংদুব্রু মখূৎ মক্রাং মক্রাংদা মা মাদুনা মরৈরব্রা?"

"মতমসিদদি লৈঙাক লোয়শঙগী (সবকাবগী) থবক অমদা মী চান্মা। কনানা গুম্না গুম্নবা হোৎনবদা নোং ফূৎ ঙানবগা মফি তাথত্তুনা পাইনথিবা তাঞ্জা মেনজা খঙদনা পাইশিল্লকপা অসিনিদনা।"

"হোয়দা নুপা শাবা মখোয়না নুপা ওইনা লমজাও তুজাওদা তাপ্রবসু ইম্নুংদা লৈহৌবিবা যুম্নুবেম্বী নুপী মখোয়দি যূম্লেমা ওইনা লৈবদি করিদি কায়বগে?"

"মদুদনিনে, বাফমসিনা লুশিল্লক্লিবসে। বা কায়দুনা ঈশিং চঙলিসিসু মসিদনি। চফূ কায়রগা হবাওরিবা কাক্লা চবাংগীদমক বাদবা গুল্লকত্রিসিসু মসিননি। মীবু শানি নীংশিংহল্লিসিসু অতৈনা নত্তে। ইহে নঙদি গিলাসতু হাঙহন্দ্রিনা। সে অমুক্তা –"

"পূমকাউবু হেক কাউইদা। অঙকপা বাবীসু ময়ায় কাবা চীঞ্জাক্লি। এ' খবা বাংলিনে, খবা হৈখো –"

"মীওইবসে মীগী মমায়দনি য়েংনবিবা। মশাগী মমায়দি খক য়েংনদে। অপাম-মিহৌগী লাংদা থুববা শিববা অহীংবা থবায় কয়ানদি লৌনে। নুংশিবদি ওইজ থিবা থম্মোয়গী য়ুখল মকমদা ঙাওনা ফৈনা লুমদুনা লৈরিবা লৌনম নমথাক্কী তাংনি। অদুননি লাউনবিবা, "নুংশিবদি হূনি।"

"নুংশিবদি হূ নৎতে। অয়ুক্কী তখেল্লে লৈকাবক্তা লীক্লানা তাংজরিঙৈ খোইমুনসু নৈথেক্লিঙৈ নীক নীক লাউনা পৈদুনা থল্লিবা থূমহৎলবা থম্মোয় লৈয়োন্দে লোৎনা থূগ্না তূংদুনা লৈরম্বদে ঈচেল নাইরক্লিবা ঈচেলদুনি তাইবংদা। তৌওমদবা লৈতে তাইবংদা নুংশিবনা।"

"নুংশিবনা মচু ওনদ্রিঙৈ নুংশিবগী লংলা লংজীন মালংবনা পুলহনদ্রিঙৈ থম্মোয় পূংজৈদা চেংনা কিশি কিহৌদ্রদি তাইবংগী অমম্বা অহীংদা,

মচু ওল্লবা নুংশিবগী ময়াদুনা হিগংলগা তম্নরকপা অহিংবা নূঙ ওল্লবা থম্মোয়দুদা হক্লিবা দাকফমদুনা করম্না অমুক তম্নবক্তনি কনানবু হায়বা ঙম্বগে?"

"নুংশিবদি খোয়থুম্বনি (অমৃত্তনি)। নুংশি লৈরিক কেনবদি সোবারেনগী নন্দন কানন্দনি। খঙদদুনা হায়বনি, নুংশিবদি হূনি।"

"অমম অঙাম্না শাবা তাইবংদদি নুংশিবা হূ চেল্লি। য়াম্না য়ামদবদুনা অমনি। লৃখম উঙমদবনা মসি উদ্রিবনি। আ ইভতগী হৌনা ঙসিগী ইমা, ইচে, ইচল, ইচা ফাওবদা চেঙ্গবক্লিবা ঈগী ঈচেল হোংদে। অদুনা মতমদুগী অদামদৈ হৌনা ঙসিগী ইপা ইচা চাবোল শুরোন ফাওবগী মিহুনফমদা হল্লিবা মিহুনগী অহোংবা খোঙজেলদি অঙকপনি।"

"হীবম অমবু পাকথোক চাউথোক্লবদি লোমনাইদবা ঈপাক্লেম্নি (মহাসাগবনি)। ঙসিগীদি শ্বায়দা থূপচিল্লসি। য়াউম অনীদা লোইশিল্লসিসে অয়ূকসিগীদি। হোবেনগীনা হোবেনগী, হা – কবি হায়গে? হৈবো হৈবো –"

(হৈনা হৈনা নোকফেৎ তৌনা) "অদুবু ফবেনে, নঙবু শকহেনবীসিবু নুংশিব্রা। হায়দি মাগীদমক নৃঙস্তৌগী তাজমহলমক শাবা ঙমদ্রসু ..."

(থকপা লোইবগা শুগৎ শুগৎনা) "মমতাজগী থম্মোয় পাল্লদবু কবিগী ওইবোই ঐসু সহাজাহান।"

"অদুদি নঙ কদায়ফাওবা শকহেনবীবু খঙবা ঙম্মী। হায়দি নুপীনিনা। হায়দি মাবু শ্বাইদগী খঙবসে অতৈ কনাসু নত্তে হায়বনিদা-"

"কবিনোনে? ঐগী নুপীনি। য়াইখোম্বগী মমা।"

"অদুনা লোইবব্রা?"

"ইমাগীসু মমৌনি।"

"নুংশিবদা ঙাওবা মী নুংশিবা ফংদে। কবিনা সনা শাবৈ নুপী সনা শিদবনি। তৌই হায়বদি নত্তেকো, কবিগুম্বদা শকহেনবীনা নঙগী

মায়য়োক্তা থবক তৌববদি নঙগী নুংশিবদুনা মাবু ঙাকপীবা ঙমগদ্রা?"

"ঙাকপীবা থ্বাইদৈ চাউবা তাইবং লীচৎনি। ঙাকপীবোইদবদা ঙাকপীবসু ইবাননি। অদুননি সীতা লব কুশ অনীগী মমা ওইখ্রিবদো।"

"ইহে, ঐদি নঙোন্দা হায়গে খনবা ব্রা অমা লৈ। নীংবু নীংশিংলক্রে। লান্নদি লৌনগুমসি, থামুক্কী মমাঙ ওইনিদা, নোংমা শানৌগা শকহেনবীগা মাগী ঋুটবদুদা –"

"ওঃ উম, চুম্মী। হেবা, ঐনা নঙোন্দগী অহানবা পৈশা লৌবা নুমিত্তুদা মখোয় অনী লায়েংশঙদা চৎমিন্নখিবনি।"

"ঐনা থেংনবন্থদি বিঙসিদনিনে –"

"জেনিমসতগী হল্লকপা ওইবমগনি।"

"অদু ওইবসু, ঐনা থেংনখিবদুদি হায়নবী – হো হায়নবিদুদৈ থোবকপনিনে। চুম্না চা থকমিন্নরব্নসু য়াই হায়ববু মীশিদি শমবু হৌববা লায়কবনু মকপ।"

"হেবা, নঙ হায়বিদুবু মকপ –"

"ঐসু পূমঙক ঙকই। ইমান্নবা অমগা অদুব্রাইদা ক্না চামিন্নবিঙেদনিনে।"

"শানৌ লাকপু লাক্রন্ননি মঙোন্দবু হংগেনে।"

"এ! এ! ঐবু হৌনা খোংবা মখোঙ মবি পানবদু তাবেনে। ফনবা হায়রগা হীগায়ব্রা তাবমাল্লেদা। ঐবু থাজবীগনু। নোংমা শানৌগা শকহেনবীগা পোয়োনশঙসিদা হেক্তা লৈমিন্নহল্লু। মদু কুপশেন শেননৌ লোংনা। কবিনো কবিনো অদুম থোকচব্ক্রনি। কবিগুম্বা মখোয় অনীনা শমিন অমা হেক ফংগ্রবা খংচেক চেকশিনখিনি। নঙোন্দা ব্রাবোইদ্রা? শানৌদা ব্রাফমসে হায়দুনা মখোয়গী মীৎ নাকোং শিংহনবসিবু ফত্রা?"

"অদুদি নঙগী পোয়োনশঙসিদা ফনদুম ফবেনে – হা?"

"শিদদি নখোইদৌ থীত্তুনা তোককনিদা। কবিনা উবসু তাবসু ফংলোই। কবয়া খঙদৌবিবা? খল্লুনে –"

"অদুদি –"

"হেবা অদুক লায়বদুবু, তু – আ নগুগা মায়য়োক্লবে মালহোত্রাগী ফিগীসিদনা হেন্না ফবনি। অনোক অমুবা কনাগী তুপী চীনখুম্না নশক লোৎপা হৈবোইদ্রা?"

"অদুদি, শকহেনবীসে গুসি হেক্তা কৌহল্লুবগে শানৌ থাবগা।"

"অদুদি থীনমল্লবনিনে। অদুনা, অমবু ওইবে অমবু ওইবে নুপীদি ..."

শক্রৌগী ম্না মবক থৎতুনা শানৌনা "তাচৌ – তাচৌ" কৌব কৌবদুনা গ্রোং গ্রোং চগুশিল্লকপদুদা চীংখৈ অশাউবমখৈ লোইনা হৈথরকই, "কবিনো। শা ষনদৌনা, মো – মো, চৎলো – আদা চৎলো।" শানৌ থোকখিবদু খাল্লদুনা শক্রৌনা থেল্লকই, "এ! কবি ষানোনে ঙাইখো, ঙাইখো শানৌ। নগু তাচৌ ঐখোয় অনী গুসিদি অয়ূকসিদা খবা মৈবৌ হেনজিল্লেহে, হা – শাউনুকো – কবি হায়গে হায়বনো নগুবু? হায়য়ু – হায়য়ু – হেক্তা হায়য়ুনে – সে ..."

তফিং তফিং থাংলম্বা খোঙথাং চপ লেপ্পী শানৌ। তপ্না হায়বকই, "তামো, মমল অমা য়ানদ্রবা। পোৎসে খবা চাউই। অদুদা –" শক্রৌনা পাউখুম পীদ্রিঙৈদা চীংখৈ খোল ফাজীল্লগা, "হোয় লাক্লগে চৎলো" হায়কবগা শৎ লাউনা শানৌনা মমায় ওস্তোকখিবদু খানা য়েংলগা খৎলাউ লাউবকই, "ঙাইখো শানৌ চগুলকখো।" শক্রৌ খায় লাউনা মবক থৎলকই, "কবিনো কোন্না ঙাঙনবো। মীসু ঙাইহৌরি হায়বেদনা।" চীংখৈ থোইনা থৌশাকদনা শানৌদা ওনশিল্লকই, "নখোয় নতৈমদো গুসিদি নগু কৌকন্দবা য়াদ্রে, শানৌ। ইমাদকা হায়রুবনু। নমদুনা মাবু পুবকপা ঙমগদ্রা? মগোন্দা হায়য়ু মানা লাক্রবা লোইনবে মপোকসিমগী। হৌজিকমক চৎলো ইমা অনাবীসিগা পোৎয়োনশগুসিগা পাবা ঙমদ্রে নয়াম্না ..."

হায়ফম তৌফম খগুদনা শানৌ য়াবক্তা ঙংলকই, "হোই – হায়বুদি হায়রুগে তাচৌ – অদুদা লাকপা লাকতবদুদি" চীংখৈনা লাকথুবকই শানৌবু, "হে – পুরক্তবা য়াদে। পুংসে তবামথোই তাশিল্লরুবনি – চৎলো। মীদু ঐ ঙাঙনহৌরগে। খগুলেকো। চেনবদা হিংদ্রবদুদদি শানৌ "হোই – তাচৌ" হায়রল্লগা গম গম থোকল্লে। "মরুপ হৌগৎলসি, কুইববোই, মৈবু ফিনা কুপ্না য়াব্রা? চৎলেহে মরুপ" হায়দুনা চীংখৈ মখোঙ অনীদু অঙাং মচাগুম দবং দবং

থাংদুনা থোকখ্রে। মাগী মতৌদু উবদা শক্রৌ মঙক নোম্না নোম্না শোম্বাংনরকই, "ওঃ মায়খুম অমদি হাংদোকপীরেদনা। মসিবু করিদি কায়বগেনে। কায়দেদা। মমায়দা চাক চৗ্রীং অমা পক পক্তুনা অঙ অঙবনা হজোইনফম ওইগদবদৈ কনবীববনি। হুম! ঐগা শকহেনবীগগী মরক্তনা কমদৌবা? অমম্বে থোঙজাও থোঙনা পুনা নাতৈ কাঙলুববনিনা অমম্বে চক্রবীহ্দুদবু চঙলুববা চঙলু চঙলু খুদিং অভিমৈনু তাজবা মশিন্নি। হোয়দা কবিবু অমুক পান্নুখিনি মঙোন্দে। থম্মোয়বু মীনমদনা হায়ববদা তশেংনা ফাওবক্লিবসি, তুক্কংচবদুনি! তুক্কংচবা!"

## ৩১

**অয়ুক্তা,** য়াচঙ-কাঙহৌদা থবক চিন্দ্রবা মী, মী ওইদ্রবনি খনজবা অঙৌতোন অম্বাং চুরিতাফমগী মবোয় নপাকপী উমোবোকশিংদু অয়ুক্কী শাজেন হেক লোইহবদগী মখোঙ শোম্বা লোইশিল্লে। ঈশিংসু চাইবীবে। মবোক ফাওবনা হেকহন্দবা মোবোক্তু অহুম হেক্তুনা মচেদা পী। থবক্লা পুন্সিনি লৌজবা অঙৌতোননা মচেদা মোয়োকসে হেক্তোকপীগনু হায়বদুদা শকহেনবী অতম্না লক্লবকই, "নচেবুদি হেকপীবোইদা। হয়েং অমদুবু য়াগদ্রনে?" হনদে অঙৌতোনসু, য়াদ্রগদি মপাম য়ৌজবেদনা" দোঙ হায়দোক্লুবগা মবে নৈতোন য়ামাঙনা চীক্তুনা পুক্লীং লংচাক্তা কিশি কিহৌদ্রবা অনীংবদুগী খোঞ্জেল নাম্হোকখিদুনা খোনমৈ খোঙপাক্লা নেক্তুনা ফাবি। থম্মোয়দা তাশোন্না থিনবগী চৈনাদি হেক্তমক ফাওই শকহেনবী মীৎকুপসিদসু। অদুবু বাহৈ'মক্তা কাঙলমদনা ইমুংদা চঙব্রে চাক চাক্কবসি হায়বল্লগা।

অচীকপা তানজা তানফম্নি নুংওনবগী। অচীকপগী হূইজাওনা তান্না তান্নদুনা থম্মোয় কপ্লাক্তা লাকপদা কোয়বাওনবা পুক্লীং মীৎস্নাসু ঈক লাইজ ঈপান লাংই। বাখল শন্নাং শন্নুল কায়বকই। নুপীগী মপোক্তা পোকপনা শকহেনবী মপুক্লীংদা মওন মওন মনীং মমাঙ শম্নদনা অনীংবনা হুম হুমদুনা ককঙাওনবি। ফমথবতা ঙায়বি টিভি মমাঙদা। থাদি থাকদে। ফক্লাংদা য়াল্লিবা ঘড়ীদা মমীৎ কুপ্তমখৈ শুকথনা য়েংই। ক্রোক ক্রোক লাউনা লেপ্তুনা চৎলিবা ঘড়ীগী খূৎশাদুনা ঙসিতা মঙোল্দা চল্লিবা ফোঙঙমদ্র পাউখোংদু ফোঙননবা হোৎনবি পুক্লীং হীবি লাক্তুনা। নুংলোন পরৈ খোক্লকই শকহেনবী,

> "ঘড়ীসিগী ক্রোক ক্রোক লাওবা মখোলসে পোৎকা পোৎকা য়ৈখায়নবৈ মখোল নত্তে। লাংবন চবা তম্বা নুমীৎকী শঙোইদা য়াংকোক মথক্তা লফু মউ অমা ফৈথু ইক্লুদুনা থাঙোলনা লেনবগী জ্রে জ্রে লাউবা মখোলগুম্বা অহীংবা পুন্সি পুরাবীগী অনৌবা চেনা হাংবগী মখোলনি। অদুদি ঐগী পুন্সিসিবু চুন্নিব্রা? নত্তে মীওইবনা অচুম্বা, অচুম্বা হায়বিসিবু করিনো? চুম্মী, অচুম্বদি মফম মতম মীশক পুম্নমক্তা ইচুমতা চুম্মী।

নত্তে, মসিবু ওইথোকপা য়াব্রনে? য়াবগদি মানা ঐবু মাগী নুপী ওইনা উবা ঙমগদবনি। মাগী মায়থোংদা মতম চুপ্পগী ঐনা অতোপ্পা অমদা চেল্লুবে ইশুক্তা শুক্তোকপদু অদুম পুদুনা চৎলি। ঐ খঙই মানা মচীন্দা নোংমত্তা ব্রাফমদু পন্ত্রবসু মঙোন্দা ঈবি অমদি ঈচেন্দা চেল্লি।

– অদুবু মাসু ঐগুম্বী অমগা অহীংচুপ্পা'মা লৈমিন্নরুবদুদি মহাক্কী পূক্লীংনা খক লামশিল্লুবগী মমি তাদে। অহোইনদুম নুপীদুবু নুংশিজবে নীংশিংলকপা মওংদা থৌদোক মচা মচাশিংবু ঐঙোন্দবু পী পীদুনা তাহল্লি। নোকচবগসু শাবি। ঐবু উশিত্তবনি। মদুমক্লনি ঐনা মাবু লুখাক হেক হেক পীজবিবা। মসিদা করি কায়? কবিসু কায়দে। ঐ ঐগী ঐ ঐনা ফংবনি। মানা মাগী থম্মোয়বু থেমবগুম ঐনা ঐগী পূক্লীংবু পেলহনবনি। অবাম খৌবাংবা পোক্লিবা হকচাং কয়াৎশিংসিবু পেলহনবনি মদু লাইনিং লম্বেলনি। পীক্লম্নি। পোকপা শিবা তম্বা ঙমদবা তাইবংদা অবাম খৌবাংবা পোকহল্লিবা হকচাং কয়াৎপু অব্রাবা পীদুনা পুন্সিবু খামতেকহনবা অপঙবগী পাঙদবা মতৌনি। লোনচৎকী ব্রাংমদনি।

– কবি, ঐনা অদুক লুম্না মতম কয়া'মা খল্লগা হংখিবা ব্রাহংদুবু মানা ইবায় লায়না থৌওই উশিত্তনা খুম্বা? পুন্সি চাংয়েং ব্রাহংনি হায়বসে চৎকগী মকোক পানবনিনা খঙদে। মমাগা মাগা ঐগা ঐখোয় অহুমগী মনুংদা অনীখক্তং লান্নবা থোংদুবু অহুম পুন্না লানগনি শিখাঙ হেক খাঙই। য়াবোই, কৈদৌনুংদা য়ারোই। শেন্দ্রাংগী কৈনোবু শিকী ওইনা খূনবা মীনবু মী মবক্তা লেপ্পা ঙম্বা হৌনব্রা? অদুগসু চাউব চাউরবা শেনফম্বুদি শিকী তাদনা মীগী মাঙনবা তৌবা য়াদে হায়দুনা শেন্দোয়দা জোপ জোপ পীথোকপৈ হালেংবা লৈতে। মচা পাখঙ ফাবসিফাওবা কিয়াংলীকফাং অমগা পাম্বোমফাবী অমগা শাবীবদগী হেন্দ্রি। অদুসু পাম্বোমফাবীদুদি ইনেতোম্বীদগী কায়বদগী লৌহৌবনি। আ – ফদি ফম্বা খোম্বনি। পাউনা কৈথেলগী পোৎয়োৎনশঙসি য়োম্বোকখ্রসি, ব্রায়েলশঙগী থবকসিদা লোইশিল্লসি অদুগা য়ূমদা পোৎয়োনশঙ মচা অমা তেক তেক ফমসি হায়সু মীগী মমাঙদা ইকায়। আ ইচাগী খল্লিবনি

অদুগা অদাগা। য়োম্দি শোয়দনা য়োল্লনি কবিনা মপাদুনা মীঙোন্দে নম হাদুনা লৌখিবা শেননা লৈখিবা ঙাক্তনি। ঈবালদি ঈবালতনা কৃপ্পনি (ঈপাপ্তি ঈপাপতনা চায়)।

– যুম্বানমিন্নবা হায়বসি মীৎনহা অনীগী মীৎয়েং অমগুম্বনি। খোঙ য়েং ওই অনীফাওবা অমগী মতুংদা অমনা খুদুং ইন্নবিবনি। অদুবু মাদি ঐগী অনীংবগী মায়য়োক্তদা মীৎকৃপ খুদিং মানা খুবৌ থাংগদবগী মখোঙ অকোনবদু থাঙ্গত্তুনা ঙাইবগা লৈবনি। মসিদবু ঐনা কদায়দগী ঈংনা চীক্লা লৈবনো। ফংঙোই, ফংঙোই, ইচা ফাওবা নুংশিবা ফাওবকত্রবদবো।

– কান্নদে, হনুবী হায়রা চহী অমা অনী মঙায়বে শাংলবদা হিংগদবা। ঐবা চহী নীফু শুখিবোই। মহাক লৈত্রগদা ঐগী পূক্লীংনা অপেনবা ফংগদবনি। মহাক লৈবগসু চাওখৎপসু থীল্লে। অপাম্বসু অমত্তা ফংলবোই। ঐখোয়গী থরোসে লুখ্রাবী ওইজববসু নুপা মবাই অমা হেল্লি নুংঙাইবিবা য়ুমদগী কৈদগী। তৌথোরকপদসু চৎথোবকপদসু লৈকায়সিদা মাগবু কনাগা চাংদম্ননিংঙাই লৈবি। মচাসু অমত্তনি অদুসু বেঙ্কি মকোক (মেনেজব)। ঐগীসু য়াইখোম্বসে অচৌবা মী অমা ওইহনগে। কেবাক থোকসি ঙাইদনা। অদুবু, ঐবু, ইপাম য়েংলুই ইমাদগী হেন্দে। ঐগী হায়বা ইমিখক্তে হেন্না উদ্রগসু ঐখক্তনা ইচাবু মী ওইহনবা ঙমগদ্রা মতমসিদবু? হৈ! হৌজিক্কীদুবু কবিগী খোঞ্জেলনো? নত্তে, শানৌগী মানখ্রেদা –"

(পাখৎনা শানৌ) "ইতৈমশি! ইতৈমশি!"

(নোক্লা নোক্লা) "হৈ অঙাং নঙ ওইবে। পাখৎলুবেনে ঐদি। কাখৎলকউনে।"

"কাররোইদা ইতৈমশি। পোৎয়োনশঙদৈনি লাক্লিসে।"

"হৈ, য়াদে। কাখৎলকউ। অঙাং নঙ'মা চৈ লৈবেহে।"

"ইমাখোয় অতৈবু?"

"কনাসু লৈতে ইবুংঙো। খুনু খোংবা তল্লিনি।"

"অদুদি, চৈ পুথোকপীবক্নো। ফৃবীবোসে ইনমসে শেগায়বমখে। নোঙ্গদুনা খাঙজবগে নশুং লাংগী।"

"কবিগীনো অদুক বাখল খনদ্রিবো? ইঙাও হেক ঙাওশিনরদনা –"

"কবিনোনে হায়বিসিবু?"

"কবিনো, কবিনো হায়দি হা?"

"মবমদুবু হান্না অমুক্তা, শাউগে হায়সু কোন্না –"

"ঐ সিদা লৈ হায়সে খঙলেকো?"

"খঙলে।"

"খঙলগা খঙদ্রিনা খঙশিন্নদ্রিবা?"

"ওঃ শংবান্নবা অতিয়া মকোয়দা শকওং তোয়বী লৈচীল মপৈ মবক্তা কেকু লোংপী শান্নবগী বানিনে?"

"ঙাইখো মোবাইলদুনা মুথৎতুনা অদুম থন্নিসিনা কবিগী? মুথৎতৌ লৈবদি পায়কব্রনু।"

"হেবা, অদুগী ওইবে। মদুদি তাহৌবে।"

"সে, ঐগী মোবাইল মশীংসে হায়বক্নে– ৯৮৬৩২১৩২১৩"

"এ! সিবু লৈবদি য়াবনি।"

"য়াবদ্রনে – হা?"

হৌনা নোকমিন্নে। চৈবকসিদা চাউবী চঙলকপা শকহেনবীনা মমি শমি উবকই, "হে ইমা লাক্নে। ঐ চাকখুমদা চা লোল্লুখিগেকো। ফম্মু। অদো – হোবেন নুমিদাং পুং ১২দো নীংশিঙলিদনা। শোয়বা য়াবোইকো। এস এম এস অমা – খঙলেদনা – চাদো ..." চাউবীনা "শকহেনবী, শকহেনবী" কৌ কৌদুনা চঙলকপদুদা শানৌগী মিহুন চেঙ খৈবি। লবাই লুতোন শেৎ কায় চাউবী শানৌবু লুখমদৈ মীৎচিনা উবদা। ইঙক ঙক্না পাখৎনা হৎলকই তপ্না, "ইবুংঙোবু উখিগুমসু তৌইদা? হৈ, নঙবু ইবেম্মখোয়গী পোৎয়োনশঙদা য়াওবদু নৎত্রনে?"

ইশা পাখৎলুববা শানৌ হরাওনা "হোই ইমা" হায়বকপদুদা মশম চপ মুংখৎলুরবা চাউবীসু বারী শীংবুন থোবকই, "ইশাসে শ্বায় লাউকবেদনা ইবুংঙো। নুমিৎতো থা ফাদ্রিনে। নুমিত্তুদা শুস্মাইনা মখোয় অনী বা লানকা ঙাঙনপোৎতে তুমিন্না ফমদুনা লৈবন্বনি ঐনা হল্লকপদা। মখোয়গী লালহৌবা হায়বদুনিনে। অহীংসিদা লেকচখিগে নোং ঙানবগা চৎখিগে হায়বদুদা ইথন্তনি থংনবগীদা লেকলুচো ফাও হায়দুনা লেক্তনবা হোৎনখি। য়াদা য়াদা চবা অনীদু চাবগা থোকখিবদনি হেক কোম্বোংদুমক্তদা কবিনো নোংমৈগী মখোন্দো ..."

"ইমা, মখোয়দুদি অদুম ফাখিদব্রা?"

"ইবুংঙো, হূবান মতুং মৈবিংবদি কনখ্রপোৎনি লৈবাকসে। অমদি অমমম্বদুদা নাম্বোকখ্রে হায়। অমদি চৎপা ঙমদ্রবদুবু শ্রো শ্রো চিংশিল্লকই। নোংমৈ মখোন্দুদা ইমুংদৈ থোকখিবদুগা কবিনো ইশাসে লাইহৌ তৌববু হেল্লি নীকখ্রিবা। অদুগসু নোংমৈ পুথোবকউ কিৎ হেক্তা নম্মী। বা ঙাঙবদি লায়বদনা উয়ুংদৌনা চপ হেক্তা লেপ্পনি ঐসে। কবিনো ফাকখ্রিবা শেৎখ্রিবা অঙকপনি। ফৎদ্রবদুদদি অঙৌতোনগী লৈফম হংলগা চৎখ্রে। অদুগদি খুবায়দা ময়ূমদা লৈজবা অঙাংদুবু ঈশিংদা তাউবা নুংশীৎ কামখৎলবা বু বু লাউববা অশিবা ঙাগুম মশাদু অমত্তা লৌবা য়াবমদ্রে নুমিৎ মবিনিদুদা। হিংগনিবু থাজকদ্রবনিদা ইবুংঙো।"

"হূবানববু হূরানবনা বায়েলবদসু হূবাল্লি। মমীৎ তাঙবা লৈবাক্তা মীৎতাঙবনা নিংথৌ ওই। অদুননি শমীলানা চহী তবাহুমদোই হেন্না চবা হেল্লক্লিবসিবু কনানসু উদেনে। উবগবু –"

"ফত্তবৈ হীদাক লৈতেদা ইবুংঙো – সে – কাদু চাওসে –"

(শকহেনবী ইফিং ফিংনা) "এ! ঙাইখো শানৌ, চাসি হান্না থকখো। ইমাসু ফিদো হোংদোকপীকবো।"

(শানৌ ফম্না ফম্না তান্নদুনা হংই) "ইমাবু কদায় চৎপীকম্বনো?"

(শকহেনবীনা শুগৎলগা) "কুমওন থৌবমনি। খিৎ হংলুবনু।"

"এ! চাসিদি থুম্মীহে। খোইহিনি – আ – খোইহি ..."

"হাউননবা হোৎনবদা ওম্বোক্লা বাখ্রে বাখ্রে –"

"হাউইদি হায়দেকো। কান্নদে, কাউনিকো নোংয়াই ঈতুগী তম্নালাইদো (বাবোগী ভুৎতো) ..."

"মকুনবু অহীংদা তুম্লা?"

"নমীত্তি ইখু হেক খুবদনা মকুদি মমীৎ লাওবনিনে। অদুসু খঙলোইনে আ অঙাংনিনা।"

"হৌজিক মতম্‌গী মকুদি মমীৎ খুই। মমাঙঙৈগীনা মমীৎকী মমীৎ ওস্তা –"

চাউবী থৌশাদনা "কবিনোনে নখোয়'নীবু মকুগী খৎনরিদুনা" হংলকপদু তাপ লাকই শকহেনবীনা নোক্লা নোক্লা, "হেবা ইমা ফল্লাংদগী মকুসে উবগা মাদি অঙাংনিনা কিবিবা।" বা নোকমিন্নে। নোক্লা নোক্লা চাউবী শানৌদা ওনশিল্লকই, "বাবী নুংঙাইবিঙৈদা ইচাবু কবি লৈগে হংববু কাউবেনে ইমাবু তৌবিসে?" শানৌনা হবাওনা, "ইমা তাচৌনা ইতৈমশি লৌকচো হায়দুনা লাক্লিনি" হায়বদুদা শকহেনবী মথুম মবাং হৌনা, "এ! নঙ তাচৌনবু হায়ব্রনে? নঙনা হাজীল্লিবা অঙাং?" হায়না শানৌদা ওনশিল্লকই। শানৌ থৌনা ফনা "সিবু ফাগী য়াবা বাবা, ঙহানমখৈদি ইমানা ইমৌদু লৌবিকচো হায়বকসে কনথৎ কনথত্তুনা নমহৎপনি। ঙসিদি তামো শক্লৌগী কাদা ঐবু কৌশিল্লগা বা অতৈ হায়দে ..." হায়বকপদুদা চাউবীসু হবাওমনবদু ফোঙদোবকই, "হোইনে, ইমানা ঙাইবিসিসু মাগী বাতনি। মাগী বাদুনবু অদু য়ৌবদি ফবে। ঙসিদি লাই খুকস্বা চৎকনি। অদুনা হয়েং অয়ুক ঙস্তা ইমা ইচা হেক্তা লাক্লগে। চীংখৈসু লৈবন্মু হায়যুকো। ইবুংঙো কাউনিকো।" শানৌ, "ইমা, ঐ য়ৌজবগে" হায়দুনা থোবকই।

শানৌ শকহেনবী মীৎচান্নে। চাউবীগী থম্মোয়দসু অনৌবা ঈনোৎ অমা কাবকই। শকহেনবী ঙসিদি ইমুংগী কৃপনোম য়াম্না য়াঙই। য়াচৎ কাঙহৌদা চাক ঈশিং পীজথোকই মমা মৌপ্বা। চাউতোন পুংশিং কায়দে হান্নগী হান্নগুমই। থোইনা কোইকন্দনা গম গম চাকখুম তান্না চঙশিল্লকই। ঙেক হেক ফমথৈ শকহেনবীনা হান্ননা শেম শাববা ফিদাদুদা। চাউবীনা শকহেনবীনা শেম্নল্লিবা ফিদাদু অবাং অপা য়েংশিল্লি। অঙৌতোন লৈতাফম খঙদে। তি ভি মুৎথৎলি। থোরকই কোম্বোং তম্না। শকহেনবী মাঙোন্দা লাই খুরুম্না মোমোন তৌবকই অঙৌতোন্না কোম্বোং থিংজীল্লম্বদুদা। মমাবু কৌবকই। তান্নে, ফমুংদা ফমদুনা লায়েংমন (দক্ষিনা)। লেপথোকই পুক অশুমন লুপা লীশিং মঙাদা। চঙমিন্নরকই চাকখুমদা। তপ্পগ্না চাউবীনা কাঙথোবকই,

"তাদা, হীদাকতুবু –"

"ইহে সনাসি হান্না লৌশিনখোসে। অদো হীদাক্তু ..."

(পাখৎনা) "তাদা, শোয়বীবব্রা?"

"ওইখো তপথখোনে চাউবী। সনাসি লৌশিনখোনে। মসি ঐদি লৌবোই হায়দুনি। নমা নচানা চিংনজবদুদা লৌবনিকো। হীদাকী শেনফম লাক্ক অমদুদি শুব্রদুদি। ঐসু শোয়দনবা ঐগী ওজাদুদা কন্না হায়নবদে পীবকএ।"

"অদুদি তাদা, সনাসে লৌশিল্লগে। শেনফমদু নচানুপীনা মমাগীনি হায়দুনা খবা খবা পীবকখিবদুনা ঐনা পুখোকচদুনা ফিজীদা কিশিনজবগা লাণ্ডখৎচখিবনি তাদা।"

"ইবেন্মা শকহেনবী, নঙনে থবক তৌবদা মুন্না খণ্ণগদবনি। ঙহানগী হীদাকশিংদুনা নঙগী ইমুং মনুংদদি কায়দে। তৌবতবু মীদুদি অয়েংবা অমদা অদুম উংদুনা লৈগনি। উং উংদুনা তবং মালঙদা তাউবদগীনি মীনা লম্বেল লমজাওদা খুদোংথিবা নংনবিবা (এক্সিডেন্ট) থোক্লবিবসে। শিছা কাউগনি। মীয়ামগা ইমান মান্নবোই। অমুক লৌথোকপসু য়াই কোকথোক চামথোকপীবগা। অদুগা ঙসিগীসিদি ইমুং মনুংদি লায়বদনা মবি মতা ফাওবদা শিজীন্নবা য়াদে। ঈবালগী অব্রা মৈশা লাংগনি। শাংলবদা থা অহুমদা লোইবে। মীদু মশা মথন্তা শদোং ফোয়দৎচদুনা প্রোক প্রোক চাক্লুনা শিজগনি। থাবু থাব্রবা কোক্লবা উপাই লৈতে। মাঙবা তাবা লৈতবা হীদাকসে পীদি পীগে শিজীন্নবদি য়াদেকো।"

(শকহেনবী থুক্কৎনা) "পুবু পুবিবকপ্রা পাবুং?"

"লাদু শোমদা পীবকউ। হোইনে থম্মুনে, ও – অদুদা – য়াবে – য়াবে – সে মসিগী পীক্লি মচাগী মহীশি মখুম হাংদোক্লিঙৈদা "ওঁ" হায়বা ৰাহৈসি অহুন্নক শোল্লগা হাংদোকউ। খুমজীনবদনা "ক্লীং" হায়বসিনা অহুন্নক শোন্দুনা শুমজিল্লগা খুমজীনগদবনি। তম্মালাইগী মতীন্নি। হূদগী হেন্না তমথীবনি। মসি ঈশিংদা য়ানশিনবদা মচুদি ওল্লোই। শৌদি শৌবনি। চাদা, চাক্তা, এক্কাংদা অচাপোত্তা কায়দে। তৌবতবু

কাউবোইদবা অমনা তোপ তাহনবদৈ (দ্রোপ অমদৈ) হেনবদি য়াদে। হেক হেল্লুববা থোক হনদোরক্কনি। ৱাছবক্কনি। শিবফাওবা য়াই। অদুগা সিগী ময়োমসিনা অতাওগুম্বনি। সিসু পৌবা য়াদে। খুনিংথৌ মতোন্তা ঈশিং চোৎহল্লগা পকপদুদং মপংগুম্বা অচোপোংতা হাপকদবনি। ঈশিংদা থাদবদা মচু ৱাউথাংনৈ। মসি মী মনু শা মনুগী মকুনি। মহীসিগা মপংসিগা পোং অমদা য়ানশিনবদি য়াদে। নোংমদা অনীরক অনীবক হাপ্তা অমদি ফৈ।"

"অদুদি পাবুং, চাক্তা অমা এল্লাংদা অমা – "

"অদুনা খ্বাইদৈ ফবেনে। হীদাকসে থম্বদা মঙাল নুংশাগুম্বা ফুহনবা য়াদে। মীনা উবসু ফত্তেকো। ময়াই চম্বনি কাউনু।"

শকহেনবীনা তথক তথক্লা হীদাকতু তাপ পায়কই। চাউবীনা নোকফেং তৌ হীদাক্তু পায়খিনুনে থাম্মি। অৱামনসে হান্না লাচেং অমা থাবগা তৌখোনে। শকহেনবী মমাদৈ পৈশাদু লৌবগা খুকমদুনা পাবুং য়ামদি য়ামজদ্রে হায়দুনা খুকমদুনা পী। চাউতোন শকহেনবীগী মকোক্তা নাছবীবগা "নঙনা নীংলিদু থুংজবো। নকোক ফাওবা হেক চীক্তবা ওইবো" হায়দুনা থৌজানবী। তাদা ঙসিদি অঙাংগী পৃক শুবসিবু কমদৌবা হায়না হংলকপদুদা শকহেনবীনা "কবিনো ইমা ঙসিনা অবোইবনি" হায়দুনা কনথৎলি। পাবুং অথাবা পোমফ্রিসিবু য়াওখিগদ্রা হায়বদুদা চাউতোন স্বব অমুক্তং তপ্না হোন্দোবকই, "চৎনবীসিদা লাইবা অমা য়াওবিবনিনে নখোয়নদি খঙদবা। য়াওদা য়াদে।" শকহেনবীসু "অদুদি হীপথবগে পাবুং" হায়বগা হীপথবক্লে। চাউতোন মনাক্তা তপ্না ফমথবকই। চাউবীনা তাদা চেকশিন্না য়েংবীয়ুকো হায়বকপদুদা চাউতোন "হোয়দা" হায়দোক্লুবগা কবি হায়দ্রবনো ঙাইহাক নীংশিংদুনা লৈ। চাউবী নোক্লা নোক্লা, "ৱারৌবীবদি য়াদ্রে তাদা" হায়বকপদুদা খ্বায় লাউই চাউতোন। পৃক শুবম্বা খৃৎ শৎ চিংথোরকই। ৱাদি ঙাঙদে। চাউবীনা মখা তারকই, "নচম্লনা য়াম্না পামজবা – চাউবা, তোম্বী, বাবুগী ইপোমদু কন্না শান্নহৌবি টিভিদা। শাউবীনুকো তাদা, ঙাইহাক্তা?" চাউতোনসু ৱা পাংশিল্লকই, "ইবেম্মা, মখোয়দু লোইনা শিগ্রসু মীংতদি হৌজিক ফাওবা শং শং হেক্তা উরিনেসে। ঐসু য়েংনিংবনি। তারগা নোক্লগে। খবা হৌনা লৈখৎলকউ চাউবী।" পুন্না ৱা ৱা নোকমিন্নে। নোক্ল নোক্ল চাউবী থোকখি।

## ৩২

অমম্বগী শল্লুপ লৌশিং শাজেনা কন কন্দুনা কোয়তান তান্নকবগা চোকথবক্কবা শনজেন্নহা শংগোন তন্নকই। অঙৌতোন চঙলকপা চাউবী তাখিদে। চাউবনা মনাদা শুনু তৈশিল্লগা অঙৌবা ফি অমনা মকোক কৃপশিন্দুনা ফনেক ময়াঙলং অমা চিংখৎলপ শেৎচিন্দুনা চোং চোংদুনা ৱাই তৈবিবদু উবদা ময়া কানা শিথা শিথা নোকই চাউবী। ৱাদি ঙাঙদনা টিভিগী খোঞ্জেলদু খংলে লৈথে অঙৌতোন। চাউবী পাখৎনা খংলাও লাউবকই, "হৈ – হৈ – লৈখৎলুনে – তা চাউতোন চাকশঙদা তাবিবনিনে।" অঙৌতোন চপ লেপ্তুনা, "এ! ঙবাংনা অমা, ঙসিনা অমা; লাঙদবা লাই, লাঙবা লাই, লাইগী লাইদো লাইবৈবাক য়ৌগনি ঙসি" অশাওবদু ফোঙদোক্লা শাউবংননা টিভিদু হান্নদগী হেন্না কন্না লৈখৎলকই। অঙৌতোনগী খোঞ্জেলদো কনানসু তাকদ্রে। অহোইনদুম হৌববা চাউবগী ৱাঙাঙদা খোঞ্জেল হৌনা নোকই চাউবী, চাউতোন শকহেনবীসু।

অঙৌতোন ৱাখল মাঙশিল্লকই। তৌফম খঙলক্লে। থোবকই চাকখুম তম্মা। উকবে লাপতক্লা খজীক্তং হাইদোক্লিবা ফিজংদু ফাওদুনা। চপ লেপ্পী কানশিল্লুবদি ঙমদে থোঙজীনদু। চাউতোন্দি নোকপা হনদে। মমীৎনদি চাগদবগী য়েংদুনা লৈ শকহেনবীগী অকম লাইহৌগী ঈনিলনা মশা পূম্বা পূমচোৎ চোৎলবা ফাথবা ঙমদ্রবা মিহুন্না দং দং য়ৈবকপদগী মমায়দুসু কুচু তাইফেৎ তাইনা পূল্লং হেক লংখৎতুনা অথেংবা অহীংগী থাজনা অহাঙবা অতিয়াদা পূমচাই চাইবিবা থৱানশিংবু নমহৎপা থেক্লা খোয়না শাবা জগোয়গুম পাঙনিংদা পাঙনিংদা পাঙবদা খুমজিল্লিবা মীৎথক মীৎখা অনীবু ফাক্তোক শেক্তোক্লিবা মীৎনহানা মূনা মূনা মীতাবিবা মতৌদুদা। মনীং তৌহল্লি শকহেনবী চাউতোন্না। থাঙ্গৎলকই তনৌরবা খূৎশা। তপ্না তপ্না নাল্ল নাল্লদুনা শান্নবকই চাউতোনগী তুমলবা মনাতোন্দুদা পীক্লিবা অঙাংনা মমাগী মনাতোন চিংদুনা শান্নবগুম শকহেনবী।

খাঙবা ঙম্লক্লে। থোঙমায়গী ফিজংদুদি হাইদোক্লুদে। কবম্মা কানশিনখিবনো খঙহৌদে থোঙজীন্দো। মখোঙনা নেৎথৎপদা ফিজঙদু লৈমায়দা

কীহুবকই। খংনা চাউতোন্না শকহেনবীগী মখূৎ কনথংলি। থক থক নীল্লবা অঙৌতোন চপ লেপ্পী মচেগী মনাক্তা। মচেগী মশা কূপ্লিবা পোমথ্রিদু লাক্কুনা চিংথৈ খুয়াদা। লময়াইদা তাই। মকু খোক্কুনা তংখাই তারবা মুবীগী কুচুবু ঙমজবা শকহেনবীগী খোয়খাদগী চিংথোকখি ষনগী শদু মাল্লবা চাউতোনগী খুইববা খূৎ। "হাক থুই" মতীল শিংচীল্লি ফক্লাংদা অঙৌতোন। বাদি হায়দে। চাউকান চাউকান কানখি মমাবোক তম্না। "মাবোক ঐ মূমদা চংলে; ইচে লৈরিমখৈ সিদা লৈররোই" হায়দুনা থোঙজীন কাম্থোক্লবা হোৎনৈ। চাউবীনা মাবু ফাননবা হোৎনরিঙৈ চৈবক্কুদা হোৎখি নামৈ থাদবদুনা কুনজা কাও কাওদুনা চাউতোন। মখূৎ নাম্মনা অঙৌতোনবু ফাবগা মখূৎ নাম্মনা চাউতোনবু ফাননবা হোৎনবদা ঙমদদুনা লাউবকই চাউবী,

> "তাদা! তাদা! তাদ্রেনেসে তাদসে। ওম্থোকপনিদকো, মসিগী নুপীসে। ঙাইখো ইবুংঙো নচেসে হুয়েং চৎথ্রগদবনি। ইমানা থিল্লুগদবনি। মখোয়বোমগী মী ঙসাইতা লাক্লন্নবনি। হুয়েং লাক্লনি হায়ম্রবনি। কবিগীনোনে নঙনা অসুক ঙাইঙমদ্রিসিবো। ঙাইখো, নচেগা চাউতোনগা খৎনবিসিনা কবিগী?"
>
> "ইচেদা হংবিয়ু।"
>
> "ফবেনে সে, তূম্নুবো। চঙঙোনে নঙবু – নঙগী কাসিদা। থোঙসিসু লোনশিল্লুনে। হৌগৎলক্লনুকো। অমুক হৌগৎলক্লদি মাবোক ফত্তে হায়গনু। তূমথবো – তূমথবো।"

চাউবী চাকখুম তম্না চঙলকই। শকহেনবীদা ওনশিল্লকই শাউরংননা – "কবিনো নঙনা অদুদা উয়ুংদৌনা য়ুংদুনা লৈবিদুনা? কবিনো – অমগা অমুক চিক্লা অমগা অমুক চিক্লা, হুই অঙাওবা ওল্লব্রা নঙবু?" শকহেনবীসু হেন্নদুম মশোং ফনজীল্লকই, "হো ওল্লবনে – ওল্লবা।" হনদে চাউবীসু, "হৈ – নঙ ঐঙোন্দা অমুক চীকপা হৌবক্লব্রা? হায়বীদে হায়নি নঙ অমা ..." শকহেনবী শমায় শৎ লৈ হীকথবকই, "ঐদা শিজখ্রগে। অদুদি নখোয়দসু বাই চিনদ্রেদনা?" মচাবু থেমজীল্লকই, "হে হায়হৈদেনে। নঙবু হনুবদুগা কবিগী খৎনবিনোনে। মী পূক শুবা হায়দুদি হৈনবা হৈনদবা খবদি খাঙবা তাবেদনা। থীদা অঙাওবীসিদি।"

শকহেনবী, "ম্নারে – ম্নারে। তোকও। তূন্নুরো। ঐদি ঙসিসে মীথুংফম কাশিদা ইথত্তা তূম্বনা ফরনি" হায়দুনা খোঙ গম থিংজিনখি। টিভি হৌনা থাবকই। উপাই লৈত্রবা মমা খোঙদু ঙাইহাক নমদুনা হাংউ হায়রন্নগা ফমুংদা কাখৎলকলে। তূমখখিবা খঙহৌদে। অঙৌতোনসু অদু মঙাই। খোয়দৌ থীংলি। "ইচেগী মায়য়োক্তা চাউতোন্না মাগী অপামবৈ খোঙথাং শম্না মফৈ অমত্তং থম্মোয়দা মদোম থাংজিন্নকম্বা তাবগদি মানা শবক হূনা নাথৈদুনা লীৎপা ঙমগদ্রদো" হংজে থম্মোয়দা। পাউখুমসু মদোম থম্মোয়দা পীজৈ। "নাথৈরন্নোই। মহাক্কী লাইরা তীনবাগী কাংলোন্না কনবা ঙন্নোই। তাগনি য়ুময়ায়থক্তা থবায় ম্নাওদ্রবা হকচাং ওইনা উফূল মকূপকুম। অদুবু –" হায়বা রাহৈনা চীনবান থক খা শো লোনশিনখিদুনা থম্মোয়দা তাশোন্না থিন্দুনা পূক্নীংদা লাকচৈদা নীং ম্নাথক য়াখা ত্রক ত্রক চীক্তুনা রাখল নোংলৈ ফাথজৈ মদোম। অতম্বনা মঙাও থীবা নোংলৈনা শন্নাং লাক লাক্তুনা হঙ্গৎ হন্দা চিংলন্নগা হনজ্রবদা উপাল রাপালসু ঙাইহাক মীৎকূপ অবা পোৎথাবকই। রাখলনা তম্নবীরবদা চোকথরবা হকচাং পোন্নাং তূমখুন লাইবেম্বীগী মতম্বাক্তা নীংঙাইবা লৈতনা কে কু লোৎখ্রে, ঘড়ীগী খুৎশানা নুমিদাংগী পুং ১১.৩০ তারে তাক্লিবদু তাদনা অঙৌতোন।

ঙসাইমখৈ মীৎ কক্লা অমত্তা উইশিল্লু ম্নাদ্রবা শকহেনবী ঘড়ীগী "তোক তোক" হায়বা খোঞ্জেলনা থম্মোয়দৈ থোবক্লিবা ঈগী ঈচেলদা তিক্কী তিক্কী হৎতুনা তথক তথকই। তূমিন তাশিন্দুনা তূংদুনা লৈবম্বা শাউনিংবগা ইকায়বগা মখোঙ থাঙ্গৎতুনা মতুং ওনশিন্নগা অসুম মীৎয়েং পনখৈ রাংমদা তামখ্রে। ফমঙন্নক্রে। টিভিগী কুম্মৈনা শকহেনবীগী থম্মোয় তম্নবীবা ঙমদ্রে। মীৎচিনফাও মীতাবক্তুদুনা লময়ায়দা হঙ্গৎ হন্দা চৎলক্রে। মনা থেক্কত্তুনা মালংগী শহুম ফাওবদি তায়। অথেঙবা অঙ্গংবা অহীং অসিদা অরাক অখৎনবা অতৈ অমত্তদা অতম্নকদ্রে। অদুবু মরক মরক্তা য়ুমথক্কী জিলখদা তেক তেক কাপ্নকপগী খোঞ্জেলদা খংপ্রেক খংপ্রেক খংবগুমসু তৌরকই। খৌদেমদুনা থোঙনাও হাংদোক্তুনা য়েংলুই। তন্দলশিংনা মমীৎ ফাক্তোক্তুনা মাবু করেম্নরকই। থোঙনাও ঙাশিন্নি। ঘড়ীদা য়েংই। মিনিট মঙাতমক ঙায়শিন্নক্রে। পূক্নীংগী য়াংকোক্তা থম্মোয় চেঙজা খৈরক্নবদা রাখল রাইরু পাইথোরক্নে। মখূৎনা চেৎনা পায়রিবা মোবাইলদু তপ্না তপ্না চূপ্নকই।

শানৌ ঈশৈ ঙং ঙংদুনা লাকপনা অমম্বদা থোংবান মপান্দা চেন-চোংদুনা শান্নবিবা উচি বোবানা শান্নবগী খোনঞ্জেলনা তম্নবীবা ঙম্লুদ্রে। সাইকলদু শকহেনবীখোয়গী থোঙ্গালদা ঙাশিন্দুনা থম্মী। মৌবীগী কোম্থোংদু তপ্না হাংদোক্লুনা চঙলকই। ফুবিখাও হুমজীল্লি। 'থংনৈ মোবাইল। থম্মোয়গী ইফুং কাবকই। নুমিদাংগী পুং ১২ তাবে। এস এম এস থাবে। মোমোন তৌনা চুপচে মোবাইল।

শ্বায়, শকহেনবী শানৌ। শানৌ নোম্লদুনা খাওই। শকহেনবী খৌদেল্লকই, "অহম অহম ..." মমাগী মনাক্তা তপ্না মখোঙদু ৰাংনা ৰাংনা থাংদুনা চঙলকই উবোক লমগ্রাইগুম। নাখোকপদুনা তম্নবগা তাম্থোবকই। অঙৌতোন থোঙ হাংদুনা তুম্লা থোঙ নমদুনা য়েংই। হাংউদি হায়কদ্রে। তপ্না পুনা হাংদুনা থোবকই অমুবা শামতু মতেক অমনা কূপশিল্লগা। মপান্দা পুনা অমুক লোনশিলম্মী।

অমম্বদুদা কোয়না কোয়না য়েংলকই মকুগী মমীত্তুনা। তায় – শিশ' খোঞ্জেলদু তম্না চঙশিল্লি অমম্বদা লেপ্লিবা কাচিন লাইমু তম্না। তাপ কোনশিল্লকই। মেক লাউকদে। অহোইনদুম চিংদুনা পুবকই। কাখৎলকই মখা থংবগী পাখল শঙ্গোই মথক্তা। থাবলগী ঈথক ঈপোমদা মালং তাম্থা তুংইন্না জগোয় খুৎথেক তমজবী থাজগী মতাবোই থাবল্লে ঙসিদি থাশিগী অহীং অসিদা মতাবোই মাবু ঙাইকদ্রে। মদোম লৈকা ফন্না লৈশাং তমজে থম্মোয় লাইয়ূমদা লোংনা লাংচবা মাগীদমক। খোইমু মাসু খপ্লুনা ঙংলম্বা মশা থূপচিল্লি। খৌবোম থন্না থন্না থক্তোকই লৈকাবক্তে নীক নীক লাউববা শিঙেল লৈহী। শিঙেল খোইমুগী মতৌদা উপাল ৰাপাল হৈপাল লৈপাল খিবীকসু ফিক্ক খুম্না খাঙজে অথেঙবা অহীংগী লৈচীল ইন্নফিনা। কৌজেং হাবৌ ফাওবা চপ চপ লেম্লী শুক্তোক্লিবা মালংবতা নত্তুনা।

মচাগী ৰাখলনা ফুম্বংননা তূমথখিবা চাউবী তূমখুন্দা মঙলান্না তম্নবীদুনা তাইবংদা মীৎকপ থোবকই। ফূক হৌগত্তুনা ফমই। শং শং মরি মবি চোংথোবকই – মঙলান্দু। কূমথবকই। চঙলকই। ইহাং হাংলম্বদুদা পাখত্তুনা খংকৌ কৌবকই, "ইবেম্মা!" শানৌ শকহেনবী মায়কৈ শলাই খঙদে। কবম্না থাংলিবনো খঙদবা খোঙথাংদা কোম্থোং লাম্থোবকপদুদদি শানৌ সাইকল তম্না চঙশিল্লকই। শকহেনবী উখোংদু পায়দুনা উয়ুংগুম লেপহৌবে। চাউবী চাকখুমদসু

লৈরমদবদুদা মাঙোলগী মৈ থানগৎলকই। থোঙজাওদু মপান্দা পুনা লোল্লম্বা থেংনরকপদা চাউবী লাউবকই, "অঙৌতোন! নঙবু হৌগৎলুনে।"

অঙৌতোন হোই হায়দুনা থোবকই। "নচেদু মপান্দা থৌবি য়ান্দুনা শিবল্লনি" হায়বদু তাবদা শকহেনবী পুনাদু হাংদোক্কে খন্না পায়বম্বদগী তপ্না থাদোবকই। ঙাইহাক তৌফম খঙদনা লৈ। অঙৌতোননা মনীংথোঙলোমদা থোকসি হায়বদৈ দং দং চেনবৈ খোঞ্জেলদো তাবদা শকহেনবী তপ্না পুনাদু হাংদুনা চঙলকই। ইমুংগী ফানশাংদুদা ফমথৈ। মখোয় অনীনা নোবাব মখোঙ তম্না লাকই। মৈ কাপ কাপ্পুনা য়েংই। চাউবী খোঞ্জেল থোক্লা কপ কপ্পুনা অঙৌতোনগী মতুং ইন্নৈ। মমাঙগী হৈনৌ মখোঙদুদা উদ্রবদুদদি চান্নলা ও খোংখৈ অঙাং মচাদৌনা চাউবীনা তেংথাবকপদুদদি ৱাখল মাঙশিল্লকই, অঙৌতোন। অঙৌতোন, "এ' মাবোক, ঙসাই কোম্বোংজেসে লোল্লম্বনি হাংলেনে, ইচে চৎখ্রে" হায়বকপদুদা চাউবী চপ লেপ্পুনা অঙৌতোন্না লোল্লিবা কোম্বোংজেদু মুন্না য়েংলগা হায়বকই অশাউবা ফৃদোক্কুনা, "ফৈ, মসি অঙাংসি। ঐনা নোংঙাল্লগা থিনবীগে হায়বগা ঐবু য়োনবা' শিবফাও ঐ চঙলোই। খঙনিদনা –" মখোয় অনী প্রপ প্রপ চঙলকপদা থোঙ হাংদুনা লৈবম্বদুদদি "এ! এ!" হায়দুনা চপ মান্ননা ইঙক ঙক্লা য়েংলি ইমুং তম্না।

ঘম ঘম চঙশিল্লক্কুনা শকহেনবীগী মনাক্তা লেপ্পী। তপ্না, "ইবেম্মা, নঙনা তৌবিসিবো কবিনোনে" হায়বকপদুদা শকহেনবী, মখোয়না ঙাঙনা শক্লবিবদু লোইনা তাবগা থোইনা ইথৌ থৌশাদনা শাউবংননা তাইশিল্লকই, "কবিনো, পুকসে নুংঙাইতদুনা হকচাং শেংদোক্লবনি।" মচাগী মতৌদুদা শকফম খবা হেক হনজিন্না চাউবী, "নংতে নঙবো নশা নুংঙাইত্রব্রো" নৌথবকই। মমা মচাগী মতৌদা ৱাহে অমফাও কাঙথোক্লমদনা থোকখি অঙৌতোন। থেম নৌদুনা মচাবু চাক পীজবি চাউবী। শকহেনবীসু মবুক থন্না চাথোকই। মচাবু কোন্দুনা তুমথনবা হোৎনজে মতৌ য়েং য়েংদুনা। লাইবক্কী চোইজাইনবম্বা শন্নাং মমানা তপ্না তপ্না খোমগৎলকপদুদা শকহেনবী তুমখুন লাইবেনবীগী (নিদ্রাগী) নাউশুম ঈশৈনা শুম্বগুম ইশি শিনা তুমথবকই। অহীংগী অমম্বদুদা তম্নবিবা মঙালদুদা চাউবী হৌখ্রবা কাউখ্রবা তাবুনুংগী অবিবা পুৱাবীগী শেগায়ববা চেনাশিংদু ফাকতোকহল্লি – তপ্না তপ্না . . .

# ৩৩

**অহনা** ওইবে অমল শিংহুন তাম্বানা তাইবং মণ্ডলান অনীদা নুমিৎ থানা তম্নবগুম তৎতনা তম্নবীববা পুন্সিদদি নোং ঙানবা ঙাইবদা অবাবে মশক্তি। লৈপাকলৈদসুনি। বাখেৎকী খোঞ্জেলগা ঈরোয়ননা হৌগৎপসে মাগীদি হৈনবীনি। চহী য়ামজববসু থবক্তি য়াঙই। কুইহৌদে বাইশিং লমশেং। ঈক মাইথরুরে লৈচীল পামফোইননা। য়াইখোম্বনা মবোক্কীদমক অয়ূক্তা লৈ হেকপসি খাইদগী পামজবনি। হেন্না হৈনহনখিবদি মবোক্না লৈ হেকপা য়াওববদি মপু ইবুঙোনা মদুগীদমক মহয় খাইবী হায়খিবা মবোক্কী বাহৈদু থম্মোয়দা চুখিবননি। মশুগী মতৌদা লৈপাকলৈ তাইবং মৈশা কাউই। নোক নোক্তুনা মশুদগী লৈদু লৌবগা উহন-উবাং (তুলশি) ইমাদা কৎচবা লাইনা লৌদা লৌববগুম নীংজে লৈপাকলৈ।

অয়ূক ঙন্নপ মশু মবেন তল হৌবা লোইবে। চা অহুম হৈরে। লেন্নিবা চাদু উবদা য়াইখোম্বনা মবোক্তা কনাগী শকক্লো অমসিনা মমাগীবা হংলকই। হোই খুমদোকখি মবোকসু। মমাদি লাকসু লাক্তনা হায়বকপদুদা ঙসি লাক্কনি হায়দুনা কবেম্নরকই মশুগী মতৌবু য়েংনিংদুনা লৈপাকলৈ। বাদি হায়দনা মঙক্লা ইন্দুনা "চাদো" হায়বকপদুদা য়াইখোম্বা মপাগী মনাক্তা তল চা পুদুনা চঙলকপদু চীংখৈ উকদে। মহাক্কী ঙবাং নুমিদাং খবা হেনজিন্না থকচিল্লকপদৈ চারম থক্লম খঙদখৈ তুন্নিবনি। মচাগী পুন্নং লংবা মায়থোংগী মঙালনা ঙসিদি চীংখৈগী শুক্লা মন্নবা থম্মোয়গী কাখুদা চঙলক্তুনা তাইবং অমমনোংগী লৈচীল নোংফাই মরক্তে মকোক শীখক্তুনা; অঙানবা পুন্সিগী মশক উবা ফংলকপগুম তৌই চোংলবা চীংখৈগী পাঙনীংদনা পাঙলিবা মীৎথ্রুপ্না। ঈচেল কংগ্রবা পিরাংনা কংশিনখিদুনা তাশিন্নগা শেমখিবা মীৎপানগীদু তৈথোকপীদুনা হিংনিংবে ঈথৌলাংবদু মীৎকুপ্তুদা পোকহন্নি। নুঙগুম কনশিন্নুরবা থম্মোয়দুনা চেজেৎ কোনশিন্নি মচাবু মথানুংদা। খঙহৌদবা ইঙাগী নোংহৌ অমা ঈহৌবক্তুনা পিরাংগী মরীক মচা অমা অনীদং তাঙনা তাখি মোনখুম মথক্তা। মবোক্লা কৌরকপদৈ পীক্লবা খুৎশাদুনা ঈম্বোক্তুনা শেৎতৎলগা চৎখি য়াইখোম্বা মবেনগী মনাক্তা। চা থক্তুনা তল চামিন্নরি। মবেন্না মশুবু হেন্না পীজনবা হোৎনৈ। মশুনসু মবেনবু হেন্না চাহন্নবা লাকনৈ। মসিসু মশু মবেনগী অঙকপা লান্নি।

চৈরকসিদা চাউবী "ইনম্মা – ইনম্মা" কৌবদুনা চঙলকই। শকহেনবীসু ঙসিতা চেল্লকপী মৌ অনৌবীগুম ইকোই কোই। কাখৎসি কদায় কাগুমসি কদায় হেক তৌফম খঙদে। লৈপাকলৈ থোবকই তঞ্জাদুদা। মচীন্দদি চিংননা কনানোনে শোল্লি। য়াইখোম্বসু ইন্নবকই। মকোক মক ইখুম খুমজীন্দুনা চপ তিংনা মোং হাদনা লেপ্পুনা লৈবগুম লৈপ্লিবী মমাবু হেক উবদা "ইমা" হায়না কৌদুনা চেনশিন্দুনা কোনশিল্লুই। য়াইখোম্বগী "ইমা" হায়বা খোঞ্জেলদুনা নৃঙ ওল্লুববা থম্মোয় মহী চেম্থোবকই। লৈপাকলৈ চাউবী থম্মোয় থম্মোয় থেঙ্গাইনৈ। চীংখৈসু ফৃক হৌগত্তুনা খোঞ্জেলদু তান্নবকই। নুংশাগী মৈশাদা মহী চেম্থোবক্লবা খোইকনা কোংকুত্তা তুংবগুম শকহেনবীগী থম্মোয়গী মহী য়াইখোম্বদা অবৎপা লৈতনা হৈথবকই। পূক্লীং পাত্তা নুংশি ঈবা ঈহৌবকই। চেজেৎ মচাবু কোনশিন্দুনা খাঙজে শকহেনবী।

কবিগী মীতোপ্তৌনা লেপ্পুনা লৈবিবনো হায়দুনা লৈপাকলৈনা হায়বকপদুদা কাখৎলকই চাউবী। শকহেনবীনা মচাবু পমদুনা মাগী কাদা হান্ননা চঙশিনখ্রে। মখোয় চঙশিল্লকপগী খোঞ্জেলদুদা চীংখৈ তপ্না তুমথৈ অমুক। ফৈজুপ চিংখত্তুনা তৃম্মা শাশিন্নে। শকহেনবী ব্রা ঙাঙদে। মমীত্তি কিকপ কিকপ হুবান্দুনা চীংখৈদা য়েংই। উপু হাংদুনা ফি লৌথোক লৌথোক্লা হীদাক লোৎশিল্লি। মফি মবোল হোংদোকই। য়াইখোম্বনা মপাবু মমা লাক্রে হায়না হৌদোক্লবা লাক্রে। হৌগত্তুনা চা থকমিন্নে মপা মচা। লৈপাকলৈ চাউবীসু চীংখৈগী কাদা চঙলকই। লৈপাকলৈনা মচাদা ঙা অমা লৈকনবা হায়। চীংখৈসু "হোয়" হায়দুনা খুল্লগা চাউবীবু থৈয়ায়ননা কৌই। চাউবী চা থক্লুবসি লাকও হায়বল্লগা লৈপাকলৈ থোকখ্রে। তাঞ্জাদুদা চাউবী মখা তাবকই, মোং হাদনা,

> "নখোয়'নী অঙাংদি নৎত্রবনি। ফবসু ফৎত্রসু নমীত্তা নচা উববনি। হোয় নখোয়'নীদি কায়নবসু য়াই। নচাসিনদি মপাসু য়াবোই মমাসু য়াবোই। নখোয় নখোয়বু ঙল্লগদ্রা? ঙল্লগদি মদুনা ব্রাফম অমদা লৈবে। মীওইবৈ লীচত্তে লাপথোকখ্রে। অদুনা ইবেম্মা নঙনা কবিসু লৈতবা অমগীসু ইপাম চেনগে খনবদি লানগনি। অদুগা চীংখৈ নঙসু নুপীদি নুপী ওইনা মিনুংশিগা লোয়ননা লোয়নবীগদবনি। ফৃগদবনি চৈগদবনি। নুপী অঙাং হায়নবিবনি। কায়দেকো। তৌবতবু ফনা শাউনিংবা লৈদুনসু নুপীবু মপামদা চৎখ্রো হেক্তা হায়বদি খক হায়বীবোইদবনি। ফনমক লান্দুনসু অচুম্বনা কৃপশিন্দুনা ঙাকপীগদবনি। খুন্নাইসিনা মীৎয়েং থন্নবা থম্মোয়নসু ঙাকপীবা ঙমদ্রবদুবু ঙাকপীকববা ঈবাল লঙশিন্দুনা ঈবালনা ঈপোৎ ফাগনি। অদুগীদি কৈশুমশঙ লৈবিদনা?"

"ইমা ঐদি ঙসি ফাওবা চীনসিদা পনখিদবনি। চৎপগী ৱাফমসিদি খনবু খল্লুদে ঐদি..."

শকহেনবী শাউবংননা লুশম লাক্লকই, "চীনবান্দা চৎলু হায়দ্রসু থবক্লা তাক্লিদুদি? ঐখোয়দি ষন ইবোইনিনা অব তিতি লাউ খোংবসিনা হেন্না ফৈ খল্লি। চানসু চান্নজে। অদুদি নৎত্রে, নুংদা হেক চীক্লদনা।"

"ঙসিদি ইমাসু লৈবি। হৌখ্রদি হৌখ্রে। মতুংদদি চাকথোংবী শান্নবসে ঐ পামদে। খম্বুগেবা খম্বুবোইবা য়ূমসিদে খোঙবু থাংদোকখ্রবা অমুক হন্না থাংজিলহন্নবোই। মসি ঐগী ফিবেপনি ঙসিদগী।"

"এ! ঐসু ঙসিদগী য়ূমসিদৈ খোঙসে থাংদোক্লগে খন্না থাঙ্গৎখ্রবদি খোঙফম হনজিল্লকপদি লায়বদনা মীৎচিনফাও হন্না য়েংবীবোই।"

"ঙাইখো, ঙাইখো, নখোয়নীগীদু কৈবোয় লৈকায়না তাখিনি। অমসু অমসু ফাথনবগী মথৌ তাবে। হুন্নবদি লৈতুম ৱাৎতবনিনে। অদুবু নঙনা নুপীনি। কবিনোনে, নুপীনবু নুপাগা ... ঙাইখোদা। নোংদোলগী লৈতেং ওইবিবা লৈচীলনা নোং ওন্দুনা মবুক মবা তপ্লগা ঈংনা চীক্লা চিক্কোন নাউকোল্লবতদা লমজাও খোন্না চাক্লস্বা লম্মৈসু মদোম তুমিন্না তংদু লৈতাবক্কনি। উংপুঙদুদে অপীকপা থৱায় কয়ানা য়েন্নীং হুল্লক্কনি। খবসু য়েংউ। চফূ উয়ান খেৎনবা অমুক্তা উননবা হোৎনখো। ইমাখোয়দি থৈ থৈদুনা চৎলবনি।"

হন্না য়েংলমদনা ঙাঙ ঙাঙদুনা থোকখ্রে চাউবী । চীংখৈসু থোকখ্রে ৱাদি ঙাঙদনা। শকহেনবী মচাগী মনাক্তা ফমদুনা মচানা থক্লিবদু মুন্না থৱায় তানা য়েংজে। হুম্বিং খেবমদা পোকপা শানৌ শং পাইশিল্লকই। শকহেনবী থম্মোয় মকা লামজে। শুক্তোক্লববা শকফমসু হনজিল্লকই। ঙা লৈমীন্নকসি হায়বদগী চীংখৈ শানৌ চৎমিন্নখ্রে। চাউবী লৈপাকলৈ চা থকমিন্নবা লোইবদুনা মশুবু মহৈশঙদা থিন্ননবা লৈপাকলৈ থৌবাং তৌবকই।

চাকশঙদা চনম খোক্লা খোক্লা নাবোন্দা মচাগী খিং খিং লাউবা ঙহালমখৈ উবমদবা মায়থোংদো হূবান্দুনা লোৎনা লোৎনা য়েংজে চাউবী। মতম কয়া'মা হন্দোক্লন্নবসু তক তনাল্লিবা চাকখুম উবদা হেন্নদুম হরাওবা পোকই থম্মোয়দা। অহোইনদুম ষবনা ফূ ফূ কামদুনা লৈরংদু তকথোক নাম্থোকলি শকহেনবী। মমীত্তা শং শং উবকই শানৌনা হবাও হরাও চীংখৈগী মনাক্তা ফমদুনা চখোম চাউনা চাউনা হুকপদু।

# ৩৪

নুমিৎ কয়ানিনি চীংখৈঙানবনা শকহেনবীবু পোৎয়োনশঙদা পুননবা হোৎনবা। মফিবু লোইশিল্লুবা কোঙ্গাইনি শকহেনবীসু। লৈপাকলৈনা মশা নুংঙাইত্রে হায় হায়দুনা শকহেনবীবু য়ূম থাদোকহন্দবা চয়োল অমদি চপ চাবে। নুমিত্তো নুপীলাল নুমিৎনি। মশু মবেন য়ূম শংহৌবে। চীংখৈনা অয়ুক্তা উকিল উনবা চৎলমদাইদা পোৎয়োনশঙদা চাক পুবকউ হায়বন্নদুনা চাক ঙন্না থোংলগা পুদুনা থোবকপদা লৈপাকলৈ শকহেনবীবু খান্নুদ্রে। ইমা চৎলুখিগেদি হায়বন্না নুং পান শম্নদবা খৌজেংগী রাঙাঙ তথক তথকনা ফল্লপ ফল্লপ য়েংবা শকহেনবীনা তয়াং তয়াংনা থাংখিবা খোঙথাং মখোন্দু মুন্না তায লৈপাকলৈ। কবি তৌসিগে নুংবঙনবতনা অহিংবা নৃঙ ওইবক্নে লৈপাকলৈ। পুক্লীংগী পল্লোন পল্লোন কয়ানা ফাজীন পুন্সিন্দুনা থন্নস্বা অনীংবনা মশা পান্দুনা ফাঙস্লক্রুবদা থম্মোয়গী থোঙজীন কানথোবকই। মদোম খোঞ্জেলনা অহাঙবদা তন্নকই, "কবি থোক্লগবা!"

মতু চোন্বা শামতুগী জোন জোন লাউবা না কূপ্পা তুপী অমা উপশিল্লে। পুন্সিগী অহানবা উপ্পনিনা কয়াদি হৈনদে। অদুবু খাঙই চীংখৈ। চীনখুম অমুবা অমনা খদাংচেৎ লাকশিল্লে। অনোক অমুবা অপাকপা অমনা মমায় মমীৎ ঈখুম খুমজীল্লে। হেন্নদুম খুউ য়ৌবা অচোনবা ফূবীৎ অদুগা খুউ য়ৌবা খোঙউপতুগনা হেন্না মঙাও থীবা নহা মচা অমগুম অউবশিংনা ফাওবতা নত্তনা মশানফাও হৈনদবা ফাওবে চীংখৈ। মালহোত্রাসু ঙসিদি ইঙক ঙকই চীংখৈবু উবদা। হেন্না ঙক্লিবদি চীংখৈনা যিগী পোৎশিৎ য়েংগনি হায়দুনা ফমদুনা লৈবকপদুনি। ফাগী তৌ তৌদুনা ফি য়োনবা য়াওশিল্লক্নে চীংখৈ।

শকহেনবী চাক্কী পাত্র অমা য়াল্লগা গম গম লাকপদা পোৎয়োনশঙ থোঙ লোনবা উবদা চপ লেপ্পী। তপ্পা চঙশিল্লক্রুনা শো হাংদোক্নে। ঙনগা ঙনবগা ঈচীক চীকই। মথন্তা ফমই শকহেনবী। শক্নৌসু থোঙ হাংদ্রিনে হায়দুনা মখূৎনা মখদাং শৌবকই, মথন্তা খোঞ্জেল থোক্লা হায়দোকখি, "পঙইহে, ঙসাইনা শানৌদু কোক লাকমিন্নরমগদবনি।" মহাক্কী মতৌদুদা ঙসাই মখৈ লোৎনা য়েংলিবা চীংখৈ

অসুম অসুম মিহুন চোংবা হেনগৎলকই। শকহেনবী চীংখৈ দোঙ মীৎচান্নকবে চীংখৈদি শ্বায় লাউদুনা অমম্বা অনোক মকমদা মমীত্তু উইশিন্দুনা খাঙই। শকহেনবীনা কনানোনে হায়দুনা খঙনিংনা মীৎকুপ্তখৈ য়েংদুনা লৈরম্বদু উবদা "হৈশ!" হায়দুনা খঙনোন নোম্বে। মদোম খনজে শকহেনবীনা মাবু মশক খঙপ্রবজাৎলা। শক্লৌনা নোকফেৎ তৌনা মনাক্তা লেপ্পুনা করি লমদগীনো ফাগী তৌবকপদুনা অমুক্তা হেন্না খংলুবে চীংখৈ। পাউখুম ঙাইদনা শক্লৈ নোক নোক্তুনা মাগী পোৎয়োনশঙ থোঙ হাংখ্রে। ঙসাইদগী ঙাইবক্না নেপালী পোৎ য়োনবা মাওবদুগা শকহেনবীগা চঙশিন্নকই। ফাথবা ঙমহৌদনা শক্লৌনা খংহায় হায়বকই,

"এ! কৈদৌঙৈ লাকই?"

(নোক্লা) "কুইবেদা। চা অমত্তা থকসিদনা ঐগীদা।"

(শ্বায় লাওনা) "শানৌদি?"

"ইথত্তনি। চাদি ময়াংনা অনী পুশিল্লক্রবা।"

"ঐদি চাকপু চাশিল্লক্তা ঙায়বিনে। বিস্তু, নঙ মনুংগী পোৎশিংসি লোইশিল্লুচো।"

"হো ইবুংঙো ঐসুনি। লাক্কুম কোক লাকও। চৎলে।"

"এ! লাকখো, লাকখো শকহেনবী।"

"কবি হায়খিগে হায়নো? অমদু লাকপনা হাল্লনি।"

"অমদুদি ঙসাইনা লাক্লেনা।"

"এ! কদাইদা?"

"মালহোত্রাগীদা অনোক অমুবা উপ্পা তুম্বী উপ্পসে য়েংউনে।"

খংনীং নীংশিংলক্লুনা মমায় লৈথোবক্লগা ঙসাইগীদু লৈবিব্রা য়েংগে তৌই। "হুম" হায়দুনা য়েংদনা ঙাইহাক লুকখদনা লৈবগা,

"ওঃ মা ওইবে। মাদি কৈদৌবিবা?"

"নঙগা শানৌগগী কুম্মৈ য়েংনি হায়বনি। চেকশিল্লুকো শকহেনবী। নখোয় অনীসে মানা লান্না খনবা খবা লৈ মাল্লেদা।"

শকহেনবী লুতোন শেং কায়। "ফৈ – ফৈ! চৎলে। কুম্মৈ তৌগে। ফৈ – খঙনি" হায়দুনা মচীন্দা মুকম মুকম শোল্লগা শকহেনবী পোৎয়োনশঙগী ফমফমদা ঙেক লাউনা ফমথৈ। ম্বব শাংনা অমুক্তং হোন্দোবকই। তিল অমুক্তং কুৎ লাউনা য়োৎশিল্লি। অমুকসু মমায়না নোম্বদুনা হৌনা কল্লক পেন্না নোকথোকই, "হা হাইয়ো।"

খোঞ্জেলদুদা শক্রৌ চঙক মায়ঙক্রে। কুম্মৈ পাম্বী শকহেনবী হেন্নদুম কুম্মৈ শান্নবকপদুদা শক্রৌ মচীন্দা শোল্লকই, "হবে কৃষ্ণ – হবে কৃষ্ণ – হং – হং – হং – ইমাই – ইমাই – ইমাই – লৈশিনবীবক্লনুকো হে ইমা ভৈববী। নচানা খুরুমজরি।" শক্রৌনা মমীৎ উইশিন্দুনা লাই খুবম্বদু উবদা রিত্তু পাখৎলপ তৌনা "ইয়াম্বা, মেক্রুক থাউমৈ কৎত্রিয়ে (ভায়া, ধুপ থাদ্রিয়ে)" হায়বকপদুদা মীৎ খংশিং শিংলকই শক্রৌ। "হা" হায়দুনা "মেক্রুক থাউমৈ কৎলোনে (ধুপ থাবোনে)" হায়না ওনশিল্লকই। মনা হাইফেৎ ফন্দোক্তুনা তায় শক্রৌ খোঞ্জেলদো। শকহেনবীসু মপুক্লীংদা শেম্বীবা মপু মাবু নীংজবি কংলাক্লনা,

> "হে মপু ইবুংঙো, শানৌদো ঙসিদি পোৎয়োনশঙসিদা লাকহনবীমু মীৎকৃপসিদা। মাগা ঐগা কুম্মৈ শান্নগে। কুম্মৈ য়েংনিংবশে মমীৎ থৃপহনগে। মপিদুম শীম্বহনগে। হা! হা! ... হুম! হুম! হায়বিসিবু, নত্তে মাবু খঙলবজাৎলনে! কবম্না? কৈদৌঙৈ? এ! মদু মীনম্বনি। অদুদি – কবিগী? মহাক্লবো? অদুবু ... নত্তে – লংলা-লংজীল খবা খঙলবজাৎলনে মাবু? হেবা ওইগদ্রনে? ওইদ্রগদি কবিগী? অদুবু কনাদগীনো? হৈ ... অমা লৈবে। মহাক্লা ককশাবী শাবা শোয়দনা ওইবোইদ্রা? অদুবু শক্রৌনবো? কবিগী? কল্লকপা মীহৌবা নৎত্রা শানৌ ঐখোয়নীগী মবিসে? মা নত্তনদি কনাদি লৈ? নৎত্রগা ঐনা লোৎলিবা থৃপ্লিসিবু লৈবাক পুংজাও থিল্লজাৎলনে। অদুদি, কবম্না? কনানা? হেরা, ওইথোক্তবনি। শোয়দনা ওইগনি, শক্রৌনা। মখোয়নী লৌতুনবনি। মাবু ঙসাই লাকপগা মালহোত্রাগী মপাদা ঙাইহাক লেপখি। মাগা মাগা মীৎচি খৎনবা শোয়দনা ওইগনি। শোয়দ্রে – শোয়দ্রে। শক্রৌনা। অদুদি, লংলা লংজীন পুথোকপৈ মনাদি করিনা পীনি মঙোন্দা। ঐমক্কী ইপুবোইবগী মফমদা ঐবু মানা

খোঙ্গোয়নরবকো। যৈ। মাবু মীয়াম মমাওদা খোঙ্গোয়নবা ওমদ্রবা ঐ শকহেনবী নৎত্রেদনা। অদুদা, মহাক্কা ঐখোয়নীগী মবিসে মঙোন্দা শবাক ফাক্লক্লগনা কমদৌবা। শক্লৌ মশানবু মশাগী অমোৎপদুবু পুখোবক্কদ্রনে। মীনম্বনি মীনম্বা। মানবু মদু তৌবক্লগনা মাগীবু কবি তোংজবা। ঐগীনা কবি মাওজবা। নৎত্রগা মানা হেজিন্না হায়জীনবনি হায় হায়দুনা মীয়ামগী মচীন মেনববু ঐনা ওল্লোইদ্রা। ওমগনি। শোয়দনা ওমগনি। মবমদি ওসিগী খুন্নাইনা য়েংলিবা মীৎয়েংসিদি আ – লাই হাক্তক্তগী নুপীদি থোৎ নৌবা লৈনাদগী হেন্না শোনবা চমজবী লৈবাংনি লৈবাং অদুগা নুপানা মবুক শেংদবা কুচু মুবা মবুক্তা মবাং তুবাংবা মহু পুবা কোয়না লৈনা পাইবা খোইমুনি খোইমু। গাড়ী অচৌবগা মচাগা থেঙ্গাইনবদা মচাদুনা চোংশিল্লুবসু চৈবাক ফংলিবসিদি অচৌবতনি লৈবাকসিদা। ঐসু কবিগী য়াবোই। মসিদি মীনম্বা নৎত্তে। হিংননবা তাৎ মচা তৌবনি। ঐবু তানফমসি য়ৌববদা চেনখিগদ্রা? চেন্দুনা হিংদ্রসিবু – হে – বা – ঐসু শকহেনবীনিদা শকহেনবী।"

শানৌনা মোমোন তৌনা "ইতৈমশি কয়াম কুইবীববগে?" হংলকপদুদা নোম্বুবম্বা মমায়দু হায়গৎলকই। কবি ওাওখিবনো থোইনা তাকদে। তাগেসু খল্লুদনা মওফাওনবকই, "ইবুংঙো, নও'মা ওসি চেনবা য়ারবোই। হিংফম লৈত্রবনি নওসু।" চান্নবা মতৌ মানদবা শকহেনবীগী ৱাঙাংদুদা শানৌ "কবিনোনে ইতৈমশি" হায়দুনা চঙকনৈ। শকহেনবীগী শোম্বাংনবা, "ইবুংঙো, লৌশিং শিংউনে। ৱাখল খম্বৌকো। ঐদি খম্বদ্রেহে। কুম্মৈ হৌরসি ..." খোঞ্জেলদু তানা তানা মনুং কাগী ফিজংদুদা মকোক লীৎশিন্দুনা চীংখৈ লৈত্রা লোৎনা থশ্মোয়নুংদা ফোংনা য়েংই। নোকফেৎ তৌনা ফল্লপ য়েং, "হৌবসি হায়বিবা" হায়দুনা মীবক নাবক য়েংলগা শকহেনবীগী মনাক নকশিল্লকপা মতৌদুদা শকহেনবীনা পাখৎখিদুনা, "হে – হে' শানৌ, অদুদা লেম্বু" খংখাম খামই। শানৌ লেপ্তী চপ লেপ্পী হায়ববু মবৈ কোম্বুবকই,

"অদুবু – করি কুম্মৈনো?"

"হেবা, নওগী ঐগী লীলানি হো লীলা। লীলাদি হৌদ্রিদনা য়েংবীনবদি মখল শুনা শৈদুনা ফমদুনা ওাইদুনা লৈববনি মমীত্তো ক্রোক ক্রোক ওক্তুনা। হৈ শিংনা শান্নদ্রদি ওসিদি নূওগী লৈ চাইথরক্তুনা কোক্কাই লুক্কাইদি শোয়দ্রেহে – ইবুংঙো।"

"কৈনোনে ইতৈমশিনা তাকপীবিসিবু? ননাওবু তপ্না অমুক্তা লৈতাহনবীবো। তাচৌদি?"

"নঙ তাচৌনিনে য়েংলিবশিংসিগী লুচীং পুবেল ওইনা ফম্ফমলাংদা ঙানথোইবিবসে।"

"পাউখোং ফোঙবা ঙমদ্রবা ননাওদা পাউখোংবু অসুম চল্লিশিবু পুল্লপ লুপমিন্নবসি হায়বিবা?"

"হে! চঙশিল্লক্কনুনে। অদুম লৈয়ুনে।"

পাখঙ মচা অনীখক অয়ূক্লি খন্দুনা তবাম তবাম তৌবক্কনি নীংদুনা চঙলকই। অদুবু থৌশা রাশদনা শানৌ শকহেনবীনা অরায় অখুম তৌনবদুদা শাউবংননা থুনা থোকখি। অহোয়ননা চীংখৈ চাক্লিবা মৈদা ঘী হৈগুমখ্রে। হনদে শানৌগী লৈতোন কোনবা, " হো ঐবুদি সিদা শুম ফম্লীবগেনে। অদুবু, কবি লীলানো। হায়বোদনা?" শকহেনবী মমীত্তো খবা উইশিল্লপ তৌনা নাশোন্ননা হায়বকই," চাগী ফান্দো খবা থাংজিল্লকউনে, হো – হো – য়াবে – য়াবে। মী তাখিনিনে নঙবো। নঙ তাচৌদা শক্লৌনা ঐখোয়নিগী মবমদা রা খবা কাঙথোকখ্রে। অদুনা নঙ তাচৌদো আনোক-ও ফূবীৎ অচোনবা-ও কবি কবিনো শেৎচিন চাশিল্লগা শকফমসিগা আদা ফল্লিসে উবেদনা।" শানৌনা কোয়না লৈনা য়েংলগা, "কদায়দা?" হায়বকপদুদদি শকহেনবী শাউবংনবকই, "হৈ অপঙবা পঙখ্রেদকো নঙসে। য়েংদবা শানা য়েংশিন্নৌনে। পঙগনুনে। মমাঙগী মালহোত্রাগী ফিয়োনফমসিদা মানদি খঙলবোই তৌজবিসে নুংশিদ্রনে? য়েংবতা হৈয়ু কুম্মৈগী কুম্মৈ ঙাক্তনি পুন্সিসে। য়েংশিন্নদা শা য়েংলকই শানৌ,

> "কদায়নোনে, এ! অসিদি মওং অমনিহে। মসিদি মান্দেদা। মসিদি চঙদুনা হেক য়েংলুবা। চুসু চুন্নব্রা? রাখলনা লামশিন্দুনা নুমিদাংদা চবোৎ হাবুংদা খংবগদি নত্তেকো? পাঙখোকলানা লাই শাবা ওইবমদুনা চোপচনি ইতৈমশি"
>
> "ঐনা হায়বদি লোইবে। অদুনা নঙ ঐ ঙসিদি মনুংগী কাসে চঙবা য়াদ্রে। থবক ফৌ। লু নাল্লু। তকথোক নাম্মোকউ। পোৎশিৎ ফহনসি। মাংবা তোংবা থিবা য়াদে ঙসিদি। কান্নদে, লীলা শান্নবা হৌবসি।"

(নোক্লা) "হোয ইতৈমশি।"

(খোল ৱাউবগ) "হে – শানৌ, ফমদুনা লৈথোক্কনুনে। মপান্দা পোং চৈশিংসে থাংদোকউনে। করিনো মপু শাদুনা ফমদুনা লৈরিববো।"

(মী অতে তাহন্নিংনা) "ফনি – ইতৈমশি।"

"পোংশিংদু যোন্নবনিনে। তৈথোক নাহ্রেক্লগা থাংদোকপা য়াদ্রো। কনথোকউনে। মীনা পাযদ্রদি কবিবু কান্ননি। মসিবু লৈতেংগী খিন্দুনা থম্বা মিঁউজিযমগী অথেনপোংলা হা?"

"তৈথোকচগে ইতৈমশি।"

"নঙ তাচৌগী চাকসে মনুংগী কাদা থম্লুচোনে।"

"(শোম্থাংননা) যাবদ্রা?"

(হৌনা) "করিনো ঐনা থম্লুবো হায়দি কোক থম্লুবোদনা।"

"ফনি ইতৈমশি।"

"অমোং-অকায় হাপফম অসিনা মরোল অমা ফত্তা হাওদিগী ফত্তা হাওদি ঙাক্তা। নঙবু নমীত্তু উদ্রনে মসিবো?"

(অমোং-অকায়দু পায়দুনা থোবকই) "য়ানি হৈদোকচকগে ইতৈমশি।"

(চীংখৈ তাহন্নিংনা মপান থোবক্লুনা) "হৈ শানৌ ঙাইখোনে। থবক্তু অনীবক হন্নদনবা পোং য়াওদবা অহাংবা অমনবা চেগী উপুসিসু পুখ্রোনে। মিবাং থাংইনে।"

শানৌ শং লৈশিন্নক্লুনা কোকথোং ফায় পুবিবা। ফক্লাংদা নাকোং থেক্লুনা তায় শক্রৌ। মচীন্দা শোল্লি, "কৃষ্ণ কৃষ্ণ! অঙকপা কুম্মৈগী লীলানিহে।" চীংখৈসু নোম্বদুনা তায় পোং ঘিবা শাশিন্নরগা। মখুদাং য়েংলুবদদি পুং ২.৪৬ তাবল্লে। অয়ুক্তে চা য়াউম অমখক থক্লকখিবদু খঙনিং নীংশিংলকই। করি থল্লুববনো খঙদে থোরকই। কাখংলি অঙৌবা জীপসি অমদা মথক্তা তোংদুনা চংখি। মতৌদুদা শানৌ মপান থোক্লুনা হুরান্দুনা য়েংহৌই। অনীমক নোক্তি নোকমীন্নে হায়ববু চপ মান্ননা হায়মীন্নে, "হস! শিরম্নিদা।"

কুইদে চীংখৈ মাগী মাকতি কাবদু থৌদুনা লাকই। প্রপ প্রপ চঙলকই। শকহেনবী মনুংগী কাদা চঙলকই। চান্নবা চাক শেম শাই। চীংখৈনা শানৌদা ওকেদা চৎলুচো হায়বদে চৎস্ত্রে। চীংখৈ চাবা হৌই। পোৎ লৈবা মী অমা লাকপদৈ শকহেনবী মপান্দা পোৎ য়োল্লি। পোৎ লৈবা নুপাদু চৎথ্রবসু শকহেনবীদি কৃক কৃক ইন্নবিবা অৱাংবা মথোল কয়াগী পোৎয়োনশঙ মবক্তুদগী অহাংবা অতিয়াদা মীৎফম হোংদনা য়েংলি,

"ঙসি হায়বা নুমিৎসিনা ঐগী পুন্সিগী অনীশুবা খোঙচৎকী অহানবা খোঙথাংনি। হোংবা নাইবা পুন্সি খোঙচত্তা অওনবা হায়বসিবু অমুক থিকখিদ্রা? নৎত্রগা মদোম লাকচগদ্রা? কবিগীনোনে ঐনা মশানা লাকচগদবা অওনবসিবু অসুক্কী মতীক পাল্লিবসিবো? মীৎকৃপ্তুদা ঐনা তপথদুনা নাথৈবগা চৎলম্লদি অওনবা অহোংবা মতমগী শকওংশিংসিনা হোং হোংদুনা ঐবু ঙসি তম্নদুনা লাক্লবসি য়াম্লমক থীজ্বহল্লমগদবনি। নৎতদুনা মোমোন নোক্লন্বসু কনানা খঙনি। অদুবু, নৎতে পামদে হায়দুনা নাথৈদুনা চেনবদা হিংখিগদ্রা ঐবো? হৌজিক্তি মহয় য়াম্বববনি। লৈমায়দা কেল্লগদবা অনৌবা পাম্বীগী য়েন্নীং হুন্ননবা ঙাইবিবনি। অদুদি ঐনা তৌগদবসিবু মীৎকৃপসিদা কবিনো? মায় লৈদুনা চেল্লগনা কদায়? চেন্দ্রগনা কদায়দা? নত্তে, খোঙথাংসে খজীক্তং তপথবগনা ঐবু অহীংবশিংগী খোঙয়া উফুল্লক্তা থৱায় য়াওদবগুম হিংবা। মসিবু ঐনা ঙমগদ্রা। ঙমদ্রদি কবি? লান? অদুসু অচুম অবানগী লান। লান্দি লাল্লুবগীনি। অদুদি ঐগীসিদি চুল্লা? হৌজিকপু অৰুবনা কদায়নো অনৈবনা কদায়নোদা? অৰুবা ঈশিং থক্লীংলদি ইহৈদা লৈবে। উফুল চাদুনা হিংদৌ শকক ইমৈ তৎলগা হিংবনা ফৈনা। ইমৈ তৎলগা মী ওম্ভোক্লুনা মীগী নিংথৌ ওইনা নুংঙাইনদুম পাম্ভোক্কে। অদুদি লান তৌরগে। কনাগা? য়েক্লবগা। অহানবদা শক্লৌ। মাবু মায়থীবা পীবগা চীংখৈগী থম্মোয়দা মঙাল অমা পীদুনা মাবু মতম খবা ঙালহনবা ঙল্লগনা হিংমিন্নবে। কবিগুম্বদা ঙমদ্রগনা মহাকসু অমম্বদা চৎখিবদা মতাবে। মসিদি ঐ ঐগী লীক্লম্নি – লীক্লম্নি।"

## ৩৫

**কালেনগী** নুমিৎনা কোক্তোন তন্নকপা তাঞ্জানি। য়ুমজাওগী মখা থংবদা ৱানা শাবগা জীঙ্ঘনা তেপ চপতুনা পাখন খনবা ওইবনা হুমাংনা হেক ফুৎলি। শিম্ফা লেপ্তুনা ফিজীনা ঙাইহাকসু হুমাই হুমলি। হিটবদা মৈ লাক্লিঙৈ উচিন নাচিন্না নুমিদাংগী চাক ফাওবদি কামথোকহৌবে। স্বব খবদি হোনদোকচবে শকহেনবী। এঞ্জাং কবি থোংগদগে খন্নুবদা মকোক্তা মখূৎনা খোৎপতদা তোবোদু মঙায়বে হান্না খোইবদুগী মথক্তা। খনখৈ খন্নগা মখূত্তা চাকখুমগী হৈজ্রাং মচা অমা পায়দুনা তূন্নিবা মচাগী মনাক্তা ঙাইহাক লেপ্পী। মমীত্তে মপি লৈমায়দা তাখিবা খঙহৌদে। ফিজীনা মপি তৈথোক তৈথোক্লা মচাগী মনাক্তা তপ্না ফমথবকই। পায়বিবা হৈজ্রাংদি থারুদে মচাগী মায়থোংদা চাগদৌখৈ য়েংই। তপ্না তপ্না মচাগী মখজাই নাল্লকই। য়াইখোম্বা মীৎকপ থোবকই।

থোইনা নিংঙাই অমুক তৌদনা য়াইখোম্বা মমাগী মতুং ইল্লকই। লম্বেলদু তুবত্তমক লাম্থোক্লগা অবাংবা য়ুম্বী খবদং য়ুংবা শাগৎলন্নগা লেপত্রবা য়ুমফম অমদা মমা মচা চঙলকই। য়ুমফমদুগী নাকন্দা মনীং ওইবপ্না মৌবী ৱানা খাবা পাখন মচা অমা শো লোন্দুনা লৈ। মদু নত্তনা ইংখোলদুদা কোয়না চংপা তাইবং পানবা অমফাওবা উবা ফংদে।

নুমিৎয়ুংবা মতুং ওইবনা লম্বেল চৎপশিং ফাওবা ইতাক তাকই। অদুবু তাঞ্জাসিদা চহী হুমফুমাপল শুববা মখা থংবদে মতূ লৈখিদ্রবা তমুবী চঙলকপদু উহৌদে। ইবেমা কৌবকপদুদা লৱাই শাংখিদুনা মমায়দি লৈথোক্লুদ্রে। খোঞ্জেলদুদি তমুবীনি খঙই শকহেনবী। য়াইখোম্বদা খুন্নুনু হায়দুনা পেকক কন্না নোম্বদুনা ফোয়বি। কৌব কৌবদুনা অসুম অসুম চঙশিল্লকপদুদা হৌদুনা চেনগে তৌই শকহেনবী। মমা মচাগী মতৌদুদা পাখৎনা, "ইবেম্মা ঐসি সিফাই ওইনা উব্বব্রা? ৱা অমত্তা হংগে তৌনিনে। সিনি, নখোয়গী ৱায়েলশঙগী থবক্তো লোইশিনখ্রব্রা?" হায়বদুগী পাউখুম ওইনা য়ারক্তা ঙংদুনা শকহেনবীগী "খঙদে" খুম্বদুদা অদুম চৎপ্রে তমুবী। "ইমা, চৎপ্রে" হায়বদুবু নমহৎপী শকহেনবীনা, "হায় য়েংলুনুনে, অমুক হল্লক্রদি নঙ ফাখিবোইদ্রা?"

কোকশেংকী ফিজীন চিংদুনা ফোয়বকপদুদা মালংবনা খবা হেক ঈংবগুম থম্মোয়সু মকা লামজবে শকহেনবী। নে তানা ফোয়বা ফংজবদুদদি ওসাই মখৈ লাল্লক্তা নমশিনখিবা খূদাপশিংদো হায়ফেং শন্দোক্তুনা মথা মথা থাদুনা মোমোন তৌজৈ শকহেনবী। য়াইখোম্বনা অহোইনদুম মৌবী বাগী বাচেং মতেক অমা পায়দুনা মমাগী অকোইবদা "ইমা সিদসু অমা লৈরে। এ! সিদসু অমা লৈবে" হায়দুনা চেন চেন্দুনা পেকক্ত চেনফোয় চেনফোয় ফোয়রগা পুশিল্লক্তুনা মমাগী মনাক্তা পৈবিবদুদা হাপচিল্লি। "ইমা মসি য়োল্লগা এপাং কোপাং লৈশিকো" হায়বা মচাগী বাহৈদুদা অবাবা পূম্বা পূমকাও কাউই শকহেনবী। মচাবু লক্লদুনা "কবিনো এপাং কোপাং হায়দি" হংলকই।

ময়া কাখত্তুনা ঙাইবিবা মমাগী মমাওদা চপ লেপ্পী য়াইখোম্বা। মথা তাবকই, "অদুবুবো, টিভিদা য়াওবদো। ঐদি ঙবাং মাতোম্বীখোয়দা বাবানা পীথকই। য়াম্না থুম্মী। শঙ্গোম্না শাবনি। ঙৌশোক ঙৌই। ঐখোয়দি মমানা চা থকপা লোক থুংই হায়দুনা থক্তেদনা। মখোয়দি এপাং কোপাং নুংতিগী থকই। বোবোক্লা ঐঙোন্দা লফোই মকু খোক্লগা অদুম পীজৈ। সেমসু পীজৈ। মমাগী পুবীগে খন্দুনা মকু খোক্তনা পীয়ু হায়বদি বোবোক্লা শুকয়া য়াদে। অচাপোৎ মকু খোক্লদি মহীক চঙই হায়দুনা বোবোক্লা ঐবু ফমহল্লগা লোইনা পীজথোকই। পুবসু য়াদে মমা। অদো বোবোকসে ফৈদা। বাবাসু ফৈ। মাতোনবীসু ফৈ। ননাওসু লোইনা ফৈকো ইমা?" শকহেনবীনা "মমাদি ফত্রা হংলুবদা মমাদি মখোয়না হায়বিবা লিন্দুনি হায়। ইমা, লিন্দু হায়বিসিবু করিনো। ইমাগী মিংবু লিন্দুসু কৌব্রা?" হায়না চান্ননা হংজিল্লকই। মচাগী মতৌদা পুবদা বাববা থম্মোয়দু থবায়বু তম্মদুনা মপান থোবকপগুম তৌবকই।

পুক্লীংবু খুদুম চেংনা ফাজিনজ মচাবু থেম্মী, "লিন্দু হায়বা নত্তে ইন্দু হায়বনি।" "ইমাগী মিংশে বাবানা ইন্দু হায়না থোনব্রা মমা" হংলকপদু নমহংলি "ইবুংঙো বাবা লাকপনা হাল্লনি চংলসি। বাবাদা পেকক হেকপসে তমথোক্কনুকো। নঙগীদু ইমাগী ফিগাওসিদা হাপচিল্লকউ। সে –" য়াইখোম্বনা মমাগী ফিগাওদা হাপ্না হাপ্না হায়রকই, "এ! ঐনা হায়কদ্রসু মাতোম্বীনা বাবাদা লোইনা হায়দৌদুবো।" শকহেনবী মচাগী পাউখুমদু মহৌশাগী মহৌশা থোইনা খন্নুরুদনা পেরক্কশিংদু মখূংনা চবুন চবুন থাঙ্গৎ থাঙ্গৎতুনা মপূক্লীংদা খল্লি ফনদি য়ামলেসে। ফনবু য়াম্না শীংলনি। লুপা য়াওখৈমুক্তি শোয়দনা ফংলনি হবাওজৈ।

পাখংলপ তৌনা মচাদা ওনশিল্লকই, "নমাতোন্না ঐখোয়না চঙখিবসে উহনবা য়াদেকো।" য়াইখোম্বনা, "এ! মাতোনদি ঙসাইনা ঐখোয়না থোবকপদুদা থোঙনাওদৈ চেপথ চেপথ য়েংহৌরদুবু" হায়রকপদা শকহেনবী, "অদুদি, হোবেন বাবানা হংলক্লগা ঐখোয়'নীদং চংলি মীসু কনা অমত্তা থেংনদে হায়গদবনিকো থোই। থেংবু থেংনববনে?" হং হন্দুনা পাখং পাখংনা কোম্ভোং কানশিল্লকই।

মন্নি মন্নি তৌবক্নে। য়াচঙলকপগী মী কৃংশিল্লকপা গাড়ী কৃংশিল্লকপগী খোঞ্জেলনা পুম্নিল নিল্লি। চৈবকশিদা শকহেনবী পিগ্রাই কম্বী মচা অমদা অচাকপা মৈতাল খবদা মেক্রুক মকুপ খবা চাকহন্দুনা ঙাইহাক কাহল্লি মৈখু ওক্লুনা থোঙজীন ময়াদা। মৈসু লাক্তবনা নুমিত্তো হৌখিবা নোংমাইজিংগী য়াচঙলকপদা লৈপাকলৈ চঙলকপগী খোঞ্জেল তাবদা পাখক্লুনা মনীং তৈথোক্লবা হোংনবদা শকহেনবীগী মখৃত্তগী নাম্ভখিদুনা কায়খিবা পালং চেমনি মতোল য়াওদবদু কাল্লিনা পুম্মম মম্না কাঙমৈ খুবগুম ওমদুনা চাক্লিবা দোশীগী মৈবীনা ঙালহল্লি কাখুদো। য়েন্নখাদা থানবা ইনভবটবগী বলব মঙালনা ইমুং ফাওজিল্লকপদা চাকখুমদগী মমাঙথোঙ তম্না য়েংলকই। ফৃবিত্তু লৌথোক্লগা মখৃংনা পায়দুনা অশি নিংথৌনা অশিবা হকচাংদৈ অহীংবা থরায় লৌবা লাকপা শক্তমদা চীংখৈ চঙলকই মতম কুইববৈ তুংদা। য়াইখোম্বসু গাড়ী মখোল তাবদা চেম্ভোকখিবতা মঙায়বি। শকহেনবী মথক্তা কিবনা ফমজিল্লবা থম্মোয়দৈ ঈচেল লেপখিবগুম তৌই মীংকৃত্তুদা মহাকপু উবদা। ঙসাইমখৈ মমাঙঙৈগী চা লোন্নবম্বা তেকশি মচাদুদা ঈশিংগ পেকক্লা ফৃংলম্বদু পুখমদদি হৈদদনা লৈমায়দা হৈথবিবদু উকদ্রে শকহেনবী। চৈবক্লুদা চীংখৈনা লৈবম লৈবম্বা চফু উয়ান, পুখম তেংগোং কাওব কাওবদুনা চাইখাইবকপগী মখোলদা লৈপাকলৈ চঙলক্লুনা মচাবু খাম্নবা হোংনৈ। মশম মনা ইফা ফা নীংগাং ফন্নম্বদৈ লৈতানা ফমথবক্লগা শুনু তৈদ্রবা অকায়বা লৈবাক্কী ফক্লাংদুদা ঙাথদুনা তুথবগা মখৃংনা মমায়বু খন্দুনা ঙাইহাকসু খাঙলিবী শকহেনবীগী মমায় মমীত্তা খৃবাক খৃনম ওন ওন্দুনা মথোং খঙদনা পংথাদা থাজিল্লি চীংখৈনা। পাখংলদুনা লৈপাকলৈ চীংখৈ মখৃদাংদু পায়দুনা চিংথোকই। খুনুনা মথোঙদা মখৌ পোঙনা খোংবগুম চীংখৈ হৌনা চৈ থাংলকই,

> "ঐগীদা লৈগে হায়বদি হনচক ঙাচক ককশাবী শাবনু। নথব্রায়না খোয়দাজবা তমুবীদুগী মতুং ইন্নখি য়াদ্রো। অদুদি, পেকক কেংঙোইসু চাররোইদনা। নঙনা শুম কা হেনজিল্লক্লদি ঐগী থাঙগী ময়াদা নঙ লানবা শোয়দ্রবনি। ঐ মদু পামদে। মীহাংপা তাহনগনুকো। নত্তে,

ঐবু খুকমদুনা হায়য়ু হায়বিবো? সে খুকমজবগে –"

চীংখৈনা খুরুমগে নোঙ্গুরকপদা লৈপাকলৈনা খান্মী। "কবিনো নঙসু খবা হেনমল্লি। নুপাসিনা য়াদে হায়বা থবক্তুদা খরা খিৎসু মতৌই। ঐনা তৌ হায়বদু মানা য়াদ্রবা নঙনসু তৌদ্রবা নঙগী নবাল নত্তে। কবিসু কায়দে খবা উশিন্না খরা উশিন্নদা তৌ তাবনি ঐসু। অদুবু মানা তৌ হায়বদুদি ঐনা য়াদ্রসু তাইবং লীচৎতগী তায়য়োন্নবমক ওইববসু মদু নঙ খক হীক্তোক্লোইদবনি। হূ চাও হায়বগসু অদুম চাগদবনি। মমাঙবু থান শিদোকপদি লাইবৈবাক ফংলবনি। মদু নুপীগী খ্বাইদে চাউবা লীচৎনি। মদু ঙমদ্রবা নুপী, নুপী নৎত্রে নুপাদুগী। নৎতে, কবন্বা মপুবোইবনা মাগী নুপীগী মচীনবান্দা হূ ইনখিবা ঙসিফাওবদা তাঙ্গ্রা? লৈতবনি। তুংদসু থোবক্লোই। নঙবু নচা য়াইখোম্বগী চীনবান্দা হূ ইনবা ঙমগদ্রা হা? মপুবোইবনা হাৎলিবা নুপী খুদিংমক লোৎনা থূপ্না ঙাকপীবা য়াদ্রবা মবালগীনি। বাখলনা শেবান্নদুনা লৌনম্বীবগা হাৎপদি চান্মগী মনুংদা অমত্তনি।" চীংখৈ মমাদা থোক ওনশিল্লকই, "হেবা ইমা! মন্দবু গীতা থীবিদুবু ইমানদুম হেন্না ঙকপ্রেদা। কান্নদবদা ..." লৈপাকলৈ চীংখৈগী বা থোইনা তাকদনা তপ্ন া শমথবকই, "নত্তে, মপুক্সিদা মপুবোইবৈ মপোক নুমিৎ খুদিংগী চবা হেনজদুনা তেংবানবা মপুদা য়াইফা থৌনিজবিবী কৎথোকচববা থরায়দুবু হিংচাবমক ওইদুনসু পেৎ লাওনা হেক মেৎখায়বদুদি ওইথোক্তবনি। মীনম্বনি। অদুদি নৎত্রে, ঐদি নুপীনি, ইপাপ তবেৎ পূল্লগা পোক্লকপীনি, শায়োন য়াম্বীনি হায়দুনা নুংপান নাইনা মালংগী তাম্থাদা শাথেক থেক্তুনা লৈনা লৈনা জগোয় হেক শাই। নোক্লা নোক্লা পিবাং শিজ্বে। কপ্না কপ্না মোমোন নোকই। নুংলোন পবৈ কিশি হনগদবদনা কিশি পবৈ মচীন থূপ্না লাক, পবৈ লাক্কদবদনা থোক্কী পবৈ কি, ইভকী মমোম্লি তাকচে। পেৎ লাউবৈসু থম্মোয়দা কিশি অমা ..."

চীংখৈ শকহেনবীদা খানা য়েংদুনা মমাগী বাদু শমথবকই মবি মবি – "পেৎ পা পেৎ পাদা পৈ পৈদুনা পোন্নবা পুক্সিনি পুক্সি। লংহীমুক্তা চাউবা থম্মোয়গী হীবিনা শামু লমশাগী মঙকতুদি ফাঙমদবনিনা পীজবেদো পীথক্লেদো মীবক নারক য়েংদুনা চাহে থকহৈদবা মীনুখাংগী লাইরা তীনবাগী পোৎহাও। খুদোম্বী মতোন্দা উঙবদুতনি উরিবা। লাইবা তিবাদুগী তিনথুং লাইথুংদুনা চহী নীফু ঙবকপগা কেন্সরনা নারিবা পৎ পৎ তৎপীনা তৎলিসিদি উকদে। কেনম্রবনিনা তৎম্রবনিনা কুমওন থৌরমবু নংদেনে য়ুম্লাক শাগৈবু ওল্লিবা। মদুবু

কৌইনে, য়ুমতাক কৈতাকপী হায়বদো।"

(শকহেনবী হীক হীক লাওনা) "হমা, হমানদি হায়বিবি। নমৌসু শিবা ঙমদদুনা লৈরিবনি। ইচাসিনা খজিক্তং চাউবকপদু ফাওবদংনি ঐনা ঙাইবিবা। তাইবংসিদা ঐগীদি লৈফম লৈত্রে। ঐ খঙই। হিংসু হিংনিংদ্রে। হিংলিবা কৌবনিনা অবাম মৌবাংবসু পোকই। ঐদি খাঙববু ঙম্মী। থোইনসু সিমা চানীংই হায়বদু চীনবানসিদা পোকখিদবা কুইবক্রে। অদুবু ইচাসিনা চানিংবা মতৌসিদা ঐ য়েংবা ঙমদে। চেঙ লোইবে ঙসি হুমনি শুবক্রে ঐনা হায়জবিবা। কনাসু তাবীদে। ঙহান ইনাওনা অয়ুক্তা ঈক লুজবিঙেদা চেঙফুদে খবা কোৎহৌবদুনা ঙসি ফাওবদি লেন্নবি। ঐসে হূবানবী তৌওন্নীসু তাববা –"

(চীংখৈ কল্লক পেন্না) "ও, অদুনি নঙদি। নঙগী লৈতা লাইব অরাৎ অপাদু লৈকায়দা য়াম্না তাথোক তাশিন তৌদাইনে। লৈকায়দৈ লৌ কবিনো। নখূৎ তেকপ্রা নঙবো? হা নমীৎ তাঙব্রনে? শুদুনা চাও। নবিন্দি থুপ্তুনা লৈবগা।"

(শকহেনবী মমায় নোনখৎলকই) "ইখোঙ ইখুত্তি পুনশিনবীদুনা থন্বীবে। কবিনো ঐনা শুগদবসিবো। কোম্ভোং লানবসু য়াবিব্রো ঐবো। কান্নে ফূ কান্দ্রে ফূ। শিখিবনা ফববনে শিখিবনা হেক ফবলনে ..."

"অদুননিনে নঙনা ঐবু পেকক্ক হেক্তুনা লৈকায় মমাঙদা য়োল্লিবসে। কয়াদি শীৎলে? কয়াদি শীৎলগেনে ইকায় খঙদবী? ঐ ওইবদি ঙহান্না মপোক অহুমদুম শুবনি। কবিনা ইকায়বা খঙদবা শউন তোপ্পনিনা হিংলিনি। নবিন্দো চুম্মো। নচত্তো ফৌও। ঐসু মীনিনে মী। ঐবু হিংচা য়াইতম্বা ওইহনগদৌবিনে নঙনা। হে মীবাইহৎ – য়ুমগাইবিসিদি ..."

"য়াবে ইবুংঙো। নফি নবোন্দো হোংদোক্কুবো। নখোয় ঐখোয়না কপ্পা লাউনবসে মনা থেৎকত্তুনা তান্নবন্নদৈ মঙক থাঙ্গৎনবকলিবশিংসে নখোয়দি উবিবোইনে। ইমাদি ওম্মোক্লা ইকায়জপ্রে। ওম্মোক্লা পামজখিদ্রবা। অমুক্তসু থেংনজরক্তে। ইচা হাক্তক্তা হেক থোকই। অদুনা, ফনা শাওনিংবা লৈবসু ঙাইহাক্তি থৈদোক থৈজিন

খাওনগদবনি। মদু ওমদ্রসু পোৎতা চৈদা তাইনবোইদবনি। তাইনববা পাওদবৈ মতৌনি। নওনা হৈদোক্লিবা চাইখাইবিবা চাক এপ্পাংশিং অসিগীবু করি মবাল লৈবগেনে।"

"এ! ইমা মসি য়াম্মা চাজ থকচনিংই। থোক হৈদোক্লদি ফবেদনা।

(চীংখৈ থোকখ্রগা লৈপাকলৈ তপথনা) "শকহেনবী, মুন্না খঙ্খোনে। ব্রাখল খঙ্খ্রবদি মীশে লৈখা তাবনি। ইমানা হায়বিসে শাওগনু। ওাওবীনবা লৈবিসে হবাওগদবনি। অশোয়বা তাকপীবিসে চুমথোক্লদবনি। ফৈদোকলোইদবনিনে। তুংদা ওাওনবদি তারোইদবনি। মীব্রা ওাওনবা কৌই। ইমানা হায়বিসে মী অমদা হায়বা নত্তেকো। ইচানি হায়বগী হায়বনিনে নওসিবু ওঙ্খোক্লা পওশ্রেদকো ইবেম্মা। মীসু শাসু থবায় লোইনা পানবনি। খেন্নবিসে ব্রাখল খনবা ওস্বগা ওমদবগনি। ফজ ফজবা ফিজেৎ লৈতেংসু শেৎসনু ব্রাখলবু খঙ্খ্রবা মীদুদি মী মবক্তা শানি শা। শাবু ওল্লবা মীবক্তে থৈ থৈদুনা চেল্লদবনি। অওানবদা মমীৎ থূপ্পনি। অমম্বা কাচিন্দা থুপ্তুনা লোত্তুনা লৈবা তম্লক্লনি। হৈসু ওঙ্খোক্লা থুনা হৈস্ত্রদবা। অদুদগীদি য়েখাই থিনগাইবগা থুগাইদুনা মাও তাক্লা কীঙ্খবকপা উবদা শিথ শিথ নোক্লনি। মথস্তা মপূক্লীং পূক্লি তিংলগা তত্তুনা মাওজগনি। অদুনা পুক্সিদা পূক্লীং ব্রাখল থম্মোয়বু অমম্বদা থক চিংথবোইদবনি। অমম্বে মৈখূনা কালি কাশিন্দুনা লৈকাং চাদুনা কেমদুনা তোক্লনি। শকহেনবীনা মমীত্তা মপিনা পুমচোৎ চোৎনা, "ইমা ..." হায়না ময়া কাখৎলিদু লৈপাকলৈ ওাইহাক ওাইদুনা লৈ। শকহেনবী মখাদি শমথদনা হীক হীক লাউনা তেংথাবক্লে। অদুবু ফাথদুনা লৈপাকলৈ নমহৎলকই, "পোদোল থাল্লুনু। তাবা শমজিল্লু। ওালহল্লুনে। ওানবনি। নপওদি পওলগা। নওনা হৈত্রসু মানা তৌবীদ্রসু থোক্লবা অমা লাক্লনি। মদু নওগী নশিন্নি। হকনি। হিংবগী হক লৈত্রদি শিখিবা তাবনি। কবিনা শিবে হায়বনি। অদুগা হক্তি তান্দনা হূ লীক্লি মখুম হাংদোকপদি মীপোক থূপচিনবনি। কান্নদে। ব্রা য়াম্মা ওাওহনগনু। লৈতবশিংদো লৌক লাউ ..."

(লৈপাকলৈ থোকখ্রসু শকহেনবীদি ফমদুনা উংলি) "হিংবৈ হক মৎপীগ্রবা ঐবু হিংবৈ হক তানখিদ্রা? কনাদনো? কনানবু তাবীগনি? তানীংদ্রবা ব্রাকৎপু কবিগীসু ব্রাকৎলুগনি? তাবিদ্রবা ব্রাকৎতুবু নৎত্রা বাবেম? কবি, "হিংবগী হক লৈত্রদি শিখিবা তাবনি।" হোয়দা শিবনা ফবে। অবাবা পূম্বা কোক্লনি। ঐ অমা হিংবনা ইচাসে লৈখা তাহৌবনি। এ! মৈ লাক্লেনে। কয়াদি ওাল্লবা কাসে। কবিনো ওসিদি থম্মোয়সে

ইহাক্ত হাঙবগুমইদা। পৃমঙাল হেক ঙানবগুমইদা। ঙহানখৈগা মায়দেদা। নত্তে মৈ ঙানবসিনবনে? বম্ব নঙনা য়েন্নখাদগী নমখায়দুনা ঙাল্লগা কাসিদগী অমম্ববু মঙক লাক্তুনা ইনত্ৰবনিনা হৌজিক্তি মালংবা মাগী শহুমলক্তা শিরুম নারুম ঙাল্লিবা হে পোদোলগী মৈবী নঙসু ঐনা মুথৎপা তাবেদো মীৎকৃপসিদা। খঙজহৌসনু ঙসিগী তাইবংদা পোদোল ওল্লবা পাল্লংগী চন্নফম অমা অমুক লৈত্ত্রে। এ! ঙসাইদৈ এল্লাংদুদা মুলহল্লু য়াদ্রবা হিটবগী মৈশা নঙ হৌজিক্তি নশোং ফন্দুনা নয়া কারগা ঐবু তম্না চঙশিল্লক্কত্রা? অদুদি – ঐগী খৃৎশাসিনা মুথৎপা তারে নঙবু লুশমদুদা নমশিন্দুনা ঙসিদি ...”

শকহেনবীনা মঙলাক্লদুনা কপ লাউবে খোঞ্জেল য়াইখোম্বনা তাবকই। মমাবু কোনশিন্দুনা হৌদোকই। শকহেনবী ইচোক চোকথনা পাঙনিংদা পাঙনিংদা মমীৎ পাঙলকই। মচাবু চেজেৎ কোনশিনজৈ মথানুংদা। মচাবু পোপ পোপ ফৃদুনা গুন্মী। য়াইখোম্বদি তৃমথখ্রে। শকহেনবী ইনম নমশিনবগুমসু তৌই। হৌগত্তুনা ফমই। চীংখৈদি ফমুংদুদা মথক্তা হৌনা নাখোকই। শকহেনবী মথক্তা মশানা মশাবু চিংনবা থাজদবদু ফোঙদোকই নাশোম্মনা। অয়েংবা অমদা য়েংদুনা লৈ, “হৌজিক্কীদুবু মঙলনে। তৌবিসিবু, নত্তে শিনা য়াইখোম্বা অদুগা শিনা ... অদুদি হৌজিক ঐনা লৈবিসিনা তাইবংদা – অদুগা ঙসাইগীদুনা মঙলান্দা। অদুবু অনীসি কবিদা খেন্নে। খেন্নদে। চপ মান্নে। অদুবু মঙলানদি অমুক মঙফাওনৈ তাইবংদা। অদুবু তাইবংদা মঙলাক্লবদি মঙলান্দা অমুক মঙফাওনত্রা? শোয়দনা ওইগনি। অদুদি কবিগী? ওইবা তাই মাঙজৌননা খঙহন উহনবা। মঙতাক্লি মঙতাক। অদুনা মঙ নত্তে তাইবংগী লাক্কদবা পুন্সি মতেক্লি মদু। কবিবু খেত্তোকনিংঙাই লৈবগে – মাগী মমীত্তা ঐবু মাগী নুপী ওইনা উবা ঙমদ্রে। অদুনা মানা মাগী থম্মোয়গী পোংথাফম থিবকপদা ঐনা মাবু পোংথাহনবা ঙমখিদ্রা? ঙল্লবোই। অদুনদি ঐঙোন্দা শেম্নীবা মপুনা চেকশিন পাউতাক মঙতাক পীরক্লবনি। মসিদা ঐনা খঙদ্রগনা অদুগুম্বা পুন্সি মহিংদুদা হিংবা তাই। মদুবু ঐনা য়ারদ্রা? ঐতা মাঙবতা নত্তনা ইচাবুসু ... মদু খক ওইথোকহনবা য়ারোই। অদুদি ঐ হৌজিকপু কবি তৌনি। লৌকবা তাবেদনা ঐনা ঐগী ইপামদা লোত্তুনা থল্লম্বা শিদ-হীদাক মহীদুগা পাউদরদুগা, ঐনা ঙম্না মানা ঙম্না য়েংনবদা মতারে। করিদি উপাই লৈ লৈমিম্নৌ হায়নদি মতমদ্রবদা? ঐ থিনথবা ফংত্রে। নোংসি ঙানদ্রিঙৈদা খঙনি – ফৈ।”

(চাংখৈ শকহেনবীগী মুকম মুকম শোনবা মতৌদুদা খ্বায় লাউনা) "হে নঙবু ঙাওরব্রা? করিনো অহীংসিদা ফমদুনা কবি লাইশোন তীনশোন্নো? কবিনো – 'ফৈ' হায়বিদুনা?"

(মখুৎনা কাঙ হাৎপৈ মওংদা খুবাক্লা বাক বাক কাঙদি লৈতনা থাজিন্নৈ) "অঙাংসিনা কাঙখলসে লোইনা কাওথোক্লম্লে। কাঙগী কাঙ ঙাক্তা ঙায়বেনে। ঈনবু পীক পীক হেক থল্লি। মসিগী কাঙসিদি – তস – কমদৌই। চীকখোদনা – নচত্তুগীদি মসিনা চপ হেক চাবনি। মসিদি শিবফাওবদা শ্রু শ্রু হেক খোঙপাকসিনা নৈখাইবা ..."

"কবিনো কাঙদুদা অদুক তাথীবিদুবো? সে নোংশু ঙান্দৌবে। ব্রা হায়গে, হায়দি হায়হৈদে, হয়েংদি হৌগৎসি ঙন্না। পূং তবাদা ব্রায়েলশঙগী মীফম হৌগদবনি। ঐখোয় অনী চৎসিবা?"

"পোৎনা কনানা য়োন্দৌবিবা?"

"থোঙ লোন তাবেদনা কমদৌনি।"

"ঐনা পোৎ য়োলহৌবনা ফৎত্রো?"

"লৈহৌগে হায়বগনা ইমাগা লৈমিন্নবো।"

"ইমাদি নুংশীৎ নুংশা ফুবা মপান ইপান থোকপা নুংঙাইখিবোইদা। মশাসি ইশেং শেংদ্রি। অঙাং লাইবিক তম্না হল্লক্লগা য়ুমসিদা মথন্তা কবম্না লৈহৌগনি। মদুমা ওইদ্রে। কবিনো শানৌগা লৈমিন্নগদৌবিসিদি?"

"শানৌগা লৈমিন্নবা য়াদে। নঙনা নুপী মনা নুপা খঙলেদনা।"

"মী অঙাংদুদা নঙ খল্লিদুবু চুন্নিব্রা? মীনা তাপ্রো নঙবু অঙাওবনি হায়খিবোইদ্রা? নৎত্রগা অঙাংদুনা খঙপ্রো তাপ্রো মফমসিদা লাকনীংখিদ্রা? নুপামচাদু চিংনবগা পোৎ য়োন্ননবী লৈশাবী মচা অমা থম্বীবো। অদুদি কায়দ্রেদনা?"

"মদুনা ব্রাকায়। হয়েংসি ব্রায়েল শঙগী অতাবী অবোইবা পনখৈ অমদি তাবনি খল্লি। শুবরনখাদুনা য়াবে হায়বদি লাক্ষ অহুমদি থীদা য়াববোই। চেনবসু য়াবোই। মসিনা কবম তৌগদবনো? হান্নগীসু মবিদি শুনজিনশ্রে।"

(শকহেনবীনা মনাক্তা ঙেক ফমথবগা) "অদুনবু – পোৎয়োনশঙদো কোন্দুনা থম্নুরনু। য়োম্থোকখ্রো। খৎনবদুসু লোইশিন্নসি। পোৎ য়োনবসিসু য়ূমসিদা তেক তেক ফন্নগা মীব্রা মৈশা লাংদনা লৈরসি। ইবুংঙোসিসু চহী মঙা মপূং ফাবে। ঙন্দক্কী লমতাদদি তরুক্তুম চঙসক্লনি। অদো ইচাসে মথন্তা তবক তবক নুংঙাইতে।"

"হে হৌজিক মতাঙ চাদ্রিকো।"

"খঙদে খঙদে। ঐ ডোক্তব উন্নকরনি। শেনগী থুমগী লৈখাই অমা তারো।"

ব্রা ঙাওলমদনা চীংখৈ হৌগৎখি। নোং ঙানফুং ঙানফুংবদুদা ইক মায়থখ্রে। শকহেনবী ইমুংগী কূপনোমদা লৈকায় থোক্লবা ঙমদবদুদা লৈপাকলৈ ব্রাখল খবদি নে তাজে। কুচুদি হান্নদে খব লংখৎকুমই। অদুবু ফিদি থাখিদ্রে। ব্রাদি হান্নসু কন্না ঙাওলক্তবনা অতাবশিংনদি ওম্থোক্লা খোয়দৌ থীৎখ্রপোৎনি। মশুগী লাইবিক খাউদু পুবগা কোম্থোং তন্না মশু মবেন গাড়ী ঙাইবা থোবকই। শানৌনা চঙলকপা উবদা লৈপাকলৈনা "নঙবু ঙনমন্দ্রনে ইবুংঙো" হায়বকপদুদা শানৌনা "তাচৌনা চাক চামিন্নসি থবক অমা চৎকদবা লৈ হায়দুনা হাথু হাথু লাক্লিবনি ইমা" হায়দুনা চঙখ্রে শানৌ। লৈপাকলৈনা "কবিনো মাবু ব্রায়েলশঙদা চৎকনি হায়বনিনে" হায়দুনা মুকম মুকম শোল্লি। পূক্লীংদা মঙন মঙন খন্দুনা মশু হেক চৎখিবগা চঙলক্লনা হংই,

"ইবুংঙো, নখোয়বু শানৌগা কদায়দা চৎকে হায়রিনোনে?"

"ইমা, ব্রায়েলবৈ নুমিৎ থোকই।"

"শানৌসু য়াওদৌবিবা?"

"হোই ইমা। অরোইবা ওইরগদি থবক চেম্থোক চেনশিন খরা লৈগদবা মাল্লি। ইথন্তনা নুংঙাইদৌ মানদে অদুদা –"

"ফবেনে। নখোয়না হন্নক্লগা হাংলোকো পোৎয়োনশঙদুনা।"

"মখোয় অঙাংশিংনা অয়ূক ঙাইহাক্তংসি হাংবা হৌজরসনু। ঐখোয়সু পংকুই কুইবক্তবসু য়াই।"

"নখোয়গীদো নোংদম লৈতবা থবক্নি। ইমৌখক্তা পোৎ য়োনদুনা লৈবদু ফরোই। ঐসু য়ূমসিদা ইশা ওমদবসিদা ইথক্তা লৈবসিসু নুংঙাইতেনে। পোৎয়োনশঙদো খবা থেঙনা হাংলোকো।"

(শকহেনবী ইচং থৌনা মনেমগী বাদু কনথৎলকই) "ইমা য়াইখোম্বসু হায়ক্রনিদা, অয়ূক্তা পোৎসে য়োলহৌদ্রদি নুংথিন্দি শীংতে। ঐগীদি কবিসু খনবীকনুদা মী মবক্তবু।"

"কুইবুদি কুইবোইয়ে। বায়েলশঙগী মতম য়ৌদ্রিঙৈ ঐ পোৎ য়োন্দুনা লৈগনি। ঐগী পাল্লি কুম্থা শুবদা লৈ হায়বনিনা পুং অমা অদুবাইদা তাববা য়াই। মতমদুখক্তনি মহাক্না লৈহৌগদবা। কান্নদে শানৌ চাক চাখোক্লুবসি লাকও।"

"হোই তাচৌ।"

শকহেনবীনা, "চাক থাংদোকচক্নবগে। ইমাগীদি কৃপ্লগা থমজবল্লগে" হায়বদু তাকদ্রে লৈপাকলৈ। চীংখৈগী বাহৈদুদা য়ানিংদা য়ানিংদা অদুম তুমিন্না লৈহৌবে। মখোয় অহুম হোবে হোবে চাবগা পূন্না কাব তোংদুনা চৎখিবদু চিংনদি য়েংহৌই লৈপাকলৈ। নুমিৎ য়ুংবা পুং ১২ তাবকপদুদা চীংখৈ শানৌ চৎখিবদু উহৌই শক্রৌনা পোৎয়োনশঙ মনুংদৈ। পম্বুকদে শক্রৌ, মীবক নাবক য়েংলগা শকহেনবীগী পোৎয়োনশঙ মনুংদা চঙশিল্লকই। মহাক হেক উবগা খদাং চীক্লকই, খঙনি ঙসিদি লম্মন খুল্লগে মাম্মা শৌকনিসে। চীম্বাল খোইহী তৈবকই,

"তামো চঙলকউ। মনুংদা ফমসিবা?"

(শোম্থাংননা) "মখোয়'নীনা চৎখিদুবু কদায়দনো?"

"লৌশিত্তা আ কৈনোদো থিবা চৎলিনিদা – তামো।"

(নোকফেৎ) "হায়শিবো?"

"হেবা, বায়েলশঙদা চৎলিবনিদা, তামোশিমা।"

"এ! অদুদি খবদি কুইবক্রনিদনা। নথক্তা নৎত্রো?"

"হোই তামো।"

"ঙহান্দি, 'চা য়াউম অমা' হায়দো তাঞ্জা চাখিদ্রে। ঙসিদি থক তাবেদনা।"

"চা থকহৌদবা য়াম্না ফৈ। হূবান্দুনা লাকপদু হূবান্দুনা হনখ্রেদনা। কান্নদে মতম মাঙহনগুমশি। সে, চা থক্লুবসি মনুংগী কাদা।"

(নোকফেৎ তৌনা) "খঙদে, পোৎয়োনশঙসিনগা থংননা হেক লৈবনবা কবিনে খঙদে, নোং ঙানবা ঙাইঙমদে মফমসিদা চৎনীংলিবা। কবিনো খ্রো খ্রো হেক খোৎপনি। মীৎসিদা শংশং শংশং নঙগী হিদান মচাসে অয়ূক নুংথিল নুমিদাং নাইদ্রে। মঙলান তাইবংসু খেন্নদ্রে। মসিদা হেক ফমথবগা হেক্তা লাইবৈবাক য়ৌই। মঙলান্দা কোয়পাই পাইবগুম য়ৌনিংবা মফমদা য়ৌঙমই। খঙদেসে, হায়ফম খঙদে। নুংঙাইবৈ ঈথক ঈপোমদা তাউজবা কাউশিংনি। চাবিঙৈদসু চাক্লুক মচিদা ফন! অদুদৈদি – শৌগ্রী থোংবসে শাবেং ঙাবেন্নি। খঙদেনে, মখোয়গী ফোব হায়দুবু অসুম্না তৌবিদ্রা?"

"অদো ঙসিদি ঈংনা তপ্না হকচীক লাংবীবো। সে, ফূবিত্তো। কুদামসে লৌথোকচবগে। সে, উবেদনা শোসে গোদ্রেজগীনি। মনূংদা ঙেক শোসিনা ক্রোক কৈদৌজবনি।"

খোইকম মোমোন নোকমিন্নৈ। রাদি ঙাঙনদে। শক্রৌ মকোক মক চাউবা হেনগৎলপগী হৌনবা ঙাক্রামুক খুকম্বা মমীত্তু চফূমুক লাওথোবকই। মিহুন্না চেঙ খৈবক্লদা খোঞ্জেলসু মফোল থোবক্লে। মমীত্তুদি কূপ্তে শকহেনবীদা মিতাবিবা। লীংলিবা ফূবিত্তু লৌথোক্লুনা পায়বম্বদৈ তাখিদুনা খুল্লুদ্রে। কৈদনো কাউবে থাংলিবা খোঙথাংসু। মাগী মতৌদু য়েংল য়েংলদুনা শিথ শিথ নোক্লক্লে শকহেনবী। পাখৎনা শক্রৌ খোনসি খোনতত্তা মী তাখিনিনে হায়বকপদুদা চপ লেপ্পী নোকপদো। ঙাইহাক্তি পূমচিক চিকই কাদো। মপান্দা লাউ খোংদুনা চেল্লিবা চৎলিবশিংগী খোঞ্জেলদু নৎতনা তম্নবদ্রে। শক্রৌনা মঙক নোম নোমদুনা ঈশৈ ঙংলকপৈ খোঞ্জেল তাবকপদুদা শকহেনবী ময়া ক্রক ক্রক চীকতুনা থম্মোয় মৈবুল হাইবকই। মশাগী ফূবিৎ মখূৎমক্তা শেগায়জে। ফূ ক হৌগৎকে তৌই শক্রৌ। মখূদাংদো তাপ ফায় শকহেনবীনা। তঙক তঙক য়েংদুনা ফমথবকই শক্রৌ। পেতিদুদা মখূত্তুনা লোনশিন্দুনা খূৎপাই চেৎনা পায়বগা নীক নীকতুনা হৌনা হৌনা লাউবা হৌবকই, "ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু! কনা কনা লৈবগে? ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু ..." মঙগুমগ্রে

শক্লৌ। মোইবুং খোঞ্জেলনা লল্লেমা তানবগুম শকহেনবীগী খোঞ্জেলনা শক্লৌ মমৈ থেক্কৎতুনা চেন্নীংলক্লে। মগুক্তা থুবিবা থৌবি চোং ফন্দুনা থদংপগুম ষণ লমচানা শক্লৌসু শকহেনবীগী মমায়দা খুবাক খুনম ওন ওনদুনা থাজিন্দুনা মখুত্তু লৈথেক্লগা হোত্তুনা চেঙ্খোবকই মোজা ফৃবিত্তুদং লীৎলগা।

মীয়াম হুপ্না চেনশিল্লক্তুনা শক্লৌবু ফায়। শকহেনবীগী নাতোনদে চেঙ্খবকপা নাহীনা ঈহীং নাইহীং শাদুনা শেগায়ববা ফৃবিত্তুগা লৈমায়দা তাবম্বদু উবদা খোয়শাওনববা মীয়াম্মা ঝাহং পাউহংলুদনা ফৃবদা ঝাঙ্খ্রে শক্লৌ। ঈখেঙতনা মোজাফৃবীৎ খোঙ্গাও মচু মাঙখ্রে। পদ্রাক পদ্রাক থা ফাদ্রিবা অঙাংগুম তবং মালঙদা মীৎ কৃপ্তখৈ অয়েংবা অমদা য়েংদুনা লৈবে। খবনা শক্লৌগী পোৎয়োনশঙদে পোৎ চৈ লংথোক্তুনা চায়খাইবক্লে। খুদক্তা থোমজীল্লকপা পুলিসনা মাবু গাড়ীদা লংখৎখ্রে। শকহেনবী পুগে তৌবদা মৈবা পায়বীশিংনা পুলিসকা য়াশিন্নদুনা ঝাবী পৃম্বা মাগী মফমদে খঙদোক্লগা লৈহৌবে। মৈবাপায়বী খবনা শকহেনবীবু ময়ূমদা থিল্লক্লে।

খুদক্তা মীফম অমা পাঙথোক্লে। ঝাবেপ অহুম তাবে, শক্লৌ ইম্ফাল মিউনিসিপালিটিনা কোনবদা পোৎ য়োলহন্দবা; কনাগুম্বনা পোৎয়োনশঙ শান্দুনা ফমহল্লল্লবদি মদু মৈ থাদোকপা লোয়ননা মতৃংদদি অসিগুম্বা থৌদোক্তা ফৃবদা শিত্রবসু মবন্নাই ওইজবা। মবক থৎনা পোৎয়োনশঙ মপু তোমচৌনা শক্লৌদা ঙসিদগী মফমসে শান্দোকচববোই। মীয়াম্মা থুগাই য়েখায়বা মৈ থাবনচিংবা তৌবীগনু হায়দুনা মৈবা পায়বীদা অইবা চে পীশিল্লকপদুদা অমা চংখি, অনী থোকখি, মচীন খুম খুমদুনা মফমদুদা সৃপ্নতগী। পুলিসশিংদা ঙায়হৌবে।

লৌশি পাৎকী লেপ্লেনা হানৌনা লেঙ লেঙ চৎলিঙৈ ঈথক্তা জগোয় শাবদা লৈরায় থক্তা তাশিন্দুনা শন্নম্বগী খয়াত্তা তাবগুম পুঙ্গি খোঙবীনা খোঙগুন্দা খুদি থীদুনা থাজবা মাঙগ্রবদা শুক্তোক্তুনা য়েংলিবা পুঙ্গিদুনা তাইবংদা কৃপখৎনবা হোৎনবা খুদিং অঙাংগী নিংঙাইনি। অহোইনদুম থেল্ল-থেল্লগা নিংঙাই চাউরকই। য়েন্নীং চোংলকই। লৈকা ফন্দোবকই।

চীংখৈসু নোংমা নোংমগী খোয়শাওনবা মৈবীনা ঝায়বকই। খুন্নাইগী

মীনোক মৈশাবক্তা ইকায় ফিকক খুম্লক্লে। মশানা মশাগী মশক মাওশিল্লক্লে। মীবুসু মীওইনা উবক্লে। পীশুম শন্নজীং চীল্লোক্লবে মালং শহুমদা। শহীং চাবা চবাম্নববা নোংশানা য়েংবগুম লুরাক্লনা য়েংল য়েংলদুনা চওলকই চীংখৈ শহুম চাউনা। লৈপাকলৈ য়াইখোম্বা তুমিন্না মাঙোন্দা ফমদুনা লৈহৌই অদুমক ব্লাদি ঙাওদনা। শকহেনবী লান মতুংদা আশোক্লা লানফমদে হল্লকপগুম হবাও মথোই কাবি থম্মোয়দা। মদুমক্লা মায়থোং ইবং লংই। অদুবু, ফমুংদা যৈজুপ চিংখত্তুনা শুকথবা শানদি হীপলি। হন্না য়েংশিন্নদে চীংখৈনা চওলকপদু। মহাক উবদা খোঙথাং অনী অহুমদগী হেন্না কানশিল্লমদা তুমিন অমুক থোকখ্রে চীংখৈ। মচাগী মতৌদা পাখৎনা চীংখৈবু খাম্মী ব্লাহৈনা, "ইমুংঙো ঙাইখো। কবিদা তান্নবে ব্লায়েলশঙগীদুনা?" মমাগী পাউখুম পীবা নংদে য়াইখোম্বনা মপাগী মনাক্তা চেনশিল্লক্লনা ফুবীংখাউদা হূমদুনা, "বাবা হাওবীদি" চীংখৈনা, "ইহে বাবাদি কাউবেদনা। হয়েং লৈরক্লগেকো" হায়দুনা অশাওবদু য়ুময়ায়দা হৈদোকই। মমাদা ওনশিল্লকই, "ইমা, লোইশিল্লম্লে। লাক্ষ মবিদা।" খুইথববা লৈপাকলৈ অনৌবা য়েন্নীং চোংলকই।

"ফবেদা ইবুংঙো' শেনগীদমক মীকানদুনা উংখৎনবা পুন্সি ময়েং তানবনি। অহেনবা লন্না পুন্সি মশক থীহনবনি। লন থুমগীদমক হেনজিন্না ব্লাখল পবিং থাবদি পুন্সিবু মশক খওদে তাকপনি। শিবগা পুবা য়াদবদুগীদমক থব্লায়বু মনতিক্লবা অঙাংগী মতৌনি। মীওইবৈ মতৌদা পুক্লীংনা ফাথবগা ব্লাখলনা খজিক্তং লামশিন্দুনা খম্বগদি কবিগী মালেমদা ইমু নাইমু তান্নবমখিনি। হেন্নদুম নুংশিবৈ লৈনম্মা তাইবং পুম্নবু শুমহত্তুনা মপুগী মীনোক তমজবমগদুবু মীনু মীবাইহৎকি মতুং ইন্নদুনা মতিল শীংনবিবা কপ্পবিবা লাউনবিবা কবিনো ইমীংশিনা উনিংদ্রে। হিংলিবনিনা চোকথবদি য়াদে। নীংহন্নবদি ফত্তে। অদুবু – উবি তাবিবশিংসে তাশিনগদবনি য়েংশিনগদবনি। থৈদুনদি খক চৎলোইদবনি। থৈবু থৈকরবা শাওম ওক্লবে। মদুগী মহুত্তা মায়য়োক্লবা লানফমদা ঙক য়োনগদবনি। ফমথোন কাবসু কনানা খঙনি। ফংদ্রগনা কবম মদুসু খম্বদবদি অশিংবা নত্তে।" চীংখৈ পীশুম অনীদু শুক্লপ তৌবা থোঙনাউদা মীৎয়েংনা লাম্ছোকখিদুনা অয়েংবা অমদা য়েংদুম লৈবদুদা লৈপাকলৈ মখা তাবকই, "হেনজিন্না খম্বমল্লবসু মঙলাক্লবা কিবক্লনি তূম্বদা। অদুনা মঙলাক্লদ্রিঙৈ হিংলিঙৈ হিংখিগদবনি মঙলাক্লদুনা। মদু ঙম্নদ্রবা হিংলবসু শিববনি। মীগী ব্লানা তোপ্পা থমখ্রগা ঐগী ব্লানা মাঙথাগদবনি। মদুবুনি

লাইনীং পবৈ চেৎপা। মদুগী লম্বেলদুবুনি লাইনিং লম্বেল। পূক্লীং রাখলবু মক্লবা পুম্নমক মীনম্বনি। মালেমসিসু অমম্বনি। কৃগী (চিতাগী) মৈনা চাক্লফাওবা মৈবীদুই অঙানবা মশক উঙল্লোই। অদুননি মুনিশিংনা নুংলোন কায়াৎলোনবু অহানবদা খুদুম চন্ননবা হোৎনবল্লিবা। মদুবু ঙল্লগনি পূক্লীংনা অফা অপুন লীপুনদে নাম্বোক্তুনা মনীং তল্লবা অহাংবা অতিয়াদা তাবমদাই কোবৌগী থৌগল্লোই নোংজাবী মপৈশিংবু তান্নদুনা শান্নবিবা উবোক শঙ্গুবক্তে অমগুম পুন্সিগী অৱাবা ঈপাক্তে নাথৈববা নুংশিবৈ অশেংবা মনম ফাওবক্তুনা পুন্সি শিম্বা কবেম্নবক্লগা নূঙগুম্না কনশিল্লুববা থম্মোয়দুনা মহী চেম্বুবক্তুনা খৌগংলবা থৱায় কয়াগী অবাম খৌবাংবা কোক্লফম ঈবিবেন ঈবেন ওইবিবা।"

চীংখৈ মঙফাওনবকই। কবিগুম্বা খবা খংহায় হায়গে হায়না মমাদা ওনশিন্দুনা ময়া কাখৎলুবদা লৈপাকলৈনা মখুত্তুনা তপ্না তপ্না ফাথবকপদুদা তৌফম খঙদদুনা খোঙফম অমা অনী থাংতোক্তুনা লেপ্পী। লৈপাকলৈনা চীংখৈগী খোয়বি লীবেন্দা খপ খপ চিংলদুনা মখা তাবকই, "তানফমদুদা তাঞ্জাদুদা থৈঙমদবা অহোংবা অওনবা মতম মাগী শাথৌবা মালংবনা হুম হুমদুনা পুবক্তুনা নপশিল্লবিবা উফুল রাইফুলশিং তিমফা কাকফৈনা মুন্দুনা কেনজখিগুম তোপ্না তাজখিগদবনি। মদুবু ঙাইঙমদদুনা ইশানা ইশাবু শাবম ইবম থি থিদুনা শদুং ইল্লগা লম্বেলদুদা চৎলুববদি ঈহিং নাইহিং তৈবকপা তাবনি। অমুবা অশাবা হোন্দোবক্লিবা নুংশা স্ববদু হকথেংননা থেংনকদুনা কেমখিবসু য়াই পুন্সিনা খাংঙুথক্তা। কেমহনবা ঙমদ্রগসু মদুগী শাফুন্দুনা হুমখিদুনা থম্মোয়দা শাহিং ঙাহিংগী মহাও অমদি নমদুনা তংহনগনি; ওল্লক্কনি – শা, মদুবু ফত্রা? তপথবা ফাথবা খম্বদুনা ঈংথববা তাইবংদা অশেংবা মকপ্তো চোংথোবক্কনি। চংঙু ইমুংদা ফিদো হোংদোক্লুবো। নঙবু য়াম্না পীক্লিবা অঙাংলা?"খোঙফম অনী অহুম মায় লৈদুনা হনজিল্লক্লগা শোম্বোংনবকই চীংখৈ,

"শেনফমসি অঙাংদি নৎত্রে। খনফমবু খঙদ্রে।"

"শেনগীদমক রাদবা কনাবু লৈবগে? য়াম্না পায়বনা য়াম্না রায়। খিত্তা পায়বনা খিত্তা রায়। রানিংবনা রাজবনি রানিংদবদি রাদে। খল্লুনু রাকনু। থবক থোক্লগা শেনসু থোকপনি। থবক শুবদি হুমাং তাদ্রা? হুমাংদো হুমাংমন্নি। অবেম্বদি নত্তেকো। মদুবু উঙমদবদৈনি ঙসিগী তাইবংনা কায়থবক্লিবা মাঙথবক্লিবসে। পোৎয়োনশঙদু য়োম্বোখ্রো। অবিকপনা

লন লোৎনা থুম্লদৈ লোৎপা ওমদবদৈ ফোওনা কীছুরক্তুনা নীংখায়দুনা ননবা অশোনবদু উৎথোকচবনি। অবেম্বা খবদুনা য়ুমসিদা পোৎয়োনশঙ মচা'মা তেক তেক হিংনবা হোৎনবা তাবেদনা। মীবোল লৈতবা ঐখোয়দি মীৎমাঙদৈ থাগ্লদবনসু ফববনি।"

"অদুবু, পোৎয়োনশঙসিদদি করিনো'মা তৌবগা কলহৌবনা ফৎত্রা? য়োনবু য়োনথ্রবা লোইবে। পুল্লিদসু লেপশিনবা ওমগনি থাজদ্রে।"

"কবিনোনে কবিনো'মদুবু? খঙ্গুবোইদবা খঙ্গুবা পাওদবনি। তৌগদববু লৈববা চেন্দুনসু হিংদ্রবা তৌগদবনি দোঙ, দোঙ। মবম্লবু চাববা মহয়দি শোয়দ্রে। তৌবতবু, মফম্লা মতম্লা লৈনদুনা থৈনবা য়াদ্রবদি কনানবু ওম্বগে – কনবা? চেওনা লৈত্রদি থব্লায়ফাওবা থানবিনি। পুন্সিবু তম্বা ওম্বা? খুবাক খুনমনি।"

"হোই ইমা, তহা তহাবদি ফত্তেদনা। ইচেখোয়সু তান্নখিসি।"

"ইমাগীদি হায়ফম থোকপা হায়বে। থবক্তুদি খল্লগা তৌবো। কাউবোইদবদি শেন্দোয় অহীং তূমদে। মী মূৎপনি।"

(শকহেনবী মঙক থেক্কৎনা কল্লগ্না) "ইমানা তাকপবিদুনা খ্বাইদগী ফববনি। খৎনবদু নৎত্রদি ঙসি ঐখোয়না ব্লাবিসিবু ব্লাখিগদ্রা?"

(চীংখৈ অশাউবা ফূদোবকই) "খৎনবা অমা লোইবগা খৎনবা অমা মক হুল্লেদনা। হয়েংদৈদি ব্লায়েলশঙ অমুক কাবা হৌবনি।"

(পাখৎনা লৈপাকলৈ) "কবিগী!"

(মোং হাদনা চীংখৈ) "শিহৌবে। ফূফম চাদনা ফূবনিনা হিংলরোই।"

(শকহেনবী কল্লক পেন্না) "নীনিবু শুবোই শাদুগী পৈশাদু। অইবগা লৈনখিব্রা? লৈত্রগদি পীববোই।"

"মদুমা ওইদ্রে। উকিল অমনা ..."

(লৈপাকলৈ কল্লগ মরক থৎলকই) "মী তাখিনিনে। নখোয়গীদো

লেপ্লো। ঐদি ঙসাইনা হায়দ্রনে, ইমৌসে মথন্তা ফত্তে। য়াবক্তা তাবেদনা। মৈবীক্তে মৈজাও, নুপীদৈ লান, আ – লাই হাক্তক্তেনি। মসি খঙনা চৎলো। নথৌ তৌনকবো। ঙাইহাক্তা পোৎথানবসিকো।"

নোং ঙানবা ঙাইঙমদে উকিলনা শেন থৌবা লাকই। থা অমগী মতম পীবম্মী। পীদ্রগদি পোৎয়োনশঙ লৌশিন্নবা ৱায়েনগী মতেঙ লৌবনি হায়দুনা লাউ-খোংদুনা তৌবম্মী। ইকান কান্নদে ফিজম শেংপা পুলিস অমা চঙলক্তুনা চিঠি খাও অমা পীবম্মী চীংখৈদা, শকহেনবী ৱায়েলশঙ কাবক্লবগীদমক ঙসি। উকিল উন্ননবগীদমক থোকখি চীংখৈ শকহেনবী। মখোয়নি হেক থোকখিবগা তম্ফা য়াম্না হৈনীংদনা চঙলকই। মমাগা ৱাবী শান্নবিঙৈ ইপা পাখৎনা ফূৎ ফাওজিল্লকই শুকথনা চাউবীসু। কবি থোক্লগবা হায়দুনা ঙাইবি। চাবম থক্লম খঙদনা চাবা চাক্তু চাবা তোকপদদি পুং অমা মখায় তাবে। খূৎ হামতোক্লবতা মঙায়বি গাড়ী থৌজীল্লকই। শকহেনবী অচৌবা শবেং অমা শ্রো শ্রো লাক্তুনা চিংথবকই গাড়ীদৈ। ৱা ৱা নোকমিন্নৈ শকহেনবীগী ৱাহৈদুদা, "শাসু শিবে ৱায়েলসু লোইবে।"

# ৩৬

**ৱাকচীংগী** ১৪নি পানবা নুমিৎনি। অচৌবা মৈফ্ অমদা ইকোয় কোয়শিল্লি মখোয় মবি। মখূৎ নাম্মনা থোয়দিং কবোক্তু পায় মখূৎ নাম্মনা মৈবৌ চেগপ্তু পায়দুনা শয়ি মৈতান্দু মৈফ্দুদা হাপ্লি শায় শায়দুনা শকহেনবী। লৈপাকলৈ কনশিন্দ্রিবা কবোক্তু মখূৎ অনীনা শেৎ শেত্তুনা চাবি। য়াইখোম্বনা অচৌবা কবোক মতৃমদু খূববা ময়াদা নমশিন্নবা কন্না হোৎনবদু উবদা চীংখৈ চানা চানা নোকথোকখিবদা চীনবানদৈ চোংথোবকপা কবোক্তা মৈফ্ মনূংদা তাশিল্লি। শকহেনবীনা তেকসি মচা অমা মখূম কূপ্লগা মৈফ্ মথক্তা থাঙৎলি অদুগা চীংখৈবু লক্লবকই, "ইবুংঙো নপাসে চাবা ফংলবোই হায়দুনা পাখৎলে। নঙবু তপ্পা চাউনে।" লৈপাকলৈ তপ্পা তেকসিদো মখূম হাংলগা য়েংনা য়েংনা হায়বকই,

"কবিনো অমুক থাঙৎলিসিনা নঙগীসিবো?"

"ঙসাই পোৎ য়োল্লুবা হল্লকপদা ইমা ঙমদে হায়দুনা চঙলুই। মক্সা খবা হাপ্লকপনি।"

(য়াইখোম্বনা মঙক থাঙৎতুনা) "ইমা মক্সা চাগে মক্সা পীগু।"

"ইশুগীনি সিদা ফূৎলিসীদি। মুক্লগা চগদবনি। নমাবু করি ওইনা অদ্রিবা?"

"চুপ্না লোক থুংবা ওইরমাল্লেদা। ইমা! ঙসাই মখাগী পোক্তা পুমঙৌ ঙৌবা তমুবীসিনা থানা পুবক্লগা হায়নখিবা নুমিৎ নোংমা হেন্দোক্লে পৈশা পীদ্রদি পোৎয়োনশঙসে মানা লৈবনি। তোমচৌনা য়োনগদবা লুপা লাক্ষ নীফুদু মানা পীনি হায়নে। পৈশা পীদ্রবনিনা হয়েংদৈ মানা পোৎয়োনশঙ মমাঙদা ফি খনথবগা পোৎ য়োল্লনি হায়। থনাশিংদুনসু উকিল্লদুনসু য়াই য়াই হায়বম্মী। নত্তে, তমুবীসিবু পৈশা কয়াম পায়গেনে?"

(চীংখৈনা থুনা) "এ! তমুবীদি চফ্দা মিবাং কারিবনি। শক্রৌগী নুপীদুগা মদুগী সুপবনখাদুগা পূনশিন্নবগা তান্নদুনা তমুবীবু তমলাই ওইনা থারক্লিনি। মখোয়'নীগী পোয়োনশঙসি লৌহৌনবা তাৎ তৌরিবনি। কঙ কোংলিবনি।"

(লৈপাকলৈনা তগ্না) "তমুবীবু হয়েং লাক্কনি হায়ব্রনে?"

"শোয়দনা লাক্কনি ইমা।"

"মা লাক্কদি ইবুংঙো নঙ খূৎ থাবা য়াদে। কাউগনুকো। হয়েংদি ঐসু ইশুসু পূন্না পোৎয়োনশঙদা চৎপা তাবে। তমুবীদো ঐ ব্রা ঙাঙনগে। ঐগা ঙাঙনবগতা মা হনগদবনি। মাসে নপাবুংগী লোনগানি। ঐনা সিদা লাকপা কুইদ্রিঙৈদা অয়ুক্কী নুমিদাংগী ঐখোয়দতা লৈনবা হোৎনবনি। নোংমা ঐনা ব্রাতা'মা তৌবদৈ খমুক তৌগ্রিবনি। চঙসু কয়া চঙলকখিদ্রে। মাদি ঐ তৌগে।"

শকহেনবীনা "মক্সা মুল্লগা ইমানা খবা কোৎথবীবা য়াগদ্রা। ঐবু চাক অমুক থেঙখিনিনে" হায়দুনা চাকখুম তন্না চঙলকপদা চপ লেপ্পী লৈপাকলৈগী বাহৈদুদা, 'চাকতু য়াম্না থিকব্বনু। চাক চাবগা চাগদবসিনা চাকচামাঙসিদা চাবদনা চকচা য়ুথকসে ইওন হেক ওন্নৈদকো। খবা শেমদোকউনে মৌ নঙবো।" শকহেনবী "হোই" হায়দুনা চাকখুম চঙখ্রে। চীংখৈগী চাক্তু হান্না থিদোকই। ময়োম মচাদুগা লীক্লিদুগা ফিবৈদা হন্না হন্না কন্না য়েপশিল্লি। লৌথোক্কে তৌই লৌদি লৌথোক্তে। মমীত্তুনা থোঙ তম্মী। মনাদু ফন্দোবকই। ফূক হৌগত্তুনা মনেম্মু চীংখৈবু য়েংবা থোবকই চাকখুমদৈ। মখোয়দি নোক নোক্তুনা মক্সা মকু খোক্তুনা চারি। খোঙলৈ থুনা চঙলকই। ফিবৈদগীদু লৌথোক্লে। মচীন্দা মুকম মুকম শোল্লগা মখূমদু হাংদোক্তুনা খজিক্তং এপ্লাংদুদা থাদবে। লাইব্রা শোল্লগা অমুক খুমজিনখ্রে মখূমদু। পাউদবদুসু খুনিংথৌ মতোন্দা পক্লকপদু চাক্কা তোৎশিন্নবে। য়োমশিল্লে। ফিবৈদা য়েপশিল্লে। চাউতোনবু মমীৎ উইশিন্দুনা মহয় ফংহনবীয়ু খুকমজবক্লে। থাবল চোংলম্বা মিহুন্দু খবা নেমথবক্লে। মখূৎ মশা হামদোক্তুনা চেকশিন্না চাক এপ্লাং শেম শাবা লোইরে।

য়াইখোম্বা মবোক্কা চামিন্নবে। চীংখৈনা য়াইখোম্ববু মাগা চাসি লাকও হায়রকপদুদা শকহেনবী পাখৎনা, "য়াবে য়াবে, অদুম চাবো" হায়দুনা য়াইখোম্ববু লেংজুম পায়দুনা হৌগৎহন্দে। মমীৎ মনা তথক তথক্লা চীংখৈদা য়েংদুনা লৈ শকহেনবী। চীংখৈনা থুম খবা চম্মী পুবকউ হায়বদা পাখৎমনখিদুনা মাগী থক্রুবা ঈশিংদু হৈদোকই শকহেনবীনা। থুমসু খুবাম অমা হাপচীন্দুনা চীংখৈবু

খোয়শাওনহল্লি। উচিন নাচিন্না চীংখৈ ৱাঙ্গুরক্লে। চাক তোক্লুনা মখূৎ মশা হায়দুনা থোকখ্রে শাউবংননা। শকহেনবী নে তানা ফমদুনা চাক চাবা হৌরকই। চানা চানা থম্মোয়নুংদা চীংখৈনা, "ওসিগী এল্লাংসি মনম অমা নম্মীদা" হায়খিবদুদা লৈপাকলৈনা "কবি মনদু নম্বগেনে? হৈকবোপ মনমনিনে। হাউইনা –" হায়বদু নীংশিং নীংশিং নোকই শকহেনবী।

মহৌশাগা ইমান মান্নদবগুম শকহেনবী অহীং নোংয়ায়দা ঈশিং শাহন্দুনা মীনা হৌগৎত্রিঙৈদা কোল্লিক ৱাইবম লোইশিন্দুনা ঈরু মায়থবগা কোরৌ অঙানবা খুকমজদুনা পূক্লীং হুকচাং শেংদোক্লুনা মেক্রুক থাউমৈ থানবগী মনম্মা ফমুংদৈ চীংখৈ লৈপাকলৈবু শাগল লাক্লুনা চিংথোবক্লগা অঙনবা অয়ূক্কী ফজবা নিংথিবা মশকপু য়েংহল্লি। পূক্লীং মকা লামহল্লি। য়াইখোম্বনা মবোক্তে খবা মপাদৈ খবা নি নিদুনা থকপা মতৌদুদা পূন্না ৱা ৱা নোক্লা চা থকই।

ওসিদি পোৎ য়োনবা চৎনবা হোৎনবদা অমসু অমসু খীং খীং লাউই মথৌদা। মাগী মাগী মপূক্লীংদা লানফমদা লানথেংনবা চৎপগুম থম্মোয়দা কবি থোক্লগদগে হায়বৈ অৱাবা নুংঙোননা ৱাই চিলহল্লি ৱাখল হুকচাং। অদুবু মচীন মচীন্দদি কাওথোক্লদে। লৈপাকলৈদি চীংলেননা হেক হেক অয়ূক্কী ৱাকিং চৎপদা পায়বম্বা লীচৈদু মশা নুংঙাইতে হায়দুনা চৈসু শু শুদুনা গাড়ী কাখৎলকই। মখোয় মবি গাড়ী থৌবকপদুদা য়াইখোম্বনা মবক মবক্তা নোকহনবা নত্তনা থোইনা অতৈদি ওাঙ শক্তে। য়াইখোম্বগী "বোবোক চৈশুসিনা কৈথেলগী মনলাবদু ফূদৌবিবা" হায়বা ৱাহৈদুদা ফাথবা ওমহৌদনা মথন্তা হৌনা নোকথোকখি লৈপাকলৈ। নোক্লা নোক্লা "বোবোক ফূগে য়েংউকো" হায়দুনা মশুবু লক্রে। থংনবা মীৎকূপ্তা চীংখৈ শকহেনবী কবিগুম্বা অমদা উংদুনা লৈবগুম তৌই।

পোৎয়োনশঙ য়ৌশিল্লক্লে। তমুবীনা লৈচীল মরক্লুদা চেথারা (পোলিথিন) অপাকপা অমনা পোৎয়োনশঙ মমাঙমক্তদা খম্বদুনা অমনবা ফি খবা চাইথায়বগা ফমদুনা লৈবদু মমি ওই শামিওই হেক উরকপগা শকহেনবীনা খংলাও লাউবকই, "এ' লৈরে – লৈবে।" খংদুনা লৈপাকলৈগী শিংলি নাউবি মপাঙ্গল কনখৎলকই। ঈগী খোঙজেল য়াঙখৎলকই। লীচৈ মরুন্দুবু চীংলেনমক্লি খনবা হৌবক্লুনা অনৌবা থৌনাগী ঈনোৎ অমা মীৎকূপ্তুদা কাবা হৌরক্লে। গাড়ী হেক খাম্বগা কনাসু কূমথবা নংত্রিঙৈদা কূমথবকই লৈপাকলৈ। মুক্লুনা লৈরিবা

তমুবীদা "নপা অশিবগী পোৎয়োনশগুলা" চৈ চৈদুনা লীচৈদুনা তান্না তান্নদুনা হনুবীদুনা হনুবদুবু কম্বরকপদুদদি কনাগী তুমীৎ য়ুরালফাওবা খামদোকপগী বাখল পোক্তে ময়া কাথোক্লুনা ঈপোম য়েংবগুম বা বা নোক্লুনা লৈনৈ। তমুবীসু পোৎ চৈশিংদো হুন্দোক্লন্নগা থবায় পুদুনা চেল্লী হোক্লুনা।

চৈগী চৈফু নোক খেবগী খোঞ্জেল অনীনা য়ৈখায়নবদা খং খংদুনা চেনবদা তমুবী লৌবি লৌতাই গুম্না উকায়না তকথোক্লুনা চৎপদা উকায় তেকপগুম মনংগন্দা তান্না তান্নদুনা কল্লম্বদে চৈফু চৈশিংদু হেনগৎলক্লুনা খোঙথাং তপ্লকপদুদদি মকোক্তা লানশিল্লক্লুনা নিংথিনা কায়বে। মবায়বক কায়দুনা মমায় মমীৎ ঈতনা পূমচোৎ চোংলে। কাওনবা লোইদুনা থোবক্লবা য়েন কোকমানগুম য়েংবদা তমুবীদু তমুবী মানদ্রে। ফল্লমবদগী তপ্না পোৎয়োনশগু মমাগু অমদা হীপথরক্লে। মতৌদুদা গুসাইমখৈ তান্নদুনা য়েংলম্বা লম্বেল চৎনবম্বশিং হোৎচিন্নবক্লুনা লৈপাকলৈবু খামতোক্লগা তমুবীবু ওক্তো অমদা হাপকৎপীদুনা বীমস তম্না পুশ্রে। লৈপাকলৈসু গাড়ী কাখৎলক্লে। হন্না য়েংলমদনা ময়ূম তন্নক্লে।

গাড়ী য়াদদুনা য়াইখোম্বগা চীংখৈগা গাড়ী শেম্ফমদা লৈহৌবে। মনি মমৌনা বীক্লো তোংদুনা লাক্লগা মমায় মমীৎ তাথোক্লুনা তম্ফাগী ময়ূমদা হীপথবতা মগায়বি লৈপাকলৈ। পুলিস গাড়ী মপোৎ অমা লাক্লুনা চীংখৈ লৈপাকলৈ লৈব্রা হায়দুনা ওৎ ওক্লুনা থিবনি। চেগু লৈবনা মখোয়'নী মনীংথোং ফাওদোক্লগা থংনবা য়ূমদা থৈদুনা লীংহৌই। পুলিসশিংদুনা কয়াম কুইনা লোংকে য়েংগে হায়দুনা মখৌ পোগুনা লাউবল্লগা চৎখিবগা চীংখৈদা শকহেনবীনা তেলিফোন্দা তম্ফাগীদা গাড়ী হুন্দোক্লন্নগা লাক্লবা খগুহল্লি। তম্ফানা মপুবোইববুসু থবক মফমদগী কৌবে। চীংখৈসু লাক্লে। মখোয় পূন্না খন্নবে। তোমচৌগা য়ানবা মমলদা য়াংখৈ শুদ্রসু য়াবে হায়দুনা তম্ফা মপুবোইবগা লোয়ননা থোকখ্রে।

নোংগানবৈ অয়ুক্লী পুং তবেস্তি তাবে। তোমচৌ লাকপ্রা য়েংবদা গুক্লি নারে লৈরিবা খুদিং। হায়নখিবা পুংফমদৈ পুংখায়মুক চোম্বকপদুদা হায়ফম তৌফম খগুনবক্লবা মীৎকূপ্নি। লৈপাকলৈ তপ্না মচানুপীদা হংলকই, "গুসিসিবু সোয়ববোই হায়হৌব্রনে?" তম্ফানা "হোয়দি হায়হৌবনি" হায়দুনা ময়েক শেংদনা শ্রু শ্রু নৈশিন্দুনা গুাগুলিঙে চেবক্লুদা তোমচৌ ফূবিৎ অচোনবা লীৎপা মবিগা থাউ মচা অমা পায়দুনা গম গম চগুলকই। বা বা নোক্লুনা চা থকমীয়ে। ইবা খোৎপা

লোইরে। তোমচৌনা নোক্লা নোক্লা "সে চীংখৈ, নীফু মঙানি চুন্নব্রা য়েংউ" হায়দুনা পীবকই। চীংখৈনা মপুন মপুন্দু থিদুনা চুন্নে হায়রকপদুদা তোমচৌ তপ্লপ "অদুদি, য়োন্ননবা পোৎশিংসে থা অনীগী মনুংদা য়োদ্বোক্লো। হয়েংদি ইমাগা লোয়ননা লৌকংশঙদা (রেজিষ্টার ওফিসতা) ঙাইহাক লাকপীরো" হায়বল্লগা থোকখ্রে। চীংখৈনা পৈশাদু মমাদা পী। লৈপাকলৈ লৌদনা হায়রকই,

"পৈশাদো চৎনগদবশিংদো থিদোক্কুনা তোঙান তোঙাননা নচেদা শিন্নৌ।"

"ইচে, সিনা মরিনি। চেখাউসিনা য়োমশিল্লসি হয়েং চেন্নদনবা।"

"অদুগা সিনা অহৃমগা কুন্নি।"

"কনাগীনো চীংখৈ?"

"ইচে, শক্রৌগীনি"

"অনীনি হায়দায়নে নঙবো?"

"শেন্দোয়দো চহীমুক ফাবক্লবনি অদুননি।"

(লৈপাকলৈ পীনিংনা) "চাউবীহোইবোমগী অমদুসু পীথোকখ্রো শেন্দোয়দুসু পীখোকো।"

(শকহেনবী তপ্না) "ইমা কোন্নদ্রদি কোন্না পীসিদা। পোৎয়োনশঙ শাবদা শিজীন্নখিসি। শেন্দোয়সু পীরোই।"

"য়াদে য়াদে। পোৎয়োনশঙগীনা তবা খাইদোক্লো। শিবমদাইসিদা খুবৌ থাংবা অমত্তা ঙসিদৈ তৌবা য়াদ্রে। নমাসে খুয়া তুশিংনা চৎখিগে, থিদোকউ ইবুংঙো। লিশিং তবা হাপখো।"

"সে, অমগা তবানি ইচে।"

"মদুদি ইমৌদা পীয়ু। তাঞ্জা য়েংলগা ঙসিমক থিন্দোক্কুচো।"

(শকহেনবী পাখৎনা) "এ! তবাদুদি লৌ য়ারোইদা হান্ননু।"

"য়াদে, য়াদে, হান্নু। লৌদ্রগা ইমৌগী ওইয়ু। কয়াদি লেম্মী?"

"ইবায়গী তরুকসিগা মাগী লীতুগা মীওান্দা থমদোকখিবদু হন্দোক্লগদি কুনদি লেম্মী।"

"ফবেনে। মবায় নঙসু তাও। লেম্লীবা শেনফমসিনা ঐখোয় চপ মান্নবা য়েন্নগদবনি। মদুনা লাইওইখ্রবা নপাবুংনা ঐবু ব্রাবৌবোই। হৌজিক লৈবিবসে, ঐনে, ইচা অনীনে, ইমৌনে, ইশুগা পূন্না মঙা নংত্রা? মবি মরি তোংঙান তোংঙান্না ঐঙোন্দা পীবকউ।"

"সে, মঙা শুবে।"

"সে, সিনা ইশু য়াইখোম্বগী।"

"বোবোক, সিনা ঐগীবা?"

"মাননিনে পায়শিল্লুনে।"

"হো ফুবীংখাউদা থমজীল্লু। সে, সিনা ইমৌগীনি। লৌশিল্লু।"

"ঐগীদি ইমাদা থমবীবো।"

"ঐনা হায়রদি লৌশিল্লু। পায়দা পায়শিল্লুসে। হো ফবেদনা। অদুগা সে, সিনা ইবুংঙো নঙগীনি। পায়শিল্লু। সে, সিনা ইবেম্মা নঙগীনি।"

"ইমা ঐদি লৌজবোই। মখোয় পাবুংনা তক্কতুসু মঙাদং লৌ হায়বনি। ঐগী চাকথুং শকক্তি লুহোংবদা লোইখ্রে। ঐনসু পামদ্রে। মখোয় পাবুংনসু য়ারক্রোই।"

তম্ফা মপুরোইবদা অমুক য়েং শেনফমদু মমাদা অমুক পী মমানা অমুক পী তৌবা মতৌদুদা তম্ফাদা কল্লপ মপুবোইবনা হায়বকই,

"তম্ফা অঙাংগী পৈশাদু লৌবা য়াবোই। ইমা সিবু হেনবা কয়া হয়েং খুদোংবু চারকত্রদি লৌবা লাকখিনিদা।"

(লৈপাকলৈ মায়থোং মকা লান্না) "হোয়নে মতমদুদসু চেনবা য়াবিব্রদো। মসিগীনি হিংমিন্নরিসে। শেনদি তাল্লগা ফংবনি। তাল্লগা ফংদবদুনি ঐখোয়না ফিজীদা কিশীন্দুনা থমগদবসে। কল্লক মিহৌবনা

মাঙদা থা শেনবু কোয়ত্রন তান্নকরবদি তানফংদবা কয়ানা তামখিবা মীৎমাঙমক্তদনি। অদুননি মীনা মী মবক্তে মী ওইনরক্লিবসে। মমায়বু চুন্নবা হৌনা হৌনদুনা মখোঙনা থোংনা লাকচবনি তান্নুদ্রসু। তান্নদি চেনখিবা তাবনিনে। পুন্সিবুসু অন্না-কোমদা তাবমলোইদবনি। ঐনা পীবিসে লৈবা লৈতবগা মরি লৈনদে। তাইবং লীচংনি। লৌবগীসু মতোন লোমদে। পীবগীসু মক ফুক্তে। লৈ হায়বৈসু নত্তো। লৈতে হায়বৈসু নত্তেকো। তৌবতবু মবিদি চেংশিলহল্লিদনা। নত্তেনে – তুংদা অবৈ লৈত তাথোক তাশিন তৌনববোই হায়ব্রনে নখোয়বো?"

"তম্ফা শেনফমদু লৌশিল্লু। ইশেলগী পোংয়োনশঙ শাবদা নঙগী মতেঙ ওইনা পীবো।"

"ইবুংঙো নচেনা লৌশিল্লিবসে ইপ্পাগীনিকো। নঙনা মী ওইহৌদবসিনি ইচেনা খ্বাইদগী পেন্দ্রিবসে। ইপ্পাসিদি লান্দা লানগনু লাই লৈবিসিদি। পোংয়োনশঙদু মায় পাকহন্দবা য়াদবনি। শেনফমসিগী মথক্তা নবায়গা তান্নবগা নঙগী নতেঙ শোয়দনা পাংলক্কনি। নবায়গা নচেগা লৈবিসিদি।"

"সে, সিনা ইমাগী পৈশানি। ইচানা থোকপদা শিজীন্নবো।"

"বোবোক, ঐগী পৈশাসিনা বোবোক্কী হাউবী লৈনবোসে। লৌবো বোবোক।"

(লৈপাকলৈ নোক্লা নোক্লা) "হৈ অঙাওবসিদি। বোবোক্তি য়ুমদগুম লৈবগা কম্মাইনা লৈগনি। পাবুংদা লৈবকউ হায়য়ুনে। অদুগা চামীন্নসিকো। বোবোক্কী শরুকসু নঙগী পাবুংদা পীবিদুদি।"

"বাবা সে, পৈশাসিনা বোবোক ঐখোয়'নীগী হাওবী লৈবকউ।"

"কদায় কদায়, হয়েং লৈবসিকো। সে, ইচে সি লোইনা থমজিনবীরো।"

"ইনম্মা সিগসু য়াওবিখো।"

"ইবেম্মা, চেকশিন্না থম্মু অদুগা থুনা থোবকউ। নখোয় অনীদি লানসে লোইহিল্লিঙৈ লালোইনবা তারি।"

"চীংখৈ, পৈশা লৌনখিবগী অহৈবা চে চাং লৈনখিব্রা?"

"লৈ ইবায়।"

"ইমা, অদুদি ঐ পৈশাশিংসে পীথোক্লুনবা পুলিসকা তান্নকবনা ফগদ্রা?"

"ঙসিমক ফৈনে। মুন্না তান্নকবো পুলিসকা। মবৈ মবা তৌদুনা ব্রা নাউ চাউগনবনি মশম হৌবা মীসে। চেকশিল্লু থীস্থবদি ফৎত্রে।"

# ৩৭

**ফাইরেন** থাগী হুমনি পানবা যুমশকৈশা নুমিৎনি। ঙ্গী খুদেং লাই খুদেং লৈতবা, লাইনা লাই চাবা, লাইচা ফবা, চৈ কাবা নুমিৎনি। য়ুম্লাম হুইদ্রোম মাইববু মমলিঙৈদগী লৌকদুনা পোৎয়োনশঙগী উবেপ উয়ুং তন্বগী পোৎলম চৈবম শুনা লাংবা লোইবে। পূংফমদু ঙাইদুনা লৈ। নুমিৎকী মশেক মঙালগী মায়খুম্লা হাংদোবকপগী ফজবা নুংশক্লা তাইবং ফাওবকপা মীৎকৃপ্পুদা মাইবনা উবেপ উয়ুং তন্বা হৌই। চীংখৈ খুকমজে। অঙৌতোনসু য়ুমশাবা অমা ওইনা য়ৃম্বীদু য়ুংননবা হোৎনবক্রে অতে য়ুমশাবা অহুমগা লোয়ননা। শকহেনবীনা চা পুথোক্তুনা ময়াম্বু পীজ পীথক তৌবদু অঙৌতোনদি থব্রায় ইতা তাজদে চায় থকইদি হায়ববু। চীংখৈ মাইবগা চা থকপা হৌবকপদুদা মচেনা হীদাক (সিমেন্ত) বোবা ৫০ থাবকই হায়দুনা ময়াঙশিংনা হেক্তা থাবা হৌই। লৈপন ফবা উশোয়না ৱাপুঙ ৱাবেপ তানবগুম কা অনীতগী পোৎয়োনশঙদু শারেপ তাল্লকই। পোৎ হোৎজিন্নবা হোৎনবদা আকববগী লানবন শাবগুমখ্রে অঙৌতোনদা।

চীংখৈ অহীং হৌগত্তুনা চেক থিবা চৎখি। লৈপাকলৈসু মশু থিনদোকপা থোকখিবদে পোৎয়োনশঙ শাফমগী কূম্মৈদু য়েংনা য়েংনা অতেক অকায় লোইশিন খোমজিন্দুনা লৈথোকখ্রে। শকহেনবী থবক শুবা মী মবিগী চাক্লা হাপচিনবদুদা চাকখূমগী থবক্তা অৱাবা অমা ওইখ্রে। চাক ঈশিং থিদোকপা লোইশিল্লকপদুদদি ম্বব শাংনা অমুক্তং হোন্দোবকই। ফনেক ফিজী অমুক পায়দুনা য়েংই। থোঙজীন্দা চেপথদুনা য়েংনিংলকই। কনাসু উদ্রবদা চঙশিল্লক্তুনা চীংখৈগী চাক্লক মখূমদু লেপথা থাদে। তথক তথক্লা তুং হন্দুনা য়েংই। ফিজীদে লৌথোবকই লীক্লি মচাদুগা ময়োমদুগা। লীক্লিদু মখূম হাংদোক্লিঙৈদা লাইশোন সোনবদু সোনদ্রিঙৈদা মমীৎনা কৃপ্তমখৈ চাক্তুদা চাগদবমখৈ য়েংদুনা লৈ। পূখমদুগী মনাক্তা চীংখৈ নোকফেৎ তৌনা ফমদুনা চাগদবগী ঙাইদুনা লৈবদু উবকই। মখূত্তা পায়রিবা হীদাক্তু ঙাইবিনি হায়নসু মশেন মবাং তাবকই শকহেনবী। মখূত্তে লীক্লিদুগা ময়োমদুগা তাখিবা খঙহৌদে লৈমায়দা। মীৎকপ খংথোক থোবকই। শ্বায় লাউনা নোম্বদুনা তাপ খূনগৎলি। হীদাক খুনগৎলিবা মখূৎনা মশমদু নাম্বু নাম্বু মুরুম মুরুম তৌ খোঞ্জেলদি থোক্তনা অয়েংবা অমদা উংদুনা লৈখ্রে শকহেনবী,

"ঙসিসিবু! নত্তে ঐবু মঙলা তাইবংলা? ঙসিসি তাইবংনিদা। তু হীদাকসিসু পায়রিসিদি। ঙসিগা তকক্নি শুগদবনি। হয়েংদি লোইবনি। অদুদগীদি, শোয়দনা শিবনি। মহাক শিবগা ঐবু কপকদ্রা নৎত্রগা নোক্কদ্রা? নোক্লগনা কবি? কপ্পুবগনা কবম? কবিদবু খেন্নবিবা? মপাঙ্হোংদা কপ্লসু নুংদদি নোক্কনি। নত্তে অদুদি, কপশিন্নবসিবু পিবাং তাবক্কদ্রা? পিবাং তাউ য়াদ্রগনা কবম্মা কপকনি। হেবা, গুমভীবসু কপইদা। নুপীদদি পিবাংসে ইমাগী অউনপোৎনি। তৌশিন্নদুনা কপশিন্নবদা পিবাং কংখিদুনা শীঙ্গবক্রদি মহাক অদু মবালনা মপোৎ ফাববনি। ঐগী পম্বুংদি মীংনা উবা ফংলেসে। অদুবু মদুগী মকমদা কবি লৈবিবগে হায়বসিদি কবিগীনো ঐনা উবা ঙমদ্রিবসিবো? নত্তে, মাবু অদুমক অসুম লৈজবদা হিংজবদা কবিদি কায় ঐঙোন্দা? মদু য়াদে। মানা ঐনা লোৎনা থৃপ্না তৌখিবশিংদুনা মৈবী থোক্লা চাকখৎলক্লবা মতমদুদা ঐবুসু মৈবায়দুনা চাক্লকনি। অদুগা মাসু ঐসু পৃমতুম তুমমিন্নগনি। মাঙমিন্নবসিবু ফব্রা? মা অমা মাঙখ্রগা ঐনা হিংহৌবদা কবিসু কায়দেনা। অদুবু মানা হৌজিক মীয়াম মীবক তিনবা ঙম্নবা হোৎনজবদা ঐগী থম্মোয়দা মাবু নুংশিবগী মীনুংশি মচা অমগী ঈনোৎ কাবক্লিবসিনা কদোমদগীনো? মহৌশা অমুক্তসু মসিগী ঈথিলসে ঐঙোন্দা ফাওখিবা লৈতে। মসিমক্তনা ঐনা ঐগী থবক্তা অয়েংপা অপনবা ওইদুনা য়ৈখাই থিনগাইহিবি। মসিমক্তননি ঙসিসু ইখৃৎশিনা ঈথৌ পাঙবদা নীক্তুনা লেপ্লিবসে। নৎতে, ঐবু মায়থীবা হায়বদুবা মীৎকুপসিবো? ঐনা ঐগী থম্মোয়নুংদা মাবু নুংশিবগী ঈহুন হুল্লক্লিসিবু মায়থীবগী খৃদল্লা? য়েক্লববু য়েক্লবগুম উবক্লিবসিবু কায়ববা থম্মোয় হায়বদুবা? ঐগী থম্মোয়দা ফাওরিসিগুম মাগীদসু ফাওবকখিদ্রা? মতমদুদা মাগী মিনুংশিগী মখাদা নুপী অমা ওইনা ঐনা মানসু মাগী নুপী ওইনা হিংবগী মহাও লৈনা ঈংনা তপ্না পুন্সি কুম্মে য়াওজবদুবু ঐবু ওইথোক্কদ্রা? নত্তে, ইশানা ইশাবু ইশাগী ইবাল য়াজনা হিংবা পুন্সি মহীংদুগা মহাক য়াওদনা নাইতোম হাইনা হুম্না পানবদুগা কবস্বনা ফবগে? মাগা খায়নবগা হিংবসু নাইতোম মাবু হাৎলগা হিংবসু নাইতোম কবিবু খেন্নবিবগে? অদুবু কবম্মনো হিংগদবসিবো ঐনা ঙসিগী খুন্নাইসিদা।

নোংমদি লম্মুক্রনি লম্বেল অনীসিগী লমলোংদা। লম্মুক্রবগদবা লম্বেলসিদা অশুম চংলুবগীনা করিবু কান্নরিবা? মসিদগী নাথেরগা মাগী মীনুংশিগী মখাদা মীংকূপ খবদং শৈদাংদুনা হিংবদি করি কায়। ঙমদ্রগদি? ঙমদ্রগনা মশানা তাজবনি লম্বেল অনীদুদা। ঙন্নগনা কবি? ঙন্ননবনা করি চঙলিবা? য়াইফনবদুতা তৌবা নংত্রা মাগী? অদুদি ঐনা পায়রিসিদি ফবিত্রা? করি তৌবা তাই? মৈ থাদোকপা, মৈগী মচীঙ্গাক্লি মসিদি। থীহুখিগদ্রা? নত্তে মসিদি শুম্মাইনা হেক চেথি চেগুমসিদা অদুগা লীক্লিসিনা খোঙবানসিদা হেক তুপ, ফবেদনা। এ! কবিনো মৈনা চাক্কেনা। হেবা চাক্তদ্রা য়েংগে, তেবশিঙসিদা। চাক্কনুদনা। এ! ঐগী খৃংশিসু নীকপা ফবেনে। হে মীংয়েং হূরান্দুনা চেপথ চেপথ য়েংখোনে। পূক্লীং নঙনা কবিগী চেঙ খৈবা তোক্লিবা? ও! মৈবীসিনা কয়াদা পেনজনা চাকথেক্লিবা মীনুখাংগী হৈজামপেংশিংসে। চাকথেক্লো চাকথেক্লো তাঙ্গোই তানা ...”

(লৈপাকলৈ শদৌ থোংনা) “শকহেনবী, কবিনোনে মৈ থাবিদুবু? কাঙহীদাক মনম নমইদা ইমুঙসে।”

“ইমা চেথি চেগুম মৈ থাদোকপনি। য়াইখোম্বনা মাগী বোইশিংসে ইবা লোইবে হায়দুনা শেগায়দুনা শান্নবন্নিমাল্লেনে।”

“ইশুনবো, ফৈএ – ফৈএ – ফত্তববু মৈ থাদোকপদি। মোংসু মোংত্রে। মিবাংসু থাংদ্রেদনা। থবক শুবা অঙাংশিংসে লোইশিনবা তানবদা হুমাং ফাওবা তৈথোকপা শংদে। অমগা অমগা লৌতান্নদে। ব্রা ব্রা নোক্নুনা ঙাইহাক্তবু ফমদে নুংশাসিদা শুবিবা নোল্লিবা। তল মচেং অমত্তনি চাগ্রিবা। য়েংহৈদ্রেনে। চাক্তুবু শীজথোক্লবা তৌবসিনে।”

“হোয় ইমা থিদুনা থল্লবনি। অঙাংশিংদু কৌজবরগে।”

অত্তৌতোনখোয়গী অরাং অপা হাপ্তুনা চাক শীজরিঙৈ চৈবক্তা চীংখৈ গাড়ী থৌজীল্লকই। শকহেনবী হাথু হাথু ইক মায়থনবা ফদি পুথোকই। চীংখৈ কাদা লৈবমদবদুদা কোয়না য়েংলকই। হকচাং শেংফম কাগী (লেত্রিনগী) খোঙ লোনবগী খোঙ্গেল তাবকই। চীংখৈ চঙলকই। শকহেনবীনা পাথংনা, “হকচাং নুংঙাইবীদ্রব্রা? কবিনো ঝিগা অমত্তা হোংদনা?”

(শুগৎনা চীংখৈ) "ঙসি নোংমা নীনিসে উ মোবোক চাবদৌনা থজীনসে ইশাও শাউগৎলি। চন্নীংসিসু নূঙ লৈবব্রা কবিনো খঙদে ইয়েকতা য়েকই। খবা ফগদ্রা চঙলুবনি। লৈকাংগুম্বা ঈগুম্বা খবদি উই। ইতোন ওইদৌবিব্রা কবিনো, নুংঙাইফম খঙদে হকচাংসে।"

(খ্বায় লাউনা কদায়দৈনো খঙহৌদনা ঈহৌবকপা পিবাংনা তোপ তোপ অনীরক তাখিদুনা খোঞ্জেল নীক্লা শকহেনবী) "কবিনোনে হায়রিসিবো? হকচাং ঙমদ্রগবু চেকতুনা লুবিব্রা? হৌজিমক লায়েংশঙদা চত্তবা য়াদ্রে। চাক্তো চাথোকপীকবো। ঙসিদি ঈকবগুমসি।"

"নখোয়গী, হৌনবীদু তৌবক্লনু। চুম্নদা মোবোক চাবদৈ তৌবসিবো। মোবোক্তো নোংমা নীনিসিদা চাবগুমসি। নঙবো ঙসিফাওবা ঐবু হীদাক (গুল্লী) চাবা থেংনগ্নব্রা? অনাববু লোত্তুনা থম্বা ঙম্লা? নাবু নাববা ঐ সিদা লৈবে ফন ফন চোংথোকচবক্কদবদুবু কোয়থি থিকখিগদ্রা থৌনাইদবদৌনা। কান্নদে, খূদৈদু পীবকউ ঈকককখিগে।"

"নঙনা ঙম্লক্রুদি কবিনো তৌগদবসিবো?"

পীনিংদদুনা পায়শিন্দুনা থম্মী খূদৈদু শকহেনবীনা। খূদৈদু তাপ লৌদুনা পুখ্রে চীংখৈনা। উপাই লৈতদুনা চাখুম চঙলক্লে শকহেনবী। ঙসিদি চানীং থকনীংবা ইপোক পোক্তে। ঙহালমখৈ ঙাইঙমদনা হেক হেক চাবদু ঙসিদি চাক্লুক মচিদা উংদুনা ফম্নদু উবদা চানা চানা লৈপাকলৈ হায়বকই, "নশাদু ঙমদ্রব্রা চাক্তো চাবোনে।" "তল খবা চাশিনখিদুনা চাকসে লামদ্রে" হায়দুনা থৈদুনা খুম্মী। চীংখৈ চঙলত্তুনা চাক চাবা হৌই। শকহেনবীবু য়েংলগা হায়বকই,

"থেঙলনি নঙসু চাবোদনা।"

"কবি হাপলকখোগে?"

"মহীদুবু লৈহৌবিব্রা?"

"ইবুংঙো, সে খামেন অশিনবা থোংবসে খূদোল লূপত্রিবনি। অশিনবসে ঙসিদি ঐ চীনবানসে পোকথোকপদৌনা তৌই।"

(শকহেনবীনা পুশিন্দুনা পী) "সে, কোবী থোংবসিবু থুম য়াক্লমগদ্রা খঙদেনে।"

(চীংখৈ চানা চানা) "য়াক্তেহে। য়াম্না হাওই। করিনো নঙগী শকক্তি? মসিদি য়ামল্লিদনা। সে, সিনা নঙগী ওইবো। চাবো চারো।"

চীনবান লাওবী মবৈ শাংবী চাগন থক্লনবী শকহেনবী খুদোনতমক লৃপ্পুনা তংই ওসিদি। চীংখৈ হেক হৌগংখিবগা মাসু হৌগংলক্রে। চীংখৈ চাকখুমদে হেক থোকখিবগা মখূত্তু মখূংনা তৈথোক তৈথোক্তুনা পোংয়োনশঙগী য়োংকী উপু শোদু ফৃবিংখাউদা শং হাপচিল্লি। শকহেনবী চাকখুম লোইশিল্লিঙৈ মপাম্বোম ওইথংবৈ মকদু ফন ফন চোংলকপদুদা মখূং ওইনা পায়দুনা চুপলি। চীংখৈগী গাড়ী থৌদোকখিবৈ খোঞ্জেল তাবক্তুনা চাকখুমদে চেম্থোবকই শকহেনবী "ঙাইখো ঙাইখোও" হায়দুনা। চীংখৈনা থৌখিবনা হাল্লে। লৈপাকলৈনা কবি তৌবগে হংবদা ইকায়বা খাঙলগা কোন্না হায়বা য়াবা ৱানিদা ইমা হায়দুনা চাকখুম চঙখ্রে। মোবাইল তাপ পায়খত্তুনা তৌবদা উপু মথক্তে মোবাইল খোঞ্জেলদু তাবকই।

শানৌ চঙলকই। শানৌ লাকইদি খঙহল্লগা হান্নগুম তোবো খোয়দানবদি ওইদ্রে লৈপাকলৈগা। ইমুংদা দোং চঙলক্রে। পোংয়োনশঙ শাফমদা শাবিবশিং চেপথ চেপথ য়েংদুনা লৈ। মায়দা কাবকপা হূমাং মবীক্তি তৈথোক নাম্থোকপদি লেপ্তে। মতম লেনবদা ওম্থোক্লা অৱাবগী মশক্কি। অদুবু শকহেনবী থোবকপা উবদা অৱাবদো কাউই শানৌ। "ইমা চংলে" হায়বা শকহেনবীগী ৱাহৈদু থবং কহূংলি লৈপাকলৈনা, "হায়হৈদেনে। চংলুখিগে হায়য়ুনে। হয়েংখৈদি পোং য়োনবগসে চংলনুকো।" শকহেনবী মনেমদা ফল্লপ য়েংলল্লগা স্থূটব মনীংদা কাখংলক্রে। শনহেনবী শং শং চংনা চংনা লৈপাকলৈনা চিংনা য়েংহৌবদুগী ৱাম্থোক নুংদা তাক্লি। অদুনা লম্বেলদা শানৌনা ঙাঙবদু থোইনা তাকদ্রে। হংদা হংলক্লসু হোবেল হায়নসি হায়বদুদা হংলুদ্রে। পোংয়োনশঙ য়ৌখিবা খঙহৌদে। শকহেনবী য়োংকী থোঙগী (শটরগী) শোদুদা শ্বায় লাওই। চপ লেম্নী ফুম্বংননা। হায়বকই,

"শানৌ! য়োংকী থোঙসে (শটরসে) ফক্লায়বল্লে।"

"হা! ৱাইখুসিসু লোল্লমদ্রেনে। শোমগী য়োংকী থোঙগী শোসিসু ইকোম কোন্নল্লে। ঙবাং মসি লোল্লম্মীদা। তাচৌনদি লোনবনি মদু।

মবক মরক্তা হেক হেক য়াগনদবনি মসি। মদুদা লোল্লমদ্রবা জাৎলা তাচৌনা।"

"হোয়নে অতৈদি ইকায় কায়বমদে। মসি মথল্লা হাংলিসিনদি নঙ তাচৌনা তৌবা শোয়দনা ওইগনি। ঙবাংবু ওইবে ঙসিবু ওইবে।"

(য়োংকী থোঙদু চিংখৎনা) "ঙসাই তাচৌনা পোৎ লৌথোক্লগা লোনবদা য়াবক্তবদে লোল্লমদবসু য়াই।"

"ফবে। ওইনিংবা ওইজসনু। শানৌ ঙসিদি নতৈমা ব্রা হায়গে। মুন্না তাও। তিন য়োংথনা খল্লু।"

(মহৈশা ঙাঙদবা ব্রাঙাঙদুদা পাখৎনা লক্লবকই) "ঙসিসু কবি লীলা শান্নসিগে? কবি লীলানো? হৌবসে..."

"(সেম অমা লাইদা কৎতুনা মুকম মুকম শোল্লকই) লাঙগনু অঙাং। হে মপু ইবুংঙো ..."

(পোৎ চৈ কনথোক নাম্থোক্লা শানৌ নোকমি নোকমি শকহেনবীদা চেপথ চেপথ য়েংই। হন্দে –) "ঙসিদি ঐগী মীৎনবা কবিনো ফৃবিৎ অচোনবা লীৎপা অনোক উম্লদু উদেদা।"

"মখে লাংলবা খেনমদি শোয়দ্রে শানৌ। মনুংগী কাদা ব্রাবী তৌসি লাকউ।"

(তখৎ তখৎনা শানৌ শকহেনবীগী মকোক্তা লামগুম তৌবকই) "ইতৈমম্নাসিমা –"

"নঙবু হিগৎকন্নুনে শানৌ। ফম্মুনে। হো অদুমাইনা তুমিন্না ফম্মু। শুম লেঙদনা ফম্মুকো লাকপ্রা য়েংউখিগে।"

"হোয়নে, ইতৈমম্না।"

থীন্দনা চঙলকই শকহেনবী। থোৎ নৌথবকই,

"শানৌ ঙহানখৈদি নঙনা হায়বদা ইতৈমনা য়াদবা কবি য়াওখি। ঙসিদৈদি ঐনা হায়বসু নঙনা য়াবা তাই।"

"হেবো ইতৈমা। ঙসি ফাওবদবু ইতৈমনা হায়বদবু য়াখিদবা য়াওখ্রব্রো?"

"বা থেংলক্রনুকো। মুন্না তাও। পুন্সিগী কাউগনু। নুংদা খবসু হকপা তম্মু। মুন্না তাদ্রবা কুপ্না খম্ব্রবা নুংদা হক্রবোই। তয়াং তশোইবনি। মী ফৌহাম্নি। তাবা তম্মু। লুম্না ঙাওউ। নঙনা ঙাঙবদা হায়বদা ঙসিদৈ মীৎকুপসিদৈ নাসিনা তাবসু তাববোই। য়ুংলিবা উচুংদা বারী শাবনি খল্লো। খনবতা নত্তে ওইববনি। ঐনা ঙাঙবদা তাবা তাদবনা নঙগীনি। অদুবু, ঐবু শোকপা য়াবা ঐগা মবি লৈনবা হীবম অমত্তদা হিক্তোক্রোইদবনি। হবাওবা য়াবা তম্বা তাই তৌদবসু তৌবোইদবনি। অদুগা ..."

(ইঙক ঙক্লা) "ইতৈমা! ঙসিসিবু ঐবু মঙলা তাইবংলা?"

(হেন্না তপথবকই শকহেনবী) "অশুক য়াম্না লমফাংলা মীওইবৈ পুন্সিসিদা লম্বেল অনীতনি লমথুংফম তম্লক্কদবদি। অমনা অপাম-মিহৌগী ঈপাক্তা মালং শাহুম্না হুম হুমদুনা কোয়পু পুবগা কোয়তাও তাউবিবা কাওশিঙগুম মং মংনা মংনা মঙফাওননা মংলৈবাক তম্বা অমা। অদুগা অমনা অপাম মিহৌগী হিদেনদৈ থেঙল অহীংগী নোংলৈগী শাফুল্লক্তা ঈবাক্লদুনা শিনীংচিত্তা হিংহৌবগা থরায়সিতবু কলহৌবদি হায়দুনা নোংদোন কোবৌগী মশকপু উজনিং তোর্বান তম্না তাইবং লম্বেলদা চংপা হৌবকপা হিবোইদুগী হিমায়দুনি। নঙসু খল্লুনে কবম্বনা ফৈ।"

"ইতৈমদুদি কোক থুগাইবা রানিদা। পুন্সিসিদি হোইয়ো নোইয়ো নাইদবনি। ঙসি শিনি হয়েং শিনি কনাসু খঙনদে। ঙসি হঙ্গাম চমথোং চাবগা হয়েং ঙারেন চানি খনবা বাখলগী নুংঙাইববা মঙলানগী য়ুম মথোন মথোন শাবদুদি মঙলান্দুনা মীৎকপ থোবকপদা নীংখায়খ্রদবনি। তম্বা ঙমদবা তাইবংসিদি মীৎমাঙদা তা তাদুনা থেন্দুনা থল্লিবা অহাও অহাওবা অথুম্বা অয়াকপা অশিনবা অতাওবা মথেল লুকোইশিংসি তুজোন্নবা লৈয়েংসিনা মহাওদু তং তংদুনা নুংলোন কয়াৎলোনবু (ইন্দ্রীবু) অবাবা পীদনা নুংঙাই মঙলান মঙ মঙদুনা পুন্সি তোল্লোইনা

ঈপাক য়ৌবদুনা যম্রা খল্লিদা।”

“খলহৈদবা মকনা মপাল লাং পোমহৈদা হৈবোললনা হৈপাল তম থিন্দোবক্লিবা ময়োল লুনৌ ঙবাংগী মঙলান্নি। ঙসি কেন্ননি। হয়েং য়ৌররোই মতু চোন্নবা কয়াংলোনগী নিংঙাই থম্মোয়গী নিংঙাই নত্তে। তাং তৌরিবা নুংগী ওইবা পাউখোংদুনি য়েংহৈদ্রবা চাহৈদ্রবা আদামগী হৈতুপ্না তাইবং পুম্বিদা চল্লিবা যোঙঙমদ্রবা যোঙখ্রবা পাউখোংনি। তুজোন্না কয়াংলোনবু মনীং তৌহনবদি লম্মৈগী মবৈ কোটিবু মনীং তমহনবনি।”

“অদুদি চাহৈ উহৈদ্রবা হৈদুবু শেম্বীবা মপুনা কবিগী তাইবংদা হৌহনবীবি।”

“পাউখোংনিনে পাউখোং যোঙঙমদ্রবা। যোঙববু ঙমখিগদ্রা মীনুংশিনা লাঙ্গোই চনশিনখ্রবা লানবুঙসিদা? অদুবু, কবিগুম্বদা ঙসিগী মীবোললনা যোঙবা ঙন্নবা হোংলক্লিবা মতমগী য়াওল্লক্তা খোঙচং কায়ববা মালেমসিনা অঈং অশাগী খল কায়বক্তুনা উংশিনবগী খোঙজেল য়াংখংলক্লগা ফাবিবা পুংজৈ মতোন অনীদৈ নাম্বোবক্তুনা মালঙ তবংদা উঙলিবা মিতম্বালগী খুং ওন্দুনা লৈখুনদা (নোবোক্তা) তাবগা য়োংখোক লানগী মৈবী মৈরায়হন্দুনা তাঙ্গোই তাহনবদগীদি কনবা ঙমগনি। কান্নদে শানৌ, ইশানা ইশাবু অচেনবা বেলগাড়ীগী ঈখৌলাংবা কোকহনবা অমুবা কোইলাদু খক ওইবোইসি। বেলগাড়ীদুবু মমায় চুল্লিবা লেপহননিংবগা লেপহনবা চংহনিংবগা চংহনবা ঙম্বা মদুবু থৌবিবা মীওইদু ওইনবা হোংনসি। হোংনবদবু ঙমদবা লৈব্রা?”

“ইতৈমৈ বাদু বাতোন লোমখ্রে।”

“অদুনা নঙ ঙসিদৈ মফমসিদা চঙলকপা য়াববোই। য়ুমদসুনি। য়ুমদদা নত্তে। মালেমগী মফম অমত্তদা নঙ ঐ থেংনবগুমসি। হয়েংমুক্কী মপোক্তসুনিকো। শানৌ, ঐসে য়ুম পাল্লিবী নুপীনিনে নুপী। ঐ য়ুম্বুবেনবীনি। ঐ ইপুবোইববু সেবা তৌবিবী য়ুম্লৈমনি। নঙনা কবিগী খঙদবনো?”

"ৱাফমদুবু হেক্তা য়াবদ্রনে ইতৈমা?"

"কান্নদে, নঙ নুপী থিবো ঐনা হায়বিসিনি। নুপীদুবু হেক থিববা তাইবং পোৎলুম পুমিন্নবদবনি। কয়াম য়াংগে য়েংউ। মদু তৌদ্রবা তাইবং পুন্সি লম্মখাংদা অদুসু নদোম অথেঙবা থাশি অহীংগী নোংয়াই ইতুদা থৱান কোতিগী মঙালবুসু উপাল ৱাপাল খিবীক্লা তান্না তান্নদুনা লুমশিনখিবনা লম্বেল উদ্রবা চীংমায়দুগী তিংখং তুপ্পৌ মবক্তা চীংদোন তম্না কাখৎলকপদা অকবা লোকচপ অমনা মাঙদা থত্তুনা লৈবন্নবদা ঙাইহাক চঙক মায়ঙক্লবিঙে চবান্নবা কৈজাও হৌদোক্লদুনা মীৎকা মীৎকা মীৎচান্নবকপা মীৎকৃপ্পুনি মীৎকৃপ্রো। নঙনা কৈদুদা কবিনো তৌকগদবা? কৈদুনা অদুম তৌজবক্লদবনি। লোক্তুবু লানবগী অৱাবদু নৌহৌনা নঙোন্দা লৈববোই। মসিনি মীওইবৈ লীচৎ। নুপীদুদা থিয়ু তাইবংপানগী অনীশুবা মশক্তু উবা ফংবনি য়েংউ। অনীশুবদুবু উববা অহুমশুবদুদি শোয়দ্রে। অদুদৈদি মথং মথং য়েংদা য়েংউনে তাইবংপানগী ফজবসে শানৌ।"

"থাজদনা ঙসিদি ইতৈমশিগী চীনবান্দে থাজকদ্রবা অক অকবা ৱাহৈ কয়া কাঙথোকপীবকপা ননাওগীদি মঙাল অমা ফংজবে। তাইবংগী অমম্বসে কয়াদি ঙাল্লবা। তৌবা ঙম্বসু ওইজগে। ঙমগনি হায়বৈ থাজবসু ইতৈমদা পীজবি। অদুবু ..."

"কবিনোনে দোঙ দোঙ হেক্তা হায়দোকউ। নুপা মান্দেদা।"

"কবিনো খঙদে। ঙসিসে পুন্সিদা অমুক্তা থেংনখিদ্রিবা ফোঙদোকফমসু খঙদবা অৱাব'মনা ৱাখলবু তম্মদুনা পৃক্লীংবু ফাজিন পুনশিনবীদুনা থম্মোয়বু থুগাইবীবে ইতৈমশি।"

"অদুবুনি কায়নবা খঙউ। খাঙবা তমউ। খাঙল খাঙলগা চৈনাদু কাউবক্কনি। কায়নবা অমগী পনখৈ লাল্লগা থুংনবা অমগী চৈখৈ লানশিনগদবনি। মদুগী মঙলান্দা মীওইবনা মাঙলোমদা পুন্সি হিনাউসে হিমায় চুমগদবনি। নংত্রগা করিসু লৈত্রবা ঈথক মচা অমগীসু পম্বদুনা তেংথাদুনা লৈথোক্লবদি তাইবং ঈপাকসে করম্না লানগনি। নুমিৎ তাখিবনা হানবা তাবনি।"

"অদুবু ইতৈমা, পুক্নীংগী অপাম্বা অমখক থম্মোয়দৈ পাদুনা চীনবান তম্লকপদা ব্রাখল নোংলৈনা হুমদত্তুনা যৌজেংদা পনখাংননা পন্দুনা পুন্দুনা লংলা লংজীন মাঙলবা চীনবান য়ৌঙমদ্রবা ব্রাহৈশিংসে ফোঙওমদ্রদি পুন্সিসিদা থম্মোয়সিগী লমন অমদি তোলহৌবা তাবে অসুম্না অসুমক ..."

(শকহেনবী মীৎলু ঈবা ঈহৌনা) "শানৌ ঐ নঙবু থম্মোয় শেংনা নুংশি। ঐ কবি হায়গদবনো খঙদ্রে। ঐনা খঙই, নঙ ঐগী ইপ্পা নত্তে; ইপুবোইবসু নত্তে। ঐগী লমহেন্না থম্মোয়সিনা নুংশিগনু হায়বসু ঙমদে। কবিগী ঐনা নঙবু থম্মোয়নুংদা লোৎনা লাৎলিবনো হায়বসি ঐনা ঐগী থম্মোয়দা তত্তনা হেক হেক হংলিবনি। ঐবু কবি তৌ হায়বিবনো শানৌ।"

(শানৌনা শকহেনবীগী মবেংজুম অনীদুদা তপ্না পায়দুনা) "সে পুন্সিগী অবোইবা ওইনা অমুক্তা ইমীৎসে পেন্না নঙগী মায়থোংসে য়েংজদুনা থম্মোয় নিংঙাইসে থেমজগে। নম্মীত্তো ঐঙোন্দা অমুক্তা য়েংলকউ, সে, সেবা ..."

নুমিৎ থা থব্রানশিংগী অঙানবা মঙালনা তম্নবীদ্রবা অশুকপা লোক্লুংগী অহিংবা নৃঙজাওদা কাবিবা ঈশংদু পুমচোৎ চোৎলকই কংনাইদনা চেম্থোবকপা লেপ্লাইদবা ঈচেলগুম তপ্না তপ্না হৌনকবা তৌদনা মবি মবি চেম্বক্লিবা অব্রাংবা চীংমাইদগী ফাজীন পুনশিনবা ঙমদ্রদুনা ককপীদ্রবা কপাল্লিক্কী শম্লাংগুম চোইজাইননা য়াম্থিবিবা উবাশিংদৈ। শানৌনা শকহেনবীগী মায়থোংদা লংখৎনা কাবক্লিবা হুমাং মবিকশিংদু মখূৎমক্লা তপ্না তপ্না তকথোকপা মীৎকৃপনি, মৈগী চীংনা খঙহৌদনা পোকখায়বকপগুম য়োংকী উপু মনুংদগী চোংথোবকই চীংখৈ। শানৌগী মশমদু পায়দুনা ফম্মাংদা চিংথৈ। ব্রাংনা কাউখৎলুববা খোঙগাওবী বোলনা লৈমায়দা তাবগুমই। মমায় মমীৎ খঙদনা পংথা থাজীনবদৈ য়াওশং অবেব তৈবদু মঙায়বে। উতৃপ তাগুম লৈগ্রে শানৌ। চীংখৈনা লুখুম মোমপাক মখাদা লোত্তুনা থম্বা মনংগন্দা থাঙগোল ময়া পানবা শমুবাই মচাদু লৌথোক্লুনা শানৌবু থিন্দৎকদবগী ব্রাংনা থাঙ্গৎলিবদুবু উবদা শকহেনবী হৌগত্তুনা থূক্কৎনা মমীৎ উইশিন্দুনা "ইমা!" হায়না লাউদুনা খাঙই।

ঙাইহাক লৈবগা ময়া ক্রক ক্রক চীক্লগা ঙাঙবা চীংখৈগী ৱাঙাঙদুনা তপ্না পাঙথোকহল্লি অমুকসু,

"হে শা, নঙক্তু মতূপ তবেং থোক্লা ককথৎলগা গ্রীং গ্রীং চোংদুনা জগোয় শাবদু য়েংলগসু ঐগী থম্মোয়না পেল্লোই। নথীবোং নবীলবোংদো হোগায়বগা চিংথোক্তুনা য়ুংথায় থায়দক্তুনা খোঙয়া উফূলসিদা য়াইফৌ ফৌদুনা মচেং মচেং ফক ফক্তুনা চাবসু ঙম্মী। অদুবু, ঈহিং নাইহিং তৈববা ইশাসিদা ঈদুদা শৈদাংলগা মহীকশিংদুনা ফাওজিল্লক্তুনা কুমলায়না নাহল্লগা শাহিং ঙাহিং চাদুনা উমংদা কোয়চেন চেন্দুনা হিংবদু ঐ পামদে। অদুগা, নঙবু, নঙবুনে, য়ূমতাক কৈতাকপীসিনা য়াম্না নুংশিজবা মতৌদুদা ঐনা নঙবু কনবীববনি। নঙখক্তে নবালনি খল্লুবদি ঐগীসু ইবাল ওইনি। অদুনা চৎখ্রো, ঐবু মীহাৎপা তাহনগনু।"

শানৌগী মশমদু লাক্তুনা চিংখৎলগা থোঙজীনলোমদা শ্রো শ্রো চিংথোবকই। খোঙপাক্লা থোঙজীন্দু লান্না কাওথোবকই। হন্না য়েংদনা চঙলকই চীংখৈ লূম্না থাংবা খোঙথাংদা। শানৌসু শেকৌ শেকৌ চৎখ্রে। উইশিননিংদ্রবা মমীত্তু উইশিন্দুনা শকহেনবীনা খাঙবদু য়েংলুদনা ঈ কাববা মমীৎনা শংত্রিক তবং মালঙদা য়েংলগা চীংখৈ তপ্না থম্মোয় ফূক্লা মুকম মুকম শোল্লোকই, "হাৎকদ্রা? কনগদ্রা?" শোম্থাংনবা ৱাহৈদুদা শকহেনবী ফুক হৌগত্তুনা মশম মনাদু ইফা ফা চীংখৈগী মখোঙদু চেজেং কোল্লগা, "হাৎলু, হাৎলু, ঐবু হাৎলু!" হায়বা শকহেনবীবু খোঙপাক্লা মথবাক্তা কাউরকপদৈ হিদান্দুদা মমায়না য়ৈশিন্দুনা য়াথক্কী য়ম্মাং অনী তেক্লগা ফম্মাংদুদা ফুনগৎতুনা থিংলিবা ম্নবদু থবেং থবেং হোন্দুনা খাংঙি। ৱাখলদি মাঙদে। খোঞ্জেলদি থোকখিদ্রে। শাবুং শাবুংবা চেম্ববল্লিবা ঈদুবুসু নুংনাংলুদ্রে। অতেকপা য়াদুদনি য়ানুংদৈ কামথোকপ্রিবা। চৈনা হায়বদুদি অমত্তা ফাওদ্রে মশাদা। মঙগুমখ্রে। থোইনা হেন্নদুম চীংখৈগী অহকপা ৱাহৈদুনা থৱায়বু হকচাংদৈ তানথোবকপগুম তৌই শকহেনবী চৈরক্তুদা,

"নঙগী শুপ্নতগী ৱাহে অমখক্তংনি ঐনা ঙাইরিবা। মদু হায়রো।"

(খৌনা ফনা) "হাৎপীবো! ঐবু হাৎপীরো, ঐ হিংনিংদ্রে।"

(শিংলি পাবল থোক্লা) "ঐবু শণ্ডলিংব্রা? হ্য? এ! ঐ নণ্ডগী শণ্ডলিংবনি। অদুদি ..."

"হ্যাংলু! হ্যাংলু! হ্যাংলু!"

চীংখৈনা শকহেনবীগী মণ্ডক তাপ হেক পায়বৈ তাঙ্গানি, লৈপাকলৈনা, "ইবুংঙো, ইবুংঙো," হায় হায়দুনা চণ্ডলকপদু। লফোই মকু হুন্দোকপগুম পদ্রাক থাদবকই শকহেনবী। হাথু হাথু থোবকই অশাওবা ফাজিল্লগা চীংখৈ। মমাদা তগ্না হায়বকই,

"কবি হায়গে ইমা?"

"চেক্কো থাবা লোইহৌবে। লীশিং অহুম পুবকহৌবে। কানচিপুবগী নমান্নবদুনা নণ্ড লাকমন্দবদুদা গাড়ী ব্রায়বগা থাবকপনি হায়নে। টেলিফোন তৌবদসু শুকপাই পায়খৎলক্তে হায়। ঐনা তৌবদসু পায়মন্দবদগী পাবু পাখৎলুবেনে ঐদি। গাড়ীগী লুপা লীশিং অনীগা চামণ্ডাদুগী ঙাইদুনা লৈহৌবি। চামণ্ডাদি ইমাদা লৈবে।"

"সে, সিদা লৈবে।"

(খণ্ডনিংনা) "শানৌগা শকহেনবীগদি?"

"শানৌদু হৌজিক্তা থোকখিবনি। মাদি মনুংদা লৈবমগনি।"

(হঙ্গোইবপ তৌনা) "ইহে ঙাইহৌবিবনিনে পৈশাসে।"

লৈপাকলৈ থোকখিবগা চণ্ডলকই মনুংগী কাদা চীংখৈ। ব্রাদি ঙাওদে চপ লেপ্লগা শকহেনবীবু খানা য়েংই। শকহেনবীগী পিবাং গুমভীবগী পিবাং ওইনা উবকই। চেঙ্খরিবা ঈখেংসু তৌশিন্নবা তাংকী থুমহিগুম খল্লকই। মহাও খুদিং লৈমায়দা হৈদোকব্রে। অচুম্বে মফম মাঙখ্রে। লৌনম নমথাক্লা মীনম্বগী জগোয় শারক্লে। শকহেনবীনা লৈমায়দা থবো থবো ওন্দুনা, "হিংনিংদ্রে – হিংনিংদ্রে – হিংনিংদ্রে ..." লাউ খোংদুনা মখূৎনা মবায়বক্তা থোমজীনজবিবদু অঙাও অফৈ ওইনা উবক্লে। মমানা অশাওবা পুন্না খোমদুনা লোকপ্রবা চীংখৈ মিহুন খবা তপথবক্লবনবা কবিনো শকহেনবীগী অঙাওবৈ খোল্লাওদুনা

অকোয়বদা অকায়বা ওইবক্লদা চিংনবা ফাওবকপগুম তৌরকই। মশা শাগল লাক্তুনা কাদুদগী ঈছোক্কে খন্না প্রগ প্রগ চঙশিল্লকপবু মনাক্তা চপ লেপ্তুনা লৈরে। মঙক হায়বকই। শিংলি পাবল থোক্লববা খৃৎশা খৃত্তুম তাশিন্দুনা খাঙই। তপ্না মোং হাদনা হায়বকই, খয়াৎ চিক্তুনা,

"ব্রাহৈদু নঙ হায়ববোইদ্রা?"

"কবি হায়য়ু হায়বিনো?"

" নঙদি শানিনা মীবোল থোক্কে নৎত্রা? ফরে চৎথ্রো। ঐগী ওহানমুক্কী মপোক্কী তৌজমন্না ঐনা নঙবু মপোকসিদা থেংনবনি। ঐ য়াই। ঙসিদগীদি মপোক খুদিংদা থেংনবগুমসি নঙ ঐ। মপোক খুদিংদা শাহিং ঙাহিংনা তম্নগে খনগনু। নুংশি হৈতবা অচাকপা মৈবীবু পামজকবা নুংশিকবৈ থম্মোয়নুংদা কোন্দুনা লৈবা থম্মোয়সিনা নিন্দা তৌবোই। অদুবু ঐগী পুন্সি মতেক খবসি য়াইখোম্বগীদমক হিংখিবা পাম্মী। অদুনা সে ব্রাইখু শোনি। (শোদু লাক্তুনা লংশিল্লি) নঙনা লৌনিংখৈ লৌখো। খোমজীন্দুনা হোল্লু নুমিৎ চূপ্লা অমা নপামদা। ঐগী মীৎমাঙদা জগোয় শাদুনা অশাও মৈবীগী মৈরানবী ওইগে নচাবুসু মাঙহনগে খনগনুকো। মীহাৎপা নত্তে ঐ।"

চীংখৈনা লূম্না থাংবা খোঙথাংগী মখোন্দুগী মমাঙ থাদুনা চৎখিবদু চিংনা মীৎয়েংনা ফাবা নত্তনা ব্রাহৈনা পাঙ্গল থোক্লা খান্নুবা ঙমদ্রে শকহেনবী। পীক্লবা চেকপল মবিগী কাখু অদুদা কোয়না লৈদুনা য়েংবদা কবিসু উখিদ্রে। ইহাঙ হাঙলে লৈকংলাগী লমলেমসে। উকবা খুদিং মমি শান্নক্লে। মালংবনা মক কোক্লগে হায়দুনা শন্নাং ফোয়বক্লে। ঙসাইমখৈ মমীৎ কৃপ্তখৈ মঙক তিংখত্তুনা য়েংলগা লৈরম্না বম্বনা মতীল শীৎথবক্লে। তাবিবা খুদিংনা থম্মোয়দা তাশোন্না থিল্লক্লে। থেংনবিবা খুদিং উনশাদা পতুম্না য়ুবক্লদুনা হৌগত্তুনা ফম্মী শকহেনবী। কবম্না হৌগৎখিবনো খঙহৌদে। তাপ পায়কই পালংদু। মঙক লৈথোক্তুনা কোক্তোন্দে ত্রোং ত্রোং হৈথরকই কেবোশিন্দু। ফাকবা শন্নাং ফাজীল্লকই। ফি ফৃবিৎ ফনেক্লা চুপশিনবা ঙমহৌদ্রবশিং চাইথোবকই লৈমায়দা। হিদান মচাদুদা ঙাইদুনা লৈবিবা মৈখেত্তু পায়খৎলকই মখুৎ য়েংনা। মরুদু মখুৎ ওইনা পায়দুনা মমাবু কৌবকই। "হো ইমা! ..." মচাবুসু উরকই শংশং। নাকোং শিংজা য়ৈ

লুশম মেত্তুনা তাল্লকই চীংখৈগী অরোইবা বাহৈদুনা, "নচাবুসু মাণ্ডহনগে খনগনুকো!" লৈমায়দা তাখি মৈখেৎ মরুদু। খোঞ্জেল থোবকই হীক্লা হীক্লা,

"অদুদি, ঐ অমনা পোৎয়োনশঙসিবু মৈনা তুম্না চাকহল্লোইদ্রা। অদুদগীদি অকোয়ববুসু উৎ ওন্না তাঙ্গোয় তাহন্দুনা শিরসু মকনা যূববু ফবিব্রা? মমল লৈত্রবা ঐগী থবায় হকচাংনা মালেমসিদৈ মাঙখিবদা অতৈবু মাঙহনববু চুব্রা? অদুদি ঐ কবি তৌনি? ওঃ মানা ঙসাই পায়বম্বা অশাংবা থাঙশাং অসিনা লমহেল্লবী থম্মোয়সে থূম্না খিনজিনজদুনা ইশা ইথন্তা ওৎখায়জবগে। বাবক্কে। মদুদতা পেল্লদবনি পুক্লীংসিনা। মানসু ঐবু পেনবীববোইদ্রা? হে থাঙশাং নঙশে কয়াদা নবায়বক ফববা। নঙনা ঙহানমখৈ লোৎনা থূপ্না ঙাইবমলিবসে ঐতবু নৎত্রা? অদুবু হে থাঙশাং নঙগী লাইবক ফবা নুমিৎসিনা ঐগীসু ওইবগে লাইবক ফবা হায়বদো। থবায়সিবুদি ওৎকুমসি। মনীং তম্না পাইহনখিসিকো। ঐগী থবোম্বীদা চেল্লিবা ঈখেংসে খৌবোম থন্না থক্লো লাকও – সে – হে থাঙশাং –"

থাঙদু থক থক নীক্লবা মখূৎমক্লা মতোমতা খিনজীনজনবা বাংনা থাংগত্তুনা পনখৈ য়ৌবমদাইদুদা, "বাঙ!" হায়বা নীক্তুনা নাকোং পঙশিনবা বোম পোকখায়বৈ খোঞ্জেলদুদা খংদুনা থাঙদু লৈমায়দা তাখি। থংনবা পোৎয়োনশঙদা ফক্লাং নীংখাইবগুম্বগী "বম! বম!" খোঞ্জেল তাবকই। থোইনা মীপাইকদ্রে শকহেনবী। মীয়াম কায়দুনা কা মনুংদা চেনশিল্লকপশিংদুনসু তম্নবীবা ঙমদ্রে নৌহৌনা। মীত্তা শংশং তম্নবকই, শানৌবু চীংখৈনা থাঙশাংদুনা খিন্দুনা হাৎকে তৌখিবদু। মথন্তা খংহায় হায়দোকখি মীয়ামগী নীল খোংবা মবত্তুদা,

"এ! থাঙশাংসিনা ইথন্তা খিনজীনজদুনা শিজবল্লবদি শানৌনা শোয়দনা ঐবু চীংখৈনা হাৎপনি হায়বোইদ্রা? হায়দনিংঙাই বা লৈতে। মাসু চেনবদা হিংলোই। মাবু মীহাৎপা মীনি শোয়দনা হায়বোইদ্রা? অদুদি? ... ওঃ লৈবে লৈরে – শোসিনা লোনশিল্লল্লগা হোবেন অঙাং ওইবিঙেদগী চাউমিল্লবক্লবী হৈনৌদুদা থৌবিনা ইমানা তূমখ্রবা মতমদা – করাম চাউর থৌবিসে – হা! – হা! – হা! ..."

# ৩৮

চীংখৈ মশাদু হাইবাং হাইবংই নুমিদাংগী মনিললনা। মমাবু কিবদৈ পোৎয়োনশঙদু থোঙদি হাংলি। নুংশাগী মঙালনা য়ৈবদা মমীৎতু শুগত্তুনা ইবং লংখত্তুনা উবিবশিং মশেন মবাংই। ঘড়ীনা "কাং কাং" মাপনগী পুংজা য়ৈবকই। মাগী চেকশিন্না লোনজবা উপুমচাদু হাংদোকই। ওত্তুনা থি। থিবা ফংদদুনা ঙাইহাক্তি "উম" হায়দুনা চোকথনা ফম্মী। হৌগৎনিংদনা তন্না চিংথবোই থাংথবোই মখূম কায়দ্রিবা বম উপুদু থাংথবকপদা ঙায়বি মমানা "ইবুংঙো" কৌবা খোঞ্জেলদুদা অফিং অফাই তৌদুনা খংথাং থাঙত্তুনা শো লোনশিনখ্রে উপুদু। মতৌ মান্না হিদানথক্তা ফম্মী। মমানা পীয়ু হায়বা ধাবাগী থাওদু হৌগত্তুনা পী। চীংখৈনা মমানা হায়বি হায়বি পূম্বা চেকখাওদা শৎ শৎ হাপচিল্লিবগী মবমসু খঙদবা নত্তে লৈপাকলৈ। হীদানথক্তদুদা মখোঙ থাঙত্তুনা নে তানা ফমথবকপদু উবদা চীংখৈ শকফম হনজিন্না পাখত্তুনা খংহায় হায়বকই,

"কবিনো মবা তানা ফমথবক্লিদুনা? নুমিৎসি ব্রাতোন য়ৌখ্রবনি। অঙাংসু লাক্লনি। চাকসু কন্না লামখৎলক্লে তৌবিসে। থাউবু কয়া চানীংদেনে। কবিনো চমথোংলা চমফুংলা অমত্তা চাসিদা ইমা।"

"ঙাইখো ইবুংঙো নঙনা হাযবিসে নমা হনুবী ঐঙোন্দনিনে?"

"ইমা হকচাংদো নুংঙাইত্রগা ঐ হেক্তা থোংগেসে। চাক থোংববু থবক্লা? অদুগীবু মবৈ মবা অমুক তৌদ্রসু ঙসাইনা হেক্তা হায় য়াদ্রা। কবি থোংঙু হায়বিনো? ঐ চঙলগেসে। পোৎ শোৎহনগুমসি। শোৎখ্রগা পীনিংদে। খৎনবা হৌবগী থবকসে তোক্লসি।"

"ঙাইখো পায়বিদো থম্মু। ঐবু হকচাং নুংঙাইতে হায়খ্রব্রা, হকচাং কবিসু তৌদেকো। শিদা ফম্মুনে। ঙসিদি ব্রা ঙাঙনসি।"

"হেক্তা হায়বো কবিনো?"

"নঙবু মী তাখিনিনে।"

"হোইনে ফল্লগেনে। কবিনো ব্লাদুবু?"

"কবিনো হায়দি কবিনো? হন্দক মবকসে ব্লা অমত্তা নে তানা ঙাঙনবা শংখিদ্রেনে। তূম্বগা চাবগসে কনখৎলক্লিনে ইচাদি কো। মাগী মমাঙগী মঙ্গী হায়ব্রা কবিনো উত্তুবী মানবদো নুমিৎ তাবা ঙাইঙমলোই পাইশিল্লক্লনি। কবিনো হূইনি খঙদে হৌদোংনি খঙদে অমুকতোইনা থোংথ্রিবা থাকথ্রিবা। নোং ঙানবদদি হৌদোকনবদা পুঙ ঝাল য়াওদ্রদি য়াশিল্লক্লে। নোংমা ফাদোক ওইবসু কদায়নো অদুসু নুংতিগী মেক্লক থাবসি মঙায়। মমিংনগা মঙ্গী কৌবে আ মংদগী লেমহৌবা শীং চাত্তবা অমম্বদা মী তম্নবা মৈখাক্তু হেক মাল্লদনা। নঙবু মা নৎত্রদি নমান্নবা লৈত্রেনেকো। মা সিদা চঙহনবা য়াদে হায়বিসিনিকো। ফত্তে হায়জনু।"

"কবিনো ইমানা হায়বিদুবু? মীনা তাখি খঙখি থোক্লো ঐবুদি মফবে। ইমাবু কবিনি হায়নগদগে হনুখঙসিদা?"

"এ! নমাদি মদুগীদমক কবিসু নুংনাংদে। মবমচৎ মবমচৎকিনি। মমাঙগী মাগা য়ুম লোন্নবা ডোক্তব ইবোয়াইমসে নঙগা থা অমত্তদা পোকমিন্নবিবনি। থোঙ্গাল থোঙ্গালসু ওনশিন্নবিবা লম্বেলসিদনি খায়বিবা। মশক উখিদববু চহীমুকপু ফাবল্লনিনে ঐদি।"

"মী মীগী মবায়বক্লনি মদু।"

"মী মীগী মবায়বক মশা মশানা মবোমদোম মশেমজবনি মালেমদদি। বল্লাকবগী মবায়বকপু কনানা শেম্বীখিবগে? মবায়থুং ফত্তদুনা লব্রাই তাংনা পোক্লক্লবা কনানা মাগী মবায়বক্তুদা শীংজঙনা য়ানশিনজবদি অশিংবা নৎতে। মদুগী মহুত্তা মতমগী হীদাক্লা হৌহন্নবা হোৎনবনা অশিংবনি। হৌদ্রগনা তুপি উপকদবনি। মদুসু ঙমদ্রগনা কবমদি তৌনি ইবং লংবদো মতাবনি। মসিনা মওং মবিল তাদনা কূপ্নবা হোৎনবদা অউবশিংনা মচীন খুম খুমদুনা নোক্লবদৈ কনবদা নত্তনা থোইনা হেন্নদুম অরেম্বা ওইবক্লনি। মদু নঙ খঙদ্রেনে।"

"য়াবেদা খরা ঙাঙলদি। ঙসিদৈ মাগা চামীন থকমীন্নবসি চপ লেপ্পগে। য়ারেদনা?"

"চামিন্নগনু হায়বা নংত্তেনে। মফম মতম নাইদ্রু লেমহন্নু হায়বনি। চহী নীফু তানফমসিদি পুন্সি শমায় লৈগদৌরিনি। চহী নিফু হায়নরিবনি। তানফমসিদা চাকচা ফমফম কায়রবা মীদো তংদু লৈতাবা ৱারদবনি তুংদা। মীনদি চাবা হায়বা চাবিদুনা পুক্লীং, ৱাখল, হকচাং শাগংলিনি হায়বসিদি কনানসু খঙ্কুদে। নঙোন্দা "শা" হায়রুরদি নঙসু শাউবক্কনিনে। অদুবু নঙনা চাবিবা শদুমদুনা নঙগী তোংশা শাগত্তুনা অদুগুম্বা শদুমদুদে থোবকপা ঈখেঙনা নঙগী থম্মোয়দা চঙদুনা নঙগী পুক্লীং ৱাখলগী ফিবেপ মশক মওং হোংহল্লিবদুদি নঙনা থক খঙলুবা উকবা ঙমদে। নঙবু ঙম্লনে?"

"শা ঙা তাইবং চীঙক্লি আ মৈহৌবোন্দে। ইমানা পামদ্রবনিনা চাদা তাবেদনা।"

"নঙগীদো থম্মোয়নুংগী ৱা নত্তে। চীনবানথোংগীনি। তুং কোইবোই মুন্না খন্থৌ। মীশিংসিনা অকোয়বদা লৈবিবা জীবশিংসিদি থসু থমখিসি, মাগুম্বা মীদুগী মমীত্তুবু কোংথোক্লগা অহুমগুবা মমীং অমা পানশিন্নবা হোংনরিবা বোবোং ওল্লবনিনে। সিদবু হোংলক্লিবা মায়ওনসে খজিক্তসু খুবৌ থাংদনা থৌবি লীশাং থাবদি কয়াসু কুইখিনি মালেমসে। অদুনবু নম্বুলদা শাংচবী কবোকংগী মহুত্তা চেথোবা (চেবং) চবোং য়াল্লিবসিনি। কবোকংদদি কনাগী ঙানপ, ঙাতোন, ঙমহাই, ঙাক্রিজৌ, ঙাক্রা কয়া কয়ানি মহুম হাইবিবা অদুগা চেথাবাশিংসিদদি (চেবংসিদদি) হায়কদনা কান্নদে। মীওইবনা শাজবা কবোকং হাৎননবা মহীকশিংদুগা চেথাবাশিংসিদগী থোবকপশিংদুনা তুম তাকনা মাঙহনখিবদৈ ইপা ইপু হাক্তক্তে শাগোন্নজরক্লবা ঙামু পোবোম পৎ পত্তুনা পুমদুনা তাকশিল্লক্নে। থবাক পেঙবাসু মিউজিয়মদা নত্তনা উবিব্রনে?"

"মদুদি মতমগী অওনবনি। অওনবসিদা ঐখোয়সু ওল্লিসিদি। ঙমদ্রগনা ডাইনোশবস ওনখিবা তাবনি।"

"নঙনা হায়বিদুবু নঙবু খঙলব্রনে? ঙরাংদৈ ঙসি ঙসিদৈ হয়েং অওনবশিংসিদা কদায় ফাওবা নঙগীসু শরুক য়ারবা? ঙরাংদনি

হায়খ্রিবদো পাউ-চেদা বেডিওদা অখ্রিক্কগী য়োংদৈ আইচ আই ভি কৌবা লাইয়েংবা ঙমদবা মহীক অমা মীদা চঙশিল্লক্লে। মীপাইবদি লাইবদনা কনানবু থাজনবগে? অদুগা ঙসিনা ভাবতনা অনীশুবা তাবদা মণিপুরনা অহানবদা লৈদুনা মীত্তা নাকোংদা দোঙ দোঙ হেক্তা য়ৈববে। কয়াদা ঙক্লা হোংখ্রবনোসে। মঙ নত্তে হায়বা য়াবিব্রো? ঐদি কন্না থাবু থাজরিবনি শিখ্রিঙৈসিদা, কংলৈচা পূম্বসে এডস নাবে। তানফমদুদা ঐখোয় পূম্বনা অপুনবা খোল্লাউ লাউদুনা খৃত্তা থাঙ তেন বোম তোপ পায়দুনা কনাগী মথক্তনো লান্দাগদবা? মীগীদি তোকসি নঙবু কনাদনো লমন খুমগদবা? অহীংবা কৌবনিনা লমনদি খুমনিংলক্কনিনে? নংত্রো?"

"চাক্তো থোংনি থোংঙোই শিদসুম তেনশিল্লসিদা ইমা।"

"তেনশিনবা য়াদ্রি। লৈখিদ্রবা নপাবুংদো এডস নাই নাদে হান্না নমাতোন লৌবমদাইদা য়েংখিবদুগা কৈশুমশঙদৈ থোক্লমদাইদা য়েংখিবদুগা অনীদু মান্নদে হায়না মাগী অমনবা পুক্সি-লাদা (দাইবিদা) ইবম্বদু থেংনবা কুইদ্রি ইমাসু। নঙসু নোংমা য়েংউ পুক্সি-লাদো (দাইবিদো)। ঐনা মাগী নুপীনি; নঙনা ঐগী ইচানি, য়াইখোম্বনা নঙগী নচানি, য়াইখোম্বগী মচাদুনা কবি ওইহৌনি নঙ হায়বা ঙম্ব্রা?"

"কবিনো! হায়সিবু? "

"অদুনা, কুফেৎ কাফেৎ ঙাল্লম্বা মালেমসে নোংমদি অমম্বনা পূময়োৎ য়োৎশিনখ্রগদবসিদৈ খোঙলৈ খবা থীম্বহন্দুনা মৈনমগী মৈবা চুখত্তুনা অমম্বসে তানবদা ঙসিগী মীবোলনা নাথৈবোইদবনি।"

"অপীকপা মৈনম অমনা মালেগী অমম্বা তানবদি ঈপাকতা থুম থাদবনি। অদুননি সন্নজীং ফৃকপা ঙমদ্রিবসে।"

"নঙনা খঙদ্রে। নঙগী অপীকপা মৈবীদুনা নঙগী থংনবদুগী অমম্বা থম্মোয়দুখক্তং হান্না ঙালহনগনি। মানসু অতোপ্প'মা, অতোপ্পদুনসু অমা, মথং মথং ঙাল্লগা হৌনকদনা থেমনকদনা মদোম থোক্লবকপা মৈবা পবেংদুনা কনাগী সন্নজীংদনো, মালেমসে দোল্লাইবেংদবু পুগদৌবিবনি। মদু নংত্রদুনা খম্বহৌদ্রবা নোংমদি অদুসু কুইববোই

মিতন্থালশিংদুগী চাবোল শুবোলশিংনা লাউ খোংদুনা খোঙগাওবী বোলগুম্মা মালেমসে কাও কাওদুনা শান্নবগা থোমগাইদুনা থুগাইখ্রনি।"

"মসিবু ইপা ইপুশিংদুনা কবিমত্তা খণ্ডবী উবীদ্রিবসিনা করিগী?"

"পুম্নমকসি খজিক খজিক্তে উৎনা বাইনা খুম খুমদুনা চকচা ফমফম কায়থবকপদগীনি। ঙসিদি মৈবীকপীনা মৈজাওবী ওন্দুনা মনীং তমলেদনা লম্মেসিসু। চেন্দুনসু হিংলবোইদবদা চেল্লিবশিংদুনা হান্না হান্না শিবদবনি। পান্থোম বাংনা থাজত্তুনা খুত্তুম শীংনা শিবা চঙবৈ লংদাইদা লানথেংনবিবা লাম্মীশিংসিনা মৈবীসিবু মূৎথৎপা ঙম্লবা মখোয়দুতনি হিংহৌগদবা মালেমদা; মৈবীসিবুনি পুয়াদা অবোয়বৈ মৈবী হায়নবদো। য়োখোক লান্নি। য়োখোক লান মচীন মূবা হৌগ্রদুনা মালংগী শহুমদা মবৈ শাংনা তমদুনা নোক খেনা চীংমায় খোন্না চাকপা হৌগ্রবনি।"

"লান্দবগীসু লাই লৈবিসিদি?"

"মীৎকূপসিদদি মপু মাদি চেপ্লি। অদুননি মিতন্থালশিংসিনা মথি ফোংলিবা। অদুনবু ঐ ঐগী ইবায়বক ঐ ঐনা লেপচবিবসিনি।"

"অদুবু, তৌগদবসিবু কবিনো?"

"মীয়ায় চল্লবদি চানিং থকনিংবা অপাম মিহৌগী কয়াৎলোন থোঙলোন মপান থিংবদুনি কো-না কোনবদৈ হেন্দোক্তবা হায়বদু। ঙম্নদা ঙম্নদা পুন্সিনা কেম্নবা ঙাক্লি। ঙমদে খক খল্লুনু ঙম্বা শক্লবনি। অসুম্না হিংলিবা পুন্সিদো মশানা খণ্ডনবু ওইবে খণ্ডদনবু ওইবে অচুম্বা লম্বেলদুদা চৎলবনি। নৎতদুনা নঙসু কায়থবক্লিদু নৎত্রা?"

"কবিদবু কায়থ্রবগেনে ঐবু ইমা?"

"উচেক মমানা মচাবু মচীঙ্গাক ইনবী। নঙসু অদুম্না চাউবক্লিনি। হৌজিকপু মং খূৎনা লাম্বা ফংলবা চুম্না ফম্বা ঙমদ্রবা নমানা থোংবা চাক্তুনিনে নঙনা ঙাইবিবদো নৎত্রো?"

"ওসাইদৈ খদাও থাদবিসিদি চাক্কী ওইবে। ঐ থোংগেসে।"

"কয়াম্ব কুইনা থোংদৌবিবা?"

"থোংতারেদনা।"

"অদুননি কায়থরক্লিসে। নশাদি খওশিন্নবমদবসু য়াই। কবিগীসু খওলুগবনো মতমসিগী অওাংনবো। ব্রাসে লেপ্পবসিনে। লুবিবদি থা অনীবোম শুজীল্লক্নে অমদুনা মপামদা লৈখিবসে। মাসু নওগুম্বনি। অনীবক শুরে ঐনা ইশুগী মতৌসে য়েংবা ওমদদুনা চৎলুবিবা। অহানবদদি মশকপু উন্নবক্তে। অনীশুবদুদি ঐগী ব্রাবু থম্লক্তেদা নওগী বা অমা তাবগা লাক্কে হেক্তা হায়নে। ওম্মী ওম্মী। ইম্মাদি চৎলবোই খল্লে ময়ূমদুদা।"

(শাউনা) "ইমানা কৌবক্লসু ঐনা চৎহনখিনি।"

"অদুদি ব্রা লোইশিন্নরো। মপোৎ মচৈশিংসে ব্রাই চিল্লি পীথোকখ্রো। নওনা পাম্বা অমা লৈবগদি ইমাদি কবিসু কায়দে। ইশুনা মমাদা "ইমা" কৌবগুম কৌগদবদো পুবক্কদবনি; নৎত্রদি তোওান্না ইশুগা ইমাদি লৈমিন্নগনি, খওউকো।"

"ওহ্লোকইদকো ইশুগী মবায়বকসে, হে অমম অওান খায়বিবা মপু ইবুংঙো ..." হায়দুনা ওাও ওাওদুনা থোকখিবদু তান্নবগা থাউ হব্রাই ময়োমদু চীংখৈনা মমাদা পীবকই। চীংখৈ উপুদু হাংবগী ব্রাখল খনবা শংলুদে। মচাগীদমক ফুমবংনৈ। পুক্লীংদদি হোংদে মাবু খায়নবদি। উকিলদু উন্নকগে মচেদা চাকথোং ফৌশু ওস্বা নুপামচাবা নুপীমচাবা অমত্তা থিবীয়ু হায়কগে খন্না তপ্পা হীপথবকই। মমাগী "ইশুনা মমাদা ইমা কৌবগুম কৌগদবদো পুবক্কদবনি নৎত্রদি তোওান্না ইশুগা ইমাদি লৈমিন্নগনি, খওউকো" হায়বা ব্রাহৈদুদা কংনা নোকথোকহল্লি খোঞ্জেল থোক্লা চীংখৈ। থংনবা মীৎকুপ্তা অমুকসু নোকথোক্লুবগী খোঞ্জেলদুগী খোঙ্বাংলক্তা চীংখৈগী মনাকোংদা খোইনা তান্না তান্নদুনা তানিংদনা ওংলবগুম তাবকই নাশোন্ননা, "ওহ্লোকইদকো ইশুগী মবায়বকসে, হে অমম অওান খায়বিবা মপু ইবুংঙো..." মনাকোং মেনশিন্দুনা মমীৎ উইশিন্দুনা খাওই চীংখৈ।

লৈকায়দুগী হনুবী অমখক পোৎ লৈবা লাকুনা ইবুংঙো হায়না হনজিন হনজিন কৌরকপগী খোঞ্জেন্দুনা তম্নদুনা খংপ্রেক খংনা ফূক লাউনা মমীৎ মনা

চপ য়ুংদুনা হৌগৎলকই। "এ! ইমাবোক নঙ ওইরে। ঐদি ইমা ওইববোই নীংলুবে। ইপাবু হেক পাখৎলুরেনে" দোঙ হায়দোক্লুরে চীংখৈ। মদুদা খঙনীংনা ফাগী তৌবকই হনুবীদুনা, "নমাবু অদুক কিবিদুবো কবি হুবাল্লুবগেনে নঙবু নমাগী?" কবি পোৎনো হায়দুনা নাখৈবগা হনুবীদুদা পোত্থু শীনবা হোৎনৈ চীংখৈ।

লৈপাকলৈ চাক থিনা থিনা মচাগী মতম কুইনা তৌকদ্রবা ঈকজবগা মনাক্তা চাক ঙাইবদু উবদা থম্মোয়দা নোকচৈ। খল্লি পূক্লীংদা য়াই থাবদু খবদি পাল্লে অঙাংসে। য়াম্না পীক্লিঙৈদা হেক তৌখিবগুম মমানা থিবিবা চাক পুখমদু ঙাইঙমদনা লোইবম লোইফাক্লিঙৈদা হেক হেক চিংথোকপদু ঙসিসু হোংদ্রি। মমানা ঙসাইমখৈ থিংদুনা খাঙলম্বা নোকনীংবদু ফাজিনবা ঙল্লক্তদুনা তাঞ্জাদুদা নোকথোবকই মহৌশাগুম, "হৈদোক্লনিনে অঙাওবা"। থোইনা হেন্না লাম্মন্দুনা চাক্লুদং চাবা হৌই এঞ্জাং হাপত্রিঙৈদুদা। খামেন কাংশোইদু হান্না লৌদুনা পাম্না চাবদু উবদা কদায়দগীনো খঙহৌদে, "হোবেন্দি মঙ্গীদো চামিন্নবা য়াবোইকো" দোঙ লাউনা হেক হায়দোক্লুবে লৈপাকলৈ। শাউবংননা চীংখৈ "চাবিঙৈসিদা তৌবক্লদৌনি" হায়দুনা চাবা চপ হেক লেপ্পুনা ঈশিং খুজাইদু পায়খৎলকপদুদা লৈপাকলৈ চাবো চাবো ইশুদো য়েংলুখিগে হায়দুনা থোকখি চাকখুমদৈ।

নুমিৎ খুদিংগী পুং তবামথোইদা লাকপদুনা তবামথোই মখায় তাবফাওবা লাক্তবদুদা লৈপাকলৈ লম্বেল নাক য়েক্তা কোয়না য়েংলকই। চীংখৈ হেড মাষ্টবদা তেলিফোন তৌদুনা হংবদা লাইবিক তম্বা লোইদুনা অঙাংশিং লোইনা হন্নগ্রে(ছুটি থাগ্রে) হায়বকপদৈ অমুক ভেন ঘৌবা থেবদা হংবদা থেবনা কোম্বোংদা কুমহৌবনি হায়বকপদুদদি চীংখৈ শ্বায় লাউই। তাঞ্জাদুদা লৈপাকলৈ কপ কপ্পুনা চঙলকই। চীংখৈ হেন্নদুম পাখৎখিদুনা মমা তম্না চেম্বোবকই,

"ইমা অঙাংদি?"

"ইশুদো দ্রক চাবশিংনা ফাবন্ননি। ফংলবোহএ। উবা ফংলরোইএ হন্দক মপোকসিগী।"

"ঙাইখোদা ইমা। মচি মকমদগা লোৎতুনা লৈব্রা অমুক্তা য়েংলুখিগে। ওকপা থোবক্তে হায়দুনা ফমদুনা লৈথোক্লমই হায়দাইনে ঙহানসু।"

(কপ লাউদুনা) "থিরুবনু কান্নররোই। ঐনা থিবা য়াবা থিববনি। লৈত্রবনি লৈত্রবা। শিরন্ননি ইশুদু। হৈ! তেলিফোন নৎত্রা? ঐ পায়গে।"

"ঙাইখো ইমা। তপথসি। শোয়দনা অঙাং ফাবশিংদুনা তৌবকপা ওইগনি। অদুদি কবি তৌগনি।"

"মদুগী মতমদু নৎত্রেনে। কনানো হংউনে। হাৎকনু হায়য়ু। পীগনি হায়য়ু পৈশাদো।"

"তাইএ তাইএ (হল্লো)... মান্নি ঐ য়াইখোম্বগী মপানি। এ! নঙ ওইরে। লাক্লিনে ... হোই – মমাগী ময়ূমদি খঙলম্বসু ময়াইনে। লাপকা লাপত্রে ... হোয় – অদুগীদি য়ানিদা। ইচে থাবগে। থন্নগে।"

"কনানো? কবি হায়ববগেনে ইবুংঙো?"

"থোম্বনি। তাব্রা তাব্রা (হল্লো) – ইচে – য়াইখোম্বদু লাইবিক তম্বা হল্লকপদা য়ুম চঙলমদনা মমাগীদা চৎখ্রমাল্লে। ইচেবু অমুক্তা হংবীরুগেবা? খবা থুবীবো।"

"নঙবু পুলিসতা তেলিফোন্দু তৌনে।"

"ইমা ইচে লাক্লগা তৌবসু তৌসি।"

"কুইববনি ইশুদো মমাগী ফোতোসে কোন কোন্দুনা তূল্লিবা। ঙহানমখৈদি মমাগী বা য়াম্মা হংবনি। ঙাওবনি। অদুবু, ঙবাংদগীদি শুকঙাঙ ঙাঙখিদ্রে। ফবেদা খল্লিবনি। মমাদুগী মনাক্তবু লৈজবন্নদি ফৈদকো নৎত্রদুনা হূবানবশিংদুনা হূবান্দুনা হাৎতোকপীখ্রদি ঐদি মাঙজরেদকো।"

লৈপাকলৈ ফমদুনা মাঙোন্দা তেংথাবি। চীংখৈ ভেন থৌবা থেবনা তেলিফোন তৌরকপদুদা বাবী তৌবি ইমুংদা। লৈপাকলৈ লাই থাউমৈ থানগৎখ্রে সনামহীদা। খুকম্বদা খূনীংমুক হেক কৃৎলি মবায়বক্তু। চীংখৈসু তৌফম খঙদদুনা মচেবু লাকপ্রা হংগে তেলিফোন তৌগে তৌরকপদুদা মচেনা তৌবকই, "লৈবেহে চীংখৈ। ঐগা লাকমিন্নরগে।"

কাব থৌজিল্লকপে মখোলদুদা তুং হন্না য়েংথোবকপদা গাড়ী মমাঙদা য়াইখোম্বা ইশুক শুকথনা পেবি পেবি তৌনা ফম্বদু উবদা লাউখি চীংখৈ, "ইমা লাক্লেহে।" লৈপাকলৈ লাই খুকল্লম্বদগী খংদুনা অঙাওবীগুম চেঙ্গোরকই। য়াইখোম্বদু মথাংনুংদা চেজেং কোনশিন্দুনা মশু মবেন কপমিন্নে। তম্ফা মমাদা ওনশিল্লকই,

"ইমা অঙাংদু য়াববোই। মফিদো হোংদোকপীকরো। চংপদা ব্লাবল্লনি। ঐনা হেক য়ৌবগা মাসু য়ৌদা ঙায়বিজাংনি। মমানা মফি লৌথোক্লবা মাঙ্গোন্দা হোংনবম্মী। মবোক্তুনা চাক অশাবা পীজখিগে কন্না হায়খ্রপোংনি। অদুদা ইমানা তৌবমগদবদুদা নমদুনা পুবক্লবনি। চাক্তো পীজবসিসে।"

"ইশুবু চাক লামদ্রিবো? চাক চাকবসি লাকও। বোবোক্লা হাওবী য়াম্না থম্মী। চাকবসিকো।"

"ইমা মফিদো হান্না লৌথোকপিখো। চীংখৈ ঙাইখো কাখৎলকখো।"

"ইচে, পোংয়োনশঙদা ফম্নুবসি লাকও।"

(চীংখৈ তম্ফা চংনা চংনা) "পোংয়োনশঙসে পোংশিং হান্নদৈ হেনগংব্রো?"

(শো হাংনা হাংনা) "হান্নদগীদি য়াম্না হেনগংলে। পাউনা কৈথেলদা ফম্বদুদি শিংলগনা ময়াম'মা শিংত্রগনা পূমকাং কাংবসু য়াওই। মদুদি শিদদি তৌদ্রে। তৌবতবু শোত্তি শোংলিহে। তোল্লোপ ঙাইবদা, তোল্লোপ্পগা চাং নাইদ্রে, শ্বায় শ্বায় লাউই। ইচে, অদুদা হেক্তা ফম্মুনে।"

"ইবুংঙো হোবেল্লা হয়েংলা, নঙনা চংলুদ্রদি মশাদু লাকউ য়াববোই। মচাদু ঐনা পুবকপসিদা কবিনো কপহৌবিবা লাউহৌবিবা য়েংববু ঙমদে। ঐ ওইবগীসু পুবক্লবনি। হোয়নে ঐসু য়াইনে, নুপীদু নুপী মবক্তা অতাঙবনি। মালেমদা মঙা শুবল্লোই। অদুবু নবায়বক্তদি তল্লল্লিদনা। হন্দোক্লববু য়ারিব্রো? মমা হনুবীদুনবু "শেন থৈবকপদি লায়বদনা উচি চাকহোন্দা হোনখিশিংদুনা পূনশিল্লদি কোনুং অমা শাবা য়াবনি। অদুবু লাক্ক অমদুনা পূমশক শক্লববনি।" সিনি হায়হৌবিবা। নঙসু শওকবনু মানা থৈবা পৈশা থোইনা মাঙলল্লোই।

মমাদুদনি মাগীনি হায়বদা লৈবিসে। অঙৌতোনদি শুবগা চাজগে খনবা মীনি। মাগসু ওম্ব্রোক্লা মমায় চান্নখিদ্রবা। মাগীদমক মমা মচানা কবিবু তৌকগবনো। নগুগী পৈশা মানা থৈজবসু নঙোন্দা অমুক মবায়না লাকচনি। নুপী ওইদুনা পূকচেল পীত্তুনা তৌবিনি। নঙদা পীকউনু। নুপানা মতীক চাববা, কনাগী নুপীননো লম হেনগদবা। নারেং থাংদুনা পোপু লাকশিল্লগা উকায় তক্লিবা ষন্না মখে লাংববু মনম তৎলগদা তোকপনি। খঙজবকখিনি। কান্নদে লৌকবা তাবনিকো।"

"ইচে লৌবগী ব্রাদুদি হনজীন হনজীন ঙাঙনবগুমসি।"

(ফূক হৌগত্তুনা) "অদুদি ইচে চৎলগে। ব্রাফমসিদা ঐবু চেন্নহল্লক্কনুকো।"

(মচেগী মখুৎ য়ান্দুনা) "ঙাইখো, ফমখোনে ইচে। মখোঙনা থোংনা লাকপদি কৈদৌই। ঐনা থিল্লুব্রো মাবু? ইমাসু অনীবক চৎলুববনি। ইচেনসু হায়বদুবু মানা য়াব্রা? ইচেদি হঞ্জীন হঞ্জীন্না হায়বীবদি কবি কায়।" (তপথবগা ফমথবত্তুনা) "মদুসু লাইমা মনুংদি কনখ্রবা ষন নাবেকপীনি। মচত্তুগীদিকো লৈহৌবিদুনা মতীক চপ চাবনি। অদুদা য়াইখোম্বসে মাঙহৌবনি হায়বগী ব্রানিনে। নচেসু মদু শাউনিংদুনা খায়দোক্লখ্রগা ফবদ্রা খনখিবা থেংখাং য়াল্লবনি। অদুবু কদায়দা তাই লাদা তাই। নত্তে নঙগীসিবু খাইনবগে খল্লব্রনে? খাইনবগদি ..."

"ইচে ব্রাফমসি হায়নিংদ্রবনি, নুপীসিদি খীবেদা। মা অমা খায়নবগসু লাক্কদৌবিদুসু নুপীনি। মা খায়নবগসু নুপীদি থিববোই। য়াইখোম্বসে মী ওইনবা হোৎনবগে। মাগী ব্রাসিদি ঐখক্তনসু মপূং ফাবোইদৌবি। নত্তে ঐনা অমুক কৌকবগেনে মতুংদা অমুক মপামদা চেলহল্লোই হায়বা ঙমগদ্রনে ইচেবো – ষণ চেনগনবীদুবু?"

"নোয়গী ব্রাসে থকম তৌনবনি তাপ হেক লাকপা ঙমদে। নঙনা হায় নঙনা চুম্মী। মানা হায় মানা চুম্মী। অদুবু ইবুংঙো চেম্বুবিবা মতমগী ঈচেলসিদা ঈবৈনা ফনা লাপনসু পুথখিসনু অতাওবা অহীংবা অচুম্বা পোৎশত্তুদি মীৎকূপ অমত্তা ওইবসু পৎথ পুমথদ্রিঙৈদা ঈয়াইথক্তা তাউরমদুনা মাগী পাউখোংদি তাইবংদা মীৎকূপ অমত্তা ওইবসু ফোঙলমবদি শোয়দ্রে নোংমদি অদুনা নচেদা শেংনা শেংদোকউ।

থূপকনুনে নচেদা। ঐসে নঙগী নচেনিনে, সে শেংনা হায়য়ু। শেনগী ৱাফমশি নত্তবদা নঙনা মঙোন্দা য়ানীংদবা করি লৈ?"

"ইচেসু নুপীনি। মঙোন্দা য়ানীংবা কবিবু য়াওবিগেনে?"

"মদু নত্তে ঐনা পান্নিবা, হেক্তা হায়য়ু করিনো? ঐবু কনানোনে হা?"

(পাখৎনা) "ইচেগী হৌনবীদু তৌবক্লদৌনি। মতম খবদি খঙজবসনু। ফবে পুন্নমকসি লোইনা থমখিসি। ইচে ঐ ঙসাই ইচেগীদা লাক্কে খল্লম্ননি। ইচেনা লাকপসি তান চাবে। অঙাং থম্ফমদা (বোবদিংদা) থম্বসু পামদে। মতম খবদি য়াইখোম্বসে ইচেগীদা থম্লগে।"

"এ! মদু ইমানা য়াবোই। ঐনসু য়াদে। কবিগীনোনে হা?"

"ঙসিমক তৌবিসি তোয়শিল্লকদৌবি। কুইরোই। ইমাসু য়ানিদা। ঐসু ইমাসু তোয়না ইচেখোয়দা লাক্কনিদনা।"

"মাবু মতম খবা থমখিগে হায়বদি মদুদা মতাবে। য়াইখোম্বগী মহৈশঙদুদনিনে ইচাতোম্বনা তন্নিদুসু।"

(হুবাউবপ) "অদুনা মখোয় পুন্না লাইবিক তম্বা চৎমীন্নবসনু। ভেন থৌবদুসু ঐ হায়নবগে।"

"অদুগীদি ঐ হায়নগে। ইমাদা হায়কবো। ঙসিদি লৈমিন্নবো। হয়েং লাইবিক তম্বা চৎপা নঙননবা থিল্লকউ। ঐ চৎনবা তৌবগে। অদুবু নখোয়গীসে চমম্লবা অমদি ইয়াওদা য়াওবি। থুনা নচেদা শেংদোকউকো। নৎত্রগনে হয়েং মদুনা ওম ওমদুনা য়োক্লুবগা তম্লাই (ভুৎ) মপী ফাবক্নুনা নমিগুম কোয়তান তান্নবক্লগা চেনবা হিংত্রবা মতমদা নচেগীদা চেনশিল্লকবা থোঙ হাংদোকলোইকো। নচে কনানো নঙ খঙইদনা। ঐ চৎলে।"

# ৩৯

থামৈ থামাং থাবোন্নবক্নে কালেন ইঙা। তাইবং থবায় নোঙ্ছুদুনা উকম থুগ্নরি। অদুবু শুক্লবা মবায়বক্তা চোইনা তাবিবা শমজেৎ হাৎপিদবনা মনীং তৌববা মুম্নীমক্কী শন্নাংনা মুক্না শান্নবি অদুগুম্বা নোংদম্নমক্কা মৈবৌ হেনজিন্না মৈবী খোক্না চাক্লিবা সংসাবসিগী থাংথক্তা ঙৌবিবা শিবম শিফাত্রিবা হিংলিবা থবায়শিংবু মৃৎথৎনবা অমুবা নোংগী মপৈবু হুমহল্লক্লিবা মালংবগা। নীপান্নি পানবা মেবাগী তাবমদাই থাজবু হূদুনা পুখিবা অপাইবা লৈচিলনা মালেম্বু চবল্লবা নমথাং ইন্নফিনা কৃপশিনবা হেক হৌবকপগা ফিশেং শেত্তুনা ইমা হিয়াংথাং লাইবেম্বীদা চীবোল ফাবোন্নবা কাখৎলকপা থম্মোয় কায়ববা থবায় কয়াবু উবদা খঙহৌদনা ঈহৌবকপা পূক্নীংগী ঈহুন অমবু ব্রাখল নোংলৈনা ফোয়দত্তুনা পুম্ব্রগা কংলবা চীনবান থক খা ক্রক ক্রক ফাজীন্দুনা পুনশিল্লগা থম্মোয়গী নিংঙাইবু থেম্নবা হোৎনবদা মোইবুং খোংবা মতৌগুম্না পোমথোক্লিবা নালা মপানগী লৃকমাইথক্কী শেনফুদুগীগুম চোম্থবক্লিবা খজাই অনীদা ব্রাকচীংগী উনখা নংলবা তোবর্বানথক্কী শিংগ্রেংগুম ব্রাউকননা মনীং তৌনা চোল্লিবা কোইদুবু উকবদা অউবা কনাগী থম্মোয়দা ফোঙলকই, মহাক্না কবি খল্লুদনা পুন্সি খোঙচত্তা থম্মোয়না কবি পাউখোংবু কনাদা চল্লিবা। পৃক্তনি থোন্দোক্লিবা খুৎজেংদি লংহীমুক্তা চাউদুনা শব্দ পোল্লাংদো উনশাদুনা হেক য়োমশিল্লি। গাড়ীগী মমায় চুমফমদু পায়বদবু তত্তনা খৃৎ শজিং হৌবা হৌবক্তুনা মহৌশা নৎত্রে চীংখৈ।

কালেন থাশিনি অবোইবা মীৎয়েংদা লৈনা অমুক্তং চিংনা য়েংলকই শুগত্তুনা মখৃৎতুনা খল্লগা কোবৌহনবা। থৈ থৈদুনা চৎনবা হোৎনজে থবায় অকংবশিং। মচেগী থোংগালদা গাড়ী খাল্লে। কৃমদি কৃমথকদ্রি চীংখৈ। শুক্তোক্তুনা য়েংই অহাংবদা নুংশাবু কিদুনবা নৎত্রগা নোয় পেন্না চাউববা মবুক মনুংদা থিনবা লেংবা কন্না হৌবকপদুনবা। কংলবা খৃৎশানা তৈথোক্লি হুমাং অনম্নী কাদুনা চেম্থবক্লিবা লাইবক্কী হুমাং মবীকশিং। চিংনা য়েংবা কোবৌহনবৈ খাববা মীৎয়েংবু থাক্তন্না খল্লবিবা মহৌশা ইমাগী অমুবা নোংদুমগী চবৈবু চাকথেকপগী অহৌবা নোংখোংদুনা খংহন্দুনা কাউহল্লি চীংখৈ চৈনাখোলদু

মীৎকৃপ অমত্তং। কৃমথবকই গাড়ীদগী। চঙলকই মচেগীদা মচাগীনি খল পুরক্লিশিংদুগা হাইবং হাইবং।

শোম্বাংনবা চীংখৈগী খোঞ্জেলদো তাবদা খঙহৌদনা থম্মোয়দা ফোঙদোকফম খঙদবা হবাওবা নুংঙাইবগী ঈথক মচা অমা ঈকারকই তম্ফা। হৌদুনা চেম্বোবকই অঙাং পীক্লিঙেগুম্না। চেল্লব্বা ঈ খংদুনা চপ লেপ্পী চীংখৈবু হেক উকবদা। ঈচেল লেপখ্রবা হকচাং পোল্লাং পোইনু থাগী থায়াইদা লৌতাং শঙগী মমাঙদা তাইবং মৈশাবুসু নাচুংদনা তাম্না চাক্লিবা লম্মৈবু তেকলিবা মোং হাদনা অয়েংবা অমদা চুমদ্রিং য়েংদুনা মীৎলি তেনজৈ তেন্দমলিবা খোইঙাং শা ফৌমাই মান্ননা লফোই লতংগুম য়াম্বিবা ফৌমুন ফৌবেনবু কল্লক মিহৌবা পোক্রবা চৰুগী লৌঙাকমীগুম ঘোঙবাদা পায়দুনা থোঙজীন্দা লেপ্লি। শীম্বৰক্লিবা পিবাংসু মদোম তাই লৈমায়দা। অদুবু ... অদুবু চীনবান কাঙদুনা থম্মোয় ফিথুপ কাঙবদি পাঙদ্রবসু থম্মোয়নুংদা ওমচাক্লনা চাক্লিবা ৰামৈগী মৈবীদুনা মৈবায়বক্লগা কাহৎলবা মায়থোংবু লোৎশিনবা ঙমদবদুমক্তি অউবা কনাগী মীৎয়েংবু লোৎঙমদবদু উবিবা কনাগী মীৎয়েংনা হেক্তমক লাইনা ফাবা ঙম্মী লৌঙাকমী।

লংলা লংজিন তক্তুনা হৌখিদুনা কাউকববা ঘৌদোক মচা কয়া কয়ানা য়াঙগংলবী তুবেলগী অপীকপা ঈচেল মচাবু নোংজুথাগী কুমজিন্দা খঙহৌদনা ঙাওনা ফৈনা ঈহৌবকপা নোংহৌ অমদা ঈখৌ লাংবা ঈমায়দা মান্নদবা কোঙ্গোল মচাশিংবু মবি মবি থৈদুনা নোংলিক্লক্তা চেম্বুবগুম্না মীৎমাঙদা ফন ফন চোংথোবক্তনা তম্ফা কংলাক্লবি তাইবংগী তূমদবা তূমখুন্দুদা,

> ... তুবোই ঙাম্লোই 'চেচে চেচে' চেল্লিবা চীংখৈ তাম্নদুনা ফারগা নমদা হাওতা মনঙ্গন্দা থোনগৎলি। মচীল মৌপ্পাগী মতৌ উবদা লৈপাকলৈ পাখৎনা চেনশিল্লকই। চীংখৈবু নাউহোংদৈ শৎলি। 'মাঙলে মাঙলে ইচাসিদি। নম্বাংদু লোইনা তেক্লনি। চাউবা মান্নরবনিনে। মতুংদি পোগনুকো' মখোঙ মচা অনীদুনা লৈমায় হেক য়ৌবগা তফিং তফিং হৌদুনা চেনখি হাইবং হাইবং ...

নাউরি কাপ্পে মখুত্তে নাম্বোরকপা তেম্নবাগুম -"চেচে চেচে ... চেচে চেচে ..." হৌনা লাউবিনি খন লৈয়েং ফাইনা মুকম মুরুম শোল্লগা ফমথরক্লে

মাঙ্গোলদা। মচেগী মতৌদা পুবা গুন্নক্তে থম্মোয়দো চীংখৈ। খোঞ্জেল থোবক্রে হীক্রা হীক্রা। তাইবংগী শিঙ্গাদা চোকথববা বাখল পূক্লীং হকচাংনা মীৎকূপ খবগী পোৎথানবা চগুজফম লৌকবা অথেঙবা অহীংগী তূমখুন্দা অবাবা মগুলান্না তম্নবীদুনা মগুলাক্লহলবা থবায়গী চৈথেঙদুগী চৈনাখোল ওইনা লাউ খোংলিশিংদুনা তাইবংদা মগুফাওনবকপদা অতাবা অউবা কনানা পাখত্তুনা হৌদোকপগুম তমফা চীংখৈগী "চেচে চেচে" কৌবা খোঞ্জেলদুনা মীৎকপ থোবকই মগুলান্দুদৈ। চেনশিন্দুনা কোনখৎনবা হোৎনৈ পাখৎনা,

"ইবুংঙো কবিনো তৌবিসিবো?"

"চেচে – পুক – সো' য়া – ম্না – চা – ক্রে – চে – চে ..."

"ইবুংঙো' ইবুংঙো' ইবুংঙো ... মখোয় তামো চীংখৈসে কবিনো'মা তৌগ্রে। বাহুগ্রে ..."

ঙসাইমখৈ মপু ঙাইনা মাঙ্গোলগী লৈমায়দা তাদুনা লৈবন্না বিশকুইত্তু অশেংবা মপু পীল্লু লাক্তুনা চেনগ্রগা মাঙ্গোল মচি অমদা কূল্লগা অমমমতা লৌথোক লৌথোক্তুনা মচীন্দু থাঙ্গত্তুনা চাবিবা কনানসু থিংলুদ্রে। চীংখৈনা পামজনা মচাগী লৈবকখিবা একেদুসু লানফমদা মক লোইথোকত্রবগুম তাবি ডাবিবান মচীন্দা। ঙাইহাক্তী পূমচীক চীকই কোম্মোংগী শো লোনশিল্লন্দুদা।

অয়ুক্কী পূং মাপন লানখৎলকপগী ডোক্তবশিংনা ময়ূমদা হন্ননবা হোৎনবৈ মীগা কয়া বা ঙাওননীংদবা হাথু হাথুবা তাঞ্জানি। মফম মতমনবু লীত্তুনা চেনবদা হিংদ্রবদি তাঞ্জানা কৈদৌকনি। চীংখৈ ডোক্তব ময়াম্না হয়িং খোঙয়াম্বীগুম্না ওমশিল্লন্না কাদুদৈ নর্স ময়াম্না থাঙ থাফম কাদা ইনশিনগ্রে তপ্পা। তম্ফা চগুক মায়ঙক্রা লেপ্লিঙৈ চৈবক্তুদা লৈপাকলৈ মশম মনা ইফা ফা চগুশিল্লক্তুনা লেপ্লয়ে। খগুনিং উনিংবা লাগুতক্রবনা থূমহৎলবা মীৎয়েংনা চিংনা য়েংলি মমি শামিগুম উরিবা অহীংবা ময়েকশিংদুদা – "OPERATION THEATER"। বাদি ঙাগুদে। অদুবু থম্মোয়গী অবাবনা মায়থোং লাংশিনবদুদি লোংশিনবা গুম্নদে। মমীৎ চেজেৎ উইশিন্দুনা শেম্নীবকপা মপুবু খুকমজৈ। মপু মাতবু মখানুংদা থাগোনজদুনা মচাগী থবায়বুসু নিজৈ থম্মোয় তনিক তনিক্রা। তপ্পা হায়রকই ফাইববা খোঞ্জেলদা,

"কয়াম কুইগ্রে থোইহ?"

"চঙখিবদা ঙাইহিবি ইমা।"

"কবিগীনি হায় ডোক্তবনা?"

"থোইনা শিনিদি পল্লমদে। ফিবাক্কা থিবোং-থিবিলগা শোক্লেদি হায়বমহই।"

"শাক্লবা কালেনসিদা নুমিদাং খুদিংগী মখাংদু মৈনিং কুম্বগুম মৈ য়াইহিবিবনি। তাঞ্জা চাদদুনা য়াইহৌদবা নুমিদাংদু তুম্বা য়াদ্রে, চীকইগা থিল্লিগা খাঙবা ঙমদ্রে হায়দুনা অহীংদা মৈতাল থাগত্তুনা য়াইবসু কোঙ্গায়নি।"

"মাবু চাবিবা হীদাকশিংদুনা ইকান কান্নদে হায়বগদি অসুম্না থোক্ত্রিঙৈদা ঙাহান্না মাঙজৌননা মপান্দা পুদুনা য়েংথোক্লল্লদি ফবমগদবনি।"

"মানদি মৈ য়াইবগা ফৈ। কা হেনবা নত্তে হায়দুনা ঐবু হেক্তা কনথংলি। এ! থোঙসি হাংলক্লে–"

(চীনবান খুম্বা অমা ফিংলপ্লা) "চীংখৈগী মী য়াওবীব্রা?"

(থুনা মবায়) "কবি তাকপীগদবা?"

"ঈ থম্ফমদে (ব্লদ বেঙ্কতগী) ঈ লীক্লি অমত্তা লৌবীরু। চেসি পায়বীথো খবা থুবীয়ু।"

"ইবুংঙো থুবো।"

(চেন্না চেন্না) "ফনি ইমা।"

"মখোয়গী ঈ থম্ফমদুবু কয়াম লাপ্পজাংনোনে?"

"থোইনা লাপ্পমলোইদা ইমা। মহাক মথক্লোমদা কাখংখি।"

(তাপ লাক্লগা) "চান্নবা চান্নদবা হায়বসু লৈবনি। চান্নববু লৈরিদ্রা? লৈত্রগদি কমদৌনি সিদি।"

"পৈশাগী বানিদা। মরাঙ কায়না মখল শুনা থম্বনিদা ইমা।"

" ঈ শেংই শেংদে (টেষ্ট) তৌবিনি তৌবিদুসু তনবু তম্লিদা। লাইনা তম্বদা মতাবে।"

"এ! লাকপু লাকএ। পুসু পুবক্লে তু – ইমা।"

"ইবুংঙো থোঙদু হেক্তা থিল্লুনে। হো – হো –"

কোক কোক ...

(মচীন খুমদবা অমা নোকফেং তৌনা) "তামো, ইমাখোয় থোইনা রাবীরুবনু। থাঙ -থাবা (ওপবেশন) লোইবে।ফিবাক য়াম্না শোকচিল্লম্লে। হেন্না লুবিদি চকখাওগা থিবিনগা তাইফমদা চাউনা হোরম্লে। মতম চানা থেংনবন্নদি হেন্না ফবমগদবনি। ফরে হৌজিক্তি অহোবসু মেল্লে। অদুনা ডোক্তবশিংসে মশা মশাগী মথৌ কায়না তাঙ্গা চাদ্রবনিনা পন্দুনা লৈবে। মখোয়গী চা তবামুক্তা পুবীবকপা য়াগদ্রা? ঈদু শোমদা পীবীবকউ। অমদু লোইহৌদৌবে। খবদি থুবীরকউ।"

"ইমাখোয় নুংঙাইবে। ডোক্তরগী মপান্না ইচাসে মপোক অমা পোক্লবনি। ফবে – ফরে – চাদু পুজরক্লগে –"

"ইমা, ঐ চাদু লৌরুখিগে।"

"চানবদু কবিনো খরা য়েংলগা লৌবকউকো।"

"হোয় ইমা।"

(শোম্বাংননা) "থোই! আদা চঙলক্লিসিবো – নংতে – শকহেনবী মমা মচাদু নংত্রনে।"

"মানি ইমা। ইমানা পাউ পীকব্রা?"

"কদায়গীনোদা পীদে। ঐসু ঙক্লিবনিনে।"

"এ! ইমা ইবুংঙো পুথোবক্লে।"

"কদায়দনো পুদৌরিসিবো? ঐখোয়'নীনা মাবু ইনবা ঙমগদ্রা?"

"ইমাখোয় য়াওবিদ্রসু য়ানি। শিজা লায়েংশঙনা লৈবিসে মীয়ামগী সেবানি। আই সি ইয়ুদা লাকপীবো।"

"ফবে ফবে ইবুংঙো তপ্না পুবীয়ু।"

লম্লানবী অমগুম শকহেনবী মমা মচাসু থাপ্লপ্না তুংদা শোং শোং ইন্নবকই। ফমূং মশীং ১৪ থাবদা চীংখৈ তপ্না হীপহল্লন্নগা ময়ামদু থোকখ্রে নর্স অমা নত্তনা। ইশি শিনা তূম্বা মান্না য়াতাবিবা মচানুপাদু চিংনা য়েংদুনা উয়ুংগুম লেপ্লি লৈপাকলৈ। তম্ফা থাবপ তৌবা ফি অমা নর্সতুগা ফিজীন ফিজীন পায়দুনা চীংখৈদা কূপ্লবা হোৎনবি। শকহেনবী মমা মচা কাদুগী থোঙজিন পাক কানশিনবা ঙমদনা মপান্দগী মীহুৎথোঙদু তম্না মুনা মুনা য়েংদুনা লৈ। মবায়না হায়ফেৎ শোনবোই কৌবোই য়াবক্তা ঙংলন্নগা কাদুদা চঙখিবদুদা শকহেনবী মমা মচা ইকায়বা কোক্লুনা মপূক্লীংদা হায়ফেৎ নুংঙাইজে। নর্সনা মখোয়না লোইনা য়েংশিনজবগে মপান্দা লোইনা ঙাইবীবো হায়বকপদুদা মবি মবি থোবকই লৈপাকলৈনা তুং থংদুনা। ফনা কুইনগা লৈশিল্লকপদুদদি হায়ফম তৌফম খঙদবগা লৈপাকলৈগী মমাঙদা মমায়দু পুবা ঙমদদুনা চাউবী তপ্না, "ইচে হৌজিক্তি খবা ফববনিনা হয়েং অমুক লাক্লগে" হায়বল্লগা লৈপাকলৈগী পাউখুম থোইনা ঙাইকদনা মচানুপী পুবগা থোবক্লে।

## ৪০

**ডোক্তর** খোমদোন্না হন্দক্তি অনীবকশুবা ওইনা চয়োল অমগী মনুংদা হন্দুনা তৌবা থাঙ-থাবনি (ওপবেশননি) নিংথৌকাবদা। অবৈবা মহে পূম্বা শিজীন্নদুনা পূক্লীং লূপ্না পাঙথোকখিবা মায় পাক্লবা অমনি। অদুনা অয়ূক্কী পূং মঙাদা ময়ামদগী খ্বাইদৈ ইহান হানবনি। চীংখৈ ফমূংদা উতূপ তাগুম তাই। হান্নদৈ হন্দক্লা হেন্না চেকশিন্নি নর্সশিংদুসু। পুম্নমক্কী থম্মোয়দা কবিননো ওইশিনদ্রিসিবো হংনবদি লেপ্তে। খোমদোননা উবকই ফক্কায়বকপদুদা লশিং খবা মনুংদুদা ওমদুনা লৈবম্বদু। খূৎলৈ থুনা তাপ লৌথোক্লুনা ফত্ত-হাওদি থদাফমদা (দশবিন্দা) তোপ থাদখি। “উম!” শোম্বাংননা তপ্না তপ্না হান্নগীদু য়ৌনা ফক্তোক্লে খোমদোন্না। অতৈসু মমীংনদি ক্রোক ক্রোক ওংলগসু খোঞ্জেলদি লায়বদনা মীৎচিনফাও হংনদে অমগা অমগা। অহোবা চাকখাওদুদি হৌজিক ফাওবা ওইশিল্লমদ্রি। শিন্দোকপনবু ফবনি তান্নে খোমদোন অতোপগা। অদুবু নিংথিনা ফোৎচিল্লে হন্দক্তি।

নুমিদাংৱাই নুমিৎনা খবা লৈথবকপদুদদি চীংখৈ চোইবোন ফাবোন্নবা হত্থবক্লে। মঙক লৈবদি তৌদনা মমীংনা লৈনা লৈনা য়েংদুনা তবং মালঙলক্তা অচুম্বা মানবকা য়াওবক্লুনা লৈপাকলৈগা অৱাই অখুমনৈ। নর্সনা থিংই। অদুবু চীংখৈনা থিংবা য়াদনা ঙাঙনা ঙাঙনা মঙক লৈ লৈদুনা য়েংলকই। উবকই ঙৌকনবা ফি অমনা মকোক মক ইকূপ কূপশিল্লগা তুশোন মানশোন্ননা থোঙজীন্দা লেপ্লিবী শকহেনবী। মপোক অমদা থোকখিবা থৌদোকশিংবু মথং মপোক্তা নীংশিংদবা মীওই মপোক্তা চীংখৈ মনীং তৌবা পূক্লীংগী অপাম্বনা থাম্লবা থম্মোয়দৈ ঈহৌবকপা ৱাখলনা লমজীংদুনা ফাথবা ঙমহৌদনা থোকখি কংলবা চীনবান্দে মীববা খোঞ্জেল অমা,

“– শক – হেন – বী – লাক – উ – দ – না –”

খোঞ্জেলদো লোইবম লোইফাৎত্রি কবম্নবু কানশিনখিবনো খঙহৌদে। পনখাংনা পল্লোন্দুনা পন্দা পল্লুবা পাথবকই পৈবক্লদা পন্না। খোঞ্জেল থোক্লা

ঈক্লা ঈক্লা মবোলদি তাদনা ফমথরকই চীংখৈগী খূয়াদা শকহেনবী। মতৌদুদা তম্ফা রাদি ঙাঙলমদনা ফূক হৌগৎলগা কাদুদে থোরক্লে। লৈপাকলৈ শকহেনবীবু থেম্মী, "কপকনু, কপকনু।" তম্ফা মতৈ মনাও মপান্দা থাপ্লপ রাতাম্নে,

"মসিনা চঙশিল্লক্লিসিবু করম তৌদোইনো?"

(শাওবংননা) "নথোয়না থিংহৌ য়াত্রা?"

"অদুবু কবম্না থিংগনি ইবুংঙোনদি কৌশিল্লি। নঙসু তারিদুদি?"

"খঙদেদা। পৈশানগা অঙাং নৎত্রে। থোং শাদুনা চয়োলসিদা লাক্কতি হেল্লে।"

"ইমানা ঙহান পীবকপা কুপ্পাদুদি কায়দ্রিয়ে।"

"পৈশাগী রা নত্তেনে। ওক্লা নিনবদুগী রানিনে।"

(শাউনা) "মদু য়াবোইদা। ঙসিমক হুলহনখিনি।"

"চয়োলমুকসি য়ূম থাদোক্লুনা সিদশুম লৈববনিনা অঙাংশিংসিসু মথোঙ মবমদি খঙদ্রবনি তৌবিসি।"

"সিবু লৈদুনা চেনবদা হিংলিব্রা? হিংলিব্রা হায়বা?"

"মদুগী রা নত্তেনে। তৌবগীবু হায়বনিদা। শকহেনবীনা শিদা লৈবগদি নঙলা ঐবা অমদি য়ূমদা হনবদি য়াগনি। চীংখৈসু হায়নীংবা ঙাঙনীংবা তৌহন্নিংবা সেবাদু মনীং থুংজবেদনা।"

"ইবুংঙোগী অপাম্বা অনীংবদো কবিনো য়েংলগা লেপ্লসি।"

চয়োল অমা ফাজিল্লকপা শামৈ শৎপা লোইবগা চীংখৈ খবা হেক রাখন্নবা কবিনো অঙাং মচাগী মতৌশুম চেন চোংদুনা শান্ননিংবা ফাওবকই। মহাক্লা অমুক্তা হৌগৎকে; মপান থোক্লুনা অঙানবা নুংশাগী মঙাল য়েংনিংই হায়বকপদা মতম কুইনা শুক্লুনতা লৈবম্নী শকহেনবী হাইফেৎ মোমোন তৌবকই। নর্সনা থিংবদে চীংখৈ খোয়শাওননা থোঙনাওদা মমায় ওনশিন্দুনা ফমুংদা ফমদুনা লৈ। অদুবু অনাবগী শবৈ অঙাংগী নিংঙাই কনানবু খাঙবা ঙমগনি থেম্ববু হৈত্রেদি।

থংনবগী নীনি শুবা নুংথিল পোবোম্লি। শাগা শাবনে মী চীকপা তাঞ্জা থোক্লদুনরা করিনো লৈমীন্নবম্বা মীনা চংখিবগা কাদুদৈ, অমুক্কা হেন্না ইচিক চীক্লে ফমূং অনীদা থাবা কাদু। থংনবা ফমূংদুদা নোংমা ফাদোক লাক্লন্নগা চংনখিবা নীনিগী হুমনিগী তোইশিন্নকপদুনরা নংত্রগা অচীকপা তাঞ্জাদু মাঙহননীংদবনবা কবিনো চীংখৈ ঙাঙনবা থেম্নবা য়াদবমখৈ তম্ফানা হেক তূমথখিবগা ফমুংদা য়াম্বুবিবা মবৃক্তে ফত্তবা চিংথোক্লবা খাউদুগা ঈশিং খাইদোক্লবা খাউদুগা অনীদু অমনা মানা পায়বগা অমনা শকহেনবীদা পায়হল্লগা শকদা উনশানা কূপ্পা নত্তনা মোজাফৃবিং ফাওবা লীংতনা চাংয়েংশঙগী (লেবোবেটবিগী) ফক্লাংদা য়াল্লিবা শকগী হুংলাইগুম থোঙজীন কানথোবকই।

কনাগুম্বা থূকুং-পাখংকনবনা তাঞ্জাদুদা থেংনরুববা শোয়দনা শবোই ওক্লবে খন্দুনা ব্রাম্বুবমগনি শকফমদুদা। অদুবু থাখায় অমা অশেংবা স্বব হোল্লক্তবগুম থম্মোয়দা নুংনাংবা অমনা তম্নবা অদুদি কোকথ্রে মীংকূপ্তুদৈ। কুচু তাইফেং তাইববা মায়থোংদা নাকেম্বাগী থায়ায়দা চোংলকপা য়েন্নীংগুম মোমোন তৌবকই। ফাওবকই তাবা ঙম্বগী থৌনাদু খঙহৌদনা হিংনিংবা থরায়গী খোম্বাংদু অদুগুম্বা মীংকূপ্তুদা শাবুং শাবুং হুম্নক্লিবা নুংশীংনা লাওথোক্লবা তুখোঙশিংদা য়ৈববদা। পুন্নৌ নৌবা মপোক অমনি। য়েংলু য়েংলু খূদিং মীংফম হোংবা ঙমদে। শংত্রিক অদুম লেঙদনা য়েংদুনা লৈ। উকবা খূদিং শুমহৎনবগী মশাক্লি।

শাইজিন্দা য়াবেকপা শেন্দ্রাংশিংনা ফক্লাংদা নপ্তুনা উবাউ থবাউদুনা খোংলিবশিংনসু কয়াদা কাউঙমদনা শুমহৎলবা ঙসিদি চীংখৈগী থম্মোয়। ব্রাইনুনা লেঙ লেঙ চংলকপা মতম হানৌনা তাম্বা নাইবকপা মতম মালং ঈথক ঈপোন্নক্তা শঙাই লাবা অমোম্না লাক্লা ফানা শান্নবদা তথক তথক য়েংনবা মীংয়েংগুম চীংখৈ শকহেনবী হেক হেক মীংচান্নে তত্তনা। ঙাইহাক মঙলান্দা তাউবিঙৈ তম্ফা মীংকপ থোবকই। শ্বায় লাউনা ফূক হৌগংলি। কোয়না য়েংলকই। মখোয়গী মতৌদুদা পাখংনা খোনশি-খোনহায়নরকই,

"ইবুংঙো নঙসিমা। নচেগী খয়াত্তা হেক্তা তাহল্লি। ঐনে ও খোংদুনা হেক কপনীংলেহে।"

"ইচে চঙলক্লগে।"

(শাউনা) "নখোয়বু নর্সশিংনা উপ্পো ডোক্তরনা হায়গুম চেকসিনবিখিগদ্রা? মতুংদদি ইচেবু ফত্তে হায়নুকো।"

"ইচেসিমা। ঙসিসে হকচাংসে য়াম্না কল্লে। চীনদসু চানীং থক্লীংবা য়াম্না ফাওবক্লে। ঐসে ফরবনিনে ইচে। য়েংউনে কুচুসে খবা পাম্থোক্লো? হকচাংসে খবা থুনা কনখৎনবা ঙসাই ইমানা পুবকপা সেমদুবা হৈনৌদুবা মচেৎ মশুং মচা অমত্তা চাগে ইচে।"

"ইবুংঙো ঙাইঙমদবদু তৌনু। হৈ-রাসে নাবিঙৈদদি চাহৈদে। নঙগী নত্তেনে ইমানা পুরক্লিবদুদি। হোবলীঙ্গ মহীদুম থকউসে। শেল্লক্লে।"

(নোকমি নোকমি) "হোবলীঙ্গতু ঙাইখো ইচে। ইস! তিল চোম্মী। তু – মসিদগী হৈনৌ অমুনবসে মচেৎ অমত্তং চাগে ইচে। হকচাংসু খংকন কনখৎকনি। অদুগা থককে ইচে।"

"ইনম্মা নর্সতবা ডোক্তরদরা অমুক্তা হৈ চাবা য়াই য়াদে হংলুখিগে।" (প্রপ প্রক থোকখি।)

"অবাথবী অমুনবসে থওইনা অনাবগী পীজনবা কোয়থি থিনবিবনিনে ইচে।"

"ইবুংঙো অবাথবীনা অবাথবীনিনে। সেম হৈনৌগা অবাথবীগা থক মান্নবা য়াবা নত্তেকো। চানীংবা ফাওরিদো ফরবনি। অহোংবা অমদি লাক্লগনি নশাদো। মদুদা য়াম্না চেকশিনহৌগদবনি। ইচেনা হায়বিসে কাউগনুকো। কান্নদে সে শিদুম থকউসে।"

"উম। ইচে হাউইহে। কবিগীনো গীলাশ তংখাইডা শেল্লিবসিবু?"

"ঙরাংদি নঙবু থকপ্রনে?"

"খিত্তগা শেমখো ইচে। খঙদেদা ইচে, তোর্বোং উতি ভৌগ্রোক ভৌবদু চানীংই। পাংখোক্লা হাপ্পা মঙ্গলগী শংত্রিক শংবদুসু চানীংই। হজাম চমথোংনা মরোল অমা চানীংলিবা। ইস! য়োংচাক্লা হবাই মতোনগা সুবা ইচেগী শিংজুদো – ইচে নঙবু – হাউবনিদা –"

(শকহেনবী হবাও হবাও চঙলক্তুনা মবক থৎলকই) "হৈবা অমুনবদি চাবদা কায়দে পীজৌ হায়। অশংবদি ফত্তে অদুগা য়াম্না চাবদি য়াদেদি হায়বকই।"

"নঙ হেক্তা খোকউনে হৈনৌদো অদুদি।"

(মীৎচিনা ফল্লপ য়েংলগা তপ্লপ) "থাঙদু থম্মু শকহেনবী, ডোক্তবনা য়াবসু ঐনা য়াদে চয়োলমুকসিদি। খঙলেকো। সে সিদুম থকউসে।"

"উম সিদি য়াম্মীহে। পূকসে পীক থল্লেহে। ইচে ইবায়মুক নুমিদাংসি লেকহল্লসি। ইচেমুক নাবক্তননে। হকচাংসে কিদবা নুংঙাইবা অমা ঙসিদগী ফাওবক্লে।"

"ফবেদা। ঙল্লিঙৈসিদা ঐ চৎনবা তৌবগে। নুমিদাংগী চাক্তু নবাই পুহল্লক্লগে। নঙনা ফবদুনি নচেনা নুমিৎ খুদিংগী খুকমলিসে।"

"ইমানসু পুবক্লে হায়বম্মী ইচে।"

"ইমাদু ঐনা চঙলগা হায়দোক্লম্লগে। হয়েং অয়ূক ওইনা ঙন্তা লাকমিন্নবগে। থোক্লবা তৌবগে অদুদি।"

"ফবে ইচে। অদো কবিনো চমফুৎ অমদি য়াওহল্লকউকো কাউনি ইচে।"

(চৎনা চৎনা) "হোয় হোয়। ইবেন্না লৈয়ুকো।"

"ইচেসে ঐগীদমক কয়াদা রাজববা।"

"কবিনো তৌফম থোকপনি। নুংশাশিসু ওহ্মোক্লসু শাখ্রে। হৈনৌসে মচেৎ অমত্তংবু চাগে। থাঙদুনা ঙসাই ঐনা থমখিদুবু – ওঃ সিদা লৈবে। উম! হৈনৌসিদি।"

(চীংখৈ য়াম্না চানীংনা) "ডোক্তবনবু হৈবু কায়দে হায়বা নৎত্রো?"

"চাবা য়াদে হায়।"

"ঙসাইদি য়াই হায়দাইনে।"

"অদুদি ডোক্তবনা হায়বনিদনা।"

"অদুগা কনানা য়াদে হায়বিবা? নর্সনা হায়রো?"

"হো ইনম্মনা হায়বিদুদি। ডোক্তরগী বাবুদি ইনম্মগীনা মরুনি।"

"মাদি চৎপ্রেদনা। মচেৎ অমত্তা খোল্লকউসে। য়ামদি য়াম্লুনু।"

"ফবদি ফৈ ফত্রদি ... এ! ঐঙোন্দা মদুদি হায়বীনুদা। ইনম্মগী মতৌদুদা।"

"চৎপ্রে পীবকউ হায়বদি কোক পীবকউদনা।"

"ঐগীদি করিসু কায়দে। অদুদা হকচাংদুগী খনবগী বানি।"

"অনাবদি চানীংবা অমা চাবগসু ফবসু লৈবনি। পীবকউনে সে।"

(ওইনবপ) "ওয়্যোকপা অঙাং মচাগী নিংঙাই হায়দুনি। সে সে সি লোইনহেক চাওসে।"

"হে অদুদি য়ামল্লিদনা। সে সিনা নঙ চাজৌসে। ইসা থুম্মীহে। চীন য়াসে খংশেং হেক শেংইদা। ফবনি ফবনি হকচাংসে। খবা হেক য়াংইদা।"

"ঐদিনে হয়েং ইনম্মগা হৈ পীজৈ পীজদে বাফংনবা ওল্লোইকো।"

"ঐনা চানীংদে হায়বদা নঙনা নমদুনা ইনব্রনে।"

"হো হায়বিদে হায়নি – নচেগী হৈনবীদো, ইমাই ঐদি ঙমজবোইদা।"

"হৈ! নর্স লাক্লে। মকৃশিংদু।"

(মোমোন নোক্লা নর্স) "তামো ফবেনা? চয়োলমুক লৈবদি মপং ওইবা চাবা থকপা হৈবা য়াবনি। যৃমদা হনবসু য়াবনিদা।"

(ঈগী খোঙজেল য়েংনা য়েংনা) "খঙদেদা ইবেম্মা, ডোক্তরসি লাইনি। ঐদি অনৌবা মপোক অমা পোক্লবনি।"

"লাইনা তম্বা হায়দুনি। য়েত্তুমনা ফোংখিবগী মখূনশিংদু নাই ওমদনবা তৈথোক-নাম্থোক (ড্রেশিং) তৌসি। ওইশিনবা হৌরেসে। ফরনিদা।"

লূ-নানবা ফিজেত্তুনা মকা লাম্বা মায়থোংদুবু থোইনা হেন্নদুম নিংথিহল্লবা নর্সশিং অদুগী মতৌদুদা পুংপেন হেক পেল্লি চীংখৈ শকহেনবী। মবায় মখূত্তা খাউজাউ অনী অমমম য়াব্দুনা চঙলকই। তপ্না থম্মী। লেপ্তুনা ব্রা ঙাঙদনা ঙাইহাক য়েংই। নর্সশিংদু থোকখ্রবা মতুংদা চীংখৈগী মনাক্তা ঙসাইমখৈ লেপ্পন্না শকহেনবী খরা খজিক হন্দোক্তুনা লেপ্পী। ব্রাদি ঙাঙদে। ফেন্নবা মতমসু ফংদে। ফেল্লুবগী অকিবসু ফাওগুমই শকহেনবী। অদুবু য়াইখোল্লনা থাগী চাংয়েংদা হান্নগুম মকোক তাবে হায়বকপা মবায়গী ব্রাহেদুদা "নুংঙাইবেদা" খংহায় হায়দোকখিবা ব্রাহেদু খোনমৈ তান্নদুনা ফাই ময়ানা মবৈদু চীক্তুনা। তৌফম খঙদদুনা ফদি অমা পায়বগা মপান্দা থোবকই শকহেনবী।

নোং হেক ঙানবগা লৈপাকলৈ চাউবী হৌনদুনা লাকপগুম পুন্না চঙমিন্নবকপা উবদা শকহেনবী পেনজে থম্মোয়দা অদুবু মবায়দি খোয়দৌ থীংপা অগুম অসুম হেনগৎলকই। চাক চারিঙৈ চৈবক্তা চঙশিল্লকই চৈব চৈবদুনা বীস্নো থৌবদুদা অব্রামন হেনজিন্না হায়রকপৈ তম্ফা। অচাকপা মৈদা ঘী হৈগুমগ্রে শকহেনবী মমা মচানা পুখম অমত্তদা নোক নোক্তুনা চাক চামিন্নবা মতৌদুদা। অদুবু মপুরোইবগী দ্রুবাশাগীগুম মঙোন্দা য়েংলকপা মীংয়েংদুনা ঙসিদি থম্মোয় কায়না চেপ্পরক্লিবা অশাওবা পেন্দবগী ঈচেল খবা খিং খকপগুম খল্লকই তম্ফা। থেমজিনজে থম্মোয় অদুবু চীনবান উমশিন্দুনা। ফাথবা ঙমহৌদনা হায়দোকখি কাদুদা হেক খোঙ থাংজিল্লকপগা,

(কল্লগ্না) "অঙাং অতোনবদু মশা শাগৎপনা ঙসি অহীংসে মীৎ ককলা অমফাও উইশিন্দে। মখাগী ইন্দোমচাদা শিন্নবমলগা ঙাইহাক্তা য়ৌকগে হায়দুনা লাক্লিনি।"

(লৈপাকলৈ পাখংনা) "ইশুবু কয়াম কন্না ঙমদ্রিনোনে থোই?"

"পংকন কনবা নত্তেদা ইমা।"

পাখংলপ তৌনা শামুঙৌনা হায়বকই,

"পাউ কোক হায়রকপা য়াদ্রো? পেবাসিতামোন লৈবিদু পীজবা য়াদ্রো?"

"মখোঙ মবম খঙনা হীদাক পীজবদু পামদদুনা তৌবনি। ইমাখোয়সু লাক্লবনিনা অঙাংদু লায়েংশঙদা অমুক্তা পুনবা তৌসি।"

নুমিৎ নীনি শুবফাওবদা তম্ফা মবা মপাও অমত্তা তাবকত্ৰবদা লৈপাকলৈ হুম্নিগী অয়ূক্তা তম্ফাগীদা লাকই। অঙাংশিং লোইনা লাইবিক তম্বা চৎখিবনা মী লৈতবগুম পূমচীক চীকই তম্ফাগী ইমুং। ঙাইহাক খনজান্ননা চপ লেপ্পুনা লৈ। লায়েংশঙদা লৈখ্রবা খল্লি মপূক্লীংদা লৈপাকলৈ। যুমলোম্নবদা হংগদবসু চেকপন্না ইখা খাজিনবনিনা উপাই লৈত্রে। তৌফম খঙদদুনা কৌবকই,

"থোই – থোই –"

"হৈমা! ইমা – কবিগী লেপ্পুনা লৈবিনো? কাখৎলকও।"

"নথত্তা লৈত্ৰা? অঙাংখৈদি?"

"মখোয় তামোদো ডোক্তৰ খোমদোনগী ঙা চবা অমত্তা থিল্লুনি হায়দুনা ঙসাই অয়ূক্তে থোকখিবনি। অঙাংশিংদি লোইনা মহে তম্বা চৎখ্রে।"

"ঐদি ইশুদু লায়েংশঙদা লৈখ্রবা খঙনীংমনখ্রদুনা চেল্লক্লিবনি।"

"শাবদি হম্বে। ইবুংঙোবু কয়াম কুইনা লৈথখো হায়বগে?"

"খঙদ্রেদা ইবেম্মা। ঙহানগী নুমিদাং অহীংদগী মশাদু থিল্লিগা লেংইগা হায়দুনা ফে ফে হায়বদা কনা অমত্তা তূম্নদ্রবনিদা।"

"মখোয় তামোসু মখোয় মমা মচাগী মশক্কু য়েংনিংদে হায়দুনা চৎলু হায়বা কয়া হৈনিংবা উদ্রে। ঐসু শুকয়েংবু য়েংনিংদ্রেনে মশকশিংদু ইমা।"

"এ! ঙাইখো ঙাইখো। তানফমসি য়াম্না লুববনি। নখোয় মখোয়বু নুংশি নুংশিদে তুকা তুকি থিবা য়াবা নৎত্রে। তাঙ্গা চাদ্রদি নৌপ্পাসে কনবা ঙম্লোইদৌবি। ঐখোয়নদি য়াদ্রসু মহাক্রদি মখোয়নীবু য়াবি। মখোয়সু মাগীদমক অবাবা কোঙ্গায় খাঙলিসিদি।"

"হো মদু তাংনি। মাগী লৌনমদুবু নৎত্রদি ইপ্পাসে অসুম্না তৌবমগদ্রা? তৌবু তৌবমগদ্রনে?"

"ফত্তবা থবক্কী মহয়দুবু পীনিংলিনি হায়দুনা উহে বাহেগুম পৎ থত্তুনা পীবা য়াবসু নত্তে। মতমগী মতুং ইন্না নোংমদি লীত্তুনা চেনবা য়াবোইদবা অদুগীদমক কবিগী অদুক ঙাইঙমদনা অশীকপা মী মচাগী পূকচেন্দো

উৎথোক্লিবনো? মদু ইমাদি পামদোকো। মদুগী মহুৎ ঐখোয় অমত্তা ওইনা হোৎনমিন্নদুনা মাবু কলহৌদবা য়াদবনি। মসি মবায়দসু নওনা হায়গদবনি। অনী শুবা নৎতেকো ইবেম্মা নৌপ্পাসে।"

"ইমানবু য়াবদি ঐখোয়গীদি কায়দেদা।"

"সিদবু য়াবা য়াদবা কবিমুক লৈবিবগে? নওখক্তনি মাগী পাম্বোম তিংবীগদবা ইমাগী তুংদা। নওবু লৈদুনা চেনবা য়াবিরো? নৌপ্পাসে হৌজিক হিংবা শিবা নখোয় ঐখোয়গী খৃত্তা লৈবে। মাগী রাখলদি মমীৎ কাবক কাবক উবদা ওায়বিবা অওাংনি। অদুনবু অনাবগী ফমুংদা য়াতাদুনা শকহেনবীগী সেবাদা পেনজদুনা লৈবিবনি মানা। মসি য়ৌনা তিল য়োৎথনা খচুবা ওমদ্রিবা নখোয়সে ইমাদি ওকলিবনি।"

"ইমা মখোয় তামোসু চঙলক্রে।"

"ইমা কয়াম কুইবগে লাকপা?"

"য়ৌবক্তা ওায়বিদা। ইশুশু ফবে। অনা অয়েকসে হান্নদি খল্লুদবনি হৌজিক্তি খল্লুনু ওমদ্রে। ডোক্তবদুবু থেংনবকপ্রা?"

"ডোক্তবদুনা লাই খুকমদুনা হোৎনসি হায়বকই। মহাক্লা চহী ১৮ মুকসিদা পুল্লিদা থাও থাবগা অশুক কুইনা ওইশিনদবসি মহাক্লা অহানবনি হায়।"

"মহাক্লা ওন্নরোই হায়বদি কান্নদে, ইবুংঙো মপান্দা এমসতরা নৎত্রগা কদায়দনো অমদা পুবসিনে। কবি খল্লি।"

(মবায়না শুকথনা) "ইমা মাগীসিবু মখোয়গী পোৎশেম হায়বদু তৌশিনবীবব্রা খওদেনে।"

(থাজনা তম্ফা) "ঐনা ওহান নখোয়না হেক চৎখিবদগী পুক্নীংসে মওন মওন খল্লবনি। কবিগীসু খল্লোই। মীগীদি থাও থাবসে চয়োলবু ফাদনা ময়ুমদা ফরে হায়দুনা হেক্তা হন্নখি। অদুদদি ঐনা শকহেনবীদু মপান্দা কৌথোক্লগা হৎবদা মহাক্লা হায়ববু চাউতোন হায়নে..."

(লৈপাকলৈ য়াম্না খঙনা থৎলকই) "ওঃ ঐসু মমিংদু তাপ্লে। হৈ হায়নবনিনে মাইবদুদি।"

(তম্ফা মমাদা ওনশিল্লক্লগা তপ্না) "মহাক্কা তান্নবগা অতোপ্পা নুপী য়েংনিংদনবা উকাবী ঙাদা শোল্লগা পীজখি হায় শকহেনবীনা। মদুগীদমক ঙসিসি নুমিদাংবাইদা চাউতোব্দু লাকনি থৌ অমসু তৌগনি হায়হৌবনি। মমাদুনা কোয়চেন চেব্দুনা ঙমু অহীংবা, চফু অহীংবা, খোইক হৈকক পান্না, খুমনগী থাঙ, হৈবম তরেৎ, লৈবম তরেৎ, কনাগী সনা কোনয়াই লুপা কোনয়াই খঙবু খঙদে শুহৌরে। মমাদুনা হায়ববু মী অতৈনা তৌশিনবা হীকাপ য়াইকাপ মীগী খুৎশেম লাইগী খুৎশেম লৈবল্লসু পূমকোক কোক্কদবা থৌনি হায় তৌগদবসে।"

"চীংথৈনবু য়াগদ্রনে ইমা?"

"ইবুংঙোদি অঙাং মচাগুম হীগুনতা লৈবনি। মানবু কবি হায়কনি হায়গে। অঙাং মচাদি মবুক লাল্লক্লগা কপ্পা ( লৈপাকলৈ হীক্লা হীক্লা) – মশা – নুং – ঙাই – ত্রগা – কপ – পা ..."

"এ! ইমাগীদু কপ্লিব্রা? ঐখোয় ময়াম লৈবিসিদি। অঙাংগী মমাঙদদি পূকচেল পীকপা উংপা ফৎতে। লান্না খনখিনি। মীবু হেক্তা শিবা য়াব্রনে?"

"নখোয়বু ইমাগী চাগা অমত্তা শেমদ্রব্রা?"

"চাগা থকনীংদে তৌকনু। ইবুংঙো ডোক্তরনবু কবি কবিবু হায়হৌগে?"

"হয়েংদৈ বিমসতা পুবসি হায়।"

(লৈপাকলৈ পাখৎনা) "কবিগী?"

"মফমসিদদি শৈশানা থোং শাবনি। অয়ূক ঙাইহাক নৎতনা মাবু য়েংশিনবা ঙমদে। বিমসতদি পুং তবাদগী করিগুম্বদসু নুমিদাং ফাওবা মাবু য়েংশিনবগী খুদোংচাবা লৈ হায়। সিদদি মানা মকোক থোংবনি, বিমসতদি মাগী মথক থোংবা কয়াসু লৈ মখোয় পূন্না য়েংশিনমিন্নগে কবিসু তৌবোই। ফমুংসু পীনি হায়বকপনি। ইমাসু ডোক্তরদু কুপ্পা বারী শাবীয়ু।"

"করিগীসু নুপী ঐখোয়না ব্রা ঙাংনগবনো। নখোয় ময়াম লৈরিসিদি। ইবুংঙো মতম লৈরি। হিংলিঙৈসিদা মাবু কবিনো উপাই'মা তৌদুনা কনদবদি য়াদবনিকো।"

"ডোক্তবগা তান্নবগা ফগদবদু তৌবসি নোংমা নীনিসিদা ইমা।"

"অদুদি – ঐ কুইথববোই।"

"ইমা চাক্কু পুবগা চৎখ্রো। মখোয় তামোগা চৎমিন্নবো।"

"ইবুংঙো নঙবু হোবেন তৌগদবশিংদুবু হৈনগদ্রা?"

"হৈনবা হৈনদবা কবিসু লৈতেদো ইমা।"

"ঐসু ঙাইহাক য়ৌকগে। ইমা থল্লন্নগা কোক হেক লাক্লগা লোইবে। মশকশিংদু য়েংনিংদে। ইহে – ইবুংঙোগী চমফুৎসিদি কবিনা শেমসিগে ইমা?"

(লৈপাকলৈ তুকথনা) "শেন্নুবনুদা। ঙহান্দে ময়াদা কবিমত্তা তাউ হায়বা য়াদ্রে। ডোক্তবনসু মপংদি পীজখিগুমসি হায়বনিনে ইবেম্মা।"

"অবাথবীগী খজীক্তং চম্মা শেন্নগে। চাক চাননবা তৌবসি ইমা। মখোয় তামোসু চাইথবীকবো।"

চাক চাবিঙৈ মশুশিং মবি মবি খাউ হাইব হাইবদুনা লাঙলগা চেনশিল্লকই। মবোক উবদা য়াইখোম্বা হেন্না য়াংনা চেনশিল্লক্লুনা কোল্লি। থুকৎনা স্বব থবেৎ থবেৎ হোল্লদুনা তল্লকই, "বোবোক, বোবোক ঐখোয়গী ওজাদো পৈশা পীদবৈ নোংমৈনা কাপতুনা হাৎহৌবে – ইস' য়াম্না কিজে ..." মবোক্লা কোনশিন্দুনা পমখৎলি। মশুশিংগা লোয়ননা চাক চামিন্নবে। লায়েংশঙ তম্না মখোয় পুন্না লাকমিন্নবে। মশু অনীগী মবক্তা ফমদুনা লৈপাকলৈ মশু অনীদু হেক হেক ফাথজে "লাঙবা ফত্তেকো" হায়দুনা।

ইবোইনা লৈয়োনবীদ্রবা ঈক তাববা কোংকুত্তে পাইথোবক্লিবা থবাইকোকপী তেংবী অনীনি মমীৎতো। অনীদুনা লুবাক্লনা লৈ লৈদুনা চাগদবগুম য়েংলকপা মীৎয়েংদুনা মপাবু খঙনিং উন্ননিংবৈ ঈখৌ লাংনা অপাম্বনা লাংতক্লনা কোইথি থিবকপদা দোঙ লাউনা খুদি থিরুবে চীংখৈদা। য়াইখোম্বা

খংই। উর উরগা হেন্না হেন্নদুম অহোইননা অকি তুংজুংবা ফাওঙমদ্রিবা থম্মোয়দা দাকফম নাইনা হকুনা তম্নবিবিবা মমি অমনা অমুক্তসু তাইবংদা শংশংনা নৎত্রগা মমি শামিগুম উদুনা তম্নদ্রিবা "তম্নলাই" হায়বদুগী শক্তম অমা য়েকলকই য়াইখোম্বগী ৱাখলগী অতিয়াদা চীংখৈগী তাইফেং তাইবা নাপু মচুগী কুচুদুনা চিংশিল্লগা ছাতিন য়ানবা য়ানা চাইকংদা উনশাতনা কুম্না খজাইগী শদোং পক্কক্লবা শরুতগী তুম্বানা শাবা হংলাইগী চুবাদু উবদা।

থোইনা হেন্নদুম অমুক্কসু তম্নবীবিবা অমনা তাবদা লৌশিনবা ৱাববা থা অমবোম চাক মক অমত্তা চাকখাওদা তাবক্তবদে শদৌ থোংলবা পুবা ঙমদ্রবা হকচাং পোল্লাং অদুনা অখাম্নবা য়াদনা থগোকপে চৈবক্তা মচাবু নুংশিবে চৈনানা চৈথেং নাদুনা ফুদোবকপা থম্মোয়নুংগী মেঙলবা মিববা খোঞ্জেলদুনি। তঙক তঙক য়েংলিবা মচাগী মতৌবু উবদা কুংলবা মীংকী কোমদুনা ঈবানা থল্লদুনা শোল্লবা মপাঙ্গল য়াওদ্রবা উনশাগী কবুক্লা লাকশিল্লিবা শক হুমদাং মবক্তা য়াবেক্লম্বা থবায় মঙানা মপান্দা পাইথোক্কদবগী চেঙ খৈবগুম নীকপা হৌরকই। ফুনগত্তুনা খোঞ্জেলদি থোকপা ঙমখিদ্রে। মমীত্তু তপ্পা উইশিন্দুনা খাঙই চীংখৈ। পাগী পল্লোন লোনখিবদা চেম্থবকই পিবাং। শকহেনবী খুয়াদা ফম্নম্বদগী তপ্পা চঙশিল্লক্তুনা চেম্থবক্লিবা পিবাংদু তপ্পা তৈথোকপীদুনা লাইবক্তা কাবক্লিবা ঈনিলদুসু অমোনবা অঙৌবা খুদৈমচা অমনা নানথোকপা হৌবকই। তম্নবম্বা মমীত্তু উইশিনবদুনবা কবিনো য়াইখোম্বা মমাগী মনাক্তা তপ্পা চঙশিল্লকই। মমাগী ফিজীদা পায়দুনা ঙাইহাক হায়ফম তৌফম খঙদবা চিংনবা অমগা লোয়ননা মীৎ কুপ্তখৈ হু হুদুনা য়েংলকই মপাবু য়াইখোম্বা।

তাঞ্জাশিদসু হাথু হাথু ডোক্তব খোমদোন চঙলকই। তাপ তাপ পায়দুনা ওইশিম্নু য়াদ্রবা হোগায়ববা মবুক্তু মেৎপোই নানবোই তৌবকপদুদা চীংখৈ খাঙবা ঙমদ্রবা খোঞ্জেলদা, "ইস! ইস!" হায়দুনা মবুক্তসু "শিশ! শিশ!" কামথোবকপগুমসু তৌই। খুদক্তা চেজেৎ অমা নর্সতুদা পীবগা ঙসিমক অনাবসি বিমসতা পুনবা (বিফব) তৌগদবনি হায়না ঈংগীৎ তৌই। লৈপাকলৈ অহানবদদি য়ানিংলমদবদু ডোক্তবনা লুম্না নোংমা নীনিদংদি রিমসতা লৈতবা য়াদ্রে কন্না তকশিল্লকপদে য়ানিংদা য়ানিংদা য়ারে। পুক্রীংদদি মপাললোমদা পুরগে চপ য়ুংনা লেপ্লে লৈপাকলৈ। নোংমা নীনিসি পম্থখিবা তারিব্রা হায়বসিনি লৈপাকলৈগী

অবাবা। কোক হেক থদত্তুনা ফোয়দংলগা পুঙমত্রিবনা ডোক্তব মশামক্লা মণিপুবদা ফংদবা হীদাক অমা কোলকটাদে চেন্দুনা অথুবৈ ওইনা ঙসিগী মালঙ-হিদা পুরক্তুনা মালঙ-হিথাংফমদা থুংলবগনি লোয়ননা চেজেং অমা মবায়দা পীবকপা অদুনি।

উপাই লৈতবদগী তৌফম খঙদদুনা মবিনি হৌজিনপ্রে রিমসতা চীংখৈ। পংলা পুন্নগা পুবকপনা থোইনা থৌশা বাশাদে অতৈ ডোক্তব কয়ানা। অহোইনদুম শাউজিল্লক্তুনা "কবিগী অসুম্না পুরক্লিবনো" হায়না তাথীবগুমসু তৌরকপা ঙক্তবা নত্তে। নোংমা নোংমগী পংপা পুম্বদি অকিবা ফংনা হেনজিল্লকই। পংথ পুমথবকপৈ মনম্না চীংখৈ মথন্তা তোংঙান্না লৈবা ফমুং অমত্তুং থাবা কা মচা অসি নোংমা ফাদোক লাকপা মীনদি নাতোন খুমদুনা ফন্নগা লৈবদা অবাবৈ মশক্লি। কনা কনাগুম্বশিংনা মপা ফাওনা চংপা য়াওববসু মনাতোন খুমদবা য়াওদে। মসিমক্তি শকহেনবীদা থোক্লে। অদুবু শকহেনবী অহিং তুমদবৈ চৈনা খাওবা ঙমদদুনা অয়ুক্কী চাক তোক্লকপৈ মুম্ববকপগী তাঞ্জাদুদা ঙাইহাক মমীৎ তক তক পাঙলিবা চীংখৈগী খূয়াদা তাশিন্দুনা মীৎকপ মচা অমা তাল্লি। অদুবু চীংখৈনা "নংগনসে শাবে শারেনে অমুক্তা চেপকেনে হে" হায়বা শোল্পাংননা নাতোন য়া ইফাও ফাওননা ঙাঙবা মিববা খোঞ্জেন্না মঙদসু তাইবংদসু মঙলাক্লহন্দুনা যূক হৌগত্তুনা ফম্মী শকহেনবী। শংত্রিক য়েংই কিনা ঙক্লা চীংখৈদা।

চীংখৈবু তপ্না চিংবোই পমবোই থাংবোই চেপহল্লি। মনঙন্দু অমোনবা ফিদুনা তপ্না তপ্না নাম্ববকপদা শক মথক্তা উনশানা মথুপ মথুপ থুপচিনবদুদা করি পক্লবনো য়েংলুবদা উনশা ওইবম্বদুদা শংশং উবকই চাউতোন মীৎমাংদা নোকফেং তৌনা। যূক হৌগংকে তৌই। "হুম" ঐনা তৌবিসি কবিনো শাগল লাক্তুনা চিংথৈ বাখলনা। ঙেক ফমদুনা অমুক লাকপ্না মুনা য়েংলিঙৈ মশক্তি উদনা তারকই খোঞ্জেলদো, "ঙসিগীসিদি ইমুং মনুংদি লাইবদনা মবি মতা ফাওবদা শিজীন্নবা য়াদে। অবা মৈশা লাংগনি। শাংলবদা থা অহুমদা লোইবে। মীদু মশা মথক্তা শদোং ফোয়দংচদুনা প্রোক প্রোক চাক্তুনা শিজগনি ..."

শকহেনবী মখুৎ অনীনা মনাকোং অনীদু পায়শিন্দুনা খাঙই। মতৌদুদা চীংখৈ হান্না কিথি কিরম লৈরম্বদে শকহেনবীবু উবদা তু খ্যাউ চুদুনা অকিবা ফাওবক্লে। মকোক্কী মশমদু ফোইরা ফোইরদুনা "ঐ খাঙবদা বারে! চাক্লে চাক্লে!

শিনিংলে – শিনিংলে!" হায়বদুদা মীংকপ খোবকই শকহেনবী। "কেদৌরগে মখোয় তামো – ডোক্তর কৌকসিবা!" পাখংনা হুংজে শকহেনবী। তপ্না তপ্না চীংখৈ মমীত্তু উইশিনখিবদুদা যেংলুদ্রে। থংনবা মীংকুপ্তা কবি অমুক খোঙ্গবা ঙাইহাক ঙকচাম্না ঙাইহিবি শকহেনবী চীংখৈদা নুংশিনা য়েংদুনা। মমীত্তে পিরাং অমা অনী চেম্বকুনা অচীকপদুবু থুগায়বকই। মমীংকী মশিদু তৈথোক্লুনা, "মমল লৈতবা পিবাং নওদি খওবীনবা লৈতবনিনা লৈমায়দা মাঙজবা তাবনি তাবা" হায়দুনা কল্লক পেন্না লৈমায়দা শ্রু শ্রু নৈশিন্দুনা তৈশিল্লি। মদুদতা খকখি পিরাংদুসু।

কংলবা মীনোক্লক্তা খকথ্রবা পিবাংগী মমলনা তম্নদুনা চুবাদু থাঙ্গংলক্নে শকহেনবী। করিগীনো হায়বদি মশানা খওজদে। খওজবা হায়ববু মঙলান তাইবং অনীগী লংদাইদা লেপ্লি কবিনো খওদনা শিখক্তনি। য়েংলোমথংবা মমায়দু হায়ফেং চেপখংলকই শবক শিববা তাঙ্গাদুদা। নোংমৈ-শীংজং (বজ্র) তাবকপৈ অখাক অবাওগী খোঞ্জেলদুদা খংই শকহেনবী – "মীদু মশা মথক্তা শদোং ফোয়দংচদুনা প্রোক প্রোক চাক্লুনা শিজগনি। থাবু থাম্রবা কোক্লবা উপাই লৈতে।" চীংখৈনা "শিরে শিবে" হায়দুনা মবুক্তা লেংলিবা ফত্তবা খাইনবগী খাও মরিদু ফোয়দংলকই, লাক্লুনা লংথোবকই। শকহেনবী কোকচাওবী ফুং কায়। ফুক হৌগক্লুনা চীংখৈগী মখূত্তু তাপ ফায়। ঙাইহাক মিহুন চেঙ্গা চেংগুমনৈ তাইবংদা অমুকতসু ফাওখিদ্রিবা চৈনা চৈফু অমনা ফুনগংলকপগুম শকহেনবী। ব্রাচেক্তা মিহুন হুন্দুনা স্বব থবেং থবেং মনীং মমাঙ শম্নদনা হোনবদা মবুক্তসু ইন্নবট্র্যাব অহোবদা নুংশীং কামথোবকপগুম "শী শী" খোঞ্জেলগা লোয়ননা হোন্দুনা খাওলিবা চীংখৈবু উরগা লম হেল্লুববা শকহেনবীগী মীংকী শি পিরোইননা মনীং তৌনা চেম্বকপা ফিজীনা তপ্না তৈথোক্লিবা তাঙ্গাদুদনি ঙসাই মখৈ গ্রোং গ্রোং লাউনা ইল্লন্থা কাংখোং পানবা হীদাক-উপুদু খোঞ্জেলবু ফাজীন্দুনা তপ্না মপাদু লাম্বোক্লবা হোংনরি নুপা নর্সতু। ঙরাংসু থৈদুনা চংখিবদৈ ঙসিসু চংখিগদ্রা মিগাইজদুনা মমায় মমীং ঈপোম পোম চেম্বোবকই শকহেনবী কাদুদৈ। শ্বায় লাউবগুম তিংঙক মায়ঙক্লরিঙৈদা শকহেনবীনা কৌরকই,

"হো তাদা – হো তাদা – শোম্নদা অমুক্তা চঙবিরকউ।"

"য়ানি য়ানি। চঙঙক্কনিদা।" (মচীনদং খুন্নবা চীনখুমদু মনাতোনফাও চিংখংলকই)

"তাদা ঙবাংদি চীংথবীরল্লে ঐখোয়গীসে।"

(মমায় ঙাংলপ) "খঙদেদা ইবেম্মা। অনাবসিদি অমতা অনীদা নত্তবনিনা।"

"তাদা লোংথোকহল্লসিবা অনাবসে?"

"হোয়নে। খঙদেদা – তৈথোক-নানথোক (ড্রেসিং) তৌবিবনিনেনা তৌরিসিসু মী অনী শুবদি ফগদবনি অসিগুম্বা অকব্বশিংসিদি। ইবেম্মা – ফিদো খবা লৌথোকপীয়ু। হোয়নে খূয়াদুদা থম্মুনে। য়াবে – য়াবে –"

"ইস! মনমসিদি। মসিদি অতৈনদি কয়া ..."

"(চীংখৈ মমীৎতু উইশিল্লগা মখাদাংদু চীক্লগা) অয়ো! অয়ো। শিবে! শিরে! ..."

(করিসু যৌশাদনা নোকফেৎ নোকফেৎ শুগত্তুনা) "কবিসু তৌবোইদা। খবদি খাঙবা তাবে।"

(মমায় মমীত্তু ইমক মকশিন্না পাখৎনা তপ্না শকহেনবী) "তাদা – তাদা – খিত্তা তপ – না – তৌ – বী – য়ু। তৌবিসি য়েংহৈদ্রেদা।"

"ইমা! ইমা! শি – বে – নে – হে ..." (চীংখৈ মপি তাবকই)

(নোক্লা নোক্লা) "স্বব হোনবদুবু নাতোন্দা হোন্দ্রমাল্লেনে। পূকতা ওইনদুম হোল্লেনে। স্বব অহোন খূদিংগী মনমসিদি শিলহিং নম্বা শা ঙা পঙচা চাশিল্লুবৈ শাহীং ঙাহিংদু ঙায়বে। চহী কুন হেল্লক্লে মফমসিদা ঐনা থবক তৌরক্লিসি। অসিগুম্বসিদি মহাক্লা অহানবনি। কুইশিল্লক্লদি পূল্লিসি অঙক-অঙকপা ঙাক্তনিহে ..."

(চীংখৈনা শকহেনবীদা খূদোম্বী খিল্লগা শাউনা চৈবকই) "অয়ো! অয়ো! শিরেনেহে। তপ্না তৈথোকপীয়ুনে। খাঙবা ঙমদ্রে। ঐবু শিরেনেহে! নঙবু – নে – হে – লুপা চাম্মদা তাদদা পীয়ুনে। খবা তপ্না তৌবীয়ু হায়য়ুনে।"

(শকহেনবী ফিরৈদৈ শৎ লৌথোকই) – "তাদা সে লুপা ১০০তনি। মসিনা কা চাবীয়ু।"

"(ফল্লপ য়েংশিন্নদনা) হেবা ইবেম্মা ঐ লৌবোইদা। ঐনা তৌরিসি তৌদা য়াদদনা তৌবনি। নখোয় লাম্না লৌব মাল্লেনে। মতুংদদি ঐ নখোয়গীসি তল্লেহে।"

"তাদা লান্না খনবীগনু। নচলনা পীজবিসে হয়েং ঙনতা লাকপীনবনিনে তাদা। সে তাদা –"

"হয়েংবুদি ঙন্না লাক্কনিদা। মী উবগা ফজদেনে। পীববনিনা হাপচিল্লগেকো।"

"তাদা কাসিসু লৌশিনবীয়ু।"

"এ! তানবু চাবে। চীনসে ইথা খায়। অদুদা থম্মু। সিদগীদি অনাবগী শককশিংদু লোইখ্রে। ইনাওবু ঙসাইগী অদুমাইনা অনাববু ফাওবিব্রনে?"

"নাদি নাবি। খাঙবদি ঙম্লে। নাদবগুম্বনিদা। কবিনো ঙহানগীদুগা ঙসাইগীদুগদি শিবমদাইদবু অদুম্না তৌবিব্রা খল্লুববনি। মসিগী হীদাক উপুগী খোঙ্গেলসিদবু মঙদফাও কিববনিনে ঐদি।"

"লোইবে লোইবে, পোৎথাবো পোৎথাবো। হে ইবেম্মা ডোক্তব লাক্লে। সোমদা চঙলকলিমাল্লে খুয়াদা য়াল্লিবা ফিশিংসে লৌথোকউ। খবা হন্দোক্লা লৈয়ু।"

(গম গম চঙশিল্লকই নর্সশিংগা লোয়ননা খোমদোন) "তৈথোক-নানথোকপা লোইরব্রা?"

"লোইজবে সাব।"

"য়ারে থোকখ্রো।"

"ফনি সার।"

"ঈশিংসি ঙবাংদৈ শিন্দ্রিব্রা?"

"শিন্দ্রি ডোক্তব।"

"মীত্তু, য়েংঙোই মখাদা য়েংথৌসে। হো – য়াবে – য়াবে। চীনবানসে মবক মবক্তা মহী মনাইনা খরা খবা চোংহল্লু। হোবলীক্সবা চমফুৎলা ইয়াদা য়াই।"

(শকহেনবী নোকফেৎ তৌনা) "ডোক্তব চাউ থকউসে ইয়া য়াদে মনম নমথি হায়দুনা। ঈশিংদি চামচ অমা অনীদং হেক হেক থকই।"

"ঈশিংসু কায়দেদা। চীনবানসে কংনা থম্বদি ফত্তে। ইমাদি? নুপা অমা থাদোক্তবা ফৈ।"

"ইমা থংনবা কাদা তূম্লি। য়ানি – কৌজবক্কে।"

"মসিদবা?"

(শকহেনবী চৎনা চৎনা) "হোয় ডোক্তব।"

(খোমদোন চীংখৈদা ওনশিল্লকই) "ফবেদা। ফবনিদা। কবি কবিনো চাবা য়াবা খবা চানবা তৌকো।"

(য়াম্না চিংননা শোঙ্খাংননা) "ডোক্তব, ঐসিবু ফবকখিগদ্রা?"

"হান্না নৎত্রে য়াম্না ফববনি। থম্মোয় পীকথবা য়াদে। হোবেন নুমিদাং অমুক লাক্কে।"

হূবানবনা হূবান পোৎয়োম মপুগী মীৎমাঙদৈ নাথৈদুনা লোৎননবা হোৎনবগুম অততাই তাবক্লবা ডোক্তবগী মতৌদুদা চীংখৈ থোইনা থাম্লগে খল্লুদ্রে। অদুবু হিংনিংলিবা থবায়বু তম্লবিবা ব্রাখলনা লাকথুবিবগা পূক্লীংগী ঈহুনবু খৌজেংদা পন্দুনা খৌগংনবক্লবদা কংলবা চীনবান্দা কাণ্ডথোকপা ঙমদনা মুশি মুশি কংলবা দোশিগী মৈবীনা মদোম মুৎচখিবগুম শিথব্রবসু থম্মোয়নুংদৈ কাবক্লিবা ঈখৌলাংবৈ ঈফুত্তি অসুম অসুম হেনগৎলক্লি। ডোক্তবনা থোকপ্রগা থংনবা কাদা মমাগা শান্নবিবা ব্রাবীদু মনা থাংগত্তুনা মনীং, মমাগু শমজীন্দুনা তারি শাদানবগী হূইগুম,

*(লৈপাকলৈ শোঙ্খাংননা) "ইবুংঙো ডোক্তর – ইচাসিবু?"*

(খোমদোন শকহেনবীদা ওনশিল্লকই মমায়দি লৈপাকলৈদা ওনশিল্লি) "ইবেম্মা নঙদি অনাবসি হুন্দোক্কনু। চৎলো।" (শকহেনবীনা চৎখিবদু ফন্নপ য়েংলগা খোমদোন মখা শমথবকই) "ইমা অনাবসে লাইনা তন্নদা লৈবে। ফবা ফত্তবা ডোক্তরগী খুত্তা লৈতে লাইবক্তা লৈবনি। ডোক্তরদি লোইনা ফহননিংই। লোইনদি ফত্রনে। ঐসু তান্নবা য়াবা অখণ্ড অহে অনকপগী অরাপ্পা মী লমগী ফাওবা য়াওনা তান্নবা য়াবা তান্নবে। লম শুববনি। ঐ তশেংনা খুৎ থাবা য়াবা মখেদি থাবনি। হৌজিক্তি খুৎ থাবা হায়বদুগা মান্নবে। ঐ চেনবদি নত্তেকো ইমা।"

(লুতোন শম চপ য়ুংই লৈপাকলৈ, তপথে) "ফরে অদুদি ইবুংঙো ইচাসে মপান্দা পুবগে হয়েংমক। ডোক্তরনা কন্না হোৎনবীবসিদা ইক আ তৌদুনা লৈবিবনিনে ইমাসে। ইবুংঙোনা ফনবা শিনবীবো।"

"মদু ইমাখোয়গী অপাম্বনি। কায়দে। অদুবু অনাবসিদি ঙসি হয়েং খঙদ্রবনি। কনানা খঙনি লম্বেলদা ফত্তা নুংদা ..."

"কবিনোনে ইবুংঙো নঙগী বাসিবু! নত্তে শিবদা তাবব্রনে ইচাসিবো!..."

"মাগীসে চকখাউসিদা হোবল্লগদি খরসু ফংগদবনি। থিবিনসিসু লোইনা পৎলে। চকখাউদৈ থিবিন্দৈ পাথোবকপা মহী মচুম্মা মবুকসে বোন্দৌনা কঙখৎলিবসিনি। অহুন্নকসু শুববনি চিংথোক্লিব। অদুনা থাঙ থাফমসি ঙসিফাওবা ওইশিনদ্রিবসিনি। ওইশিন্নবৈ খুদোংচাবদুসু হৌজিক্তি লৈত্রে। হায়বদি মাগীসি থীবোং থীবিন চকখাউদি লায়বদনা মবুকসিফাও মনুংদদি লোইনা পৎলবনি। মপান কুরাংবানসিনা কুপ্পতনি। অদুননি য়াম্মা নমথিরিসে। হৌজিক্তি থগোকপসিসু য়াম্মা তোয়শিল্লকনি। অদুগা চপ লেপশ্রনি। অদুনা নোংমা নীনিসিদি য়ুমদা পুথরগা চানীংবা পীজদুনা সেবা তৌবীবনা হেন্না ফরগদ্রা হায়বসি ঐদি খল্লি ইমা। ইমাখোয়গী অপাম্বদুদা তৌবীয়ু।"

(হীক হীক লাউনা) "ইবুংঙো! ঐবু মঙলা তাইবংলা ..."

"ইমা ডোক্তরনা মীবু কনবা ঙম্বা নত্তে। ডোক্তর লাই নত্তে। শিবা হায়বসিদি পোক্লদি নোংমদি শোয়দ্রে। অহান অকোনগী বানি। এ!

ইবেন্মা কপ্পা লাউনবা অৱাবৈ মমি অনাবদা তাহনবা ফত্তে। অদুনা ইমা ওসি অহিং'সিমা মুন্না থন্নবীবো। নোংমা নীনিগী ৱানি ৱাফমসে।"

ডোক্তর চৎথ্রবা মতুংদা লৈপাকলৈ শকহেনবী ফুম্বংননা চিংনা চীংখৈবু য়েংলগা ইকোয় কোয়না মনাক্তা ফন্নবৈ। ৱাদি ওাওদে। মখোয়'নীগী মনীং তৌববা পিনা লোৎনা থূপ্পা ফিজীন্দা কিশি কিশিনবদুনা থোইনা হেন্নদুম পিগী ঈরা ঈহৌবক্তুনা মীৎলু কোম যুনগৎলক্লে চীংখৈ। শকহেনবীনা থক থক নীকলবা চীংখৈগী ঈহৌবক্লিবা পি তপ্পা তৈথোক্লবা হোৎনবৈ মতৌদুদা লৈপাকলৈ মচাগী মনাক্তা ফমদুনা লৈওন্নক্লে। থোবক্লে। মীয়াম মবক্তদে থবা থৈদোক্তুনা মচি অমদা ওেক লাউনা ফমথবগা মনীং তৌনা হীক হীক লাউনা কপথোক্তুনা থম্মোয়বু পেলহল্লি।

তাইবংগী অৱা খোল্লাও লাল্লাওশিংসে তাবদা কোবৌহনবসু চোকথবদুনা চেপ্লক্লে। তম্ফা মপুবোইবগা চাক পুদুনা চওলকপদু থোইনা উকদ্রে লৈপাকলৈনা অওাং মচাগুম থম্মোয়গী নীংওাইদুদা। থেমদুনা পুশিল্লকই তম্ফানা মমাবু চীংখৈগী কাদা। খাওফম খওদ্রবা তম্ফা মমীৎ উইশিন্দুনা হীপলিবা মৌপ্পাগী মনাক্তা তপ্পা ফমথদুনা মমীৎ কৃপ্তমখৈ চিংনা য়েংজৈ কীম্বুবক্লবা শকফমদু। ওসিসু তম্ফাগী মমীওদি অদুওৈগী পীক্লিবা লাক্লা ফানা ওমদনা কোয়চেন চেল্লিবা মৌপ্পাদু ওইনা উবি। নাকোংদা তাবগুম তৌবি – "চেচে চেচে – পুপুদা ৱাবী লীহল্লুসি, চেচে চেচে..." নীংশিংলক্তনু য়াদবা থম্মোয়নুংদা হকথ্রবা থৌদোকশিংদুগী মমিনা মরি মবি শম্নদুনা শক হুমদাং মথক্তা তোপ তোপ তাবকপদুদা তম্ফা তপ্পা তপ্পা তৈথোক তৈথোক্লা তৌফম খওদ্রদুনা মমাদা হয়েং অয়ুক্তা ওন্না লাক্লগে হায়বল্লগা পুবা থাংবা ওমদ্রবা থম্মোয়দু পুবগা থোকখ্রে মপুবোইবগা।

তম্ফানা মখূম খুন্নকখিবা চাক্কী পাত্রদু নুমিদাং পুং তবা তারক্তদৌবদু ফাওবা কনানসু মখূমদু হাংদোক্লনবগী পাঙ্গন থোকখিদ্রে। অদুবু উক ৱাক চীকথক্তুনা চাথোক্লগা উপাল ৱাপাল খিবীকপূ লেপকং লেপকং কংহনবা ওম্বা পূকচাওবা শবীমক্কা মান্নবা মোবে উচিনা হৌনা হৌনদুনা লাকই চাক্কী এঙ্খাংগী ওইনম্বা মনমদুদা। মদুগা হেক হেক খংপ্রেক খংই চীংখৈ শিরমদাইদা অশি-নিংথৌগী মনাইশিংনা মাগী হিংনিংলিবা থৱায়বু লৌবা লাক্লবনি খন্দুনা মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা নোংয়াই ইতুদুদা। খংলাউ লাউবকই কিবদুনা, "হে নখোয়বু তৃন্নব্রা?" তৃমদা চাদবৈ চদংনবরা শকহেনবী লৈপাকলৈ খংদুনা

মমীৎ মনা খংশিং শিংই উইরুম উইরুম তৌরম্বদে। "করিনো ঙসি অহীংসে ঙহানমখৈগা মান্নদনা য়াম্না তমনৈনে" হায়বা নাতোন য়া ইফাও ফাওনবা ফাইরবা চীংখৈগী ৱাহৈদুমক্লা অমুক্কসু তম্নদুনা শকহেনবী লৈপাকলৈ অহীং মিংশেল খাঙদুনা মীৎ ককলা অমত্তা উইশিন্দনা নোংঙানবা ঙাইবদা হেক হেক ক্রোক ক্রাক হায়বদা মীৎচান্নেদি হায়ববু মশা মশাদা চোংলিবা মিহুনগী মখোল মেবা থাগী থানিলদা পাখঙ লৈশানা ফৌঙ লরুবগুম তৌবকই। কবিগুম্বদসু মশা মশানা হোল্লিবা স্বব লেপখিদুনা হোন্দ্রব্রা খন্দুনা ফূইনা ফূইনা মবক্তা অমুক অমুক্তং কামথোবকপেদা অমনা অমগী মমীৎ খংলাও খংলাও লাওথোকহল্লি। খঙহৌদনা হুন্নকপা তপ্না শীংপা নুংশীংকী মখজাইনা থোঙনাও মিংশেন্দা তকপদা লরাই লুতোন শেং শেং কায়। অশি-নিংথৌমক্লা চীংখৈগী থৱায় ফোয়দত্তুনা পুবা ঙমদবৈসু অথেঙবা অহীংদুদা শহুম চাউনা শাউদুনা চৎপনা হিংলিবা থৱায় কয়ানা নোং ঙানবা ঙাইবদা চেক মোক লাউনদনা কিদুনা ফমজিনখ্রে বিমসকী সবজিকেল বার্ড। কাঙখল চৈথোকশিংদো উচি-মৈ-বা (চন্দৱা) মখোঙ মবিদুমক্লা মায়কৈ মবিমক্তা য়ুংবা ওইনা উবকই। খল্লিবা কাঙখলনা চাক্লিবা কূগী (চিতাগী) মৈবীগী ঈথক ঈপোমদা জগোয় শাবিবা অশি-থাক্কন ওইনা উবক্রে। অশি-থাক্কনগী মবৈনা হা হা তমদুনা মখুৎ তিংথোবক্তুনা মাগী থৱায় পীয়ু হায়বক্রে। চীংখৈ খংলাউ লাউবকই,

"ইমা! অশি-থাক্কন্না কূপশিল্লক্রে –"

(তু খ্যাউ চুংলগা) "হায়হৈদে! হায়হৈদেকো! ইমা ননাক্তা লৈবিসিদি। য়েংঙোই নমীত্তু পাঙথোকউনে। ইমাদা য়েংউসে ইবুংঙো, হো – হো –"

"ইমা! ঐসিবু হিংলিব্রনে!"

"সে – সে – নমীত্তু অমুক উইশিল্লুসে। তূম্বা য়াব্রা য়েংউ। নোংসু ঙাম্দৌবে। পুং অমা তারে। নঙনা অদুম্না তৌরদি থংনবদা লৈরিশিংসে তূম্বা য়ান্নবরোইনে।"

"তু! ইমা লাই হুবাউবদা য়ৈবা পুঙ মখোলগুম্বা অমা 'তুং তুং ...' য়ৈরিসি তাব্রা?"

"কদায়দগীনোনে! করিসু তাদেনে। নমিত্তু উইশিল্লুসে। ইমানা খুমজিল্লিসে পাঙথোরক্কনুকো। ইমাসু তূম্বা থেম্নগে।"

"হায় শকহেনবী নমীত্তু চপ যুংদুনা লৈগনুনে। ফনেক অমত্তা কাগুখলসিদা য়ানশিল্লুসে।"

"হোয় ইমা।"

লৈপাকলৈ শেংলিবা ফনেক ফিজীনা চীংখৈগী মবায়বত্তা তপ্না কাবক্লিবা চোং চোং লাউবা ঈনিলদু লৌথোক্লি। চৈবকসিদা থংনবা কাদগী হনুবী অমা শিগদবগী ফ্রে ফ্রে হাইদুনা কন্না লাক্লরকপদগী ডোক্তব কোয়কৌ কৌদুনা কোয়চেন হেক চেন্নবকপা মীগী মীনিল খবা তাবক্তুনা স্বব খবদি হোন্দোকচবে অচীকপনা তন্নবীকব্বা শকহেনবী লৈপাকলৈ। নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌবকপদুদা লৈখিদ্রবা হনুবীদুগী থবায়না চীংখৈবু অমুক নৌহৌননা তন্নবীবা ঙমদ্রে। অশি-নিংথৌসু মথি ফোঙলকখিদ্রে। লৈপাকলৈ শকহেনবীদসুনি। মীৎমাঙদা শংশংনা ফন ফন হেক্তা অশিবা মানা চোংথোবকপা মীৎকৃপতুদদি অঙাং মচানা পামজবা শান্নপোৎ পায়দুনা মেত্তুনা শান্নবদা থক্কত্তুনা নুংঙাইবা ফাওবদুগুম্না অশিবা মাবু থোইনা নুংনাংলুদবগুম ফাওবকপগুমসু তৌবকই মখোয় মখোয়গী থম্মোয়দা।

য়েন্নখাগী মমশুক মমশুকপা ঙানফুং ঙানফুংবনা তান্নবকপা তানজাগী ভেনতিলেটবদা ফুং ফাওজিল্লকপা অঙ্গংবা অশেংবা নিংঙাইদ্রবা নুংশীংনা ৱাই ৱাই হুম হুমদুনা চিংলি চীংখৈগী হামচংনববা থৱায়। অশেংবা অচুম্বনা মীনম্বা ঙমদুনা মীৎমাঙদা শংশং চোংথোবক্লবা তানফমদা কনাগী থম্মোয়না মদোম মীনমদুনা কবম্বা থম্মোয়বুনো নৌহৌনা কবেম্নবগা তাং তৌদুনা লৌনম লাংদা কবম্নবু থুহনগনি খল্লুনবগী তনফমদু লাপ্না তাম্না তুংওইনহৌদুনা থাপ্নবক্লদা নিংদোম পোন্নুদে হিংবদা চোকথববা খুইববা থৱায়বু লুবাক্লবা পূক্লীংনা চংলিবা খোঙচত্তুদা। পুক্সিগী অহৌবা অবোইবা মচীন অনীনা অমতগুম উঙন্নক্লবা চিববা তানফমসিদা মনুং মপান ফাওনদি উঙম্বা অপাম-মিহৌগী (মায়াগী) মিংশেন্না ইকোয় কোয়শিল্লিবা উপু মনুংগী ফিয়ানখোক উচুংদা থ্রাক থ্রাক য়াম্বিবিবা শুমহংলবা মচুগী নিংথিববা অনৌবা অহনবা ফিজোলসে থোইনা কল্লকউদুনা মীতাকব্বসু পোক্লুদ্রে নোংজু নুংশা খাক্তনা অহীং নুংথিল নাইদনা মালং শহুম্না মফুং মফুং চরলহন্দুনা কীম্বরবা মচু য়াওদ্রবা অমনবা ফিজোলবু হোংদোক্তুনা চীংখৈ।

অদুগা চীংখৈ থম্মোয়দা খুত্তুম্না পেন্না শুজিনজদুনা তত্তনা হংলি মদোম

তরং-মালঙদা শংত্রিক য়েংময়া অনীদু ক্রক ক্রক চীক্তুনা পেম্নায়দ্রবা পূক্লীংনা বাখল নোংলৈগী ঈপোম ঈহৌহন্দুনা কয়াম কুইনা মীরেল থাঙগী থাঙথক্তা নিংঙায়বা লৈতনা য়াতাখিনি য়োংপীদা য়াম্লিবা হংলাইগুম ফ্রে ফ্রে হায়দুনা মালং ঈথক্কী কাওশিং ওইনা। অদুবু মীংকৃপ অমথক্তং শুপ্লতগী অমখক অদুসু তাংকক নাইবা পুন্সি খোঙচন্তা অঙাং মচাগী নিংঙাইগুম থেংখাং থেংখাং কয়াগী থন্মোয়গী নিংঙাইদা খাঙবদা চোকথববা কেল্লবা পূক্লীং বাখল হকচাংবু থন্মোয়না মোইথেম তৌদুনা নাউথেল্লগা ফুনগত্তুনা হোল্লিবা অমুবা অশাবা অপেবা নুংশাম্বরবু মনীং তৌনা অফা অপুন্নবা য়াওদনা মীংকৃপ অমত্তংগী নুংঙাইবৈ অপেনবদু তান্নরুদুনা ফংনিংবগী ঈখৌলাংবদু ফুমদুনা লোত্তুনা লৈবি হায়না ইংগিং তৌবগুম তৌবি য়ূমলোমদা। অহোইনদুম হকচাং থোঙলোন (ইন্দ্রী) মাপলমক্লা পূমশুপ শুপ্লা য়ানিংদবা অমনা অথেঙবা অহীংদা থবায় খোম্বা লাকপগী অকি তুজুংলবা শাহুমদুনা অনীংবা অপাম্বা পুম্নমকপু ফকচিন্দুনা য়াকা য়েংনা অহীং মিংশেন খাঙগদবদুগীদি ফূক হৌগংত্তুনদুম চেন্নিংলবনি মফমসিদগী চীংখৈ। খঙহৌদে মমাদা নিংঙাই তৌরকই,

"ইমা ওসিদি য়ূমদা চংলনি ঐ।"

"নঙবু হকচাং নুংঙাইবব্রনে?"

(থৌনা ফনা) "কাশিদগী অমোংপা নুংশীং হোনজিন্দুনা হকচাংসে ইকন কনখংপা ওমদ্রে। য়ূমদা অশেংবা নুংশীং নোংমা নীনি মকা লাম্না হোল্লগা থবা কনখংহল্লগে হকচাংসে। অফবা মপানগী লায়েংশঙ অমদা য়েংথোক্লসি।"

"নোংমা নীনিসিগী মনুংদা ফগদবা মফমদু ডোক্তবসিনা থিহল্লসি।"

"ডোক্তব! ডোক্তব! ডোক্তবসিননিনে ঐবু হাংকদৌবিবসে। ঐগী থবায় লৌগদবা অশি-নিংথৌদু (জমদু) মহাকনিনে মহাক।"

(পাখংনা শকহেনবীনা কোয়য়েং য়েংলগা) "নঙবু মী তাখিনিনে। নর্সনা তাশ্নো ডোক্তরদুনা খঙশ্নো ..."

(লৈয়েং ফাইনা) "তাজসনু। তাননবনি। থাজদ্রে থাজদ্রে। শিববু ওাইদুনা থীম্বরবোই ঐ। চংলনি য়ূমদা। শকহেনবী নঙবো ফি য়োমশিল্লো। থুরোনেহে।"

"খিত্তা তপথবিখো। ইনম্মখোয়সু লাক্লনি। মখোয় লাক্লগা করিনো

কবিনো তান্নবগা ফগদববদু তৌরগা লোইবে। ওহ্মোক্রসু ফিংগৎপিস্রেদা ঙসিদি।"

(মখদাং ফৈচিক চীত্তুনা মমীৎনা খানা শকহেনবীদা) "ন – ঙ –"

"ইবুংঙো হোয়নে চৎনবা তৌবসি বাদু ঙাওলনুসে। শদৌ থোংলেনে নশাদু। সে নমীত্তু অমুক্তা উইশিল্লুসে। নচেসু লাক্লনি।"

"ইমা ইনম্মদি লাকপু লাক্রে।"

"হা! ননম্মবু লাক্লব্রা?"

"হোই ইমা।"

"এ! অদুদি –"

"ইমাবু কদায়দনো?"

"ইমা থৎনবগীসিদা অমুক্তা চঙলুখিগে। নখোয়সে মখা তান্নবনুকো।"

(খঙনিংনা তক্ষ্ণ মমানা তফিং তফিং থোরকপদুদা) "ইমাবু কদায়দনো?"

"ইবুংঙো নঙসু য়াওবকপা য়াম্না ফবে। অসিগী ফমফমসিদা ঙাইহাক্তা ফমখিসি। পোৎশিংদু হেক্তা থম্মুনে থোই।"

"ইমাগীসিবু?"

"ডোক্তবনসু খুৎ থাবে! মানসু ঙসিদগী মফমসিদা লৈবা শুকঙম ঙন্নবোই হায়রে। ঙবাং অহীংসিমা ঐখোয় কনাসু তূম্নদ্রে। অহীং কয়াসি তূমফম খঙদববুদি অমহাগী অমহানি। অদুবু ঙবাং অহীংসিদি মানা হেনজিন্না কিবগী মতৌদুনা ঐখোয় ফাওবা ইকি হেক কি। কবি তৌসিগে ইমাবু খনফমকা অমত্তা খঙদ্রেনে নখোয়বু।"

"চীংখৈনবু মহাক য়াবরোই হায়বসি খঙজরবজাৎলা?"

"খঙলব্রনে খল্লিবনি ইমাসু। করিগীদি খঙলোই ঐখোয়না মচি মচিদা উৎদুনা লোৎনা লোৎনা পি তৈথোকপা মাসু খঙলিবনি। মশা শোনজৈ হায়বতনি বাখলদি করিসু মাঙদে।"

"ইমানা তাকপীবিসিবু য়ুমদা পুথরসি হায়রিবা?"

"মদুম্না খল্লিবনি। কবিদি উপাই লৈবি।"

"য়ুমদা পুথবগা শিবগসু শিবা লম্বেলদা শিরগসু শিবা; ঐগী অপান্বদি মপান লমদা পুদুনা লাইবক অমুক্তং য়েংখিসি হায়বসিনি। ঙসিমক ডোক্তরদা চে ইহল্লসি। অশিবগী খয়াত্তা হিংনা হিংনা হেক্তা ইনশিনবসি অদু অদাগী ব্রা নত্তবীদা হয়েং তুংদবু য়াম্না নিংদোম পোম্নহৌবনিনে ইমা।"

"খন্নবিঙে খম্বুবিঙে মতমদি হৌখি। মতম্না কবেম্নবগা লোৎনা নাথৈখিবনা লীৎখিবনি ইবায় লায়না। মসিনি হোবৎপা হায়বদো। মীওইবৈ অশোনবনি। অশোয়বনি। মসিবু লৈবমদ্রবা কবিগী থম্মোয়নুংদা ওমদুনা পোল্লগা নিংঙমদবৈ নাই চাদুনা পুম্সিবু খাংঙুথক্তা তত্তনা হেক হেক কেমহনখিনি হিংনিংলিবা থব্রায় কয়াবু।"

"তাঞ্জাদু ঐদি মাঙদা তাবিব্রা খল্লিদা ইমা।"

(তম্ফাসু পাংশিল্লকই) "ইমা হৌজিকসু মতমদু লৈবিদা।"

"ফবেনে, ডোক্তবদু উন্নবগা লেপথোক্লসি। মানদি মহাকসি শাংলবদা নীনি হুমনি ফাওবদি ঙবাংদৈ লৈখিবা য়াবি হায়বনি। পুথবা পুথদবা ঙসি অয়ূক অঙনবদা লৈখায় তানসি হায়বম্বনি। ইবুংঙো ঐখোয় অনী চৎসি ডোক্তবসু লাক্লম্বনি। ঐগীদি পুথবদা লেপ্লে। নঙনা পামবদু ঐ লোয়না য়াবে। ডোক্তবগা লেপথোক্লবো অহল ওইববা ঐগী ব্রাদি থম্লনুকো। ফগদবদুতা তৌ। ফবে, থোই নঙদি কাদা লৈহৌবো। চৎসি ইবুংঙো।"

য়াই য়াদে খক্তংগী ঙাইদুনা লৈবম্বা ডোক্তবদুদগী কবিবু অমুক লৌবকখিনি য়ানীংদা য়ানীংদা মঙক্তু হাইব হাইবদুনা চৎন-চেদু নত্তনা মখোয়'নী। চীংখৈসু ময়াম্না তপ্না তপ্না থাংদোরকই মাবু ঙাইবিবা গাড়ীদু তম্না। ঙসাই মখৈ গাড়ীদা তোংলি হায়বদি মীৎ পাঙনা পাঙনা গাড়ী মিংশেন ফাওদুনা লম্বেলগী নাক য়েত্তা হৌবিবা উপাল ব্রাপলশিংনা মূনা মূনা য়েংহৌবিশিংদু নৎতনা মবক মবক্তা লাউ খোংদুনা চেল্লিবা গাড়ীশিংদু উবক্লে। হীপ্না হীপ্না ব্রাখলগী মীত্তা

শংশাং উরকই মহাক্কী পীক্তকপা য়ুম ঈংখোল চীংখৈ। "য়ুম য়ৌবে ইবুংঙো" হায়বা শোন্থাংননা লং লং তৌবা তম্ফাগী বাহৈদুদা মঙলানগুম্না ঈতাউ তাউরদুনা নুংত্তি নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক্কী চাকলেম্না হেক হেক পোৎয়োনশঙ খোঙ থিংজিনহন্দুনা চোকথনা চাকখুম তম্না হোৎচিল্লকপগুম্না অবৈবা শক্তিনা তাইবং ফাওনা অপনবা অথিংবা পুম্বা নমথেক্তুনা হায়রকই, "ইমা চাক চাগে।" ময়াম্না "চাবনি – চাবনি" হায়দুনা মহাকপু তপ্না গাড়ীদে ইমুং তম্না পুশিল্লকই। লম্বেলদুদা চীংখৈ করি খল্লুববনো খঙদে নোকফেৎ তৌবকই। অউবশিংগী থম্মোয়দা হেন্নদুম ওমচাক্লবা মৈচাক হাপকত্তুনা ফোঙঙমদ্রবা পাউখোং অমদা ফুম্বংননা ঈবাক্লহল্লি।

মনীং মমাঙ শম্নদ্রবা লামশিনবদসু খঙবদা ব্রাববা বাহৈদা ব্রাখলনা তাশিন খোমজিন্দুনা শাজিনবদা, "লাংবন চবা-তম্বগী (উঁসবকী) হৈনৌজোম থোংবদু ... অবাথবী চমফুৎ ..." হায়বগুম্বা কয়ানা মবক মবক্তা হুমাং অনপ্পী কাংনা কাংনা অহীং অনীদি য়াবেক পালিগী মবক্তা হিংলি অহীংবগুম। পুখম অমত্তদা চাক চামীন্নবা লায়েংশঙদা লৈবিঙৈদসু লৈপাকলৈদা লুপা লীশিং কুম্থা পুথোক্তুনা মতেঙ পাংলিবা মঙ্গীনা খাবক অতেকপা য়াম্না পামজবনি হায়দুনা কোয়থি থিকবগা শকহেনবীবু চাকশঙদা কন্না থোংহল্লি।

নুমিত্তুগী তাঙ্গাদুমক্লি লাইরিক তম্মীনরকপদা নত্তনা লৈকায় মচানি খন্দুনা নোংমতা লায়েংশঙদা লাকপা ঙমখিদ্রসু লুপা লীশিং মঙা লৈপাকলৈদা পীদুনা মতেঙ পাংলিবা থিকাদাব অবুংসু শবেং অমা পুবক্তুনা শকহেনবীবু থোংহল্লি। শকহেনবীসু শরেংগা খাবক্কা হান্নদগী অমুক্তংদি খন্দুনা লাকপনরা কবিনো হাইফেৎ তিল চোন্নক্তুনা অমুক অমুক্তং তোংঙান তোংঙানননা কুৎ কুৎ লাওনা য়োৎলুরিপোৎনি তাঙ্গাদুদসু মীবক নাবক য়েংদুনা – মতুম! মতুম!

ঙসিদি চীংখৈগী কাদুদা তশেংনা হুন চঙলবা অপুম অশানা লোত্তুনা থুম্নগা হয়িং খোংয়াম্বীনা লৈনা লৈনা ঙংদুনা পাইবরে কাচিন কোয়য়াদা অমম্বগী যৈজ্জুপ হাংদোক চিংথোক্তুনা।

হয়িং খোঙয়াম্বীগী খোজেল তাবকপদুদা তিল্লমলিবশিং মীংকা মীংকা মীৎচান্নরকই। লম্বেল লম্মুক্লরববা খোঙয়াম্বীনা পাইফম খঙদদুনা মায়দা মীংতা পাইশিল্লুবৈ খুবাক্কা থাদুনা হাংকে তান্নবসু য়াওরকই। মরি মখোঙ শম্নদ্রবা নুংলোন

ফূকপা বাহৈসু ময়ানা ক্রক ক্রক চীক্তুনা কাংথোকপা ঙমদ্রবদা পাঙনীংদা পাঙনীংদা পাঙলিবা মমীৎকী সীশুম্না শুক্তোকুনা অতোপ্পগী লোন ফাওনবা হৌবকপা তাঙ্গাদুদা হোৎচিল্লকই লৈকায়গী খোইদৌবা থৎপা অশি-লমতাক (বৈতগী) মাইবা মাইমু। মখূদাং তাপ পায়। মঙক নোমদুনা নোকফেৎ তৌরকই ঈশৈ খোনবাংবা মনিচৌদা। মনিচৌনা মপুক্লীংগী হবাওবদু ফাথনা ফমিন্নবিবা খুনপুং শেন্নবা পূংয়ৈবা খোঙ্গাওদা হায়বকই, "মীওইবসিদি অশিবা মচা ঙাক্তনিদা। শিববু তম্বা ঙল্লিব্রা?" অবাংফম পুবেন নুংশিথোইনা বাপাঙলকই, "ঙরাংতা ওইববোই খল্লিদা, মানা ঐঙোন্দা পোৎ লৈবদা খুবা মৈখূ (চুকপ) থকউ হায়দুনা মৈখূ লাল্লক্লিবনিনে লাল্লক্লিবা।" মোইবুং খোংবা থেম্বুংদি ঙবাংদৈ পয়া-নুংয়া খো খোৎপদা মতেঙ পাংদুনা য়াবেক্লগা লমশিৎ বাইশেংবা ফাওবা লোইশিল্লক্লে তঙ্গাদুদা।

খুন লৈকায় লান্নদি শৈশক্লুদবা নক্লবা মবি মতা কৈবোয় লৈকায়গীদদি নোংমা ফাদোকসু ময়াওজবা মখাথংবগী চীংখৈগা যূম্লোন্নবা তোম্বীগী ফম্মাং ঈশৈ ঙসিদি ওম্থোক্লা ময়েক শেংনা তাকবনবা কবিনো চীংখৈনা মখূৎ হাইবকই খোঙ্গেলদুদা। মাগী মখূৎ খত্তুনা কৌবকপা মানবা তাঙ্গাদুদা লৈপাকলৈ মশু য়াইখোম্বা মপাবু মখোঙ শোক্লা খুকমহনগে খন্দুনা পুশিল্লকই। য়াইখোম্বা খুরুমই। চীংখৈনা মখূৎ ইল্লকপদুদা মচাবু পুশিল্লকউ হায়বিনি খন্দুনা লৈপাকলৈনা য়াইখোম্ববু মপাগী মমায় ময়াদা পুশিন্দুনা মখূত্তা শিন্নে। য়াইখোম্বগী মখূৎ অমসুং মমাগী মখূৎ অনীদু চেজেৎ কন্না চীংখৈগী শকদগী খূৎশাদুনা শায়শিন্দুনা মপি শিল্লবকই চীংখৈ। য়াইখোম্বনা (মখূৎ নাম্না) তপ্না তপ্না তৈথোকই মবোল লোল্লিবা মীংলুগী লাইজদো (চীংখৈগী)। লেংঙম শাংঙমদ্রবা অশাংবা মঙক্লু কন্না অনীবক্তং খংইন ইল্লন্নগা ঙহানমখৈ পাইথোকপা ঙমদনা লমদল্লম্বা থবায়না লাওরবা মমীক্তু ফাওদুনা মনীং তৌনা পাইব্রবদা তপ্না থাদোরক্লে চপশিল্লম্বা খূৎশাগী শরুদুসু। নিংঙাইবা লৈতনা য়াতাবক্লে মীৎকপ তান্দুনা মঙলাক্লদুনা মঙফাওনববোইদবা তূমখুন্দুদা।

বাদি ঙাঙদা মচাবু শংত্রিক য়েৎদুনা ঙাইহাক তুমিন্না লৈরম্বদৈ পুবা ঙল্লকত্রবা থম্মোয়দু পুক্লীংদুনা ফাজিন পুনশিনহৌবা ঙমদবদগীবা করিনো লৈপাকলৈ মচাবু চেজেৎ কোনশিল্লিবা মখূৎতু থেকচিনবা ঙমদনা তিংথোক্তুনা

হাইথবকই লৈমায়দা মক ফুক্লবা উপালগুম। চীংখৈগীদমক কপ্পা লাউনবম্বশিংদু লৈপাকলৈগী ওইনা কপনা লাউনবকপা হৌবক্লে। ময়ামগী কপ্পা লাউনবা মতৌদুদা য়াইখোম্বসু লাউ খোংদুনা ও খোংখৈ কপথোবকই মনীং তৌনা।

শকহেনবীসু চাকখুমদা থুম নম্ব্রা য়েংলুবতা মণ্ডায়বি খোঞ্জেলদুদা চেম্মোবক্তুনা চীংখৈগী মখোঙদা কোন্দুনা থবো থবো ওন্দুনা মৈচাক খাঙবদু অশি-নিংথৌ (যমরাজ) মশামক্তা থেংনহৌদবদুমক্লা অশি-নিংথৌনা মায় পাকখিবনি। নূঙ অনীগী মবক্তা হা ওইরবি তম্ফা মৌপ্পাবু অমুক্তং অবোইবা মীৎয়েংদা চিংনা য়েংই। লাওনা পাঙলিবা মাগী মমীত্তুবু মখুৎমক্লা খুমজিনবীবন্নগা ঈশিং চাইদুনা লাক্লবিবা মমাগী মনাক্তা চপ য়ুংনা উয়ুংগুম লেপ্পম্বদগী মমাগী "ইবুংঙো – ইবুংঙো" তপ্পা তপ্পা কৌবগী খোনশিগী খোঞ্জেলদুদা তপ্পা ফমথবকই।

ঈশিং কোয়বা হেক লোইবগা য়াইখোম্বনা মৈ চুখৎলকপা মতৌদু উবদা মীয়ামগী মবক্তুদগী পুন্সিবু শান্নপোৎকুম্না শান্নবা হৌবক্লবা চাকবগে থক্লুবগে খন্না লাকখিবা নূঙগুম্না কনশিনখ্রবা উকু হূবানবা মনাওতোনগী থম্মোযদুফাও মহী চেম্মোবক্তুনা মংদনা খিকপা লীক্লাগুম মীৎলু লাইজ ঈহৌবকপদুদা খোইকম মোমোন তৌজনা মথন্তা ইকায়বা ফাওবক্তুনা খোঞ্জেল থোকখিবা খঙহৌদে, "ওম্মোকপনিহে"।

তপ্পা ব্রায়খৎলক্লিবা কূগী (চিতাগী) মৈবীদুনা শন্নাং ফোয়দ্রিবা অশি-থাক্কনদুসু মুনা মুনা য়েংদুনা য়াম্বদুনা খাঙলিঙৈ চৈবক্তুদা কপ লাউদুনা মচা কায়নববী ষনবীগুম্না ফন্নম্বদগী কবি খল্লুববনো চপ লেপ্পী শকহেনবী। শংত্রিক য়েংই কূদুদা। হৌদুনা চেনশিল্লকই। খজীক খজীক্তং মৈব্রায়বা হৌবক্লবা মপুবোইবগী কূদুবু কোন্দুনা লৈখ্রে শকহেনবী।

"এ! এ!... হে মপু ইবুংঙো' অঙকপনি অঙকপা' মপুবোইবা নীংবিনি নীংবা। মপুরোইবে মতুং ইন্দুনা থব্রায় কংচবদি চঙনা লাইবৈবাক কাবনি ইবেম্মা" হায়বা লাইনিংবা (পণ্ডকোৎ) ইবোচাওবগী ব্রাহ্মেদু ময়াং মুখোপধ্যায়না, "হবে কৃষ্ণ হবে কৃষ্ণ!... বামা বামা হবে হবে!... সাধু সাধু... সতিনি সতি – শাবিত্রিনিনে শাবিত্রি" ব্রাপাঙলকপদুবু তোল্লমুনা কম্বৎলি, "হৈ ইবেম্মা ননম্মসে চিংথোকউনে। মশাসি শোক্লনিনে"। চণ্ডক মায়ঙক্লদুনা ঙাইহাক লৈকববা মীয়াম লাউ লাউদুনা চেনশিল্লকই শকহেনবী তম্না। শকহেনবী চিংথোকপদা চীংখৈসু

কৃদুগা লোইননা মৈথক্তে চিংথরকই। খরা খজীক লৈমায়রোমদা শকহেনবীনা ইন্নিবা ইন্নফি মৈনা ৱাইখৎলকপদুদা মৈ কোয়বগী ঈশিংদুনা লোইনা হৈজীন্দুনা মশা পৃন্না পৃমচোৎ চোৎলি। থেমদুনা ইমুং মনুং তম্না পুশিনগ্রে শকহেনবী।

ওসাইমখৈ তাং তৌদুনা চাক্লন্না মৈরী শাউবক্লদুনা মৈখু য়োংশিল্লগা ঙংদুনা চাকপা হৌরকপদুদদি অশি-থাক্লনসু চোং-ফন্দুনা খাঙবা হৌরক্লে। নক্লা ফম্নন্না কয়াসু শমায় লৈরক্লে। অদুবু খোঙফম হন্দোক্তে লৈপাকলৈ। মৈশাদুদা য়াইখোম্বসু মবোক্কী ফিজী য়াম্নদুনা খাঙই। “পোল্লব্রা হে মৈবী” হায়বৈ মতাগুম ঙাইহাক তুমিন মমীৎ কুপ্তখৈ য়েংলম্না লৈপাকলৈগী মীৎয়েং তপ্না কীম্নরকই চোইজাইননা লৈমায়দা। মশুবুসু মখুদাংদা চেজেৎ পায়দুনা তাইবং শমায় লৈবকই অশি লমজীন্দে। থোইনা নাচুংলুদ্রে পোক পোক প্যোকখায়দুনা চাকপৈ খোঞ্জেলদো। খোঙথাং অমম্বং লৈথোরকই। থাংবা হৌবকই হন্নমক্তা য়েংলমদনা মশু মবেন লমজীন্দুনা পুবা লম্বেলদুদা।

## ৪১

ওরাং অয়ুক্তগীনি নুমিৎ মশক উরক্লিবা। নোংদি চুদে হায়ববু মবোল নাইনা থানা কুপ্লিবা অমুবা নোংগী মপৈনা তাইবং থবায়গী ঈগী খোঙজেল খীছুহনবতা নত্তনা পূক্নীং ঝাখলবুসু ঝাহল্লি। শকহেনবীসু য়াহৌ খবা থেঙখিবনা পোৎয়োনশঙদো মহৈশাগুম ঙনতা হাংনবা হোৎনবা ইঙম ঙমদে। তশেংনমকসু ঙনবু ঙলমল্লবনি খনজবিবনি শকহেনবী নোংজু নুংশাগী ফিভমসিদদি। ঙসাই অঙনবদা লৈপাকলৈনা পুশিল্লকখিবা পাউ-চেদু মখূৎ য়েৎনা পায় বেডিও মচা অমা খূৎ ওইনা পায়দুনা পুং ৭.৩০গী পাউগী অবোইবগী খন্না নৈনবৈ শকক্ত মুন্না তানা তানা পোৎয়োনশঙ তল্লকই। থোঙ হেক হাংদোকপগা মৈবা চুখত্তুনা ঙাইহাক মমীৎ উইশিন্দুনা লললৈমা খুকল্লিঙৈ চৈবক্তা মাকতি ভেন অঙৌবা অমা পোৎয়োনশঙ মমাঙদা খংখাম খাম্বগী মখোন্দুদা শকহেনবী মমীত্তু চফূমুক লাওথোবকই। থাকম্নবা কুচুগী থেন্দ্রং কন্দ্রংনবা অবুং গাড়ীদগী কূমথবকপদু নাশোন্ননা হাইফেৎ মীৎচিনা উবদা শ্বায় লাউনা খঙনিং নীংশিলকই চীংখৈগী ঝাহৈশিংদো,

> "মী ওইনদি পোক্লববা হূইগী মপোক তাল্লিবা মীসি মীশক খঙনা লোয়নদ্রদি অঙাওবা হূইগী মাখুন্দে তোপশিল্লকপা মহূনা চৈথেঙ পীদুনা তাইবং খোঙচৎ পবিংদৈ থৈখিবা অঙকপা নত্তে। কোঙ্গাইনি। মথং মপোক্নীদমক হূই ওনবা হৌবক্লবা অবুংসে লমজাওনি লমহাং-তুহাংনি খঙদ্রবনি। তৌবগীদি মাগুম্বা মাগী মতুংদি কোয়ইন ইন্নবিবীশিংদুগীসু অদুম ময়াই অমমমদি মফংলি। মরালসু মশা মশানা অদুম ময়াজে। মদুমত্তনা মাসি ঙসিসু লুহোংদ্রিবসিনি। মাগী মমীত্তদি লৈশাবী মৌ লুখ্রাবী চপ মান্ননা উই। ফি য়েৎপা য়োংচাক পাম্বী উবদফাও মোমোন্নজবা মীতানি। খূ শেনগদবনিকো।"

ফৈ খঙনি অবুং কনানো ঙসিদি য়েংলগে খল উশিন্নদা শানা খূৎলৈ থুনা খূদাদা তারিবা পাউ-চেদু খূৎনা চেৎনা পায় খূনীং অনীনা খূদাদা শৌ, খোঙবী অনীনা লৈমায়দা তক তক্কুনা নোমহৌ নোমহৌ মালং তাম্বাদা শিঙেল

শিঙ্গারৈনা লৈনা লৈনা জগোয় শাবদুমক্তদা কোমগোম পুল্লপ্পা শমজীনা কীহ্নদুনা নীংখায়রক্লগা লাউনা কোংথোক্লিবা অঙাংবা মচুগী ফুরিৎনা (ব্রাউজনা) হুন্দোকপীরল্লবা লুখমদগী হায়থরকপা মচু শংবা হৈত্রিবা লাইয়েকপনা য়েকপদা হেনজিল্লা শংজিনখ্রবা মচুনা পুমণ্ডৌ ঙৌহনখ্রবগুল্লবা তঙৌরা নংগন্দুগী শরুকপু অউবৈ মীৎমাওদা খনজিন্দুনা কুপশিল্লগা থাক্তন খনজীল্লি। অদুগা লমহেনবা খরনা নাকন্দা হাইথবক্তুনা নুংশাগী মৈশাবু কিজবা হৈয়ায় অমুনবগুম তঙাংলবা খজাই অনীদুবু কল্লা শেল্লজরি। চৈবক্তুদা খোঙেল থোক্তনা মোমোন তৌরিবা মায়থোঙদুবু উদি উনিং উবদি ফংদনা লাংতক্লনা ঙাইহাক চঙক মায়ঙক্লনা তিঙক মায়ঙক্লবিঙে তম্লরকই অবুং মঙলানগী বাবীনা। নোকফেং তৌনা হায়দোকখি শোম্থাংননা " খৌগংবদা লাইজ মসিবু ইবাল্লা?" অদুবু অদুমক মালঙ তবংদা তিনখি খাম্বীনবা য়াওদনা ফাবীনবা লৈতনা। থম্মোয় থম্মোয়দি থিংঙমদে। অমনা লোংনা চল্লিবা পাউখোং অমনা লাইনা ফোঙই। ইঙা থাগী ঈচাওনি। ঈচাওগী ঈমায়না হেনগৎপগুম লৌনম্বাল নমখায়দুনা ঈখৌ লাংলবা থম্মোয়বু ফাজিন পুনশিনজদুনা থেমঙমদ্রবা পুক্লীং চোংবা হেনগৎলকই – তিং তিং ... কবল্লা হায়দোকখিবনো নোকফেং তৌনা মঙগুম্বনি অবুং,

"কবিবুনো অদুক থব্রায় তাবিদুবু?"

(মোমোন তৌনা খংশিল্লবগা শকহেনবী) "হাইমা! তামোনিনে। লাকপবু উহৌদেনে ঐদি।"

"পাউ-চেদুবু কবি য়াওরগে অদুক লোংনা য়েংলিদুবু?"

"তামোগীনিনে হরাওমনখ্রদুনা হনজিন হনজিন পারিসে।"

"হা! করি? করি হায়বা। কনানা কবি অমুক – হা?"

"তামোগী মীখলগী মরমদনিদা। নুংঙাইবা পাউনিদা।"

"কনানা করি হায়রিনোনো। ঐবু ঙসাই পাবদদি থেংনদেদা। করি পাউ-চেনোনে নঙগীদুবু শকহেনবী?"

"হুইয়েন লানপাউনি। তু সিদা ইরিসি য়েংবীয়ু।"

"সিদি শেংদোক্লরকপগীনিনে। ঐগা মরি লৈনদেনা। লৈনৈ হায়না ইব্রনে। ঐবু থেংনদেদা। কদায়নোনে য়েংগেনে।"

"নচললনা হায়জবদি কুমসিদৈদি ঐখোয়সু লৈঙাক্লোইগী (মিনিষ্টরগী) লৈকায়দা লৈরনি নুংঙাইজবৈ বানিদা।"

"নত্তেনে শকহেনবী ঐগী মীসিবু মযম্ম কদোমদবু য়াম্না ফজে অবগে?"

"নচললনা হায়জবদি মীখলদি থা অহুম ফাদ্রে। অবাং অমুজাওগী অকন অকনবা খুন খুন খুদিংগী য়েংকি পাম্বোম ওইবমখৈদি মাগী কাঙবুদগী (পার্টিদগী) তোকচরে তোকচরে নুমিৎ খুদিংগী চবাক চবাক শেংদোক্লরক্লিবা, করিনা অহীংদা ফুবগা থীৎপগা মদুদগীসু হেন্দোক্লনা মখূদবু একেনা মী মবিবু শুবমাল্লেনে শোইনাইহল্লিবা। অমদি শিবু শিম্রবনি। হন্দক্তি হান্না থংনা থংননা মরিরক কাবক্লনা ডিপুটি সি এম ফাওবা ওইরল্লবা অমুজাও তুবদি শোয়দ্রে। ফক্লাংদা খুত্তুম্না শুবনি। মীবক থোক্লনা মীতিন পাঙথোক্লগা মী খোম্বদি লায়বদনা মাগী থোঙঙাকপা সিফাই ফাওবা ময়াং ঙাক্তা ঙাইবমাল্লেদা তামো।"

"তম্বা ওম্বা নত্তেদা শকহেনবী। মীখলদি মীখলনি (ভোটতি ভোটনি)। ঈরোম্নুংদা কোল্লেং তাবগুম্বনি।"

"তামো মীরেপ্তি অহুম্নি হায়ববু মচাথোইদি মাগী মীতিনদা মাগী খোমদে তামোগীবু খোম্মী হায়নৈদা। তামোনা থাদোকপা ওইবমাল্লেদা মাদি। অমুজাওগীনি হায়না হেক চোংথোরকপা মীখল নুমিত্তা তেংবাঙবশিংদো (এজেনদো) কাপকনি হায়না লাউথোকম্রে অমদুনা। শিদবু তামোনা ফম্বাল তোংবদি শোয়দ্রেনা।"

"চীন্দুং ইল্লগে। ফরেসে। বা অমত্তা হায়গে চঙলকপনি।"

"ঙসাইনা খঙজরে অমো। মন্ত্রী হোরেন নুংখিল লাক্লনি। মহাক্ল ময়াং শেনজাও পায়বা অমদা রুপা ৭০,০০০ দা মমল লোইথোক্লম্রে। ঙরাংসে থৌদুনা য়েংলম্বনি। থৌবীনবা লৈত্রসু লৈজসনু খন্দুনা নীংজিং মাংজীং হেক তৌরম্রে ঙরাংদো। ঙসিসে লৈশা থীনরনি। ইমানসু অমোগীদুদা ..."

(ময়ক থংলকই) "হে! হে! ওন্নবে ওন্নরে। ঐনা হায়নিংলিসিদি পৈশাগী নত্তে মীখলগীনিনে মীখলগী। পৈশাদুদি পীরসু পীদ্রসু থোইদোক্তেকো। অদুগা ..."

(গাড়ীদে সিফাই অমা হাথু হাথু কুনপবক্লগা) "সার মীতিন হৌগদবা পূংশিং তাশিল্লক্রে।"

(খুদাংদা য়েংই) "এ! হোয়নেহে। চৎশি। থুরো। অদুদি শকহেনবী নবুং চৎলগে। ঙাইখো। ঐগী মীখলগী চৎনরিবা গাড়ীসে সুনদবগী খুদোংচাদবা লৈবিঙেশিদবু নখোয়গী গাড়ীদু ময়াংদা করিগী য়োনগনি। ঐনা লৌবনি। হয়েং অয়ূক ঙাইহাক্তং ঐগীদা চা থকসি লাকউদনা। হুমফুতবা হায়বা নৎত্রো? পৈশাদুসু পুগ্রো।"

"য়াম্না নুংঙাইজবে তামো। মঙ্গীদো হায়দোকপ্রগে। অয়ূক্তা লাকচবগে।"

"ফবে শকহেনবী থেঙগ্রে। শোয়নুকো।"

শকহেনবী অবুংবু "উম" হায়না মঙক নোম নোমদুনা মীৎয়েংগী রাংমা লানখিদ্রিফাও য়েংজে। পোৎ তম্না তম্না ঙবাংগী চফূদা লেমহৌবা চাক চজীক্তু মৈদা (হিতবদা) শাহল্লি। পোৎয়োনশঙগী থোঙনাওগী থোঙনা অনীদং হাংদোক্লগা অতৈদি লোইনা থিংজিল্লে, অয়ূকী পুং ১২ তাশিল্লকপা মী তাকশিল্লকপা তাঞ্জাদুদা। য়োন্নবা থল্লিবা য়েন কৌতা অমা ফক্কাইবগা তিলহৌ চনম হিংশোই শোইজিন্দুনা থুম মোবোক নল্লপ থাকচিন্দুনা শাবুং শাবুংবা চাক চজিক্তুগা শকহেনবী খরা চাশিল্লগা চগুমদু লংথোক্লুনা হৈনিংদনা ক্বা মতপ অমা উমবোই শায়বোই মোবোক্লগা পামজদুনা খবা শাবোই তৌদুনা শি শা শি শা ফমথবতা মঙায়বি খূদাদুদা। ঙসাইমখৈ অচীকপা তাঞ্জাদুবু লুপ্পদা ঙক্কি তেক্লবা মঙ্গী ফক্লাংদা তোংবা কাঙ চুম্না ফাবগুম চেক মোক লাউদনা খূববা থোঙদুদা চিং লীৎশিল্লকপা মঙগুম্মী শকহেনবী। মঙলাক্লববা তূমখুন্দুদা চোং ফন্দুনা লাউজবা কৈদৌকনি তাইবংদা কনাসু লৈত্রবা চীক্লবা কাখুদা মঙফাওনবা নত্তনা ...

মঙ্গী তপ্না থোবক্লগা মপান্দা থারিবা ফান্দুদা নে তানা ঙেক ফমথবকই। শকহেনবীনা থোঙনাদু মথং মথং লাউনা হাংদোরকই। ক্বা মতপ অমা লানশিল্লকই। মঙ্গীনা ঈশিং হান্না খিত্তা থকখিগে হায়বদে শকহেনবী ঈশিং পী।

মঙ্গী মৈ হৌদুনা ঈক্লবা চেক্লুমগুম চাক্লম্বা থম্মোয় শকহেনবীগী অয়োকপা (ট্রিজগী) ঈশিংদু থকপদৈ পূক্লীংগী নিংঙাইসু হৌবক্লে। ঈঙথক্লমাল্লে। মঙ্গীনা পীরকপা অহাঙবা পাত্রদু পায়বগা কোয়চাই চাইখায়বিবা চগুমদু লোইশিননবা ফমথে। ক্বাদু চোপ চোপ শায়রগা মহীদু অমুক্তং পীৎ লাউনা ওথোক্লবগা মচীনবান্দু ঈতে তৈনা তপ্না হায়বকই মঙ্গী, "পূং অনীদদি মখোয়দু লাক্লনি। ইমাবু লৈখিব্রা?" থৌশা ব্রাশাদনা মমায়দুদি থাঙৎলক্তনা "ইমাগা গুসাই অয়ূক্তা তামো অবুংগা ব্রা তূপ্লম্লে। গাড়ীদু মানা লৌপ্লে। তামঙ্গীগী পৈশাদু হয়েং নুংথিলদা পীরগে। ময়াংশিংদো হায়দোকক্লসি।" মকোক্তা মখূৎ অনীদুনা তাপ পায়দুনা মঙ্গী হংলকই "হায়সিবু পৈশা থীনখ্রব্রা?" শকহেনবী ফূক হৌগৎতুনা মঙ্গীদা য়েং নিংঙমদনা শোঙ্ঘাংনবকই, "পৈশা খবদি থীনখ্লে। গুদ্রি। কান্নদে মখোয়গী মোবাইলগী মশীংদু (নম্বরদু) য়াওবিব্রা?"

মঙ্গী খুদাংদা হায়ফেৎ য়েংই। ফূক হৌগৎলকই "মদুদি য়ূমদা লৈহৌবে। লাকশিল্লদি নুংঙাইনববোই। ঐ চংলে। হায়দোক্লখিগে।" মঙ্গীগী পাঙদবা মতৌদুদা কবেম্নবকই শকহেনবী, "ঙাইখোনে। ময়াংবু মীবা? য়োল্লবোই। লোইবে। নঙগী পৈশাদো হয়েং নুমিদাংব্রাইবম পীবগেকো।" মঙ্গী খংশাউ শাউবকই, "পৈশা য়াম্না পাইবৈ ব্রানিনে। ইমাদৈ লৌথোক্লগা নঙগী পোৎ য়োন্নবদা থাদগে তৌবনিনে অঙাওবী।" কিকপ কিকপ য়েংলগা নাশোন্ননা শকহেনবী মঙ্গীদা মখূৎ খংলকই, "সিদা চঙশিল্লকউ। ব্রা অমা লৈবে। অদুবুবো নঙনা ঙবাং মোবাইলদা থাবকখিবা ব্রাহৈশিংদো মুৎথৎপা ঐদি কাউকবে। য়াইখোম্বনা থেংনকবজাৎনিদনা। অঙকপগী লান্নি। মোবাইলসু কায়বে। ইমুংসু কায়বে ইবুংঙো। মশু মবেন্না অমা। ইথস্তা নাইতোম চাক থোংদুনা চাবিসিনি খঙলেদনা। উন্ননিংবা তাবসু অয়ূক নুংথিলদদি শুকয়া য়াদ্রেহে কহাই। লম হেল্লবা লাংদা থুজরে। খঙলেকো।" য়াম্না শুকথনা মঙ্গী, "অস! অদুদি কম্মাই তৌনি? চেল্লসিদনা ঙসিসে?" নোকফেৎ তৌনা শকহেনবী, "হো খদ্রাকপা! লোক অমদা কৈ অনী কূনবদো ঐ পামজদে। অদুনা অমদো আ – খঙলেদনা?" মমীঙ্তো লাউথোরকই মঙ্গী, "অদুদি মতম খবদি ঙাইবোকো। য়াইকো।" শকহেনবী শুকথবকপ ওইনবকই, "ঐসে হীদাক (গুল্লি) চাহৌদে। কোকসি ঈকম হেক লূম্বগুমসু তৌই। খঙদেদা ..." মঙ্গীনা হবাওরপ থেল্লকই, "ব্রাখলননিদা। অনাববু ফূবীংখাউদা হাপ্না য়াব্রনে? কবিসু খল্লনুসে ইবেম্মা। মতমসে মীনা থা কানরবনি। তৌনিং তৌনিংবা তৌগদবনি। কবিবু কিরুনি। নঙতা চেনগনু অদুদি ঐ চংলেকো। মিশ-কোলদো কাউনিকো –"

মঙ্গী মীয়াম মবক্তা মাওম্রে। মরু তগ্না শাংথনা হোনবা ফংজদুনা খুদাদা ফমথবে শকহেনবীসু। রাখল ফুম্বংনবে মৈখুনা কোরৌ তম্না মচীন তুমখংলকপা অসুম অসুম হেনগংলকপগুমসু তৌবক্লুনা পূক্লীংগা রাখলগা লাউনবকপে খোঞ্জেল চীনবানথোঙদা থোবকই, "মহাক্না লৈখিদ্রিবসি থা অমমুক্তি শুজিনম্রেসে। অদুবু হৌজিকসু মতমদি লৈরি। চহীগী কুমওনদি য়ৌবোইসে। কুমওন লাম্হোকত্রদি ইমানা মশু নত্তে শোয়দনা হায়বক্কনি। ইচাসে য়াইখোম্বদং ওইবদি কবি কায়? উগী উইহেনি। মপাগী মচানিনা হুন্নিবা মিহুনসে কোকখিবদি য়াই হায়ববু অমম্বা দাকফম অমদি অশুম মকোকসিদা মৈ ঈকপগুমদি তৌবিসে। কবিবু থোক্লগবা? কবিবু থোক্লবনোদা। হুনুবীসিনা শিপ্রগা ইমা ইমা নিংঙাই তৌজবদবা ইচাসিবু লান্না হেক লৌবিবা ঐসে কয়াদা পঙম্রবনো। ইবুকথোক্কী ইচা নংত্রনে। অদুবু নোংলৈ নুংশীং মবক্তা মৈখেং মক অমগুংনা ঙালহনবসিবু কয়াম কুইগনি? অমুক ফংলবোইদবা তানজাসিবু মাঙহনদবদি কবি কায়? অমা ঙাওনবা য়াদ্রসু অমদি য়াইনা? কবিগীদি খুয়া তুশিংলোই? উম! চুম্মী। মঙ্গীসু অদু ওইবদি মপাগী য়োংহ্লিং ফল্লাংনা মখোঙ মখুৎ চেংনা পুনশিন্দুনা ঐগী খুবামুংদা থম্বসু ওম্লনি। ও! অবুংবুসু মখোঙদা লোংত্রৌ থাংননবা লাং অমা থাক্লবগী খুদোংচাবসু লৌহৌবা য়াইনা। ঐগী কুঠিদসু কুঠিয়েংবনা (পাঞ্জিনা) ঐগী ইপুবোইবদি লৈবাক্কী অচৌবা ফম্নাইবা লৈঙাকলোই (মন্ত্রি মন্দল) ওইনি হায়বসু লৈ। অদুদি – শোয়দ্রে! করিগীসু থুবোই। শকহেনবীনিনে শকহেনবী ঐ..."

নাশোম্ননা তাহৌবগা নোক্না নোক্না লক্লবকই তোম্পোক, "ইতৈমবু কনানা শকহেনবী নত্তে হায়গে? থিক তৌগেনে। নৌপ্বা লৈসিদি?" শকহেনবী মীৎকপ খংথোক থোক্না শাওবংনবকই, "হৈ তোম্পোক, ঙসিদি নতৈম্বা মনা লৌকবা ঙমদ্রে। কনাদগীনোমা চাক্লবোচো।" উবোক লমপ্রাইনা মঙক তিংথোকপগুম্না তিংথোক্লুনা মমীংতু ক্রোক ক্রোক ওৎলকই, "কোম্পাক মচাদগীসিবু মনা নংত্রনে? মনানিদা। ঈশিংদা তাউবসিদা ঈশিং ওইনা উবমাল্লে।" হেন্নদুম শাউবকই শকহেনবী, "অঙাং নঙ'মা চাক হেক পক্লদনা। মীনা ঙাওলিসে কবিনো খঙপোত্তেনে। শ্বায়দা লেপ্পরনু। মখা তারক্লিঁউদা চংহৌবো ইবুংঙো।"

থোইনা নাচুংলুদে। হান্না হান্নগুম প্রপ প্রপ চঙশিল্লকই। মনাদু তাপ পায়দুনা ফ্রং ফ্রং কল্লকই, "ইশানা তপচরবনিনা যৌবোমদি থল্লনি। খঙদেদা –

ইতৈমনা ক্বাদবু শেমজীনগ্রববা কবিনো নোংমতং চাহৌদবদা লৈতাফম খঙদে। পোৎথাফম লৈতে। হেক্তো চেন্নক্লিসিনিনে সিবু ঐনা হায়জিনব্রনে।" তোম্পোকনা ওইনবদু থোইনা তাকদনা শকহেনবী, "হৈ মনাদু পায়নুনে। তৌবিসি য়েংউনে। এ – য়ুবীসিসু ... ঙাইখো ঙাইখো – হীদাক মনাদুসু অতাওবদুনিনে (একসো বিসনিনে)। খিৎ য়ামনগ্রেনে। ফবে ফবে। তৌবো তৌবো। ঙসিদি ঙসি ওইবেকো হয়েংদৈদি লাক্কনুকো" হায়বদুদা থোইনা হেন্নদুম ওইনরকই তোম্পোক, "হয়েংনা হয়েংনিদনা। ইতৈমসিমা শাউগনবসিনা। শাউবগবু ওম্থোক্লা পকচৈনে।" খোয়দৌ থীৎলকই শকহেনবী, "হে অঙাং! নঙ নথীক কায়নিকো ঙসি। চংহৌবো।" নৌথবকই তোম্পোক, "ফম্বা কল্লগা ফম্মেন ফম্মীদনা ইতৈমা।" পাম্বৈ লৈতে নোকথোবকই শকহেনবী, "ওম্থোকপনিদকো নঙসে। অনম্বু কনগ্রেনে নুপীদৌনা। কান্নদে নুপী থিজল্লো ইবুংঙো।" মবৈ কোনশিল্লকই তোম্পোকসু, "মচীনবান্দো মেনবা ঙমখিবোইএ। অঙাং ওইবিবদো।"

শকহেনবী ফল্লপ মীৎয়েং তাম্লকই। থুক লাউবা অমা ফাওবকই। হংজৈ মদোম থম্মোয়নুংদা, "মাল্লেনে, নত্তেদা। হুম – মাল্লিদা। চুমদ্রনে?" তশেংলে খঙলবদুদা খংলাউ লাউবকই পাখত্তুনা, "হৈ! আদা নমা লাক্লেনে। চংহৌবোচো। চবেং চবেং ঙাঙলবনি। তানীংদে চংলোনে নঙবো। মসি থোক্কনি ঙসাইনা হায়দ্রো ঐবো।" তোম্পোক চংনা চংনা পাখংনা, "হা! ইমা! হোয়নেহে। পৈশাদি হয়েং পুন্না পীবগে। তূ য়াওদি য়াওবিসে। চংলে ইতৈমা," হায়বদুবু নমহৎনা শকহেনবী শোম্থাংনহৌই, "হয়েংদি লাক্ক নুকো। পৈশাগা পামজদ্রে। ওম্থোকপনিদকো পুন্সিসে। শুম্মাইনা শুম তৌবদি কয়াম কুইনা কায়োনশঙসিবু ঐনা হাংদুনা থম্বা ঙমগনি। মতমসিগী মীশিংসে শানিদা শা। শাশিংসিগী মবক্তে খাইদৈ শাথিবা অকনবা অচৌবা অমা ফাবগা ময়ামশিংসিগী শম্বল ওইনা শন্নথোঙদা ঙংদুনা লৈহনবা নংত্রদি ঐবু মী মবকসিদা মী ওইখিদ্রা? ঐগী পুন্সিগী অহানবা য়েন্নীংথাদা খুৎক খুৎক খুৎশম্নখিবা থম্মোয় থম্মোয়সু তিন্নজবা সনাতোম্বগা হিংমিন্নবল্লবদি লাইথিবীগী পুন্সিন্দা হিংলমখিদ্রা ঐবু? চীংখৈসু অদুমঙাই শম্বললৈনা হৱাই মতোন চাবনি। কবিগীসু চাবোই। অদুনদি ঐসে ঐ হান্না ওইবগদি চীংখৈসু চীংখৈ কবিগীদি ওইবল্লোই। অদুদি অবুংসু অবুং ওহনবদা ঐসু ঐ ওইবা মথৌ তাইনা।"

থাখাই অমা হেনজিল্লক্লসিদদি শকহেনবী নোংমগী চকশা চজীক য়াননা য়ান্নরা অয়ুক্কী নুমিদাংগী চাবে হৈনবীদা অদুম লাইচুবক্নে। নাইতোম চাবগী হৈনবী লৈবকপগুমসু তৌদুনা হান্না তুল্লমদাই চারমদাই খুদিংগী য়াইখোম্বু নীংশিংলম্বদু পুমচীক চীকপা ফাওবম্বদু খবা তান্না থাপখিবগুম তৌবকই পোংয়োনশঙসিদতা লৈদুনা। অথেঙবা নুমিদাংখক্তনি তুন্নিবসু ইমুংদা। অয়ুক্কী চাক খবা চারগা পুখমদু ঈশিংদা তেংথোক্লগা ক্রোং ক্রাং লংবোই থম্বোই তৌই। মফি চেনশেং শেংচিল্লি। মমায় য়েকশিন খোংচিনবা (কাজল থাবা) লোইবদুনা চেকশিন্না থমজবা অঙাংবা খাউ মচাদু চেকশিন্না কোল্লগা থোবকই পোংয়োনশঙদু শো লোনশিল্লন্নগা।

বীস্তো অমদা কাখংলকই। য়োংকী থিংলিবা থোঙ্গালদুমক্তদা পবেং লেংলিবা গাড়ীশিংদুবু থৈ থৈদুনা চঙশিল্লক্তুনা খাম্মী। কুমথৈ। সিফাই অমা থোরক্তুনা থোঙদু হাংদোকই। শঙ্গোইবোমদা ময়াম মবক্তা ফম্নবা হায়বকপদা খোল কল্লপ সিফাইদুদা ওনশিল্লকই শকহেনবী, "শকহেনবীনি হায়য়ু। অথুবা অমগীনি।" চপ তিংলম্বা সিফাই মচাদু কোম্বুবকই, য়াবক্তা ড্রুং ড্রুং ঙংলকই, "হল্লকখিদা ঙায়বি। মী উন্নখিবোই হায়বম্মী। নুমিদাংব্রাই নত্তনা ..." শকহেনবী লুনা য়েংদুনা হক্না হায়বকপা "শকহেনবীনি হায়দা হায়কচোনে" হায়বকপদুদা সিফাইদু কিবদুনা চংনা চংনা মঙক নোম্বুনা হায়বকই, "ফনি ফনি – মেদাম"

অপনবা লৈতনা চঙলকই শকহেনবী অহুমশুবা মথোলগী শীকতকপা কাদুদা সিফাইদুমক্না মাঙ থাবগা। অবুং ঙাইহাক্তা চাক তোকপৈ তিংথোক্কে খন হীপথবদা মঙায়বি। ফূক হৌগক্তুনা শকহেনবীদা নোকফেং তৌ সিফাইদুদা ওনশিল্লকই, "কনামত্তা চঙহল্লকপা য়াদেকো। খঙলেদনা? য়াম্না অরুবৈনি (কনফিডেনসিয়েলনি)" হায়বল্লগা থোঙদু পুনা ব্রেক থাজিল্লি। তপ্না হায়বকই অবুং,

"করিনো ঙহানখৈগা ইমান মান্নদেনা। নত্তে নশাদু ঙমদ্রব্রা?"

(খবা ওইনবপ) "কবিসু তৌদেদা।"

(নোকফেং তৌনা) "ফমসি লাউদনা।"

(মায়থোং লাংশিল্লপ তৌনা ফমথ ফমথনা) "মীখলসে থা ফাদ্রেনেকো।"

"উম ..."

(হেন্না হীকথনা) "মীখল লোইথ্রগদি নোংমতা উনবা ফং – দৌ – মান – দ্রে – নে – কো –"

(নোক্লা নোক্লা) "এ! এ! মপিগসু তারদনা। ঐ মদু পামদেকো সে – ঐ তৈথোকপীগেসে। ইশক হেক পকচদনা। ঙসিতগী নত্তে ঐনা তৈথোক্লিবা পিসে। পুন্সি চুপ্পগীনিনে অপঙবী।"

(অহোইননা) "নখোয় নুপাশিংসে তাৎ য়াম্না হৈবনি হায়বসে ঐ..."

(পাখংলকপ মায়থোং লাংশিন্না) "য়াবে লেপ্পো। ঐদি পুন্সিসে থবক্লি খল্লি। থবক্লা উৎকেসে চীন্দা পঙঙাং ঙাঙবসে ঐ পামদে নঙনা খঙলিবা নৎত্রা? কান্নদেসে উপুদু হাংদোকউ। ঙহানগীদো য়াওম অমত্তং থকমীন্নসিসে। পুক্লীংসে ঈংত্রা য়েংগে। ঐবু পোৎথাল্লুদনা?"

ঙাইহাক্তি উন বাইমুক পূমচীক চীকই। কাদুগী শিল্লীংদা য়াম্লদুনা উঙলিবা হুমাইগী শহুম্না কোয়থৎ থত্তুনা কোয়তান তান্নবগা থোঙ থোঙনাউদা ফাওদোকপা ঙমদ্রবা উপাই লৈত্রবা মতৌদা ভেনতিলেটবগী অখুবা অহোবদা লীংথোকখিবগী মখোলগুম্বদু নত্তনা। অহাংবা পাত্রদু তপ্পা থন্নগা মৈখু মচৈ অমা চমখৎলকই অবুং। বাদি ঙাঙদে। ঙসাইমখৈ ফম্ফমদা তাদুনা লৈবম্বা মাগী খাউ মচাদু ফাক ফাত্তুনা শকহেনবীনা অচীকপদু থুগাইবকই,

"সে, লাক্ক মঙানি।"

"(শৈশাদু পায়বগা) এ! নঙদি কদায়দগীনো সিদি?"

"চীংখৈগী এল আই সিগী অহুম্নি। অনীনা ঐনা পুথোকখিবদে খোমজিন্নকপনি।"

(পাখংলপ) "এল আই সিগী শেনফমসিদি ইমা লৈপাকলৈদি খঙদ্রা?"

"অহুমনি য়াওবিবা। অমদি মানা শিজীন্নখ্রে। অনীসিদি লোৎনা য়াওবনি। মহাক খঙদেদা।"

"খঙদে, মীখল হায়বসিদি শেনগী উবোক থোংনি। ক্রোব অনী শুবক্কদৌরে মনাদি নীকত্রি। নঙগী নতেংসে ঐ কাউরোইকো।"

(তপ্না মোং হাদনা মমীত্তু তাম্না থোঙনাও অহোবদা চিংনা য়েংলগা) "ইপামগী ইংখোলদো তংখায়দি খনা হেনগনি য়ুমগী অৱাং থংবগী অহাংবদু লাক্ক কুনতবক্কা মখায়দা য়োম্থোক্লে। হয়েং য়ুমশকৈশদা থিন্নবনি খুবাইদৈ অমগা। ঐগী পুথোকখিবশিং খবসু লৈবি। পুনশিল্লগা কুম্ভামুক শুবা গুস্রা য়েংগে নোংমাইজিং নুমীৎ ফাওবদা।"

(খংপা পাখংনা) "হে! ইংখোলকদি য়োম্থোকউনুকো। নঙগী ঙসিগীসিনা য়াবে। মীখল মতমদদি মীবেপ্পা ঈপাকনি অদুগা পৈশানা থুমনি। ঐগীদি অমদু লৈরিসিদি। পৈশাগীদি ৱাদেনে।"

"অদু অদা খঙদে। কাদবা য়াদে হায়সিনি। অসি য়ৌনা খোঙ থাংজিল্লদবু মায় লৈদুনা চেনবা য়াবিব্রদো। লৈহৌবিবা য়ুম ইংখোলদুসু মবমদুবু চাবদি কবিসু কায়দে। ইমাদি ঐগীসিদা লৈজবদা করি কায়গেনে।"

"ঐসে থম্মোয় চাউমল্লি হায়নবা ইনাসিনা তাববনি। কবি থোক্লগবা ইথন্তসু মীপাইবা পোক্লিবনি। অদুগা ঐঙোন্দেসু অমুক হেন্না চাউববা অমা লৈবন্নবা। অচৌবগীদি অচৌবা পূক্রীংসে কয়াদা চাউখংলবা। সে হীদাকসি (তেব্লেতসি) চাশিল্লুসে।"

"(হীদাক্তু লৌবগা ফুক হৌগংলক্লগা খাউদু ফাকই) ফবে ঙসিগীদি ঐ চংলগে। অদুবু ঐগী ফিজীদা কিবিবা তম্ফা-য়াইসে মাঙহনবীগে খক খনবীগনু। ননাওবু নুংশিবিদ্রবসু খোইজী খাগীসিদদি তাইবং মঙফাওনহনবীউকো। ফিগাও শানা নিজবি। তামোনা পীখিবা হীদাক (তেব্লেৎ) মশীংদু চুপ্পা য়েংবীয়ু। ঙহানদৈ ঙসি ফাওগীনি সে। মদু ঐগীদি থমফম লৈতে। তামোগীদা অদুম থম্বীরো। মমা অমা ওইগদৌবিবী ঐনা মসিগী চন্নফম্বু অমুক লৈবিব্রনে?"

(হীদাকতু লৌদনা) "হে সিদি চাশিল্লুসে।"

"তামো নখুৎমক্ত্রা মদু চীনবান্দদি ইনবীগনু। তামোনা গুম্মী মতাপ্তম চীনবানদা নমদুনা ইনশিনবীরসু চীনবান্দে চাকখাওনুংদা তাহনবীবদি ঙম্বীগদ্রা? হায়বীয়ু – সে – তামো ঙম্বীগদ্রা?"

"শকহেনবী নঙবু তপথৌনে। ফিংগৎকনুনে। ঐবু চেল্লব্রনে। নত্তে, ঐবু ঐ ওইনা উদ্রিসিবু করিগীনো?"

"পুক্নিগী শৈহৌদা লাইবক্তা খুদি থীদুনা তিংখঙ তুম্বৌ মবক্তা চৎলুবে য়েংউ খোঙগুলদা তৈরিবা ঈখেঙসে। ঐ অসুম্মক পুক্নিগী খোঙচৎসিদা মাঙলোমদা খঙনা খঙনা ইখোঙসে থাংজিনবা পামদ্রে। খবা নাথৈবগা তিংথৌ মথক্তা মীৎকূপ অমত্তসু খোঙথাং অমত্তসু লেপচনবগী তানজাদু শীনবীয়ু। ঐগীদি তামোনা নোংদম্বনি নোংদম্বা ..."

(শকহেনবীনা মখোঙ শোক্লা উফুল লৌদুনা মকোক লৱাইদা হাপচবদুদা হঙ্গোইবপ তৌনা অবুং) "ঐ নঙগী অপাম্বদু খঙইনে। শম্না মফৈ অমত্তসু খক নাথৈবোই। অদুবু তানফম্না তানজানা ফিভম্না মতম্না লীৎপদা য়াদ্রদি ঐনা হায়বিসিনা তুংদা য়াম্না শাফবক্কনি নঙগীসু ঐগীসু।"

"তামো শন্নজীং চীংজাওদুমক্লা ইমাঙদা থৎলবসু নচলগী খোঙথাংদি নীংহন্নববোই। মহৌশা ইমাগী শমজীগী নাচোম ওইবিবী লৈবাং লৈকাদগীসু হেনথোইনা থোৎলবী নুপীগী থম্মোয়দো কবিগুম্বদা মতমগী য়াক্লবা নুংশাই মৈশানা ফুখিদুনা মৈ ঈক্লবা চেক ওন্দুনা মৈফমদৈ থোবক্লগা অহীংবা নুঙ ওনথ্রবদি শামু লমশাগুম্বা নুপা কয়া কয়াগী মংফম ওইবকই হায়বসিদি মনদোদোবিনা খূদম্লি। মদুবু খঙখিদবা বিল ক্লিনতনদো ফদি মচেত্তা থৌবি য়ানখিবনি তামোনা হেন্না খঙবীবিদুনি। তু – য়েংউনে, ফিজীদা হক্লিবা দাকফমশিংসে। মসিবু ইচম চম্বা ঈশিং ইচম্না শুবদা হেক্তমক কোক্কদ্রা? চৎলুখিগে তামো ..."

"লাই! লাই! লাইবু লৈত্রা? লৈত-লাইবশিংগীদি লাই লৈতে। লাইবু লৈবন্নবা লৈত-লাইরশিংসিবু লৈবমখিগদ্রা? লাইনদি তোন্ন তাবশিংনা তাইবং মৈশা লোক্লবা পুন্সিনা মণ্ডলানগী উকন্ন লাংজবদুগীনি। পাণ্ডদবা খণ্ডদবা মীমান্নদ্রবশিংগী থম্মোয় লক্কানুংদা মণ্ডাল চাউনা লাক্তুনা থমজবা পুক্লীংগী নিংণ্ডাইবু হেক হেক তত্তনা থেমজীননবা থাখলনা লোৎনা থুপ্না শাগৎচবা মখিনি তপতাগুম্না লাই। খৌগৎলবা কনাগী কংলবা চীনবানবু লাইজ ঈবীক অমত্তং অদুসু শুপ্নতগী অমখক্তং ফাওবা চোৎহল্লখিব্রা ওসিগী তাইবংদা থোরক্তুনা। অদুদি নংত্রে অহীংবা নৃণ্ডগী শক্তম শকওং মিতম লাং নংত্রগা কোবীগী সনাগী কোম্মায়দা তক্ষনা হক্তুনা মীনা মীগীদমক শাজবা লাইবু মীনা খুকমদনা কনানা খুকম্নগনি। কবম্না থবায় পানবনবু লাইদা খংবগেনে। মীতনি। হে মীওইবা নণ্ডনা খু লৈতানা পিবাং হৈদোক্তুনা নিজবিবা অনীংবা অপাম্বদুবু অহীংবা নৃণ্ডদুনা কোম্মায়দুনা সে সে হায়দুনা কবম্ন দি খুৎশিন্নবকপগে? কবিগীদি মুন্না খল্লুদ্রি। অদুগসু পিবাং কবিগীসু থৌজাল, পুন্নমক মীনম্বনি। ওন্নমক লৌনম্বনি। চীবোলনি। নমথাক্লি। উপাই লৈত্রবশিংগী তাংকী পাম্বেনি। মন ওল্লগা উবোকথোংবু লান্নবনি।

হোয়, করিসু কায়দে। লাই হায়বসিদি উবা ওম্বসু ওমদবসু অমত্তা নত্তে, য়াই। তৌবতবু মসিদি লম্বেলদুবুনি মীংনদি উণ্ডমদবা থাখলনদি শেবান্নদ্রবা মীংকুপ্তা লামশিন্দুনা খনওম্বদুনা ঈংনা তপ্নবা পুক্লীংদতা খণ্ডবা ওম্বগী ঈথিলদু ঈহৌবক্তুনা পেল্লবা থম্মোয়না উণ্ডম্বা খণ্ডম্বা অচুম্বা হায়বা থোংদুগী পাম্বেনি। অদুনবু মক্তনা শেংলবা মেরীগী শিয়োমনুংদগী যীশুনা তাইবংপান্দা তাইবং থবায়শিংগী কোকওমদ্রবা তৌহৈদ্রবশিং, তৌকবৈ ফংলকপা ঈবাল পুম্বদু মথক্তা কোকথোং নাদুনা ঈখেণ্ড শীম্বগা তাইবংসিদৈ চৎশ্লিবদুনি। অমরোমদা আইয়োনগী নুংশি ঈপাক্তা কাউশিং ওইনা কোয়তাও তাউদুনা

শান্নজরম্বী বাধাগী থম্মোয়সু তমথীনা খওহৌদনা ঈহৌবকপা থিংওমদ্রবা নোংলৈগী শাফুদা লৌনম তৌবগা হূদুনা অথেওবা অহীংদা পুবীঙ্গগা জমুনা মপানগী বোকুল মখোঙদা বাস লীল্লা শান্নবা ওম্বা কুচু মুবা কৃষ্ণনা মচাগী খুবী মমানা ককহল্লি; মনাওদুনা ময়াম্বা হাৎহল্লি। মানা মানা তৌবনা মা মানা ফংহল্লিবা কৃষ্ণ মাবুসু শাদানবৈ তেন্দা কবম্মা শিখিবগেনে? বুদ্ধদেবসু অদুমওাই। গান্ধিজীগবু কবিদা খেন্নবিবগেনে? অমহাগী অমহানি। মী মবক্তা মপোকখি মী মবক্তে মশিখি।

কবম্মবু তাইবংদনি হায়নগনি মালও-হিদুনবু থাংজীং চীংদা থেঙ্গাইবা থা ফাদ্রি মীখলদো মায় পাকখিবা। মীখলগী মী খোম্বা চৎপদা মথীবোং থোকখিবদু খুবোম হান্নগুম হনগৎলমখিবোই। ফম তান্নকনি হায়বল্লগা দিল্লী চৎখিবনি। নওনা ফম ফংদুনা হলক্কলগা ঐবু লাংগোলদা (কমপ্লেক্সতা) থম্বীগনি। ইচাগী মশকসু য়েংনিংই হায়বম্বদাইনে? নওবু নচা মশক য়েংনীংদ্রবনে? নচাবু নুংশিবা পোকত্রব্রা? সে – খুম্মো – নুংশিদ্রা নচাবু ...”

তাঞ্জাসিদনি মঙ্গীনা মোবেগী য়োন্ননবা পোৎ পুবগা পোৎযোনশওগী মাঙ্গোল হেক কাখৎলকপা মীৎকৃপ্তো। শ্বায় লাউই তাকবদা, “সে খুম্মো – নুংশিদ্রা নচাবু?” চপ লেপ্লম্বদৈ খোঙথাং অনী তুংদা হন্দোক্তুনা অমুক চপ লেপ্লী। হন্নদি য়েংথোক্তনা খল্লি লৈমায়দা নোম্ভুনা, “মানা ঐবু হান্ননা উবদুনা থোঙসি থিংজিনবা ওইবা তাই। উম! মাগী তাঞ্জাসিনা ফিভমসিনা মথম্মোয়সে খুজিল্লক্তুনা পীকশিল্লক্কগা মপূক্লীংসে বাবৌজদুনা ঐঙোন্দা লোৎনা ওইনজবসু ওইবমগনি শোয়দনা। শোয়দ্রে –”

“লাই নওদি নমীৎ তাঙবনিনা উবিবোইয়ে” হায়দুনা খোঞ্জেল থোক্লা তেংথাবকপা অদুদদি মঙ্গী অকোয়বদা মী লাকপ্লা তাখিগদ্রা কিদবা ওল্লক্তে লৈনা লৈনা য়েংদুনা। মীৎকৃপ্তুদা ফুনগৎলক্লিবা নুংশাম্ববদু অমুক্তং ফাথবগা তপ্লা শাংনা হোন্দোক্কগা পাখৎলপ কৌবকই ফাইববা খোঞ্জেলদা,

“শ – ক – হে – ন – বী! শকহেনবী! থোঙসে, থোঙসে হাংউনে।”

(মমীং খংশিং শিংনা শ্বায় লাউনা ফিজীনা মপি তৈথোক্লা) "কনা! কনানো?"

"ঐনিনে। মীনা তাবগা নঙবু ঙাওবে হায়খিবোইদ্রো? থোঙসি হাংউনে।"

(থোঙনা অমা হাংদোক্লুনা থোঙনাদা মখূৎনা পায়বি) "তাঙীদি ঐনা ফদি ফবা শেংপদু য়েংবীনিংলমগনিনে, নৎত্রো?"

"হক্লা হক্লা রা ঙাঙগনু শকহেনবী ।"

"মনবা মন্দবা তাঙীদি নুপানিনা খঙবীবল্লোইনে। ঐগী ফিভমসিবু কবস্বা নুপীননো ..."

"য়াবে তোকওসে। অদুগীবু কপ্পা হৌনব্রো? তোকওসে। হোয়সে ঐ খঙভেবা। মীনা খঙগ্রো উগ্রো তাগ্রো, কবি – নোবা? অদুম শেবাক ফাকলেনেকো।"

"অচাকপা মৈবীদা ঘী হৈজীল্ল হৈজীল্লগা ঙবোংনা শুম শুম কৃপশিন্দুনা থন্বসিবু ..."

(খোল কল্লপ) "লেপ্লো! খঙঙে হায়বগা। নত্তে, তপ্পা খন্নবগা লোইনা থোকপা নৎত্রো? চফূসে কায়বগা হবাওগদবসে নঙ ঐ নত্তে। ঐবুসু মখা শাংথহল্লনুসে। ঈশিং লৈব্রা য়াওম অমত্তা থক্কেসে।"

"ঈশিং অকস্বদি লোইথোকত্রে। চা ওইনা লোল্লকউবা নৎত্রগা শঙ্গোম ওইনা শেল্লকউবা? কোফিসু লৈএ। অঈংবা পাল্লগনা সে শঙ্গোম অফস্বনি। খবসু লৈবি।"

"সনা ইবেম্মা, নুংশানগা কনখৎলকপনে, য়াবে কোফি শঙ্গোমকদো। এ! অফস্বসিদি হাউইহে। থুম্না থুম্মীবা। লৈবি হায়দাইনে?"

"সে, সিদা লৈবেসে।"

"এ! অনীদুদি য়াম্মল্লিহে। অমদি নঙগী ওইজরো। থকউনেসে। হাউইনেহে।"

"ইচেনা শেম্বা অফম্বনা হেন্না মহাও লৈরমগনিদা?"

"নচে ঙাবি ফূমাই মানবীদু পল্লক্কনুদা হাওনা চারিঙৈসিদা। কনাগী কনাগী – তোকম্রো – তোকম্রো – চাক ফাওবা চেঙ চঙহন্দবা হৈতে। ঝা লোইবে। মশক্কুদা নঙসু খংলিবা নৎত্রা? শগোলনিদনা। অদুসু নাত্রং। নঙগা ঐগা মরি লৈনৈ মীনা ঝা ঝা লাউনবে। লৈখাই অমা তাদ্রিফাও হল্লক্করোই হায়দুনা মচা অনীদু পুবগা ঙবাং চৎখিবদৈ ইমানা ঙসাই কৌরুবদবু লাউকা য়াদে হায়নে। ঐদি হন্দক মতাঙসে থোঙ্গাদুম নমদুনা নোম নোমদুনা থুদেক্কদবনি।"

(নোকফেৎ তৌনা) "থোঙ্গাদো তেক্কদি ঈশিংদা ঈবাক্কজনি।"

(মমীত্তু উইথবপ) "খোইহিতবু পামজবা খোয়বাবসে খোইহিদবু ঈবাক্কদুনা শিজবদি চঙনা লাইবৈবাক কাবনি। কবিসু কায়দে।"

"নত্তেনে, তাঙ্গী ইচেদুবু কৈদৌঙৈ কৌবীকদোইনো?"

"এ! নত্তে, ঐসিবু পীক্তা পীক্লিবা অঙাংনিনেকো? নত্তে, নঙনা শান্নবা য়াবা মীদুবু ঐবা হা?"

"হো ইবুংঙো ঐনা হায়সিবু কবিদা কায়বগে? তাঙ্গাদু মাঙহননীংদবৈ ঝানিদা।"

"নঙনা থা অহুম শুজিল্লকপা হায়বসি ঐগী কোকথক্তা নূঙদুম'মা থোনগৎপনি। অদুসু অহীংবনি। অদুসু থা অমা পুবদা ঝাং কোন্দুনা ঙক্লি তেক্কদা অহুম শুজিল্লক্কসিদদি খোঙবু থাংবা ঙল্লমগনি খনত্রা? নঙসু খঙউনে, নঙগী ঐগী কোকথক্তা নম্বুবক্লিবসে, অহীংবা নূঙনি! অহীংবা নূঙ!"

ঙাইহাক্তি মঙ্গী শকহেনবী চহী কয়া কায়নকৎববগুম মীৎচান্নবকই। পুক্নীংগী অনীংবা পুন্না ঝাকচীংগী উনখা নংগুমত্রে। চীনবান কাংঙমখিদ্রে থম্মোয় থীৎনা চীনবান কাঙলকই মঙ্গী,

"ঙারী ফূমাইদুনা অহীং মপামদা ঐবু শীংনদুনা লেক্কুনা লৈথোক্লিবদুনা মাগী চাউববা ঙাকপীবা ঙমত্রবা মরালনি। মদুমক্তনা ঐনসু তপ্লি তপ্লি খোঙথাংসিদা থাংবা ঙল্লিবনি।"

"থম্মোয়নুংগীবু ওইবে খৌজেংগীবু ওইরে বাহেদুদা পেনজরে। ওসিদি ননাওনা থোংবা চাক চাখিদবসু য়ারোই। ওবাং নুমিদাং চাবীনবা লাক্তদুনা নৈরিবা ওাবেনসে হাবদা হঙ্গোইবীরসু হূইদরা য়েন্দবা খবা শীজথোকপীবম্মু থম্মোয়সে পেনজনবা।"

"হায়সু হায়বনি ওবাংদৈ চাবম থক্লম অমত্তা খওলকতবনবা কবিনো নওনা হেক পল্লকপদুদা ঐদি তিল চোমদুনা নৈবু চীকথৎলেনে। থোওসে হাংদোকউসে। ঐ চওলক্কে। হেক্তা চাবগেসে ওসিদি।"

"ওাইখো! ওাইখোও। নওগী হৌনবীদু তোইশিল্লক্লদি ফরবোইয়ে। নৈকায়সিনগা মথৌ কয়াগা মরৈত্রে। ঐ পাত্রসিদা লোইনা হাপ্পকলগে। মফম অনানবা অমদা চৎসি। নওগা ওসিদি ওাওনগদবা বা য়াম্না নৈ।"

"হা, অদুনা ফবদ্রা? অদুদি অঙ্গবাদো। ওহানগী ২১৩ সুবা কা অদুনা ফবেনেকো। নপাম চৎকনি হায়বম্মো। নোংমগী ওইনা বায়রল্লগেকো। য়োন্ননবা পোৎশিংসে হায়বো করি করিনো পান্নিবা। ইহে নওগী হৈতূপ অচাব হায়বদু তু, মপুন মওানি। সিনা নওনা হায়বা কেন্দলদুনি। অদুগা ..."

(মখূত্তুনা মবক থৎলকই মঙ্গীদা চাগদৌখৈ য়েংদুনা) "য়াবে। অদুদা লেপ্লো। ওসিগীদা নত্তে, পুন্সিগীনি। নওগী লল্লোনবদুসু থূপচিল্লসি ওসিদৈদি। নৈবিবা পোৎশিংদো ঐ লোইনা য়োঙ্খোকপীবগে ঋুটব ইকোপ কোয়া মৈবুল হৌবদুগা য়াম্না য়েংনিংদ্রে। ঐগী বোলেবো খৌবদু ওইরো।"

"হোয়নে। নওনা হায়বদুবু ঐনা য়াদবা য়াওখ্রব্রা? সুপাবিসিদি?"

"সুপাবিদুদা নত্তে খাউদু লোইনা পুশিল্লকউ। ঐগীসে ফাগি নত্তে। অদুগা য়ূমদা নৈহৌবিদুসু হয়েং লোইনা পুরকউ। মতম নৈত্রবনি।"

"শকহেনবী, কবিনো নওনা হায়রিদুবু?"

"ঐনা হায়রিসি মীতৈলোন্নি। মীবোন্নি। নওবু মী নৎত্রা? মী ওইবগদি কবিগী খওত্রিবা? খওত্রগদি তাক্কেসে, পোত্তো লোইনা পুশিল্লকউ। পোত্তুদা পুশিল্লকউনে।"

"সে – সে, নঙ লোইনা য়োল্লোকো।"

"য়োল্লদবনি। য়োন্দদি কৈনো? হৌজিকপু নঙগী পোৎ ঐগী পোৎ লৈবিব্রা? নত্তেনে, নঙগী ঐগী কাইনা অমুক খায়খিদ্রা?"

"অদু ওইহবগনা ঙসিদৈ চৎলসিদনা?"

"ঐনা হোয় হেক হায়দোবক্লদি তাঙ্গীবু খৎনিদা। হৌদুনা নমৈ থেক্লৎলগা চেনখিবোইকো।"

(থোঙনাও মপান্দগী শকহেনবীগী মখূদাং তাপ পায়দুনা) "তস কমদৌই! শুকথা থাববোই।"

"এ! ঙাইখো মী উবনিনে। থাদোকওসে। নঙসিমা।"

"হায়দোকখিবা ব্লাবু ঙাক্তবা মীদুবু মীবা? উচেক ব্লায়াগুম পংশক শকপা পংঙাঙ ঙাঙবা মীতনা তাইবংগী নিংথিবা মশক মাঙহনবনি। থাজবদসু অচৌবা খুবৌনি। নঙসু নাম্ভোকপা ঙদ্রা য়েংউ পুন্সিসিগী থাদোক্লবোই ঐদি।"

(নোকফেৎ তৌনা) "য়েংউ মায়থোংসিদা অমুক্তা; অদুগা ব্লাখলদুনা তপ্না হংউনে পূক্লীংদুদা মায়থোংসিগী চাংজৌ নাইদ্রবা ঈপাকসিদা মালংবনা কাইহৌকদুনা ঈহৌবক্লিবা ঈথক ঈপোম্লকসিদা তাবিবা মমিসি কনাগীনো? পাউখুমদুদা থম্মোয়না নিংঙাই তৌবক্রবা থম্মোয়না থম্মোয়বু মায়থীবা পীববনি। কবিবু অমুক পাম্লুখিনি অপাম-মিহৌগী তাইবংসিদৈ। নঙনা খূজেং পালোইনদুনা পুবিবা লম্বেলদুনা ঐগীদি পুন্সি লম্বেলনি। নঙগী ঈশৈনা ঐগী পুন্সিনি। নঙগী তাইবংনা ঐগী মঙলান্নি। ঐবু কৈদৌঙৈদসু খক মঙফাওনহনবিবনু। নঙগী পুন্সিদা মঙলাক্লদুনা তূমখুন তানজবগে। ঐ অমুক হন্না তাইবংদা নঙ য়াওদনা মঙফাওজনিংদ্রে। তাইবংগী অমম্বা অশুকপা অকিবনা ময়া হিগত্তুনা তম্নবীবগা লাকথুবীববা নাইতোম তাববা পুন্সিনি ঐ।"

(গ্রহন থাবগুম তপ্না থাদোবক্লে) "সে থোঙসি থিংজিল্লম্মু। ঐদি হান্না চৎলম্লগেকো।"

(শকহেনবী মতু চোন্নবা মঙ্গীগী খুদাংদু তাপ ফাদুনা নোকফেৎ তৌনা চাগদৌখি য়েংলকই) "ঙাইখোও ..."

(পাখংনা) "কবিমুক তৌবে!"

(মোমোন নোক্তুনা) "ঐসু শুকথা থাদোক্লবোই।"

"এ! অদুদি কিজবেদা, লাউবগে ..."

(বা নোকমিন্নৈ মখোয়'নী) "চাকসে ঐদি ঙবাংগী চঙ্গীক্লা শুম লেল্লসিবা খল্লম্বনি। অদুবু ফোঙ ফোঙ শাবদু থোংগন্তা য়াবিরদো। পাখংকনু। মীৎকৃপ্তা লোইগে। ঙাইহাক্তং লৈবগা চৎলু। হেন্দোকহন্নিংদবা হায়দুবা খঙদেসে। সে য়েন কৌতাসে অনীদং ফক্কায়বীবকউসে। য়েকম খবসু ফৃৎকে। হোবেল ..."

"হোবেল হোতেলদসু লোইনা ফংগনিদা। অদুদা হোইনে ... কদায় কদায় ..."

(নোক্তুনা মবক থংলি) "অদুনেবা।"

"মিংসে হোরেনদৈদি হোংদোক্লদবনিনা ঐদি হৌজিক্কেবু পাম্নু পাল্লবনিনে।"

"মিংগী ৱাদি লায়বু লায়বি। নঙ বেঙ্ক অমগী মপু ওইদবা য়াববোইদৌবি। ঐনা হাপ্লীবনি।"

"এ! লুপা খাউজাউদা খুদি থীবগী ৱানিনে। নৎত্রনে?"

"অশেংবনি ঐ লাক্ক তবামুক পুথোবক্লগে। নঙগী অরৈবসু পুথোবকউ। লনাই বেঙ্ক অমা লিংখৎলসি। লাক্ক অমমমগী শেনফম থঙ্গীলহল্লগা (ডিপোজীত্তা) মী মঙা অমগা থবক তৌননবা লৌবশি। নোংমতনি পাউ-চেদা কৌগদবা কবিশু ৱানিংঙাই ওইদে। করিনা লৈবাকসিদদি থবক্তি চহী খবসি ইলৌ লৌদ্রেদনা। লাইরিক হৈবা শেন পায়বনা ৱাই চাইববা লমদমনি। সনাগা থবক গোখা-চোগসু (পেন্সন বুক্কসু) খরা থিবসি। অদুগা শোয়বোইদবা মরি মখোঙ শেংবা লৈঙাকলোনগী

(সরকারগী) থবক তৌবা মরু ওইনা ওজাগুম্বদা থবক তৌবৈ শেল্হুং (সাবডিস লোন) খরা শেন্দোয় ব্রাংলপ থাদোক্লনি। খন্দুনা য়েংউ, লাক্ক অমদা ৪%দা লীশিং মবি। লাক্ক তরাগী লীশিং নীফু থা অমদা। চহী অমদদি কয়ানো? কাম্নদেসে থীল্লবনি।"

মঙ্গী ব্রাখলগী অতিয়াদা লশিং মফোলগুম কোয়না লৈনা তাউবক্লে মীৎয়েংনা তাম্না য়েংদুনা,

"হোয়নেহে। পৃক্লীং মাদি মকনি উপালগী। শিঙ্খা মাসু য়েন্নীংদুনি মউদুগী।তাইবং মণ্ডলান মানা শাংকায়বিবা লৈবাংনি। থম্মোয় মহাক্তি খোয়থুম্নরবা হৈবাংদুনি। মী ওইবৈ ব্রাখলনা রেলগাড়ীগী ঈনজীন্নি অদুগা মদুগী শমজিন্নবিবা বোগীশিংনা তাইবং পুন্সি খোঙচত্তা থেংনবিবা অব্রাবগীসু নুংঙাইবগীসু অমাঙ অতোংগী মায়য়োক্লবিবা লানফম মচাশিংগী পবেংনি। মনুং হৃজিন্না খজিক্তংবু হৃকচীন্দুনা ব্রাখলগী কোচিন্দা চিহাই নাইনা খোংচিন্দুনা পৃক্লীংনা থিববদা কৈদনো লীৎকদবা অপাম্বনা নাথৈদুনা। থম্মোয় মাসু ব্রহ্মামক্কী কল্লক্রফম মীওইবৈ পুন্সিবু নিন্দা তৌ তৌদুনা নৃঙগুম কনশিন্দুনা নীংবা কায়বৈ ঈশংনা কবম্নবু থাংজিল্লুগনি অব্রাংবা অঙম্বা থাক থাক্কী চীংগী চীংদোলদৈ লোইবোই নাম্বুবক্তুনা লাউ খোংদুনা ঙংলগা পাইথরক্লিবা থিংবীনবা লৈতনা মনীং তৌবিবা নুংশিবা মাগী ঈশিং চাইবীনা তত্তনা ফুন্দত্তুনা তোয়না তোয়না চামথোকপীরবদা। অদুদগীদি, ঈচেল মাগী লেপ্প্রায়দ্রবা পম্ফুং তন্নিবা কল্লবা শাফুলত্তা ঈথক ঈবৈগা ঈবোইননা ঈবোন্নুংদুদা ফুম ফুমদুনা চেল্লম্বদৈ য়াতাবক্লনি মীৎমাঙদা নোংমদি ঈপাক্তুদা শোয়দনা। শিদবু শুমহৃত্তবা লৈবিদ্রা হে পুন্সি। কয়াদা নীংথিববা মচুশিংগী খূৎয়েকনো শকউদবা মহাক্কী হে লাইয়েকপা। অদুবু শিথখিগনু লংলবা মচুও; নঙগী মঙালগী মশেক্লা য়ৈবদা মোমোন নোক্লা থম্মোয় থুমহৎলিবনি; লৌনম চাউবা মালংবগী ঈথক্লা তত্তনা ঙাথু থেংথু কবেম্নবদা খাঙবা ঙমদ্রদুনা চেপ্লগে নীংলুদুনা নঙগী নুমিৎনা ঈবোন্নুংদা লৃপথ্রবদা কবিদি ওইহৌনি নঙ খঙলব্রা দাকফমদু নত্তনা থম্মোয়দা হৃক্লিবা। পেল্লরিনি উরবদা হে লাইয়েকপা।"

"মগুদা তাউদুনা মগুলৈবাক্তা ম্যালেমসিদৈ নাম্বোরক্তুনা কোয়পাই পাইবগী মতমদু হৌজিক্তি নৎত্রে। অদুগা য়েংঙোই, অমুকপু থাজব্রবা অদুম লোইববনি। মীশিদি অঙাওবনি। তাইবংপানসিনা শারংনি। অঙাওবৈ শবৈনা হুম হুমদুনা নুংঙাইনসু শান্নথোকই। থাজবা মানবু যুময়ায়দা মাঙব্রবা অদুম লোইববনি। লেংঙ লেংঙগা হেল্লকনি অদুম পূথবা। খুজেংদৈ খ্বাং অদুদৈদি থবাক অদুদৈদি শগ্রেম্বী ইমাদি ঙক য়ৌবেনে। অসুম্না অশুম ... কান্নদে, মীয়ামগী থাম্লবা থাজবনবু থম্বীববা খৃৎকোই (সেবিয়েল) মকপ লাক্ক অমগী, অনীগী, মঙাগী, তবাগী মরোল মরোল কয়া লিংখত্তুনা খোই চোপ্তুনা লেন্নে ঙা ফাদুনা ইমোইনু ইমাগী চাকথা তমসি। কৈদনো লোৎকদবা শেনবী শেনয়ায়না তাবুনুংদা। শেনমীৎ কৈথেল কাহন্দুনা শেনমীৎলোন্নবু তাল্লিদা বেলগাডীনা চৎপগুম চৎহল্লবদা নুমিৎ তাখিদ্রি, অদুগুম্বা মীবোলদো।"

(হঙোইবপ তৌনা চগৌ য়েংলম্বদৈ পাখঙমচা অমা য়াবক্তা ঙংলকই)
"ঈতৈমা ক্বা মতপ অমত্তা।"

(তপ্না মেঙনা চীং লেম্না) "ইবুংঙো, ইতৈমা ক্বা থমদ্রে। ঙাবি ঙাতাই ঙাক্তা ঙায়বেনে ঙসিদি।"

## ৪৩

**য়েনখোং** অহানবদগী হৌগত্তুনা থৌবা থোক্কুবা শেন্দোল থৌকপদগী খৎনবকপা লাউনবকপা উনা উনা লোংখিবসু য়াওরক্তুনা উন্নবক্তবগী খোয়দৌ থীৎনা লুপা অমফাও মখুত্তা ফংলক্তুনা নুংশানগসু হাইগৎলকপগী চেন্থবক্লিবা হুমাং ঈবীক ঈবীকশিংনা লাইবকতগী অঙম্বা চুবা তম্না চেন্থবক্লিবদু থোইনা নাচুংলুদনা ফিজেৎ ফিগায় শেত্তুনা অমুক নোক অমুক ঙাঙ কৈথেন তন্নিবা তন্নিবীগুম খোঙথাং মখোল থোক্লা কোম্মোং কানশিল্লকপদুদা য়ুমথংনবগী খুনু অঙৌবী অঙৌবা অনীনা য়ুমথক্তা মখৌ পোঙনা পোঙনা খোংববু হেক উকবমক্তুদা অচাকপা মৈদা ঘী হৈগুম চপ লেপ্লগা মখ্বাং মেত্তুনা মমায়দু থোক য়ুম্বুদু তম্না ওনশিল্লগা খংলাউ হেক লাউ খোংবা হৌবকপদুমক্তদা খংপ্রেক খংলবা খুনুশিং খপ খপ্তুনা পাইখি মীবোল খঙদুনা।

খ্বাংচেৎ লাকশিল্লম্বা খুদৈ মতেক মনজুনবদু লৌথোক্তুনা মখুৎনা পায়বগা হুমাই হুম হুমদুনা মাঙ্গোল মচীন্দা ফমথবতা মঙায়বি। এ! ফুক হৌগৎলি মচানুপী উবদা। খ্বায় লাউই শকখঙদবা অনীনা মতুং ইন্নবকপদুদা। কবি থোক্লিগবা পুক্লীংদা মঙন মঙন খন ঙাঙগল্লম্বা চীনবান্দুদা ঝাহৈ অমফাও হায়দোকপা ঙমদনা তঙক তঙক য়েংদুনা মক্লাপ নীক্লা লৈবিবা মমাবু থোইনা থৌশাকদনা লাকমিন্নবিবা অনীদুবু তবাম তবাম ফমফমদা ফমহনবদুনা অমুক্তসু হেন্না মীপাই থবাইবদুনা মমাগী ঈগী খোঙজেল ফমজীনহনবা হৌবক্লে।

তপ্লি তপ্লি ঙসাইমখৈ চেল্লম্বা ঈগী ঈচেল চপ লেপকে তৌবকই, শকহেনবীনা "ইমা" হায়না কৌবকপদুদা। চগৌ কাদুনা ফমদুনা উংদুনা লৈথোকপদু উবদা শাওবংননা শকহেনবী নমকৌ নমকৌ কৌশিল্লকই, "ইমা! ইমা! করিনো নুঙগী অশাবা মিতমদৌনা ফম্নিদুবো। মখোয় অনীসে কৈরেনফাবীদগীনি। মচীন মনাওনি।" ফম্না ফম্না ঝাখল লাকপগুম মচাদা ওনশিল্লকই চাউবী, "হা! করি হায়বা?" মমাগী মতৌদুদা শমথবকই শকহেনবী, "তামো, ইমাসে অহন ওইশিল্লকপৈ হৌনবী লোয়নবা ওম্মোক্লা ঝাগ্রপোৎনি।

মীবোল্লগা লৈজদ্রে। চা শেল্লুগে, ঙাইহাক্তা পোত্থাবীরম্মু।" ফিভমদুদা, "ইবেম্মা চাদি হৌজিক্তা থক্লক্লিদুদি। চাসিদি থক্তা য়াদদনা অদুক নোংমা ফাদোক থক্লুবে ব্রানিদা। হেনজিন্না থক্লুবসু চাক চাবা য়াদে ইবেম্মা। থক্লগুমসিদা" হায়রকপদুদা মমাদা ওনশিল্লকই শকহেনবী, "ইমা সোম্রদা অমুক্তা চঙবীবকউ।"

চাউবী ফূক হৌগক্তুনা ফুম্বংননা "ইবেম্মা ঐবুরনে" হায়রকপদুদা শাউবংনবকই শকহেনবী, "কবিনো ঐবুবা হায়সিবু?" মচাগী মনাক্তা তপ্না চঙশিল্লকলগা নশোন্ননা, "হৈ মখোয়শিংসিবু কনা কনানোনে" হায়বকপদুদা লাউহংলকই মমাদা শকহেনবী,

"কবিনো ঙসাইনা কৈবেনফাবীদগীনি হায়প্রদুদি?"

"কৈবেনফাবীদগীদি কনা?"

"শেন থুম পায়প্রবা থবক চাউনা তৌবা মীনি অনীমক। লৈমিন্নবদা নোংমক্তা ঐখোয়গীদা য়েংলবগদবা নত্তে। ঐখোয়না য়েংশিল্লুগদবতা মঙায়।"

"অদুবু কৈদৌবগী লাক্লিবনো?"

"ইংখোল মচেং অমক্তা থিবীয়ু হায়এ।"

"হো হো অদুগী ওইবে। ঐদি লবাই লুতোনসে চপ চপ হেক য়ুংলুবে। ইবুংঙোখোয়দি কবি কবি মিং কৌই?"

(হবাওনা) "ইমাবু ঐগীনা চাউথোই। ইনাওসিগীনা ইনাওতোন কৌজে। ইমাখোয়নবু চানবীববদি নচাখোয়গীদি সোবাবেন খুৎনা লাম্বা ফংবগা চপ মান্নে। ঙবাংসু লাকচবন্নে। ইমাদি লুহোংবা চংখি হায়দুনা থেংনজদ্রে।"

"হোয় হোয় ইমা শীনবীগে। মনীংগী নিংথেমগীসু মচেং অমদি য়োল্লি হায়বনি। ইবুংঙো নখোয় অদুবাইগীনা শংঙম ঐখোয় খ্বায়গীনা কাপতা ওল্লিদো। খরবু ফংলদি ফরবনি। ফংসু ফংনিদা ইচাসিদি।"

(শকহেনবীনা মমাদা ওনশিল্লকই) "ইমা মীগীদগী নত্তেনে হায়নবিসি। ঐখোয়সিদগীনিনে। ফরক হেক ফূবদনা।"

(গুক্কা) "মচেৎ খবসু য়োনখিতা মঙায়বি। কবিদা অমুক শিজীন্নগে হায়রিনো? মীগোন্দা তোল্লিশিংসে খোমজীল্লগা অরাৎপদুনা ইমা শেনজাও পায়বা নোংয়াইদগী পূকগে। কয়াম য়াম্বা শেনফমনো? ঈংখোলসিদি খূবাকমুক্তা মঙায়বে য়োল্লগুমসিকো।"

"ইমাগী হৌনবীদু তৌবক্লনু। থবক্কী শিজীন্নগদবা লাক্ষ তবানি। তবামঙাদে তাবক্লিবনি। লাক্ষ তবাগী মফমদি তামোসিদা য়োল্লবনি। শেনফমসে হৌজিক থীনগদবনি। তু, চেশিদা খূবীদো নম্লোসে। হন্দক্কী থবকসে লীৎহনবা য়াদ্রে। থুনসু ফৎলগদবা।"

"ইবেন্মা নঙবু নশাসু রাই শৎদ্রি। নচানুপাদু নাউকোল্লগা য়ুমগী মৌ অমা ওইনা নে তানা মতম খবদদি লেঙদনা লৈয়ুগবা। নমাবু কম্বীদা ভৌবনু।"

"ইমাগী মীমাং পোমাং নাইদবদো তোক্লসিদা। ঐনা ফবগদি কনাগী অফবনো? ঐনা মাঙলগনা কনাগী মাঙজবনো?"

"অদুবু হায়বা, তবেৎ তবা থোক্লা খন্নখিসি। তহা তহাখিনু। ঙাইহাক্কী খৌজেংদৈ খল্লকপা রাখলনা পম্বুং য়ৌদে। ঙশাংনা ঙাবেন হৌবকখিনুকো। ঈংখোল মচেত্তুগীসু মাগী মীখলদুদা শ্বায় ..."

"ইমাগী হৌনবী কোৎথোক কোৎথোক্তুনা চৈ থাংবদো তোক্লসি। সে খূবীদো শীবকউসে। চেসিদা। সিদনিনে।"

"ঙাইখোনে নঙবু। কবি থবক্রো? হান্না ঐঙোন্দা হায়দ্রিনা কবিগী?"

"থবকসে ফোঙ ফোঙ শারিবনি। মী তান্নদ্রিবনি। রাদো য়াল্লনুসে ইমা। নখূত্তুদুম শীবকউ। হোয়নে খূবীদুনিনে।"

"ঐনে ইঙে নীক্লবা মতমসিদা রাখলগা ঈযক হেক যকচিন্নে। কদায়দনো নমগদবসিবো? শিবু শিনিংলেদা।"

"মীনা তাবগা কবিনো খনগদবসিবো? হয়েং অয়ুক্তি লৌরুগুশঙদা (রেজিষ্টার ওফিসতা) চংকদবনি, চংথোক্লমগনুকো ইমা। চংলগে। তামো থোক্লসি।"

শকহেনবীনা, "হয়েং অয়ুক গুপ্তা লাকপীবো তামো" হায়বন্নগা ওটৌদুদগী কুমহৌরগা পোংয়োনশঙ তম্না চঙশিনখিবদু উবদা ফাথবা ঙমদ্রবা লৈপাকলৈ খুত্তা পায়বস্না ঈশিং কোন মাঙোল মচীদা খংথা থাদবোই কবিবোই থন্নন্নগা পোংয়োনশঙ থোঙজীন্দা চপ লেপ্পরে। খ্বায় লাউই শকহেনবী। নোংমতসু বা লান ঙাঙনখিদবা কুইরকপদুনবা কবিনো অমনসু অমনসু চীনবান কাথোকপা ইঙম ঙম্নদ্রে। পুক্লীংগী অনীংবা খৌজেংদা কংখি। লৈপাকলৈগী নুংদা চাক্লিবা অশাও খান্নী খজীক নেমথবকপগুমসু তৌবকপা তাঞ্জাদুদা শকহেনবীদি অহোইনদুম মিপাই থবাইবা মীংকুপ মীংকুপকী হেনগংলকই। শকহেনবীগী মিহুন্না ফন ফন চোংদুনা মিহুনফমদৈ চোংথোরক্লবা কন্না হোংনরকপবু ফাথনবা হোংনবদা "অহম" হায়না ফাথবা ঙমহৌদনা খৌদেমথোক্লবদা লৈপাকলৈ মীংকপ থোক্লকপগুম অশাওবা ফৃদোক্লা হায়দোবকই, "ইমুংসে ফবসু ফংত্রসু মঙাল চাউবস্না ইমুংনি। হৌজিকসু লৈকায়সিনা ইকায় খুম্নরিবনি। অদুবু কয়াম কুইগনি নখোয়গী লোনচং শাজংসিদা। ইপা ঈপু লোইনমক লৈখা তাগদৌবি ইহাকথকসিদা।" মবক থংলকই শকহেনবীনা, "ইমানা তাকপীরিসিবু?"

খঙশিন্নদবা মানবা শকহেনবীগী মতৌদুদা শমথবকই লৈপাকলৈ "অবোংপা হায়বসিনা কৃপশিন্নবা হোংনবনি। অফোঙবা হায়বসিনা ফোঙদোক্লবা লাক্লবনি। অদুবু ধুল্লোক অমগীদি মরু মনাওনি। মতুং মনীং ওনশিন্নববসু অমনা অমগী মখুম হাংদোক্লবা মতম চুপ্পদা হোংনদুনা লংলা লংজিন পুথোক্লগা অরাই অখুম তৌনৈ। মসি খঙদবশিংনি হেক হেক তত্তনা মীয়াঙ ফন্নিবশিংসে।" শকহেনবী মনেম্না মচেক্তা য়ৌবিবা খুংয়ৈ চৈথেঙ খাঙলিদি হায়ববু হন্দুনদি খক শমায় লৈদুনা চেন্নুদে। মচেকতা য়ৈরকই, "ইমানা তাকপীবিশিংদো নচা নমৌদদি মীং নাকোং য়াম্না ওই অদুদা ..." লৈপাকলৈ ঙসিগী তাঞ্জাসি ঙাইরকপা কুইরবনি। ঙসিদি লাইনা তাঞ্জাদু হেক কুবীরে। মপুক্লীংদা হেক খল মুরুম মুকম শোল্লি, "খঙনি ঙসিদি ফজনা পায়থরগে।" য়েংশিন্নদা শারিবা শকহেনবীবু মুন্না য়েংদুনা তপ্না মথি ফোঙলকই, "কাচিন কোয়াদা অদুসু অমস্নদা

শজীবুগী নোংলৈনা হুন্নকপা উফুলনা কুপশিন্দুনা শক চু ওল্লগা পৎলগা তাদুনা পুল্লগা তুম্বা ঙাইনা লেপ্লিবা অপুম অশাগী থিংদুনা লোৎঙম ফাঙমদ্রবা নমথি হানৈবা মনম্না অকোয়বগী অচৎ অওক অহীংবা তাইবং খুদিংদা মমীৎ শুক্তোক্তুনা মনাতোন মেনশিনহন্দুনা হৌদুনা লাপ্না থাপ্না তাল্লিবসিদি মনা পঙদুনা মমীৎ তাঙলবা পৎথ পুমথববা মানদি খক উক তারুদেনে। করিনা মাতগী তাইবংপান্দুদা তাউদুনা ঙাওদুনা লৈথোক্লবদৈ অকোয়বৈ অশেংবা অচুম্বা মশক্কী নুংশকপু মাতগী ওইবা বাহল্লোক্তা হোইদুনা হুমদুনা পুরগা মাতগী তাইবংসিদৈ তাইবং পূম্ববু লূপহন্নবা হোৎনরুবনা মদোম কেমজনবগী লম্বেল মশাতনা য়াৎচৈ। অদুগা অমরোমদা কনানসু চংঙম উঙমদ্রবা বাংলবা চীংশাং নাপোমদা লোইবোই লোইবোই হাইথবক্লিবা শুক্লবা সনাগী লোকচাওদা শেনয়াইনা ঙাম্লোইবগুম চীনি চমপ্রানা মহৌশাগী খোঙচৎ তুংইন্না পোমশাৎননা ফাজিন পুনশিনজবিবা লমহেল্লবা লৈরাংগী লৈনমনা লৈকায় শবা শনখিবদি থম্মোয় শুমহৎনবা মশক ওইদুনা তাইবং খোঙচৎকী নৌবেল মাবু থেংনজৈ। নৌ পাম্না হয়িংখোঙয়াম্বী পাম্না হায়বদুদি মী মীগী অপাম্বদা লৈদি হায়ববু মানা মানা তৌথোক চাথোবক্লিবা কয়াদুগী কৈদা কৈদাগী মহয় ওইনা লীৎপা য়াদনা মতম্না পুবক্লগদবনি। কনানসু থোইনা বানদেকো।”

শকহেনবীগী “ইমাগী বাফমসে দোঙ লাউনা হেক্তা” হায়বকপদুদা তাপ লাক্লকই লৈপাকলৈ, “দোঙ লাউবা হায়বিদুদি নঙদি খঙলব্রা? মদুনিনে ঐনা হায়বিসে। ইমাদি তুমদবা মীবু খক হৌদোক্কে। অহন ওইবে হায়বসিসু ইশানা য়াজেনে। তৌবতবু বাখল চোইরে হায়রগদি মীনম্বনি হেক্তা দোঙ লাউনা হায়রিসিনি। মসিসু নঙ খঙউকো। মীৎমাঙদা য়াই মতুম অমনা মঙাল নাইবল্লগা খঙহৌদনা থোরকপা অমুরাংবী লাইরেন অমোম অমনা য়োৎশিল্লগা পুখিবদুদা হাঙলবা থম্মোয়না অমম্বসিদা ঙাইহাক লম্বেল লম্মুক্লবনি। থবায় পানবা অহীংবনবু য়েন্নীং হন্দবা হৌনব্রা। মঙলান অমা কায়গ্রবসু অনৌবা মঙলান অমগী মরুমদা নোকমী নোকমী পুম্পি মৈশা খাঙবা তাবনি। নৎত্রগবু য়াক্লবা নুংশা মৈশাদা ইদোম মুশুক মুনা কাথেকহল্লগা কংদুনা কেমহনবদি ইঙক্তা থৌরি থুজবনি। মদু মীওইবৈ মতৌরা?” খনফম খঙদ্রবা শকহেনবী লৌশিনফম খঙদনা হায়বকই, “ইমা নচাবু করি তৌজৌ তাকপীরিবনো?”

লৈখৎলম্বা শকহেনবীগী মঙক্লা লুরাক্লনা লৈমায়দা তাবকপদু লৈখায়রকই লৈপাকলৈ, “য়েংঙোই মতমগী খোঙচৎপু কনানা থিংজুবদি লায়রদনা

থৈরুববু ঙম্বগেনে? হিংলিবনি হায়বিবা মীৎকূপ খরগী মঙলানগী কাওশিংগুম কোয়তাউ তাউবিবা ঐখোয়না কবিবু খঙবা ঙম্বগেনে। তমঙমদ্রবা তাইবংদা তাং তৌবা তাই। ঈপাক য়ৌদ্রিঙৈদা মতম মাগী তোরৈলক্তা লূপখিদনবা তাং তৌবিবদুনি পুন্সি। তৌবতবু তাং তৌবদা তাংনা তাত্তা তাং তৌবোইদবনি। মওং মবিলদি চুমগদবনি। মদুগী মকমদা ইচম চম্না হেক্তা তরাই তরাইনা খঙঙম উঙমদবা হায়ফম তৌফম খঙদবা নৈশিনবা ফোঙদোকফমসু ঙমদবা মমি অমদি কোইন ইন্নবনি। মদুতনা পুন্সিগী নৌবেল হিমাই চুন্বনি। মসিমত্তং মীৎকূপ খুদিংদা নীংশিংবদি লীক্লমনি।"

(মপি শিচ্চুনা) "ই – মা – ম – হাক – তু – দং – ইমীং – শি – না ..."

"এ! থম্মোয় থুগাইদুনা নৌথোক নৌথোক্লগা ফদি শুম্বগুম শুম শুমদুনা কোল্লুদৈ চেম্ববক্লিবা চুহিগুম্লবা পিবাংদু শিম্বুহনবগী মতমদু ঙসিদি হৌখ্রে। নঙগী পিবাংগী মমল লেপ্পীনবা ঙসিগী মালেমদা লৈত্রে। মপোক অমদুগী তুংশিন্দুনা থম্মু। লংজা কাক্কী মবক্তদি নয়াদু হিগত্তুনা ভৈবিবীগী শক্তম লৌগদবনি। লীন্দু অমোমগী লিংজেন্দু পান্দ্রবদি কবি ওইগনি কৈথেল লূকমায়থক্কী লাইফদিবী নত্তনা। থম্মোয়গী তম্ফায়াইদি থম্মোয় নুংদতা লাংকদবনি। মীংনা উঙমদববু কবি লৈবগেনে?"

শকহেনবী মমীত্তু লৈপাকলৈদা ফম্লপ য়েংলকই। থম্মোয়নুংদৈ পাথোবকপা নুংগী ঈচেল অমনা চীনবান লানগে তৌবম্লগা কাখৎলিবা চীনবান্দু লানঙমদা থম্মোয়নুংদা অমুক তুমিন মনীং হনজিনখ্রে। খোঞ্জেল অমত্তদি থোকখিদ্রে। থম্মোয় ফূক্লা হংলকপা লৈপাকলৈগী ৱাহংগী পাউখুমদু শকহেনবীগী অবং অখম লৈতনা লৈমায়থক্তা তোপ তোপ তারকলিবা পিবাংনা পীবকপদুদা লৈপাকলৈ মখা শমথবকই, মমীংনা তাম্না চিংনা মীৎফম হোংদনা য়েংলগা,

"মতমদো লোইনা হৌখ্রে। মমলসু নোংমা নোংমৈ ৱাংখৎলকই। ৱাংখৎলকখিনি। অদুনা মুন্না খম্বুবা মতমদু থীল্লবনি। চাক চখোম'মা য়ানুংদা হুকচিনবদুফাও মুন্না য়েংলগা কূপ্পা শায়দুনা খম্বুবগা য়োংকদবা তানফমদুনি লুপ্তাবী হায়বসিদি। কনানা খঙনি পোৎয়ান য়াওরম্লবদি। অদুনা শাববা ওলাঙথাগী অঙনবা অয়ূক্তা তাবা লীক্লানা ফাওবা পেৎথহনবা ঙম্বা লবুক্কী লৈতংগাইদ্রু মৈ ঈকুনা মৈফমদৈবু থোরকপা চেকপু ওনখ্রবদি কুমগী নোংজুথা লীশিংসু লাকসনু ঈচাও কয়াগী ঈবোন্নুংদা কুমজা কয়াম'মসু ঈকপুনা খাঙলুসনু চেক্কুদি চেক ওইনা

অদুম লৈবমগনি ঈমাইদুনা নেমথপ্রবদা। অদুনবু য়ুম মথোল কয়া তুংগী মীবোলগীদমক শানবিবনি মৈ ঈক্লবা চেক্লা। খূৎ চঙদে চেক ঈকপা। মফম মতম নাইদে। তৌবতবু মৈ ঈকফম হায়বা অমদি পুমতোং তোঙাল্লি পুম্নমক্তে। তোঙাল্লুদ্রগদি মৈফমদুদে পুখোবক্লিবা চেক্তু চেকপুদি মানবা শেল্লাংগী মচীঙাক ওইবক্তুনা য়ুহা হাবম হাফাৎত্রিঙেদা মবোমদোম কীন্থজবা অমোং অকায় ওল্লক্তুনা মীবোলসিবু মশক থীহন্দুনা নুঙগী খুন্নাইবোল পৌবোল হাংদোকই।"

(মমায়দু তনিক তনিক্লা) "ইমা, নচা ঙসিদি মীৎ পাঙলে। ইমাবু ইমা ওইনা উবক্তবা ..."

"কান্নদে বাকোই শুকদুনা। তৌবগীদি, হোই চুম্মী, নঙসে অঙাং ওইবিবনি ঐগী ঈকম থুপ্লা লৈবিবনিনা। অহল অঙাং চহীনা খায়দে। করিগুম্বদা খুদিদুনা দোক লাউনা হেক থীজীল্লো ঐসিনা হেক লৈখিদবা থোক্লদি নঙবু অঙাংগুম লৈবা য়াখিগদ্রা? খুদি থীদ্রবা ফাওবদা মতমদো নমাঙদা তাদুনা লৈবিবসিদি নঙ কবিগী উদে। কবিগীসু খঙনীংলুদে। মমায় লৈথোক্লদ্রসু লুখম মীৎ পাঙদ্রবা মী মমি উববোই। মাঙদা তাবিবা পুন্সি লীশাং মীৎয়েং শান্না মকোন কোনশিনঙমদ্রবা মী পুন্সিদা মায় পাক্লবোই। মায় পাক্তবা পুন্সিবু পুন্সিদা পুন্সিবা? লন্নোং ফাংলবা পুন্সি খোঙচৎকী মায়কৈ শিনবা থুংনা শোক্লবি লানফমদা মায়কৈ অমদা মায়থীববসু পুন্সিবু মায়থীবে লৌবদি লানগনি। মায়পাকপা মায়থীবা অনীগী খলদা হেন্না লুম্বা মায়কৈদুনা অচুম্বৈ অশেংবা মশক্লি। হৌজিক্তি হৌখ্রবা মায়থীবা কয়াবু থম্মোয়নুংদা চেংনা কোনশিনজদুনা অশোনবা উৎলগা পুন্সিগী খোঙথাং খোঙথাং খুদিংদা অনৌবা মায়থীবগী অনৌবা চেবাও তৌ তৌদুনা পঙ্খুং তন্নিবা লম্বেলসিদা খুবৌ খক থাংহল্লোইদবনি। ইশুনা মবোক্কীসু মমাগীসু পুন্সি পামেলনি। মাগী উকমদুদা ঐখোয়না হুকচিক লাংলুদনা মফম কৈদনো থম্মোয়গী পোৎথাফম। নঙ কবিগী খঙদে? ঐসু নঙগুম্বীনি, "উতাংবী"। অদুসু, উপাল য়াওদবা উতাংবীনি উতাংবী।

লৈপাকলৈগী, "উতাংবী" হায়বা বাহৈদুনা হঞ্জিন হঞ্জিন থম্মোয়দা তাশোন্না থিল্লক্লদুনা শকহেনবী খাঙফম খঙদবা থম্মোয়দগী চৈনাদুগী চৈথেংনা,"ইমা" হায়না শেমজীন শাজীনবা য়াওদ্রবা নুংহিক্লববা খোঞ্জেলদুবু থোইনা তাকবা তৌদনা লেপ্পা লৈতে লৈপাকলৈ, "কনা উদ্রবা লীভুনসু হিংদ্রবা চিরবা তানফমসিদদি মালংবনা শল্লাং চিংলকপা তাইবং লীচৎনি। মালেম লৈদা

লৈতানা খুউ খুদক কুন্দুনা য়ানা চীক্তুনা য়াম্নবা তাবনি নংত্রগবু করি ওইনি পুন্সি পালেমবু মরূ ফৃক্তোকপা নত্তনা। মদুতবু উংলুনবা তাইবং মপুনা নঙ ঐ তাইবং খাংজাউদা ঙৌবিবনি। করিগীসু মায় ওন্দুনা চেল্লুগনি। নঙবু খাংজাউ লান্না চোংবদুবু ওল্লগদ্রা? মসিদি খাঙবা তাবনি। মসিবুনি লাইবক লাইবক হায়নবদো। খাংবা তাই। থৌনা ফবা চঙই। মসিবুনি পুন্সি। পুন্সিসিগীনা ইথৌনি। ইথৌদি পাঙগদবনি। ইথৌ পাঙবদা মায় লৈরবা অহীংবা নংত্রে। ইথৌবু পাঙবদা 'ঐ' হায়বসিনা মরুনি। মাসু চঙই। অদুনা ঙসিদৈ ইমুংসি ইমুং অমা ওইহন্নিংই।"

"ইমুং অমা হায়ববু ইমা" হায়না থৌনা লৈনা মতীং ফুদোবকপদুদা শকহেনবীনা, শকহেনবীবু মুন্না য়েংলকই লৈপাকলৈ। থোংনা মেঙনা পায়থবকই লৈপাকলৈ, "নত্তে, ইমুং অমগীবু চাকখুম অনী লৈব্রা? লৈমিন্নবদি হায়নবা তাবনি। ঙাঙনবদি ঙাঙনগুমসি। ঙাঙনবা তাননবা না পাল্লিবা মী মখোঙ মবি পানবা মীনি। নঙদৌনা ঐসু মৌ ওইবক্লিনি। নোংমদি নঙসু মনেম ওইবকখিনি। নত্তেনে, ইশু য়াইখোম্বনা অঙাংগুম ওইনজবিবসি নঙবু পকখিদ্রা? মদো হৌখ্রবনি। অদুগীসু মথক্তা মাদি নঙগী হেক নবুকথোক্কী নচানিদনা। মমানা মপানা য়াদবা মচাদি মচা নত্তে লংথোক্লুবা য়াবোই। মচানা য়াদবা মমা মপাবু মমা মপায়া? ইশুনা 'ইমা' হায়বা বাহেংসে শেমজিন শাজিনদনা পূক্লীং বাখল থম্মোয় ফৃক্লা কৌহল্লু। নঙগী থম্মোয়দুনা মরোল থোক্লক্তব্রা য়েংউনে। মদু নঙগী অহানবা নথৌনি। মদু ঙমদ্রবা মী ওইদ্রে। মী ওইদ্রগা য়ুমসিগী মৌ করম্না ওইগনি। মদু নশানা মৎচবনি। কনাদসু তাইশিল্লুনু। হৈনৌজোম্না মশোং নাইরক্লিবসে য়াম্না খম্থনিংঙাইনি। হৈনিনা শোইদোকত্রগা খবদসু মকান্নে। কান্নদে চাকখুমসে ঙাসিদৈ পুনশিল্লবনিকো। ইশুনা য়াবগা লোইরে। ঐদি অঙাং ওল্লবনিনে। ইশু ইবেন শান্নবিবসিদি। ঐখোয় অহমখক লৈবসিদা খাইবুং খাইবুংনবগা কবিদি ওইনি লৈবাকসে। অদুগা অমনা ঙসিদৈ পোংয়োনশঙসিদা লেক চাদুনা ঐবুসু য়োনবা য়াদ্রে। চাবনা চাখুমদা তূম্বনা ফমুংদা। অদুসু নচাগা। বা য়াম্লগুমসিকো। নমৌনা নঙোন্দা তৌহন্নিংবদু খরদি নঙ ঐগীদমক তৌফম থোক্ত্রা?"

(তফিং তফিংনা) "হৈমা! তাঙ্গীনিনেহে। ফরেদা তাঙ্গী লাকপা। পোংশিংসে ইহাঙ হাঙলে। তাঙ্গী কেন্দল য়াওবীবকপা নংত্রা? পূশিনবীবকউ।"

(মমীংনা খানা য়েংলগা) "হৈ! ঐবু বা য়াম্না ঙাঙহনগনুকো। ইশুদো হল্লকপগা চঙমিন্নবকউ। (চংনা চংনা লৈপাকলৈ শোম্থাংননা) হমা! মশকশিংসিগা ..."

## ৪৪

**য়াচঙবদা** শকহেনবী কাংশি খোঞ্জেল মনা থাঙ্গত্তুনা তায় মীনিল মবক্তুদা। মীৎকৃপ অমতংগী খূর থম্মোয় কাখূদা শেম্বীবা মপু মাবু শোল্লিবা পূক্লীংনা লাকশিনজদুনা লাৎচৈ। অদুবু থংনবা মীৎকৃপ্তা, "ইতৈমা মিংজনচে (ফোর্ম) লৈবীবিত্রা" ৱাহৈদুনা লাইনিং পুন্নমক থুগাইরে। অদুবু থোইনা মলোম থন্নুদ্রে পূক্লীংদা। ৱাদি হায়দনা শকহেনবীনা মিংজনচে অমা লৌথোক্তুনা পী। "ইতৈমা, ঐখোয়গী কোল্লুপ অমা শেমজগে মঙা পীবিবকউ কোন্নদ্রগা কোন্না লাকচগে" হায়রকপদৈ মিংজনচে মঙাগা লুপা লীশিং অনী চামঙাগা খূৎকা খূৎকা খূৎশিন্নে। মীৎচিনা চামঙা চৎপী মঙাদু শেংত্রা শেংদত্রা (জালি নোৎলা) হায়ফেৎ য়েংলগা  পৈশা হাপফমদা (পাকসিদা) হাপচীন্দুনা মমায়দু অমদা লৈথোক্কে হোৎনবিঙৈদা ইতৈমা "মিংজনচেসিবু কবম্না মেনগদগে" হায়বকপদুদা পীশুম খবা শুক্লপ তৌনা ঙাঙনীংদা ঙাঙনীংদা, "ইবুংঙো অখঙবখৈ মেনশিল্লকউ খঙদ্রগা হয়েং থাজিল্লকপদা ইতৈমা মেনবীগে" খুন্নকই।

ঙসাইমখৈ থোঙজীন্দা মূনা মূনা লেপ্নবিবা ময়াম মবক্তুদা নংহৌববোই মতাগুম হাথু হাথু কাদুদা চিং লীৎশিল্লকপদুদা দোঙ ৱাইশিন্নে মমায়গা মমায়গা, "ইবেম্মা লুপা লাক্ষ মঙাগী মকপকী মিংজনচে ফংই হায়বদু হায়বম হায়ফাৎত্রিঙৈদা শকহেনবীনা মিংজনচে কয়ানো হংলকপদুদা লুপা লাক্ষ মঙাগী খাউজাউদা দোঙ লাউনা খূদি থিজীনবমুক হবাওজৈ হনুবদো মপূক্লীংদা। "অমত্তনি ইবেম্মা, হয়েং নৎত্রা থাজীনবৈ অবোইবা নুমিৎসে?" "সে সিদা লোইনা য়াওববনি" হায়রন্নগা লুপা চামঙাদু মখূৎনা হেক পায়খিবদৈ, "ইবেম্মা ইবেম্মা" হায়বা অহন্দুগী ৱাহৈদু তাবীদনা শকহেনবী মমায়দু অমদা লৈশিনখিবদগী অহন্দু অদুম তপ্না তপ্না থোরক্কে।

শকহেনবী মমশুক মমশুকপদা মমায় মমীৎ খঙদ্রিঙৈ চৈবক অসিদা মঙ্গী মাগী স্কুটরদু তোংদুনা মীয়াম মবক খায়দুনা চঙলকখিবা উহৌদে অদুবু ময়াম্না মঙ্গী লাক্কে লাক্কে হায়নরকপদৈ নাশোম্নমা তাবক্তুনা য়েংথোক্লুবদা মমাঙমক্তদা লেপ্তুনা লৈবম্বদা স্বর শাংনা অমুক্তং হোন্দোক্লগা থম্মোয় মকা

লামজনা "হৈমা" হায়দোকখিবা খঙহৌদে শকহেনবী নোকফেৎ তৌনা। মঙ্গীনা তিল্লমলিবা ময়ামদা মথৃত্তু থাংগৎলগা "ময়াম্না হোয়েলগী নুমিদাং পাউদা হুয়েংগী পাউ-চেদা থেংনবীবনি – পাউনা কৈথেলগী কংলৈ ঈয়োং শঙগা হেক মায়োক্লবা অহানবা মথোলগী ৮ অমসুং ৯ শুবা কা অনীসিদা লৈবিবা ঐখোয়গী ইম্ফাল বেঙ্ক অসিদা লাক্ষ মঙাগী অহুমশুবা শেনহুন মকপ পুংফম কায়দনা শান্নজবনি। হুয়েংদৈদি বেঙ্কা মবি লৈনবা থবক থৌবম পুম্না পোৎয়োনশঙসিদা তৌববোই। হায়বিবা বেঙ্ক অসিদা লোইনা তৌবনি। ময়ামগী খুদোংচানবা পৈশা থিজিনফমসু হাংদোকচবে। হান্নগুম এস বি আই নৎত্রগা যু বি আই নৎত্রগা আই বি অপাম্বা অমদা খনবীবা য়াবে" হায়বকপদে ময়ামগী থম্মোয়দা অনৌবা ঈনোৎ অমা কাবকই। থোইনা হেন্নদুম ময়ামগী মমীৎ থকহনবা অমনা ২.৫০% দা হুনবা কোন্নবা শেনফম ফাজিনহৌবগা ঙসাই অযূক্তা শান্নখিবা মকপকী (দ্রোগী) শেনফমশিং ঈফোং হেক ফোংনা হান্না ঙাইদুনা লৈবম্বশিংদা চেক মনা ওইনা শৎ শৎ মীৎকুপ্পুদা লোইনা খুৎশিন্নবা অদুনি মঙ্গীনা। "সাবস!" হায়দুনা হৌনা লাউবগা ফন চোংখৎপদা পায়বম্বা মকপকী মিংজনচেদু লৈবাক্তা তাখিবা খঙহৌদে মীয়াই চল্লবা মীওই অমা; মঙ্গীগী "হুয়েংগী লাক্ষ মঙাগী শান্নজগদবা মকপু কবিগুম্বা খুদোংচাদবা খবদগী মীয়ামগী পেন্ননবা হোৎনবদা লাক্ষ তরাগী ওইনা শান্নজবগনি শেনহুল হেনগতনা" হায়বা বাহৈদুদা। মিংজনচে অমত্তগা অমত্তগা হায়দুনা লেপ্পবম্বশিং মিংজনচে ফংনদবা য়াও হবাও হবাও হন্নখিবদু মোমোন তৌনা মঙ্গীনা য়েংবদুবু শেন্না য়েংজে শকহেনবী।

চিল্লবা চিববা চৈবকসিদসু চৈরা চৈবদুনা চৎখি চনম চাউতোনগী চন্দ্রমুখী। শকহেনবী থোইনসু খল্লুদ্রে চাউতোন্দু। অদুনবু চন্দ্রমুখীগী পোত্তু লৈনা লৈনা তাঙ্গাদুদা তাশিন্নদবা শানা লৈথোক্তুনা পীখিদবনি। মৈ মম্বা তাবনা অমম্বনা অঙানববু নাথৈদুনা তাইবংদগী লাপ্পা থাপ্পা তাম্না লোৎপ্রবদা অমম্ববু কিজবা অঙানবদদি লাউ খোংদুনা চেন চোংলগা লৈরক কোনশাং মফম শীনবা থুংনা শান্নজরম্বা পুম্নমক মমাগী মথাদা কিকপ কিরুপ ফিকক খুমদুনা চিংথৈ ফিদুপ হাংদোবকপা ঙাইনা লৈগ্রে; অমম্বগী মনাই তম্নলাইশিংগী মচা মশু নত্তনা অদুগুম্নবা পোৎয়োনশঙদুগী পীক্লবা ইনভরটবগী ঙাল্লবা মঙালদুনা শন্দোকম্রিবা মফমশিংদা অমম্বদা। অদুবু মখোয়সু লংজা কাক্লা মবুক লাল্লগা মমীৎ লাওথোক্তুনা মনম নম নমদুনা কোয়পাই কোয়পাই পাইবা হৌরকপগুম মায়কৈ শলাই খঙলকত্রবদা নোংজু নুংশানা শায়দৎপা ঙমদ্রবা উচুংগুম লেপ্তুনা লৈহৌই শকহেনবী মঙ্গী পোৎয়োনশঙদুদা।

ফনা থেঙজিন্নরক ফাওবা মঙ্গী পোৎয়োনশঙগী থোঙগী মপান্দা লেপ মিংজনচে ময়ামদু মথং মথং খাউদা হাপচীল্লি। পোৎয়োনশঙ মনুংদনা শকহেনবী কবি কবিনো ঙৌবগী তাউবগী মখোলগা মনমগনা য়েন্নখা পৌদাবী শাইঙ্গীন পোল্লীবশিংবু লক্লবি কান্নববোইয়ে হল্লো হল্লো হায়বগুম্নদুনা। ঙসাই মখে শেম শারিবা ময়ামদু শকহেনবীনা মবি মবি পুথোবকপদুদি তাঞ্জাদুদা মীবক নাবক অমুক্তং য়েংলন্নগা মথং মথং লৌখৎপা হৌবকই মঙ্গীনা, লৈ চীকথংখিবে শুগৎ শুগত্তুনা। শকহেনবীদি মতৌদুদা খোঞ্জেল থোক্লদুম নোকথোক্লবি।

মবুক থল্লকপৈ তাঞ্জা থোক্লবনবা কবিনো শায়বিবা মতৃমদু খংফা ফায় নাশোন্ননা তাখিবা শকহেনবীগী ব্রাহৈদুদা "কবি হায়বা" খঙনিংনা অমুক্তা হংলকপদু ইথৌহেক থৌশাদনা দোঙ লাউনা অমুক ময়েক শেংনা খোল ব্রাউবপ কল্লপ্না হায়বকই, "ইনেমবোক্লা অঙাংসে মপাদা শিন্নথোকত্রিমখে য়ুমসিদা লৈবীরনু শিনি তাবিবেকো।" "ঙাইখো শকহেনবী মপাদুদি ইমানা চিংনবকদি লৈদি লৈবমগনি, কনাবু মাগী মপুক্লীংদা চিংনবগে" হায়না মঙ্গীনা হায়কববু তাপ লাক্লকই শকহেনবীনা, "হো চুম্নবু হায়দে হায়দে, মঙ্গীগীদা চৎপীব্রো – লৈবীবনু, সিনি।" "শকহেনবী নঙগীদু কা'মা হেনমন্না ঐঙোন্দা হায়জিনবা মাল্লি" হায়না মঙ্গীনা হেক ফাথহৌদনা পনথোক্লবদুমক্তদা শকহেনবীনা ব্রাদি ঙাঙদনা ফুক লাউনা শহুম চাউনা হৌগৎখিবদুদা তু খ্যাও চুংই মঙ্গী। মঙোন্দা শকহেনবীনা থোঙ শবাক ফাক্তোক্লল্লগা গম গম চৎত্রিবদু হৌদোংনা তম্নবীববা উচিগুম তুম্বক তাশিন্দুনা মকমদা থুম্লগা থিংলুনবগী পাঙ্গল লৈতনা কিকপ কিকপ য়েংদুনা তঙক তঙক লৈহৌই।

থীন্দনা মথৃত্তা মোবাইল লংত্রিক লংবা খুবাকমুক পাকপা অমা পায়বগা গম গম মঙ্গী তম্না চঙলকপদুদদি মখৃত্তা থাঙশাং অমা পায়বগা ভৈববীনা মবৈ তম তমদুনা চঙশিল্লকপা ওইনা উকবে। মঙ্গীগী মনাক্তা কোক লাউনা থল্লগা ব্রাদি অমত্তা হেক ঙাঙদবমখে মোবাইলদু খোঞ্জেল কল্লপ থাবকই, "ইমুংসে ইমুং ওইরিব্রা? মখোঙ পান্দুনা কোয়চেন চেল্লেনে। মশা পান্দুনা কোয়পাইবু পাইবেনে। শাদানবা ওল্লক্তিঙৈদা ব্রাখলবু তৌহৌ। লৈকায়সিদা ইমায়সে থাঙ্গত্তুনা চৎপবু ঙমদ্রে। নঙদা শিজপ্রো। মালেম লুম্নবনি। মনা-মনিল নাইদ্রিঙৈসিদা নঙবু কোক... নত্তে, ঐনা কংকদৌবিবা কুমওন থৌরমদুবু (ফিবোইদুবু) ইচাদুনা

লৌখিগদ্রা – হা? নঙনা শিয়ু ইয়ামক য়াদ্রগদি লৈপাকলৈ ইতীক খঙহনগনি। কৈদৌনি মী মবক্তা মী ওইনা হিংবা ঙমদ্রবা ইকায় খিবক্ক ফিরাং খুম্না অরা হুইদোমগী মীরা মৈশা মৈখুগী শারংনা লাঙ্গোই চন্দুনা শাবংনুংদা পুন্সি লোম্বা ঙাইদৌ শকককপুদি নঙলা মাবা অমা শীংজঙনা মতুপ তবেৎ থোক্লা খায়দৎলগা ফুমজিন্দুনা লুপথ্রগদবা খুন্নাইসিবু মীৎকুপ খবদং ওইববসু তাইবংসিদা তাউহন্লুবে নুংঙাইবা মীনোক্তু নোক্লা নোক্লা কৈশুমশঙদুগী চেকপলনুংদা উনিংদবা মীশিংসিদগী নাথৈদুনা ঈংনা চীক্লা অশিববু ঙাইব্বগে। য়ুমসিদা মঙ্গীদু চঙহন্লক্কনু হায়বিসিনিকো। মানা হানব্রা নঙনা হানব্রা ...”

মঙ্গীনা মোবাইলদু মুথৎপদা শকহেনবীনা মখুত্তু তাপ ফায়। অমুক মখা থাননবা হোৎনৈ। মঙ্গীনা ঙমদুনা ঙাইহাক্তি পূমচীক চীকই। অচীকপদু থুগাইদুনা শকহেনবী হীক্লা হীক্লা নৌথবকই। মঙ্গী স্বব ফুনগৎলকই। থম্মোয়নুংগী মহী মপান্দা চেপ্লোবকই মীৎলু ফাওনা। শোক্লাংননা শকহেনবীবু থেমজীনজে,“ঐ ঙসিদি মীৎ পাঙলে। লোইনসু খঙলে। খঙদবা হায়বদু লৈত্রে। অমকপসু য়াওদ্রে। অসি য়ৌনা ঙহানখৈদি খঙলুদবনি। খল্লুদবনি। মখা তানা খঙনীংলুবগী ঈখৌ লাংবদু পোক্তে পূক্লীংসিদা। ঙসিদি ঐগী নুংশিবা তশেংনা ঈমায় চোল্লে। ঙহানমখৈ তাৎ তৌদুনা মীনম্বগী ফিজং মকমদা কাচিন কোয়াদা মফম্না মতম্না তানজানা চিং চিংদুনা হেক হেক লোৎনা থুপ্না থৈবম্বদু মীৎকুপসিদৈদি উন্না নুংশাদা মদোম তুম্বগুম তশেংনা নুংশি ঈচেল ঈচেল নাইবক্লে। ফবে, মীৎকুপসিদৈ নঙবু অমুক রাহনবা ঐ পামদ্রে। হায়বো কবিনো নঙগী অপাম্বা? হায়রো হায়বো” হায়না হঞ্জিন হঞ্জিন হংজিল্লকপদুদদি হায়ফম তৌফম খঙদনা ফক্লাংগী অয়েকপা লাইগুম মঙ্গীবু চাগদৌখৈ য়েংদুনা লৈ শকহেনবী। মঙ্গীগী “হয়েংগী মকপসিদা লৌইখিসনু নঙবু ঐনা কম্বীদা ঙৌহল্লবোই” হায়বা চৎলমদাইগী রাহৈদুদা পূক্লীংনা পেল্লুববনবা কবিনো শকহেনবী থম্মোয়গী নিংঙাই লেপখ্রে। মঙ্গীবু পুন্সি চুপ্পে অমুক উন্নববোইদবা খোঙচৎ অমদা চৎখিবগুম মানা চৎখিবা মায়কৈদু তম্না তাননা তান্নদুনা চিংনা য়েংজহৌই, মীৎয়েংদুগী পনখৈ লানখিদ্রি ফাওবা শকহেনবী ...

## ৪৫

**চহী** অমগী মনুংদা অমুক্তং অহানবদা ইপা ইপু সনা হাক্তক্তে লীশাং শীৎনা পাথাং পুথাং কায়দনা লাকপা কুম তম্বদু চহীসিদদি লাক্লে লাক্লে ৱা ৱা কবি থোক্লগবা মীপুম তিংনা মীপাই থবাইনবম্বদু কোকহল্লগে খল অৱাং কৌৱু অশুপ্পনা ঐ মণ্ডায়বে মতাগুম লাউ খোংদুনা নোংদি ইচু চুহন্দনা শৈশ্রাগী তৃঙ্গোলদে হৈথবকপা লীনয়ামগুম মচী লোঙবা লেনয়াম্না মীৎকৃপ্তা ওলহনখিবদা মালেম হনুবি থবাক য়েদুনা খাওনৈ তাইবং থৱায়শিং, কুমগী নোংজুগী অহৌবা শৈহৌদা। শমজেৎ হাত্তোকই লফু লতং। শিংজু শুদোকই কোবী কোন্নাই। কোক্লেন কায় ক্বাক কোকীল। থা থৱানসু ইমুংদা ফোঙ। দোঙ খৃত্তুম্না লাইবক্তুদা চৈথাবা।

অয়ুক চুপ্প’মা লাউ খোংদুনা শুংকৎলগা নুংথিল চুপ্পা অমনা লেনয়াম হৈথবকবদে চোকথববা কুমগী নোং মালংবনা থেমদুনা হুমদুনা অতিয়া মকোয় লান্নবু পুখ্রবদা ঙসাইমখৈ লোৎলুববা কোবৌহনবা মাসু চীংয়া তল্লমদাই উহৌববোই মতাগুম অমুক্তং খূনিং কাঙদুনা মঙক তিংখৎলগা চিংনা য়েংলকই; তুনা তাইবং থৱায়শিং কোবি মচুনা শীন থুংনা চাইথবীববদা তক তকবা থৱায় লৈবাংশিং পোম্না লৈশাৎ তম হানৌগী জগোয় খৃৎথেক তল্লকই। লোত্তুনা লৈবম্বা লৈচীল মফোল মফোলশিংনা অতিয়া তল্লকপদা ফিজী ফিনানা কৃপুনা হিংহৌববা পোম্বী চেক্লা কয়ানা মপু ম্যাগী মিংখৈ শক শোল্লকপা ঈশৈগী সুবগী ঈপোল্লক্তা। লৈপাকলৈদসু অদু মণ্ডায় হংবদি লেপ্তে মদোম, “মঙলা তাইবংলা?”

অদুবু য়াইখোম্বদি কল্লবা মতমগী থিংঙমদ্রবা ঈথক ঈপোল্লক্তা মালংবগী শাফুনা হুম হুমদুনা পুগদবগী থেম নৌদুনা হোৎনবকপদা পীক্লবা খৃৎশা অনীনা নৌবেলগী জগোয় শাদুনা হিমাই চুন্নি পুক্লীংনা পুববোমদা মৈ ঈক্ল ঈক্লদুনা মংফম থক্কী পোৎলোইবৈ মৈফমদা ঙুং ঙুং ঙংদুনা মবৈ তম তমদুনা নিংঙাই চাউনা বায়খৎলক্লিবা মৈরীলক্তা নীংঙাইদা খু লৈতানা খোঙ্গায় তানা ফম লাইনিং পবৈ চেৎলি থম্মোয়না নীংঙমদবৈ অৱাবা পূম্বা চাকথেকহল্লগা। নূঙ ঈশিং চঙখিদ্রে।

থম্মোয়গী অশেংবা নুংশিবনা লমজীংদুনা লোংনা থূগ্না অৱাবদুতবু শকক য়াকবগে মতাগুম চগুলকখিবা লৈকায়গী মরুপ মপীজা মরি মতাশিংনা থেম নৌদুনা ফমুংদৈ কুমথহল্লুবসু গুমদ্রবদা য়াইখোম্বা অদুগুম্বা চফূতবু কায়ববদি পুঙ্গিগী নীংবা থুংবদুম শকচবা ক্কাক কয়াগী হূ চেল্লবা খোঞ্জেলদুনবু করম্না থম্মোয় থূমহৎনা নুংঙোনহনবা গুন্নুগবা। অদুবু মীৎকুপ পূংজা খুদিং তম্বা গুমদনা নিংঙাই তৌ তৌদুনা মমৈ থেক্কৎলগা চেল্লিবা তাইবংগী পুঙ্গি নগুগী খোঞ্জেল থোক্লা চৎলিবা পুংশিংগীসু অপীকপা (সেকেন্দ কতাগী) খোঞ্জেলগী লাইবক কনানসু গুক্তে হায়কপনি। ফূক হৌগৎলকই ফমুংদৈ। মনাক্তা গুসাইমখৈ ফল্লিবা তোমনাওবু মখূদাংদা তাপ পায়দুনা চাকখুম তম্না পুশিল্লি। বাখল থোক্লবা তোমনাও মমায় লৈফমদুনা (ষ্টাবিংনা) কোইবৈ লৈবা মমাগু চক্কাগুম ষ্টিলগী পুখম তেঙ্গোং পায়বকই। কেবোসিন লীক্লিসু মখূৎ নাম্মনা পায়বকই। য়াইখোম্বনা মমাগী তূমফম কাদা চগুখিবদু প্রপ প্রপ্পু ইন্নজৈ। য়াইখোম্বা মমানা শেৎলম ইল্লম্বা ফিরোল ফনেক ফনাই ময়ামদু শুপ্লাই পায়বগা মবেংবান নাক য়েৎ অনীদা শ্রো শ্রো য়াঙ্কবগা পূখম তেংকোংকী ঝালনা হৌনা য়ৈ য়ৈবগা –"হো ইমা নচাবু কনাদা শিন্নবীবম্বগে? লাইবৈবাক্তে অমুক্তদি য়েংথবিবকউ নচাবু" হায়দুনা লাউ খোংদুনা ইমুংদৈ কোম্থোং তম্না থোবকপদুদা শ্বাই লাউনা তু খ্যাও চুংলবা তিল্লিবা লৈকায়গী অহন লমন মমা মন্দোল লৈপাকলৈ ফাওবা লীল্লাগী কুম্মৈ য়েংবা মীগুম য়াইখোম্ববু থেম্বীনবা থিংবীনবগী হক পূম্বা মৎপীখ্রবগুম লৈতুম তাবগুম তুমিন তুমিন লৈনৈ চগৌ য়েংদুনা মথম্মোয়দদি খল কবি মতৌনোনে তৌবিসিবু।

য়াইখোম্বগা তোমনাওগা কোম্থোং হেক লাম্থোকখিবগা অমনবা ফিমনশিংদুগী চীংদুমদু কেবোসিন হৈজীন্দুনা মনীং তৌববা মৈবীনা ব্রায়বদু নোকফেৎ তৌনা য়েংলিবা য়াইখোম্বগী মতৌদু গুসাইমখৈ মমীৎ কুপ্তবমখৈ থম্মোয় শোক্লা য়েংলম্বা মচীল য়াওবা অহল অচৌনা খোঞ্জেল থোক্লা মখৌ পোগুলগা, "তস! কমদৌই। মদুনা মতীক চপ চাবনি!" হায়বা বাগুাগুদুনা পুম্নমকপু মীৎকপ খংথোক থোকহল্লি মগুলাম্দুদৈ।

মী চিল্লবা লম্বেলদুদা অচং অগুক কনাবুসু উকন্দবা য়াইখোম্বা পাগুথোক্কে খনবা মখৌ মগুম মমাগী পাগুথোকপীবম্বগী পেল্লবা পুক্লীংনা লমজীংদুনা হন্না মক্তা য়েংলমদা ইমুং তম্না তোমনাওগা চগুমিন্নবকপা মীৎকুপ্তমক্তদা মবোক চাউবীসু

মচানুপীদুবু মচা কৌবদি ওইরুবনিনা হেক লংথোকসি কদায় চাসি মক্ত হুন্দোকসি মতোঙ ওইদুনা ঙবাং চেনখি হায়দুদি খঙদি খঙনীং মী কৌবনিনা মমায়দু পুদুনা ইমুংদা হেক খোঙদি কানশিল্লুগনি কবম। ফুন্সংননা ফুক হৌগংলগা থাংলকপা খোঙথাং চপ লেপ্লমবদগী মহাকসু তাপ্পাদু লীত্তুনা চংহননীংখিদবদগী য়াইখোম্বগী মতুং প্রপ প্রপ ইন্নবকই। তোমনাওনা কৌবক্লিবোই খন্দুনা মবোক্লা তান্না তান্না কৌবদু থোইনা নাচুংলুদনা লাকপনা শুমাং মচী য়ৌবকপদুদদি মবোক্লি হায়বদু খঙলদুনা চপ হেক লেপ্পী য়াইখোম্বা। খানা য়েং মবোক্তা অশাওবা পুম্বা হৈথবকই, "ইবোক নংত্রো পাবুংনা হেক হেক তত্তনা য়ুমসিদা তোয়না তোয়না লাকপীগনু লাকপীগনু হায়খিবদো। মতম খবতা ওইববসু লাকপীগনু হায়খিবদুবু শুক্তা তাদ্রিবসিবু ইবোকপু না হুত্তবা মীবা? অদু ওইবদি..."

য়াইখোম্বনা কবিগুম্বা অমা কোয়থি থিগুম তৌবকপদুদা অহল অমনা পাখংনা য়াইখোম্ববু মখূদাংদা তাপ ফাদুনা তপ্না হায়বকই,"হৈ হৈ হায়হৈদেনে ইবুংঙো। ফবসু ফংত্রসু নমাবু পোক্লিবা নবোক্লিনে নবোক।" চাউবীনা শমথবকই পেবপ্না, "নমাদো ইচানি। ইচাগী মনাক্তা মমানা লাকপবু কবিগীনো নখোয়না পামদ্রিসিবো? ফবসু ফংত্রসু নঙসে ঐগীদি ইশুনিনে ইশু।" য়াইখোম্বা থৌনা ফনা মবোক্কা ওনশিন্নবকই, "ইবোক্কীসিদি কা হেনমল্লবা। হীগোক থোকএ ইমুংসে। পাবুংগা ইমাগা খংননবা ইবোক্লা মৈ চূখিবনি। নুমিৎ খূদিংগী হূবান হূবান্দুনা লাকপদা ইবোক্লা পুবকখিবা বীসকুইত্তুনা য়েংউসে য়াসে তীন লোইনা চাবে। পাবুংনা য়াখিদবদৈ ইবোক্লা পুবকপা অথুম অহাওদুবু নশুনা য়াতোন তংখিদ্রে খঙলবা নংত্রা? কবিগীনো অহল অদুক ওইবগা অঙাং মচাদৌনা তৌবিদুবু? ইবোকনিকাইনা হায়নীংদে।"

লৈপাকলৈ মশুবু খামগে খন্না খন্না মাগী মচেক্লা য়ানবা য়াঙাংদু থংপা ঙমদনা ইমুংগী থোঙজীন মকমদা ঙাইহাক লকক তৌবিঙৈদা চাউবীনা ওকশিল্লকই, "হো ফরে ফবে। ঐ ঙসিদগী য়ুমসিদা অমুক খোঙগুল তাপ্রবোই।" চগৌ য়েংলম্বী হনুবী অমনা হায়দা য়াদবৈ মতৌদা থম্মোয়গী অথূপ্পবু ফোঙদোবকই, "করিনোদা ইবেম্মা, অঙাংগা চীন্দা পাউদানবিসিবু। নঙনা হেন্নদুম ঙকখ্রেনে। হায় লৈপাকলৈ নঙবু ইমুংদা কবি তৌরিগেনে? মাপন্দা থোরকউ। চাউবী লাকইনেহে ফিদা অমত্তা পুথোরকউনে।" মমায় ঙাংলপ তৌনা খুরম্বা মমীত্তু লাউথোরকই; হনুবীদুদা ওনশিল্লকই, "ফিদাকা য়ারে ইচে। মদুগী তৌঙম্বীদুনা চেনখিদুবু কনাদনো কদায়দনো? ঐবু হায়ফম তৌফমকা অমত্তা

খওদ্রেনে। মপোক থীববা হায়বদুনি ঐসে। ওহানমুক্কী মপোক্তা কবি ঈরাল লওশিল্লদুনা অসিগুন্বা কুম্মেসি উবিবনো খওদ্রে ইচে।" হনুবীদুনা খূদোম্বী থিল্লকই, "তূ – তূ – মসিগী মৌবী ব্রানা খাবিবা কোম্থোংসিদনি। মঙ্গী হায়ব্রা কবিনো মাগা মরুপ শান্নমিন্নবদুদনি।"

চাউবী ব্রা লানকা অমত্তা ওাঙদমখে থোঙ্গাল তমখি প্রপ প্রপ। তিল্লন্বা ময়ামসু মমসুক মমসুরূকপদুদা তাকখ্রে। মশু মবেনতা চাউববা য়ূমজাওদুদা খুনু খোংহৌবে। নোংমা নোংমগী খোংলকপা খুনুসু থাবুম ল্যানখৎলকপদদি খোম্থাংতনা পূমনিল নীল্লকই। হোংলকলিবা পুন্সিগী অওনবা মবক্তা অনৌবা ব্রাখল মওলান্না অপুম অশা তকথোক নাম্থোক্তুনা পুন্সিগী মশেক মওাল তম্না হিমাই চুম্বা হৌবক্লে মশু মবেন। থা অমগী মতুংসিদদি তৌশিন্নবা তাৎ য়াওদনা থম্মোয় মকা লামজবকপদু চীনবান থোক্লা মায়থোং মকা লাম্না মোমোন মীনোক তমজবা হৌবল্লবা অওনবা অমূক্কী অশেংবা নুংশীংনা তাইবং থব্রায় পানবা পূম্বগী মমায় মমীৎ তাথোকপীবা মীৎকৃপ্পুমক্তদনি মশু মবেনবু মৈ ঈকলবা কম্বী মথক্তা থাঙ্গৎকে থৌবাংলিবা শকহেনবী মমা মচানা টাটা অমদা নহাবোল তেঙ্গোল অমা পুবদুনা অউনপোৎকীদমক।

চীন্দা পাউদানে শকহেনবী য়াইখোম্বা; চীংখৈনা ইল্লম্বা মনজুনববা য়াইখোম্বনা মপামক্লি খন্না ফৈজুপ হাকথং থংজবা হাওফিদুগীদমক। শকহেনবীনা লৈশাবিঔদা খুদোল তমখিবা হাওফিনি হায়দুনা মচাগী মখূত্তে ফোয়দত্তুনা মুনখিবদা লৈপাকলৈ তওক তওক য়েংদুনা লৈবম্বদে মশুবু মখুদাং পায়দুনা ইমুংদা পুশিনখি। শকহেনবীনা মাগীনী হায়না তন্নকখিবশিংদু ইমুং চও চওদুনা খো খোৎপা টাটাদা হাপকৎপা লোইবক্লবদা মনীংগী য়েন্নখাদা ক্রোং ক্রোং উবোং শুমজীংনা অওক অথোম নুমিৎহেক খূদিংগী লোইশিনবীদবদে শান্নবিবা তেক্কনা অতৎপদুগা শিলভবগী মওক অতৎপা মনিং চওবদা (লেত্রিন্দা) ঈশিং পুথোক পুশিন তৌবদা শিজীন্নবা সনাবুলদুগা অনীদু য়াইখোম্বনা শুম্মাংদা লংথোক্তুনা থম্বদা কনানসু পুখৎপীদবদে থৌবা হৌবক্লবা টাটা মথক্তুদা তান্না তান্নদুনা লংখৎপদা মদুদা তোংলকপা নহা পাখও অমগী মখূদা পানবদা শুগত্তুনা খাওই।

লৈপাকলৈ মশুদা ইশুসিদি "য়েংউ ইমুংসে ফদি ফবা মহীক চেনবা য়াবা কবি উবা ফংলি" হায়বকপদুদা মশুনা মবোক্কী খুইববা মথৌরিদা চোংখত্তুনা কোল্লগা লৈমায়দা ঙেক লাউনা পুন্না ফমথমিন্নবগা ব্রা ব্রা নোকমিন্নদুনা চপ

মান্নবা খোঞ্জেলদা হৌনকবা হায়নকবা তৌদনা হায়মিন্নৈ – "পুন্নংহেক লংলে হে।" চীনবান্দদি মোমোন নোকখোক্লুনা মীৎকৃপ্পুদা ঙাঙথোকলিবা মশুগী ব্রাহৈশিংদো অপনবা লৈতবনা খৌজেংগী ব্রাহৈশিং নত্তে খল্লি অদুবু চবান্নববা নোংশাগী খানা য়েংবা মীৎয়েংদুগী মীৎলুদা ঈহৌবক্লিবা পিগী ঈফৃত্তুনা অমুক্কসু চমন্নহল্লি লৈপাকলৈ। তৌফম খঙদে। য়াইখোন্নবু চেজেৎ কোনশিন্নগা "ইশুসিদি বোবোক লৈবিসিদি। পোবোম অচৌবা অমদুম লৈকসিসে। হাউনদুম চাথোকসি।"

মশু মবেন কৈথেল কাবকই। নাগামপাল ঙায়োনফমদে পোবোম অচৌবা অমা লৈবকই। ফ্রুং ফ্রুং চোংলিবা খাউদু খূৎ ওইনা পায় খূৎ য়েৎনা মশুগী খূদাং চেৎনা পায় হব্বায় থবাক থিবা থোবকপদনি লংত্রিক লংবা অঙাংবা সনত্রো অমদগী মঙ্গী শকহেনবী কৃমথবকপদো দোঙ ব্রাইশিন্নৈ। লৈপাকলৈ খংপ্রেক খংই। খংহাই খংজিন্দা লানজেল্লকপগুম, "বীক্ষো! বীক্ষো!" বীক্ষোদা কাখৎলকই। বীক্ষো তোংনা তোংনা মশুনা মবোক্তা হংলকই,

"বোবোক বোবোক, লাই হায়বসিবু লৈব্রনে?"

"কৈদৌবগে ইশুবো? তানজাসিদা লাইবু মশক খঙনীং উনীংলক্লিবসিনা? মাদি উঙমদবনি। কবিগীদি লৈতনি। লৈ। কবিগীসু উঙন্নোই। নঙসু পান্নগা মাবু পুন্সি চৃপ্পা নীংজৌ। নোংমদি শোয়দনা ফংগনি।"

"ফংনীংলুবগী ব্রা নত্তেদা বোবোক। মাগী খৌদৌসিদা পেন্দবা য়ানিংদবা শাউনিংবৈ ব্রানি বোবোক।"

"কবিনোনে ইশুনা শাওনীংলিবো?"

"হব্রাই থবাক লৈবকত্রিদুবু বোবোকসু শাউনিংদে হায়দোইবো। অদুদি বোবোকসু চীন থীবেনে।"

"য়ুমদা খামেন অশিনবা লৈহৌবদু নঙ খঙইদনা?"

"অদুবুদি খঙইনে।"

"মদু পৎলনি ঙসি থোংহৌবসি তৌনি। হাউদৌবিপোৎনিহে ইশুসিদি।"

"হোরেন চারমদাইদদি ঙসাইগী অঙাংবা কারদগী কৃমথবকপী হেন্নোইদুবু অমুক খংউ হেক উরক্লুনা এঞ্জাং তেঙ্গোত্তো লাক্তনা হেক

লংখ্রদি মাঙলেদকো। পোরোমগা হৱায় থরাক্লসু থোংদ্রসিদা বোবোক।"

"এ! নঙবু উহৌব্রনে?"

"বোবোককা ঐগবু কনানা হেন্না মীৎ থৌগেনে? য়েত্তুম মনা লেংলমদাইদা বোবোক্লা কনা কৌগেনে? অদুনি।"

"কান্নদে ইশুসিদি খোয়দৌ থীংকদবা ৱাবীসে শান্নগুমসি। য়েংঙোই মৈসি শাদ্রা? পায়কদ্রদি শাদ্রেদনা। খঙইকো। ইশুসিদি ঙসিদি লাইরিক তম্বা চৎত্রবনিনা চাক তোকপগা লাইরিক খঙলেদনা।"

"লাইবিক্কা অমতা পাবোই। লাই চৈখিনি।"

"লাইদি কবিগী চৈদৌবিবা?"

"মানা নৎত্রো বোবোকপু ৱাহল্লিবসে। মনা অপঙবসে য়েত্তুম্মা হূৎতোক্কে।"

"এ! এ! হায়হৈদে। হায়হৈদে। মানা নত্তেনে ঐনা ঐনা তৌকবা থবক্তুগী মহয়নি ঙসি ঐ ঐনা ৱানা লেল্লিবসি। পুংদোল পাম্বীদবু কোন্না পানব্রনে? অঙাওবসিদি।"

"অদুদি বোবোক নঙসু নহা ওইবিঙৈদা মমাদৌনা তৌবকপ্রা?"
"তৌবক্কেদা তৌবক্কেদা ..."

"অদুগা কবিগী অশুক ৱাহল্লিবা? বোবোক্তি পুপুগসু খৎনদে। য়াম্নসু ফৈ। লাইসে মমীৎ তাঙইকো বোবোক?"

"হোয় হোয়, তাঙই তাঙই ইশুসিদি। নঙ খুরাসে তু য়েংউ মচীল খুমদুনা নোক্লিসি উদ্রা? ইকায়দ্রো?"

"অচুম্বা হায়বদদি ইকায়দে। লাই মানবু মমীৎ তাঙদ্রগবু মৌশাবীদুনা মচা হন্দোক্লগা মৱা নাইবদুবু হেক নোংঙানবগা কার লৈবা ঙমহনগদ্রা? বোবোক ঐদি লাইসে শুকয়া য়ানীংদে। লৈ হায়বসু শুকথা থাজদে।"

"হোয়নে হোয়নে। হৌজিকপুদি থাজবা থাজদবা করিসু কায়দে। অঙাংনিনা নরাল লৈতে। অদুবু মতম্মা নোংমদি নঙবু শোয়দনা মদু ... ইহে! য়ৌরেনেহে। রীক্ষো, খাম্মো! খাম্মো ..."

# ৪৬

**লাসেলগী** ৪৪৪ শুবা কাসি হান্নদি মীশি মীনা তোয়না থোকল্লি মহূ ময়ায় কল্লি হায়দুনা হাংলকপা চহী ফাগদৌববদা নোংমখক্তং চাউয়েং য়েংদুনা কা শুনবা চঙলম চঙফাত্রিঙৈদা "য়াবে য়াবে" হায়রগা নুমিত্তুমক্তদা শুনু হাইহল্লগা (বং পং তৌহল্লগা) নোংঙানবৈ অয়ূক্তে মঙ্গী শকহেনবীনা হেক লৈবদৈ ঙারেমা থুন্নেমা, কুন্দুনা লৈখিবনবা কবিনো নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌনবকপদৈ জীপ কাব পবেং লেংলক্লিবা মবক্তসু বীম্নো থেৎলি। কনাগী থবক-পোখাচে (পেন্সন বুক) কনাগী সনা, কনাগী থবক তৌবশিংদা শান্দোকপা শেনফমগী (সাবভিস লোনগী) লাক্ষ লাক্ষনা য়ূমথংনবা লৈকায়দা মিপাইববু পোকহল্লে। কবিগীসু মিপাইবোই, কনাগী য়েন্নখা লুকখা শুম্মাং থেল্লোং পুমচাই চাই অদুক পাক চাউবা অতৈগা মান্নদনা হাংলিবা মফমশিং শেন পৃথিবগী থল্লল্লা (বনধোপকী) স্কুটব, কাব, জীপ, টাটা, ফোবসন, মেজীক্লা। মবকসিদা লোংনা থুপ্পা অপীকপা লেপ্তুবা শেন্দোয়বু মীহৌজবা ১%দা ঙাওজবা মীমাঙ থোক্লদি শেন পায়বদি কিজবা কাঙবুনা লাক্ষ লাক্ষনি কৎলবিবসু নুমিৎ খুদিংগী চবুন চবুন ...

লৈবাকসিগী অদুসু ইম্ফাল ময়োলদা লৈবা সেক্রেটবিয়েৎ, এজি, ট্রেজবী, এস বি আ, য়ু বি আই, য়ুকো কনাগী অচৌবা শিনশঙ (ফার্ম) ফাওবনা খঙদবা লৈতে মঙ্গী অপাইবী। থোঙ লাউনা হাংই। অপনবা লৈতে। হান্নদৈ শকক চাম্মা ঝাংবা হেনগৎলে মঙ্গী। মবূকসু অদু মঙাই মাববলগুম তাশীল্লক্লিবা। মবায়বক্লা নোংমা নোংমগী পাকপা হেনগৎলক্লিমখৈ মমীৎনা শুক শুকুনা অশুম অশুম চৎথরকই। হুব্রাই মতোলগুল্লবা শল্লাং খবদুসু লংবা অশুম অশুম হেনগৎলকই। কুচুনা সনা অহীংবনি। লাই মচাদা মচাগুম মশক্লা মবোল অমা লূমথবক্লিবা। মাগা চহী ফাদনা তিন্নবকপা লোয়নরকপদা মীয়াই চল্লবা কয়া কয়াদি তাবা কাবী কয়াগী শেন্দোয়গী শেন্দোলনা নম্বো পোবগা নমদুনা মতম শুদনা থবক্তে পোথানরক্লিসিদি (ভোলুনটিয়ার বিতায়রমেন্ত লৌনরক্লিবসিদি) কনানসু উরু খঙলুদে।

ইঙা থাগী ঈপাল লাংলিবা ঈপাক্তে ঙবাকপীনা লুশমদা লাকখিগুম হূদুনা পুখিবা ঈশিং ঈবীক কল্লক চাউবা মালংবনা মহৌশানি নুংনাংনরুদে। থম্মোয় কাখুদা খবা খজিক খূজিন চপশিল্লসু মপান থোংদদি মায়থোং ঙাল্লি। অহৌইনদুম মতমগী চংনবীনি খন্দোকই। অদুনবু থবক্তে পোংথানবা নোমবসু (পেন্সন তান্নবসু) মানা অদুসু থা খবতমক চঙই। পেন্সন মৈনোনা কিজবা মীতানি মঙ্গী। লৌ লোইবগা ষনসু লোইবগুম থবক হেক পোংথারবা (পেন্সন ফংলবা) মতুং থবক-পোংথাচেসু (পেন্সন বুকসু) অদুমক মহাক্না পায়শিনহৌবে কাঙলোন কয়ানি পায়রিবা মঙ্গী অপাইবী। মিথাই খূৎশিদা থবক পোংথাবেদি (পেন্সন ফংলেদি) মশা মশানা য়াজবা মরায়থুং ফত্তবনা মশাগী থবক-পোংথাচেসু (পেন্সন বুকসু) মশক শুকউ উবা ফংদনা থম্মোয়দা খূত্তুম্মা শুজিনজবগা নঙকো নঙ হায়না খানা খানা লোৎনা য়েং মপুঙ্গি থূপচিনজবসু কোঙ্গায়নি থোকহল্লিবা তেনথ্রবা মীৎকূপসিদা।

শজীনা কৈদসু নোংশাবু খানা য়েংঙমদে মূক্তুনা। অদুবু কদায় তাইবং মী' তায়োন্নববা তাইবংপানসিদদি তায়োন্নব তাইবংনি তাইবং মী। মবেপ রাংবী মশা তোঙ্গানবী থাবুম নিপানগী মচাবু নাউপুবদা হকচাংগী ফিভম কায়দবী কনানসু মীৎয়েং ফৈনা য়েংবা ঙমহন্দবী শকহেনবীনা পাক চাউববা মী ফমফম কাদুদা ফল্লিবা ময়াম পুন্না চমপ্রা থাদবা চাঙাংনা ঙাইবদা চোকথববা কয়াগী খৌগংলবা খৌনাউ চোংহন্দুনা চীনবান্দা খোইহী তৈহল্লি। উৎচনিংবা অমা য়াওনা খোঞ্জেন কোল্লপ তৌবকই, "মখোয় তামোসে ঙবাং নুমিদাং অথেঙবফাও শেন-থুমগী ফম্মাইবগা বাবুপবাদা চাকচা হৈজানবদে (ফাইনান্স মিনিষ্টবগা বঙ্গলোদা পার্টি তৌবদে) থেঙনা হনজিল্লক্তুনা তূমথখিবা কুইদ্রিয়ে। ময়াম ঙাইহাক্তা ঙাইবীবো।"

অয়ূক পুং তবেৎ মখায়গী বেডীও পাউ পাবকপদা মঙ্গী মমীৎ খংশিং, শিংলক্তুনা তীংলি য়াঙলিবকই। মনাদি শেংদোক্তুনা মুম্না তায়। তৌবতবু মমীত্তি পাঙদ্রি। মাবু ঙাইবিবশিংদি ঙাংশং ঙাঙবা চাগী ফম্ফমশিংদুদা নোম নোমদুনা মেক মোক লাউদনা মখল খুদিংগী পাউ-চে ময়ামদু ওন ওন্দূনা য়েং অমগা অমগা ওনশিন রাইশিন্নদুনা রাবী খবা শা খবা নোক নোং ফূং ঙানবদে পংলৈদা মবৈনৈ পুঙমদা পোংলুম থাবনি খন। পুং নিপান তারকপা অদুরাইদা তিল্লিবা মীয়ামদুগী মীবক খায়বগা খূদে মতেক হজামপাল অমা শেং কোম্বৌবি মানবা

সনাগী থাউনম মরুদুনা মোজাফ্ফরীৎ নিমাই ভৌশোক ভৌবদুগী মথক্তা পদ্রাক পদ্রাক মাঙ্গোল মচীন তন্না থোবক্লগা নুমিৎপু ঙাইহাক মমীৎ উইশিন্দুনা খুকমজে মঙ্গী।

অদুক য়াম্না থ্রুং থ্রুং ঙংলম্বা মীয়ামগী চীনবান ক্রক ক্রক ফাজিন্নখি উচপ্না (সেকেন্দাবনা) উফম চানা ফাজীনশ্রবা থোঙবাগুম। উন ৱাইমুক চীকই। মবক মবক্তা য়েন্নখাদা মতোক খূবাকমুক পাকপা ঙাংশং ঙাঙবা য়েনবাবাবদুনা খোংবদু নত্তনা। য়েনখোংদুদা মঙ্গী মোমোন তৌজে। অদুবু তিল্লিশিংদু কনানা কনানো মীৎচিনফাও য়েংলমদনা গম গম ইমুংদা চঙখি। ঈক মায়থবগা নিংথিনা শেং-চাবগা (কোং শুং তাই তৌদুনা) মোবাইল ফোন অমমম, মখূৎ য়েংনা অমা ওইনা অমা পায়, ৱাবী শাব শাবদুনা নোক নোক্তুনা থোক্লকপদুদা ঙসাইমখৈ ৱানা ঙাইবম্বশিংগী মবক্তা মীপাই থবাইনবসু য়াওবক্লে মঙ্গীনা শেনফমদুবু য়াবীবক্লোইদ্রা চিংনজা।

শকহেনবী অচৌবা লীক্লিগী অচৌবা পত্রা অমদা থংকোক তৌনা চামচনা হোবলীক্ল থীংনা থীংনা ৱাদি ঙাঙদে মঙ্গীগী মতুং ইন্নবকই। মঙ্গীনা মাগী কনাসু চঙহন্দনা থল্লিবা কাদুগী উক উক লৈবা ফম্ফমদুদা (চৌক্রিন্দুদা) ঙেক ফমথবগা শকহেনবীনা হোবলীক্ল অথীৎপদু থল্লম থমফাৎত্রিঙৈদা নোকফেৎ তৌনা মঙ্গীনা ওক্লগা "অমমম চঙহল্লকউ" হায়বকপদুদা শকহেনবী থোকখি। অচৌবা পাত্রদু অমুক্তদা লেপ্তুনা চিংদুনা থকপসি মাগীদি য়াম্না হৈনজবী পামজবনি মঙ্গীগী। নংহৌবোইদবা মতাগুম কোম-ক্ল মতপ অচৌবা অমা চোপ চোপ চাশিল্লি। মহীনা মচীনবানদৈ মখাদাংদা ওবো ওবো চেম্থুরকই। শায়না শায়না মাগী বেক্কতা থবক তৌবা নাওবা কৌবকই। নাওবনা থোঙজীন কানশিল্লক্তুনা লেপ্লগা লৈবদুদা মঙ্গীনা মখূৎনা মচীনবান্দা থিল্লকই। থুনা থোকখি। নাওবনা পুবকপা ফত্ত-হাওদি থম্ফমদুদা (দশবীন্দুদা) পানা-ক্কাদাংদু ওৎথোকই। ফত্ত-হাওদি থম্ফমদু অমুক পুথোকখি। নুংশুক নুংজান্নবা চঙজবকপা খূদিং মোমোন মোমোন হলহনখিবা ঙম্বা মঙ্গীনি হায়বসি মীপুম তিংনা য়ানরে। লোংনা থূপ্না ঙাঙনবম্বদৈ মমাঙমক্তদা মনাকমক্তদা দোঙ দোঙ ঙাঙনরক্লে, "অবুংগী মহুৎ মঙ্গীনা শোয়দনা লমদমসিগী (কেন্দ্রসিগী) মীহুৎ ওইনা মহুৎ শিনবদি শোয়দ্রে।" অদুনবু মঙ্গীসু লৈকায়গী থৌদোক ৱাথোক্তা খূৎচাও থারিবনি।

ফিরাল মমায় চুন্নিঙে লীশাং থায় দোরিসু। শঙ্গা চাউখৎলকই মনুং মপাল। তাপ তাপ লাকশিল্লুই চাউব চাউরবা থিকা-নুংকা। শেনজাও পায়বশিংতগী লনাই লায়েংশঙ মায়পাকপীদা সনা কোনুংগী নিংথেমনুবীগুম (মহারানীগুম) মমায় মমীৎসু পাঙলে শকহেনবী। ঐচ আই ভি গী কুয়োমগা (কবচগা) লোয়ননা তাঙনা ফংজবী মমোমলোই খুদক্তা ওঙ্খোকই ঙৌগ্রোক ঙৌবা তবোপ তবোপ্পা মহীক পক্তুবা হেক য়েংবদা অউবশিংগী থম্মোয় হুববা পোকপদা ঙায়বিবা অঙাং নুপামচা অমবু ওইনা। থোইনা ময়েং তাদে চোল্লবা মঙ্গীগী শেঙ্গাও। শাগেগী পীবাবেল ফংজবে হবাও নুংঙাইনা শাগে অহনশিং চাক খাঙদুনা ঈশে নোংমাই চাউনা পাঙথোক্তুনা তিল্লবিবা মীয়ামগী মমাঙ থোক্তুনা মচাবু মথাদা পমজবগা য়াইফা থৌনিজে মঙ্গী শকহেনবী। ফজবনা তৌথোবকপদি ইপক্তা পকচৈ। কনা কানি কনানসু কাঙথোক্লুবা কাউনৈ।

মঙ্গীবুসু ওল্বা মায়কৈ ঙাকপা অমুতোম্বীনা নোংমা চিল্লবা কৈশামপাৎকী লমলোংদা (ট্রাফিক পোইন্টা) ঙাইহাক লমদল্লিঙে মীৎকা মীৎকা মীৎচান্নকই। মীৎচিনা খৎলম্মী, "নোংমা মাগীদা কোয়বকউ ব্রা অমা লৈ হায়বম্মী।" থীল্লুকদে। নোং ঙানবে অয়ূক্তনি মঙ্গীনা কোক নোল্লুবিবা। অমুতোম্বীনা ক্রোব য়াঙখৈগী এন জি ওনি হায়বদুদা খৎই মঙ্গী। "চে (ফাইল) পন্দবী থিংদবীনি" হায়বদুদা লাক্ক মবিফুমুক্তংগী চাকথুং কলহৌদুনা ক্রোব খবগী চাকথুং লৌহৌগে খন অবে অবৈবা তাশিন খোমজীনবদা শকহেনবী কোয়চেন চেনবদা খা বাই খঙলক্রে। উচিন নাচীন্না লাক্ক মবিফুদুদি থিন্দোক্লুবে। অদুবু হায়নখিবা থানখিবা পুংফম তাঙ্গা কায়নবকপদে ব্রা লান থোক্লবক্তুনা ব্রাকাই লুক্কাই থোক্লবকপদে ঈশিং চঙখিদুনা পুম্বগী মনম্মা অকোয়বগী ফিভমদা খলদা অহোংবা অকায়বা ওইধক্তুনা লায়েংবা ঈতৎ তত্তনা অমুক্তসু চৎখিদ্রিবদু দিল্লীদা তোয়না চৎপতদা মঙ্গী কৈথেল কাবগুম কাবক্রে। অমুতোম্বীদি শোৎ পেক লাউদনা হোংকোংদা নুপী মপামদা লৈহ্রে।

মঙ্গী শকহেনবী অথেঙবা অহীংগী মীচিক মীবাওখোল তাদ্রবা নোংয়াই ইতুদা তনিক তনিক্লা থোক্লিবা থা থব্রানগী কুম্মেবু য়েংবা হেক হেক মপান্দা থোকপা তোয়শিল্লক্রে। ঙসিসু ফূক হৌগৎলি মীচিক মীরাওখোল তাদ্রবা থব্রান থাশিগী অহীংসিদা মঙ্গী। শকহেনবীসু ব্রাদি ঙাঙদা শোল্লি শোল্লি ইন্নরকই হীপলম্বদে। অথেঙবা অহীংগী ইবোইশেম্বগী শায়োকশঙদে ফাজীন পুনশিবীরিবশিংনা তম্নবীববা খোয়শাওনরবা ময়াং শেকপীশিংনা থৈদুনা নাথৈবক্লগা মচীন থিবা খোনজেলদুদা খৎপ্রেকপুসু খংমিন্নৈ মখোয়'নী।

অমম্বে খূৎশা য়েং ওইনা মখোয় অনীগী মমায়দা খূজিন্না লামখোং খোংলকপদুদা অমনা অমদা থোইনা হায়নকবা তৌদনা খংদুনা চেংগুম চেংগানববা থম্মোয় অনীনা কিথি কিকম মঙক ইন্নরিবা থবানমিচাকশিংগী মঙালদা মীনা খঙখি উখিনি মতাগুম উকম থিদুনা পূন্না ফম্মীন্নে। শকহেনবীনা য়াম্না খঙনীংনা "নঙগী এন জি ও হায়বদুবু মনুং মপান লোইনা খঙখ্রবা " হংলকপদুদা মঙ্গী ইথৌ থৌশাদনা "খঙবতা নত্তে শবাক্তুম ফাক্লবনি। ফগদ্রা তৌবনি। ঐনবু সিফাই খল্লদি লানগী লান ঙাক্তা ঙায়রেদনা কমদৌনি। পাম্বে অমা থিহৌদ্রদি মীমাঙ ফম্বদি শোয়দ্রেহে হন্দক্কী মতাঙসিদি ..." হেক হায়বকপদুদা ও খোংনা কপথোরকই শকহহেনবী। মঙ্গীনা শকহেনবীগী মচীনবান্দু তাপ মেনশিল্লি। শোম্থাংনবকই মঙ্গী, "কবিনো! মীনা তাপ্রো, উপ্রো, খঙপ্রো, কবি ওইনি। মদুনা হেন্না শীং য়াঙশিনবা ওইনা থোক্রোইদ্রা? য়েংঙোই ফবসু ফৎত্রসু ইমাসে নুংঙাইনা য়ূমদা পোৎথাদুনা লৈগদবা অহনথঙসিদা নঙনা য়ূমকৈ ইংখোল লোইনা য়োম্থোকপীদুনা সিদা থম্বীবগা ব্রাহনবদি চুমদবনি। অদুনা ইমাদা ব্রাফমসে কাঙথোক্কনু। সে তূম্নুবসি।"

মঙ্গী থবক্কীনি কবিগীনি হায়দুনা নোংমা হনজিল্লক্তবা নীনী হনজিল্লক্তবা অসুম তোয়শিল্লকপদে অহীং মিংশেল খাংলক্তদুনা মচাগতা ইশি শিনা তোপ তানা তূম্বকাসু য়াওবক্রে শকহেনবী নোং-ফাদোকসু। শকহেনবীদদি অদুম থাজে মঙ্গীবু। মঙ্গীদি মাগী লেপ্পুববা হান্নগী হৈনবীদুদা অমুক হনজিন্দুনা হেবোইন নম্বব ফোব লৌথোক্লবগা থাদোক থাজিন তৌবি। মকপকী শেনফম্নদি লেপ্তুনা পৈখৎলক্তুনা চীংদুম চীংদুমগী শেন্দোলদা ব্রানা ব্রানা অশোয়-ঙাক্লবদে (গবেনটবদগী) চক্রি থাং থাংদুনা ককনবা হোৎনজবসু পল নীংখায়নিং নীংখায়নিং ঈশিং য়ুনা য়ুনা শীৎপা ঈশিংপগী লাইবক দোঙ লাউনা পনখোঙ চৎখিদুনা ঈশিংনা ব্রা ব্রা হেক চেনশিল্লকপদা মীপাইকববা লৈন্নে ঙাগী মবায়বক করিদি ওইকনি? কিদুনা খংলগা চোং চোংদুনা মমৈ থেংকৎতুনা চেনখিবা নত্তনা। শেন্দোয় পীদুনা থেন্নম্বশিং শেন্দোয় পামদ্রে। থবক্কীনি, য়ূমগীনি, ইংখোলগীনি, লৌগীনি অদুগা অদাগা খোল ব্রাউনা ব্রাউনা থৌবা হৌবক্রে।

মঙ্গীনা মরুপ (টেন্দর) চবুন চবুন ককথক্তুনা মীগী মৈথক্তা নেৎপা শেনফমশিং মেন্নখিবদুদা কায়গদৌরে কায়গদৌরে ব্রা ব্রা লাউনদুনা খিত্তবু ফংনবদি

খন লাক্ক লাক্ককী মরুপ্পু (টৈন্দববু) হুনগৎখিবা শেনফমদু ফাওবা ফংনদনা লৌথোকচগে হোংনবদসু হোংচিন্নরকপা হেনমনবদৈ লৌথোক্লবা ঙম্লব্রে। থা নন্না নন্না পীকপ্রবা মকপ্পু (টৈন্দরবু) ওক্লখিবৈ শেনফম পীবা ঙমদবদগী মকপ মখা তানা শান্নবা য়াবোই থিংকসু কোঙ্গায়নি। খুৎকোয় (সেরিয়েল) মকপকী মেম্ববশিংসু মখোয় মশেন মান্নদুনা লৌথোকখিবশিং থাগী শেনহুল হুন্নবক্তে। ফংহৌদ্রিবশিংনসু হুনগৎখিবদুতং পীবিয়ু হায়বদৈ খুৎকোই (সেরিয়েল) মরুপ অয়াম্বা শান্নবা লেপশিল্লক্লে। কনাগুম্বা মনা কনবা খবদি "মরুপ কায়বদি শিমিন্নগদবনি" হায়দুনা লাউ-খোং তৌদুনা মুক্তুনা শেনফম চাং নাইনা অদুমক হুল্লি। মঙ্গীনা থম্মোয় শেংনা অতৈসু হুন্নবক্তে লেপ্লসি হায়দা হায়কব্বসু, "ঐনা হুনবা ঙমখিদবদা ১০% দা লৌখিবা শেন্দোয়গী চাং অদুগুম পীগে হায়রদি য়াই" হায়না অঙম তান্নবসু কোঙ্গায়নি।

থা খুদিংগী মাইক্তা লাউ-খোংদুনা শান্নবম্বা মকপ শীংলুপ পুন্নমক চপ লেপল্লে। হৌজিক্তি শেন থৌবা লাকপদা হিয়াংথাং লাইবেম্বী (বোব) খুকম্বদু মঙায় অয়ূক অঙনবদুদা। অহানবদদি শকহেনবী মমা মচানা থেম নৌদুনা হেক হেক থাদোক্লম্বদু তোয়শিল্লকপদুদদি মখোয়গী তাংনা শেনগী মৈশাদু মুথৎপা ঙমদ্রদুনা অয়ূক ঙস্তা চৎল্লে হায়বফাও ইমুংদা নমদুনা চঙলগা কাঙখা-লূখদা ফাক ফাক্তুনা ফোঙনা হেক্তা থিদুনা মঙ্গীগা কিন্না লাংনা পোপ পা পোপ পা থান্নবকপসু নোংমা নোংমা তোয়শীল্লক্লে। শঙ্গা পঙ্গা চাউবশিংদি নোংমৈ চীন্দোন্দা, চীংদোংদা, চীংদোন্দা, চীংখোঙদা, চীংয়াদা কৌনিং কৌনিংবা মফমদা কৌ কৌদুনা কোম্না কোম্না শেন্দোয় শেল্লেপ চোমলপ চোমলপ ফকখিবসু কোঙ্গায়নি। খাঙবদা ওম্থোক্লা বাবে মঙ্গী। মাগীসু মীনা কোকথোঙ কোকথোঙ মৎল্রিবশিংদুদি নোংমতা মাগীদমক অদুম্না খক তৌবীয়ু য়াখিদে কনানসু শেন পীজবফাও।

নুংত্তিগী নুমিদাং থেঙনা হল্লক্লগা অহীং নোংয়াইদা হৌগত্তুনা ঙস্তা থোকখিবা তোয়রকপনা মঙ্গী উবক্তবা লৈকায়গী মী মশীং য়াল্লক্লে। অরাক অবাকপনা অমা পায়খি অনী পুখি কনাগী চাকশঙগী গ্যাশ সিল্লিন্দর ফাওবা পুখিবদৈ উত্তেক বাত্তেক্লা চাক থোংলক্লে। পুনিংঙাই থাংনিংঙাই কাংথোলদুখক ঙায়রবা তানফমসিদা তিল্লিবশিংনা অমত্তা ওইনা পুনসিন্দুনা খুৎপু

(এসোশিয়েসন) অমা শেমদুনা মখোয়গী অনীংবা অপাম্বা মীয়াম তিংনা খণ্ডহন্নবা পাউ-চেদা ফোঙদোরক্রে। মখোয় হূপ্না লাক্লগা বেঙ্কতা থবক তৌবিবা নহা পাখণ্ড মচা মণ্ডাদুদা মখোয় মখোয়গী শেনফমদু পীননবা লাউ-খোংদুনা তৌরুববু "ঐখোয় ঐখোয়গীসু লাক্ক অনী থমজীনখিবা (ডিপোজিৎ তৌবা) য়াও অহূম য়াও, মণ্ডা তৌবা ফাওবা য়াওবিবনি শেন্দোয়দি লায়বদনা শেল্লেপ ফাওবা শুনা পীবীদ্রি। ময়ামগী শেনফমদু মহাক্লা লোইনা শিজীন্নবনি। ঐখোয়দি মানা লৌ হায়বগা লৌবনি। পীগ্রো পীবনি। ময়াম্নসু খণ্ডলি নৎত্রা। ঈবল তেকপদা নৎতনা পুল্সিসু মাঙলিবশিদি ঐখোয়নি। কবি তৌবগা ফোয়দত্তুনা খিত্তা ওইবসু লৌহৌসিগে খল্লিবনি" হায়না ঙাঙনা শক্লবিঙেদা অমা চৎখি অনী চৎখি পূমতাক তাকহৌই মৈহম্না চূ চূদুনা তাল্লকপদুদদি।

মঙ্গী লেঙল-লেঙলগা অসুম অসুম পৃখবক্তুনা মঙক য়ৌশিল্লক্লবা তানফমদুদদি হিংবা শিবা অনীগী লংদাইদা লেপ্তুনা পুন্সিবু মেৎ মেত্তুনা শান্ননীংলক্রে। মকোক মক ইফা ফাববা তুম্বাগী মনুংদা কোইচেন চেন্দুনা চোং ফল্লিবা ৱাখলনা কৈদৌরুগবনো খল, অবৈবা খূৎচাও থাদুনা লৈজবা শেন্নিং খোল্লগা ম্যাম্মাব লানশিনখি। ভাবতকী কৈথেলদা লুপা ক্রোব অনীগী শেনফম ওইগদবা হেবোইন নম্বব ফোব পুদুনা থোবকই লক্ষ্মিমপুবদৈ অহমৎ অমসুং জিবী ঘাটতগী অনীংগা লোয়ননা। নমফালোং য়ৌবমদাইদা নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌবকপা মমশুক মমশুকপদুদা তুবেল লাম্ছোকপা হৌবকই। অহমৎনা হান্না মবুক্তা য়েপ্লম্বা অচৌবা নূঙথং অদুনা মঙ্গীগী মকোক্তা অবৈবী শক্তিনা হঞ্জীন হঞ্জীন থাবকপদুদা হাইথবক্লে মঙ্গী। ৱাম্বুবিঙেদুদা অনীংনা মঙ্গীগী মঙক পায়দুনা ঈশিংদা নমশিল্লগা মকোক্তু শুম্বন্দা শুগাইববা হৈনীংগুম শুগায়বগা ঈশিংগী ঈচেলদুদা অদুম তাউথহনপ্রে। ঈশিংগী ঈচেলনা ঈথক ঈপোম ঈহৌহল্লগা ঈগী ঈচেলদুসু ঈবৈনা ঈবোন্নংদা ঈতিন্নখি।

নোংমা হল্লকদ্রা হল্লক্তা নোংমা লোৎনা লাকদ্রা লাক্তা মঙ্গী হল্লকপা ঙাইবা কনানা নুমিৎ শিংবুন খূৎ থেক্লবম্বসু কাউনবক্রে। কনানা হায়, "দিমাপুবগী লৈবক অমদা অহীংদা উবম্মী। কনানা হায়, দিল্লীগী চান্দনি চোক্তা লৈহৌই। কনানদি হায় নমফালোংলোমদা চঙশিনখি। কনানা চুল্লিবনো, কদায়দবু লৈবিবনো শকহেনবী থোইনা কনা কানি খঙনিংলুদ্রে। থিসু থিকদ্রে। শকহেনবীগী হৌজিক

অপাম্বা হায়ববু কদায়দনো তুমিন্না মচাবু চাউননবা য়োকপা অদুগা মমাবুসু খরা খূৎয়া তুশিংনা পোৎথাহনখিবা অসিতনি। অদুবু বাখলতা মঙায়বে। নোংমা নোংমগী চাকখুম মৈ মুত্তনবা হোৎনবদা মরোল মরাং পূমতাক তাকপীরক্লুনা মখূৎ মকোক্তা হাপ্লে। বাখল ফকচিন্দুনা লৌনিং সোইবোমবে মতৌ হেক হেক তৌবক্লে। হৌজিক্তা পায়রম্বা পোৎ পোৎথমফম কাউ, মমাগা কবিসু লৈতবদা নিংঙাই শংদানবা তোয়বে। কল্লাক কুক কাববী চহী মনীং খোল্লবী হনুবীগুম মঙক্তা য়াল্লিবা ফদি থিবদা খৌয়দৌ খীৎনা নুমিৎ চূপ্পা অমা কাচিন কোয়াদা কোয়থি থিবা হৌবক্লদুনা তিল্লাইখোম্বী ওল্লগা মকোক শংবাইম্লুক চাউনা নোমহৌ নোমহৌ মপান থোবক্লে। মখুৎ অনীদু খুদুপ থা মকোক্তা গ্রো গ্রো খোংলি। কনাবুসু নাচুংলুদা কল্লক পেন্না খোঞ্জেলসু থোবকই, "ঐদা শিজনিংলেদা! ..."

# ৪৭

"ঐদা শিজনিংলেদা! হাদা মপু ইবুংঙো ননাইনুবীবু লৌশিনবীরোনে" তেংথাবকই নোংমদোন কোবৌথক চাগদৌখে য়েং। শং শং উবকই চীংলেন। মোমোন নোকপগুমসু তৌবকই। মখূৎ তিংথোকপগুমসু তৌবা মতৌদুদা ৱাখল পবিং থা পূক্লীং পবে কিশি থোক্লুবি ঙাইহাক মীৎকূপ'মা। অদুবু থগুনবা মীৎকৃপ্তা খেক্লা খেক্লা কবেম্নববিবা ৱাখেৎকী খোনঞ্জেলদুনা পুম্নমক মগুলান ওইহনগ্রে। খগুলক্রে। নীংশিংলক্রে তম্নবম্বা পৃম্বা। লাউবক্রে য়েক্লুবা পৃম্বনা শংশং মীৎমাঙদা জগোয় শাবক্লুবদা। খয়াৎ ক্রক ক্রক চীক্লক্রে তাইবংদা নুংবঙননা লৈপাকলৈ,

"ফিবেপ! ফিবেপ নঙবু কৈদনো
য়েংউনে কয়াদা লুপ্লবনোনে নঙসে!
পান্দমফম অমনা মাঙদা থমদুনা
খোঙথাং অসিনা থাংগদৌবিসিবু কদোমদনো
খোঙথাং মখোলসিনা খোম্থাং য়ৈবক্লগনা
হে পুন্সি নঙনা কবি
উচুং মাগীবু থম্মোয় পানব্রদা
চোইজাইনববা উফুলনবু ৱাখল খনব্রদা?
অদুগা কবি কবিবু নীংলিবা
কবিনো নঙনা লোৎনা পাল্লিবা?
নত্তেনে খোঞ্জেল্লনে নাপ্পদা তাবিসিবো
নাখল নঙগী খূজোক্লা শোক্লিবো?
উম, অদুদি ... ফবেনে ফবেনে ...
ঙাইখো তপথখো নঙ খোঙফমদুদা –
শাগুপ শায়হৌবো অহীং হৌখিদৌবে
ফিজোলদো হোংলোনে থম্মোয়গী কাখুদা;
তু! উবেদনা লম্বেলসিগী মতাইদা

মোং হাদনা হৌবিবা চীংজাওসে,
নঙবু ঙাইবদা চোকথববা পুন্সিনি
পুন্সি কয়াগীসু য়াতাফম হিদান্নি,
চঙশিল্লুনে নঙবো চীংখোঙসে তম্মা
ফংগনিনে চীংজাওদুই চীংদুমগী চীংদোল,
খঙলক্কনি উনশাগী ফিজীদা য়ান্নবক্লিবদো
উন পুব নামিবৈ থোৎলা খৃৎশাদো,
কৃপ্লক্লগনি মঙাল মশেক্তো ঙঙ্লানববা
পোশীনখিগনি নাউহোংনুংদা লুম্বু লুম্বুববা,
মোমোন নোক্লুগনি কেল্লবা উনাসু
য়েন্নীং হুপ্লেনিনে কংলুববা উপালসু,
কপ্লগনুনে নঙবো হে থম্মোয়
থাংলোনে খোঙথাংদো পম্বুংবু তম্মা।"

ঙসাইমখৈ শোন্নপুঙদা (তুলসিবোংদা) নাকেন থাদা উনখা নংলবা উহং-উবাংনা (তুল্লসিনা) উচুং ওইনা লেপ্পগুম মোং হাদা তূমিন চপ য়ুংনা লেপ হৌখ্রবা য়ূমসিবু শাবদা অহীং কয়া মিংশেন খাঙদুনা থাবলদা লৈঙোই চাম্মিন্নখিবা চেক হোনজীনমিন্নখিবা চীংলেনসু কবি চীৎথহৌবা কবি নাম্বুহৌবা হায়বৈ মতাগুম ময়াম্মা টাটাদা হাপকৎলিবা হোনকৎলিবা শকহেনবীখোয়গী মী লাকপনা হাল্লনি খল নংহৌববোই মতাগুম ফুং কাং নোপ্লিবা মবক্তুদা য়াওবিবদুগা লেপমীন্ননা ঙাইবি লৈপাকলৈ য়ূমসিদা চাগদৌখৈ চিংনা য়েংদুনা।

"ইচো ইচে, চৎলসি খঙনবক্রিউঙে খৎনা চৈনদ্রিউদা" হায়বা শাজৌগী নুংথিল পোবোপ্তা লবাই শাৎপা কাক্কী খোঞ্জেলদুনা অচীকপদু থুগাইদুনা মঙফাওনহল্লি তাইবংদা লৈপাকলৈ। থম্মোয়দা ফাওবকপগুমসু তৌই কাক্কী ফজবা মশক' অমুকসু চমম্লবকই, "কাক্কা কোকিল্লা' য়ুহা কয়া হাদুনসু খোঙথাং চেৎনা লেপ লৈমায়থক্তা কংদুনা কেমদুনা উফূল ওন্দ্রিফাও থাংলবোই খনথ্রবা হে অহীংবা নূঙগী মিতম, থাংলোনে নঙবু খোঙথাংদো ... কৃমথবক্রোনে ফন্নালদুদৈ ... হৌগ্রে ঙম্মা মতমদো ... লূপথ্রবকো ঙম্নমক ঙসিদি নঙনা ... খযাৎলক্তুদা কূৎ কূৎ ... হে অহীংবা নূঙ ..."

কল্লবা শজীবুগী নোংলৈনা হুমদৎপিদুনা ফোইদৎলগা লৈমায়থক্তা ঈম্বুবীববা মল্লবা মীতৈ য়ূমজাওনা মদোম কীছুজবগুম, শাজৌনা মচেগী মখূদাং পায়দুনা টাটা তম্না তপ্না তপ্না চিংলকই। কোম্বোং হেক লাম্বোকপগা চপ লেপ্পী লৈপাকলৈ। শাজৌসু মচেগী মখূদাং থাদোক্লুনা মখা তানা চিংনবা হোৎনকদ্রে। লৈপাকলৈনা উবিক্তা কিশীল্লিবা য়ুমগী শোদু তপ্না তপ্না কিশি থদৎলুনা লৌথোক্লগা ঙসাইমখৈ ফুম্বংননা ৱাদি হায়দা তুং কোইন ইন্নবিবা য়ুমসিবু লৈবিবা শেনজাও পায়বা চোঞ্জোন্দা পী। চোঞ্জোনসু লৌই। ৱাদি ঙাওনদে। মমশুক মমশুকপা য়াচঙলকপসিদা হন্নমক্তা য়েংলমদা টাটা গাড়ীদুদা কাখৎলকই লৈপাকলৈ।

মশু য়াইখোম্বনা গাড়ী থৌবদুগা ফম্মীন্নদুনা লৈবম্বদু উবদা মমি ওই শামি ওই অমংবা নোংনা মায়থীদুনা তম্নবীদ্রবা মনীং তৌববা অহাংবা অতিয়াগুম লৈপাকলৈগী ৱাখল অতিয়া মকোয়সে পূমশেং শেংনা ঙাম্বোবকই অমম্বলকসিদা। মশুবু মথানুংদা চেজেৎ কোনশিনজদুনা অকায়বা থম্মোয় মিংশেল মচেৎশিংবুসু খোমজিনজবগুমসু তৌই। লৈপাকলৈ মচীন্দদি শোম্বাংনবকই, "তস কমদৌই!" টাটাগী মমাঙ ফম্ফমদুদা ঙেক হেক ফমথবগা গাডীদু য়াংনা থৌবা হৌবকই। গাডীগী খোঞ্জেল্লক অমম্ববু তাল্লিবা গাড়ীগী মৈঙাল্লক্লুদা তুং ওইহৌবগা লম্বেলদুদা নূঙ ওল্লবা থম্মোয়দুদগীসু মহী অমুক চেম্বোবক্লুনা হৌখিদুনা তামখ্রবা অকাও পবৈ পল্লোন খাজীনবীখ্রবা নীংশিংলুদ্রবা পীক্লিঙৈ অঙাং ওইবিঙৈগী থৌদোক মচা মচাশিংদুনা নৌহৌননা মীৎকূপসিদসু পুক্সি ঈপাকসিদা নীংশিংবৈ ঈথক ঈপোম'মা ঈহৌদুনা থম্মোয়সিদা কাইহৌদুনা ঈনোৎ কাবক্লি, শং শং উবকই, ঙাল্লবা গাডীগী মৈঙালদুদা অদুঙৈগীদো, শান্তীখুম্নৌদা, পোইনুগী লৌকাবকপা ষনগাড়ীথক্কী ফৌ বোবা মথক্তা শাজৌগা তোংমিন্নদুনা পীকখ্রবা লালতেনগী মুশি মুশিবা মৈঙালদুদা থৌববা মীৎনহা অনীনা তান্না তান্নদুনা ষনলমদুদা তাবিবা– অহীংবা নূঙ ...